# সত্যাম শিভম সুন্দরম - ১

হন্দোকচবা ঃ

শ্রী এনঃ শামু সিংহ

*রিটাইদ ফাওন্দর প্রিন্সিপাল, থৌবাল কলেজ*

*মণিপুর।*



শ্রী সত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুর পব্লিকেসন ট্রষ্ট

ফোংজবা : *ব্রিং কমান্দব একে: দেবেন্দ্রা সিংহ(বিটাইর্দ)*
প্রব্লিসরঃ *শ্রীসত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুব পব্লিকেসন ট্রষ্ট।*

কোপী মশিং : *১০০০*

ফোংজবা নুমিৎ : *১৯/১০/২০০১(ইবাই)*

মমল : *লুপা ৯০.০০*

মণিপুরীদা হন্দোকপিবা : *শ্রী এনঃ শামু সিংহ*
*বিটাইর্দ ফাওন্দব প্রিন্সিপাল, থৌবাল কলেজ, মণিপুব।*

---

নম্ফমঃ *সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্স,* থৌবাল, মণিপুব।

## লাইরিক অসি ঃ (THIS BOOK)

ঐহাক ১৯শুবা শদাপ্তি অসি লোয়গদবা চহী ২গা নুমিৎ খরনিতা ঙাইরবা মতমদা মীনা নিংথিনা শক খঙবিদবা অৱাং ত্রভানকোরগী খুঙ্গং অমদা পোকখি। ঐহাক কোচিন ষ্টেটতা য়াম্না চাউখ্রবা হেদ মাষ্টর, শ্বামি বিবেকানন্দাগা উনখ্রবা অমগি মখাদা স্কুল তমখি অমসুং মহাক্না ঐখোয়গী পিকলবা থাংমৈ অসিদা লাইশোল শোন্নবগী অমসুং অনুতাপ তৌনবগী মৈরি চুখৎপিখি। ঐহাক ত্রিভান্দ্রমদা কলেজ তমখি অমসুং এমঃ এঃ, বিঃ এলঃ লোয়রবা মতুংদা মাইশোরদা লৈবা কলেজ অমদা হিস্তরিগী লেকচরর ওইনা থবক অমা ফংখি।

অবনাকুলমদা ত্রেন তোংনবগীদমক ঐনে, ঐগী নুপীনে, ইমানে ঐখোয় অহুম্না তোংলক্লিবা খুঙ্গংগী হি অদুনা খোঙচৎ অদুগী অহানবা শরুক ওইনা লৌখোং পরিং অমসুং নোংচুপ তোর্ব্বানগী ঈচেল লৈতবা ঈশিংদা হোন্দুনা লাকপদা অহিং নোংয়াই খর হেল্লকপা মতমদা শংবান্নরবা ঈচেল লৈতবা ঈশিং মযায়দুদা অসোমগী তোর্ব্বান্দগী চৌকিদার অমনা লাউরক্তুনা খামখি। "কদায়দা চৎলিবনো"? ঙাইহাক পাওখুম ঙাইদুনা লৈখি। ঐগী হি হোনবা নুপাদু য়াম্না ফাগি হৈবমই। মহাক্না অমুক হন্না লাউখি, "ঐখোয মাইশোব চৎলিবনি"? চৌকিদাব অদু ঐখোয়গী থকসি-খাসি লৈতবা পাওখুম অদুদা শাওখিদে, মবমদি মাসু ফাগি জুগাইদা ৱাৎপা মী ওইরমদে। মহাক নোক্লমই অমসুং হাযরকখি, "নখোয় মাইশোব হাযরিবা করিগীনো? মাইশোরগী ৱাংবদা খঙজবা মফম অমতা লৈত্রবরা?"

মাইশোরগী ৱাংবদা কবি-করি লম লৈবগে হাযবসি ঐখোয় ইখঙ-খঙলমদে; সহর অদুদগী অৱাংলোমদা মাইল খব চৎলগা, ঐগী পুস্নিগী শিনফম ওইজরিবা ইউনিভরসিতিগী ওজা অমসুং কলেজগী প্রিনসিপাল অদু লোয়রমদাইদা, ঐনা পামজবা ওজা অদু ফংজগদৌরিবা মফম, সমুদ্রগী লাকঙম-ফাঙমদ্রবা অকনবা নোংলৈ নুংশিত্তগী পোত্থাফম, হিথাংফম পিরগদৌরিবা, পুত্তপার্তি কৌবা মফম অমা লৈ হায়বসি ইখঙ খঙলমদে। শোক ১৯৫৯গী এপ্রিলদা ভেনকতগিরি

সহবদা শ্রী সত্য সাই বাবানা সভাপতি ওইদুনা পাঙথোকখিবা আধ্যাত্মিক্কি মীফম অমদা তামিলনাদকী লাইনিং লাইশোলদা ফাওববা কবি যোগি সুধানন্দ ভাবতিনা হায়খি: "ঐহাক চহি ৫০ হেন্না যোগ সাধনা তৌখ্রে; ঐহাক শ্রীঅবিন্দ বাবা, শ্রীবামানা মহবষি, শ্রী ঔবোবিন্দো, শ্রী মেহেব বাবা, অমসুং অতৈ কযাগা শাথেংনখে; মতম অমদা ঐহাক চহি ২০ হেন্না ৱা ঙাংখিদে; হৌজিক্তি, ঐহাক্না তৌজখিবা সাধনা পুম্নমক্কী ফল ওইনা ঐহাক শ্রী সত্য সাই বাবাগা উনজবে"। ঐহাক শ্রীবামা কৃষ্ণ মিসনগী সেক্রেটাবি ওইনা চহি ১৭ লৈজখ্রে; ঐহাক্না শ্রীসিধাকন্দা শ্বামি, শ্রীবামানা মহর্ষি, শ্রী মেহেব বাবা অমসুং শ্রী নবাযন গুরুগসু থেংনজখ্রে; ঐহাক শ্রীবামাকৃষ্ণ পবমাহংসগী হকথেংনবা সেবক অমসুং প্রেসিডেন্ট মাহাপুরুষজিনা জপ তৌবগী লাইমিং লৌবিখিবনি; হৌজিক্তি ঐহাক ভাব তাজবে মদুদি ঐনা তৌজখিবা পুম্নমক অদুগী ফলনা ঐহাক শোক ১৯৪৮দা শ্রী সত্য সাই বাবাগী মখোঙদা ফমজখ্রে।

মাইশোব ইউনিভর্বসিতিগী থবক্তগী পোথাববা মতুংদা ঐহাক বাবাগী মনাক্তা লৈজবদা নুংঙাইজখ্রবনি, মবক্তা মতম খজিক্তং ওল ইণ্ডিয়া বেডিওগী প্রোদ্যুসব ওইখিবা অদু নত্তনা। বাবাগা মতম শাংনা অমদি নক্লনা লৈমিন্নবক্লবা ভক্তশিংগা তোংনা তিন্নবগী লাইবক ফববা খুদোংচাবা কযা ফংজখ্রে; যেংজবগী খুদোংচাবা কযা ফংজখ্রে।

লাইবিক অসি মতম কযাগী মমাংদগী শেম-শাবা হৌখ্রবনি, হৌজিক্তি ঐহাক নখোযগী খুত্তা লাইবিক অসি থর্ন্বসিদা যাম্না নুংঙাইবে। বাবানা মতম চুপ্পদা মহাকপু মশক খঙনবগী খ্বাইদগী ফবা পান্থে ওইনা, ইশানা হকথেংননবা হাযখি। মসিনা লাইবিক অসি থেংনা ফোঙখিবগী মকওইবা মবম্নি। অদুবু, ফনা যাম্না মতিক চাদ্রবসু, পার্বিবিবশিংদা লাইবিক অসিনা কবির্গীদমক্তা ঐ অমসুং অতোপ্পা মীওই খবনা বাবাগা থোইদোক হেন্দোকপা মবী লৈনবিবনো হাযবসিমদি খঙহল্লগনি। বাবা মশামকসি হাংদোক্লবা লাইবিক অম গুপ্পনি, অঙকপসু যাওদবা, লেমথোকপসু যাওদবা যাম্না অবোন-অথুপসু যাওদবা, অমসুং মীপুম খুদিংমক্না মঙোন্দা চংজবা যাবা অমসুং মাগী থৌজাল ফংজবা যাবা মীনি।

বাবাগী ভক্তশিংনা লাইরিক অসি করিশু কান্নদবনি হায়না নাকলদা ইনথোকপিবা য়াই, মরমদি মখোয়না অয়াম্বা হান্ননা লোয়না খঙলবা ঙাক্তনি, য়াম্না হেন্না খঙলবা ঙাক্তনি। অদুগী মথক্তা মখোয়না ঐবু চুম্না ইদবগীদমক্তা নিন্দা তৌবসু য়ারি, মরমদি বাবাগী মরমদা লাইরিক ওইনা ইবা হায়বসি তঙাই ফদনা নিংথিনা ফোংদোকপা ঙমদবা, য়াদবা খরদি শোয়দনা য়াওগনি। মখোয়নসু উবগনি মদুদি ঐহাক্না থৌদোক কয়াদা ব্রাৎনা ফোংদোকপা কয়া অমদি মহিম্না কয়া চিৎথবা য়াওরগনি, মদু মখোয়গী মোত্তদি ঐনা খল্লিবা অসিদগীদি হেন্না মরু ওইবনি হায়না খনবা। পুন্নমকসিগীদমক ঐহাক্না মখোয়দা ঙাকপিনবা হায়জরি।

অমরোমদনা অমুক বাবা খঙদ্রিবা কাংবুনা ঐহাক অসি মচিং নায়বা, অঙাওবনি হায়না নিন্দা তৌবা য়াই। অসিগুম্বা মীতাশিংগীদমক্তদি ঐহাক মখোয়বু নুংশিরি, মরমদি ঐহাকসু মখোয়দৌনা য়ারমদে, চিংনরমই অমসুং থাজরমদে। ঐহাকসু অপঙবা নাপল অমদগী চহি কয়া মহাক্কা উননবা হোৎনখিদে। হৌজিক মীপুম খুদিংমকপু ঐনা বার্ত্তন তৌজরি, লাকপিয়ু, মহাক্কি থৌজাল অমসুং মিনুংশি ফংমিন্নসি অদুগা শাক্তি ওইনা লেপমিন্নসি মহাক্না মী ওইনা ঈশ্বরগী শক্তি পুন্নমক উৎলিবসিদা। লাইরিক অসিনা মীওইবা জাতি পুন্নমক্তা সত্যম-সিভম-সুন্দরমদা তিনখ্রবা অনৌবা পুন্সি অমগী চঙন লম্বি ওইরসনু।

মপোক নুমিৎ,

তাং ২৩-১১-১৯৬১

*(এনং কসতুরি)*



# হন্দোকচরিবগী মায়োকদগী

বিশ্ব-জগৎকি হৌবকফম্ মরুদগী ফাওবকখিবা, কংবা নাযদ্রবা অমৃতগী ঈফুৎ-অদুদগী চহি ৫২২৯গী মমাংদা,হাযবদি ষিশুনা পোক্কদবা চহি ৩২২৮গী মমাংদা, জুলাযগী তাং ২০গী অহিং নোংযাই মতুং পুং ৩ তাবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ওইনা ভাবত-ভুমিদা মীওইবা জাতিগীদমক্তা অবতাব তৌবিদুনা মথুবা, বৃন্দাবন অমসুং দ্বাবকাদা শান্নবিখিবা লীলা কযানা অমদি কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা তাকপিবস্বা অমৃতগী মশক্ ওইববা পাওতাক্ কযানা, মীওইবনা পুন্সি পান্দম ফংনবা, তাইবং পুন্সিদা চৎকদবা শাজৎ-নিতি, যেংগদবা মিৎযেং-নাযেং-নচিংবা অমৃতগী মশক্ ওইববা পাওতাক্ অদুগী মখা চত্থবকপা ওইনা, ঙসি ২০শুবা শতাব্দিগী অঙনবা শকক্তগী কৃপা ফংজখ্রবী, ভাবত-ভুমিগী মমোমলোই, পুত্তপার্তিগী মতমবাক্তা নৌহৌনা ঈচেল্ অদু অমুক্কা হেন্না শাফু কন্না ফাওগৎলকখি। ভাবতকি মফম পুম্নমক্তা ঈচেল্ অসি চহি ৭৫ চুপ্না চেন্থবক্তুনা অমৃত যেনবিখিবতা নত্তনা ভাবতকি ব্রাংমদা সমুদ্র তবেৎ লান্না চেন্থখিদুনা পৃথিবীগী লৈবাক ১৬৫ হেনবদা ভগবানগী লীলা ভৃমি ওইখিবনা অমৃতগী ঈচেল্ অসি যেনবিখিবদগী, খৌগংনবম্লবা থম্মোয কোতি কযাদা অনৌবা আশাগী যেন্নিং হুনহনবিখ্রে লোযননা, অনৌবা আশাগী যেন্নিং কযাসু হুনগৎলক্লি। আসগুম্বা ভগবান্ শ্রী সত্য সাই বাবাগী অমৃতগী ঈচেল্ অসিগী কৃপা মপুংফানা ফংজখ্রবা শ্রীকসতুবিনা, খোযথুম্নববা অমৃতগী মহাওদু মাগী কলমনা নিংথিনা ফোঙদোকপা ঙমখিদ্রবদা অনুতাপকি শীন্থবকপা পিবাংদুসু ঈচেল্ অসিদা তিনশিনখ্রে।

অসিগুম্বা ভগবানগী খোযথুম্নববা ঈচেল্ অসি মতম কুইনগী মমাংদগী, ইবমদম অসিগী হিন্দি অমসুং ইংবাজি লোনগী খুদোংচাবা খব ব্রাংহৌববা মরুপ্-মপাংশিংদা ইমালোন্দা যৌহঞ্জনিংদুনা লাকখিবদু ঙসিদি ভগবানগী কৃপাদগী শ্রীসত্য সাই সেবা ওবগেনাইজেসন্ মণিপুব পব্লিকেসন্ ত্রস্তা কোপিবাইট পিবিবকখিবসিনা

পাঙদ্রবা ঐঙোন্দা থৌদাং অসি শিন্নবিবদগী সেবা ওইনা খোঙজং অসি পায়খৎচবনি। শ্রী কসতুরিগী কলমদগী খুজোক খরদং শোক্কৎনবা ফনা কন্না হোৎনজবনি; অদুবু কৃপা মপুং ফানা ফংজদ্রিবনা অয়াম্বা শরুক্তি খুরক্তা অদুম লিখহৌখি; খরদং খুত্তা শল্লুকপদু অদোমগী মফমদা লাম্থোকচরি ইমালোন্দা - "সত্যাম শিভম সুন্দরম" গী অহানবা শরুক্। লেমহৌরিবা শরুক্ অহুমদুসু মথং চহিগী অঙনবা শরুক্তগী পুথোকচগনি; মসিগীদমক ভগবানগী কৃপা নিজরি।

হৌজিক, অদোমগী খুত্তা লৈরবা ভগবানগী মশাগী চপচাবা পুন্সি ব্রারি অদু অমুক্তং লমায় মথং-মথং হাংদোকপিদুনা ঈচেল্ অদুগী মনুংদা মরুম থুপ্লা য়াওরিবা অমৃতদু ফংবা ঙম্নবা মিৎয়েং তাবিরসি। খুমাং চাউশিনবিখ্রবা সাধকশিংনা থেংনবিরকপা অরান-অহুই পুম্নমক্ ঙাকপিনবা নোল্লুকচরি। পোকপা নায়রিবা জীবনা কনাগসু লোয়নদনা, মরোমদোম্ চৎলগদবা লম্বী অদু তশেংনমক্তি মাঙদা শংশঙনা উবিরগনি নিংজৈ। অদুগুম্বা লম্বী অদুদা তেক্ত-কায়দনা, পনথুংফম য়ৌনবা লমজিংবিরগে হায়না ঙাইদুনা লৈবিরিবা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী চাংজৌ নায়দ্রবা থৌজালগী ঈপাক্তুদগী থৌজাল খরদং ফংহনবিদুনা অরান-খুভম্ পিনবিরসনু।

*জয় সাই রাম*

*এনঃ শামু সিংহ*

# *রাহি অমা-অনিদং*

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাবু পৃথিবীগী লৈবাক ১৬৫দা লৈবা মীওইশিংনা জাৎ-পাৎ, ধর্ম্ম, কুচু, লমগী খেন্নবা থম্নদনা মখোয় মখোযনা লাৎনরিবা ঈশ্বর অদুনি নিংনবি লাৎনরি। অঙকপা মওংনি। যুগ কয়া অসিদা অমুক্তা থোকখিদ্রি। লাৎনবিবা ঈশ্বরগী রুপশিং সংসাব অসি থাদোকখ্রবা (শিখ্রবা) মতুংদতনি। হিংলিঙৈদা শ্রীরামনি, শ্রীকৃষ্ণনি, শিবনি, দুর্গা-লক্ষ্মি-সবস্বতিনি, শ্রীগনেশনি, ইশুনি, বুধনি হায়না মী লিশিং, লাক্ষ, কবোব কয়ানা লাৎনবা শ্রীসত্য সাই বাবা খর্ক্তনি। কবিগীনো? মবম যাম্না লৈ। চহি ৫,০০০ গী মমাংদগী তাকলম্বা কয়া চহি ৭৫ অসিদা থোকখি ওইখিবা কযানা ইবুংঙো মহাকপু কনানো হায়বা শক তাকই।

মীওইবনা তৌবা ঙম্বা শক্তিগী রাংমদা লৈবা কয়া কয়া পাংথোকপিরিবা, পৃথিবীদা ফাওববা ডাক্তব কযানা ফবা যাববোই হাযবা অনাবা মশিং লাকপা ঙমদনা ফহল্লিবা, হৈব হৈববা, ফাওববা ডাক্তব কযানা শিবে হাযবা মীওইশিংবু পুং কয়া, নুমিৎ কযানিগী মতুংদা থবাই অমুক্ হাপ্লিদুনা হিংগৎহনবিবিবা মহাক অসি কনানো? মীওইবা ঐখোযনা থাগী লুপা লিশিং মঙা তবা তানবা কোইনা চেল্লি অদুবু থা খুদিংগী লুপা লাক্ষ চাতকক/চাতকক্তগী হেন্না মীওইবগী যাইফননবা অবেপ্পা লৈতনা দান তৌবিবা মহাকসি কনানো? ইবুংঙো মহাক্কী নিংথিজখ্রবা পুন্সিগী রাবী শ্রীএন: কস্তুবিনা ইবা পৃথিবীগী লোন ৩৬কি মথক্তা হন্দোকখ্রে। ইংবেজীদা ইবা কোপী ২০০/৩০০ দি মণিপুবদা পানবে অদুবু ইংবেজি পাবা ঙমজদবা মীওই কযাগী যেংজবগা ইমালোন্দা; হৌনবি অযাবা পুম্নমক্ লৌজবগা সত্যাম শিভম সুন্দবম - ১ অসি ফোংজবনি।

শ্রীভগবানগী সেবাদা অঙম্বা শকক যাবা ফংননবা শ্রীসত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুব, পব্লিকেসন ত্রষ্ট অমা শেমজদুনা সেবা তৌবা হোৎনজবনি। খঙজদ-হৈজদা অরাৎ অপা অবান অহুই পুম্নমক্ পাবিবিবা, ঙাকপিহৈবা ভক্তশিংনা ঙাকপিযু।

*জয় সাই রাম*

ব্রিং কমান্দর একে: দেবেন্দ্রা সিংহ *(রিটাইর্দ)*

*প্রেসিডেন্ট*

শ্রীসত্য সাই ওর্গনাইজেসন মণিপুর পব্লিকেসন ট্রষ্ট।

থৌবাল

তাং ১৮/১০/২০০১

# য়াওফম তাকপা

## মীওইবগী শকালান্দা ঃ (IN HUMAN FORM)

মীওইবা ওইনা লাক্লবা জগৎকী মবুংঙোগী ব্বারিনি। চহি ৩৫গী মমাংদা য়াম্না চিক্খ্রবা পুত্তপার্তি কৌবা খুঙ্গং মচা অমদা অবতার তৌখি।

পুত্তপার্তি হায়রিবা মী য়াম্না তাদবা খুঙ্গংমচা অসি মফম অদুদা লৈবিবা মীশিংগী থস্মোয়দা মতম চুপ্পগী ওইনা কাউবা যাররোইদবা, হৌখ্রবা থৌদোক্লা থস্মোয়দা মমি তাহল্লিবা অমসুং তুংগী নহারোলদা যাম্না হৈনিং-হবাওহনবা ইতিহাস অমগা শাগোন্নরিবা খুঙ্গং মচা অমনি। "পুত্ত" হায়বা মিং অসিমক লৈশৌপুং- মদুদা লিন অমগী লৈফম-য়ুম ওইখিবা অদুগা "পার্তি" হাযবসিনা য়ামখৎলকপা হাযবসিদগী কৌখিবনি। পুত্তপার্তি হায়বা মিং অসি কবম্না কৌখিবনো হাযবসিদা যাম্না খঙনিংবনা লাঙতক্লবিবা মীশক অমদদি য়াম্না থস্মোয শুমহৎর্নানিংঙাই ওইববা, থস্মোয়দা থুক্-থুক্ লাউহনবা ফাওরবা ব্বাবি অমনা ফোংদোক্লি।

থাইনা-থাইনা মমাংঙৈদা খুঙ্গং অসিগী মমিং গোল্লাপল্লি হাযবদি শনজেন্নহাশিংগী লৈফম-হায়না কৌরমই; মসিমক্তনা শ্রীকৃষ্ণনা লীলা কযা শান্নখিবা অমসুং বাঁসিগী নুংশিরবা ঈশৈ কয়াবু তাবা ফংজখিবা মফম অদুগী যাম্না চান-চুনবা মিংথোলনি। যাম্না নুংঙাই-য়াইফবা ষনজেন্নহাশিংগী লৈফম ওইরমই; মফম অসিগী ষনশিং অসিসু যাম্না মশক নাযবা; মপাঙ্গল কনবা; মশক ফজবা ঙাক্তা ওইবমই। ষনবিশিং অসিসু য়াম্না নঙবা, অথুম্বা শঙ্গোম্ মরাং কাযনা থোক্লমই। য়ুমথোং খুদিংমক মাখন অমসুং ঘি মরাং কায়না লৈনবমই। নোংমদি ষনজেন্নহা মনা মাগী নুংশিজববা ষনবি অদু চীংদগী হল্লকপা মতমদা খোমজিন্দা শঙ্গোম্ অমক্তা য়াওরক্তবদু উখি; মদু মানা লোন্না, তুমিন্না থিরকপদা ষনবি অদুগী শাজৎ অদু খঙলকপদা মহাক য়াম্না ঙকখি। মরমদি অপিকপা মচা অদু মচেশিংগা শান্নরিঙৈদা শঙ্গোলদগী লোন্না খুঙ্গংগী মতায়দা লৈবা চীংলোমদা পরপ্-পরপ্

চৎখিবমই। মহাক্না ষনবি অদুগী মতুং ইন্নবদা যাম্না ঙক্লবা দৃশ্য/থৌদোক্ অমা থেংনখি। খাওবৌ-লিন্ অমনা মঙক্ ৱাংনা থাঙ্গৎলগা মচিন্ অদুনা খোমজিন্দা তপ্না চুপশিল্লগা যাম্না নুংঙাইনা শঙ্গোম অদু থকলমই। থৌদৌ অদু উবদা ষনজেন্নহা অদুনা শাওমন্‌খিদুনা নুঙ্ অমা খুনগৎলগা চুম্না নিশান্ তৌদুনা লিন অদুগী মকোক্তা থাবমই। নুঙনা পানবগী চৈনাখোল্ অদুনা লিন্ অদুনা যাম্না শাওনা খুঙ্গং অদুগী ষনজেন্নহা পুম্নমক্তা শিবাপ্ অমা তৌখিবমই; শিবাপ্ অদুগী অবোইবা ৱাহৈদি চীং অদু মশিং লাকঙমদ্রবা লৈশৌপুং ঙাক্তা ওইবো হাযবনি। কুইথদনা মদুমক্ ওইখ্রে। শজিক যাম্না ফবা ষনজাপুং ওইবম্বদু সুম্-সুম্ লৈশৌপুং ঙাক্তা ঙাইখবে। চানিংঙাই শজিক্ লৈশিল্লক্তবদগী শা-ষন পুম্নমক্ নোংমা-নোংমগী মযাং কংশিল্লক্লে, মশিং হন্থবক্লে। গোল্লাপল্লিদা অমুক্ হন্না শা-ষন য়োকখৎপা ঙমখিদবে: মফম পুম্নমক্তা লৈশৌপুং ঙাক্তা ঙাইখিবদগী মফম অদু "বালমিকি পুবা" -- হাযবদি খুঙ্গংগী লোন্দা হাযবগনা পুত্তপার্তি- লৈশৌগী লৈফম্ হাযনা যাম্না থুনা মিং ওনখবে। তৌবগীবুদি মিংথোল অসিনা খুঙ্গংগী অহলশিংদদি হবাও-নুংঙাইজবা, পেঞ্জবা অমদি ফংহনখি; মবমদি বালমিকি হাযবা মহাঋষি অদুদি মীওইববু মপুং ফাহল্লবা লমজিংবিবন্না শ্রীবামগী ৱাবিতবু শক শোনখিবা লম্নোইবা - Saint অমনি।

অসিগুম্বা অৱাবগী মশক ওইববা বাবি অসিগী খুদম পিবা ওইনা, শাওবদগী থাখিবা মতুমতাবা নুঙ অদুমক্ খুঙ্গংশিংনা ঙসি ফাওবা যেংহল্লি; নুঙ অদু হৌজিক্তি নাকল্ অমদি খব-খব জাম ওইবে। নুঙ অদুগী মথক্তা ঙাংলি-ঙাংলি তৌবা মচু অমনা শাংনা চৎলি, মদুমক কোৱা অদুগী ঈনি হাযনবি। থাঙ্গৈশেংবমক্তি হৌজিক্তি নুঙ অদু "গোপালশ্বামি" ষনজেন্নহাশিংগী মবুংঙো- হাযনা পুজা তৌনবি। মদুমক্সু শিবাপ অদুগী দোয খব কোকচনবা অমদি শা-ষন অমুকহন্না তাঙখৎতননবা ৱাখলদা ওইবসু যাই। খুঙ্গং অদুদা লাইশঙ অমা লৈ; মদু থাইনগী অহল-লমন্না শাবম্বনি; মদুদা হাযবিবা নুঙ অসি ইবাৎ-পুজা তৌবি; চেশাংশিংনা নুপা-নুপি পুম্নমক্না যাম্না ব্যবহাবগা লোযননা খুকুমজদুনা লাক্লি।

থোইদোক্লা অঙকপগী মশক্লি; হায়রিবা নুং অসি হৌজিক্তি তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা ওইখ্রে, মদু ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবানা চহি খরগী মমাংদা ফোংদোকপিখিবনি। বাবানা মীওই খরদা নুঙ অদু শেংনা চামথোক্লগা জাম ওইরিবা মমায় অদুদা চা-চান্দল তৈশিনহনখি। মসিগী মতুংদগীদি শ্রীগোপালাশ্বামিগী মুত্তি অমা উবা ফংলে লোয়ননা পৃথিবী পুম্নমকপু শুমহৎলিবা বাঁশিনা চিম্বান্দা থোল্লগা ষনবি অমদা ঙাথদুনা লৈবা মওংদুসু উরে।

খুঙ্গং অদুগী চমজরবা মীওই খরনদি শ্রীকৃষ্ণনা শ্বর হোন্নগী মেঙলবা মখোল অদু ঙসি ফাওবদা বাঁশিগী মখুন অহোবা অদুদা তাবা ফংলি হায়না ৱাশকপসু য়াওরি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা কোব্রা অদুগী শিরাপকী ফত্তবা হু-পাপ্ অদু লৈখিদ্রে, অমসুং পুত্তপার্তিদা শা-ষনশিং মরাংকায়বা হৌরকখ্রে।

লানবনগী মশককুন্নবা খুঙ্গং অদুগী অরিবা লোনচৎ-শাজৎ খরদি হৌজিকশু খুঙ্গং অদুগী নোংপোকথংবা শরুক্তা খর-খর উবা ফংলি, মদুনা মফম অদুদা লেম্না পাল্লম্বা রাজু শাগৈনা অকোয়বদা লৈবিবা মফম পুম্নমক্তা মখোয়না মপু ওইনা লুচিংবা ওইনা পাল্লমই হায়বগী খুদম্নি। "চীংগী লোক্তগী চিত্রাবতিনা চেন্থবক্লগা খুঙ্গংগী নাকল অমদা(অপাকপা নালা অমগী মওংদা শাংনা চেন্থরি) খুদোপ্তা অশংবা মনি থাম্বগুম কোইশিল্লিবা চীং অদু ফাওদোক্লি; লায়শঙগী কাংশি মখোলনা অকোয়বদা লৈবিবা মফম পুম্নমক নিল্লি; বিজয়ানগরগী ফাওববা নিংথৌ চিক্করয়ানা বুক্ক খুঙ্গংগী হেক তায়নবদা তৌবিরম্বা পুখ্রিনা থোইদোক্লা মগুন লৈহল্লবা পুত্তপার্তি অসি লক্ষ্মী অমসুং সরশ্বতি অনিগী পুন্না লৈমিন্নফম্নি।" হায়বনচিংবা ৱাহৈশিং অসি থাইনগী কবির্শিংনা শৈথাবিরম্বা মওংনি। তশেংনমক পুত্তপার্তি অসি পন্দিত, হৈথোয়-শিংথোয়রবা কয়া, মথৌনা ফরবা কয়া অমদি পুকচেল চাউনা দান তৌখিবা মীশক কয়াগী পোক্লফম্নি। রাজু শাগৈ অসিমক য়াম্না অফওবা ঋষি ভেনকপধুতগী মতমদগী হৌনা য়াম্না মিনুংশি হৈবা, মীগী অৱাবদা য়াম্না তেংবাংগম্বগীদমক মীয়াম্না মশক মুন্না খংনবা ইমুং ওইরকখি। মখোয়না গোপালাশ্বামি মন্দির শাদুনা নিংথিনা ঙাকশেন্না য়োকখৎপদা নত্তনা রতনাকরম শাগৈগী কোন্দমা রাজুনা শ্রীকৃষ্ণগী লোয়নবী সত্যভমাগীদমক্তা মন্দির অমসু কৎখি। ভারতকী করিগুম্বা মফমদা ইবেম্মা সত্যভমাগী সনমানগী

ওইবা অসিগুম্বা মন্দিব অসি ইকং কংনবমদে। অদুনা করিগীদমক্তা মীয়াম্না কংনদবা অসিগুম্বা মখলগি মন্দিব অসি কংপনো হংবদা অঙকপা মঙ অমদা থোকখিবা থৌদোক অমগী মতুংইন্না কংপনি খুমখি।

শ্রীকোন্দমা বাজু চহি চামা হেন্না পুন্সিখিবা মিশক্নি। থৌদোক অদু নিংশিংবা মতমদা নুংঙাইবগী পিবাংনা খুইজিল্লবা মখজাই অদুগী মথক্তা তাবকখিবদু ইজবিবা ইশামক্না নিংশিংলি। মঙ অদুদা কোন্দমা বাজুনা উখিঃ “মশা ব্রাইশংদবী সত্যভমানা, লোযনবী কনা যাওদনা মতোমতা, যাম্না লাংতক্লনা থৌবাংনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা হল্লকপা ঙাইজবদু উখি; মবুংঙোদি মাগীদমক্তা থোইদোক্না মিতানববা পবিজাৎ কৌবী লৈবাং অদুবু হেকলুনবগীদমক চংখিবনি; মিনিট অমতং ঙাইজবদা পুং অম গুম ব্রাজববী, পুং অমতং ঙাইজবদা থা কযা ঙাইবগুম ব্রাজববীগী মতৌগুম ঙাইজববদসু শ্রীকৃষ্ণ হল্লকপগী খুদম শাক্কিনা অমতা লৈখিদে; ইবুংঙোগী প্রেমদা চাওববী সত্যভমা পিবাং শিংনা কপলকখি। তাঞ্জা অসিদা অখাক্-অবাও যাওবা অকনবা নোংলৈ নুংশিংকা লোযননা নোংচুবকখি। কোন্দমা বাজুনা মকম অদুদা ফাওদুনা লাকপদা লাইবক ফবদগী সত্যভমানা মহাকপু উখি অমসুং মহাক্কী চংজফম অমতা পিবিনাপ হাযখি”। থৌদোক অসিমক্না মবম ওইদুনা ইবুংঙোগী লোযনবী ইবেম্মাসত্যভমাগীদমব যাম্ন মনাং কাযনা চাউববা মন্দিব অমা কংখিবনি।

মহাক তাইবং পুম্নদা চাহি ১১০ পুন্সিখি; অমকপা লৈতনা, যাম্না শেংনা অতং অখম লৈতনা ঈশ্বরবু নিংজখিবা মীশক্নি। মহাক ঈশৈগী ওজানি, লোযননা বাবি লিবগী বিদ্যাসু নিংথিনা হৈবমই। মহাক্না বামাযন পুম্নমক লেপক্কিগী স্তাইলদা চিনফা ফাবমই; হাযবৰা মওং অসি লেপাক্কিদগী কবি অমনা, মীনা পাবা/তাবদা যাম্না নুংঙাইগদবা মওংদা বহে-বাতা ফজনা ইথোক্লবা ঈশৈ পবেংশিংনি। পুত্তপার্ত অমসুং জিলা অদুগী খঙ্গং পুম্নমক্তা শান্নখিবা বামাযনগী ড্রামা-লীলা পুম্নমক্তা মহাক্না লক্ষ্মণ শাবমই। ওশেংনম্ মহাক্না কুপ্লিবা বোল অসিগীদমক্ মহাকপু অবাপ-অবাপ্পা মফমদগীসু নেকপা লাকখি, মবমদি মহাক্না ময়াম্বাগী মফমদা থম্লিবা অবোইবা থাক্কি ভক্তি অমসুং অখাকপা লৈত্রবা মকংথোক অদুনা অযেংবা মীপুম খুদিংমক্কি থম্মোযদা ফাওহনবা ঙম্বা অদুননি। মহাক্না লীলা কযাবক্ত চামদগী হেন্না হাযবিবা বোল অসিদা কুমখি/যাওখি; চহি অহল ওইশিল্লকপনা য়াবক্লবা

মতমদতা তোকখিবনি। মহাক্কী পুক্সিদা মনা-মশিংখক্তা চাখিবা মীশক্লি; হিন্দু-ধর্ম্মগী লাইনিং-লাইশোনগা লোয়নবিবা লাইগী নুমিৎশিংদা বর্ত্ত তৌবনচিংবা পুন্নমক নিংথিনা ঙাকখিবা মীশক্লি; মচা-মশুশিংদগী খজিক্তং তোঙানবা শঙ মচা অমদা লৈবমই; মদু যাম্না নুংঙাইববা, মতমচুপ্পদা বামাযনগী ঈশৈতনা নিন্দুনতা লৈবা আশ্রম অমনি। মাগী ফমুং অদু মশুশিংনা পুমকোয কোযশিনবদা মহাক্না নুংঙাইজবমই; মখোযদা লাই-তিনগী ব্রাবি লিবিবমই; মখোযশিং অদুনা মহাকপু খক থাদোক্তুনা চৎনিংদে, মবমদি মহাক্কি দ্রামাগী মতৌ অমসুং বামাযনগী ঈশৈ অদুদা অঙাংশিং অদুনা যাম্না নুংঙাইজবমই।

ঐখোযনা খঙবা ঙমলে মদুদি তিল্লিবা অঙাং পুন্নমক্তুগী মনুংদা মপুবোক্লা খ্বাসদগী হেন্না থৱাইনা তাজবিংসি সত্যনবাযনবুনি। মবমদি মসিগী অঙাং অসি যাম্না নুংশিববা খোঞ্জেলদা ঈশৈ শকপা ঙমই লোযননা মপুবোকতা ফাওবা দ্রামাগী মবমদা পাওতাক অমা অনিস্ পিবা ঙমই। কবিগীদমক্তা সত্যনবাযনবু হেন্না নুংশিৎখনো হাযবগী অতোপ্পা মবম অমসু লৈ। অঙাং অসিদি শা-ঙা চাবা শুকযা যাবমদে; কৈবোই লৈকাযগী ভসিগুম্বা ইমুংশিংদা মহাক ঙাইহাক্তে ফাওবা পম্বনা লৈখিদে। অঙাং অসিনা চহি ৬/৭ শুবকপা মতমদা যাম্না নিংথিনা চাক-ইনশাং থোংবা হৈখি: মহাক লৌশিং যাম্না শিংবা, যাম্না ভাব তাবা অঙাং অমসুনি; মপুগী ইনশাং উপু অদুদগী অফংবা খবা লৌবগা যাম্না থুনা, হবাওনা, মহাও লৈনা থোংবা ঙমই। বাবানা হায ঃ মমানা চাকশঙদা মচানুপী অনিনসু মতেং পাংলগা চাক থোংবদা চঙগদবা মতম অদুদগী তানা মানা হনুবা অদুগী চাকশংদা চংলগা, চাক-ইনশাং, চতনিন চিংবা পুন্নমক্ মতোমতনা থোংবা লোযথোক্কনি।

মহাক্না অহল্ ওইবক্লবা মতমদা শ্রীসত্য সাই বাবাদগী অর্শিবাদ লৌবা লাকখিবা ভক্ত পুন্নমক্লা কোন্দমা বাজুগী মনাক্তা লাকখি। মখোয পুন্নমক্কী প্রনাম্ অদু ওক্লনবা মহাক্না অমুক্তং লেপখৎনবা হোৎনবা মতমদা ঈশ্বরনা মাগী ইমুংদা পোকপিববে হাযনা খঞ্জবগী নুংঙাইবা ৱাখল্অমা ঈঙ্গিৎ ওইনা পিখিবদু ঐখোযনা উবা ফংখি। মহাক শোক ১৯৫০ ফাওবা পুক্সিখি, অদুগা শিগদৌববা যোংগী নিংথৌ বালিদা শ্রীবাম চন্দ্রনা তাকপিখিবা থেমজিন ৱাহৈশিং অদুবু ঈশৈ-ওইনা

লাউনা শক্তুনা য়াম্না ঈংনা শান্তিপুন ওইনা নোঙ্গাখি। তশেংবমক্লি! মুনি - ঋষিশিংগী পুন্সি ব্রারি ইরকপা মতমদা লেনখ্রিবা পুন্সি খুৎলেন অদু নিংথিনা ইশিনবদা মতিক চারবা পুন্সিনি।

মহাক্কি লোয়নবী শ্রীলক্ষ্নম্মা চহি ২০ লোমগী মমাংথানা নোঙ্গাখি। মহাকসু য়াম্না শেংলবী নুপীনি; মহাক্কি পুন্সি অদুসু ধর্ম্মগী নিতি-নিয়ম,-লাইনিং-লাইশোল, অমদি বর্ত্তনচিংবা পুম্নমক অমতা কায়হন্দনা ঙাকখিবিনি। পুম্নমক অদুগী ঈশ্বরনা অফবা ফল্ পিবিবক্কনি হায়বা মিৎয়েং থমজরগা, অৱা-অনা; শেল-থুম অমসুং খুদোংচাবা-চাদবনচিংবা পুম্নমক থৌশাদনা, য়াম্না চেকশিন্না, অমত্তা কায়হন্দনা চৎথজখি।

শ্রীকোন্দমা রাজুগী মচানিপা অনি লৈরমই; অসিমক মপু ঋষি ভেনকভধুতগী মমিং লৌরগা পেদ্দ ভেনকপ রাজু অমসুং চিন্না ভেনকপ রাজু থোনখি। মখোয় অনিসিশু মপাগী ঈশৈ-দ্রামাদা হৈশিংবা গুনশিং লোয়ননা মিনুংশি চাউবা অমসুং অচম্বা পুন্সিগী মগুনশিংদু চেনখি। অনিশিগী মনুংদগীসু অমুক অতোম্বা অদুনা খর হন্না হিরম কয়াদা হৈথোই-শিংথোইখি: লাইরিক-লাইশু ইবা, ঈশৈ-দ্রামা ইবা,হিদাক-লাংথক য়োম্বানচিংবগী মতিকচাবা লৌশিং-জ্ঞান লৈখি।

পেদ্দ ভেনকপ রাজুসি অমুক্তং মপা-মমানা করনুল ডিষ্ট্রিক্টী কোইলকুন্তলা তহসিলদা লৈবা কোলিমিগুন্দলা কৌবা খুঙ্গং অদুদা পুরমই; মফম অদুদা মখোয়গী লৌ-শিং খব লৈরমই; মদু লৌমীশিংদা চহি ২০/৩০/৪০ ওইনা অশংবা মতমগী বন্দপ পিথোকলমই; মহাকপু পুবিবগী মবমদি লৌফমশিংদু খঙহন্বগা লোয়ন্না লৌমী-শিম্মীশিং অদুগা শক খঙনহনবনি; অদুবু কোন্দমা রাজুগী অতোপ্পা অনিংবা পান্দম অমসু লৈরমই। হায়রিবা মফম অদুদা মখোয়গী হায়ফেৎ মরী-মতা থোকপা মীওই খরসু লৈরমই; মখোয় অদুবু মহাক্না খর নকশিন্না পুত্তপার্তিদা পুরকপা পামখি। অওইবমকসু কোলিমিগুন্দলাদগী মাইল খরদং চৎলগা লৈবা মফমদুদা নুমিৎ খুদিংগী খুদোং থিবগী থৌদোক কয়া থোক্লিবনি হায়বসি মখোয়না খঙলমই। হায়রিবা মফমদু মখোগী মরীমতাশিংদুনা হিংনবগী লানফমদা শু নোম্লিবা জগানি।

মরমদি মখোয়না পারলেপল্লি জঙ্গল হেক চংলমদাইদা অফবা মীওই খরনা খুৎপুফানা চৎননবা মাংজৌননা চেকশিন ৱাহৈ হায়রকপ্রবনি, মরমদি হায়রিবা জঙ্গল অদু হুরান চিন্থি, মিহাৎ-মীপুন তৌবা কাংবুশিংগী মকোন ওল্লবনি অদুগা নুনিৎ নিনিগী মমাংদসু য়াম্না চমজবা, মরাল লৈতবা মীওই তরুকসু য়াম্না তমথিনা, মীনুংশি য়াওদনা হাৎপিপ্লবনি। অদুনা কোলিমিগুন্দলাগী শ্রী সুববা রাজুদু পুত্তপার্তিগি হেক মায়োক্লবা চিত্রাবতি তুরেলগী ৱাংমদা লৈবা করনাতনাগাপল্লি খুঙ্গংদা লৈরনবা/হোংলক্লবা থেমলমই; মদুগীদমক খুদোলপোৎ অমদি পিগদবনি হায়বগী ইঙ্গিৎ উৎলমই। ৱাফম অদুমক্লা শ্রীসুববা রাজুগী মচানুপি ঈশ্বরম্মা অসি মচানুপা অহল ভেনকপগী মৌ-ওইনা দান ফংখিরমই। অসুম তৌদুনা পেদ্দ-ভেনকপ রাজুগা ঈশ্বরম্মাগা অনিগী য়াম্না য়াইফ - মঙ্গলগী মশক ওইরবা লুহোংবা অদু পাঙথোকখি।

অসুম্না য়াম্না হরাও-নুংঙাইনা য়ুমপান্নরিবা মতৈ-মনাও অনিসিনা মচানুপা অমগা মচানুপী অনিগা মথং-মনাও ওইনা সেশমা রাজু, ভেনকম্মা, পরভাতম্মা হায়না ফংজখি। মসিগী মতুংদা চহি খর হৌখরে। ঈশ্বরম্মাদু মচানিপা অমতংগা পাল্লি। মসিগীদমক খুল্লক-ইরক্তা খুরুম্নবা লাই পুম্নমক্তা মহাকসু খুরুমজরমই অমসুং সত্যনরায়ন পুজাসু চৎথজরমই লোয়ননা চরা-হেনবা, চিঞ্জাক ককপানচিংবা অহকপা সংকলপ কয়া অমসু চৎথরমই।

## বালাগোপালা ঃ (BALAGOPALA)

শ্রীভগবান্না লেঙশিললিবা হকচাংগী কুযোম অদু শেমখ্রে। নোংমা-নোংমা তৌখিবনা কুম-থা শুবগে। পেদ ভেংকপগী ইমুংদা লাক্কদৌবিবা অবতার অসিগী শাক্ষীনা ওইনা অঙক অঙকপা থৌদোক কযানা হান্নগী পুন্সিগা মান্নদবা মওং কযা থেংনবি। খুদম ওইনা তমববা মখোন 'ত্বাং' হাযনা যৈবকপা। মপা অমসুং মাচন মনাও অনিমক্না আবনা থৌদোক্তা যুমযম ওইবগা শান্নবা খুল্লক্কি লীলাদা থবাই যাওনা মীশক ঙাক্তে ওইর্বনিনা অমসুং মতম পুন্নমক্তা লীলা অমা নত্রগা অমদি তমদুনতা লৈর্বানা মখোযদা অচৌবা তমবুবা অমদি অদুম ফক্লাংদা ঙাদুনা লৈ অদুগা যৈনা পুঙ তমনা লৈমাগদা খিন্দনা লৈ। হার্যবিবা পুঙ অনিসি ইমুংগী মীনা তুমখ্রবা মতমদতা পংথোক্না যংই। অদুগী ঈশ্বরনম্মনা নিজবিবা মচা অদু ফংজগদৌবে হাংবসি তমবনা অদুনা অহিং নোংযাইদা মথন্নতা ত্বাং হাযনা যৈবকপদুনা যো দোবচে অদুগা যৈনপুং মদুনা যাম্না হৈখ্রবা মী অমনা নিযমচুন্না যৈবগুম, মথং তা অমাংবা অহিং দা যৈবকপাদুনা ইমুংগী মী পুন্নমকপু হৌদোক্লমই। থৌদোক মদুদা হল্লক্কি অশংবা মীওইশিংনা তোঙান-তোঙন্না মোত কযা যোংদোক্লখি, অদন পুন্নমক শাদনা পেদ ভেনকপ বাজুদদি অঙকপদা অঙকপা খক্তা হাপচিনবগুম থাকপদা। বুন্নপতং মদা লৈবা শাস্ত্র অদুগী বাফমদা অবোইবা ওইবগে খন্দুনা মফমদদা চংখি। শাস্ত্র অদনা মদ যাম্না যাইফনা মঙালগী থৌদোক্লি হাযখি। মদুনা ঈংলিবাদ ইমুং অদদা শাক্ত অমা লৈবে, মদুনা যাম্না কান্নববা শক্তি, নুংঙাইবা, চাউখংপা, ইমংদা শান্তি লৈবা, থকসি-খাসি ঙাক্লবা, যাইফবা মঙ্গোল কযা পিবিবিনি হাযখি।

শোক ১৯২৬ কি নভেম্বর তা. ২৩ দা মচানুপা অমা পোকখি। মতম অদু অযুক্কি নুমিৎ থোবকপা মতম্মি। খুঙ্গংগী মীপুম খুদিংমক্না 'শীব'-'শীব' হায়না শোন্নখি; শীবগী ইবাৎ-পুজাগীদমক্তা কৎথোক্লিবা মেবা থাগী শেংলবা নিংথৌকাবা

নুমিৎনি হাযনা নিংশিংনদুনা শীব পুজাগীদমক্তদি নুমিৎ অদু অমুক্তা হেন্না য়াইফববা নুমিৎ অমা ওইখবে; মবমদি কাখৎলক্লিবা থব্রানমিচাক অদু অবদ্রনা ওইখি অদুনা অসিগুম্বা য়াম্না তাঙনা থোকপা থৌদোকশিংদদি থানে, নুমিৎনে, থব্রানমিচাক্লে পুল্লবা মতাংসিদদি ঈশ্বরগী মন্দিব পুম্নমক্তা অখন্নবা পুজা পাঙথোক্লবমই। চহি অদু মযেং তাবা লৈতবা,মতম পুম্বদা মপুংফাদুনতা লৈবা অক্ষয়ানি।

মমা অদুসু তহা-তহানা মাগী অবেপ্পা সংকলপগা লোযননা পাঙথোকচবা সত্যনবাযন পুজা অদু লোযবতা ঙাযবিবনি, মবমদি মানা পুজাগী অবোইবা লাইশোনশিং চৎথবিঙদা মাংজৌননা নাউযেক পিবকখ্রবনি। ঈশ্বরম্মানা চৈনাখোল অদু হেক লাউবকপদা ব্রাফমদু ইমুং অদুগী যাম্না ধর্ম্মা লৈবা, অশেংবী মনেমবোক লক্ষম্যাদা পাও অদু থাখিবমই অদুবু মহাক্তি হান্ননা পুবোহিতকী মনাক্তা সতানবাযন পুজাগীদমক চৎখিবমলে; মফম অদুদা মহাকপু থেংনববদা থুনা হল্লক্লবা হাযখি; সত্যনবাযন্না শোযদনা থৌজালবিগনি হাযবসি মহাক্তি অচেৎপা থাজবনি; মহাক্তি ভক্তিদা চপচানা চেৎনা লৈবমই; ধর্ম্মগী মথৌ পাঙথোকপদা অসুক্কি মতিক থকসি খাসি নাযবমই, মহাক থিন্নুদনা লাকউ হাযবদু যাবমদে। পুজা লোযবগা ঈশ্বরদা কৎপা প্রশাদি মাগীদমক পুবক্কনি,মবকসিদা থৌইনা অযেৎপা পিবক্কনু হাযবমই। অসুম্না হাযখ্রগা মানা পাঙথোক্কদবা পুজাগী থৌবমশিংদু নিংথিনা,পুক্লিং চঙনা কৎচববা মতুংদা মযুমদা লাক্লগা লাইদা কৎপগী লৈ অমসুং ঈশিংদু ঈশ্বরম্মাদা পিনমই। আশির্বাদকা লোযনববা প্রশাদিদু ঈশ্বরম্মানা হেক ফংজববা মতুংগী মিকুপ্তা ঈশ্বরগী অবতাবদু পোকখি অমসুং নোংপোকথংবা অতিযাদা নুমিৎনা তবং-তবং থোবকখি।

হন্দক্কি শাফোং অসিগী মতাংদা বাবানা হাযখিবা যাম্না মকওইবা খঙজিনগদবা ব্রাফমদি অবতাব অসি পোক্লিবা মফম অসিদগী অতোপ্পদা থক পুথোকখিবোইদবনি হাযবসিনি; মবমদি হাযবিবা মফম অসিমক মহাক্তা পাঙথোক্কদৌবিবা অমম্বা কোকহন্বগী খোঙজং অসিগীদমক খনখ্রবনি। অদুনা পুত্তপার্তিগী মীযাম্না অদুগুম্বা নভেম্ববগী অযুক অদুদি যাম্না শাথিনা হবাওবমগনি মবমদি অবতাব অসি খুঙ্গং অসিবু মাগী পোকফম ওইনা অমদি লৈফম ওইনা খনখিবসিননি। অওইবমক্লি, যাইফববা লৈশৌ চীং কৌবা খুঙ্গং অসিনা অঙাং অসিবু মতিক মপা চানা ওকপিবি।

চাবোকশঙদা লিন অমা লৈবমই। নুপী মযামদুনা মদু কুইনা খঙলমদে; অঙাং অদু ফিখক্তনা ফমুং শেমদুনা তিপহল্লবা মতুংদা কবিগুম্বা অমনা হঙ্গৎ-হন্দা মখাদগী তোপ-তোপ্পা মওং অমদা থক-খা নোমহম্বগুম উখি; নুপিশিং অদুনা য়াম্না লাঙতক্লনা, নুংশাথিনা যেংদুনা লৈখি অদুগা মমৈথংদা থি-হুমদুনা যেংলুবদা খাবৌ লিন অমা থেংনখি। সেষা লিন্না মবুংঙো সেষসাযিগীদমক লৌখিবা থৌদাং অদুগুম লিন অদুনা অবতাব অসিগীদমক সেষগী থৌদাং লৌবমই।

অঙাং অসি হাযনিংঙাই লৈতনা শুমহৎলমই; মসিনা কবিমতা ঙকনিংঙাই ওইদে; মবর্মদি নাওশুমদা লৈবিঙৈদগী হৌনা ষোগগী শক্তি পুম্নমক চেল্লমই; বাফম অসিমক পতাঞ্জলিনা হাযখিবা "অবতাব হাযবসিদি শক্তি পুম্নমক পোকপদা লোযনবকই" হাযবদুর্মক্লি। বাবানা লাউথোকপিখি মদুদি মহাক্না পোক্ত্রিঙৈদা মহাক কদাযদা পোক্কদগে হাযবসি মাঙজৌননা খঙখি; মহাক অঙকপা শক্তি পুম্নমক্না লোযননা পোকখ্রবনি হাযনা বাবানা হাযখ্রে; অদুগুম্বা অঙকপশিংদু মতুংদা দবকাব ওইবকপা মতাং-মতাংদা মথং-মথং ওইনা উৎপিখ্রে। মবম অদুনা অঙাং অসিগী মকোক্কি অকোযবদা মঙালগী মগুণ অমনা কোইশিল্লি অদুগা মানা মোমোন নোক্লকপা মতমদা সংস্থাবসিগী নত্তবা অতোপ্পা সংস্থাব অমগী ফজবা অমসুং মীওইবগী থম্মোযবু শুমহৎনবগী লাইগী ওইবা শক্তি অদু লৈবকই।

চহি খবগী মমাংদা বাবানা ঐঙোন্দা হাযখি ঃ "ঐদি অহিংদা তুমদে, মতম অদুদা ঐগী মমাংগী মপোকশিংদুদা থোকখিবা থৌদোকশিংদু নিংশিংই;মথং-মথং নিংশিংলকপদুদা ঐহাক ইথয়তা নোকই"। মসিদগী ঐখোযনা খঙবা ঙমলে মদুদি নাওশুমদা লৈবিঙৈদা খজিত্তং মোমোন হেক নোকলকপা, নুংঙাইবগী শক্তম হাযফেত্তং ফোংদোকলিবা পুম্নমক অদু হৌখ্রবা মপোকশিংদা থোকখিবা থৌদোকশিং অদু নিংশিংলকপননি।

অঙাং অদুগী মমিং সত্যনবাযন কৌখ্রে, মবমদি ঈশ্বব অদুদা কচ্চখিবা পুজা অদুগা মানা নিংজবা আশা থুংজখিবদুগা অনিসিগী মবক্তা লৈনবিবা মবী অদু মমাদদি যাম্না মকওইবশুম লৌই। মমিং থোনবগী থৌবম পাঙথোকপা মতমদা মমিং অদু মনাকোংদ শোনবা মতমদা অঙাং অদু মোমোন নোকখি; মবমদি মিং অদুমক কৌগদবনি হা বসি অঙাং মশাগী অনিংবদু ওইবম্বা তাই। হৌজিক-হৌজিক

বাবানা তাকপিরিবা আধ্যাত্মিক্কী খুমাং চাউশিন্নবগীদমক ইহান হানবদা দরকার ওইরিবসি "সত্য" নি হায়বিবা ব্রাফমসিদা সত্যনরায়ন কৌরমদদুনা অতোপ্পা অমা কৌরম্লবদি ঐখোয়না করম্না মতিকচাবা পাওখুম পিগনি? মশামক্না অচুম্বা হায়বদুগী শকলোন ওইরবনা অমসুং মদুতবু চৎলিবনা মসিদগী হেন্না চুনগদবা অতোপ্পা মিং অমা থোনবা ঙমলোই।

অঙাং অসি পুত্তপার্তি খুঙ্গংগী মীয়াম পুন্নমক্কি অচানবা ওইরে; অদুগা লৌমি অমসুং ষনজেন্নহা পুন্নমক, পিজনবা, শান্নমিন্ননবা অমগা অমগা মুন্নরমই। মাগী নুংশিববা মিনোক অমনা পুন্নমকপু চিংশিল্লমই। পেদ্দ ভেন্‌কপ ব্রাজুগী ইমুং অদু মতম পুন্নমক্তা মীতোপ্পা পিক থল্লমই; হিংনবগী লানফমদা থেংনরিবা অব্রা অনা পুন্নমক কাউথোক্লগা মরম অমা নত্রগা অমা হেক্তা হায়জিল্লগা নাওশুমগী অকোয়বদা কুইনা ফমদুনা ঈশৈ শক্তুনা লৈরমই।

থিন্থদনা মল্লিকাগী নুংশিবা লৈনম্না অকোয়বদা লৈরিবা নুংশিৎ পুন্নমকপু নুংশিহল্লমই। মৈ থানগৎলবা থাংমৈ অমগুম সত্যনা ইমুং মনুংদা কোইচৎ চৎপা ঙল্লক্লে অদুগা লৈরক শবক্তা যাম্না নুংশিবা খোন্থাংনা ব্রা ঙাংবা হৌরকপদা মীয়ামদা নুংশি মিনোক হৌহল্লি। পুন্নমক্না অঙকপা অমগা লোয়ননা খঙনরবা ব্রাফম্নি মদুদি মমায়দা বিভুতিসি পাক্লা-পাক্লা তৈবগা মঙোন্দা নুংঙাইজৈ অদুগা হেক মুৎথরকপা মতমদা অমুক নৌনা তৈবিনবা হায়রমই। মাগী অপাকপা মমাইদুদা শিন্দুর অঙাংবনা কোইনা নম্বদু পামজরমই অদুবু ফত্তবা মিৎয়েং চংলক্কদ্রা কিবদগী মমানা অপাম্বা অদুমদি থুংহনলমদে, অদুনা মশানা মচেখোয়গী চন্দন উপু অদু থিজরগা মথন্নতা শিন্দুর অদু নমজরমই।

মহাক্তি শীবনি, শক্তিনি; মাগীদি বিভুতি অমসুং শিন্দুর অনিমক তৈগদবনি।

মহাক্তি ওক্, হামেং, শা-ষন নত্রগা উচেক্লচিংবা হাৎপিবা নত্রগা অব্রাবা পিবা মফমশিংদগী লাপ্পা লৈ; নত্রগা ঙাফাবা মফমদগীসু লাপথোকই; নত্রগা শা, ঙা, উচেক থোংবা ইমুং নত্রগা পাত্রশিংদগী লাপ্পা লৈ। কনাগুম্বা অমনা নুমিদাংগী চাকলেনগীদমক উচেক অমা লৈবা-য়োম্বগী মমল ঙাংনবা উরবদি সত্যনরায়ন হায়রিবা অঙাং অসিনা চেনশিলদুনা উচেক অদুবু মথাদা কোনশিনগনি অদুগা

য়াম্না নুংশনা তৌবিগনি; মাগী মিনুংশিগী মতৌ অদু উবগা অহলশিং অদুনা উচেক অদুবু হাৎপিদনবগীনি। মহাক্কি অসিগুম্বা জীবশিংদা য়াম্না নুংশিবা প্রেম লৈবা অমদি মখোযবু হাৎপা-তুপ্পা যাদবসিদগী খুঙ্গংগী মীওইশিংনা মহাকপু "ব্রহ্মঞ্জনী" কৌবমই। অসিগুম্বা মতমদা মহাক্না কবনমগী যুম তান্না চেল্লমই; মবমদি মখোযদি ব্রাহ্মননি, মনা মশিংতা চাবা ইমুংনি, ইমুং অদুদা লৈবা অহল ওইববি সুববম্মা কৌবী নুপিদুনা পিজবা চাক অদু চাবমই।

মহাক্কা শান্নমিন্নবা কাংবুনা থিনা তৌববসু কৈদৌনুংদা মানা লমম শিংনবা তৌখিদে; মদুগুম্বা থোকখ্রবসু সত্যনা মমা-মপাদা খক তমখিদে, অদুগা অন্না-নুংঙাইতবগী মওংসু খক উৎখিদে; মাগা শান্নমিন্নবা উঠৌবা মমান্নবশিংতনা মমা মপাদা পাও পিবনি। মহাক্কি মতম চুপ্পদা অচুম্বদা ঙাঙথোকই; কৈদৌঙৈদসু মশাগী মনাল কুপশিন্নবা ওইদবনা অচুম্বা শানা হার্যজিন্নগী থবক তৌখিদে। অঙাংশিং অযাম্বনদি মসি যাম্না তৌগনবা থবক্নি। মহাক্কি লমচৎ শাজৎসি মযামদগী অসুক্কি মতিক পমতোপ তোপই মদুদি কোইচৎ-চৎপা লম্বোইবা অমনা মহাকপু "ব্রামহিন মচা" হায়না নৌবমই। অচুম্বমক্নি,। মিংথোল অসি মহাক্কা মতিক-মপা চপ চাবনি। ঙাস মযাম্না নোক্নবিবা অঙাং অসি মমাংগী সিবদি সাই ওইনা অবতাব তৌবিঙৈদা হায়খিবা "মসিগী ব্রাহ্মন মচা অসিনা মীওই লাক্ষ কযাবু অচুম্বা লম্বিদা পুশিনাবিনকপা ৎমই অদুগা মখোযবু পুন্সিগী পন্থুংফমদা পুবি" হায়খিবা ৱাফম অসিদি লমবোইনা অদুদি ইখং খঙজবা মীতাসু নত্তে।

"ব্রাহ্মন মচা" অসিনা চাহ ৩/৪ শুবকপা মতমদা চৎখিবা লমচৎ শাজৎসি মীওইবগী অবা-অনা উবদ মাগী খম্মোযদা মিনুংশিগী ৱাখল পোকই হাযবসি উৎথোকখি। কনাগুম্বা ভিক্ষাবি অমনা থোংজিন্দা লেপ্পুনা ভিক্ষা নিববদা মানা শান্নবা হুন্দোক্লম্লগা ইমুংদা চঙখিদুনা মচেশিংদা চেং হৱাই খব হাপখিনবা কন্না হাযবমই। ইমুংগী অহলশিং অদুদি কবিগুম্বদা মখুৎ তিংথোংক্তুনা নিবিবদু যাম্মনখ্রদুনা শাওবকখ অদুগা সত্য উদ্রিঙৈদা তানথোকখিবসু যাওই; অদুবু মদু হেক উবদা সত্যনা মখোল হৌনা নুমিৎচুপ্পা কপ্পুনা লৈ, তাম্থোকখ্রিবা মীশক্তুমক হেক পুশিনলক্ত্রি ফাওবা থেম্বা ঙমদনা লৈ। কবিগুম্বা মতমদা ইমুংগী অহলশিংনা অসিগুম্বা অবেম্বা কাঃদবদা তৌবা দান অসি তোক্লবগীদমক সত্যদা মখুৎ খুদোনিব

উৎলগা ৱানিং তৌখি: "য়েংউকো! নওনা মঙোন্দা চেং-চাক পিখিবা য়াই; অদুগা সিমতংদি খংউ, নও চরা হেনবা তাবনি"। ৱাশিং অসিনা অঙাং অসিদা থোইনা মপুক্লিং ওলহনবগী ৱা লৈতে। ভিক্ষারি লাকপা মতমদা মানা ইমুংদা চেনশিনখ্রগা চিঞ্জাক পুথোরক্কুনা থোংজিন্দা লেপলিবা মপুক লাম্লবা মীদুদা পিখিগনি অদুগা মশানা চরা হেন্দোক্কনি। করি অমতা চারোই; কনা অমতনা নমদুনা মাবু চাহনবসু ঙমলোই; মাগী চাকলুক্কু লেঙদনা করি অমতা শোক্কনা অদুম লৈগনি।

অদুবু অঙাং অসিবু পিজবা য়াম্না ঙক্লবা অতিথি অমা লৈরমই। মরমদি মানা নুমিৎ কয়ানি চাও-থকউ য়াদনা লৈখ্রবসু মঙোন্দদি করি অমতা অৱাবা অমদি চরা হেনবগী মওং উৎখিদে। ঈশ্বরস্মানা হায়, মা চাক চারে হায়না হেক লাউথোরক্কনি; অহল অমনা মাবু য়াম্না হাওনা, মরাং কায়না ক্ষির-মতুম-মতুম পিজরমলে হায়না লাউথোরক্কনি; মাগী চাকখাও অদু পিক থনবদুনসু শক্কিনি। অসিদসু নত্তনা অঙাং অদুনা য়েৎননিংঙাই লৈত্রবা প্রমান অমসু পিরমই। মখুৎ য়েৎ তিংথোক্কুনা মমাদা মনম নমহল্লমই। য়েংউ! মানা মপুক্সিদা অমুক্তা নমখিদ্রিবা ঘি, শঙ্গোম, অমসুং শঙ্গোম অফস্বগী নুংশিরবা মনম অমা পিল্লবা খুৎ অদুদগী নমখি। মমাদু ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদে। মঙোন্দা হেক-হেক পিজররিবা মশক উঙমদ্রিবা অতিথি অসি কনা ওইরিগবা?

সত্যনা লৈরক-শরক্তা চেন-চোংদুনা শান্নরক্লবা মতমদা, মানা মরোল থোক্তবা, মমিৎ উদবা, হনু-হনা অমদি লাইথুং থুংলবা ময়ামদু খোমজিল্লগা ময়ুমদা পুরক্কনি অদুগা মচেশিংদা মরু-মরাং নত্রগা চেং-চাক অরৈবা খর পিহনগনি অদুগা মানা হরাওনা লেপতুনা য়েংগনি।

খুল্লক্কী মমা-মপা খুদিংমক্না সত্যনরায়নবু অঙাংশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী ফিদমনিংঙাই ওইবা অঙাংনি হায়না লৌই; অদুনা অঙাংশিং অদুনা মাবু মখোয়গী "গুরু" নি হায়না লৌনবা হৌরক্লে। তোপ-তোপ্পা ফিভম খরগী মখাদা মমা-মপা ওইবাশিংদুসু ৱাফম অসি খঙনরক্লে। রাম্নবনী নুমিৎ অমা ওইরমই; অথেংবা অহিংদা খুঙ্গং অদু কোয়না সভাযত্রা অমা চৎলমই। লৈ-না নিংথিনা লৈতেংলবা

ষনগাবি অমদা শ্রীবামগী অচৌবা ফোটো অমা খিল্লগা পুবোহিত অদুনা মীনা কৎলকপা লৈপবেং অদু শ্রীবামগী মুর্তিদা নিংথিনা হুক্লনবা অমদি কবপুব অদুনা শ্রীবামদা আর্তি কৎনবা গাডি মথক্তা ফমলমই। ধোল অমসুং বেনগী মখোলনা তুমথকববা খুঙ্গংদুগী মীয়ামবু মিকপ থোকহল্লমই; অসুম্না ষনগাড়ি অদু ফৎখিদ্রবা লম্বী অদুদা কোযনা চৎলমই।

খঙহৌদনা খোঞ্জেল অদুনা মীকপ থোকহল্লবা মচে অনিদুনা ইমুংদা যেংলুবদা সত্যানবায়নদি যুমদা লৈবমদ্রে; মতম অদুনা অহিং নোংযাই হেনখ্রবনিনা য়াম্না নুংশাথিনা ইফিং-ফিংনা কোইথি থিনবমই। অদুবু-ষনগাডি অদুগী মথক্তা "শ্রীবাম্না" তোংলগা মখোযগী থোঙ্গাল মপা যৌবকপা মতমদদি মখোয়দি মিৎযেং পুন্নমক অদোমদা চিংনশিনখ্রে। পেদ্দ ভেনকপ বাজুগী ইমুংগী মী পুন্নমক্তা মখোয়গী থোংজিন্দা লেপতুনা যেংলুবদা চহি ৫দা ভাইবিবা সত্যানা নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলগা শ্রীবামগী ফোটো অদুগী মখাদা মগুণ লৈনা ফমলম্বদু উবে। মখোযনা কবিগী মানা মমান্নবগা খোঙনা চৎমিন্নদনা গাডি মথক্তা ফমহল্লিবনো হংখি। খুদক্তা অঙাংশিংদুনা পাওখুম পিবকখি :"মহাক্তি ঐখোযগী গুরুনি"। চুম্বই, মহাক্তি চহি নহা-অহন খাযদনা কাংলুপ খুদিংমক্কি গুরুনি।"

পুত্তপার্তি খুঙ্গংদা প্রাইমাবি স্কুল অমা লৈবমই; সত্যাসু অতে মমান্নবা ময়ামগী মতৌগুম চুম্নতগী ইবা-পাবগী মথক্তা খব হেন্না লেম্বা মওংশিং তমজনবগী চৎলমই। মতম অদুদা অঙাংশিং মতমচানা কাবক্লবগীদমক য়াম্না নুংঙাইববা মখলগী দন্দি মওং অমা চৎনবমই। অহান্বা অমসুং ২গুবদা যৌবকতুনা ওজাদা খুকমজবা অঙাংশিদুদি দন্দি অসি পিবমদে,। অদুগা অথেংবা অঙাং অতৈদি মবমচাববসু নত্রগা চাদ্রবসু লিচৈনা ফুবমই। চৈমশিংদি থেংলিবা অদুগী মতুংইল্লি; খ্বাইদগী থেঙবা মীনা লিচৈ মশিং হেন্না ফুবমই। মসিগী মীওৎ-মীনৈ অসিদগী কন্ননবা অঙাং পুন্নমক নোং তাগে তাও, লৈচিল থাংগে থাংউ, নুমিৎ থোক্লিঙৈদগী হৌনা স্কুলগী শাইজিন মখাদা ফমদুনা লৈনবমই। মহাক্কি মমান্নবশিং অদুনা অয়িংবদুদা থক-থক নিক্তুনা লৈবদু সত্যনা উবমই। মহাক্লা মযামদু যেংলম্লগা মযুমদগী ফুবিৎ, ফৈজোম, খুদৈনচিংবা পুবক্লগা মযামদা কুপশিনবিদুনা নুংঙাইহল্লমই। মমৈথংদা ইমুংগী অহলশিংসু মানা তৌবিবদু খঙলমই; মখোয়না তৌগনু হাযববসু যাববোইদবনিনা মতুংদদি মমল য়াম্বা মাঙবা য়াদবা ফিশিংদু শো-লোনশিন্দুনা থমলমই।

সত্যনরায়নসি থোইদোক-হেন্দোক্লা লৌশিংশিংবা অঙাংনি; খজিক্তং তাকপিবদা মানা হেন্না অমদি ময়ামদগী হান্না খঙবা অঙাংনি; খুল্লক্তা শান্নবা লীলাগী ঈশৈ-অমদি ব্লারোল পুন্নমক ময়ুমদা ময়াম্না তম্বদু মানা লোয়না শকপা ঙম্লমই; মানা চহি ৭/৮ শুরকপা মতমদা মীগী থম্মোয়দা তিং-তিং পালহনবা ঙম্বা লীলাগী ঈশৈ কয়া ইখি, মখোয়নসু মদু য়াম্না হরাওনা মীয়ামদা খুদোল তমনবা লৌখি।

## *নতনমনোহরা ঃ* (NATANAMANOHARA)

চহি ৮ বোম শুবকপা মতমদা, পুক্তপার্তিদগী মাইল ২$\frac{1}{2}$ বোম চৎলগা লৈবা বুক্কপতনমদা লৈবা হাযব ইলিমেন্তরি স্কুলদা সত্যসি তম্বা যাবে হাযনা লাউথোক্লমই। হায়বিবা অবাপ্পা অসি মখোঙনা নুমিৎ খুদিংগী নোংজু-নুংশা মবক্তা, চৎপা তাবমই; হন্না-নুংশিৎকি মতুং ইন্না কবি গুস্বদা লাইবিক খাও অদু কোকথক্তা থাংগৎলগা ঈশিংনা মখৌবি যৌবা ফাওবদা চৎলমই। মহাক অযুক অঙনবদা চজিক খবগা শঙ্গোম অফম্বা খবগা চাবগা নত্রগা অমেৎপগা বগি চাক খবগা চাবগা ওন্না চৎপা তাবমই। নুংথিলগী চবা ন্নান্নবসু বেগ অমদা পুবমই। অসুম্না মমান্নবশিংগা লোযননা চাং নাইনা বুক্কপতনমদা চৎলমই।

শোক ১৯৪৪ দা ফোঙখিবা লাইবিক অমদা বিঃ সুব্বন্নচাবনা হাযখি: "মহাক নিপালশুবা থাক্তা তম্বা ঐগা ছাত্র ওইবমই"। "ছাত্র অমা ওইনা মহাক যাম্না চম্বা, মপুকচেল শেংবা, মীনা মাহৌহন্নবা মওংদা ঙাঙ-শক্তবা; যাম্না লমচৎ-ব্যবহাব চুম্না চৎপা অঙাং অমা ওইখি" মহাক্না মখা তাবি। মহাক অসি অবতাব অমনি হাযনা লাউথোকপা মতমদা মীযাম্না যাগদবা তাঞ্জা অদু যৌদ্রিঙৈ মবকসিদা ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি পুম্নমক্কু নমশিল্লগা কয়াদ' ন্নানা মশাফাদজবমগবা' অতোপ্পা ওজা শ্রী ভি:সি: কোন্দপ্পানসু অঙাং অসিবু ঈশ্বরগী অবতারনি হাযনা ব্যবহাব তৌখি। হাযবিবা লাইবিক অদুদা মহাক্না হাযখি. "মহাক যাম্না হাযবা ইনবা অমদি চম্বা অঙাং ওইবমই। মহাক দবকাব লৈবা বাফমদগী হেন্না খক ন্না ঙাংখিদে। স্কুলদা খব ওল্লপ লাক্লগা অঙাংশিংদু খোর্মাজিলমই অদুগা ফোটো অমা থম্লগা মানা পুবকপা লৈদু কত্তুনা পুজা তৌবমই; আর্তি কৎলবা মতুংদা প্রশাদি যেল্লমই। অঙাংশিং অদুনা মঙোন্দা যোম্শিল্লিবদি মাগী অহাঙবা খাও অদুদগী মখোয়না পিযু-পিযু হাযবা পোৎশিংদু লৌথোক্লগা পিবদগীনি। মদুগী মবমদা হংলুবা মতমদা কনাগুম্না 'গ্রামা-শক্তি' অমননি, মানা নিজবা খুদিংমক পিবিবনি হাযনা বাবানা খুমখি।

খোঙফম অমদদি মাগী 'গ্রামা-শক্তি' অদু মাগী ওজা অমদি থেংনবা তাখি। মহৌশানা বাবাসি ক্লাসতদি লেঙদনা ভজন-ঈশৈলেংবা, ঈশ্বরগী মমিং ১০০৮দু মথং-মথং ইথোকপা-শিন্দোকপা,(মদু মাগী তাম্মিন্নবা মরুপ-মপংশিংদা য়েন্থোক্লনবা) তৌদুনা লৈগল্লি। অদুম্মা তৌরিঙৈদা নোংমদি মাগী ওজানা তাকপা পবাশিংদু অমতা ইশিন্দবদু ওজা অদুনা খঙখি। ওজা অদুনা খনখি :"মহাক্লা তৌবিবসি অঙাং পুম্নমক্লা লমদম্নগদবা ফত্তবা থবক অমনি"। অসুম্মা খনবদগী মানা তাকপা ইশিন্দবা অঙাং পুম্নমক ফান মথক্তা লেপখৎনবা কন্না লাউখি! ক্লাস অদুদা মৱাল লৈরম্লিবসি সত্য মতোমতা ওইবমই। করিগীদমক্তা ইশিন্দ্রিবনো হাযনা ওজা অদুনা হংলমই। য়াম্না চম্না খুদক্তা সত্যনা চুমদ্রিং হায়বকখি :"ওজা ইবুংঙো ! ঐনা করিগী ইশিনগদৌরিবনো ? নহাক্লা তাকখিবা পুম্নমক ঐহাক লোয়না খঙলে। মদুদা নহাক্লা হংনিংবা হংবিয়ু, ঐনা চুম্না পাওখুম পিগনি"। পাওখুম অদুনা ওজা অদুগী ইজজৎ খব শোকই খন্দুনা মহাকপু দন্দি তৌরগে খনখি। অদুনা মহাক্লা সত্যবু নোংমদুগী ক্লাস লোয়দ্রিফাও ফাল মথক্তা লেপ্পবা হুকুম তৌখি। সত্যনা হুকুম অদু ইনখি, ক্লাস অদুগী অঙাং পুম্নমক মথৱাই নুংঙাইতনা মক লুকথখি। নুমিৎতুমদি মখোয়গী গুরুনা ফাল মথক্তা লেপ্পগা মখোয়না ফালদা ফম্বদুদা অঙাং অমতা মথৱাই নুংঙাইখিদে। পুং তাপ্রে মথং তম্বিনবা ওজা লাকখ্রে।

লাক্লিবা ওজা অদু সত্যবু হাযনিংঙাই লৈতনা নুংশিজবা অমসুং ব্যবহাব তৌজবা জনাব মহবুবখান্নি। বাবানা ঙসি ফাওবদা ওজা অদুবু য়াম্না শেংলবা আত্মানি, আধ্যাত্মিক্তি থাক ৱাংলবা ওজানি হায়না শিঙথাবিরি। মহাক্লা ইংলিস তম্বিবমই; মহাক্তি তম্বিবা মওং, অমসুং খুৎতাক অদু অসুক্তি মতিক ফগ্রে মদুদি অঙাং পুম্নমক্লা খুদক্তা লোয়না হেক্তা খঙবা ঙমহল্লি। মহাক অহল ওইরবা পাথং ওইরমই; সির্দি সাইবু লুনা তৌবিখিবা লম্বোইবা অদুগুম মহাক্লা বাবাবু তোপ-তোপ্পা নুংশিনা তৌরমই।

মহাক্লা ময়ুমদগী অথুম-অহাও অমসুং থুম-থাও য়াওবা চানবা ময়াম পুবক্লগা বাবাদা পিজনবা ৱাফম কয়ামরুম হায়দুনা হোৎনরমই। মহাক্লা হায়খি : মহাক্লা অচা-অথকশিংসি শানাবগীদমক ময়ুম অদু অখন্ননা শেংদোক্লবনি, মরমদি সত্যসিদি শা-ঙা য়াওবা চিঞ্জাক্তা হায়ফেত্ত ফাওবা শম্নবা য়াদবা মীনি হায়বসি

মানা মুন্না খঙলমই। সত্যনা চাদ্রিফাওবা মহাক কবি অমতা চারোই হাযদুনা চাবক্তিবনি হাযবমই। সত্যাগী মশমদু নানবি-নানবিদুনা তুমিন্না কুইনা ফমলমই অদুগা মথন্তা অসুন্না মুকম-মুকম শোনখিবমই, "ইবুংঙো সত্য! নহাকসে অঙকপা অঙাং অমনি; নহাক্তি অচৌবা শক্তি অমনি, নহাক্না মী লিশিং-লিশিং কযা মতেং পাংলখিগনি" ... হাযবনচিংবনি।

মহবুব-খান্না কা অদুদা চংলকপদা সতানবায়ন্না ফাল মথক্তা লেপলম্বা অদুগা ওজানা চৌকিদা ফমদুনা লৈবম্বদু উবদা মহাক মথরাই নুংঙাইখিদে। মহাক্না কবিগীদমক চৌকিদগী হৌগত্তবনো হংলমই। মহাক্না হেক হৌগৎপদা চৌকিদুসু যাওবকই হাযনা লোন্না হাযবমই; তশেংনমক চৌকি অদু কবিনা নত্রগা কমদৌননো খঙদনা মঙোন্দা নপশিন্দ্না লৈবমই। লোন্না ঙাংনবদু অঙাংশিংনা তাখিবদগী ওজাগী ফিভমদুনা অঙাং পুম্নমক নোকখি অমসুং মদু সতাগী শক্তিননি হাযনখি। ওজা খায়সু মদু ওইগদ্রা চিংনখি অদুগা মদুমক অচুম্বসু ওইখি। অঙাং অদু খুদক্তা ফমথহনখি অদুগা চৌকি অদুসু নপলম্বদু নপখিদ্রে; ওজা অদু মপান্দা অপনবা লৈতনা থোকখবে। চহি কযাগী মতুংদা রাবি অসি লিবকপা মতমদা বাবানা হাযখি : মদু ঐনা নিংবদগী তৌহনখিবনি, ওজা অদুদা শাওবদগী তৌখিবা নত্তে, মবমদি বাবাদি মশাদা অশাওবা লৈতে, চুম্নতগী মহাক কনানো খঙহনবগা লোযননা মহাক্না পাঙথোক্কদৌবিবা থৌবর্মশিংদু খঙনবা শেম-শাহল্লকপা অমদি মহাক কবম্বা মীতানো হাযবদু খঙলকনবগীনি।

নিংথিববা যুববাজ মচা অদো অদুক যাম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা খুঙ্গং অদুগী অঙাং পুম্নমক্কি গুরু ওইখ্রবনি। "ব্রমহজ্ঞানী" হাযবা মিংথোল অদুনা চপ-চাননা মহাক্কি লমচৎ-শাজৎনা অর্মদি তৌথোবকপা থবক্না উৎখ্রে মদুদি অরেপ্পা/অকক্নবা নায়বা সংস্বাব অসিদগী ফংবা খজিক-খজিক নুংঙাইবা অসিদি ঈশ্বরদা খুরুমজবা, নিংজবা থাদোকপা অমসুং পেনথোকপদগী ফংলকপা পুমথোই থোইবা নুংঙাইবা অদুদগী য়াম্না হন্থখ্রবা জাৎনি। হিরম অসোমদা নুংঙাইজবা ঋষিশিংগী রাবিতনা মহাক যাম্না নুংঙাইজরমই।

বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ময়াম মরক্তা চাউরকপগুম, বাবাসু অঙাং ২০মুক্কি মরক্তা চাউরক্লমই; মরমদি কোন্দমা রাজুগি মচাশিং অমসুং মচানুপী অমা মখোয় পুন্না লৈমিন্নরমই। সত্যগী অহাঙবা খাওদগী লৌথোরকপা অথুম-অহাওশিংদু (পেপরমিন্ত) চাবা ফংনবগী দরকার ওইরিবসি মশা তরু-তনানবা অমসুং পুকচেল শেংবসি দরকাররনি; মহাক মশামক মসিগী চপচাবা খুদম্নি। কোন্দমা রাজুনা অমুক্তং অইবসিদা (কস্তুরি) হায়খি : বুক্কপৎনমদগী লৈরকপা তোঙান-তোঙানবা মচুগী ফিশিংদু দর্জি কৌদুনা অঙাংশিংগী মফি-মরোল তুহনবদা সত্যনা হায়খি :"অঙাং পুম্নমক মানা-মানা পাম্বদু পিখ্রো, লেমহৌবা অদুনা মাগীদি হেক্তা য়ারে"।

চহি খরগী মমাংদা প্রশান্তি নিলয়মদা মহাক্না হায়খিবা ব্রাফম অমা হৌজিক ঐহাক নিংশিংলক্লে। "মরু-মবাং থানবা ঐগীনি হায়বা লম অমতা লৈতে; মচেৎ খুদিংমক মাগী মাগী মমিংদা রেজিস্তর তৌনখ্রে; অদুনা লম লৈজদবা লৌমীশিংনা খুঙ্গংগী পুখ্রি কংথরক্লগা লাঙ্গোল অমনা পুখ্রি মনুংদু খোইদোক্লগা মরু-মরাং থাবগুম ঐসু অব্রাবা ব্রাখলনা কংশিল্লবা থম্মোয়দা ঐগী চিঞ্জাক হৌহল্লি হায়বদি নুংঙাইবা পোকহল্লি। কোন্দমা রাজুনা মতম অদুদা সত্যগী থাদোকপগী ব্রাখল্লোনসি মুন্না ভাব তাবা ঙমখিদে; মহাক চুম্নতা চাউথোকচবতনি।

অঙাং ওইবিবা সত্যনা মীঙোন্দা অব্রাবা পিগদবা হরাও-কুম্মৈ পুম্নমক্কি মাযোক্তা লৈরমই। 'অচৌবা একাদশি' - কৌবা চহিগী হবাও-কুম্মৈ নুমিত্তা তুরেল লৈঙোইদা ষনগাডি লমজেন তান্নবদু মাগী মমান্নবশিংদা য়েংহল্লমদে; মবমদি মপু অদুগী মায় পাক্লবগীদমক্তা ষন অদুগী মমৈ থেক্তুনা অমদি শাজেনা ফৎ-ফৎ ফুদুনা অব্রাবা পিবদু বাবানা য়ারমদে। চহি কযাগী মতুংদা নোংমা অহিং অমা ভক্ত মযাম অমা ষনগাডি তোংদুনা হনখ্রবদা অমুক হন্না কৌরুবগী থৌদোক অমা ঐ নিংশিংই। মখোয় তুরেল ব্রাংমদা করনাতনগাপল্লিদা খামদুনা লৈরিবা কার তম্না চৎখিবনি। বাবানা মখুৎ হাইদুনা আশির্ব্বাদ পিরগা ষনগাড়িদা তোংখিবনি অদুগা মেনগেত্তগী থৌদোকখিবনি। অদুগী মতুংদা মী অমা তান্নহল্লগা ভক্ত অদু অমুকহন্না মনাক্তা পুরকহনবনি। ভক্ত অদুদা বাবানা হুকুম তৌখিবদু ঐহাক্না তাখি: "তাও নখোয়না লৈঙোই য়ৌরবা মতমদা পুম্নমক গাড়িদগী কুমথগদবনি অদুগা

নখোঙনা চৎকদবনি, নখোয পুম্নমকপু নমদুনা লৈঙোই মথক্তা গাডি অদু চিংহল্লোইদবনি; ভাব তাবরা?" শওম চিক্লহনবা, যেন-কাওনহনবা অমসুং অসিগুম্বা খুঙ্গংগি হবাও কুম্মে পুম্নমক মাগী চহি লেঙ্গাগী গুরু অমা ওইনা মহাক্লা তমথিনা নিন্দা তৌবমই।

কোইচৎ-চত্তুনা সিনেমা উৎপা কাংবু অমনা বুক্কপৎনমদা নত্রগা কোতাচেকভুদা দম্বুব হেক খনগৎপদা মদুগী পাওদুনা যাম্না লাপ্পা মফম ফাওবদা পুল্লাও লাঙলমই অদুগা খুঞ্জাশিং অদনা মখোয়না তাঞ্জবা শেল খজিক্তংদু অযাবমখৈ সিনেমা যেংবদা খবচ-তৌথোক্লমই। পেদ্দ ভেনকপ বাজুসু অঙাং অতৈগা লোযননা সত্যবু পুনবা হোৎনবমই অদুবু মহাক্তি যাবমদে। মহাক্লা সিনেমাগী মোবেল হন্তুবগী মবম, ঈশ্ববু কবম্না ফাগি তাহনবা, ঈশ্ববু যাম্না মোৎহনবনচিংবগী মবমদা ঙাঙলমই। মহাক্লা হাযবমই মদুদি সিনেমানা উৎলিবসিদি যুম্বানবা পুন্সিগী অমোৎপা হিবম অদোমদনি অদুগা মীনুংশি লৈতবা, লৌনমতৌবা, মীহাৎ-মীপুন তৌববুনা যোকখৎপনি। ঙসি ফাওবদা বাবাদি শেল খক্তা খনবদগী লিতবেচব অমসুং ফিলমবু মোবেল যাওদনা লৈখা তানা চিংথদুনা উৎপসিগী মায়োক্তা অকনবা অহনবা লৈতনা যাদ্রিবা মীশক্লি।

মহাক্লা চহি ১০বোম শুবকপা কান্দা বাবানা অতোপ্পা খুঙ্গংদা লৈবগী নমুনা যেংলগা 'পনধাবি ভজন কাংলুপ' অমা শেমখি। কাংবু অদু অঙাং ১৬-১৮ ফাওবা শাবমই; মখোয খুদিংমক চপমান্নবা ফিজোলদা লম্বোই মচুগী ফি শেৎলমই, মখুত্তা ফিবাল অমমম পাযবমই, মখোঙদা খোঙজি শিবমই। মখোয পুম্নমক্লা যাম্না শুমতৎনিংঙাই ওইববা খুলং ঈশৈগা চুননা জগোই শাবমই; পান্দুবঙ্গগী দর্শন ফংনিংলিবা যাত্রিকশিংগী অপাম্বা, শাংনা চৎলকপদা থেংনবিবা অব্রাবশিং, লাইশঙ অদু থুনা যৌনিংলকপগী লাংতক্লবা, মন্দিবগী মতোন উবকপদা ফাওবকপা নুংঙাইবগী ব্রাখল পুম্নমক যাম্না চম্বা কবিতাগী মওংদা ফোংদোকলমই। সত্যনা অসিগুম্বা অমসুং অতৈ কযাসু তমবিখি। গোপিশিংনা যশোদাদা শ্রীকৃষ্ণগী লেপ্পা লৈতবা ফাগী মযামগী মবমদা প্রতিবাদ তৌবগী মবমদা শকপা মানা ইবা ভগবতকী ঈশৈ খবসু হাপচিল্লমই। যশোদানা অঙাং অদুনা হুবাল্লুবা অমসুং কাতু-কাবন

তৌকুবগী ব্রাবকই, অদুগা কৃষ্ণনা মাদি মবাল লৈতে হায়। যশোদা অমসুং কৃষ্ণনা মযাইদা লৈহল্লগা গোপিশিংনা পুমকোই কোইশিল্লগা শাবা জগোই অদুনা খুঙ্গং অদুদদি মীযাম্না হেন্না পামনৈ। বাবা মশামক্তা মমাগী নত্রগা মচাগী বোল লৌই; মাগী জগোই, ঙাঙথোবকপা ব্রাঙাং অমসুং ঈশৈনা ভজন অদুদা তোপ-তোপ্পা মগুণ অমা হাপলমই।

চৎনবী শৈশক অসিগী মথক্তা, কনা অমতনা তাদ্রিবা লাইশঙগী মবমদা, মখোযনা ভাব কবি অমতা লৈত্রিবা অনৌবা লাইগী মতিক মগুণ চীংলেম্বনচিংবা শিবদি অমসুং সাই গুম্বগী মবমদা শৈথাদুনা শকপা ঈশৈ কযা হাপচিল্লমই হাযবসি মীযাম্না খংনবক্লমই।

সাইবাবা ? শির্দিগী সাইবাবা? মখোয অসিবু কবি ওইবিদগে? কবম্না মুসলিম লম্বোইবা অদুনা অঙাং অসিবু ঈথিল পিবম্বনো? হিবম অসোমদা অহলশিং অদুদি পুমঙক ঙক্লি অদুগা অঙাংশিং অদুনা লৈবক-শোবোক্তা জগোইশাবি।

অঙাংশিং অদুনা থা খুদিংগী চান্দা ওইনা অনা অমমম খাযনবমই অমসুং মদুনা খুঙ্গং কোযনা চৎপদা শিজিন্নবিবা থাংমৈগী থাও লৈবদা, মযামদা প্রশাদি ওইনা যেন্নবা চেংপাক লৈবদা, ধুপ লৈবদা, কবপুব অমসুং পুজাগী পোৎচং লৈবদা শিজিন্নবমই। হবাও-কুম্মৈগী অহিংশিংদদি পৈশা হেন্না হাযবদি অনা অনি ফাওবা খাযবমই অমসুং যাম্না চাউথোকচনা থাপনা বুককপৎনমদগী পেত্রোমেক্স পুবক্লমই। চিন্না ভেনকপ বাজুগী মচাশিংনা অতোপ্পগা লোযননা যন্ত্রশিং খোংলমই।

তশেংনা হাযববদি গ্রুপ অদুগী মরুওইবিবা মীশকসি সত্যনা ওইবমই - শিল-লাঙবা ওইনা, শেল খোমজিনবা ওইনা, ওজা ওইনা, ঈশৈ ইবা ওইনা অমসুং ঈশৈ শকপা লুচিংবা ওইনা। মহাক্কি বোলদু অসুক্কি মতিক নিংথিনা পাঙথোক্লমই মদুদি খুঞ্জাশিং অদুনা মমিৎনা শঙ-শঙ মথুবা অমসুং বৃন্দাবন উজৈ, অঙাং ওইবিবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী বাঁসিনা গোপিশিং, যনবি-যন্নাওশিং, উপাম্বিশিং অমসুং যমুনা তুবেল ফাওবা শুমহৎপদু উজৈ।

অমুকখক্তংদি কাদিবিদা ইবাৎ-পুজা তৌবিবা ইবুংঙো নবসিংহগী মতিক মগুণ অমসুং শক্তিগী মবমদা মফম অদুদা চৎনবক্লিবাগী মওংদা শৈথাদুনা শক্লিঁঙেদা অদুগা ঈশৈগী পবেং অদুনা "যোৎকি উখোং মনুংদগী ঈশ্ববনা নোংশা ওইনা চোংথোবকখি..." ... হাযদুনা অঙাংশিংদুনা শক্লিঁঙেদা সত্যনা খুদক্তা মী-নোংশাগী শকলোন্দা চোংথোবকখি অমসুং মাগী মাযথোংদু অশুক্কি মতিক তমথিবা হিংচা-যাইতম্বগী মওংদা হোংদোকখ্রে মদুদি খুঙ্গংগী মিযাম পুম্নমক হাযনিংঙাই লৈতনা কিনবমই। মশা মউ ফববা লাকক্ল-ফানবা হৈববা কাংবুনা ফাওবা সত্যবু ফাথবা ঙমখিদে; মমৈথংদা মীযাম্না কবপুব-আর্তি কত্তুনা, যুবি-থুগাইদুনা উৎলিবা শক্তম অদুগী মমাংদা পুজা তৌজবদগী সত্যদু হান্নগী ফিভমদা হস্থবকখি অমসুং কাদিবিগী ঈশৈদু মখা চংথখি। মসি অবতাবনি হাযবগী মীযামদা পিবকপা শাক্ষিনা অমনি।

থৌদোক অসিগী মতুংদগীদি পান্দবি ঈশৈ কাংবু অসিগী মিংচৎ যাম্না চংখ্রে: মবমদি মখোযনা জগোই শাদুনা ঈশৈবু শক্লবদি ঈশ্ববনা মশক উখোবকই, মসিমক পুত্রপার্তিগী মীযামদি উনখ্রবনি হাযনা মীযাম্না ঙাঙনখিবমই। মসিগীসু মথক্তা মীয়াম্না অমসু খঙনখ্রে মদুদি থংনবা খুলদা কোলেবানা ইম্নুং তুম্না হাৎখ্রবা মতমদা পুত্রপার্তিদদি মদুগী চৈনাখোল শম্না অমা ফাওবা ফংখিদে, মদু ভজন কাংবু অদুনা শকপদগী ঈশ্ববগী থৌ'জালগী নুংশিৎ অমনা ঙাকথোকপিখিবনি। মবম অসিদগী অঙাংশিং অদুবু খুঙ্গং কযামকমদা ঈশ্ববগী অশাওবদগী কনবিনবা ভজন শক্লনবা বার্ত্তন তৌনখি। অঙাংশিংদ্ লাক্লবা ষন-গাডি যাম্না তোযনা থাবক্লমই অদুবু অঙাংশিংদু কবিগুন্না মতমদা মখো'না মাইল ১০/১২ চৎপা তাবমই; চাননবা চিঞ্জাক পুবমই, শাববা কালেনগী মৈশাদা মবক-মবক্তা উকমদসু পোথাবমই। খুঙ্গংশিং অদুসু অঙকপা মমিংশিং - শির্দি অমসুং সাই হাযবসি তাবমই; কবিনো, কদাইদা লৈবনো হাযবসিদা মখোযসু ঙকলমই; অদুবু কুইদনা পুম্নমক অদু কাউথোক্লগা মাগী মাগী মথৌদা অমুক লুপ্লখি।

মসিগী মতুংদগীদি দ্রামা অমসুং শুমাংলীলা শান্নবমই, মদুদা পুবানগী ব্রাবিশিংগা চান্নবা হিংচাবা, হিংচাবী অমদি ফত্তবগী শক্তিশিংবুদি লাইগী, অবতাবশিংগী অমদি অফবা মীওইশিংগী শক্তিনা লাযনা মায়থিবা পিবা ঙমই

হাযবসি উৎলমই। পুম্নমক অসি সত্যনা লৈবিবা যুমদুদা ইথোক্লমই, হন্না-হন্না তন্নমই অমসুং শান্নবমই। পেদ্দ ভনকপ বাজু মশামক বনসুবা হাযবা হিংচাবদু শাবদা তোমথিন ফাওবমই; মসিগী মথক্তা কনানা মতৌ অমুক তম্বা ঙল্লবোইদবা, শ্রীভগবানবু মিকুপ অমা ফাওবা থাদোক্লবা, ধম্মগী অচুম্বা পাম্বিগুন্নবা ষুধিষ্ঠীবগী শক্তম লাংখিবমই। হায়বিবা মতমসিদা চাকতাংবগী তেংবাংগীদমক অতোপ্পা লীলা কযামকম পুথোক্লমই। মীযাম্না খ্বাইদগী হেন্না পাম্নবসি বনসুবম, উশাপৰ্বিনযম, দ্রৌপদি মনশমবক্ষনম অমসুং কংশ-বোধ-সিনা ওইবমই। লাংতক্লবিবা অঙাং সত্যসু মাগী থৌদাং খব লৌবমই; মকওইনা কৃষ্ণ অমসুং মোহিনি শাবনি; ভাবকশিংনা মাগী এক্তিং, ঈশৈ অমসুং থোইদোক হেন্দোক্লা জগোইদা পেন্নবমই। মবমদি মাগী মখোং-মখুৎ, শাথেক-নুংথেক, তাঞ্জা-মেঞ্জা, অঙাং ওইবগী থোৎপা-নৌবা, ফজবা, নুংশিবা পুম্নমক অদুনা শুমহৎখিবমই; ভাবোকশিংনা হাযনখি: “মাদি মখোঙ লৈবাক তাদে, লাই লৈপাক্কি মীনি”।

থা খবগী মনুংর্দদি মহাক অতোপ্পা বোল খবসু লৌবা হৌবে; কমলাপুব অমসুং উববাকোন্দদা স্কুলগী অব্রাংবা থাক্তো তম্নবা চৎলবসু ছুতিদা পুত্তপার্তিদা লৈবা - মতমদা বোলশিংসি কুমখি।

মীযাম্না যাম্না লীনবিবা ‘কনকা তাবা’গী ব্রাবি অসি লীলা ওইনা শান্নবমই; মদুদা মানা ‘তাবা’গী থৌদাং অসি লৌবমই। মদুদা মহাক্লা অসুক্কি মতিক মান্না শাখ্রে মদুদি তাবা অসি ফাঁসি তৌদুনা হাৎলমদাইদা লীলা অদুদা যেংলম্বা ঈশ্ববম্মানা স্তেজ মথক্তা চেনশিনখি : ঙাইহক্তুদা মহাকসি লীলাগী তৌশিন্নবনি হাযবসি কাওরুবে। কবিগুম্বা ভাবোকপু পেলহন্নবগীদমক্তা লীলা অদুদা বোল ২/৩সু কুমই। খুদম ওইনা, কৃষ্ণ লীলাদা, দেবকি, কৃষ্ণ অমসুং কংশ-নিংথৌ শাবমই। অদুগা দ্রৌপদিগী বোলসু শাবমই। কবিগুম্বা মতমদা মহাক্লা যাম্না হবাও-নুংঙাইনা ব্রাবি লিবদা শাবি ৭ শেৎলগা কবম্না অমখক্তা শেৎপা মালহনখিবনো হাযবদুসু যাওবকই।

ইকুই কুইনদনা ঈশৈ-নোংমাইনা মশাগী শিনফম ওইবা কাংবু অমনা মফম অদুদা লাকপদা মী যাম্না তিনখি। অহানবদা বুক্কপতনমদা মখোযগী শান্নফম ওইখি; মথংদা, পুত্তপার্তি, কোতাচেরুভু, ইলুমলপল্লি অমসুং অতৈ অচৌবা খুঙ্গংশিংদা হোংখিবমই। মখোযগী উৎপগী মাযপাকপসিনা ডিষ্ট্রিক অসিগী ব্রাবি ওইবমই।

মখোয়গী নুপীমচা জগোইশাবী অমা য়াওরমই; দ্রামাদুদা মাগী মমিংসি রিশ্যোন্দ্রামনি কৌরমই; মহাক্তা জগোই মরক্তা ঈশৈ অমসুং মন-চোংবগী শরুকসু হাপচিল্লমই। মাগী (piece de resistance) হায়বা জগোই মওং অসি য়াম্না অঙকপগী মওংনি; মকোক্তা লিক্লি অমা খিল্লগা মদু সুকলেং লেঙহন্দনা নোম্থবা, ফমথবা, হিপথবা, মৈখেৎ উপু মথক্তা থম্বা রুমাল অমা ময়ানা চিক্লুনা লৌখৎপা, অমুক হৌগৎপা, লেপখৎপা, জগোইগী শাথেক-নুংথেক খুদিংদা লিক্লি অদু অদুম লেঙহন্দবা পুম্নমক অদু উবদা যেংলিবা ভাবোক পুম্নমক শুমহৎখি। অওইবমক্লি. তশেং তশেংনা ওন্থোক্লা লুখ্রবা/ব্রাখ্রবা বোলনি। মসিগীদমক মহাকসি মতম শাংনা শাজেন তৌবকখ্রবনি। মাগী জগোইসি শাক-শাকবা মফম খুদিংদা মীয়ামগী থাগৎ-ব্রাহৈ ফংই হাযবসিদা থোইনা ঙকনিংঙাই ওইদ্রে।

সত্যনবাযনসু অতোপ্পশিংগা লীলাদু যেংবা চৎলমই অমসুং হাযবিবা আইতেমদু মশামকসু উবমই। মতুংদা হল্লক্লগা মহাক্লা জগোই অদু মতৌ তম্নবা হোৎনবমই; মহাক্লা মদু কবি অমতা ব্রাদনা ফজনা শাবা ঙমখিবদুদা পুম্নমক্লা ঙক্লখিরমই। অহলশিংনা মদু মাগী লীলা শান্নফমদা অমুক্তং উৎনবা হাযবদা মহাক খজিক্তং খন্থখি অমসুং চিংনবপ তৌখি। অদুবু মদুগী পাও অদু মীযাম পাকশন্না খঙনখ্রে অদুনা মদুবু যাম্না যেংনিংবা নহাবোল খবনা মঙোন্দা বথষাত্রা নুমিত্তা - অমসুং শা-ষনগী মেলা নুমিত্তা কোতাচেকভুদা শান্ননবা থেমখ্রে। হাযবিবা নুমিৎসিদা বিশ্যেন্দ্রমনি মশামক্লা জগোই শাবগনি হাযনা ফাও লাওথোকখ্রে; মবমদি বাবানা মখোযগী অনিংবদু খক কাযহল্লোই হাযবসি মখোযগী থাজবনি। মচেশিংদুনা মৌপ্পাবু নুপীমচাদৌনা ফিবোল শেৎপিবে মশম-মনা হাৎপিবে, নিংথিনা মেকপ তৌবিবগা কোতাচেকভুদা পুখিবমই। পেন্দ ভেনকপ বাজুনা পাও অদু তারক্লমই অমসুং বাবাদা অপঙবগী থবক তৌহনগদৌবে হাযবদুগী নুংশাথিবা হৌরমই। যুখল হাযদোকখ্রে; বিশ্যেন্দ্রমনিনা কংশগী দববাব হোলদা খুনিং কাঙ-কাঙদুনা চংখ্রে; ভাবোক পুম্নমক মথুম-মবাং পুমহৌ-হৌখরে; মরমদি অনি অসি খেন্নবা অমতা লৈখিদে। যাম্না ফাওরবা জগোই মতেক্তু হৌরমই। রুমালগী মহুত্তা মিৎপান্না য়েত্তুম লৌখৎপা ওন্থোক্লনা লীলা অদু খজিক্তং শেমদোক্লমই। হোয়! বাবাদু নুমিত্তুদদি চাননমক রিশ্যেন্দ্রমনিমক ওইখ্রে!

অদুবু, মদুগী মতিকচাবা ফল লাকখিদবা নক্তে! প্রসিডেন্টনা জগোই শাবিদুদা মেদল অমা পিননবা কন্না তক্লখ্রে; মীয়ামা সত্যদা মরাং কায়না পিরকপা থাগৎ ব্রাহৈশিংদুদা হরাওজরিবা মমা অমসুং অতৈ-অতৈ, অতোপ্পা মফমশিংদা জগোই অদুমক শাবিনবা হায়জরকপা বার্ত্তন ময়াম সনাগী তকমান, লুপাগী তকমান ময়ামসিনা অতোপ্পগী কল্লক-মীহৌবগী ফত্তবা মিৎয়েং কয়া বাবাগী মথক্তা লাক্কদ্রা হায়বগী অকিবা ফাওখি। মদুমক অচুম্বা ওইখি। মহাক্কি মমিত্তা অঙকপগী মশক ওইরবা তমথিরবা অনাবা অমা পল্লকখ্রে। মমিৎশিংদু পোমখৎখ্রে, ঙাংশঙ ঙাঙখ্রে অমসুং মপি ওরো-রো তারমই। মশাসু শাগৎলমই। অহিং অমা উগী খুরুম তোংবা মী অমা বাবানা লৈরিবা কারোমদা চঙখিবা মখোল অমা মমানা তাখি। মদু মঙোন্দা য়াম্না অঙকপা অমা ওইনা থোকখি। মহাক্না হৌগত্তুনা বাবাগী পিশুমদা মখুৎ থমদুনা মৈশা য়েংলমই; অশাবদুদি হন্থখিরমলে। মমিৎনা কমদৌরিবা! মৈ পুশিন্দুনা য়েংবদা মমিত্তুসু থাজদনা য়াম্না ফরমলে। মথংগী নুমিত্তদি সত্যগী অনাবা পুমফ-ফখরে। 

ফো:

ৎ

কো

ফো:

মমচ

মণি

—

## গন - লোলা ঃ (GANA-LOLA)

সত্যনবাযনগী মযাম্বা সেশমা বাজুনা কমলাপুবগী পসুপতি সুব্ব বাজুগী মচানুপী লুহোংলমই। কুদদপ্পা ডিষ্ট্রিক্তা লৈবনি। বাবাসি মখা অৱাংবা থাক্কি মহৈ তম্লবগীদমক বুক্কপৎনমগী ৱাংমদা চৎপা তাবনিনা কমলাপুবদা থানবা খন্নখ্রে। মযাম্বসু মতমখব মফমদুদা লৈবনিনা ৱাফম অসি মমা-মপানসু যাখবে। বাবাসি ওফিসাব ওইহন্নবা কলেজ তমহন্নবা থৌবাং হৌখ্রে। অদুনা মখোয মহাক্কা কাযনবা অমসুং অদুম মখা তমথবা যাগনি হাযববদি অবাপ্পা কমলাপুবদা থাবা যানবে।

সত্যসু স্কুল চাং নাযনা কাবমই; বুক্কপৎনমদা তৌবগুম মফমদুদসু মহাক যাম্না লমচৎ ব্যবহাব ফজবা অঙাং ওইবমই; মদুমক্না মহাকসি ওজাশিংগী অচানবা ছাত্র ওইবমই। সহব অদুদা দ্রামা অমা শান্নবদা মদু হৌদ্রিঙৈদা, লাইশোল ঈশৈ অমা মহাক্না শকখি; মাগী নুংশিবা খোঞ্জেলদুবু তাহৌবা কাংবুনা সহব অসিদা ঈশৈদা যাম্না ফাওববা মীশক অমা লাক্লে হাযনা পাও শন্দোবখি। অদুগী মতুংদা লাকখিবা মীযামগী মিতিং খুদিংমক্কী লাইশোল ঈশৈ পুম্নমক মাগীতা ওইখবে।

স্কুলগী ছাত্রশিংবু অখাকপা লৈতনা নুংশিনা তৌবগীদমক পুম্নমক্না নিংথিনা ব্যবহাব তৌবা দ্রিলগী ওজা অমগী মবমদা ঙসি ফাওবদা বাবানা হেক-হেক পল্লি। মহাক স্কাউৎকীসু ওজা ওইবমই; মহাক্না বাবাবু মাগী কাংবুদা যাওহন্নিংলমই। মবম অদুনা মানা বাবাদা হকথেংননা অমদি মকুপ মপাংশিংদা যাওহন্নবা থেল্লমই। বাবাগা ফাল অমতদা ফম্মিন্নবা সেবিস্তদাবগী মচানিপা অনি লৈবমই। মখোযনসু বাবাদা থেল্লমই; যাম্না ফজবা অহনবা স্কাউৎকী ফুবিৎ জোৱা অমগী ফিনুংখোঙগ্রাও অমগসু বাবাগী দেকসতা ইনশিল্লমই; মদু বাবানা যাওবক্লবনি। মখোয পুম্নমক্না খঙলমই মদুদি সত্যাসি কাংবু অদুগী থৱাই ওইগনি হাযবদি খ্বাইদগী মকওইবা মীশক ওইগনি; অদুনা মানবু যাওববদি সহব অদুগী অহলশিংনা মখোযবু স্পোনসব তৌবিযু যাগনি। নত্রবদি মীয়াম্না মখোয়বু কবিশু তৌদবা পংচৎ-চৎলগা পংচা-চাবা কাংবুনি হায়না লান্না লৌখিগনি।

পুস্পগিরিদা তৌগদৌরিবা মেলা অমসুং শা-ষনগী কুম্মৈদু মতমচানা য়াওবা নংনবা বাবানা ক্রুপ অদুদা য়াওখরে; দ্রিলগী ওজাদুনা মাগী কাংবু অদু মফমদুদা পুনবা থৌরাং তৌরমই। পুস্পগিরিদা অঙাংশিং অদুগী থবক য়াম্না লৈরমই; মীয়াম তিনগদবনিনা অঙাং মাঙদনবা, ষাত্রিক ময়ামগী থক্ল-চানবা ঈশিং পিবা, মপান থোকফম শেম-শাবা, শা-ষনগী মেলাদা খুদক-খুদক্তা থোরকপা অশোক-অপন্দা ঙাইহাক্কি লায়েংবগী তেংবাংপিবা নচিংবসিনি। কেমপ অদু য়াওনবা ফি লুপ ১০দা লেপ্লমই। সত্যগীদি পৈশা অমতা লৈরমদে।

মীগী সেবা তৌবা হায়বসে মশাগী ফল অদুম লৈজবনি অদুগা নুংশিবা প্রেমতনা পোৎশক খুদিংমকপু-খুদুম চনগদবনি হায়বসি মহাক্না থবক্না উৎপা তারমই; মহাক্না ব্রাখল অসি মরুপশিংদা তস্বিবা অমসুং পোকহনবগী তাঞ্জা অসি নাম্থোকহন্নিংদে; অদুনা পুস্পগিরি ফাওবা ভারা তিংদনবা খোঙনা চৎলগে লেপ্লমই। মেলা অদুদা মখোয়গী মী ময়াম লাক্কনি অদুগা মাবু য়েংশিনবিরগনি হায়না মানা দ্রিলগী ওজা অদুদা হায়রমই। অসুম্না কেমপ অদুদা লৈরগা চাবগী তিংগদবা শেল অদু তিংখিদ্রে। মহাক্না পুস্পগিরি ফাওবদা লুপা ৫না কোন্নগনি হায়না হোৎলমই; অদুগা মাগী তম্মখ্রবা য়াম্না হল্লিবা লাইবিক অদুবুনা অঙাং অমনা লৈকবা মমল লুপা ১২দু পিরগে হায়বদা মানা দরকাব লৈবিবা নুপা ৫দং লৌরগা পিখ্রে। অদুদগী মানা পুস্পগিরি ফাওবা খোঙনা চৎখি; মেলা হৌগদবা মমাংগী অহিং পুং ৯ দা য়ৌখি।

মহাক মশা য়াম্না চোকথরমই, অদুনা মাংজৌননা লাকখ্রবা মীয়াম্না তুল্লিবা লৈঙোই মথক অদুদা মফি-মরোল অমসুং পৈশা যাওবা বেগ অদুগা লোয়ননা মাসু তুমথখিরমই। মথংগী অয়ুক্তা মানা হৌগৎলকপা মতমদা বেগ অদুদি লৈরমদ্রে।

থৌদোকশিং অসি মাগী মনাক্তা লৈরিবা ময়ামদুদা য়াম্না তোয়না লিখি অমসুং মতমদুদা মহাক থোইনা নুংশাথিখিদে হায়। মফম অদুব্রাইদা থৌ-ব্রা শাদনা মানা সুম চৎপদা নুং অমগী মথক্তা অনা অমগা বিরি মতুম অমগা লৈরম্বা থেংনখি। মহাক্না অনাদু লৌখৎলগা কৈথেনদা চৎলমই। মফম অদুদা নুপা অমনা পৈশা তান্নবগী থৌরাং অমা তৌরম্বদু থেংনখি। ফি অমুবা অমদা অঙৌবা মচুনা কোয়না য়েক্লগা নম্বর থারমই। মথক্তা য়েত্তুম অমা উংহল্লগা মনা ফংগদবা নম্বর অদুদা

লেপহনবগী মওংনি। থানিংবা শেল থাহল্লগা যোৎচৈ অদু থুনা উংলগা শেল থাবিবা মশিং অদুদা লেপহনবনি। ঙাংনখিবা ৱাফমগী মতুংইন্না নম্বব অচুম্বদা লেপহনবা ঙম্লবদি থাবিবা শেল অদুগী শরুক,৩ ফাওবা পি, অদুগা ঙমদ্রগনা শেল অদু মাঙজগদবনি। সত্যনবাযন্না নুপা অদুগী মনাক্তা চংশিল্লগা যেত্তুম অদু কযাবক উংদুনা অনা ১২ ফংখি। মহাক্না হাযখি; নুপা অদুগী শেল পুম্নমক মানা লৌথোকপিবা ঙম্লম্বনি, অদুবু মাসু শেল যাম্না ফংজবা নত্তে খন্দুনা নুংশিদুনা তোকপিখির্বানি।

অনা ১২দুনা মাগী চযোল অমগী খবচ চপচানা কোন্নবমই। মবমদি হান্ননা মমাংথক্তা উৎখ্রবদুনি, মশা মতোমতা চাজবদা নত্তনা মাগী মনাক্তা লৈবিবশিং ফাওবা পিজবা ঙম্নগী অঙকবা শক্তি অমা লৈ। অওইবমকসু মাগী অকোযবদা লৈবিবা মযাম অদুনা নুংঙাইজবির্বসি মানা হেক-হেক পিজবদুদনি হাযনা বাবানা তোযনা হার্যখি। মহাক চাক চাবে হাযবসি থাজদবা মীশিংদা মখুৎ তিংথোক্তুনা মনম নমহম্বদুনা প্রমান হেক তৌখি।

অহল ওইববা মতমসি ফাওবদা কবিগুম্বদা মহাক্না হায : "ঐহাক অযুক্কি চাকলেন চাবে।" চীংনবা মীদুদা মখুৎ অদু মনম নমহনলি লোযননা চিংনবা কোকখি।

অসুম্না সত্যনবাযর্নসি মেলা অদুদা মাগী মবী মতাশিংনা নিংথিনা পিজ-পিথকই হাযনা স্কাউৎকী ওজা অদুবু থাজহল্লমই। মহাক্না থবক থৌদাবদা সত্যগা অতৈগা থোইদোক্না ভেদি-ভেদা নাযবমদে। সত্যনা মাগী শিন্থাদা যাম্না হৈনিং-হবাওনা তৌবমই অমসুং মরুপ মপাংশিংদা কৎথোকপগা লোযননা সেবা তৌগদবনি হাযবসি পোকহল্লমই। ঙসি ফাওবদা ৱাফম অসিনা মাগী পাওতাক্কি মরুওইবা মযোল অদু ওইবি। মবমদি, মানা হায, অতোপ্পদা সেবা তৌবা হাযবসি ইশাদা তৌজবগা চপ মান্নে; মবর্মদি অতোপ্পা অমদু ঐ হাযবসিনা মওং অমসুং মমিং হোংলগা ওইনবনি।

হাযকৃবগী থোইনা অমুক দবকাব ওইদ্রবা ৱাফম্নি মদুদি সত্যবু মখোযনা বসতা পুনবা হৌদোবকপা মতমদা মহাক্না তুমিন্না কেমগুগী নাম্থোবকখি, মরমদি মাদি বস ভাবাগী শেনখায পিখিদবনি। মহাক্কি নীতি কাযদনা মখোংনা অদুম হল্লকখি।

সত্যনা কমলাপুরদা লৈরিঙৈদা মমা-মপাদগী লাপথোক্লখ্রে; ময়াম্বসু ত্রেনিং চৎখরে অদুনা মানা মরক্তা শেল খজিক্তং দরকার লৈরকপা মতমদা মফম অদুদা লৈবা কোতে-সুববন্না কৌবা ললোনবা অমগীদমক ঈশৈ ইরমই, মসি বাবানা হায়বনি। সুববন্নাগী দুকান অমা লৈবমই, মদুদা হিদাক-লাংথক, গ্লাসকী পোৎশিং, শেৎন-ইন্নবা পোৎশিং, ছাটিন্... নচিংবা য়োল্লমই। মহাক্লা অনৌবা পোৎথোক অমা মীয়ামদা লৈহননিংলবা নত্রগা অরিবা অমা খর হেন্না পামহন্নবা হোৎনবদা বাবানা স্কুলদগী হল্লকপদা ফারগা পোৎশিং অদুগী মরুওইবা ব্রাফম খর মঙোন্দা পিখি। নুমিদাং ব্রাইদদি মীনা তাবদা য়াম্না নুংঙাইগদবা পোৎশক অদুবু থাগৎপা ঈশৈ অমা তেলেগু মরোন্দা ইবা লোয়রে, মদু সুব্বন্নানা নেক্লুবা অঙাং খবনা লৈবক-শোরোক্তা মখুত্তা মমিং-মথা য়াওবা বোর্দ অমা পায়হল্লগা ঈশৈ ওইনা শকহল্লি, অঙাংশিং অদুসু য়াম্না নুংঙাইজৈ। ঙসি ফাওবদা বাবানা মরক-মরক্তা মাগী ভক্তশিংদা অদুগুম্বা অরিবা মতমগী খোলৈ-খোন্দাদু ফাগি ওইনা হেক হেক তাহল্লি।

বাবানা ঈরকপা ঈশৈ অদু মীপুম খুদিংগী লৈতোন্দা য়াম্না থুনা পকখি; মদুগী ফল ওইনা কোতে সুব্বন্নানা বাবাদা লাইরিক, ফি অমসুং দরকার ওইবা পোৎশিং পিখি।

বাবাগী অরিবা ভক্তশিংগী মরক্তা ঙসি ফাওবা হায়নবা ব্রাফম অমা লৈবি; "মহাক মশামক অবতারনি হায়বসি উরবাকোন্দাদা ফোঙখিবনি, অদুগা মাগী মতিক-মগুণ শন্দোকখিবদি কমলাপুবদগীনি"। ব্রাফম অসি, কায়নথংদা বাবাসি অবতাবনি হায়বা খোল্লাও অমা লাক্লবদা কমলাপুবগী মীযাম্না শম্না অমগী চাউথোকপা য়াওদনা বাবাবু য়াম্না থুনা তরাম্না ওকখিবা অমসুং তোঙান-তোঙানবা মফম কয়ামকমদা মীয়াম্না 'বালা-সাই' বু ওকপগী থৌবম অমসুং পুজা কযা পাঙথোকখিবা অদুগীদমক্তা মীয়াম্না পিবিবা সনমান অমনি।

মরক অসিদা ঐখোয়সু শ্রীভগবানগী ২শুবা তাঙকক্কি লীলা শান্নগদৌরিবা উরবাকোন্দাদা থুনা অমুক্তং চৎলসি। সেশম্মা রাজুসু তেলেগুগী ওজা অমা ওইনা মাগী ত্রেনিংদু মায় পাক্লদুনা হল্লকখ্রে অমসুং উরবাকোন্দা হায়স্কুলদা ট্রান্সফর তৌখরে। মসি মানা অফবা খুদম্নি হায়না হরাওনা য়াখি মরমদি মহাক্লা সত্যগা লৈমিন্নদুনা হকথেংননা মশানা বাবাগী মহৈগী থাক অদু য়েংশিনবা ঙম্লগনি।

## *লিবগী চীং* ঃ (THE SERPENT HILL)

উববাকোন্দা হাযবসি চীংঙাক্তা ঙাযবা মফম ওইবনা চীংগী মমিং লৌবগা থোনখিবনি। অহানবদদি মমিং অদু উবগাকোন্দা কৌবমই; উবগা- লিন; কোন্দা  চীং। চীং অসিদা ফুট ১০০ বোম ৱাংবা অচৌবা নুংজাও অমনা মতোক ফন্দোক্লবা লিনগী মওংদা ইন্থোক্তুনা লৈ; অদুনা মফম অদুগী মমিংসি চপচানৈ।

উববাকোন্দা হাযবসি তশেংনমক মবাইবক ফববনি; মবমদি মাগী মযাম্বা, তেলেগুগী অনৌবা ওজা অদুগা লোযননা মফম অদুদা সত্যনবাযন্না চৎখি অমসুং হাযস্কুল অদুদা লাইবিক তম্‌খি লোযননা পুন্সিগী লেঙদ্রবা কেন্দিদেৎ অমা ওইখি। সহব অদুদা মশাবুদি অঙাং অদুগী মিংচৎনা হান্না যৌখি। অঙাংশিং অদুনা অমগা-অমগা হাযনবমই  মাদি তেলেগুগী যাম্না ফববা লেখক অমনি, ঈশৈ যাম্না ফজনা হৈবা মীনি, জগোইদা লাইপোক্লি, ওজাদগী হেন্না লৌশিংশিংবা মীনি; হৌখ্রবা যৌদোকসু খঙবা ঙমই; তুংদা লাক্কদবসু উবা ঙমই। মহাক্কি চপচানা চুমলবা মতিক-মগুন অমসুং ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি পুম্নমক মীপুম খুদিংগী মচিন্দা পকলমই; মবমদি হাযবিবা গুণশিংসি ধ্রুককপৎনম, পেনুকোন্দা, ধর্ম্মাববম, অমসুং কমলাপুবদগী সহবদুদা লাকপা মীপুম খুদিংমক্তা শন্দোক্লমই। অসুম্না লীনবমই অমসুং তানবমই মদুদি মখোংনা খব-খব চৎপা ঙম্লকপা মতমদা ফাওবা মাগী তোপ-তোপ্পা শক্তি অমা লৈবমই মদুনা মখুৎনা হাযফেক্তুং ওৎপদা/হাইবদা উহৈ-ৱাহৈ, লৈ, অমসুং অথুম-অহাওশিং লৌনিংবা মফমদগী হেক্তা পুথোকপা ঙমই। ''কযাদা ঙকখ্রবনো?'' - মখোয অমগা-অমগা হংনবমই।

অঙাং অদগী তৌবা ঙম্বা শক্তিগী মবমদা অতৈ ৱাবি কযা খঙনিংবদগী মখোযনা অনৌবা তেলেগুগী ওজা অদুগী মনাক্তা যোমশিল্লমই। ওজা খুদিংমক্তা বাবানা মিং চল্লিবা সেকসন অদুদা মথৌ পিহন্নিংলমই; খব অমনা লাংতক্লবদগী, খব অমনা ব্যবহাব উৎনিংবগী অদুগা খব অমনা ঙাঙনবিবা পুম্নমক্তু ওইদবা প্রচাবনি হাযনা উৎনিংবা, ফত্তবা ৱাখলদগীনি।

সত্যাসি থুনমক স্কুল পুম্নমক্কুগী খাইদগী লুনা-চান্না তৌবা অঙাং অমা ওইখরে, সহর অদুগী মীয়াম পুম্নমক্কি মিৎয়েং থমফম ওইখরে। মহাক্না স্কুল অদুগী লাইশোল কাংবুগী লুচিংবা ওইরমই। নুমিৎ খুদিংগী মহাক্না স্কুলগী থবক হৌদ্রিঙৈদা ওজা অমসুং ছাত্রশিংনা লাইশোনগীদমক পুল্লবা মতমদা দাইসতা কাখৎলমই অদুগা মানা শক্লকপা লাইশোন ঈশৈগী খোঞ্জেল অদুনা অকোয়বগী নুংশিৎপু শেংদোক্লমই অমসুং ওজাশিং অমদি ছাত্রশিংবু মাগী মাগী নোংমদুগী মথৌদা কৎথোকপগা লোয়ননা তৌগদবনি হায়বা ব্রাখল পোকহল্লমই। মহাক অসি স্কুল অদুগী ড্রমা কাংবুগী হকচাং অমসুং থব্রাই ওইরমই, স্কুলগী শান্নরোইশিংগী যুন্বিরেল ওইরমই, মরমদি মাদি য়াম্না য়াঙনা চেনবা ঙম্লমই, গুদু-গুদুসি শাথিনা তোমথিন ফজনা শান্নবা ঙমই; বোরা-লমজেলদা লম্বা লৈরমদে অমসুং স্কুলগী স্কাউৎশিংগী মরক্তা মানা খাইদগী হেন্না ফবা মীশক ওইরমই।

স্কুল অদুদা সত্য অমসুং ড্রামাগী থৌরমশিং অসিগী মতাংদা ব্রাহৈ অমতং পনবা য়াই। ড্রামাগী ইন-চার্জ ওইবিবা ওজা তম্মি রাজুনা সত্যাদা তেলেগু মবোন্দ ড্রামা অমা ইননবা অমসুং শান্ননবা হাযখি; মদুদা সত্যনা য়াম্না হৈনিং-হবাওনা থব্রাই য়াওনা হোৎনখি। ড্রামা অদু য়াম্না চাউনা মায়পাকখি। অঙাং ওইরিবা সত্যনা ড্রামা অদুগী হেরো ওইখিবা ঙাক্লসু মায় পাকখিবা নত্তে, মপুং ওইবা মরমদি ড্রামা অদুগী মরুওইবা পান্দমদু ঙাঙবনা অমা তৌথোরকপনা অমা হায়বদি চিনগা খুৎকা ওন্ন-তৈনবা পুন্সিগী কোকঙমদ্রবা পাপ পুগনি হায়বসিনসুনি। ড্রামা অদুগী মমিং :"চেপ্পিনত্তু চেস্তরা" - "ঙাঙথোকখিবা ব্রাফমগী মতুং-ইন্না থবক তৌবরা?"- হায়বসিনি।

সিন হাংদোক্নুনা ড্রামা হৌখরে; নুপী অমনা নুপী ময়ামদা ভগবত গীতা পাদুনা মদুদা য়াওরিবা শ্লোকশিং অদুগী অর্থ শন্দোক্লা তাক্লি। মহাক্না হায় : য়ুমগী নুপী অমগী মথৌসি অতোন-অতা তারবশিং, শোয়নাইরবশিং অমদি মশাগী পাঙ্গলনা শুবা নোম্বা ঙমদ্রবশিংদা দান পিবনি, মপাঙ্গল ফরিবা, থবক শুনিংদবা কাঙবুদা দান পিরোইদবনি। অসুম্না নৈনরবা মতুংদা ঙাইহাক লৈরগা ময়ামদু চৎনব্রে; গীতা পারিবীদুগা ঙসাইমখৈ থব্রাই য়াওনা তারিবা মচানুপা অমগতা ঙাইহৌরে। তাঞ্জাসিদা মমিংতাঙবা ভিক্ষারি অমা চংলক্নুনা ভিক্ষা খরদং হাপ্পিরক্নবা য়াম্না

নিন-খোংলবি, অদুবু মহাকপু চৈবগা তানথোকখ্রে, ভিক্ষা হাপখিদবে। মদুগী মতুংদা মশা-মউ য়াম্না চাউ-শাংনা ফবা, ফিজেৎ-লৈতেং নিংথিনা শেৎপা, মরু মবাং থন্না-যাওবা তবং তবংবা কোবিগী প্রাত্র পাযবা, নিংথিনা লৈতেংলবা তম্নবা পাযবা যেংবদা চীংলেম্লবা ভিক্ষাবি অমা চংলকই, মমা অদুনা মতিকচাবা ব্যবহাবগা লোযননা হবাও তযাম্না কৌশিল্লি, চেং অমসুং শেল হাপ্লি, মঙ্গোল পিবিবম্লবা মখোংদা খুকমজে। মতৌ অদু উবদা মচা অদু পুমঙক ঙকখবে; মিনিট খবগী মমাংদা মানা তাকখিবা ৱাফমগী মতুংইন্না থবক তৌদ্রিবা কবিগীনো হাযনা মমাদা হংজে; মমানা খুদক্তা 'ঐখোযনা হাযবিমখৈ থবক ওইনা কননা তৌবা ঙমগদ্গে' হাযনা খুমখি। অহন-লমন্না খনগদবা-হংগদবা ৱাহংবু মতিক-মপা চাদনা মাগুম্বা অঙাংনা হংলিবর্সি থকসি - খাসি লৈতবগী ৱানি খল্লদুনা মমা অদু খব শাওনিংলমই; ইউ: দি: কেবানি ওইবা মপা অদুনা ফাইল খব শুদুনা লৈবিবা ওফিস কাদুদা মচা অদু শোবো-শোবো চিংশিনখিবমই।

মহাক্লা মচানুপাদুদা খুদোংথিবা কযা লৈববা ফাওবদা নিংথিনা লাইবিক তমদুনা ক্লাস মথং-মথং কাবা ঙম্লবা হোৎনগদবনি হাযনা শিক্ষাগী মবমদা লেকচব চাউনা পিবি। খঙহৌদনা স্কুলগী ছাত্র অমা চংলক্লুনা লুপা অমখক্তং মতেং পিবিনবা নিবি; "মাগী ফী পিনবনি, পিহৌদবা তাববদি মমিং ককখ্রগনি, স্কুল কাগদবা চাং যৌদদুনা মথংগী ক্লাসতা পুখৎপিববোই" অঙাং অদুনা হাযজবিবনি। মপা অদুনা শেল অমতা লৈত্রে, নংনা থাজদ্রগা যেংউসে হাযদুনা অহাঙবা শেঙ্গাওদু উৎখি। শেল পিখিদবে। মিনিট খবগী তুংদা মাগী ওফিস্তা থবক তৌমিন্নবা নহা ওইবিবা কেবানি খব চংলক্লুনা নোংম নিনিগী মন্দা মখোযগী ওফিস্তা লাক্কদৌবিবা ওফিসাব অদু অহানবা ওকপগী চাকলেনগীদমক দান খব তৌবিনবা হাযবৈ। ৱাফম অদুদা মপা অদু যাম্না হবাও মথোই কাবে, ওফিসাবদুনা মখোয পুম্নমকপু পেনবিনবা ফজনা চিংলেম্না পাঙথোক্কদবনিকো হাযবগা মদুদা মহাক ৱাহৈ খবসু ঙাংগে হাযখি লোযননা দ্রোবাব চিংথোক্লগা লুপা ২০গী অচৌবা শেনফম অমা পিখি।

মপাগী থৌদৌ অদুদা মচা অদু হেক খঙনুং-নুংঙাইখিদে অমসুং মপাদা কবিগীদমক্তা মানা ঙাঙখিবদুগী মযোক্তা থবক তৌবিবনো হংখি, কবিগীদমক ছাত্র অদুদা ওইদবা ঙাঙখিবনো? মদুদা মপা অদুনা শাওনা মচাদা ওনশিল্লগা

'চেপ্পিনত্তু-চেস্তরা' - ঙাংলিবমখৈ থবক ওইনা তৌগদরা ? হায়খি। য়াম্না শাওনা মচাদা খুদক্তা স্কুল চৎনবা অকনবা য়াথং পিখি।

মথংগী সিন অদু স্কুলদা ওইরে। দ্রামা অদুদা কৃষ্ণ শাবিবসি সত্যনি। কৃষ্ণনা স্কুল মনুংদা চংখরে। মথংগী নুমিত্তা ইন্সপেক্তরনা স্কুল যেংমা লাক্কনি তাবদা ওজা অদু ইতপ-তপথরমদে, মশাদু য়াম্না তফিং-তফিংবগুম তৌরমই। ইন্সপেক্তবনা হংবদা খুন্বা ঙম্নবা অঙাংশিংদু য়াম্না নিংথিনা মমুৎ তানা তাকপি-তম্বিরি। মহাক্না হায় : ইন্সপেক্তবনা নখোয়দা পবা কয়া তম্লবগে হায়না হংলকপা যাই। নখোয়না তমখ্রিবদি ২৩দনি, অদুবু ৩২নি হাযনা খুমগদবনি। অদুনা ইন্সপেক্তরনা লাকপা মতমদা পরা ৩৩শুবা - 'হরিশচন্দ্র'গী মতাংদা লৌথগনি হায়না মহাক্না অঙাংশিংদুদা হায়বমই; অদুনা মথংগী নুমিত্তা ইন্সপেক্তবনা হংবদা অঙাংশিংনা থুনা ফৎ-ফৎ খুন্বা ঙম্নবা পরা অদু তম্বিরমই; অদুগা করিগুম্বা নখোযনা ৩৩শুবা পরা অসি হান্ননা তমখ্রবনি হায়না চিবোন-চিবোন তৌবদগী ইন্সপেক্তবনা খঙখ্রবদি য়াম্না মরুহকপা দণ্ডি পিগনি হায়নস্য কিহল্লমই। "হযেংদি পবা অদু অহানবা ওইনা লৌথবনি হাযবসি পুম্নমক্না মালহনগদবনি" হায়বগা হবিশচন্দ্রনা অচুম্বগীদমক কৎথোকখিবা ময়াম অদুগী মতাংদা পরা মখা তম্বিরমই। ক্লাস অদু লোয়রগা অঙাং পুম্নমক মপান থোকখ্রে, কৃষ্ণ মথন্তা কাদুদা লৈহৌরে; নুমিৎ অদুদা মানা হান্ননা মাংজৌননা অনিরক হংখ্রবা ব্রাহং অমা হংখি :"নশানা পিবা পাওতাক অদু নশানা ইন্দ্রিবা করিগীনো?" হান্নগী পাওখুম অদুমক হন্না ফংখি :"চেপ্পিনত্তু-চেস্তবা" - নঙনা হায়বিসিবু পাওতাক পিরিবা মীদুনা পাওতাক অদুমক ইনগদবনি হাযবগী ব্রারা? ওইদবা! ওইদবা! মফম খুদিংদা ওইদবা !

দৃশ্য অদু হৌজিক কৃষ্ণগী যুমদমুক হোংজিনখ্রে। মথংগী নুমিৎনি, স্কুল মতম যৌবে, অঙাং অদু স্কুল চৎলু যাদবে। মাগী লাইরিক পুম্নমক হুন্দোকখ্রে, স্কুল চৎপসি মতম মাঙনবনি হায়দুনা চৎলু ময়াখিদবে। হৈনিং-হবাওদ্রবা মমা-মপানা মাগী ওজা কৌহল্লুবদা হোবে-হোবে চেল্লক্লমই। অদুদগী কৃষ্ণনা হাযবকই :"নখোয়না ইমা, ইপা, গুরু ওইনা তম্বি-তাকপিখিবা পুম্নমক ঙাংননবা অমসুং ইননবা খক্তা ওইরবা অমসুং তমলুরিবা পুম্নমক্তু থবক ওইনা পাঙথোক্লমদাইদা হুন্দোকখিবা তাববদি-করিগীদমক্তা ঐনা অমুক তমলুগদৌরিবনো হায়বসি ঐহাক ভাব তাবা ঙমদে"।

ব্রাফম অসিনা মামা, মপা অমসুং গুরু অহুমবু-মমিৎ পাঙহনখ্রে হায়বদি ভাব তাহনখ্রে। মখোয়না অঙাং অদুবু মখোয়গী গুরু ওইনা থাগৎলে লোয়ননা মতুংদদি অচুম্বতা ঙাঙনবা অমসুং অচুম্বতা তৌনবা ব্রারেপ্লরে।

মশাগী চহি ১২ শুরকপা মতমদা সত্যনা ইখিবা দ্রামা অদুগী ঈচেলদু মসিনি। ঐনা মসি খজিত্তং মপুং ফানা ইখিবগী মরমদি নহা ওইরিবা সাই-না য়াম্না শাংনা উবা ঙম্বগী লৌশিং অমসুং মহৈ-মশিং তম্বদা থব্রাই য়াওখিবগী মওং অসি পারিবশিংনা খর হেন্না ময়েক শেঙনা খঙজবা ঙম্লবগীদমক্তনি।

সত্যসি মমল য়াম্বা পোৎ মাঙখ্রবশিংনা য়াম্না থুনা থিনরকলে; মরমদি মাগী নুংগী মিৎয়েং অমনা কদায়দা করি পোৎ লৈবগে হায়বা খঙবা ঙম্বগী মগুণ লৈ হায়বা মিংচৎ অদু উরবাকোন্দাদা পুরকখিবননি। বাবানা হায়, মতম অদুদা মানা তৌরম্বসি মাঙখিবা পোৎ অদুনা লৈরমগদবা মী অদুগী মমিংগী ময়েক অহৌবা অমসুং অরোইবা অদুতং খঙহনবতনি। মদুগী মখাতাবদি মানা মানা লৈজবা শক্তিগী মতুংইন্না পোৎ অদু ফংনবা হোৎনহনবতনি।

থৌদোক অমতংদি ঐখোয় খঙমিন্নবা যাই। ওজা অমগী য়াম্না মমল য়াম্বা কলম অমা মাঙখিরমই অদুনা মানা সত্যদা কলম লৌরিবা মীশক অদু কনানো হায়বদু হায়দোকপিনবা থেন্লমই। সত্যনা মীনায় অমগী মিং পিরমই; অদুবু ওজা অদুনা মদু যারমদে, মরমদি মীনায় অদু মাগী য়াম্না হায়বা ইনবা অমসুং পুকচেল সেংবা মী ওইবননি। অদুগীসু মথক্তা, মীনায় অদুনা চৎথোকখ্রিঙৈদা মানা লৈরিবা কাদুদা থিবদসু করি অমতা ফংখিদে। অদুবু সত্যগীদি মানা হাযখিবা ব্রাফমদুদা অদুম হোংদনা লৈরমই অমসুং মখা তানা হায়রমই মদুদি কলম অদু আনন্তপুরদা তন্নিবা মচাগী মনাক্তা থাখ্রে, অমসুং অচুম্বা ব্রাফমদু প্রমান তৌগে হায়রমই। মরম অদুনা সত্যনা অঙাং অদুগী মপানা হায়বগী মওংদা চিঠি অমা ইহল্লমই, মদুদা হকচাংগী মবমদা খর হংদোক-হংজিন তৌরগা কলম অদু ইবা নুংঙাইরিব্রা? মদু চেকশিন্না শিজিন্নৌ, মীনা হুখিগনি, মমলয়াম্বা পোৎনি... হায়না ইহল্লমই। চিঠি পাওখুম হল্লক্লবা থিকানা ইরবা চিঠি খাও অমসু হাপখিরমই। নুমিৎ মরিনিগী মনুংদা পাওখুম অদু ওজা অদুগী মখুত্তা য়ৌরকখি। "কলম অদু নিংথিনা ইরি, মমল য়াম্বা পোৎনিনা মাঙখিদনবা নিংথিনা শেন্নরি লোয়ননা নুংশিরবা ইপাদগগী

ফংজবা মমল য়াম্লবা খুদোল ওইবনিনা"। অসুম্না, সত্যগী অঙকপা শক্তি লৈ হায়বসি তশেংনা খঙহনথ্রে; মীপুম খুদিংনা মাবু ব্যবহার তৌরমই।

সিরদি সাই বাবাগী পুন্সিদা থোকখিবগুম সত্যগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক অমদগী উরবাকোন্দাগী সধারন মীয়ামগী নুংশিবা প্রেম ফংজখি। মফম অদুগী মুসলিম অমনা মাগী মীনা হুখ্রবা নত্রগা হল্লকখিদ্রবা শগোল অমা য়াম্না মীপাইবগা লোয়ননা থিরমই ; ইবুংঙো মাদি কনাননো, কদায়দা লৈ হায়বসি খঙই। শগোলদুনা মাগী হিংনবগী অমতা ঙাইরবা উপাইনি, মরমদি মাগী শাগোল গাড়ি অমা লৈরমই, মদুনা মী অমসুং পোৎ হোনবদা নোংমদা লুপা ১/২ ফংলমই। হৌজিক্তি মা তৌফম খঙলমদ্রে, মফম খুদিংদা থিরুরে, মাগী মরুপশিংনা মফম পুম্নমক্তা হুমদুনা থিরুরে; ফনা য়াম্না চৎলুরে, অদুবু মফম অমতদা লৈবগী খুদম ফংখিদ্রে। মমৈথংদা কনাগুম্বা অমনা লৈকায়গী হায়স্কুলদা তম্বা সত্য কৌবা অঙাং অমা লৈবনি হায়না তাকপিখি। মহাক্কি মনাক্তা লাক্লমই অমসুং অৱা-নুংঙাইতবা পুম্নমক হায়জরমই।

সত্যনরায়ন রাজুনা সহরদগী মাইল ১ $\frac{১}{২}$ রোম  লাপ্পা মফম অমদা খুদক্তা চৎনবা হায়বমই অমসুং হায়রিবা মফম অদুদা য়াম্না চিক্লা করি অমতা থৌ-ৱা শাদনা, মোঙহাদনা শজিক চাদুনা লৈরমই। থৌদোক অসিনা মুসলিম মরক্তা সত্যসি অঙকপা-অঙাংনি হায়না য়াম্না ফাওরমই। অসিগী মতুংদদি শগোল-গাড়িৱালা খুদিংমক্লা যাম্না তোয়না স্কুল কারকপদা নত্রগা কুমলকপদা বাবাবু মখোয়গী গাড়িদা তোংবিনবা হায়জরমই। বাবানা তোংবিরগা মখোয়গী গাড়িদা মঙ্গোল খয় ফংনবগীনি।

অঙাং অসিগী পুন্সিগী ঈচেলদা অসুম্না মথং-মথং সুম চেন্থরমই; মরক-মৱক্তা অঙকপা মঙান মরিক খর খরসু লোয়নরকই; অসিগুম্বা চহি ১৩দা ঙাইরিবা অঙাং অসিগী হকচাংদা লোয়নরিবা য়াম্না শক্তি-লৈবা অমসুং চিং লেম্নলবা মঙালশিংগী মনুংদা চুম্নতগী মরিক অমখক্তনি। শোক ১৯৪০গী মার্চ তাং ৮দা য়াম্না চাউবা অমুবা বৃশিক অমনা সত্যবু চিকখ্রে তাবদা সহর অদুগী মীপুম খুদিংমক থম্মোয় শোক্লখি। লিনগী মকোক ময়াম পানবা নুঙ অদুদগী উরবাকোন্দ হায়বা মিং অসি কৌখ্রবা সহর অমসুং মসিগী অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গং ময়াম অসিদা

কন্না থাজনবা অমা লৈ। মদুদি মফম অসিদা লিন্না চিকখ্রবা নত্রগা বৃশিক্লা চিকখ্রবদি কনা অমতা হিংবা লৈত্রে। চীংদুম অদু লিন অমনা হু চেল্লবা মবৈ অদু তিংথোক্তুনা চিক্কদবগী মঙক থাঙ্গত্তুনা লৈবগুম উহল্লি; মবম অসিদগীনি যাম্না তমথিববা অনধবিশ্বাস অদুবু কন্না থাজনবিবসি। মতম অদু নুমিদাংগী পুং ৭ লোম তাখ্রে, সত্যনা খঙপ্রেক খংনা যেৎথংবা খোঙবিদু পাযবগা চোংখৎলমই।

অদুম ওইনমক বৃশিক অমতা মফমদুদা থেংনখিদে, অহিংদুমা সত্যনা চৈনাখোল অমতা লৈতবগী মওংদা তুমখি। মীপুম খুদিংমক অৱাবা ব্রাখলদু খব হন্থববগুম তৌবমই অদুবু মথং নুমিৎকি নুমিদাং পুং ৭তা অমুক হন্না লাঙতক্লবা বাখল অদু ফাওবকখি : সত্য জ্ঞান তাদনা তুমখবে, মশা অদু চপ তিংখ্রে, বা অমতা ঙাংখিদ্রে, নুংশাশ্ববদু খব পিকথখ্রে।

অসিগুম্বা থবক অমা হৌজিক থোক্লবদি ভক্তশিংনা থোইদোক্লা অৱাবা ফাওববোই মবমদি বাবানা মাগী হকচাং থাদোক্লল্লগা অতোপ্পা মফমশিংদা আত্মা শক্তি/প্রান শক্তিনা হেক হেক চৎপগী থবকসিদা হৈনববনিনা। অদুবু অসিগুম্বা খোঙচৎ অসিদা থোইদোক্লা ভাব তাদ্রিবনিনা মযাম্বা সেশম্মা বাজু অমসুং অতৈদি নুংশা থিবমই; বৃশিক্কি হু ওইবদুনা পুং ২৪গী মনুংদা থম্মোযদা শোকহল্লকপা ওইবম্বা যাই হাযনা মখোযনা লৌবমই।

মবম অদুনা সেশমা বাজুনা ডাক্তব অমা কৌবমই; ডাক্তবদুনা হিদাক অমা কাপলমই অদুগা মিকসচব খব থমলমই। অহিং চুপ্পা সত্যদু জ্ঞান অমতা তাদে হাযনৈ। অযুক্তা ডাক্তব অমুক হন্না লাকখি অদুগা অঙাং অদু খুদোংথিববোই হাযবমই।

অহিংচুপ্পা জ্ঞান তাখিদে হার্যাববা অহিং অদুদা থৌদোক অমা থোকখি; মদুদি মহাক থোইদোক হেন্দোকপা মওংদা জ্ঞান তাখি (Supraconciouness)। চীং অদুগী মনাক্তা লৈবা মুত্যালম্মা কৌবা ঈশ্বব অদুবু খুকমজগদবনি হাযনা মীওই খবনা হৌদোবকখি মবর্মাদ মহাকসি ফত্তবা ভুত-প্রেৎ খবনা মশাদা চংখ্রে। মবম অদুনা মীওই খবনা থুনমক লাইশঙ অদুদা চৎখিবমই অদুগা কৈবাক স্রমদা কুমথদুনা শেঙলবা লাইমাংদুদা লৈ, ধুপ কত্তুনা পুজা তৌজবমই লোযননা যুবি অমসু থুগাইদুনা কৎলমই। চীং অদুগী মনাক্তা মখোযনা মসি হেক তৌবগা লৈবিবা

পুম্নমক্লা জ্ঞান তাদ্রি হায়নরিবা সত্যনা হায়খি : "য়ুবি অদো মশুং অহুম থোক্লা কায়রে"। লাইদা কৎপগী প্রশাদিদু পুরগা হল্লকপা মতমদা য়ুবি মশুং অহুম য়াওরকখি, মহৌশাদি মশুং অনিদা থোক্কনবনি।

নোংমা নিনিগী মনুংদা সত্য হৌগৎখরে অদুগা ময়ামগা মান্নদবা, তোপ-তোপ্পা শাজৎ অমা চৎপা হৌরক্লে। মসিবু করিগুম্বা মতমদা "মী অমা ওইবগী গুণদু মপুংফানা হোংদোকখ্রবা" (Complete transformation of the personality ) হায়বদি "সত্যসাইগী হকচাং অদু সিরদি সাইগী হকচাং ওনখ্রবা" হায়নসু হায়নৈ। অচুম্বদগী করি অমতা লাপথোকপা ঙমলোই। অসিগুম্বা শক্তি উৎপগী থবকসে বাবা মশানা অদুম হৌদোক্লবনি হায়না হায়খ্রে, মরমদি ইচম-চম্বা অঙাং অমা ওইনা মচিন-মনাওশিংগা, মচে-মচলশিংগা, মমান্নবা ছাত্রশিংগা, অতৈ-তোঙান-তোঙানবা কাংবুগা সুম শান্নমিন্নদুনা ঙাইদুনা লৈবসি ঙমলক্কে। (হায়বদি ভক্তশিংগা লোয়ননিংলে হায়বনি)। মহাক্লা হায়খিবা মতুংইন্না, মহাক অসি সংশ্বার অমসুং মসিগী পোৎশকশিং অসিগী ৱাংমদা লৈ হায়বসি উৎনিংলমই; হুনা নত্রগা সংস্বারগী পোৎশক অমতনা শোকহন্বা ঙমদবা মহাকপু মমুনা থিনগদবা বৃশিকঅমতা লৈরমদে।

মবক অসিদা উরবকোন্দাদা থোকলিবা থৌদোক অসিগী মবমদা সেশমারাজুনা পুত্তপার্তিদা পাও থাখ্রে। মহাক্লা ইখ্রে মদুদি সত্যনা কনাগুম্বা অমতনা মঙোন্দা ৱা হায়বদা খুমদ্রে; খরদং চাহন্নবা হোৎনবসি শাথিনা অৱাবগী মশক ওইরে, অয়াম্বা মতমদা তুমিন্না লৈরগা মতম লেল্লি, অদুবু করিগুম্বাদা ঈশৈ শক্লি, কবিতা থীবি, করিগু ম্বদা সংস্কৃত শ্লোক অশাংবা থীরি, করিগুম্বদা খ্বাইদগী ৱাংবা বেদান্তগী মবমদা ঙাঙলি, মমা মপানা মফম অদু য়ৌবদা চায়োল অমরোম চংখি; য়ুমদা তম্বা ঙমদবা থৌদোক খর অমদি হায়ঙমদ্রবা খুদোংথিবা খরনা থেংহনখিবনি অমসুং লাংতক্লাবা হেলহনখিবনি।

মমা-মপানা মতমচানা লক্ত্রবদা সেশমারাজুদু তৌফম খঙখিদে; মহাক্লা আনন্তপুর ফাওবা একাগারিদা চৎলগা মদুদগী বুককপৎনম অমসুং পুত্তপার্তি চৎপিনবা মী অমা ফংখি; মমা-মপাগী মনাক্তা য়ৌবা য়াবা চৎকদবা লম্বিদু তাক্লিঙৈদা সত্যনা মরক থৎলনা হায়রক্লমই: "করিগীনো? হৌজিক নহাক্লা মী

ফো:

থাবগী দবকাব লৈত্রে, মবমদি মখোয পুংখায অমগী মনুংদা অসিদা যৌবক্লগনি;" অওইবমক্কি, মখোয মহাক্লা হাযখিবদুগা চপচাননা, মিনিট ৩০ গী মতুংদা মফম অদুদা যৌবকখি।

সত্যনা লৈবমলিবা ফিভমদু উবদা মমা-মপাশিংদু অকিবা অমা ফাওবমই; মখোযনা খল্লমই মদুদি মাদি যাম্না অণ্ডকপা মওং অমগী লমচং শাজং চংলি, ঈশৈ শকই, ব্রা ঙাংই। যাম্না তোযনা ়োযনা মশাসি চপতিংই অদুগা মশা থাদোক্লমলগা কবি গুম্বা মফম অমদা চংখিবগুম তৌই। পুম্নমক অসুক্কি মতিক অণ্ডকপগী মশক্লি।

কো'

নোংমদি সত্যনা মাগী অকোযবদা লৈবিবশিংদু কবিশু থৌশাদনা মহৌশা মহৌশগুম হিপতুনা লৈবিঙেদা মাগী যুমথংনবদা লৈবিবা শাস্ত্রিদু কৌবকউ হাযবমই। মহাক্লা হুকুম তৌবমই: "মহাক্লা ভাগবতমদু পুমলান লান্না পাবে; অৱান্বা মওংদা ব্যাখা তৌবে। চংলু অদুগা মাবু সিদা পুবকউ"। তৌববুদি শাস্ত্রি অদু লাকলোই। "মাগুম্ব মবোলসু থোক্তবা মানা সংস্কৃত ভাগবতম অসিগী মবমদা কবি খণ্ডগদৌবিবা অদুগা হৌজিক্তা ঐনা মসিদা লৈবিবা মীশিংসিদা তাকখিবা অর্থদু কদাযদা চুম্বা, কদাযদা লানবা মানা কমদৌনা খণ্ডগদৌবিবা? অদুগা মানা কমদৌনা তাবিবা? মাগী মথৌ অদুম তৌ হাযযু " অসুম্না শাস্ত্রি অদুনা হাযবমই অমসুং মাগী থবক্তু মখা অদুম চংথখিবমই। অদুবু বাবানা মা কৌকুগদবনি হাযদুনা অদুম তক্লমই, অদুনা মমা মপাশিং পেনজনবগীদমক্তা মহাক লাকপা তাবমই; মমা মপাশিংদুনা হাযবমই: "লাক ও, অঙাং অদো নোল্লুকপগী মবমদা পবা অমতা তাকপিবমসে। মদুনা অদুম যাগান। মহাকি থব চাউশিল্লক্লবসিদদি ৱাবকপগা কযা যাবক্রে।"

ফো'

মমত

মণি

শাস্ত্রি অদুনা থুংলববা মতমদা মানা তাকখিবশিংদু অমুক হলহনখি অদুগা মানা শোযখিবা মতাংদু পুথোকপিবমই; অদুদগী ৱাহং মথং-মথং হৈথবকলমই - 'বলিগী মপা কনানো? "বাবন কবম্বা মতমদা পোকখি? গরুবগী মচন কনানো?... অসিনচিংবা। ৱাহংশিং অসিনা শস্ত্রি অদু খুম্বা ঙমদবদগী লৈমাযদা লুকথখি। মমৈথংদা শাস্ত্রি অদু বাবাগী মখোঙদা খুকমজখি অমসুং মানা কৌবদা খুদক্তা লাকখিদবা অদুগী ঙাকপিনবা হাযজখি।

অনন্তপুরগী ডিষ্ট্রিক মেদিকেল ওফিসারদু মতমদুদা উরবাকোন্দাদা লৈরমই, মঙোন্দা বাবাবু য়েংলিবা ডাক্তরদুনা চংজরমই; অনাবাদু বৃশিক্লা চিকপনি হায়বদু মরী লৈনদে, মসিদি শারৈ হৌবগী অনাবগুম্বা, শক্তিং হৌবগুম্বনি অদুনা হিদাক পিজরগা য়েংগদবনি হায়না মাগী মোত্ পিরমই।মদুমক য়াম্না চেকশিন্না নুমিৎহুম্নি চংথরমই অদুবু মাগী হান্নগী অমুক নোকপা, অমুক কপ্পা, অমুক ৱা পংঙাংদা ঙাঙবা, অমুক তুমিন্না লৈবদুদি অদুম তৌরমই; মানা ঈশৈ শকলমই, ঈশ্বরগী মরমদা ৱা ঙাঙলমই; কনা অমতনা হান্না চংখিদ্রিবা লাইফম কয়াগী ৱারি লিরমই; পুন্সি হায়বসি দ্রামানি হায়না মানা লাউথোক্লমই। পাঞ্জিশিংনা মাগীসি ভুত তোংবনি হায়রমই; মমাংঙৈদা য়ুম্ খনবদা চেকশিন্দে হায়না সেশমারাজুদা চৈ-থাংলমই। মেজিক হৈবা কাংবুনদি মদু খঙকি কিখিবদগী শিংলিশিংদা শোকখিবননি হায়রমই। পুবোহিৎনদি ময়াম্বদা লাইশঙদা রুদ্রঅভিসেক তৌনবা হায়রমই। অশিঙবা কাংবুনদি তৌরিবা পুম্নমক্তু করি অমতা কান্নগদবা মান্দে হায়না মঙক নোম্লমই অমসুং ঈশ্বরগী নোংদম্বু কনানা খঙবা ঙমগদগে হায়না চিবোন চিবোন ঙাঙনরমই।

সেসমারাজুদো নুংশিবিবা মীয়াম অমনা পুময়োম য়োমশিল্লমই অদুগা অঙাং অদুগীদমক মানা-মানা ফগনি নিঙবা লায়েং কয়া অমা তাকশিল্লমই। মমৈথংদা মানা ভুত য়েংবা হৈবা অমা পুরক্লমই। মাবু হেক উবদা সত্যনরায়ন্না শীঙনবগা লোযননা মশাদা হায়রমই : "লাও! নঙনা ঐবু নুমিৎ খুদিংগী পুজা তৌরক্লিবনি, হৌজিক নঙ লাক্লেদনা ঐবু পুজা তৌবা অদুগা শেঙদোকপা" ভুত য়েংবা ডাক্তরদু মানা ইরাৎচরিবা ইস্তদেবতা অদুনা চেকশিন ৱাহৈ হায়বদু তারমই অমসুং লায়েংশেল ফাওবা লৌবা কাওমবখৈ তহা-তহানা চংখিরমই। মহাক্লা ময়াম্বদা অঙাং অদু য়াম্না ব্যবহারগা লোয়ননবা পাওতাক পিরমই, মরমদি মহাক ভুতনা নাহনবা নত্তে, ঈশ্বরগা শম্নবননি।

মমা-মপাশিংদু নিঙবা কায়রমই। মখোয়না সত্যদু পুত্তপার্তিদা পুরকলমই অদুগা হেন্না নুংশাথিবগা লোয়ননা মাগী মওং-মতৌ য়েংলমই। অঙাংমশানা তুমিন্না লৈবা নত্রগা ঈশৈ শকপা নত্রগা পাওজেল পিবগী থবকশিংসি হেন্না-হেন্না কনশিলহল্লমই। মহাক্লা খঙহৌদনা মচেশিংদা হায় : "লাই ময়াম অতিয়াদা চংলি, মসিদা আর্তি কংলু"। মানা হায়; মাগী স্কুলদা লাইরিক তম্বদু য়াম্না য়ৈখাইবা পিরে;

অদুগা লাইবিক পাবা অমসুং ইবগী কান্নবগী মবমদা খুদক্কুদা ইবগা ঈশৈ অমা শকই; অদুগা লৌনম্বা মহাজন অদুনা লাইবিক হৈজদবা খুঙ্গংগী মীযামদুবু কমদৌনা নমথাক তৌবিবা! উববাকোন্দাদা হল্লকপদসু বেল্লবিদা ডাক্তব অমদা যেংহনখি অদুগা ধর্ম্মভবমদা অমদসু যেংহনখি। অদুবু ডাক্তব মচা-মচাশিংদুনা কবি লাইওং হাযগদৌবিবনো? মখোযগী স্তেতোসকোপ অদুনা ঈশ্ববগী শ্বহোনববু খঙবা ঙমলোই, নত্রগা থৱাইনা তং-তং তৌবিবদু খঙবা ঙমলোই, মীওইবগী চৎন-লোনচৎ পুন্নমাক্ত বাংবদা লৈখ্রগে নিংখ্রবা পবমাত্মা অদুবু খঙবা ঙমলোই। সত্য মশামক্লা নোংমদি মমা-মপাদা হাযখি:“নখোযনা অসুম হাযনা ৱাবিবা কবিগীনো? নখোযনা খন্নবিবা মফমদুদা চৎলুবদা ডাক্তব অমতা লৈবমলোই; কবিগুম্বা লৈবম্লবসু মহাক্লা ঐবু লাযেংবা /ফহনবা ঙমালোই”।

পুত্তপাতিদসু ভুতকী ডাক্তর্বাশং কৌবমই; মবমদি অনাবা অমগী হেক অহানবা লাইওংসি খুঙ্গং অমা নত্রগা অমদা ওইববসু মহৌশানা ফত্তবা-মহৈ (Black magic) নত্রগা ফত্তবা ভুত প্রেৎনা তোংবগী ওইগল্লি। মী অদুনা যৌবক্নুনা মাগী কাদা ফল্লগা থৱাই অদুবু পেলহল্লগা ফত্তবা ফলশিংদু যাও নত্রগা উচেক অমদা শিন্নখিনবা কৎকদৌবিবা পুজা অদুগী চঙগদবা পোৎলমশিং মথং-মথং হাযবকপদা বাবানা নোক্লা-নোক্লা মানা কাউখিবা পোৎলমশিংদু নিংশিংবিবমই। মখোযনা তৌগদৌবিবা পুম্নমক অদুগী অবা অনা কযাদু যেংবদা ফনদুম নুংঙাইনি হাযবগী মতাগুম খাঙলগে নিংঙ্গে।

অদু নত্রগদি, কদিবি মনাক্তা ব্রমনা পল্লিদা চৎথখিবা লাযেংবদুদা চহি ১৪তা ঙাইহিববা অঙাং অমনা যাম্না আকিবগী মশক ওইববা লাযেং অদুবু কবম্না খাঙবা ঙমখিবগে হাযবসি ঐখোয ভাব তাবা ঙমদে। মসি যাম্না খাঙবা কনবগী শাংলবা ৱাবিনি [illegible] মপুংফানা নৈনবা যাবা ৱাফম্লি। অৱাবনা লাইপু ওইববা মমা-মপাদা কনাগুম্বা অমনা পাও অমা পিবমই, মদুদি ‘শক্তি’-পূজা তৌবা নুপা অমা লৈবে, মাগী মমাংদদি ভুৎ-প্রেত অমতা মমৈ হাযগৎপা ঙমদে, পুম্মাং-মাঙখি। মানা সত্যবু শোযদনা মপুংফানা লাযেংবা ঙমগনি অদুগা অমুক হন্না স্কুল চৎহনবা ঙমগনি-মখোযনা হাযবম্বনি।

মবম অদুনা ষনগাডিদু থৌবাং তৌবমই অদুবু ষনশিংবু চৎলু যাবমদে। লম্বিদা খুদোংথিবা কযামকম লৈবমই- অনাবা, লাযহৌ, খোঙহাম্বা,... অসিনচিংবা। মমৈথংদা মফম অদু যৌবদুনা লাযেংবগী থবক অদু ভুৎ-প্রেতগী লাযেংবদা ফাওববা-নুপা অদুদা শিন্নবমই।

নুপা অদু য়াম্না চাউ-শাংবা, যেংবদা কিবা, মমিৎ কোবিমুক ঙাঙবা, লমচৎ-শাজৎ খব লুফাত্তবা। মহাক্না হেক হৈজবা পুন্নমক হোৎনবমই, ঈতনা কোইশিনবা লৈই অকোইবা অমগী মযাযদা ফমহল্লগা অহানবদা উচেক অমা বল্লি কৎলমই, মথংদা যাও অমমুক কৎলমই। মহাক্না হেক খঙবা মন্ত্র-যন্ত্র পুন্নমক শোল্লমই, অদুবু কবি অমতা কান্নবমদে।মহাক্না অঙাং অদু লৌথোকপসু যাবমদে মবমদি অঙাং অদু মঙোন্দা শিন্নববনি হাযনা খল্লমই অমসুং মাগী শক্তিগা লাইগী শক্তিগা অনিগী মবক্তা কনানা হেনবগে হাযবগী চাংযেং অমনি হাযনা মানা লৌবমই অদুগা অঙাং অদুদি মাইবা অদুনা ঙমদ্রবদুদা নোক্লমই। অকনবা অহলশিংদ ফাওবা চাংযেং তৌদ্রিবা মওং কযাসু অঙাং অদুদা তৌবমই' খুদম ওইনা - মহাক্না অঙাং অদু মক কোকথোক্লমই অদুগা থৌববা খুৎলাই অমনা মকোক্তা কাবল অহুম চিংলমই-লবাইদগী লাইবক লোমদা। সত্যনা শম্না অমগী চৈনাখোল উত্তনা ফল্লমই। কাযনথংদা মানা হংলমই :“অব্রা-অনা পুন্নমক্তুদা কযাম খাঙবা কনবগে হাযবদু উববা মক্তদা অমদি অকি তুজুং পুন্নমক্তুবু পিক্লিবা অঙাং অমগী শক্তিনা কবিশু নাচুংখিদ্রবা ফাওবদা নঙ হৌজিক ফাওবদা ঐ সাই বাবানি হাযবসি ভাব তাবা ঙমদ্রিববা অদু ওইববদি নোংমা যাইফববা নুমিৎ অমদা ঐ সাই বাবানি হাযনা লাউথোবক্লবদি নঙ কমদৌগনি ?”। “ঐহাক অসে মীওইবগী অবা-অনা নত্রগা নুংঙাইবনা শোকহনবা ঙমদ্রবা ঈশ্বরগী ওইবা পোৎশক্না শাবনি, হাযবসি খঙহনবা পামখিবনি” - মহাক্না হাযখি।

কোক্তা লেনথৎপদগী ঈ চেন্থববা অশোকপা মফমদুদা চমপ্রা মহি, চনম মহি অমসুং অতৈ অশিনবা হৈগী মহি শুমজিল্লমই। যাম্না নিঙবা কাযবগা লোযননা পুন্নমক অদুবু য়েংলিবা মমা-মপাশিংদু যাম্না ঙক্লমই, মবমদি অঙাং অদু মপি লিক্লা অমা ফাওবা তাবমদে নত্রগা অনাবা খাঙবগী শ্বব মপি অমা ফাও হোৎখিদে। শক্তি - পুজাবি অদুদি হেন্না শাথিবা-তমথিবা হেনজিল্লকখি; মতম খবগী ওইনা

নুমিৎ খুদিংগী ঈশিং অহৈংবা চফু অথনবা ১০৮ অয়ুক্তা অঙাং অদুগী মকোক্তা হৈননবা থৌরাং তৌরমই। মদুসু হৈথরমই। অসুম্না মানা তৌবা য়াবা পুম্নমক চৎথরবদা মমৈদদি অতৈ পাম্বে লৈরক্লে। অঙাং অদুবু পুরিবা ফত্রবা ভুত অদু মায়থিরে হায়বা য়ারমদে, অমসুং মহাকপু থাদোক্লগা অতোপ্পদা চৎপ্রগনি হায়না লাউরক্লমই। মহাক্লা অরুম্বা চৈ-অমনা অঙাং অদুগী তাংদা হায়বদি শরু তাইনফমদা ফুরমই, মদুনা মানা চৎ-খোৎপা মতমদা লোয়নরিবা মনুং কনবা লাইহৌ,(Stay fever) তুমিন্না লৈবা কান্দনা - বোক-ফিভর অদু তাম্হোক্লবনি।

হৌজিক্তি, মরমঅদুনা, মহাক্লা খ্বাইদগী কনবা খুৎলায় শিজিন্নরগে হায়না লেপলে, মদুদি খ্বাইদগী অকনবা-শাথিবা ভুতনা খাঙবা ঙমলোয়দবা 'কলিকম' হায়বা হিদাক অদুনি। মসিদি মীওইবগী মশাদা অৱা-অনা পিবদা মসিনা মরোইরে হায়বা হিদাক ময়ান্নি। মদু মহাক্লা সত্যগী মমিত্তা হাপচিল্লমই; মদুগী ফলনা সত্যদা ওইরকপা ফিভমদুদা মমা-মপাশিংদু খঙনুং-নুংঙাইখিদে। মকোক অমসুং মমায়দু মশক খঙদবমখৈ পোমখৎখরে, ঙাংশঙ ঙাংপ্রে, মদুগী মৈচাক অদু মনাক্তা ফম্বা মীশিংনা মশা-মশাদা নাবগুম ফাওপ্রে। মমিত্তা মপি ওরো-রো শিঙ্খপ্রে, অনাবগী চৈনাখোললনা মশা পুম্নমক থক-থক নিকপ্রে। মদু-উবদা ওজা-মাইবা অদুদি মাগী লায়েংদু মায়পাক্লগনি হায়বগী আশাদা নুংঙাইরমই অদুগা মঙোন্দা তোংলিবা ভুৎ অদু থুনমক চৎপ্রগনি হায়না খল্লমই। সত্যনা ৱা অমতা ঙাংলমদে নত্রগা শম্না অমা ফাওবা লেঙলমদে। মাগী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়ামদো-মরুওইনা মমা-মপা অমদি মচেশিংদো অঙাং অদুদা পিরিবা ওৎ-নৈরিবদুগী মখোয়না মতেংদি পাংবা ঙমদ্রবদা করি নুংগী য়েংহল্লুরবনো হায়না অনুতাপ তৌখি। থম্মোয় য়াম্না শোক্লা খাম্না ঙমদনা কপখি অদুগা মাইবদু খঙহন্দনা সত্যবু মপুক্লিং ফাদবিরমই, মাইবা অদুনা কনা-অমতা অনাবা মনাক্তা চংহল্লমদে। সত্যনা য়াম্না তোযনা মখোযদা তুমিন্না লৈনবা ইঙ্গিৎ তৌরমই। মহাক করিনো অমা তৌরগা মপান্দা থোরক্লনি অদুনা মখোয় মপান্দা লৈরমলো হায়বা ইরাং অমা তৌরক্লম্মি। মদুদা মানা খঙবা হিদাক অমা পুরক্লবা হায়রমই, অমসুং মদু পুরক্লনা মমিত্তা থোল্লমই। অপোম্বদু মমিৎ পান্দবগুম খুজিল্লুরবদু হৌজিক্তি হিদাক্তু তৈবদগী মমিৎ লাওনা পাঙথোকলমই লোয়ননা অপোম্বদু হম্বিখিরমই।

অনৌবা লায়েং অসিনা সুম চৎথরপদগী ডাক্তরদু তাম্থোকপ্রে হায়বদি মথৌ তৌহনখিদরে, মদুনা মরম ওইদুনা মাইবদু লমলক্কি চরাম্নরবা শা অমনা মাগী মচিঞ্জাক ফংবা মতমদা মীনুংশি য়াওদনা হাৎননবা চোংশিনবা শব্দ অদুগুম মহাক য়াম্না থীনা শাওখরে। "ঐহাক মায় পাক্কদবা শম্না অমতা ঙাইরবনি" মহাক্না য়াম্না শাওনা মফম-মরাং খঙদনা ঙাওখিবনি। মমা-মপানা মীগী শক্তম ওইনা লাক্লবা ষম্গী খয়াৎতগী মচা অদু কনবা পাম্লমই; মখোয় মমিৎনা উখরে, অদুগা ব্রাবা য়াবা ব্রাখরে। মখোয়না লায়েংমন পিফম থোকপা মখৈ পিশ্রে লোয়ননা অতোপ্পা খরসু দান তৌখি অমসুং মাগী হৈরিবা মহৈ পুম্নমক অদুগীসু থাগৎলমই; মখোয়না মশাগী মরাইবক্তবু সাপ তৌজরমই, মখোয়না মানা মখাতানা লায়েংনবা অমুক পুরক্কনি হায়বগী মঙোন্দা ব্রাশক্লমই অদুগা মদু-চৎথরকপদা মানা খাঙবা ঙম্নবা মাগী শক্তি খজিক্তং য়োকখৎপিরুখিগে হায়রমই। অসুম্না মখোয়না উপাই অমা তৌদুনা ঙমপ্রে; ষনগাড়ি অদু অকিবগী মশক্লা থল্লবা য়ুম অদুদগী থৌদোরকপ্রে। পুত্তপার্তি য়ৌপ্রে।

অদুবু সত্যদি হান্নগী ফিভম য়ৌগদবা য়াম্না ব্রাৎলি। য়াম্না তোয়না মাগী মশা অসি পুমওন ওন্নরবা অতোপ্পা মী অমগুম তৌরমই। নৌরিবা অঙাং অমনা ঙমফম থোকপগী ব্রাংমদা লৈবা শাংল-শাংলবা শ্লোক অমসুং কবিতাশিং থীরমই। করিগুম্বদা মহাকসি মী ১০গী পাঙ্গল কল্লমই; করিগুম্বদা থম্বাল লৈখোক্লম শোল্লমই। মহাক্না অহলশিংনা চৎলিবা লমচৎ অদু লাল্লি হায়না য়েৎনরমই অদুগা মখোয় লাল্লে হায়বা প্রমান পিরগা ইকায়বা পিরমই।

অসিগুম্বা মখলগী অনাবসি অশংবা উনা খর পিরগা চপচানা কোকহনবা ঙম্বা য়াম্না হৈ-শিংবা মাইবা অমা মাইল খর চৎলগা লৈবা খুঙ্গং অমদা লৈ, মদুদা অঙাং অসি য়েংহনসি হায়না মরুপ-মরাং খরনা পাওতাক পিরমই। ষনগাড়িদু পুশিল্লক্তুনা চৎননবা থৌরাং তৌরমই। সত্যদু গাড়ি মথক্তা থাঙ্গৎলমই। ষনগী মঙক্তা শিরিবা কংশি অদুনা খিং-খিংদুনা লম্বি অফবদুগী মথক্তা চৎলমই। পুংখায়মুক্কি মতুংদা মহাক করিগুম্বা মফম অমদা পুরে হায়বসি খঙলমই; মানা হায়রমই : "ঐহাক করিগুম্বা মফম অমদা চৎনিংদে, হল্লসি"। য়েংউ! ষনশিংদু লেপপ্রে, চৎলু হায়বা য়াখিদরে; ফনায়াম্না কন্না মমৈ খেক্তুনা হোৎনবদা মাঙলোমদা

খোঙফম অমতা থাংউ যাখিদবে। চৎহন্নবা পুং অমবোম হোৎনবে, চৎলু ময়াদ্রে; অদুদগীদি মমাযদু যুমলোমদা লৈথোকপদদি হবাওনা কংশি মখোলগা লোয়ননা হল্লকখ্রে।

শ্রীকৃষ্ণম্মচারি কৌবা পেনুকোন্দাগী উকিল মকুপ অমনা রাজু-ইমুং মনুংদা থোক্লিবা থৌদোক পুন্নমকসি তাবমই; ফিভম অদু য়েংলগা কবি মতেং পাঙবা য়াবগে হায়বদু যেংনবা খুঙ্গং অদুদা লাক্লমই। মহাক্না মুন্না যেংলমই, তুরেল মপান্দা মুন্না মথন্তা কুইনা খল্লমই, অদুদগী মানা ভেনকপ রাজুদা হায়বক্লমই : "মসিদি তশেংনমক ঐনা খল্লম্বদগী যাম্না হেন্না শাথিবমলে, খুদক্তা মাবু ঘতিকাচলমদা লৈবা নবসিমহা মন্দিবদা পুবো; মদুতনা মাগী অবোইবা তাঞ্জানি"। সত্যনবায়ন্না মাগী ব্রাহৈশিংদু তাবমই খুদক্তা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়রমই, "নোকনিংদ্রা? নত্রনে? ঐদি হান্ননা ঘতিকাচলমদা লৈববনি অদুগা নঙনা ঐবু-ঐঙোন্দা পুবা পামলি।" উকিল অদুনা মাগা যেৎননিংলমদে।

শোক ১৯৪০গী মেগী তাং ২৩দা সত্যসি তুম্বদগী হান্নগী মতৌগুম হৌগৎলমই, অদুবু ভ্রইহাক লৈবগা মাগী ইমুং মনুংগী মী পুন্নমক কৌথোক্লগা ইকোয-কোযনা লেপহল্লমই অদুগা মখুৎনা অহাঙবদগী শিতামিশ্রি অমসুং লৈ লৌবগা মযামদা পিবমই। মদুদা লৈকাযগী মীশিংশু চেনশিন্নবমই। মখোযদসু শঙ্গোমক্সিব মতুম অমমম পিবমই অমসুং মখুৎ ওৎলগা/হাইরগা পুথোকপা শিতামিশ্রি অমসুং লৈস্ পিবমই। সত্যসি যাম্না দিন্দা নুংঙাইবা মওংদা লৈরমই, অদুনা সতাগী হবাও তয়াম্নগী মতৌদু যেংহন্নবা মপা ভেনকপবাজু কৌহল্লমই। মহাক মীযাম মবক্তা ফাওদৎলগা চেনশিল্লকলমই; আশির্বাদ পিবিবা মাগী মনাক্তা চংদ্রিঙৈদা নখোং, নখুৎ, নমিৎ নমায হান্না চামথোকউ হাযনা মীযামদুনা হাযবমই। ব্রাহৈ অদুনা মঙোন্দা অমুক্তা হেন্না শাওহল্লমই। তৌবিবা মওংদু মহাক ইযা যানিংলমদে, মানা খল্লমই, তৌবিবা পুন্নমক্তু ওইদবা থোক ঙাক্তনি, পোৎশিংদু জগা অমদা হান্না থমজিল্লগা মিত্রংনা পুথোকইবনি হায়না লৌরমই; মদুমক তশেংনা মা খল্লমই হাযবসি ইকুই কুইদনা অইবা অসিদা মশানা য়াখি। অরাবা খুদোংথিবা মখা তাবা থোবক্লিঙৈদা থৌদোক অদু মতাং অদু ব্রাইদা লোযশিনবা পামখি। মবম অদুনা মানা যাম্না নুংশিদবা মিনোক অমা নোক্লগা

পুন্নমক্কি তাননবা অঙাং অদুদা চৈরমই : "মসিগুম্বসি হাকমনখ্রে; তোক্লো" মখুত্তা চৈ-অমা পায়রগা খোঙফম অমা অঙাং লোমদা নকশিল্লমই অদুগা মঙোন্দা তোংলিবা পোৎশক্তু ফুরগা তাম্বোক্কনি হায়না কিহল্লমই। মহাক্না লাউরমই :" নঙ লাইরা নত্রগা ভুৎলা নত্রগা অপঙবা গধা অমরা? হায়য়ু"! নহালমখৈ ফাজিন্দুনা থল্লম্বা পাওখুমদু খুদক্তা লাক্লমই :" ঐহাক সাই বাবানি "।

মখা অমুক থোইদোক্না য়েৎননিংঙাই লৈত্রে । ভেনকপরাজুদু বৎচুবগুম তুমিন্না লৈখ্রে; মখুত্তগী চৈ নাম্থখিরমই। সত্যদা মুন্না য়েংদুনা লেপলমই; "ঐ সাই বাবানি" হায়রিবসিবু করি ওইরিগদগে হায়বসিদা ভাবনা শাবা হোৎনরমই। অদুবু সত্যনা মখা তারক্লমই:"ঐহাক অপাস্তম্বা সুত্রনি; ঐহাক ভারদ্বাজা গোত্রনি; ঐহাক সাই বাবানি; ঐহাক নখোয়গী খুদোংথিবা পুন্নমক কোকথোকপিবা লাকপনি; নখোয়গী ইমুং-মনুংদু তরু-তনালনা শেংনা থমউ"। নুমিত্তুগী নুংথিলদুদি সুত্র অমসুং গোত্রগী মমিংদু হন্না-হন্না পনখি। ময়াম্বা সেশমারাজুনা মনাক্তা নক্না চংশিল্লগা সাই বাবা হাযবসি কবি হায়রিবনো হায়না হংলমই। মহাক্না পাওখুম পিখিদে, অদুবু ব্রাহে সিমতং হায়খি:"নখোয়গী ভেনকবধুতনা ঐ অসে নখোয়গী শাগৈদা পোক্লবা নিখি; অদুনা ঐ লাকখিবনি"।

ভেনকবধুতা হায়বসি কনা ওইবিগবা? ঐনা সেশমারাজুদা হংবদা মানা ঐঙোন্দা খঙহনখি মদুদি মাইসোর ষ্টেত্তা মপুন্সি লোমখিবা, খুঙ্গং চা কয়ানা গুরুনি হায়না লৌনখিবা, ভেনকবধুতা কৌবা লম্বোইবা/লাইনিংবা/ঋষি অমা য়াম্না কুইখ্রবা মতমগী মমাংদা মখোয়গী শাগৈদা লৈরমই হাযনা থাজনবকপা অমা লৈখি।

সাই বাবা হায়বসি মুসলিমগী লাই ওইবা তাই, মদুনা মঙোন্দা তোংলগা ব্রা-ময়ামসি ঙাঙলিবনি হায়না মপানা খনখি; অদুনা মানা হংখি :"ঐখোয়না নঙোন্দা করি তৌ হায়রিবনো"। খুদক্তা পাওখুম লাক্লমই:"ঐবু পুজা তৌ"। "করম্বা মতমদা"? "শগোলসেন খুদিংগী! নপুক্লিং অমসুং ইমুং-মনুং শেংনা থমউ"।

খুঙ্গংগী মীশিংদুনা সাইবাবা হায়বা মিং অসি অকিবা অমসুং অঙকপগা লোয়ননা তারমই। মখোয়-মশেন হংনবদা মখোয়না খঙখিরমই, মদুদি মতম

ফো:

খবগী মমাংদা পেনুকোন্দাদা সবকাবগী থবক তৌবা ওফিসাব অমা লাকখি; মহাক সাই বাবা কৌবা লম্বোইবা অমবু যাম্না থৱাই-হকচাং য়াওনা পুজা তৌজবা মীশক অমা ওইবমই। মহাক সাই বাবাগী মবমদা যাম্না নিংথিনা মমুৎ তানা খঙলবা মীশক্লি। অদুনা মখোযনা সত্যবু মাগী মনাক্তা পুনবা হৌদোক্লমই। সত্যনা নাবিবসি কবিদগীনো হায়বসি মহাক্তি মুন্না খঙগনি; মসিদগী কোক্লুবা উপাই অমা তাক্লক্কনি। মহাক অঙাং অদুবু চুম্না যেংবিউ হাযবফাওবদি যাবমই অদুগা মখাতাবা চংগদবা, - তৌগদবশিংদুদি চৎথনিংবগী বাখল লৈবমদে। মহাক্লা মদু তশেংনা কোক্তা বেবা লাকপননি হাযবমই অদুগা ইনস্তিত্যুসন অমদা পুনবা পাওতাক পিবমই। সত্যনা মবক থক্তুনা হাযবমই:" হোই, মসি কোক্কি বেবানি, অদুবু কনাগীনো? নঙদি চুম্নগী পুজা তৌজবা মী অমা ওইবতনি, নঙনা পুজা তৌজবিবা সাই অদুবুদি নঙনা খঙবা ঙমজদে"। অসুম্না হাযবগা মহাক্লা অহাঙবদগী বিভুতি খুবাম অমা লৌবগা মখোযনা লৈবিবা কা অদু শিন-থুংনা চাইথোক্লমই।

কো

মখোযনা পুন্ডপার্তিদা হল্লক্লুবা মতুংদা, শগোলশেন নুমিৎ অমদা, কনাগুম্ব' অমনা সত্যনবাযনবু শীঙনবমই অমসুং মঙোন্দা হংলমই, "নঙ সাইবাবা ওইববদিহৌজিক ঐখোযদা প্রমান উৎলু"। খুঙ্গংগী লাইশঙ অদুগী পুরোহিত অদুনা লাই তোংবদগী যাম্না নংঙাইনা জগোই শাবা মতমদা খুঞ্জাশিংনা মঙোন্দা হংখিবা বাঙাং-কৈদা অদুমক্লি। "হোয, ঐনা উৎকনি।" মদুদগীদি মীপুম খুদিংমক মঙোন্দা নকশিল্লমই। "মল্লিকা লৈশিংদু ঐগী খুত্তা থম্মু", - মানা যাথং তৌবমই। মাগী মখুত্তা লৈশিংদু থমখ্রে। যাম্না থুনা মওং অমা তৌবগা লৈশিংদু লৈপাক মথক্তা লংথবমই অদুগা হাযবরই "যেংউ!" লৈশিং অদুনা লৈমায মথক্তা তেলেগু মবোলনা সাইবাবা হাযনা শেম্বদু মখোযনা উবমই।

ফো

মমত

সত্যনবাযন্না অনৌবা সত্য-সাই যুগ অমগীদমক মীযামবু তাংকক নাযনা শেমগৎলি হাযবসি নখোযনা উববির্গনি। মেজিক ৱালা অদুনা অঙকপাফংনা ওৎনৌবিনা মতমদা, মহাক্লা কবিশু থৌ-বা শাদনা ঈংনা লৈখিবদুনা মীপুম খুদিংদা মহাক অসি অচম্বা অঙাং নত্তে অৱাংবা থাক অমগী শাযোন্নি হাযবসি খলহনখ্রবনি। ঈশেগী, জগোই অমসুং ম্যুজিক নত্রগা কবিতাগী হিবমদা তোমথিন হেন্দোকপা গুনগী মতেংনা মহাক ঈশ্বরনি হাযবগী মবক-মবক্তা শম্লপু উৎথোবকপা মঙালশিং অদুনা মহাকসি মশাগী হকচাংগী ৱাংমদা চৎপা ঙম্বগী

মণি

—

শক্তি লৈ হাযবসি উৎথোকখ্রবনি; অন্না-অনানা শোকহনবা ঙমদে হায়বসি উৎখ্রবনি; অদুনা হৌজিক্তি মহাক কনানো হাযবসি সংস্বাব অসিদা লাউথোক্লগে হাযবসি চপচানা নিংখ্রে।

সেশমাবাজুনা হৌজিক ফাওবদা সত্যনবাযনবু পাম্বে অমনা হাযস্কুলদা পুশিনগে হাযবা থৌবাং অদু থাদোক্লমদ্রি অদুগা সেকেন্দবি স্কুলগী পবিক্ষা পাস তৌবগা সবকাবগী থবক তৌহনগে নিংখিবা ব্রাখলদু থাদোক্লমদ্রি। মবম অদুনা জুন থাদা অমুক হন্না মাবু উববাকোন্দাদা পুবমই অমসুং স্কুলদা মিং চনশিনবিবমই। হৌজিক্তি মীপুম খুদিংগী মিৎযেংসি মঙোন্দা চিংশিল্লমই, মবমদি মখোযনা মাগী অঙাওবগী মওং অমসুং মদু লাযেংনবা হোৎনখিবা খুদিংমক্কি মবমদা লোযনমক তাখ্রবনি। অঙাং অসি তোপ-তোপ্পা মীথোই-মীহেনবা, প্রোফেৎ-মচা নত্রগা অঙকপগী মশক ওইববা মীশক্তি হাযবসি পুম্নমক্লা যাখ্রবনি। শগোলশেন খুদিংগী মাগী যুম অদু তোঙান-তোঙানবা খুঙ্গংদগী লাকপা ষাত্রিকশিংনা নোংঙাল্লমদাই ফাওবা পিক থল্লমই অদুগা মানা মখোয মযামদা লৈ অমসুং অথুম-অহাও পিবমই। মহাক্লা সেশমাবাজুবু মযামদা শক তাক্লমই অদুগা হায :“ভাব তাদবা মী, মানা ঐবু থাজদে”। স্কুল অদুগী হেদ-মাষ্টবনা অপিকপা অঙাং অদুদা খুকল্লমই, এসিসতেন্ত ওজা তম্মিবাজু অমসুং সেশ-অযেঙ্গবনা অঙাংশিগী গুণ খঙলমই অমসুং মাগী মীঙোন্দা হৈনিং-হবাওহনবা বাঙাংশিংবু তাবমই।

শগোলশেন নুমিৎশিংসি উববাকোন্দাদা অচৌবা থৌদোক ওইবকখ্রে। সত্যনা অহাঙবা নুংশিত্তগী লৌবকপা - সিবদি সাই বাবাগী ফোটো, সিবাদি বাবানা শেৎখিবা গেরুৱামচুগী ফৈজোমদগী শেগাইবকপা মচেৎ, সিবদিদা কৎখিবা থাংদুপ, লোযননা লৈ, উহৈশিং, শিতাম্মিত্রি, উৎ নচিংবনা মযাম পুম্নক্তুবু ঙকহল্লমই। নোংমদি স্কুল অদুগী ওজা পুম্নমক বেদান্ত, সাধনা নচিংবা হিবম কযাদা মহাকপু সীংনবগে হাযদুনা ব্রাহং মযাম পুদুনা চাংযেং তৌনবা লাকলমই। মখোয পুম্নমক্লা হিবম কযামকমদা ব্রাহং কযামকম পংহংদা হংজিল্লমই। মখোযনা লোযববা মতুংদা মহাক্লা মঙোন্দা হংলকখিবা মথং-মনাও অদু কাযহন্দনা পাওখুম পিবমই লোয়ননা ব্রাহং হংলিবা ওজা মশাদা কৌবগা মদুগী পাওখুম পিগদৌবিবদু নিংথিনা তানবা হাযবমই। পাওখুম অদু যাম্না মতিকচানা অমদি চুম্না পিবগী মথক্তা লৌশিংগী থাক্তসু থোইদোক-হেন্দোকপা অমা ওইবমই।

মদুদগীনি হোসপেত্তা লৈবা শহবগী মীওই খবনা বার্ত্তন তৌনিংবগী ব্রাখল অমা সেশমবাজুদা পিখিবা। স্কুলগী দেপুটি ইন্সপেক্তব, ডাক্তব, ইঞ্জিয়িাব, মিউনিসিপাল কাউন্সিল্লব খব অমসুং ললোন-ইতিক্কি মীওই খবনা মখোয়গী মফমদা সত্যানবাযনবু পুবকপা পামখি। হোসপেৎ অসি থাইনগী বিজযানগব লৈবাক্কি কোনুং ওইবম্বা হম্পিদগী মাইল খজিক্তনি। মবম অদুনা, মযাম্বনা মনাওগী পুক্লিং-ব্রাখল ফগৎহন্নবগী পান্দমগা লোযননা মফম অদুদা পিকনিক অমা চৎনবা থৌবাং তৌবমই। তুংওইননা দশবাগী ছুটিশিংসু লাকলমই।

নিংখাইবক্কবা-মন্থবক্কবা মবক্তুদা মখোয থুংখ্রে। মতম অমদা লিক-কোনগী দুকান্না পবেং লেংলম্বা, লৈগী দুকান্না পবেং লেংলম্বা, নোংপোক লমদগী লাকখিবা জাতি পুম্নমক্কি লমকোযবা নুপা-নুপী পুম্নমক্কা চৎলম্বা, মিদল-ইস্ত অমসুং মৈদিতবানিযন সমুদ্র খোঙবান্দগী লাকখিবা লমকোযবা অমসুং কাববাবব্রালাশিংনা চৎলম্বা লম্নিশিং অদুদা মখোযসু চৎলমই। মখোযনা শামু শঙ, মহাবানিশিংগী কোনুং, বিজযাদশর্মিগী চীংদুম যেংলমই, অদুগী তুংদা বিত্তালনতাশ্বামীগী লাইশঙ তান্না চৎলমই। মখোযনা নুঙগী দোলায মওংতাদ্রবা নবসিমহা অমসুং চাউববা গনেষ মুর্ত্তি বোমদা চৎলমই। অবোইবদা, চহি চহুম-শোক ১৩৩৬ এঃ দিঃ - ১৬৩৫ এঃ দিঃ ফাওবা হিন্দুগী কলচব ঙাকপিবম্বা অমসুং যোকখৎপিবম্বা বিজযানগব নিংথৌবেলশিংগী অথোইবা লাই-লোবদ বিরুপক্ষগী লাইশঙ তান্না লাকলমই।

মঙগী মতৌ গুম মফম-মবা" খঙদনা অতেক-অকায মবক্তুদা সত্যনা অযুকচুপ্পা চৎলমই হাযবসি মযাম্না খঙ•নবমই; লাইশঙ অমগী মমাংদা ফমলম্বা যাম্না চীংলেম্নবা মুনি অমনা বাবাগী মবমদা অস্াম্না হাযবমই : "অঙাং অসি, ঐবু থাজৌ, লাইনি"। কাংবু অদুনা বিরুপক্ষগী লাইশঙদা চঙবা মতমদা সত্যসু মযামগা লোযননা চৎলমই অদুবু মহাক্তি লাইখুরুম্বগী মহুত্তা মন মযাম অদুগী লৈফমগী শঙ অদুগী ব্রাংবা অমসুং চীংলেম্বা অদোমদনা হেন্না পক্লিং চংলমই। মহাক মপান্দা লেপলমই অদুগা কনা অমতনা মখোযনা লাইশঙ মনুংদা চঙশি হাযবমদে। ঙাইহাক লৈবগা পুবোহিত অদুনা লিঙ্গম মমাংদা কবপুবগী আর্তি কৎলমই অদুদগী মৈ থাল্লবা পুজা কৎফম অদুদা যেংউ হাযবমই। মৈ অদুনা মনুং পুম্নমক পুমঙান

ঙাল্লমই। অদুনা পুজা কৎফম মনুংদুদা মখোয়না সত্যবু উরমই। হায়নিংঙাই লৈতনা অঙকপা ফাওনখি। লিঙ্গমগী মহুত্তা বাবা ওইনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা লেপ্লমই অদুগা মখোযনা খুকস্না অদু ওক্লমই। অঙাং অসিগী থৌদোক খুদিংমক হকচাংদা থুক-থুক লাওবা অমসুং থাজবগী ব্রাংমদগী তৌথোরকপা ঙাক্তা ওই অদুনা সেশমারাজুনা অঙাং অদু তশেংনা মন্দির মনুংদা চংলক্তব্রা হায়বদু য়েংনিংলমই। অদুনা মানা য়াম্না থুনা মপান্দা থোক্কুনা য়েংলুবদদি সত্যদি ফকলাংদা ঙারগা অতিযাদা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্বদু থেংনখি।

চংমিন্নরিবা কাংবু অদুনা কয়াদা য়াম্না ঙকলমগদগে হায়বসি শন্দোক্লা ইবগী মহুত্তা ভাবনা শাবিবনা হেন্না ফবগনি। নুমিত্তু শগোলশেন নত্রবসু মাগীদমক্তা মখোযনা অখন্নবা পুজা তৌরমই; মরমদি মহাক শায়োন অমনি হায়বগী মখোযগী থাজবদু তশেংনা কনফারম তৌরমই। হোসপেত্তসু য়াম্না মথুম-মবাংহৌবা অমসুং উনিংবা,-য়েংনিংবগী অপাম্বদু লৈবমই। মহাকপু বিরূপক্ষ ওইনা উখ্রে হায়বা বাবিসি মখোযনা মশা যৌদ্রিঙৈদা হান্ননা শহব অদুদা য়ৌখ্রে। মথংগী নুমিত্তু শগোলশেন্নি; সত্যনা সাই বাবা ওইনা টিঃ বিগী অরিবা অনাবা মী অমবু মানা শোকপদগী ফহনবিখি, মাবু হৌগৎহল্লগা মাইল অমা মখোংনা চৎহনখি; মহাক্লা ভক্তশিংগীদমক অহাঙবদগী পোৎ কয়ামকম লৌখি অমসুং মীযামদুগী হরাও-তয়াম্বদু ঙমখৈ লৈখিদে। অহিং য়াম্না অথেংবা ফাওবা ভজন অমসুং নামসংকৃতন পাঙথোকখি মবমদি কনা অমতা তোক্লিংবগী ভাব লৈখিদে।

সমাজগী চৎনবিবা মওং অসিদা সুম পুন্দুনা লৈবা অসি সত্যনবায়ন্না য়ানিংদবা সুম হেনগৎলকখ্রে হায়বসি কনাগুম্বা অমনদি খঙবিরম্বা য়াই; অফা-অপুনশিং অসিগা মাগা ঙম্বা তান্নরমই; মরমদি ইতিহাসনা মাগী মনাকোংদা অফা-অপুনশিংসি থাদোক্লগা মায়গৈ- মরিদা হায়বদি মীয়াম পুম্নমক্তা খঙহল্লো হায়না চিবোন-চিবোন ঙংলরি। সাই বাবানা মাগী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়ামদা মাবু চাংয়েং নত্রগা নৈনবা পিরম্বা মতমদু লোয়খ্রে; মীপুম খুদিংমক্কি সাই ওইনবা চোংখোক্লবা তাঞ্জাদু য়ৌরক্লে হায়বসি মানা উরমই।

মখোয পুম্নমক্লা হৰ্মাপদগী অখন্নবা বস অমদা হল্লক্লবা মতুং মথংগী নুমিৎ, শোক ১৯৪০গী ওক্তোবৰ তাং২০দা সত্যনবাযন্না মহৌশগুম ম্কুলদা চৎলমই। অঙাং ওইরিবা বাবা অসিবু যাম্না যাজবা, মফম অদুগী একসাইজগী ইন্সপেক্তৰ ওইবা শ্রী অনজনেযুলুনা স্কুল থোঙ্গাল ফাওবা চৎমিন্নবমই অদুগা মযুমদা হল্লকখি-যাম্না হন্নিংদ-হন্নিংদনা। নুমিৎ অদু মানা বাবাগী মমায অকোযবসিদা যাম্না শুমহৎনিংঙাই ওইবা অখন্নবা মঙাল অমা উবগুম তৌখি অদুগা মাগী মমিত্তু মদুদগী লৈথোকনিংখিদে। মিনিট খৰগী তংদা বাবাসু যুমদুদা হল্লকলমই। মপানগী থোংজিল মনাক্তা লেপ্লগা মানা পক্লবা লাইবিকশিংদু লঙথোক্লমই অদুগা লাউবক্লমই, " ঐ নখোযগী সত্যদু নত্রে", "ঐ সাইনি"। মতৈমদুনা চাকশঙদগী থোবক্লমই অদুগা চেপথদুনা যেংলমই; বাবাগী মকোক্তগী থোবকপা অবংবা মঙাল অদুনা মাগী মমিত্তু তাঙহনবগুম তৌবমই। বাবানা মঙোন্দা হাযবমই, " ঐ চৎলে, ঐ নখোযগা ওইদ্রে; মাযা চৎখ্রে; ঐগী ভক্তশিংনা ঐবু কৌবি; ঐগী তৌগদবা থবক লৈ; ঐ অমুক লৈথবা ঙমদ্রে" অসুম্না হাযবগা মমায লৈথোকখিবমই অমসুং মতৈমনা ফনা যাম্না হাযজববদা ফাওবদা যাদ্রদুনা চৎখিবমই। পুম্নমকসি লোযনা তাবদুনা মযাম্নদু যুমদা যাম্না থুনা লাক্লমই, অদুবু বাবানা অমতং হাযবমই "নখোযনা ঐবু লাযেংনবা হোৎনবা পুম্নমক থাদোকপো ঐ সাইনি, ঐ নখোযগা মবী লৈনৈ হাযনা লৌদে"। যুমথংনবা শ্রী নবাযনা সাস্ত্রনা খোঞ্জেল পুম্নমক্ত তাবমই, মহাক্লা ইমুংদুদা অকবা থৌদোক অমা থোক্লে হাযবসি তাব নবমই, অদুনা মাসু চেনশিল্লক্লমই, মহাকসু বাবাগী মকোক্তগী থোবকপা অবংবা মঙাল অদু উবমই অদুগা বাবাগী মখোঙদা খুকমজবমই। মহাকসু যাম্না ইতিহাসিব ওইবা বাতা হদ তাবমই, "মাযা চৎখ্রে; ঐ চৎলে, ঐগী থবক্লা ঙাইবি"।

সেশমাবাজদ চমন্নবমই, ওইবাক্লবা ফিতমদুদা কবি-কবম তৌবা তাবগে হাযবদু মহাক বাখল লাম্ন যংলমদে। অঙাং অমা, চহি ১৪দা ঙাইবিবা, ভক্তগী, থবক্কি, মাযাগী অৰ্মাদি মহাক অদু অদানি হাযবা অবাংবা থাক্কি মবমদা ঙাঙলিবা। মহাক থৌবাং অমথক্তংদি খনবা ঙম্লমই : সত্যসে মমা-মপানা মঙোন্দা শিন্নবকপনি অদুনা মখোযদা পাও পিবা হাযবসি মাগী মথৌনি; মখোযনা উববাকোন্দাদা যৌবক্লবা কান্দা সত্যনা যুম থাদোকপা যাগনি।

অদুবু সত্যানা যুম অদুদা অমুক হন্না চংলকউ যাখিদ্রে; একসাইজ ইন্সপেক্তবগী মযুমগী ইংখোল মনুংদা চংখ্রে অদুগা হৌবিবা উ মবক্তা লৈবা নুংজাও অমগী মথক্তা ফমখ্রে। মাইকৈ পুম্নমক্তগী মী মযাম অমনা উহৈ অমসুং লৈ পুবক্তুনা ইংখোল অদুদা লাকখি, মী চা কযানা অপুনবা খোঞ্জেলদা সত্য সাইনা তম্বিবা ঈশৈগী খোন্থাংনা থকতোবক্লমই। নুমিৎ অদুদা মানা মযামদা তমবিখিবা অহানবা লাইশোল ঈশৈদু, ঙসি ফাওবদা মযাম্না নিংশিংনবদা,

মানস ভজবে গুরুচবনম্
দুস্তবা ভব সাগব তবনম্ -- হাযবদি

"নপুক্লিংদা গুরুগী চবন্দা খুরুমউ; মদুনা সংস্বাবগী খুদোংথিববা (মযাগী) সমুদ্র অসি লান্থোকপা ঙমগনি". .।

মহাক্কি তম্মিন্নবাশিংনা সত্য অমুকহন্না স্কুলদা লাক্লবোই তাবদগী কপলমই; মহাক মখোযনা ফংবা ঙস্বগী ব্রাংমদা লৈখ্রে হাযবসিদগী কপলমই; মসিগী মতুংদগীদি মাগী লোযনগদবাশিংদি মানা আশির্ব্বাদ - থৌজাল পিবাশিং অদুতনি হাযবসিদা কপলমই। মযাম অমনা ধুপ অমসুং কবপুব পুদুনা মাবু পুজা তৌনবগীদমক ইংখোল অদুদা লাকলমই। খব অমনা ইমুং-মনুংবু নুংশিবিবা ওইনা অদুগা খব অমনা নুংঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা লাকলমই। খব অমনা তম্বা লাকলমই, খব অমনা, অব্রাবগী মশক্তি, নোক্লবা লাকলমই।

অসুম্না নুমিৎ হুম্নি ইংখোল অদুদা লেনখি; ভজন অমসুং নামসংকির্তন শকপা নুমিৎ হুম্নি। কমেবা অমা পুদুনা ফোটো নম্বা অমা লাকলমই। মহাক্না বাবাগী মমাংদা লৈবা নুংজাও অমা বাবাদা লৌথোকহন্নিংলমই অদুবু মানা হাযজবদু বাবানা কবিশু থৌশাবিবমদে। অদুম ওইনমক মানা ফোটোদু নমখিবমই অমসুং যেংউ, নুঙ অদুনা সিবদি সাই বাবাগী মুর্ত্তি ওইবল্লে; ফোটো অদু খক্তদা তাবগী ব্রানি, মদুদা তিল্লবিবা মযামদুগী ব্রা নত্তে।

নুমিদাংব্রাই অমা ভজন শক্লিডৈ মবক্তুদা বাবানা খঙহৌদনা হায়বকখি, "ও। মাযা লাক্লে।" অদুগা মমা ঈশ্ববম্মাদা মখুৎ থিনলমই, মহাক তহা-তহানা

পুত্তপার্তিদগী থুংলবতা ঙাইবিবনি, মমা-মপানা মাবু যুমদা লাক্লবা কন্না তক্লকুবদা মানা খুদক্তা হায়বকখি: "কনানা কনাগী ওইবিবা?" মমা অদু কপলমই অমসুং হায়জবমই অদুবু মানা অঙাং অদুগী অনিংবদু হোংহনবা ঙমখিদ্রে। মহাক্লা যাম্না তোয়না তোয়না "পুম্নমকসি মাযানি" হায়বসি পল্লমই। মমৈথংদা, মানা মমাদা মাবু চাক পিজৌ হায়বমই; মমানা মঙোন্দা চাক চানবা খব পিবা মতমদা মানা পুম্নমক্তু পুল্লপ তাশিল্লগা মতুম খব শেমলমই। মসিদগী মমানা মতুম অহুম মঙোন্দা পিবমই, অমসুং মদু যোৎলগা মানা হায়বমই, " হোয। হৌজিক মায়া থাদোকখ্রে। হৌজিক ব্রাকুবগী কবিশু কান্নববোই"। মহাক অমুক হন্না ইংখোল অদুদা চঙখিবমই।

নুমিৎ খবগী মতুংদা বাবানা উববাকোন্দা থাদোকখি। মমা-মপানা মহাকপু পুত্তপার্তিদা চৎনবা থেম্বদুদা যাখ্রে, মদুদা মঙোন্দা থাজবা পিখি মদুদি মঙোন্দা অমুকহন্না লাযেংবনা মবম ওইদুনা ওৎ নৈবা পিববোই নত্রগা মানা ভক্ত মযাম উনবদা যৈখাযবা পিববোই। শ্রী অনজনেযুলুনা মাগী মখোঙ পুজা তৌজখি। কমলাপুবগী শ্রীসুববন্না অমসুং বামাবাজু অনিনা খুজিন-থৌবাং পুম্নমক্কী অসোই-অঙাম যেংশিল্লমই। সহবগী মীশিংনা ম্যুজিক্কা লোযননা সভাযত্রা অমা সহবগী হেক মতায ফাওবা চৎখি অমসুং মাগী লম্নিদা মফম কযামকুমদা আর্তি কৎখি।

পুত্তপার্তিদা বাবাসি অহানবমক্তদা কবনমগী যুমদা সুব্বম্মানা শ্বাগৎ তৌখি। মতম খব বাবানা পেদ্দ ভেনকপবাজুগী যুমদা লৈখি, মতুং খব লৈবগা ঈশ্বব্বম্মাগী মবুং সুব্ববাজুগী যুমদা হোংজির্নাখ। অদুবু, যম্না থুনা মাবু নুংশিনা-চান্না তৌবিবা সুব্বম্মাগা যুমদা হোংদোকখি; মানা ভক্ত পুম্নমকপু মাগী চাউববা, মবাং কাযববা যুম অদুদা তবাম্না ওর্কখি; মখোয মযাম্না লৈবদা নুংঙাইনবা অমসুং কান্নখিনবা হোৎনবদা অবা-অনা অমতা থিখিদে। ▯

# বালা সাই ঃ (BALA SAI)

ভারদ্বাজ গোত্রনি অমসুং অপন্তম্বা সুত্রগী সাই বাবানি হায়না মশানা লাউথোকচখ্রবা মতুংদগীদি সত্যনরায়ন রাজু অসি সাধারন মীয়াম্না বালা-সাই নত্রগা সত্য সাই বাবা-হায়না খঙনখ্রে; মিঙ্গৌ অসিমক মশানসু য়াখরে। শগোলশেন খুদিংগী নুমিদাংৱাই মাগী মমাংদা ভজন শক্লম্বদু নুমিৎ খুদিংগী শকপা হৌখ্রে; করিগুম্বদা নোংমদা অনিরকসু শকখি, মরমদি লাকখিবা য়াত্রিক ময়ামদুনা মঙোন্দা খুরুমজনবগীদমক্তা মথং শগোলশেন ফাওবা ঙাইঙম্নরক্তবননি। অহানবদা ফুট ৮ শাংবা, ৮ পাকপা শোরোকলোমদা মমায় ওনশিনবা কা অমদা ভজন-মন্দিব ওইনা শিজিন্নরমই; লম্বি অদুনা ভেনকপরাজুগী ময়ুম য়ৌবা ঙমই; অদুবু মদুনা মী ২০-৩০ মুক্তমক চনবা মরম্না শোরোক অদুসু মীনা পিক থল্লমই। থবক হাপ্পা ঙম্বা চাউরপ তৌবা অফিসার অমনা মশাগী জিপ অমা তোংদুনা বাবা দর্শনগীদমক হিন্দুপুরদগী লাক্লমই; মদুনা খুঙ্গংগী মীশিংদা ইঞ্জিন্না চেনবা গাড়ি থেংনজবগী অহানবা তাঞ্জা অমা পিখি। মতুংদদি অতৈসু ময়াম অমা লাক্লখি। কবনমগী ইমুং-মনুংনা শঙ অমা শাগৎলমই, মদুসু অমুক থা-খরগী মতুংদা সুম-সুম শাংদোক্লমই। দম্বুর খনগৎনবমই অদুগা বঙ্গলোর অমসুং আনন্তপুরগী ভক্ত খবদি মশা-মশাগী ওইবা লৈফম শেম্নরমই। য়াম্না মরাং-কায়না পাক চাওখ্রবা কবনমগী য়ুম অদু ময়াম তিনবদা মতিক চারক্রে; মরমদি বাবানা মহাক উনবা লাক্লিবা ময়ামদু চাক পিজগদবনি হায়বা ৱাফম অমা কন্না তকসিল্লকখ্রে অদুগা অচৌবা চাকশঙগী দরকার লৈবকখ্রে।

য়াম্না তোয়না-তোয়না মখোয়না থোংলিবা চাক অদুনা ময়াম পিজবা কোন্নরমদে; ৱাফমদু বাবাদা লোন্না পাও পিরমই অমসুং করনম্গী ইমুংদা লৈরম্বী হনুপী অমগী মতুংইন্না, বাবানা য়ুবি অনিদং পুরক্লবা হায়রমই; মদু মঙোন্দা পিরবা মতুংদা অনি অদু য়ৈশিন্নদুনা চপচানা তঙখাইতানা থুগাইরমই; অদুদগী বাবানা য়ুবিমহি অদু চাক ইনশাং মথক্তা চাইশিল্লমই, অদুদগী লৈরিবা ময়ামদা অমদি নুমিদাং কাওবদা লাক্কদবা ময়ামদা য়েঙ্খোকনবা ঈঙ্গিৎ পিরমই।

শ্রী সুব্বম্মা হাযবী কবনম্‌গী নুপী অসিনা চোকথবা লৈতনা মযামগী সেবা তৌখিবদুগী মবমদা বাবা মশামক্তা শিংথাখি; মহাক্না ষত্রিকশিং অদুগী নুংঙাইনবা যেংশিল্লমই অদুগা বাবা মশামকসু মাগী যুমদা চহি খব লৈহল্লমই; মদু হৌজিক মযাম্না অবিবা মন্দিব হাযনবিবা, শোক ১৯৪৪ দা শাখিবা অসি লৈত্রিঙৈদনি। বাবানা ঈশৈ কযামকম ইবমই, মদু ভজনশিং অসিদা শক্লনবনি মবমদি হাযবিবা মফমশিং অসিদা সাইবাবা হাযবসি মীযাম্না খঙনবমদ্রি অদুগী ঈশৈশিং অদু পুস্তপার্তিদা তিল্লবিবা মযাম অদুনা খঙদ্রিবা দ্বাবকামায়ি, পুতি মন্দিবম, উদি, মাবগোশা পার্স্বি অমসুং অতৈ হিবম কযাগা মবী লৈনবা ঙাক্তনি। ঈশৈ অযাম্বা ঙসি ফাওবদা প্রশান্তি নিলযমদা শক্লবি।

যুম্বানবগী পুন্সি মবক্তা লৈবসি পিক্লিবা অঙাং মানা যানিংদবদগী যাম্না তোযনা তোযনা ব্রাকৎলমই, অদুনা খুঙ্গং অদুগী অকোযবদা লৈবিবা চীংশিংদা অযুক-নুংথিলদা নত্রগা নুমিদাংদা লোন্না চৎলমই। মা হেক লৈবমদবদা সুব্বম্মানা মখোংনা চৎপা ঙস্বগী মনুংদা চীং অমসুং তমদা মাবু থিবমই; মখোযনা অযাম্বা ম তমদা নুংজাও অমগী মথক্তা তুমিন্না ফমদুনা লৈবম্বা থেংনবমই নত্রগা শুকংগুম্বা মফমদা নত্রগা অঙম্বা চীংমাযদা নত্রগা লৈঙোই মথক্তা নত্রগা তুবেল ব্রাংমগী মকম অমদা। অসিগুম্বা মশা লৈবমদবা অদুগা কোযচৎ চৎখিবসিনা সেবা তৌবিবাশিংদুর্দদি যাম্না লাংতক্লহল্লমই, মবমদি মখোযগী মবক্তা খবনদি মহাকসি হিমালযাদা চৎখিগদ্রা হাযনা কিবমই নত্রগা লম্বোইবগুম কোযচৎ চত্তুনা মশানা মশাবু অবেম্বদা মাঙহঞ্জখিগদ্রা হাযনসু অকিবা পোক্লমই মবমদি মখোয়না অবতাব হাযবসি কমদৌবনো নত্রগা কাবগীদমঙা অবতাব অসি তৌবক্লিবনো হাযবদু খঙলমদে। ঙসি ফাওবদা হার্যবিবা মীওইশিং অসিনা অঙাং অসিনা চীংদা যোগ-সাধনা তৌবগী মবমদা বাবি শার্নাবি- মদু পুন্নমক্তু অঙাং অসিনা লাক্লিবসি ঐখোয পুন্নমক্কি ঙাকাপ কনাবনবগীনি হাযবসি খঙদদুদা তৌবনি। নোংমদি ভক্ত কাংবু অমনা ষনগার্বি মযাম অমদা মাগা লোযননা উববাকোন্দাদা চৎলমই, লমখাংদা মানা গাড়িদগী কুমথবগা চীংদা কাখৎখি অমসুং মাঙখিবমই। মফম পুন্নমক্তা কোইথি থিবমই অদুবু কবিগুম্বা মফম অমদা মহাক লৈবগী খুদম ফংখিদে। মীপুম খুদিংমক মথম্মোয যাম্না ব্রানবমই অদুবু নুমিদাংগী পুং ৬ লোম তাবা মতমদা মশা তগৎ-

তগৎ তেক্লা নোকমি-নোকমি তৌদুনা থোবকখি মদুনা ব্রাকববা থম্মোয পুম্নকপু নৌহৌনা হবাও-তযামহনখি।

উববাকোন্দাদা ষনগাবি তোংদুনা চৎপগী মতাংদা থোকখিবা থৌদোক্ মচা অমা ঙসি ফাওবা বাবানা যাম্না হবাওনা মিৎচিগা খত্তুনা লীবা অমা পন্নিংবা মতাং লাকই। মবক-মবক্তা তুমিন্না লৈথোকখিবনা বাবাসি ভক্তশিংগী মফমদগী চীংদা অমসুং তমদা পুথোকখ্রবসু বাবাসি মতম চুপ্পদা যাম্না হবাও-তযাম্না ফাগি-জুগাই তৌদুনা লৈবমই। অমুকখক্তংদি ভক্ত ২০মুক্কা লোযননা ধর্ম্মভবমদা চৎপদা নহা খবগা বাবাগা গাড়ি মতুংদা থাবলদুদা চৎলমই। খঙহৌদনা মযামদু খঙহন্দনা মানা থৈদোকখ্রগা মমাংথংবা ষনগাড়িদুগী মনাক্তা চৎখিবমই। মদুদা মানা চহি ১৬কি লৈশাবী অমগী শক্তমদা ওন্থোক্লমই; নুপীমচা অদুনা মাগী মখোঙদু নাবে গাড়িদুনা খব পুবিযু হাযবমই; মাগী নুপাদু হোসপিতালদা মিং চন্দুনা লৈখ্রে অদুনা মা ধর্ম্মভবমদা চৎকদৌবিবনি। মানা অশুক্কি মতিক বানা, নুংঙাইতনা, মমিৎ নোযব নোযবদুনা মপি শিন্থনা হাযজখ্রে মদুদি গাড়িদা তোংলীবি নুপীশিং অদুনা মিনুংশি ফাওবদগী মবাইবক থিববী নুপীমচাদুবু গাড়িদুদা তোংখৎহল্লমই। অস়ুম্না মাইল অমবোম চৎলবা মতুংদা খ্বাইগী মনিং থংবা গাড়ি অদুনা বাবা মাঙখ্রে হাযবকপদগী গাড়ি পুম্নমক লেপ্পমই অদুগা তোংলিবা মীপুম খুদিংমক কুমথদুনা বাবাবু থিবমই। মমৈথংদা, খ্বাইগী মমাংথংবা গাড়ি অদুগী মমাংদা গজ খব হেনগৎনা চৎলম্বদু থেংর্নখি অদুগা অহল খবনা অদুগুম্বা অমুক্তা চৎত্রিবা মফম অমদা অথেংবা অহিংদা কেকু লোৎপি শান্নে হাযদুনা চৈবফাওবা যাওখি। খোঙচৎ অদু মখা অমুক চৎথবমই। অদুবু অতোপ্পা মী অমমুক লৈবমদ্রে; ধর্ম্মভবম হোস্পিতালদা মপুবোইবা নাদুনা লৈবি হাযবম্বী নুপীমচাদু কদাযদা চৎখ্রে? মহাক কদাযদা চৎলম্বা যাই? গাড়ি পুম্নমক লেপ্পগা বালা-সাই থিবিঙৈদুদা মপুবোইবগী মনাক্তা থুনা যৌনিংদুনা মহাক মখোঙনা চেল্লম্বা যাই। মবম অদুনা মখোঙ যাঙবা নহাবোল খবনা মাঙলোমদা চেনখত্তুনা যেংখি অদুবু মাইল অনিবোমদি কনা অমতা লৈহৌদে হাযবা পাও অদু পুবগা হল্লকখি! মমৈথংদা মখোযনা বাবা মশাদা মাগী লৈফম হংখি মবমদি বাবানা মাঙখ্রিবা খুদিংমক্কি লৈফম খঙগনি হাযবসি মখোযনা খঙলমই। তশেংবমক্কি! বাবানা খঙলমই! নুপীমচাদু মখোযগী মমাংদা লৈবমই, বাবা মশামক্কি শকলোন্দা! হে অচৌবা ড্রামা-কাবি!

মচে ভেনকম্মানা বাবাদা মাগী মবমদা ভজন ঈশৈ যাম্না ইশ্রবা সিবদি সাই বাবাগী ফোটো অমতং পিযু হাযনা তোযনা তক্লমই; অদুগা মদু বাবানসু কবিগুম্বা শগোলশেন নুমিৎ অমদা পিগনি হাযখিবগুম তৌখি। অদুবু বাবাদি অদুগুম্বা শগোলশেন অদুগী নোংমগী মমাংদা উববাকোন্দাদা চৎথোকখিবমই অদুগা মচেসু মদুগী মবমদা হাযহৌগদবদু পুমকাও কাওখিবমই, মবমদি বাবানা শোয়দনা পিগনি হাযবসি মহাক চপচানা থাজবমই অদুনা কৈদৌঙৈ পিগদগে হাযবদুদি থোইদোক্লা খল্লুদে। অহিংগা মতম ওইবকপনা পুক্তপার্তিগী মীযাম পুম্নমক তুম্ন খিবমই; কনাগুম্বা অমনা মমাংথোংগী মপান্দা 'ইমা' হাযনা কৌবক্লমই; অদুবু মচে অদুনা থোঙ অদু হাংদোকপা চৎখিদে মবমদি কৌবিবা মওংদু থোযনা তকশিনবগী মওং লৌখদে। কনাগুম্বা অমনা মাগী যুমলোন্নববু কৌবা ওইবমগনি হাযনা মানা লৌখি। মহাক্লা ফম্লম্বদগী হিপথবকপা মতমদা মাগী কাদুদা লৈবা হব্রাই জোব্রাব বোবা অদুগী মতুং ওইনা কবিগুম্বা উগী ফ্রেম অমা তাখিবগী মখোল তাবমই; উচিবা নত্রগা লিল্লা হাযনা মানা ভাবনা শাবমই; তৌবদি মখোলদু তশেংনা, হৌনা তাখ্রবনি অদুনা মানা মৈ অমা চুখৎলগা কবিনো হাযনা যেংলমই; যেংউ, কোনশিল্লবা অঙৌবা চে খব বোবা অদুগী নাকন্দা নপতুনা লৈবমই; হাংদোক্লনা যেংলুবর্দাদি সিবদি সাই বাবাগী ফোটো অমা যাম্না ঙকখ্রবা মওংদা মঙোন্দা পিবকপা ওইবমলে; মতম অদুদা বাবাদি উববাকোন্দাদা লৈবমই। ফোটো অদু হৌজিকসু মাগীদা লৈবি।

মতম অদুব্রাইদদি বাবাসি মাগী ভক্তশিংগা লোযননা নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংব্রাইদা তুবেলগী লৈঙোই তান্না চৎলমই অদুগা মফম অদুদা ভজন ঈশৈ পাঙথোক্লমই; মবমদি মীযাম পুম্নমক্তু চনবা অচৌবা শেদ নত্রগা হোল অমতা লৈবমদে। বাবা মশামক্লা যাম্না তোযনা-তোযনা হাযখ্রে মদুদি অহানবা চহি ১৬ সিগী মনুংসিনা মকুওইনা লীলানা মপুংওইবা শক্তম ওইগনি; মথংগী চহি ১৬সিনা শক্তি নত্রগা মিবাকলসনা মপুং ওইগনি অদুগা মতুংগী চহিশিং অদুনা পাওতাকশিং পিবনা ওইগনি। তশেংনমক মহাক্লা থাজবা পিখি মদুদি লীলা, মহিমা অমসুং পাওতাকনা মপুং ওইবা থবকশিং ওইবগসু থাক অদুগী ব্রাংমদা লৈবা অনি অদুসু খক থাদোক্লোই। তশেংবমক্লি, ব্রাফম অসিগা চপ চাননা বাবানা নুংথিলগী ভজন যাওবা মীশিংদুদা মখল কযাগী মিবাকলস উহনখি। হায়বিবা মতম অসিদনি

চিত্রাবতিগী ওইথংবা তোব্বান্দা, শোবোক্কী মনাক্তা, চীংগী নাপোম অমগী মথক্তা নাইতোম হৌবিবা মঙ্গে পাম্বি অদুনা কলপতরু হায়না মিংথোল ফংজখিবা; অওইবমক্তি সংকল্পতরু হায়বসিনা হেন্না চুনবা মিং ওইফম থোকপনি, মরমদি বাবানা ভক্তশিং অদু মফম অদুয়ৌনা পুখৎলমই অদুগা উ পাম্বি অদুদগী উহৈ মখল কয়ামকম - উশা অমদগী এপল, হৈনৌনা উশা অমদগী, উশা অমদগী কমলা, অতোপ্পা অমদগী থৈবোংনচিংবা হেকলমই। তশেংনমক্তি বাবানা হায়: উ পাম্বি অমবু হেক্তা কলপতরু ওইহনবা ঙমই মবমদি মহাক মশামকসি কলপতরুনি।

চীং অদুদা মানা যাম্না যাঙনা অমদি থুনা কাখৎপা ঙম্লমই, মদুনা মীপুম খুদিংমকপু ঙকহল্লমই; অশেংবনি, কবিগুম্বা মতমদা মহাক শুক্কা কাদে; অদুওইববা ফাওবা মহাক্না মিকুপ অমদনা ভক্তশিংদা লৈঙোই মথক্তগী ঙাঙগনি অদুগা মথংগী মিকুপ্তনা মঙ্গে মখোং মনাক্তগী ঙাঙগনি। মহৌশানা ভক্তশিংগী মনুংদা অহল ওইববশিং অমদি অনোযবশিং অদুবু চীং কাখৎপদা মানা মতেং পাংলমই অদুগা মখোয়না মাগী মখুৎ পায়না মতমদা মহাক্না মখোয় অদুবু লুত্রাকমুক যাংনা চিংখৎলমই।

মতম অদুগী ভক্তশিংগী মনুংদা যাম্না মবাইবক ফখ্রবা ভক্ত খব লৈবি; মখোয় অদুনা মশানা উখিবা মিবাকলস অদু শন্দোক্রগা তাকচবা মতমদা মশাদা ফাওবকপা নুংঙাইবগী ঈপোম অদু মথন্নতা ফাজিনজবা ঙমলমদে। মথক্তা পনখ্রিবা কল্পতরু অদগী মনাক্তা লেপ্লগা চীংথক্তগী যাম্না মরু হকপা অকনবা যাথং ওইনা মখোযশিংদুদা হাযবমই "যেংখৎলকউ কবি উই"। যেংউ ভক্তশিং অদুনা বাবাগী মকোক্কি অকোযমদা মঙ্গলগী চক্র অমা উবমই মদুদা বাবাগী মকোক্লা মযাযদা লৈবমই; নত্রগা বাবাগী মকোক্তগী থোবকপা মিৎ পাঙবা ঙমদবমখৈ লংবা মাঙাল চবুন অমা উবমই- মখোযনা হায শিবগী অহুমশুবা মিত্তগী থোবকপনি। অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসিদগী ভক্ত খবদি ব্রাম্থুখি হাযবগী খুদমশিং লৈ। খব অমনা লৈঙোই মথক্তগী যেংখৎখিবদা পুম্লং লংলবা সিবদি সাই বাবা উখি; খব অমনা মৈগী যুম্বি মখোং ওইনা উখি। অসিনচিংবা।

নোংমগী নুমিদাংৱাই অমদা হৌজিক ফাওবা মঙ্গে পাম্বিদু হৌবা উৱিবা চীং অদুদা কাখৎপা যাওকবা কলেজ ছাত্র অমনা ইবি: "মথংগী নুমিত্তা বাবানা ঐখোয়বু লৈঙোইদা অমুক হন্না পুবিবমই। তশেংববুদি, মহাক্তি নুমিৎ খুদিংগী চৎলমই, কবিগুম্বা মতমদা তুবেলগী বাংমদা লৈবা সাহেবচেকভু পুখ্রিগী নাকন্দা, পুখ্রি অসি বাবানা ইবোযদুনা, ইরুপতুনা নুংঙাইনা শান্নবা মফম্নি, নত্রগা কবিগুম্বদনা লৈঙোযদা। ৱাবি বাতাই খজিক্তং শানববা তুংদা বাবানা মাগী চহি লেংগা ওইবা নত্তা খবদা লৈঙোইদগী মঙ্গে পাম্বি ফাওবা লমজেল তান্নসি হাযনা শীঙনবমই। মখোয লমজেল চেনখিবমই, অদুবু মিকুপ অমগী মনুংদা বাবানা যাম্না হবাওনা চিংথক্তগী ঐখোযবু কৌবমই' মহাক্না অতৈ মযামদুদা মানা-মানা লৈবিবা জাগাদুদা লেপ্পু হাযবমই অদুগা মীপুম খুদিংমক্তা কৌবকলমই: "ঐঙোন্দা যেংউ; ঐনা নখোযদা মঙালগী দবশন পিগনি," "খঙহৌদনা থাশি নুমিৎকি অমম্বা নুমিদাংৱাই (সনধ্যা) অদুবু ফাওদৎলব' যাম্না চাউববা মৈবুল অচৌবা অমা লৈবমই। মীৎ পাঙথোক্তুনা যেংদুনা লৈবা ওইথোকখিদে, ভক্ত অহুম-মবিদি ৱান্থদুনা তুখি। মতমদু নুমিদাংগী পুং ৭ খজিক্ত হেনবা মতম্নি"।

সাহেবচেকভুগী মনাক্ত লৈবা মফম শব্দু পল্লকপা মতমদা অতোপ্পা থৌদোক অমসু থঙাজিনবা যাই। তোংমদি মফম অদুদা যান্থদুনা হৌবা উপাম্নি অমগী উশাদা হাপ্তদুনা শান্নবা ওমা লাকাসল্লমই অমসু, মদুগী মথক্তা ফম্লগা যাম্না হবাও-নুংঙাইনা, যাম্না যাওনা মথক মখা চংবমই "যেংউ", লৈপাক্তা ফম্লিবা ভক্তশিংদুদা হায়খিবনি। মখোয়না যেংখিবমই অদুগা যাম্না নিংথিনা লৈতেংলবা, লৈখত্তনা লেতেংলবা ফুলা অমদা যাম্না পুক্নি শুমহৎলনংঙাই ওইববা বৃন্দাবনগী মংশেংবা অঙা দো ফমদুনা লৈবদু উবমই। মদুদসু ভক্ত খব জ্ঞান মাঙদুনা লাংখৎলবা অমসু বাবানা মখুৎ ওৎলগা পুথোকপা অক্ষতাগী মরু-মবাং চাইশিন্দুনা মখোয অদুবু হিংহৎহনখি। নখোযনা জ্ঞান তাফাত্তনা-হাযবদি ঙাওবি-ঙাওবি তৌনা অমদি নুংঙাইমনখিবদগী কপ্প কপ্প হৌগৎলকপা মতমদা, বাবানা মখোযদা হাযখি, "নশাদু ইংথৌ' মথুম মবাং তৌগনু' মসিননি ঐনা নখোয়দা মসিগুম্বা শক্তম উৎহল্লিবসি"।

মতৌ অসুন্না, বাবানা অতিথি ওইখিবা মাইসোর ইমুং অমগী পুরোহিত অদুসু আশা-ইতৌ-তৌরুদনা বাবানা নরসিমহাগী শক্তম উহল্লুবদগী শ্রীবাইম্নভা ব্রাহমিন অদু - ব্রান্থখি অমসুং পুং কয়ামরুম জ্ঞান তারকখিদে। দাক্তরগী থবক্তগী পোথারবা - ইন্সপেক্তর অমগা ঈশ্বরগী মরমদা ব্রারি শারিঙৈদা বাবাগী মরাইবক্তগী থোরকপা লংলবা মণ্ডাল অদু উহনখি মদুদা মণ্ডাল অদুনা য়ৈবদগী ব্রান্থখিবদা পুং ৭০ চুপ্পা জ্ঞান তারকপা ঙমখিদে, মদুগীদমক মচাশিং অদুনা বাবাবু মপা হাত্তোকপিগে তৌরমলে হায়বগীদমক চৈ-থাংখি।

কমলাপুরগী ভক্ত অমনা বাবাদা মিরাকল খর উৎপিনবা হায়জরমই; নোংমদি বাবানা মাবু কৌরমই, মমা অমসুং ইমুং-মনুংগী মী পুম্নমকসু কৌরমই অদুগা বিষ্ণুগী অবতার ১০দু উৎপিরগে হায়রমই। উৎপা হৌরমই, মথং-মথং, ঙা, থেঙ্গু, ওক ফাওবদি করি অমতা থোক্তনা ফজনা য়েংখিরমই; অদুবু নবসিমহা অবতারগী অকিবা শক্তম অদু উৎলকপা মতমদদি মখোযগী যুম অদু নিংখায়বক্তুনা কোকথক্তা তারকপা তারে, হাযদুনা কিবনা কন্না লাউ-খোংলমই। মখোয়না "ওকলে", "ওকলে", হায়না নুংশাথিনা লাউবকলমই; মদুদা মনাক্তা লৈরম্বা, মিবাকল অদুবুদি উখিদবা, মরমদি মখোয়গীদমক নত্তবনিনা খরনা মঙ্গলাঅর্তি কৎলবা মতুংদা বাবানা মখোযদুবু ইংথহল্লমই। দশ অবতারগী মওংশিং অসে হৌজিক্তি শিখ্রবা, করনম্ শাগৈগী মবী-মতা ভদ্রলোক অমদসু য়েংহনবিখি। তশেংবমক্তি মাগী হকচাং অদু য়াম্না শোন্‌মন্‌বদগী শক্তম অদু উকবদগী ফংলকপা হবাও নুংঙাইবা অদু লাকশিনবা ঙমহৌদবদগী শিখিবনি। বাবানা মাবু তুবেলদা পুরমই অদুগা ঈশিংদা তাবিবা মাগী মমি অদুদা য়েংহল্লমই। মতুংদা মানা হায়খি মদুদি অহানবদদি সত্য সাই বাবা মশামক উরমই অদুদগীদি পুনান্দা হায়রিবা মথং মনাওদু অমতা কায়দনা অবতাব অদু উখি; শগোলতোংবা কলিগী অবতাব অদুদি বাবা মশামক্তি শকফম অসিমক ওইনা উখি।

মাইসোর সেক্রেটরিয়েত্তা কেরানি ওইরম্বা শ্রীকৃষ্ণমুর্তিগী থৌদোক নিংশিংবা মতমদা বাবানা অসিগুম্বা শক্তমশিং অসি উহনবিনবা হায়জবা মতমদা খর চিংনবপ তৌরিবসি মরম চাই হায়না য়ানিংগনি। তশেংববুদি বাবানা আশির্বাদ পিবিরিবা শক্তমশিং অসে মসিবু ফংজবা য়াবগী থাক য়ৌরবা কাংবু অদুতদা আশির্বাদ অসি

পিনবিবনি। কবন্বা মতমদা, কবন্বা মীতাদা, কবন্বা মওংগী শক্তম উহনগদগে হায়বগী খন্নবা জজ অদু মহাক্কি। অদুনা, অসুম্না আশির্বাদ ফংজববা মীশক অমনা মদুদগী ফংজবকপা হবাও-নুংঙাইবগী ৱাখল অদু মাগী হকচাং অদুনা শোন্‌মন্‌বদগী পুবা ঙমদদুনা হেন্দোবকপা অদুনা মশাবু কনজবা ঙমহৌদ্রবদি অসিগুম্বা মীশি অমা থোকহনখিবা আশির্বাদ অদুগীদমক্তা থাগৎফম থোকই।

মতম অদুদা বাবাসি বঙ্গলোবদা লৈবমই; চাউবাক্লা চহি ১৭ লোমদা ঙাইবিবা নৌবিবা অঙাং অমনি; মতম অদুদা মহাক ফুবিৎ অঙৌবা [illegible] ককপা অমগা খ্বাংদা ফৈজোমদ তোযনা শেৎপা মতম্নি। মথক্তা পনখিবা কৃষ্ণমুর্ত্তিদু বাবাগী মনাক্তা যাম্না তোযনা লাকলমই অমসুং ভজন শকপদা যাম্না হৈনিং-হবাওবা মীশক অমা ওইবমই মহাক্না বাবাবু যাম্না কুপথনা যেংলমই অমসুং নুমিৎ খবদি বাবাগী তুং ইল্লমই। অদুগী মতুংদা নোংমা অম্যুক পুং ৮ লোম তাবদা বাবাগা চিল্লোক্লবমই অমসুং যাম্না মথুম-মবাং হৌনা হায়বমই "ঐ খঙই, নঙ লাইনি; নঙগী অশেংবা মওং ঐঙোন্দা উৎলু!" বাবানা মাবু থাদোক্লবা হোৎনবমই অদুবু ঙমলমদে। অদুদগীদি বাবানা খুদক্তা পনোবপা সিবদি সাই বাবাগী ফোটো অমা মঙোন্দা পিবমই অমসুং মদু [illegible] খুদমজৌ হায়বমই। "ফোটো অদুদা যুন্না যে উকো" হায়বম্লগা [illegible] থবদা মশা মশাগী যুমদা দর্শন পিনবা যুম মদু থাদোকখি।

বাবানা পুং ১৮ হেক যৈবা মতমদা হল্লকলমই। বাবানা হায়বিবা মফমদু হেক লম্নোকপা মতমদা কৃষ্ণমূর্তিনা নুংঙাইবগী খোঞ্জেল অমা যাম্না হৌনা লাউবকলমই অমসুং [illegible] খিবমই। মহাক্না লাকখিবা মতমদসু মশা মদু খব [illegible] লমই, [illegible] অমসুং শ্বন মাপ হোল্লমই, মমিৎ অদু চেৎনা উইশল্লমই অমসুং মহাক বাবাবু কা খুদিংগী তুং ইল্লমই, কবিগুম্বদা শোক্‌তনা অদনা কবিগুম্বদনা যাম্না কন্না হায়জবমই :"নহাক্কি নখোং থম্বালদু [illegible] নখোংদ অমুক্তা শোকচগে।" মহাক মনমগী শক্তিনা বাবা কদাযদা লৈবগে হায়বসি চপচানা খঙবগুম তৌবমই, মবমদি মহাক অসি বাবাবোমদা সুম নকশিল্লক্লবনি হায়বদি শিবমদাই যৌবক্লবনি। অদুবু বাবানা মাবু তপ্না ইনথোকলমই নত্রগা লোৎলমই নত্রগা ফম্বা মতমদসু মখোঙ অদু চেৎনা হকচাং মখাদা থমলমই অমসুং মানা হায়জবদুদা শুকয়া য়াবমদে।

কৃষ্ণমুর্তিদা মমিৎ হাংদোক্লবা হায়বা মতমদা য়ারমদে; মহাক্লা হায়রমই মাগী মমিৎ অদুনা অতৈ করিগুম্বা পোৎ অমদা য়েংনিংদ্রে, মানা পামজবদি বাবাগী মখোং শোকপা অমসুং উজবা অদুতনি। মহাক্কি নুংঙাইজবা অমসুং মথুম-মরাং হৌবদু নুমিৎ খর চৎথরমই অদুনা বাবানা হায়রমই মাগী য়াম্না নুংঙাইজরিবা মওং অদুদা বাবাগী মখোং শোকপা ফংলম্লবদি মহাক শিরম্লগদবনি। মরম অদুনা বাবানা মাবু ময়ুমদা চৎখিনবা তুমিন্না থেমলমই অমসুং মাগী ময়ুমদা দর্শন পিগনি হায়বিখি অদুগা বাবা মশানা সিভিল স্তেসন অদুগী অতোপ্পা য়ুম অমদা হোংদোকখি। অদুবু কৃষ্ণ মুর্ত্তিনা মশাবু ফাদজবা ঙমলমদে; মমিৎ অদুম উইশিন-উইশিন্না মাগী লম্বিদু পাম্বৈ অমা তৌদুনা খঙখি; শগোলগাড়ি অমা তোংখৎখি অদুগা ড্রাইভর অদুদা বাবানা লৈবিবা মফম অদুদা চৎনবা হায়খি। গাড়িদগী কুমথবগা কমপাউন্দ মনুংদা চেনশিনখি। য়ুম অদুগী অকোয়বদা চৎখি অমসুং মতম অদুদা বাবানা লৈরিবা কা-অদুগী থোংনাওদা থিনবা হৌখি। অঙাং অদুগী কা হেন্না নুংঙাইজবা অমা মশাদা ফংখিবদুনা মরম ওইরগা মহাক্কি পুন্সি অদু খুদোংথিনিংঙাই ওইবি হায়না বাবানা হাযখি। মহাক্কি তুং ইন্নরকপা মরীমতাশিংনা মহাকপু ময়ুমদা চিংদুনা পুখি। মদু ফাওবদা মহাক্কি মমিৎ অদু অদুম উইশিল্লি অমসুং বাবাগী মখোং পিবিনবা হায়জরি।

চরা হেনবদগী অমদি ঈশিং ফাওবা থকখিদবদগী মশা অদু যাম্না শোল্লদুনা মীওই খরনা মাবু হোসপিতালদা পুখিরমই। বাবানা মাগী মখোং চামথোকপগী ঈশিং খর হোসপিতালদা থাখিরমই অমসুং মদু মানা থকপা মতমদা ময়ুমদা পুথবা যাবগী পাঙ্গল কনখিবমই। য়ুম য়ৌবগা মীপুম খুদিংমক ভজন শক্লবা হায়বমই অদুগা মশানা কা অদুদা লৈবা কাংথোল অমগী মথক্তা ফমলমই। ভজন লোইরকপা মতমদদি মহাক্তি হৌগৎলকখিদ্রে। মহাক্তি ভগবানগী মখোঙ শোকপা ফংজখে; তুরেলনা সমুদ্র ফংজখ্রে; জীব-আত্মনা পরমাত্মদা তিনজখরে। অদুগুম্বা, ব্রাহ্মৈনা ফোংদোকপদা ব্রারবা নুংঙাইবগী থাক অদু ফংজখ্রিবা আত্মা অদু কয়াদা অব্রাংবা থাক্তা মপুং ফাগ্রবা আত্মা ওইরিগবা!

মসিগী মতুংগী চহিশিংদসু বাবানা মশা-মশানা নিংজবা ঈশ্বরশিংগী শক্তম অমসুং বাবা মশামক্কি তোঙান- তোঙানবা মওংশিং কযাসু উহনবিখ্রে। মসিগুম্বা ময়াম অসিনা অদুগুম্বা নুংঙাইবগী মিকুপ অদুবু যোকখৎপি-নিংশিংহল্লি।

বাবা মশামক্না যাম্না তোযনা হাযবিখ্রে মদুদি ঈশ্বরদি মীওইবগী শক্তমদা লাকপা তাবনি, মীওইবনা খঙজবা ঙমনবা; মশাগী মবোলদা মীওইবদা ব্রা-ঙাঙনবা; মসি ঈবাক্লবিবা মী অমবু কন্নিংলবদি মশামক্না ঈশিংদুদা চোংথবগা কনবগুম্বনি। ঈশ্বরনা মশাগী ওইবিবা ফিভমদু কবি অমতা হোংদোক্তনা অদুম লাকলবদি অবতাব অমদগী কনা অমতনা কবি অমতা কান্নবা ফংলোই।

অতোপ্পা থৌদোক অমদনা মহাক্না কমলাপুবদগী লাকপা মীওই খবদা মখোয শ্রীকৃষ্ণনা খোংবা বাঁসিগী ঈশৈদু তানিংব্রা হাযনা হংলমই;... কনানবু তানিংদে হাযগদৌবিবনো? মহাক্না মখোযগী মকোক অদু মাগী থবাক্তা থন্নবা হাযবমই; যেংউ' যমুনা তুবেলগী ঈচেল ফাওব' লেপহনখিবা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁসিগী নুংশিববা থোঞ্জেলদু মখোযনা তাবা ফংজখি। ঈশ্বরম্মনা অতোপ্পা থুক লাউবা থৌদোক অমসু হায; বাবানা হায়খি"তাউ, সির্বদি সাইবামদু সিদা লৈবে"; মদু তাবদা মহাক অমসুং কা নদদা লৈবিবা মাপুম খুদিংমক্না মখোযবোমদা মী চংশিল্লকপগী দং দং লাউবা, উগী খুকম তো.বগা খোংথাং; বাবানা ফমলিবা মফমদু যৌবা কান্দা খোংথাংশিংদু মখোন তাখিদ্রে' অহানবা খোঞ্জেলদু তাবা মতমদা মমানা শাওবপতৌনা হংলমই: "সেন্দল তোংলগা লাক্লবদু কনানো?" ফাওখ্রিবা শাক্ষিনা অদু অসুক্কি মতিক তশেংবা ওইখ্রে; উখ্রিবা শকফমদু অসুক্কি মতিক শেংখ্রে।

মসিনা মমানা থেংনখিবা থৌদোক্লি; অদুগা মপা-পেদ্দ ভেন্কপবাজুনা থেংনখিবা লীগদবা থৌদোক অমসু লৈবি। নোংমগী নুমিদাংব্রাই অমদা পেনুকোন্দাদগী মাওই খব পুত্তপর্তিদা লাকাখবগুম তৌই; মখোয অদুগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণমাচাবি কৌবা মখোযগী মরুপ-মপাং ওইবা, পুত্তপার্তিদা পোক্লবসু কুইনগী মমাংদা পেনুকোন্দাদা লৈখ্রবা উকিল অমা যাওবমই। মহাক অমসুং অতৈশিংদু কবন্মগী যুমদা লাকলমই অদুগা শ্রীমতি সুব্বম্মানা কোফিনচিংবা পিথক্লমই। ইমুং-

মনুংগী ৱাবি শানবম্বদগী সত্যনবায়ন বাজুগী খ্বাইদগী নৌবা থৌদোকশিংগী মবমদা ওনশিল্লমই অদুগা মনাক্তুদা লৈবম্বা পেন্দ ভেনকপবাজুদা হংলমই; তাবিবা পুন্নমক অসিনা কমদৌবনো অদুগা কযাম্না চুল্লিবনো? পুন্নমক অসি অঙক-অঙকপা থৌদোক ঙাক্তুনি, মাসু কবি অমতা হাযবা ঙমদে হাযনা খুমলমই। অদুদগীদি উকিল অদুনা ভেনকপা বাজুবু নমথাকৱালানি হাযবমই অদুগা খুঙ্গংগী অচম্বা মীওইশিংদা ৱাজাও ৱাঙদুনা ওইদবা প্রচাব তৌবা মীনি হাযনা মবাল শিবমই। ৱাফম অসিনা মাবু মথৱাই য়াম্না নুংঙাইহল্লমদে অদুনা খুদক্তা বাবাগী মনাক্তা চৎলগা চিংনবিবা মীশিং অসিদা মহাক লাইনি হাযবসি মীযাম্না অমুকহন্না মঙোন্দা হাযবক্তনবা শেংদোক্কদবনি হাযনা শীঙনবমই। বাবানা যাম্না ঈংনা-তপ্না চিংনবিবা মী পুন্নমক্তু মাগী মনাক্তা পুবক্লবা খঙহল্লমই।

বাফম অসিগী মতুংইন্না শ্রীমতি সুব্বম্মা অমসুং পেনুকোন্দাগী পার্টি অদু বাবানা লৈবিবা পেন্দ ভেনকপ বাজুগী মযুমদা পুবকাখ। বাবানা শ্রীমতি সুব্বম্মাদা সিবদিগী মোংফম উনিংৱা হংলমই। মহাক্না উনিংই হাযনা খুম্লবদা বাবানা মাবু মনুংগী কাদা পুশিনখিবমই অদুগা হাযবমই, "যেংউ",। মহাক্না মোংফম অদুদা লৈ মযাম অমা, মনম নুংশিববা মৈখু কাবিবা ধুপ, অমসুং সেবাবি অমনা কাচিন অমদা ফম্লিবা, মশা মথন্তা মন্ত্র অমা শোনর্জাববা পুন্নমক অদু মহাক্না উবা ফংলমই' বাবানা অমুক হাযবমই: "সোমদ অমুক, যেংউ অনাজনেযাগী মন্দিব অমসুং অবাপ্পদা লৈবিবা মাবগোসা পাম্বি"। অসুম্না পুন্নমক অসি উববা মতুংদদি মহাক অসি চাংজৌ নাযদ্রবা লমহাং অমদা লৈবগা চাংজৌ নাযদনা মমাংদা শন্দোকখ্রিবা মাইল কযা লাপথ্রবা দৃশ্য অদুগী মবক্তা সিবদিগী দৃশ্য অদু যেংদুনা লৈবগুম তৌবমই।

অসিগুম্বা হকচাং পুন্নমক থুক-থুক লাওবা, পুমশুম শুমহৎপা থৌদোক অদুদগী মাবু পুথোবক্লবা মতুংদা মানা অমুক শ্রীকৃষ্ণনমাচাবিবু মনুংগী কাদা বাবাগী মনাক্তা চংনবা হাযবমই। বাবানা মখোয পুন্নমক মথং-মথং অমমম ওইনা পুশিল্লমই অদুগা মখোয় খুদিংমক্তা চপ মান্নবা দৃশ্য অদু হাযবদি সিবদিগী মোংফম অমসুং অকোযবদা লৈবিবা ফিভম পুন্নমক্তু যেংহল্লমই। পেন্দ ভেনকপবাজুনা

হায, মহাকপুদী পুম্নমক অদুগী মতুংদা ইকোন কোন্না পুশিনলমই; মহাক্না মপান্দা থোবকপা মতমর্দাদ মহাক পুমওন-ওনখ্রবা মী অমা ওইখ্রে হাযবদি মাগী চিংনবা পুম্নমক কোকখ্রে। পেনুকোন্দাদগী লাকখিবা মকুপশিং অদুনা মখোযনা হাযফম থোক্তবা ব্রাফম খব হাযদোকখিবা অদুগীদমক ঙাকপিনবা হাযজখি অদুগা মখাতানা হাযবকখি: বাবাগুম্বা ঈশ্বরগী ওইবা থৌদোক অমদা মিংথোনবা যাবা খ্বাইদগী অশেংবা ব্রাহ্মেশি "খঙবা ঙমদ্রবা অঙকপগী মশক" হাযবা অসিনা ওইগদবনি হাযবকখি। মখোয, সুব্বম্ম অমসুং ভেনকপবাজুদু নুমিৎ অদুদগীদি চহি ১৬তা ঙাইবিবা নহা ওইবিবা অঙাং অসি বাবাগী অবতাবনি হাযবসি পুবানা মশানা যাজখ্রে। পেদ্দ ভেনকপবাজুনা হায, মদুদি মাগী ইমুং-মনুং পুম্নমক্না বাবাসি লাইনি হাযনা লৌগদবনি হাযনা পাওতাক পিখি অমসুং অপিকপা ব্রাফম্না, থৌশাদবনা নত্রগা অশাওবনা অমুক মখাতানা মঙোন্দা মৈশা পিবোইদবনি।

অদুগুম্বা ঙাল্লিঙৈ মতম অদুদফাওবা বাবাসি পাওতাক পিবগী থবক তৌবমই; তশেংনমক মাগী পুন্সি অসি মবক ৩৫ত্রবা পাওতাক পবেং অমনি। মসিগী চপচাবা খুদম হাযববু দিগম্বরা শ্বামীনা পুত্তপার্তিদা শোক ১৯৪১দা লাকখিবদা মহাক্না পিখিবা পাওতাক অর্দুনি। মসিগী অহল ওইববা সন্ন্যাসি অসিনা বুক্কপৎনম্দা লাকপদা সহব পুম্নমক মথুম-মবাং তৌখিবনি; মহাক্কি মখোং অনিমক যাওদ্রবনি, মফি শেৎখিদ্রবনি; মবম অদুনা মীযাম পুম্নমক্না মহাকপু খ্বসি অমা ওইবগী গুণ পুম্নমক্কগী হেন্দোকখ্রবা মীনি হাযনা লৌনবমই। মহাকপু অবাবা খুদোংথিবা কযা মাযোক্লখ্রবা বাবাগী মমাংদা পুশিল্লগা বাবানা কবি তৌবকপগে হায়বদু যেংনিংলমই। দিগম্বরা শ্বামী অদুগী ব্রাঙাংদবা হাযবা ব্রাশক অদুসু লৈবম্বনা মীযামগী লাংতক্লবা অদু হেন্না ব্রাংখৎলমই। যাম্না ঈথক-ইপোম হৌহল্লিবা অফাওবা নিপা অদু পুত্তপার্তিদা পুবক্তুনা কবনমগী মযুম মমাংদা থমলমই অমসুং যাম্না তনৌবিবা নুশিববা লাই মচা অদুনা মহাকপু উনখি। মফি য়াওদ্রবা-খ্বসি অদুদা বাবানা খুদৈ অচৌবা অমা পিখি; লোয়ননা অতৈ কবিগুম্বা মফমদা ফংলবোইদবা পাওতাক খবগা পিখি।

"নঙনা নফি-নরোল অমতা য়াওদবসিনা উৎলে মদুদি নহাক সমাজগা লৈনবা মরী পুম্নমক ককথৎলে, অদু ওইববদি মীওইবা সমাজদগী য়াম্না লাপ্না লৈখ্রবা জঙ্গল মনুংদা লৈবা শুরুং অমদা চৎত্রিবা কবিগীনো? করিগীদমক্তা কিরিবনো? অমবোমদনা নঙনা নঙগী মিংচৎ থম্নবগীদমক অমসুং সহরশিংদা ফংলিবা চিঞ্জাকশিংদু ফংনবগীদমক (সেবক-শাখা - লৈহন্নিংবগী অপাম্বদু লৈরবদি) কবিগীদমক অপাম্বা লৈত্রবা মী অমগুম উহল্লিবনা কবিগীনো"? অঙাং ওইবিবা বাবাগী মফমদগী থোকখিবা ৱাহৈশিংনি। ৱাহৈশিং অসিনা মীপুম খুদিংদা অঙকপগা লোযননা ফাওহনবা ঙমখি অমসুং মীয়াম্না যানিংখি।

দিগম্বরা শ্বামী অদু মতোক কেনবগুম উখি মবমদি মহাক মানা মশাদা ফি শেৎত্রিবা অমসুং ৱা ঙাংদ্রিবা থাক অদুগা চাননা হকচিন্না থবক তৌবা ঙমলমদ্রি। অদুবু বাবাদি মাবু ইকায়বা পিনবা নত্রগা থম্মোয শোকহনগে হায়বা ৱাখল লৈখিদে; অশেংবনি, ৱাখল অদুদগী যাম্না লাপ্না লৈখি; মহাকপু মতেং পাংগে, অবাবা কোকহনগে, দবকার খুদিংমক শোযদনা ফংহনগে হাযবগীদমক মহাক তৈযাবিদা লৈবমই। মখোংনা চৎপা ঙমদ্রবা নুপা অদুদা মনঙ্গলদা পোপ-পোপ যৈবদুনা মহাক্না হাযবমই: "ঐ নঙগী খুদোংথিবশিং খঙই। নঙনা মীযামদগী লাপথোক্লবনি নঙগী চিঞ্জাক অমসুং লৈফম ফংদবা যাই হাযবা নঙগী অকিবা অমা লৈ, নত্রনে? ফবে, ঐনা শোযবোই হাযদুনা থাজবা পিবিবসিনি, কনাগুম্বা অমনা লৈনিংবা মফম অমদা লৈজসনু মানা ঈশ্বরগী মিংখৈ শোল্লবদি মহাক্না চানবা চিঞ্জাক ফংগনি। মদু শোযদনবা ঐনা য়েংগনি। নঙ হিমালোযগী আ-জঙ্গল মনুংদা লৈবা য়াই নত্রগা খ্বাইদগী কুংলবা দন্দকবন্যদা  লৈবা যাই, ঐনা মফম অদুদা নঙগী চাননবা চিঞ্জাক চাং নায়না পিগনি। অদুবু, নঙনা মদুগী থাজবা অমসুং থৌনাদু লৈত্রবদি মফম অসিমক্তা মহাকপু (ঈশ্বরবু) নিংজবা য়াগনি; অদু ওইববদি নফি শেত্তনা কোইচৎ-চৎলগনু অমসুং নঙবু মফম খুদিং পুদুনা চৎলিবা ময়াম অসিদা পোৎলুম অসি পিবগনু"। কয়াদা লেমখ্রবা পাওতাকশিংনো। মীয়াম্না মসিগী অর্থসি অমুক্তং খঙবা ঙম্লবদি কো! মদু ঈশ্বরগী খোল্লাওনি; অবতার খক্তনা পিবা ঙমদগদবা থাজবনি!

ব্রাফম অসি নৈনবিঙৈসিদা শ্বাইদগী মতাং চানা পলহৌবা য়াবা ব্রাফমদি ঙসি ফাওবদা বাবানা অদুগুম্বা থাজবদু সাধক পুম্নমক্তা পিবি হায়বসিনি। চহি অহুমগী মমাংদা শ্বামী সৎচিদানন্দনা বাবাগা উনবা মতমদা বাবানা মঙোন্দা হাযখি: নহাক্না যোগা সাধনাদা যাম্না খুমাং চাউশিল্লিবদো - হৈথোই শিংথোইবিবদো অদুম চৎথৌ-নৈনৌ অমসুং সেক্রেটবি অমা ওইবগা ওবগেনাইজেসনগী তোঙান-তোঙানবা থৌবমশিংদা লৈথোক্তুনা মদু অরেম্বদা মাঙহনখিগনু অমসুং চহি ৭০ শুববা অহল ওইববা সন্ন্যাসিন অদুবু মনঙ্গলদা পোপ-পোপ থাবদুনা মহাক্না মখা অমুক তাবকখি, "নহাক্না ফংলিবা যোগগী থাক অদুমক্না নঙনা শুকংদা ফমগদৌবিবা নুংদুম অদু ফাওদত্তুনা চংগনি অমসুং সংস্বাবদা যাইফবা-মঙ্গল পুবক্কনি; হিমালোযগী অচিকপা মফম অমদা চৎলো; নঙনা লৈনিংবা মফম অমদা লৈবদা ঐনা নঙগী চিঞ্জাক অমসুং লৈফম পিগনি"। চপমান্নবা ঈশ্বরগী যাথং অদুমক। অবতারগী খোল্লাও অদুমক। লমজিংবিগে লাক্লিবা অমসুং সাধক পুম্নমকপু ঙাকপিগে লাকলিবা ওইনিংবা ধর্ম্ম ওইজবদা, ওইনিংবা জাতি ওইবদা, ওইনিংবা লৈবাক অমদগী ওইবদা।

পুত্তপার্তিদা সাইবাবাগী শাযোন অমা লৈখ্রে, উৎখ্রে তাবদগী মাইগৈ পুম্নমক্তগী লাকখিব, ভক্ত মযামদুগী মশাগী অনাবা অমসুং পুক্লিংগী অনাবা মযামদু কোকহন্নবা হোৎনবদা বাবাসি মথৌ-যাম্না চিল্লমই। মহাক্না হায তৌবিবা থবক অসিমক মানা পাঙথোক্কদৌবিবা পান্দম অদুগী শরুক অমনি, মবমদি মশাগী নত্রগা পুক্লিংগী অনাবা চৈনাখোল নংলিবা মী অমতনা ঈশ্বরগী মাযকৈদা চৎনিংবগী অপার্ম্বাস লৈবা ঙমলোই। মবম অদুনা লাযেংবা ঙমদ্রবা অবিবা অনাবগী মখল কযামকম, অঙাঙ অফৈ, শাবৈ, ফত্তবা ভুৎ-প্রেৎনা তোংশিনবনচিংবা কযা মাইবা অচৌপাসিগী মনাক্তা পুবকখি। সিবদি সাই বাবাবু লাৎচবিবা মীওই কযাসু খঙনিংবদগী, লাংৎক্লবদগী মখোযগী মবুংঙোগী অনৌবা শাযোন অসিবু যেংনবা বাবাগী মনাক্তা লাক্লমই। মযাম অমনা বাবাবু মখোয মখোযগী মফমশিংদা লাকপিনবা থেমজবমই; অসুম্না বাবানা বঙ্গলোবদা চাকখাওগী মখাদা লৈবা মতম কুইনদগী ফবা ঙমলক্তবা অনাবা অমা (doudenal ulcher) ওপবেসন তৌদুনা অনাবা মীদু পুমফ ফহনখি; মদুদা দবকাব ওইখিবা খুৎলায় পুম্নমক খুদক্তা

অহাঙবদগী যাম্না ঙকপা মওংদা পুথোকখিবা ঙাক্তনি, মবম অদুনা যাত্রিক চংলকপগী চাং অসি হাযনিংঙাই লৈতনা হেনগৎলকখি।

পুন্নমক অসিনা তাকলিবদি বাবাসু লৈবা য়াবা অদুগা ভক্ত পুন্নমকসু লৈহনবা যাগদবা হেন্না চাউবা মন্দিব অমা দবকাব লৈবে-হাযবনি। মসিদগীনি বঙ্গলোবগী তিরুমালা বাও অমসুং অতৈ কাংবু খবগনা শোক ১৯৪৫দা অবিবা মন্দিবগী থৌবাং তৌখিবনি। খনখ্রিবা মফম অদু খুঙ্গ অদুদগী খজিক্তং হাযদোক্লগনি; সত্যম্মা অমসুং গোপালাকৃষ্ণ লায়শংগী মবক্তনি; হায়বিবা মফম অসিমক্তদা চহি কযাগী মমাংদগী কবনম্গী ইমুং-মনুং অমসুং অতৈ ভক্তশিংনা দশবা অমদি অতৈ হবাও কুম্মৈগী মতমদা লৈফম অমসুং মান্দপ কযা শাগৎপা মফমনি।

শেংদোক্লবা নুংদুনা যাত্র হুন্নবগীদমক্তা বাবানা তাকপা মফম অদুদা গুনি ভেনকতা কৌবা মীনায অদুনা তৌবা মতমদা নুঙগী মুর্ত্তি (Peetham) শিং, লিঙ্গা লৈবম্বগী থোঙফমশিং থেংনবমই। অদুবু যাম্না অঙকপগী মশক্তি মদুদি ফনা কন্না থিববদসু লিঙ্গম অমতা ফংবদি ঙমখিদে। মুর্ত্তিদি দজন কযা লৈবমই,... অদুবু লিঙ্গমদি অমা ফাওবা. .। মীযাম পুন্নমক্লা বাবাদা কোযশিল্লমই অমসুং পাওখুম নিজবমই। বাবানা মাগী খুদোনবিনা চাকখাওদা থিল্লগা পাওবৌ ওইনা হাযবমই :" লিঙ্গ পুন্নমক মসিদা লৈবে"। পাওখুম অদু কযাম চুম্বগে হাযবসি মহাশিববাত্রিগী অহিংদা বাবাগী মখন্নাওদগী লিঙ্গম থোবকখিবদু উখ্রবা কাংবুদি খঙবিবম্লগনি অদুগা উদ্রিবা কাংবুগীদি ঈশ্বরগী লম্বিশিং অসিদি মীওইবনা চৎনবিবা, লৌনবিবা, পন্নবিবা পুন্নমক অসিগী ব্রাংমদা লৈখ্রবনি হাযবা ব্রাখলনা পুক্লিং ফাদবিবগা মদুদা পেনবিবা তাবি।

বিলদিং অদু লোযববা মতুংদা বাবানা কবনম্গী যুমদগী লাকখ্রে অদুগা মমাংগী মাঙ্গোল অদুগী ওইদা লৈবা ফুট ৮ শাংবা ফুট ৬ পাকপা অপিকপা কা অদুদা লৈবা হৌখ্রে।

মবক অসিদা বাবা মাদ্রাসতা চৎখ্রে অদুগা মী লিশিং কযাদা মফম অদুদা দর্শন পিখ্রে। মহাক্লা মাসুলিপতম ফাওবা লাপ্পা চৎখি। মহাক্লা চৎখিবা মফম খুদিংমক্তা মীয়ামদা পুক্লিংগী শক্তি অমসুং আধ্যাত্মিক্তি পাওতাক পিবিবমই, অমসুং মখোম

পুম্নমকপু লমজিংবিগনি অমসুং ঙাকশেনবিগনি হায়না থাজবা পিবমই। নোংমদি মাসুলিপতম মনাক্তা লৈবা সমুদ্র তোর্ব্বানগী লৈঙোই মথক্তা লৈবিঙৈদা বাবানা চুমদ্রিং সমুদ্রদা কুমথখি। ফিভম অদু ভাব তানবা হোৎনবদা ভক্তশিংদু মতম খব চংখি। অদুগী মতুংদা মখোযনা খেঞ্জেল অমা তাখি অমসুং সমুদ্রগী ঈথকলোমদা মমায ওনশিনখি; মতম অদুদা মখোযনা সেশা-সাযী ভগবান্না সেশা লিনগী মথক্তা হিপ্পাগী শক্তম অমা ঈথক্তা ঙাথদুনা লৈবদু উখি। মিকুপ অমগী মনুংদা বাবাদু মখোযগী মনাক্তা যৌবকখ্রে। বাবাগী ফিবোলশিংদু ঈশিং অমতা চোৎলক্তবদুদা মখোয ঙকপনা খম থেংখ্রে। অতোপ্পা নুমিৎ অমদনা মহাক্লা ঈশিংগী মপান হেক তাযনবা ফাওবা চংখিবমই অদুগা সিলভবগী তেঙ্গোৎ অমা ঈথক মবক্তুদা থাপ্পা লংথোকর্খি। মীপুম খুদিংমক্লা করিগীনো হাযনা ঙক্লবমই; অদুবু মীকুপ অমগী মনুংদা তেঙ্গোৎ অদু অমুক হল্লক্তুনা মখোযগী মনাক্তা যৌবকখি। বাবানা মদু থুমহি চেনবা ঈশিং অদুগা লোযননা থাঙ্গৎলমই; অদুগা দ্রোপ খব খব অশেংবা ওইনা যোৎনবগীদমক ভক্তশিংগী মখুত্তা হৈথবিবমই; যেংউ, মখোয খুদিংমক্লা থুমহি চেনবা ঈশিং অদু মপা-লৈতনা মনম নুংশিখ্রবা অমসুং থুমখ্রবা অমৃত ওইনা ফংজখি; চহি খবগী মতুংদা সমুদ্র লাইবেন্থীনা মাগী মখোঙদা মনিমুক্তা পবেং অমা কৎখিবগুম, সমুদ্র লাইবেন্থীনা মঙোন্দা অমৃত কৎখিবমই।

ভগবানগী অসি গুম্বা লীলাশিং অসিবু মমিৎনা উখিবা অমদি অমৃত অদুবু চাজবা ফংখিবা মীওই কযা ঙসি যাম্না থৱাই যাওবা, অথোইবা ভক্ত ওইনা প্রশান্তি নিলযমদা লৈবি।

বাবানা মাগী অকোযবদা লৈবিবা মীযাম অদুনা মাবু যানবগীদমক্তা শাযোনগী শক্তম অসি উৎলিবনি হাযনা থৌদোকশিং অসিদগী ঐখোযনা লৌবা তাববদি মদু অবানবা ৱাখল ওইগনি। অসিগুম্বা অঙকপগী থৌদোকশিং অসিদি ঈশ্বর মশাগী ওইবা হৌনশার্মক্রি; মাগী থবকশিং অসিদি ঐখোযগী অঙ্কগী, ফিজিক্সকী অমসুং কেমিস্ত্রিগী ৱাংমদা লৈখ্রবা ঙাক্তনি। প্লাতোনা 'মসিদা' (Here) অমসুং 'হৌজিক' (Now) হাযবা অনিসিগী মবক্তা কবি-কবন্থা মওংদা মরী লৈনবগে হায়না থিজিনখিবা অমসুং 'মসিগী মতুংদা' অমসুং 'কুইনগী ওইবা' (Ever) অসিগী মবক্তা লৈনবিবা মবী অসিবু মেতা ফিজিক্স- "লৈরিবগী মওং" কৌখি। বাবাগী

থবকশিং অসিদি মেতা ঙাক্তনি! মহাক্কা মিরাকল ময়াম অমা উহনবিরি মরমদি মাদি মানি, করিগুম্বা অপাম্বা অমগী নত্তে, অনিংবা অমগী নত্তে, দরকার অমগী নত্তে, মরমদি মাগী করি অমুক অপাম্বা নত্রগা আশা লৈখিগনি?

হায়রিবা মতমশিং অদুদাফাওবা কনাগুম্বা মীশক অমনা মাগী মনাক্তবু অমুক্তং য়ৌরকখ্রবদি বাবানা খুদক্তা মখুৎ পায়দুনা চিংশিনবিখি; অদুগা পাওতাক্কা, ৱাঙাংনা, প্রমান্না, পাওরৌনা নত্রগা চৈ-থাংবনা মহাক্কা মখোয় অদুবু য়াম্না তপ্না নোল্লুকপা, তুমিন্না লৈবা, অশেংবা, হৈথোই-শিংথোইবা, হৈনিং-ৱাখল ফাওরবা সমাজকী শরুক অমমম্ ওইনা শেমলম্ই। মদুনি মানা শোকপদগী ওইরক্লিবা অফবা ফল। মহাক্কা ভক্ত ময়ামদা পাওজেল পিবা মতমদা নুংগী হোংদোকপগী দবকার লৈ হায়বসিদা কন্না শাফু পিবম্ই। মহাক্কা মীপুম খুদিংমক্তা থৌনা লৈনবা হায়রম্ই অমসুং মখা তারম্ই মদুদি থৌনা হায়বসি চাংজৌ নাযদ্রবা শক্তি-ঈশ্বরগী চাংজৌ-নায়দ্রবা থৌজাল অদুদা থাজবা লৈরবা মতমদতা লাক্কদবনি। অওইবমক, কনাগুম্বনা চিংনববদি মঙোন্দা চংজবগী দরকার লৈ অদুগা মাগী মপান-নায়দ্রবা শক্তি অমসুং মপান-নায়দ্রবা থৌজাল অদুগী মহাও তংদুনা য়েংজবা য়াই।

বাবাগী থৌজালহৈবগী মতাংদা ঙাওনবকপদা মহাক্কা নহা ওইরিঙৈদা হায়বদি চহি ২০গী মখাদা লৈবিঙৈদা, বঙ্গলোরদা লৈরিঙৈদা থোকখিবা থৌদোক অমা নিংশিংলকই। মোচি খোংউপ-শেম্বা-শাবা অমনা সিভিল - ষ্টেসন অদুগী মতায় অমদা ফমদুনা মাগী শিনফম অদু পাঙথোক্লিঙৈদা, মানা ফল্লিবা অদুগী মায়োক্লবদা লৈবা দলান অমদা বাবাবু উরম্ই; কার ময়াম অমা থৌদোক-থৌজিন তৌবি; লৈ অমসুং উহৈ-ৱাহৈ কয়া পুশিন্নখি অদুগা লম্বিদা থোরক্লবা মীশিংদুগী মায়থোংদু হবাও-নুংঙাইবা অমসুং অপেনবনা পুমলং-লংলম্ই; মখোয়না অবতাব অমগী মরমদা, শ্রীকৃষ্ণগী মবমদা, ঈশ্বরগী মরমদা, বাবাগী মরমদা ৱারি কয়া শানখি। অদুনা মহাকসু থোঙ্গাল লানশিনখি অমসুং যাম্না কিথি-কিকম্না চেপথদুনা হোল অদুদা হায়বদি নুপানা নাকল অমদা অদুগা নুপীনা নাকল অমদা ফমলগা বাবানা অখন্নবা চৌকি অমদা ফল্লিবা হোল অদুদা য়েংলম্ই। বাবানা মঙোন্দা হেক য়েংলকপগা মতা-চাননা মাগী মমিত্তুসু বাবাদা তারম্ই। খুদক্তা বাবা হৌগৎলক্লম্ই অদুগা মহাক্কা লেপলিবা থোংজিল অদু তান্না

থোরকলমই; বাবানা মহাক্কি মনাক্তা চংশিল্লমই অদুগা মোচি অদুনা মঙোন্দা কৎত্রিঙৈদা মখুত্তা পায়রিবা খুইরবা লৈ পরেং মচা অদু লৌরমই অমসুং তামিল মরোলদা মহাক্না বাবাগী মফমদগী করি পাম্বগে হায়না হংলকই।

মশাগী অনিংবা ব্রাখল পুম্নমক মওং চুম্না খল্লগা মদু ব্রাহৈ কয়ামরুম্না ফোঙদোকচনবগী খুদোংচাবদু অহল ওইববা মোচি অদুদা বাবা-মশামক্না পিবিরম্লগদবনি, অদু নত্রবদি মানা কবি কবম্বা অঙকবগী মশক ওইবা ব্রাফম হায়জনিংবগী থৌনা লৈরমগনি হায়বসি করম্না ঐখোয়না তাক্কদৌরিবনো? মশাবু য়াম্না থাজজনা, করি অমতা চিংনদনা অদুগা তাবিবা পুম্নমক অদুগীদি য়াম্না অঙকপা মওংদা মহাক্না হায়রমই, "চানবিদুনা ঐগী য়ুমদসু লাকপিয়ু অমসুং করিগুম্বা খরা লৌবিয়ু"। বাবানা মাগী মনঙ্গলদা য়াম্না নুংশিনা পোপ-পোপ থারমই অমসুং হায়রমই; "য়াম্না ফবে। ঐ শোয়দনা লাক্কনি"। অদুদগী হোলগী অসোমথংবা মতায়দা লৈবা মাগী ফম্‌ফম্‌দা অমুক ফমখি।

মোচি অদুনা মাগী ময়ুম অদু তরু তনালনা শেংদোকচরগা বাবাবু ওকচনবগী থৌরাং তৌদুনা লৈজনবগীদমক বাবা করম্বা মতমদা লাকপিগদগে অমসুং মাগী ময়ুম্না কদায়দনো হায়বদু হায়জনবগীদমক য়াম্না কুইনা ঙাইজরমই; অদুবু মাগী শউন মচেৎ-মকায় য়াওবা খাও অমসুং খোংউপ অমনবা খরদু মাঙখিগদ্রা খনবদগী মহাক য়াম্না থুনা মাগী থবক শুফমদুদা হনবা তাখি; চেনশিল্লক্লিবা ভাবোক ময়ামদুনা মাবু মফম মবাং খঙদনা পঙইন্দ ইনবিরমই; বাবানা মাগী য়ুমদা লাকপিগে হায়রমই অদুনা কৈদৌঙৈ লাকপিগদৌরিবনো হায়বদু খঙনবা লেপ্লিবনি হায়না মানা হায়জবা মতমদা কনা অমতনা থওইনা তাবিরমদে। খরনা মঙোন্দা অমসুং মাগী অপংথৌনা অদুদা নোকপিরমই; খরনা মহাক অসি য়ু থকপনি, অঙাওবনি হায়বিরমই। অসুম্না নুমিৎ কয়ানি হৌখবে। বাবানা মাগী ভক্তশিংগা লোয়ননা মতম লেনখি অমসুং মোচি অদুগী মায়োক্লবদা লৈবা য়ুম অদুদা চৎখিদে। মহাক্না বাবাগা অমুক উনখিগনি হায়বগী আশাদু থাদোকলমই।

খঙহৌদনা নোংমদি অচৌবা কার অমা অহল অদুগী মমাংমক্তা খামলমই। মহাক হায়ফেৎ চিংনরপ তৌখি: মদু পুলিসকী গাড়ি ওইরম্বা য়াই হায়না মহাক

কৈরপ তৌখি নত্রগা কোরপোরেসনগী ওফিসার অমনা মহাকপু ফাগদবগী লাকপা ওইবমগনি হায়না কিখি। অদুবু, মহাক অদু বাবা ওইরমই। মোচি অদুবু বাবানা মাগী কার মনুংদা কাখৎলক্লবা হায়খি; নুপা অদু পুবা চমম্লগ্রে, মচিন কাথোক্লুনা ড্রাইভর অদু মাগী খাংপোকশঙ অদুদা চৎলু ফাওবা হায়বা ঙমখিদ্রে; বাবানা মদু খঙবগুম তৌরমই; কার অদু লম্বিগী মতায়দা খামহল্লগা বাবানা কুমথখিরমই অদুগা নাকলগী লম্বি অদুদা নুংপাক মথক্তা খাংপোকশঙ অদু য়ৌনা চৎখিরমই; য়ুম অদু পাংথি-কোমথি মরক্তা লৈবা য়ুম ময়াম অমগী মরক্তা লৈরমই। মোচি অদুনা ময়ুমদা পাও হান্না পিননবা মমাংথানা চেনখিরমই; বাবানা মখুৎ ওত্তুনা অথুম-অহাও অমসুং উহৈ-ৱাহৈ খর লৌরগা মাগী ইমুংগী মীশিংদা পিবমই অদুগা ফক্লাং মনাক্তা উপাক অমদা ফমখিরমই। হরাও-নুংঙাইজবনা মপি তারবা অহল অদুদা বাবানা আশির্বাদ পিবিখি, মনাক্তা লৈবা দুকাল অমদগী মানা লৈরকপা লফোই অদুদগী খর চাখি অদুগা খাংপোকশঙদু থাদোকখি। য়ুম অদো বাবানা লেঙশিনবিরুবা অদুদগী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়াম পুম্নমক্কি খুকম্নফম ওইগ্রে; বাবাগী নুংশিবা-প্রেম হায়বদু অসিগুম্বা থৌদোকসিনি।

অদুবু মীওই খবদি মখোয়না পঙবদগী বাবাবু হুপিজদুনা হাৎনবা থৌবাং তৌখি। থৌদোক অদুনা বাবাসি ঈশ্বরনি হাযবসি হিবম অমদগী হেন্না ফোংদোকপনিনা, মদু খজিক্তং মপুং ফানা লীবনা খ্বাইদগী হেন্না ফগনি। ঙসি ফাওবদা, মদুবু বাবানা হাৎকে হোৎনবনি হায়বা ৱাফম অসি হাযহন্দ্রি; অদুনা বাবানা তাকপিবা ৱাফমশিং অসি অচুম্বা ঙাক্তা ওইবনিনা ঐখোয়না মদু বাবাসি ং চাবদা হিংবা ঙম্ব্রা হায়না চাংয়েং তৌবনি হায়না লৌবা যাই; মদু ফত্তবা য়াখল্লোনদগীবুদি চীংনবা, থাজদবা ৱাখলনা হেনখিবা থৌদোক্কি ফলনি।

হরাওকুম্মৈগী নুমিৎ অমা ওইরমই; বাবানা ভক্ত অনিগা লোয়ননা মাগী মখুঙ্গংদা য়ুম খর য়েংলমই। য়ুম খুদিংমক্তা মখোয়না পিজরকপা খুদিংমক খর-খর গারমই অদুগা খুদোংথিনিংঙাই ওইবা চিঞ্জাক অদু থৌরাং তৌদুনা লৈরিবা ইমুং অদুদা চংবা মতমদদি হেন্না হৈনিং-হরাওবা, চানিংবগী মওং উৎলমই অমসুং খর হেন্না পুথোরক্লবা হায়রমই অদুগা মাগা লোয়নরিবা কাংবুদা মদু চাদনবা য়েংশিল্লমই। মানা করনম্গী য়ুম য়ৌরবা মতমদা অখন্নবা বার্ত্তন অদুগী অবোনবা

পান্দম অদু হায়দোকলমই অদুগা থৌরাং পুন্নমক্তু করিশু কান্নদবা, অপঙবগী থবক্লি হায়বগী মরমদা ঙাঙলমই অমসুং থৌদোক অদুগী মতাংদা মানা য়ান্না থৱাইনা তানা নোকথোকখি। চারবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা চাশিনখিবা পুন্নমক্তু লোয়না ওথোকখি; মনাক্তা লৈরম্বা মীওইশিংনা মদু লোন্না হু য়াওৱ নত্রগা য়াওদৱা হায়না চাংয়েং তৌখি। মদু হু য়াওবা ওইখি।

তশেংনমক ঐখোয় শীবা নায়বা জীবশিংনা কিবা থবকশিংদা বাবানা হৱাওজে। খুদম ওইনা, লিন্না চিকপগী অহিং। মসিগী থৌদোক অসিনা "খুৎ ওৎপা"- "The wave of the Hand" হায়বা তাঙ্কক অদুদা শন্দোক্লা ইশ্রে। অহিং অদো মানা য়ান্না অঙকপা মওংদা পুথোকখিবা খুদোপকুম্বা পোৎশক অদু শিজিন্নবদগী ফরক্লবা মতুংদা, খুঙ্গং অদুগী মীপুম খুদিংমক্লা নুমিদাংগী চাকলেন চাদনবা হায়খি, মরমদি চারগা হু অদু হেন্না খুদোংথিবা যাই; অদুবু বাবানা অপংথৌনা ওইনা খর হেন্না চাশিনখি; মখোয়না অহিং তুমদনবা চেকশিন ৱা হায়খি মবমদি বাবানা তুমলিবসিদি চুম্নগী 'নিদ্রমুদ্র' নি হায়বসি খঙদবদগীনি; (নিদ্রমুদ্র হায়বদি চুম্না মিৎখক্তং উইশিল্লগা সংস্কারগী মফম খুদিংদা কদায়দা করি খুদোংথিবা থোক্লিবগে হায়না কনবিগদগী শেন্নদুনা লৈব্য); অদুবু নুমিৎ অদু মহৌশাদগী খর হেন্না তুমখি। মথংগী অয়ুক্তা অহলশিংনা ঈশিং অইংবা শম্নদনবা পাওতাক পিখি, অদুবু মহাক্লা তৌগে হায়বা মতাগুম গুহা অমদা লুপতুনা অমদি ঈরোইদুনা শান্নখি পুন্নমকসি মীওইবনা তৌহৈদে, ফত্তবনি, খুদোংথিনিংঙাইনি হায়বশিংদুগী মায়োক্তা তৌখিবা ঙাক্তনি। অসুন্না, মহাক অসি ঈশ্বরনি হায়বসি ঐখোয়দা তত্তনা নিংশিংহল্লবসু, মাগী ৱাঙখ্রবা থাক অদুবু মীওইবগী লৌশিংনা পুথোকপা তর্কনা য়ৌবা ঙমদ্রবা পুমশুপ শুপ্না অথোইবা অদুবু মফম-মবাং খংদনা নেমখ্রবা ঐগী থাক্তা চিংথদুনা থমজিন্নবা হোৎনরি।

পুত্তপার্তিদা লাক্লিবা মী চা কযাদুগী মরমদা অমসুং বাবাগী হকচাংগী মরমদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাজরিবা মীশকসি সুব্বম্মানি। বাবানা ঙসি ফাওবদা হায়রি মদুদি মাগী ইমুংদা লৈবা মরু-মবাং তক্লবা নুঙ অদু মতম পুন্নমক্তা য়াত্রিকশিং অদুনা পুরকপা য়ুবি মপৈ অদুদগী অমেৎপা-চটনি শেম্লবা তকপদা মথৌ চিনলমই, শংলমদে। সুব্বম্মানা তকলমই, তকলমই, তকলমই, নোংমদা পুং ৮ লোমদি

তকলমই। মহাক বাবাগী মফমদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংশিবা প্রেম অমসুং ভক্তি লৈরমই অদুনা বাবানা মঙোন্দা হায়রমই মদুদি মাগী অনিংবা-'অরোইবা মিকুপ্তা বাবাগী দর্শন উজবা ফংবা' অদু থুংহনগনি।

সুব্বম্মা নারমই; মহাক বুককপৎনমদা পুরমই; অদুবু মশা ঙমদ্রবসু ঙমদনা নোংমদি ষনগাড়ি অমদা প্রশান্তি নিলয়ম য়েংবা লাকলমই; মতম অদুদা প্রশান্তি নিলয়মদি য়াম্না কন্না শেমগৎ-শাগৎপগী থবক তৌরমই; মহাক য়াম্না থুনা হৌগৎ-কাংখৎ ঙমখিদরে; অদুগা বাবাদি মতম অদুদা বঙ্গলোরদা লৈরমই; সুব্বম্মানা চোইরোন ওইনা বাবাগী মরমদা ঙাঙলমই, মঙোন্দা থৌজানবিশ্বরা সিরদি সাই বাবাগী মরমদা ঙাঙলমই, মহাক্না - উশ্ববা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কয়াগী মরমদা, অমসুং মানা বুককপৎনমদা লাকপা মতমদসু হায়রিবা থৌদোকশিং অমসুং মীশক অদুগী মরমদতা ঙাঙলমই। মহাক হায়রিবা থৌদোক নত্রগা ব্রাখলশিং অসিগা থোইনা তানিংদবা মবী মতা কাংবু অমগী মরক্তা লৈরমই; মরমদি মখোয়বু মরী মতা ওইববসু মখোয়দগী লাপথোকহনখ্রিবসি অঙকপা অঙাং অদুগী নুংশিরুবা প্রেম অদুননি হায়না মখোয়না খনখিরমই অদুনা মখোয়না হায়রমই:নংগী বাবাদুদি মাইল চামা হেন্না লাপ্পা মফমদা লৈপ্রে অদুনা ননাক্তা লৈরিবা নঙনা কুইনা খল্লুদ্রবা মী, পোৎশিং অসিদা হেন্না পুক্লিং চংবনা ফগনি হায়না মখোয়না হায়রমই। অদুবু মাগী থাজবদু করি অমতা হন্থখিরমদে।

মরক অসিদা বাবাদি তিরুপতিগীদমক বঙ্গলোর থাদোকখ্রে, মফম অদুদা বাবা মশানা পুথোকপা মশাগী শেংলবা মুর্তি লৈরি, মদুদা ভক্তশিংগা লোয়ননা মতম খব লেনখি। তশেংবমক্তি সুব্বম্মাগী থব্রাইনা মাগী হকচাংদগী নাম্থোক্লবা হোৎনরি হায়বসি বাবানা খঙলমই অমসুং মহাক্কী বুককপৎনমগী ফমুংদা ওন-থোইনা খাংলি হায়বসু খঙলমই। মাগী ফমুংগী অকোয়বদা লৈরিবা ময়ামদুনা মহাক শিরে হায়না লাউথোকলমই। অদুবু, মাগী মমায়দা য়াম্না তোপ-তোপ্পা মঙাল অমা উবদগী মখোয়না মহাকপু সংস্কারগীদমক পুবদি চিংনরমই। মহাক শিরে হায়না লাউথোকপদুদা অশিংবা মী খরনদি য়ানিংদবগী মঙক নোমলমই। মখোয়না খজিক্তং খাঙবা কন্নবা হায়রমই অমসুং মরী-মতাশিং অদুদা চেকশিন-ব্রাহে হায়রমই :"উচেক অদু পাইথোক্লি" মখোয়না হায়খিবনি। শারংগী থোঙ অদু হাংদোক্লুনা থম্লবসু উচেক অদুনা করম্না পাইথোক্কদৌরিবনো? মহাক্লা দর্শন অদু

ফংখিগদবনি, বাবা লাক্লিবা ফাওবা মহাক্না ঙাইগদবনি। বাবাসু য়াম্না থুনা মাগী অনাবা ফমুং মনাকতান্না লাকলমই। কাবনা তিরুপতিদগী লাকখি, পুত্তপর্তিদা থুংলে, বুককপৎনমদা চৎখি;সুব্বম্মা শিবে হায়না লাউথোকখিবা মতুং চপচানা নুমিৎ হুমনিগীমতুংদা থুংখি। মাগী মমিৎকি মঙাল অমতা লৈবমদ্রে মহাক লৈপাক মথক্তা থমলমই, মীয়ামদু য়াম্না হৈঙম-তৌঙমদবগী মওং উই, বাবানা মাগী মনাক্তা ফমথখি অদুগা য়াম্না তপ্না "সুব্বম্মা", "সুব্বম্ম" হায়না অনিবক্তং কৌখি। অদুদগীদি কোয়শিল্লিবা মীয়াম অদুগী খ্বাইদগী অঙকবা মওংদা, সুব্বম্মানা মমিৎ পাঙথোবকখি, মখৃৎ বাবাবোমদা তিংথোখি অদুগা বাবাগী খুবাক অসি চেৎনা পায়শিনখি অদুগা য়াম্না নুংশিনা পোপ-পোপ থাবা হৌখি; বাবানা মাগী খুদোনবিশিংদু মাগী মচিন্দা থিংজিনখি, অদুগা মাগী অত্মাগী খৌবাংবশিংদু বাবানা খজিক্তং পির্জবিদুনা কোকতনবিগদৌবি হায়বা খঙবগী মতাগুম মাগী মচিনদু খজিক্তং কাখৎখি। বাবাগী খুদোনবিদগী চেন্থবকপা অমৃতগী গঙ্গা অদুনা মাগী যানুংদা তাখি অমসুং সুব্বম্মাদু অবান খুভম ফংখ্রবাশিংগী মবক্তা তিনখি।

হায়বিবা মতমসিদা, তায়নবা খুঙ্গংদা লৈবা মুসলিম খবনা মখোয়গী য়াম্না মরু ওইবা থবক অমগীদমক বাবাদা লাকখি। মথোং খঙদবা লায়না অমনা মখোয়গী মী য়াম্না শিখিবমই। মোহুবম থা মনুংদা পিব পুজা তৌবসি হায়বিবা মায়গৈ অসোমদা মহৌশাদগী চৎনবি ওইবকখি- হিন্দু অমদি মুসলিম জাতি অনিমক্না লাই লেঙশিনবা, পুজাতৌবা, সভাষত্রা চৎপা, লাই ঈশিংদা থাদবা পুম্ন মকসি পাঙথোক্লকপনি। পিব হায়বসি খুৎ মানবা পিথ্রাইনা শাবা পোৎনি। কববেলাগী লানফমদা হাসন অমসুং হুসৈন অনিনা কৎখিবা বলিদান অদুগী নিংশিং খুদম ওইনা পিব অসিবু য়াম্না অশেংবা ওইনা লৌনৈ।বাবানা মঙোন্দা লাকখিবা মুসলিমশিং অদুদা হায়খি মদুদি মখোয়গী খুঙ্গংদা চহি চা কয়াগী মমাংদা পিব অসি পুজা তৌনবমই অদুবু কায়নথংদা মদু তোকখ্রে। মহাক্না পুজা অদু অমুক চৎথনবা হায়খি অদগা মহ'ক্না' হায়বা মফম অদুদা তৌববদি মখোয়গী মপা-মপুশিংনা লাৎলম্বা পিব অশেংবা অদুমক ফংগনি হায়নসু খঙহল্লমই। হায়বিবা মফম অদুদা তৌবমই অমসুং পিবশিংদু ফংখিবমই। মিপুম খুদিংমক বাবাগী পুম্নমক খঙবা ঙম্বা শক্তি অদুদা অমদি খঙহৌদনা শেংলবা পোৎশিংদু উবকপদুদা অসুক্কি মতিক ঙকলমই মদুদি কনা অমতনা কোম অদুদা কুমথবগা মথক্তা পুখৎলক্লবগী থৌনা

লৈরমদে। মফম অদুদা পির-মরি লৈরমই; অদুগী মতুংদগীদি চহি কয়া চুপ্পসি হায়রিবা পিরশিং অসি মন্দিরদা নিংথিনা য়োমশিল্লগা ফক অমদা কোনশিন্দুনা থমলমই। মখোয় অদু হায়রিবা খুঞ্জাশিং অদুদা মোহুরম কুম্মৈগীদমক্তা পিরমই অদুগা মখোয়গী কুম্মৈদু লোয়রবা মতুংদা অমুক মন্দিরদা হল্লকলমই।

মতাং অসিদা অইবা মশামক্তা তশেংনা উখ্রবা থৌদোক অমা হাপচিনবা য়াই। পিরশিংদু বাবাগী মখুত্তগী ফংলবা মতুংদা মুসলিমশিংদুনা হনখিবা মতমদা পিরশিং অদুবু পুবিবা মী অদু লাইতোংলবা মীগুম মাগী শাজৎ মওং অমা তৌরকখি অমসুং মী পুন্নমক মঙোন্দা য়োমশিন্নরকখি, মদু শেংলবা মী অদুগী নুংঙাইরিবা ব্রাখলগী মওং অদু য়েংনিংবদগীনি। মহাক্না খোঙফম খর জগোই শারমই, কোয়না কোয়না চেল্লমই; কুরানগী শেংলবা মন্ত্র খর মশা মরোমদোম শোঞ্জরমই অদুগা অমুক হন্না বাবানা লৈরিবা মফমদুদা হল্লকখি। অদুদগী বাবানা হায়খি:"চৎলো, চৎলো অদুগা কুম্মৈ লোয়রগা অমুক লাকউ",। লাই তোংলবা মী অদো য়াম্না থুনা, তুমিন্না পির অদু পুরগা য়াম্না নুংঙাইজবগী ব্রাখল ঈপোমগা লোয়ননা চৎখিরমই। অসিগুম্বা তাঞ্জাশিং অসিবু মশানা থেংনজহৌবা মীওইশিং অদুতনা বাবাগী অঙকপগী শক্তিশিং অসি শম্না অমতংদি ভাবনা লাকশিনজবা ঙমগনি।

হায়রিবা মতমশিং অদুদা অরাপ্পা অমসুং অনকপদগী ভক্ত ময়াম পুত্তপার্তিদা লাকখি। লাকখ্রিবা খুদিংমকসি মাগী মাগী জগাদগী হায়ফম খংদ্রবা ফিভম অমমম্গী মখাদা লাকখিবা ঙাক্তনি অদুগা মখোয় খুদিংমকসে বাবাগী লোয়না খঙবা শক্তি নত্রগা শিন থুংনা য়ৌবা ঙম্বা শক্তি নত্রগা পুন্নমক ঙম্বা শক্তি অসিনা মঙোন্দা অদুম থাজহন্দুনা লৈরমই। উদুমলপেৎতগী ভদ্রলোক অমা অহানবদা চৎশি য়াখিদবা অদুগা মতুংদদি য়ারদুনা লাকখিবা অমনা পুত্তপার্তি হেক য়ৌবগা, অতৈ ময়াম্না তৌনবগুম বাবাদা লৈ পরেং অমা কৎখি অদুবু বাবানা মদু লৌখিদে; অমসুং হায়খি : "নঙ লাকনিংখিদবনি"। ব্রাহৈ অদুমক্তা থাজরমদবা নুপা অদু বাবাদা হেন্না নকশিন্নখি।

অতোপ্পা ভদ্রলোক অমসু মদুরাইদগী লাকখি মরমদি মাগী ভেল্লরদা লৈবা মচে অমনা মঙোন্দা ওপরেসন তৌবসি বাবানা য়ারবা অমসুং তঙাইফদবনি

হায়ববদি মাসু য়াবে হায়বদগীনি। মহাক পুত্তপার্তিদা লাকখি অদুবু বাবানা মঙোন্দা নুমিৎ খবদি ব্রা ঙাঙখিদে, অদুগা নুমিৎ খবনিগী মতুংদা ব্রা ঙাঙলকপা মতমদা বাবানা মঙোন্দা মথংগী অফংবা বসতা ভেল্লোবদা হনখিনবা হায়খি। ভেল্লবদা লৈবিবা ডাক্তর অদু নোংম-নোংমগী শাওবা হেনগৎলকখি। মবমদি অপংবী অনাবী নুপি অদুনা মাগী গুকনি, ঈশ্বরনি হাযবা অঙাংমচা অমদগী হুকুম ঙাইহিবিঙৈদা মশাগী মপুস্পি অসি হেন্না খুদোংথিহঞ্জবে। মৌপ্পা অদু মমৈথংদা লাকপ্রে; অতোপ্পা চাংযেং অমামুক তৌখ্রে, অঙকপগী মথক্তা অঙকপা - অমা! ওপবেসন তৌবগী দবকাব অমতা লৈবমদ্রে' মসিবু হান্নগী নুপীমচাদুমক্লনে? ডাক্তব অদু মমিৎ নোযদুনা খাঙখি।

"মতৌ কবম্না নহাক্লা অহানবা ওইনা পুত্তপার্তিদা লাকখিবগে? কবিগীনো? হায়বা ব্রাহং অসিগী ভক্তশিংদগী লাকপা তোঙান-তোঙানবা পাওখুমশিং অদুগী লাইবিক অমা ওইনা ফোঙলবদি মদু মযাম্না যাম্না পানিংগদবা লাইবিক অমা ওইগনি। অসিগুম্বা ভোলুম অমা কবিগুম্বা পুথোকপা তাববদি শ্রীমতি সকম্মা হায়বী, য়াম্না মতিক-মগুণ লৈনা ফাওবী, কোফিগী কববাব তৌবী, কুর্গগী সমাজ সেবাবী, মীনুংশিগা লোয়ননা অব্রা-অনা খুদোংথিবা কযাদা তেংবাংলিবী, মাইশোব নিংথৌনা ধর্ম্মপবায়ানি হাযবা মিংথোল পিপ্রবী নুপী অসিগী মতাংসি য়াম্না নুংঙাইবা পন্দুব অমা ওইগনি। মহাক য়াম্না ইনাক খুল্লমই, মমিং য়াম্না চৎপি কাববাব তৌবীনি হাযবগী বা নত্তে, অশেংবনি মদু নত্তে। মী অমা ইনাকখুল্লি নত্রগা লাযবৈ হাযবসিদা বাবানা থোইনা পুক্লিং চংবগী ব্রা লৈতে। বাবানা যেংশিল্লিবদি লমচৎ যাম্না ফজবা, থব্রাই যাওনা সাধনা তৌবা, আত্মাগী মগুণ যাম্না লৈববা কাংবু অদুবুনি-ইনাকখুনবা মীওইবা যাই, লায়ববা মী ওইবা য়াই।

লৈখিদ্রবী শ্রীমতি সকম্মনা মহাক্লা থেংনখিবা অঙকবা ব্রাবি অসি মশানা লীবম্বনি। কুর্গ সহবগী সোমব্রাবপেত্তা লৈবা মশাগী য়ুমদা নোংমা মানা লাই খুকমলিঙৈদা মাগী মনায় অমনা মবক থৎলমই অমসুং হাযবমই মদুদি কমপাউন্দ মনুংদা কাব অমা থৌজিল্লখি অদুগা মনুংদা তোংলিবা মীদুনা মহাকপু খুদক্তা উনদবা য়াদে হাযবি। মানা লাই খুকমলিঙৈদা অযেৎপা পিবগীদমক মহাক খব

শাওনিংখি অদুবু লাই খুরুমলি হায়বা খঙলবফাওবদা অসুক য়াম্না কন্না হুকুম তৌরিবা মীসি কনা ওইরিগদগে হায়বা খঙনবগীদমক মহাক থোঙ্গাল ফাওবা থোকখি। মহাক্না কার মনুংদুদা য়াম্না লেম্না খদাংকোই খাকপা, ব্রাং-চাউবা, মশক ফজবা অহল, শক্তি মউন্দা ফম্বা, মশা পুম্বা বিভুতি তৈবা অমগা থেংনখি। অদুগা মানা তোংলক্লিবা কার অদুসু য়াম্না শাথিনা অমনবা ওইরে, অহল অদুগী চহি মতাং অদুগা অনিদু য়াম্না জুৎ চানরে; মদু উবদা মহাক মশাদা থুক লাইবা ফাওখি। কার অদুনা চহি ২০গী মখা মশা য়াম্না শেনবা অঙাং মচা অমনা থৌরম্মই; মহাক অদুবু লাইসেন্স পাইরম্লগদ্রা নত্রগা করম্না লাইসেন্স অদু ফংনবা হোৎনরমগদগে হায়বসিদা মহাক ঙকলম্মই। কার অদুগী মমাংগী মথক্তা মমিং অমা থারম্মই :" দি কাইলাস কম্মিত্তী"। মহাক্না অহল অদুবু মাগী য়ুমদা চংবিনবা হায়জরম্মই। গুলাব লৈ অমা হেক্লগা মদু মখোঙদা থমদুনা ভক্তি কৎচরম্মই লোয়ননা উহৈ-ব্রাহৈ খর কৎচরম্মই (মফম অদুদা উহৈশিংদু অমতা চারোই হায়না অহলদুনা হায়রম্মই; হায়বদি মফম, মতম চাদনা মহাক পংচা চাদে হায়বনি; মতাং অসিদা মহাক্না শিজিন্নখিবা ব্রাহৈশি-"জিহবা চপল্যা" হায়বসিনি। মহাক্না পামখিবসি লুপা লিশিং অমা দান তৌরগা কাইলাস কম্মিত্তীগী মেম্বর ওইবদুনি। মহাক্কি মমিং অমসুং শেল মশিং ইরবা চে অমদা শহি তৌরগা অহল অদুদা পিবা মতমদা মহাক্না হায়রকখি :"মসিসু নঙোন্দা অদুম থমখো। ঐ খর লৈরগা লাক্কনি অদুগা লৌগনি"। ব্রাহৈশিং অদুগা লোয়ননা শহি তৌরবা চে অদু টেবল মথক্তা থম্লমখি অদুগা কার অদুদা কাখৎলগা মফমদু থাদোকখি। অঙাং ড্রাইভরদু মাগী মথৌ ওন্থোক্না নিংথিনা তৌখ্রে মদুদি কারদু মিকুপ অমগী মনুংদা মশক উখিদ্রে।

চহি কয়াগী মতুংদা মহাক্না চৎথোকউবা য়ুম অমদা বাবাসি উখি, অহানবদদি মহাক অসি অঙকবগী মশক ওইরবা কার অদুগী ড্রাইভরদু ওইনা উখি অদুগা মথংগী মিকুপ্তুনা কাইলাস কম্মিত্তীদা দান খর তৌহন্নবা কন্না হোৎনখিবা, অদুগা দান তৌরবা মতুংদা মদু নশাদা অদুম মতম খর থমখো হায়খিবা অহল অদু ওইনা উখি। অদুগী মতুংদা বাবানা মঙোন্দা - "লাকও, নুমিত্তুদা নঙনা পিগনি হায়না থাজবা পিখ্রবা লুপা লিশিং অমদো পিররো" হায়দুনা মাবু ঙকহনখি; লোয়ননা থোকখ্রিবা থৌদোক অদু শম্না অমতা খেন্নবা নৈতনা শিৎ-নান্না লিখি।

অমুক্তংদি দীপাবলিগী হবাও-কুম্মৈ মনুংদা বাবানা মাইশোবদা চৎলমই অমসুং উবসু ভক্ত অমগা লৈমিন্নবমই। মফম অদুদা লৈন- লৈন মহাক্না পুক্তপার্তিদা লৈহৌবা ভক্তশিংদা লিন অমগী শক্তমদা দর্শন পিখি, থৌদোক অদু সিবদি কপপু নিংজবা মীওইদদি তোযনা থোকখ্রবনি, ৱাখল অসিমক কোইম্বাতুবগী অমদি অতৈ মফম কযাগী মীওইশিংনা থেংনখ্রবা ৱাফম্নি। লিন ওইনা উহনখিবা থৌদোক অসিগী মতাংদা যাম্না নুংঙাইবিবা ৱাবিদি থৌদোক অসি থোকলিঙৈ মনুং অসিদা বাবা মশাদি মাইশোবদা লৈজববসু বাবাদ মাশাগা হকচাংগী ৱাংমদা হাযবদি মপান্দা লৈখি। অসোমদনা অবিবা মন্দিবদা বাবা লৈত্রবসু লাই খুকমফম অমা মমাংগী থোঙ কাখৎনবগী থাক অদুদা শেম্লগা ফোটো অমা নিংথিনা লৈতেংলগা থমদুনা থাংমৈ-অনি অহিং নুংথিল অনিমক্তা মুৎহন্দনা থাল্লগা ভজন শক্লমই। দীপাবলিগী অহিং হৌখ্রে, অযুক যাম্না ঙনবা মতমদা ভক্ত খবনা কবনাতনগাপল্লিগী বাংমদা, চীংগী অকোনবদুদা কাব অমা লাকখিবগী থাংমৈ উখি। মতুংদদি মদু মীওই খবগী ভাবনা মানখিবা ওইখি; মবমদি মখোযনা তুবেল মপান ফাওবা চেনথোক্তুনা যেংলুবদা লাকখিদে অদুগা মখোযনা মন্দিবদা হল্লকপা মতমদদি খুদক্কি ওইনা শেমখিবা বাবাগী ফোটো অদুদা খাওবৌ অমনা কোযশিন্দুনা লৈবে তাবদা মখোয ঙকখি। মদু মী চা কযানা অযুক্তগানা নুংথিল পুং ৩ ফাওবা উনখি। মদুদা মখোযনা পুজা কৎখি, পুং ১২দা ভজন শকখি, যুবি থুগাইদুনা মানা পেনবিনবা কৎখি, অদুবু মাগী মফম অদুদগী চৎথোকখিদে। মসিনা হেন্না থৌনা হাপকৎলকপদগী নুপী খবনা শিন্দুব চাইশিল্লমই, ঈশ্বরগী মিংখৈবোল, শোল্ল- শোল্লদুনা অমদি বাবাব্ কৌবদুনা যাইঙংগী মকুপ চাইশিল্লমই, তেঙ্গোত্তা শঙ্গোম কৎলমই, মাগী মকোক অদু নাকল অনিদা খব খবতমক হাযদোক-হাযজিন তৌবমই। খুঙ্গং অদুগী অহল ওইববী, খব লেমজববী নুপী অমদা মানা কৎখিবা যুবিদুগী তঙখাই অনিদু পিকবদা মানা কৎখিবর্দদি অচৌবনি অদুগা মঙোন্দা পিবক্লিবদুদি মচানি হাযনা কন্না যেৎলবদা, খাওবৌ অদুনা পুম্নমক্তু যেংদুনা লৈবম্বগী মওংদা মঙোন্দা ওনশিল্লগা -'খু'- হাযনা কন্না কামখি। মদুদা মানা কিখিবদুদা পুম্নমক্না থৱাইতানা নোকখি। পুং৩ তাবদা কোত্রা অদু তুমিন্না কুমথবগা থোকখ্রে, ফুট ৩/৪ থোকখ্রবা মতুংদগী উবা ফংখিদ্রে। ঙসাই মখৈ অশিবদৌনা তাদুনা মাইশোবদা লৈবিবা বাবাগী হকচাংদো থৌগৎলক্তুনা পুম্নমক্তা নুংঙাইহনবিখ্রে।

বাবানা মাইশোরদা চৎপা সুমহায়না হায়দরবাদতসু চৎলমই, অদুগা মফম কয়ামরুমসু মহাক্না হান্না অমুক্তং উখ্রবদৌনা খঙবা ঙম্বগুম চিনচোলিগী রানিনা বাবাসি সিরদি সাই বাবাগী অবতারনি হায়না থাজরমই। বাবানা কুপ্পমদসু চৎলমই, অদুদগী করুর অমসুং ত্রিচিনোপোলিদসু চৎখি। মফম খুদিংদা, মহাকপু য়াম্না হরাও-তয়াম্না ভক্তশিং অমসুং মীয়াম্না ওকপিরমই। ত্রিচিনোপোলিদদি মীয়ামগী সভাষত্রা অদু য়াম্না নিংথিনা লৈতেংলবা শামু অমনা লুচিংখি অদুগা ময়াম্না তুংদা বেদ-মন্ত্র শোন্দুনা অমদি লুপাগী পাত্রশিংদা অশেংবা ঈশিং কৎচবগী মওংদা পুদুনা চৎখি। মফম খুদিংদা মহাক্না মীয়ামদা পাওতাক পিখি: "ঙসিদগীদি মশাগী থম্মোয় শেংদোক্নুনা ঈশ্বরনা লেঙশিনবদা মতিক চারবা মফমশিং ওইহল্লে। ফত্তবা থবকশিংদা হেন্না-হেন্না সুম পুৎথহন্দুনা নশাদু চিংথোকহল্লগনু। থৌনা লৈয়ু। নশাদা লৈরিবা ঈশ্বরদা থাজৌ; মহাক অদু নহাক্কী খ্বাইদগী নক্নবা অমদি অশেংবা মরী-মতানি"।

বাবাগী কাব ময়ামদুনা ত্রিচিনোপোলিগী শোরোক্তা চৎলিঙৈদা কার অমনা অঙাং অমা তকলমই অমসুং অঙাং অদু থীনা শোক্লমই। মনাক্তা লৈবা য়ুম অমগী মাঙ্গোলদা হিপথহন্দুনা থল্লিবা শোক্লবা অমদি ঈ তারিবা অঙাং অদু মীয়াম্না যোমশিল্লকলমই অমসুং পুলিসতা থিজিন্নবা রিপোর্ট তৌখি। তাঞ্জা অদুদা বাবা য়ৌরকখি অমসুং অঙাং অদুদা মশাদা শোকখি; অদুদগীদি অঙাং অদু হৌগত্নুনা চেনখি অমসুং লাওখি : খুৎনা অমুক্তং শোকপদা পুমফ-ফগ্রে। পুলিস লাকপা মতমদা করিশু তৌনিংঙাই লৈখিদ্রে। বাবানা চৎখ্রবা মতুং কাইনথংফাওবদা মীযাম্না অঙাং অদুবু লুনা-চান্না পিজ-পিথক্নুনা তৌবিখি, মখোয়না অঙাং অদুগী অঙকবা থৌদোক অদুদা কল্লকচখি।

অসুম তৌদুনা মীয়াম্না য়াম্না লুনা ব্যবহার তৌখিবা; অদুগা ঙসি ফাওবদা ঈশ্বরনা মাগী পুন্সিদা খুৎথিংজিনবিখিবা অদুগীদমক্তা থাগত্নুনা লৈজরিবা অতোপ্পা অঙাং অমসু লৈরমই। বাবাবু ইকায়খুম্নবা উৎপা ওইনা ত্রিচিনোপোলি মনাক্তা তৌখিবা মিটিং অমদা কনাগুম্বা অমনা বাবাসি ঈশ্বরনি হায়বসিদা চিংনবা অমা

ফে



কে

ফে

মম

মাঁ

—

য়াওরমই; মদু লেপফমদগী বাবানা খঙলদুনা চিংনরিবা মীদুগী মনাক্তা লেপ্লম্বা মরোল থোক্তবা, মনা পঙবা অঙাং অমা খুদক্তা মাইক-মমাংদা কৌশিল্লমই অদুগা হংলমই :"নমিং করি কৌই?" খুদক্তা অঙাং অদুনা মাইক অদুদা মীপুম্ন মক্তি মামাংদা "ভেন্‌কতানরায়নন", কৌই হায়না খুমলকখি। চিংনরম্বা নুপা অদু মথনতা ইকায়জবদগী মমায় লুকথখি। মসিগী মতুংতাবা ফল অমসু লৈখি মদু বাবানা তোয়না-তোয়না ফাগিগা লোয়ননা ময়ামদা লিরি। মরমদি নোংঙাল্লকপা মতমদদি বাবানা লৈরিবা মফমদুগী লৈরক অদু মনা পঙবা, মরোল থোক্তবা মীনা পিকথন্না লৈরমই। মফম অদু অৱা -অনাতনা থল্লবা অচিকপা মফম অমা ওইখ্রে! মসিগী মমাংদদি ত্রিচিনোপোলিদা অসুক য়াম্না মরাইবক থিরবা শোয়নায়রবশিং লৈ হায়বসি কনা অমতনা খঙলমদে। ময়াম অদুগী মরী-মতাশিং অদুনা বাবা উননবা হোৎনবগী লাংনরকপা অদুদগী নাম্থোক্লবা য়ুম অদুগী নাকলগী থোকফম অমদা চৎপা তাখি।

করুর-অমসুং ত্রিচিনোপোলিগী ভক্তশিংদুনা মশা-মশাগী য়ুম অমসুং লৈরকশিং নিংথিনা লৈতেংনবা হোৎননরমই। লোয়ননা ওক্লনবগী থৌরাং খুদিংমক য়াম্না ফজহন্নবা হোৎনরমই। অদুবু অসিগুম্বা মপানথোংগী মিৎকি ওইবা থবকশিং অসিনা বাবাদা য়ৌহনবা ঙমদে। মহাক্না মনিংতম্না লায়রবা-ইনাকখুনবা য়েংদনা চৎলমই; করিগুম্বদনা মাগী থৌবু অদুদগী লায়রবদনা হেন্না চৎলমই, মরমদি মহাক্না থম্মোয়দা ঈশ্বরবু কাওদবা, হায়জবা-নোনজবতনা থনবা অদুনা নাপল অমসুং কল্লক মিহৌবনা থল্লিবা থম্মোয় অদুদগী হেন্না লুনা তৌই। বাবাবু ফমহন্নবগীদমক অমদি পুজা তৌনবগীদমক শেল্লিবা মান্তপ্ অদু মখল মথেলগী লৈশিংতনা ফজনা লৈতেংলবা, পুক্লিং শুমহৎনিংঙাই ওইরবা মনি-মুক্তাদনা হকলগা শেল্লবগুম নিংথিজরমই। অদুবু , বাবানা মশিং লাকঙমদ্রবা ময়াম্নদুদা হায়বিখি মদুদি মক্রবা, শেংলবা থম্মোয় অমসুং অফবা থবক্কী মহৈ, অশেংবা থম্মোয়দগী শাৎলকপা লৈ, কৎলকপা উহৈশিং অদুনা হেন্না পামই হায়বসি হায়খ্রবনি হায়না তাকপিরি।

অমুকখক্তংদি অসিগুম্না মানতপ অমদা ফম্লগা উরগু ভক্ত অমগী পুজা কৎপদু লৌরিঙৈদা খাওরৌ লিন অমা কদোমদগীনো খঙদনা চংলকখি অদুগা বাবাগী

মখোঙদা কৎলিবা লৈ মরক্তুদা চংখি; থিন্থদনা অতোপ্পা লিন অমসু চংলকখি অদুগা মান্তপকী নাকল অনিদা মশাগী ফিভম লৌদুনা লৈখি। বাবানা উবগুগী ইমুং মনুংগী মী পুন্নমক্তা করিশু তৌবোই কিগনু হায়না তাকপিখি; অসুন্না ঙাইহাক লৈবমলগা লিন অদু কদোমদা চৎখিনো খঙহৌদনা অদুম মাঙখিরমই।

অসিগুম্বা মিরাকলশিং অসিনা ভক্তশিংদা থাজহনবা অদুমক্তানা বাবাগী অপেনবা ওইখিদে; মহাক্তি য়াম্না চৈরাক কনবা, মাগী ব্রাফমশিংদু লোয়নমক ঙাক্লা চৎপা, পাঙথোকপগা লোয়ননা আধ্যাত্মিক্তি নিয়মশিংদু ইনবা ঙম্নবা থব্রাই যাওনা হোৎনরবতদা পেনগদবনি। মরম অসিননি মাগী মিরাকলশিং অসিনা মনাক্তা চিংশিল্লুরবা নুপা-নুপী ময়াম অমা অদুগা মতুংদা থেংনরকপা মিরাকলশিংদগী মহাক অসি ঈশ্বরনি হায়না থাজখ্রবা ময়াম অমনা বাবানা হায়রকপা লমচৎ চুমথোক্লবা, অপাম্বা থাদোক্লবা, সাধনা তৌনবা, ঈশ্বরগী মিংখৈবোল তত্তনা শোন্নবা অমসুং ধ্যান তৌনবা হায়রকপশিংদু ইনবা ঙম্নদবদগী মথং-মথং চেনথোক্লখ্রে। ঙল্লিঙৈ মতম অদুদসু বাবানা হকচাংগী অব্রা-অনাশিংদগী ঙাকথোকপা, অনাবশিংবু ফহনবা, মীগী পুক্লিং থেমজিনবিবা, চংজফম পিবনচিংবা পুন্নমক অসি সাধনাগী অহানবা খোঙথাং শিংনি হায়বসি হন্না হন্না তাকপিখ্রবনি, মসিগী মতুংদগীদি মশানা অদুম বাবাগী দর্শন ফংলগদবনি। সাধু অমসুং মহর্ষি কযা-কযা মাযাগী কোমদা তাদুনা মাঙখ্রে; মদু মখোযনা ইনাকখুনবশিংনা অমদি অচৌ-অশাংশিংনা মখোযবু নুংশিনা শক্ল-শোন্নহন্নিংবগী লাঙতক্লবা লৈখিবদুননি; অদুবু সাধুশিং অমসুং মহর্ষিশিংবু লমজিংবিগে লাকখিবা বাবাদি মাগী অকোযবদা লৈবিবা ময়ামদু চুমথোক্লবা হোৎনবদা কবি অমতা নাচুংবা লৈখিদে; তশেংনমক মহাক্তি থৌজাল অসিদি অশুক্তি মতিক পুন্নমকপু য়ৈথৎপা ঙমই মদুদি মসিনা চহিগী, হৈ-শিংবগী, নত্রগা কুইনা লোযনরকপগী খুবৌথাংবশিংদুনা থিংবা ঙমদে। মহাক্লা পায়খৎলকপা চুথোকপগী থবক্ল, পিরকপা মমলনা মীপুম খুদিংবু অশির্বাদ পিনবি। মহাক্তি অনিংবদা মপুংফানা চংজবাখক্তনা খুদিংমক্তি মপুংফাবা ওইগনি।

পুত্তপার্তিদা য়াম্না থুনা দশরা অসি পুন্নমক্তগী পুমথোই-থোইবা, পুমহেন-হেনবা হরাও-কুম্মৈ অমা ওইরকখ্রে; মরমদি অতৈ-অতৈ হরাও-কুম্মৈগী মতমদদি বাবাসি মদ্রাসতা নত্রগা মাসুলিপতমদা চৎখিবা য়াই; দশরা কুম্মৈ মনুংদদি

শোয়দনমক্কি মন্দিবদা লৈবমই। অসিগুম্বা "ইমা"বু পুজা তৌজনবগী হৱাও-কুম্মৈ অসিগী খুজিল-থৌবাং তৌবসি শ্রীমতি সকম্মা অমসুং অতৈ ভক্ত খরগী চৈশাং শিংনা ফংজবকপা খুদোংচাবনি। তশেংনমক বাবাসি পুমথোই-থোইবা ইমাদুনি; মশামক্কা সবশ্বতি, লক্ষি, সরদা, অন্নপুরনা, কালি ওইনা ফাওবা শায়োন উৎপিবি। বাবানা হায়খ্রে মদুদি-সনাতন ধর্ম্ম অসি মীওইবা জাতি পুম্নমক্কি লাইগুম্লবী মমানি;মহাক্কা পিবিবা সত্য, ধর্ম্ম, সান্তি অমসুং প্রেম হায়বা পাওজেল অসিমক হায়বিবা ধর্ম্ম অদুগী খ্বাইদগী মকুওইবা নিতি মরিদুনি; মহাক মশামক্কা ইমাদুনি, সনাতন সার্থিদুনি। মাগী ভক্তশিংনা, পুম্নমক্কি মথক্তা, মহাক অসি মখোয়গী মমানি হায়না ফাওজে; মবম অদুনা পুত্তপার্তিদা দশবানা খ্বাইদগী চাউবা হৱাও-কুম্মৈনি হায়না লৌবদা থোইদোক-হেন্দোক্লা মরমচাবসি লৈ। মাগী ভক্তশিংগী মবক্তা কয়া অমা মশামক্কি মখোয়গী মমা ওইনা দর্শন পিবিখ্রবনি, উহনবিখ্রবনি। অওইবমক্কি ওইনা মখোয়গী মরক্তা অমদি বাবাদা শিবতায়ি-শিবা কৌবী ইমা হায়না নিংগৌজখ্রবনি। মহাক অঙাংগা লোয়নবসি পামই; অদুনা খ্বাইদগী মঙক-কনবা অঙাং অদুফাওবা মহাক্কা ফহনবা ঙমই, মদুদা মাগী লোয়নাইদ্রবা ফাগিগী মতেংনা, শান্নবগী পাম্বৈনা, খোঞ্জেল ওম্থোক-ওনশিন তৌবগী ফাগিনা, মমিগী তোঙান-তোঙানবা শক্তম উহনবনা নত্রগা মখুৎ অমুক্তং ওৎলগা পুথোকপা অথুম-অহাওশিং পিজবনা ঙম্বনি। মানা অমুক্তং মাগী খুদোনবিশিংসি লৈথোক-লৈশিন তৌবদা, মদুগী মমিনা মায়োক্লবা ফক্লাংদা তাবা মতমদা উবিবা লিন, ইগল, শগোল, হুই, ৱাহোং, কাক, হৌদোং অমসুং ইরোইনচিংবনা হৱাওনা চোংবদু উবা মতমদা মখোয় ঙক্লমই। মহাক্লা অঙাং অমদা লৈঙোই মতুম অমা পি; অঙাং অদুনা লদু অদু লৌনবা হোৎনবদা মখুৎমচা অদু তন্না তিংথোকই; অদুবু লৈঙোই অদু মখোয়গী মখুৎ হেক য়ৌবগা অথুম্বা, অহাওবা লদু ওইবকই। মহাক্লা হায় অঙাংশিংশি তশেংনা মবাইবক ফরবনি মরমদি মখোয়সি বাবা উনজবগী তাঞ্জা অদু অহলশিংদগী মাঙজৌননা ফংলবনি অদুগা মখোয়দি অখন্নবা খুদোংচাবা অমসু হায়বদি বাবাবু ওজা অমা ওইনা, ঙাকপিনবা অমা ওইনা, লমজিংবিনবা ওইনা অমদি মমা-মপা অমা ওইনা লাক্কদবা চহি কয়াদা লৈগদৌরিবনি। বাবাগী ভক্তশিংগী মচা-মগুশিংগী মমিং থোনবিয়ু য়ারবদা

মহাক্লা খোল্লিবা মমিংশিংদু মহাক্কি থৌজাল অমসুং মীনুংশিগা লোয়নবা ঙাক্তনি। অঙাংশিং অদুগী ময়েক ইবসু তম্বিবা হৌই; মানা অঙাংগী অপিকপা খুদোনবিদু মখুত্তা পায়শিল্লি অদুগা খোয়হিগা নত্রগা শঙ্গোমগা নত্রগা চাক্কা লোয়ননা ময়েকশিংদু ইমিন্নে।

অদুবু, অক্ষরা হায়বদি মাঙবানায়দ্রবা, ওমর ওইবা হায়নসু লৌনৈ; অদুনা বাবানা অক্ষরা ইবা তম্বিবা হৌবসিদা ঈশ্বরগী মিংখেরোল শোনবাসু তম্বিবা হৌখ্রবনি। মরমদি মহাক্লা অঙাং অদুদা "ওঁম নমো নরায়ন" নত্রগা "ওঁম নমসিবায়" নত্রগা ওঁম শ্রীনিবাসায়া" নত্রগা অঙাং অদুগী শাগৈগী চানবা অশিগুম্বা মহামন্ত্র অমা শোলহল্লি; অসুম্না অঙাং অদুগী আধ্যাত্মিক্কি পনথুং অদু য়ৌজনবা লম্বিগী শো অদু পিবি। বাবাগী মরমদা ইবা তামিলগী ঈশৈ অমা লৈ, মদুদা বাবাসি সায়িমাতা হায়বসি মাগী মচাশিংবু জ্ঞানগী শঙ্গোম পিথকপি হায়, অদুগা ময়েকইবা হৌবগী থৌদোক অদুনা মরাইবক ফরবা অঙাং অদুনা জ্ঞানগী শঙ্গোম থকচনবগী তাঞ্জা অদুনি।

বাবানা ঈশৈগী অমসুং জ্ঞানগী লমজিং পুরেল ওইনা চিঞ্জাক পিবিবা অমসুং যোকপি-থাকপিবা ওইনা দশরা কুম্মৈগী মতমদা ঙানবিরে, মরম অদুনা মসিগী শায়োন অসি হেক উৎপিবা নুমিত্তগী হৌনা কাউঙমদ্রবা কুম্মৈ ওইবে। ভক্তশিংনা বাবাগী পাওজেলদা, দ্রামাদা অমসুং হাওখ্রবা উৎশবশিংদুদা নুংঙাইজে। মতম অদুদি নুমিদাংৱাই খুদিংগী খুঙ্গং অদুগী অখুবা লম্বি অদুদা সভাষাত্র অমসু চৎখি, বাবানা নুমিৎ খুদিংগী তোঙান-তোঙান্না নিংথিনা লৈতেংলবা দোলায় অমদা ফল্লমই অমসুং মাগী থৌরাংলবা ভক্তশিং অদুনা মরেংবান্দা পুবমই। সভাষাত্র অদু চৎলিঙৈদা বাবানা মঙকশমদা শিরিবা লৈ পরেংদগী লৈকা খুবামথন্না থৎলগা লৈবাকথক্তা মীয়াম মরক্তা চাইথখিবদু উজখি; অদুগা য়েংউ, লৈকাশিংদুনা লৈমায়দা তাবা মতমদা শ্রেং-শ্রেং হায়না মখোল থোকখি অদুগা লৈকা খুদিংমক তকমান মচা ওইনা তারকখি, মমায় অমদা বাবাগী শক্তম য়াওই অদুগা মমায়

অমদনা সিবসি সাই বাবাগী শক্তম যাওই; নত্রগা কবিগুম্বদনা লৈকাশিং অদুনা অথুম্বা চিনি মতুমগুম্বা ওইনা দোলায অদুগী অকোযবদা মীযাম মবক্তা নোংতাবগুম তাবকখি। অদুগা দোলাযদা লৈবিবা বাবাগী লাইবক্তনা মশাদগী থোবকপা বিভূতিনা কুপশিল্লি, মদু ভক্তশিংনা উবা ফংখি অদুগা শিন্দুবগী বিন্দুসু উখি।

মন্দিব অদু ভক্ত মযাম তিনফমগীদমক্তদি যাম্না থুনা পিক্‌মন্‌লকখ্রে। সিবদি সাই বাবাবু লাৎচবা মযাম অমসু মহাক পুক্তপার্তিদা মী ওইনা অবতাব তৌববে তাবদা অসোমদা চেনশিন্নবকখ্রে। মহৌশাগুম্না সিবদিদা চৎলুবা ষাত্রিক মযামসু পুক্তপার্তিবোমদা থাবকখ্রে। কাংবু খবনা সিবসি সাই বাবাসি সত্য সাই বাবাগী মতেংদগী খঙনবকখ্রে। "আবতো জিজ্ঞান সুবতার্তি জ্ঞানি চা"। শ্রীকৃষ্ণনা ভগবত গীতাদা তাকপিবনি হাযবদি ঈশ্ববগী মফমদা পুম্নমক হোৎচিল্ল, হাযবদি অৱাবা তাববশিং, থিজিল্লিবা কাংবুশিং, নুংঙাই-যাইফবা তাল্লিবা কাংবুশিং, অমসুং লৌশিং-শিংবশিং, অসিগুম্না কাংলূপ মবিগী মী ওইশিং অসিনা মাগী মাগী অপাম্বা ৱাখলগা লোযননা ঈশ্ববদা চংজৈ, অদুবু ঈশ্ববর্নাদি মখোয পুম্নমকপু তবাম্না ওকপি অমসুং পুম্নমকপু পেলহর্নাবি। অৱাবা তাববশিংবু অৱাবদগী কোকপি, মাগী বিভুতিনা মবাইবকথিববা চা কযাদগী ফত্রগা ওমঙ্গোলগী থবক অমসুং ফত্তবা মহৈগী ফল পুম্নমক তানথোকপদা শিজিন্নে। যাম্না নৈনগনবা কাংবু থিজিনগনবা কাংবু, চিংনগনবা কাংবু অমসুং ঈশ্বব থাজদবা কাংবু, পুম্নমক মহাক্না পেলহল্লি, চিংশল্লি, মাবু পামহল্লি। নুংঙাই যাইফবা ফংনিংলবা কাংবু অদুসু মহাক্না থুংহনবি কবিগুম্বা মখোযনা পুন্সিগী অবোইবা পান্দম অদু ফংনবগীদমক নিংজনবা অমদি থৱাইবু থিজনবগী মহৈগী থাক অদু লৈজববদি। জ্ঞানীশিং অসি মঙোন্দা খ্বাইদগী হেন্ন। নুংশিজৈ, মবমদি মহাক্না মাগী মতিক-মগুণ পুম্নমকসি মখোযদুগী মিৎযেংদা উইল্লি, শেংদোকহল্লি, অমসুং অচেৎপা নিযম্না চিংনবা পুম্নমক শেংদোকহল্লি। মখল পুম্নমক অসিদা লৈবিবা মীওই পুম্নমক মহাক্কি মনাক্তা পুক্তপার্তিদা লাকখি। মসিগী মনুংদা অহানবা অমসুং অহুমশুবা কাংলুপ্না খ্বাইদগী হেন্না মশিং য়াম্না লাকখি। মহাক্কি মনাক্তা লাকখিবা পুম্নমক অদুগী পুন্সিদা অহোংবা পুবকখি।

হুবানবা লুট-পাৎ তৌবা কাংবু অমবু অফবা, ঈশ্বরকিবা লৌমি ঙাক্তদা ওহোৎকখিবদু মত্তাং অসিদা খঙজিনবা য়াই। নোংমা অহিং অমা বাবানা চিত্রাবতিগী অসোমথংব। নাকলদা লৈবা চীংদা লৈবিঙৈদা হুবানবা কাংবু অমনা মখোযগী ওইদবা পাম্বৈনা ফংলকখিবা পোৎথোক অদু য়েন্নদুনা লৈবম্বা থেংনখি। মখোয়না বাবাগা মাযগা-মাযগা ওনশিন্নববা মতমদা বাবাসি ঈশ্বরমক্কি হাযবসি খঙজখি লোযননা বাবাগী মখুত্তগী বিভূতি লৌখি। বাবানা মীনুংশি যাওদ্রবা মখোয ১৭তুদা ব্রাহে খব হাযববা মতুংদা মখোয়বু পুত্তপার্তিদা পুবকখি। মখোয পুম্নমক শান্তি ওইনা হিংবা পুন্সি খুৎলেন অমা হৌখি অদুগা মখোযগী মবক্তগী মীয়াই চল্লবা, মশা-মউ ফববা অমবুনা অহিংগী চৌকিদাব হাপখি।

নোংমা-নোংমগী হেনগৎলক্লিবা ভক্তশিং অদু লৈহন্নবগীদমক মন্দিবগী মমাংদুদা অশাংবা শেদ অমা চহি খবগী মনুংদা শাগৎপা তাবমই; মদু জিঙঘনা কুপ্পা তাবমই। অদুবু মদু ফাওবদা যাম্না পিকমল্লমই। মন্দিব অদুগী মনিংদা তোঙানবা শঙ অমা লৈফম কা অমসুং ঈকজফম যাওনা বাবাগীদমক শাবমই। হাযবিবা কা অসিদনি ডাক্তব পদ্মা নভান্গী মানওনুপাগী হবনিযাগী ওপবেসন তৌখিবদু। হাযবিবা মফম অসিদনি লাইখুবমফমগী মমাংগী স্কিন মকুমদা পুত্তপার্তিগী অপ্পিযাহগী এপেন্দিসাইতিসকী ওপবেসন তৌখিবা। মন্দিব অমসুং মসিগী মনিংদা লৈবা ব্লোক অনিদুগী মবক্তা লৈবা অহাংবদুদা অহিং অমা বাবানা তুম্নিঙৈদা মাগী ভক্তশিং অমগী মানা পিখিবা তালিসমান অমা মাঙখ্রে, মদু অমুক মঙোন্দা যৌবকখ্রে হাযনা লাউথোকখিবা। মহাক্লা হাযখি মহাক খুদক্তা মদ্রাসতা চৎকনি অদুগা যত্র অদু অনাবদুগী খুদাংদা শিবিকগনি। অদুবু অকোযবদা লৈবিবা ভক্তশিং অদুনা তাঞ্জা অদুদা মশা অমুক থাদোক্তনা চৎপা অমুক হল্লকপগী থবক্ত তৌবিদনবা হাযজখি। মদু মদ্রাস চৎপা কনাগুম্বা অমদা পিখিনবা শিনবদা মহাক যাখি; অমসুং মদু অবিবা ভক্ত শ্রীসেশাগিবি বাওদা চেকশিন্না খুদৈ অমদা কিশিল্লগা নখ্বাংদা যেৎশিন্দুনা থমগদবনি হাযবা চেকশিন ব্রাহৈগা লোযননা পিখি। মানা হুকুম অদু যাম্না যানিংনা ইনখি লোযননা যন্ত্র অদু মখ্বাংদা যেৎশিল্লগা অহিং অদু তুমখি। পুং অনিবোমগী মতুংদা বাবানা মখোল হৌনা নোক্লক্তনা হৌগৎলগা ফমুংদা ফমখি,

মদুনা ঐখোয় পুম্নমকসু তুন্নস্বদগী হৌগৎনখি। ঐখোয়পুম্নমক বাবাদা কোযশিনখি অদুগা নোকখ্রিবা অদুগী মবম খঙহনবিবগা মখোযসু ফাগি অদুদা যাওজগে হাযখি। তৌবিবা পুম্নমক্তু কবিনো হাযবসি সেশাগিবি বাওদু খঙলমদে। বাবানা মাবু হৌদোক্লমই অদুগা যন্ত্র অদু পিনবা হাযবমই। মহাক্লা মখ্বাংদা যেৎলিবা ফিদু হন্দোক্লগা কিশি অদু থোক্লমই অদুবু যন্ত্র অদুদি যাওবমদ্রে, মাঙখিবমই। বাবানা ফাগি ওইনা মঙোন্দা বাহৈ খব চৈবমই অদুগা হাযবমই মদুদি মহাক্লা মদ্রাস চত্তুনা যন্ত্র অদু অনাবা অদুগী খুজেংদা শিজিনবিকবে। যন্ত্র অদুনা মহাকপু তত্তনা ঙাকশেনগদৌবিবনি। 'হোই', মহাক মদ্রাস চৎলুবে অদগা হল্লকখ্রে।

ভক্তশিংনা অবিবা মন্দিববু কাউবা খক ঙমলোই, মবমদি বাবানা মতম পুম্নমক্তা মদুদা মীযামগী মবক্তা চৎলি। মহাক্লা মদুদা লৈবিঙৈদা ভজন ঈশৈ কযা অমসুং কিবতন কযা ইবগা মখোযদা তন্বিখি। মহাক্লা যাম্না নুংশিবা অমসুং পুক্লিং চংবিবা ব্লাখলগা লোযননা মখোযবু মফম অদুদা তম্বিখি অমসুং অবানবা চুমথোর্কাপিখি। মতম অদুদা লৈবন্না ভক্তশিংদু মশিং যামদ্রিবনিনা বাবানা যাম্না তোযনা তুবেলগী লৈঙোইদা, নত্রগা অকোযবগী চিংশিংদা নত্রগা তুবেলগী ব্লাংমদা লৈবা ইংখোলশিংদা চৎথোক্লমই অদুগা মখোয়না মযামগী চানবা চাক থোংলিঙৈদা মিবাকল মযাম অমা নত্রগা মহাক ঈশ্বরনি হাযবগী খুদম কযা উবা ফংখি।

ঐনা ইহান-হানবা ওইনা অবিবা মন্দিবদা বাবাবু উখি অদুগা নুমিত্তুগী নুমিদাংব্লাইদা মহাক লৈঙোইদা চৎখি। মফম অদুদা মহাক্লা ভক্ত খবগা কবিশু লৈতবা অব্লা-অনা মচা-মশুদা মপুক্লিং ইবাং লাঙবা অদুগীদমক ব্লাবক ব্লাতেস্বদু ঐহাক তাখি। শান্তি ফংনবগী খ্বাইদগী ফবা উপাই ওইনা থব্লাই য়াওনা মিংখৈবোল শোনগদর্বনি হাযনা মখোযদা হাযবমই অদুদগী খুদক্তা নুপি ভক্ত অমদা ওনশিল্লগা "নহাক ঈশ্বরগী মিংখৈ শোন্দ্রা?" হাযনা হংখি। নুপী অদুনা কবিগুম্বা খব হাযখি অদুবু বাবানা মদু থওইনা ঙাইদনা মখা অমুক হংখি: "ইহে! নঙগী জপমালা মাঙখ্রেবা? নত্রদো?" অদুদগী মখুৎ অদু লৈঙোইদা থিংজিনখ্রগা মালা পরেং অমা পুথোবকখি অদুগা হাযবকখি : "সিদা লৈবে, লাকও, মসি লৌবো"। নুপী অদু যাম্না ব্যবহাবগা লোযননা হৌগৎলকখি অদুগা মখুৎলোন্ননা মদু লৌনবা মাঙলোমদা চংলকখি। বাবানা লেপ্পনবা ইঙ্গিৎ পিবমই অদুগা মোমোন মীনোক্তা লোয়ননা

হায়রকখি:“ঙাইখো, অহানবদা মসি করম্বা মখলগী মালানো হায়য়ু?” মহাক্না মদুদা যেংলমই অদুগা হায়বকলমই :“ঐগীরা স্বামী! নত্রগা ইমাগীসিরা ?” মহাক্কি মমানা শিরমদাইদা পিবিরম্বা জপ মালা অদু অমুক হন্না ফংজবদুদা মহাক অসুক্কি মতিক হরাওজখি। বাবানা মাগী মমাদু কয়াদা মিনুংশি চাওবীনো, মাগী মবুংনা কয়া কন্না তপ তৌবনো অদুগা মশানা কমদৌনা সাধনা তৌবনো হায়বগী মরমদা ময়ামদা হায়বিখি অমসুং করম্বা মতমদা মমল য়াম্লবা জপমালা অদু মাঙখিবনো হায়না হংলমই। মহাক্কি পাওখুম অদুনা ঐখোয় পুম্নমকপু পুমঙক ঙকহনখি মদুদি জপমালা অদু মহাক্না চহি মরিগী মমাংদা বঙ্গলোরদা থমফম খঙখিদবনি। পুত্তপার্তিদা অহানবা ওইনা লাকখিবা মীশক অমনা উব ফংখ্রিবা অসি কয়াদা অওকপগী মশক ওইববা মিরাকলনো ! (অইবা মশামক্কি ব্রাফম্নি। শোক ১৯৪৮ দনি)

ভক্ত ময়াম পুম্বসি থা থাগী সুম হেনগৎলকখি। অরিবা মন্দিরদু মতিক চারক্রে; অদুনা ময়ামদু নুমিৎ খুদিংগী লৈঙোই মথক্তা তিম্বসু ওইথোকলমদে। বাবাগী কা অদসু চিনমনখ্রে অমসুং নেম্মনখ্রে। মহাক অসি য়াম্ন নিন খোংবা, উফুল থাংবা অমদি চরাংনব মরক্তা লৈহল্লে। হরাও-কুম্মৈগী মতমদা লাক্লিবা ময়ামদু লৈহন্নবা হোৎনবদা মন্দিরগী অকোয়বদা লৈরিবা মফমদু য়াম্না পিকমনখ্রে অদুনা ভক্তা খবনা খর চাউ-শাংবা যুম অমতা শাবদা য়াবিযু হায়জখি; মদুগী মমিং বাবানা 'প্রশান্তি-নিলয়ম্ থোনবিখি। ▤

## প্রশান্তি - নিলয়ম ঃ (PRASANTHI NILAYAM)

ভগবানগী লৈফমগীদমক্তা কযাদা ফজখ্রবা মমিংনো ! কযাদা নামীখ্রবা নুংশিং অমসুং কযাদা পুমচিক্ চিকখ্রবগী বাখল অমা মমিং অসিনা ফাওহল্লিবনো ! নিল্লয়ম অসিবু পুমকোয কোর্যশিল্লিবা চীংশিং অসিবুনা লাইনিং-লাইশোন্দা লুপশিনখ্রবা অহল ওইববা ঋষিগুম উবি। পাল্লবা অতিযানা চাংজৌ নাযদ্রব ব্রাখল খল্লনবা কৌখৎখি। নিলযমগী মতুংদা, চীংগী নাকলদা বাবানা তপোবন অমা থাখ্রে; অদুগুম্বা বোন অদুদা সনাখোংনাং পাম্বি অমা হৌবি; মদু আধ্যাত্মিক্কি খোঙজংদা থব্রাই যাওবক্লবশিংগী মিৎযেংদগী যেংলবদি সনা-খোংনাং পাম্বি পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না শেঙলবা পাম্বি অমা শোযদনা ওইবক্লগনি।

ন্যাগ্রোধা অমসুং শতবৃক্ষা হাযনা খঙনবা সনাখোংনাং পাম্বি অসি ভাবতগী শেংলবা সাহিত্য অমসুং ইতিহাসতা যাম্না ফাওই। সংস্বাব অসিদা প্রলযনা কুপখ্রবদা অমদি ঈশিং-ঈচাওনা পৃথিবী শিন থুংখ্রবদা মহাবিষ্ণুনা খোংনাংবোত মনাদা নত্রগা সনা-খোংনাং মনাদা তুমই হাযনখি। দক্ষিনা মুর্ত্তি নত্রগা শিব-না গুরুগী শক্তম লৌদুনা সনাখোংনাং পাম্বি অমগী মখাদা ফম্মি হাযনৈ; অদুগা মশাগী তুমিন্না লৈবা অদুমক্লা মহাবিষ্ণুগুম্বা সেবকশিংদা লৌশিং-জ্ঞান পুম্নমক শন্দোকখি হাযনৈ; মাগী যোগনিদ্রা শান্তনা মবোল তত্ত্বমসি মিকুপ-নাহুম শিংনা ঙাক্তুনা লৈ। মসিগী উ পাম্বি অসি সনাতন-ধর্ম্মগী মহুৎশিনবনি হাযবা যাই; মবমদি মসিগী মশাশিংসি মাযকৈ পুম্নমক্তা শন্দোকখ্রে অদুগা ধর্ম্ম খুদিংদগী থাজবা ফংখ্রে লোযননা আধ্যাত্মিক্ক খোঙজং খুদিংমক্তগী হিংনবা মচাক অদু ফংলি। সংস্কৃৎ লোন্দা মসিবু 'বংপদ' হাযনসু কৌই, মবমদি মসিগী মশাদগী থাদবকপা মরু পবেং অদুনা লৈবাক্তা চংখ্রগা মবোমদোম মচিঞ্জাক থিজৈ, মদুনা মপা ওইরিবা পাম্বি অদুদগী নিংতম্বা ঙমই। মবম অদুনা হাযবিবা উপাম্বি অসি অমৃতনি অদুগা ভাবত্তা, প্রযাগকী ত্রিবেনিদা লৈবগুম নত্রগা গযাদা লৈবা অক্ষয়াবত কৌবা পাম্বিগুম চহি লিশিং কযা পুজা তৌনবকপা সনাখোংনাং পাম্বি কযা লৈরি।

তপোবন অসিদা হৌরিবা বত পাম্বি অসিগী মশাগী তোপ-তোপ্পা অশেংবা অমা লৈজে। শোক ১৯৫৯গী এপ্রিল থাদা নোংমা নুংথিল বাবানা চিত্রাবতিগী লৈঙোই মথক্তা কোয়শিল্লিবা ভক্তশিংদা ব্রারী শাবা মতমদা বুদ্ধগী, বোধি-পাম্বিগী, অমদি সাধক খরনা মখোয়না তপ তৌবদা খুদোংচাগদবা মফম থিজরকপগী মরমদা ব্রাফম খর ঙাঙবিখি। অসুম্না ব্রা ঙাঙলিঙৈসিদা ইনচি ১৫ শাংবা, ইনচি ১০ পাকপা, মমায় অদুদা অঙকপা শক্তি লৈবা, অখঙবা অমসুং খঙদব ময়েক কয়া ইবা, কোরিগী অথাবা প্লেত অমা লৈঙোই মনুংদগী পুখোরকখি। মহাক্না হায়খি ঃ মসিগুম্বা পোৎশকশিংসি সাধকশিংনা তপ তৌবা মতমদা হেন্না পুক্লিং লুপশিন্নবদা অমদি ইন্দ্রিয় খুদুম চনবদা মতেং পাঙনবগীদমক মখোয়না ফঙ্লিবা উপাধি অদুগী মখোঙদা থানৈ। মহাক্না লাউথোকখি মদুদি মহাক্না তপবোন অদুদা থাগদৌরিবা উপাম্বি অদুগী মখোঙদা কোরিগী প্লেত অদু ফুমগনি; মদুমক চপচানা জুনগী তাং ২৯দা পাঙথোকখি ; মতুংদা বাবানা লাউথোকখি অদুদি যোগিশিংনা তপ তৌবদা থাক অমা ফংলবা কাংবুনা মশানা শোয়দনমক্কি পাম্বি অসি অমসুং পোৎশক অদু খঙলকখিগনি অদুগা মখোয়বু য়াম্না অঙকপা শক্তি অমনা তপবোন অসিদা চিংশিনগনি, মতম অদুদা কৌবমলিবা মিং অসি য়াম্না মরম চাই হায়বসি খঙগনি।

প্রশান্তি নিলয়ম অসি ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী ২৫শুবা মপোক কুমওন পালন তাখিবা নবেম্বর ২৩, ১৯৫০দা শঙ্গাখিবনি। মসি শাবদা চাউরাক্লা চহি অনিরোম চঙখি। শাবগী থবক অসি বাবাগী মিৎয়েং মখাদা চৎথখিবনি অদুনা বাবাসি মসিগী আর্কিতেক্ত অমসুং ইঞ্জিনিয়ারনি হায়বা য়াই। বাবানা হৌদোরকপা ব্রাফম পুম্নমকসি মখোয়না য়াবা তারমই, মরমদি ব্রাফমশিংদু মখোয় মশাগী ব্রাখলদগী হেন্না ফরমই; বাবাগী মনুংফাওনা উবা ঙম্বগী অমদি হেন্না লাইনিং লাইশোনগী মিৎয়েংগা চুনবা ব্রাখল লৈ হায়বসি মখোয়না খঙলমই। অদুবু, বাবাসি য়াম্না চৈরাক কনবা মীশক অমনি অদুগা চাংজৌনায়দ্রবা থৌজালগী গুণ লৈবা মীশকসুনি। অদুগা, মাগী থৌজালনা খ্বাইদগী তমথিনা খুরৌথাংবশিংবুসু কোকহনবিবা ঙমই। খুদম ওইনা পল্লবদা, ময়ায় থংবা লাইখুরমফম হোল অদুগী য়াম্না চাউবা, লুম্বা য়োৎকি খ্বাংলাক ময়ামদু ত্রিচিনোপোলি মনাক্তগী ত্রেন্না

পেনুকোন্দা ফাওবা পুবর্কখি; অদুবু মদুবু মতৌ কবম্না, কবি শক্তিনা মাইল ১৬ শংবা দিস্ত্রিক বোর্দকী লম্বি অদুদা পুবক্কদৌবিবা লোযননা তবেংশুবা মাইল মপাদা লৈঙোইতগী ওইবা তুবেল অদু কম্নদৌনা লানগদৌবিব অদুগা শাংনা শাংনা হেন্দোক্লিবা যোংচৈশিং অদুনা কমদৌনা গাবিনা পুগদৌবিবা অমদি মাপলশুবা মাইলদা লৈবা লোচবলা খুঙ্গংগী থেক্লা-খোযনা চংপা লম্বিমচাশিং অদুদা কবম্না গাবি থৌগদৌবিবা। অদুগা বুবকপৎনম যৌববা মতুংদা ব্যবহারগী অদুক কৌদবা যাদবদগী লম্বি কৌববা মাইল অমম শাংবা মতেক অদুনা কমদৌবা। অদুদগী পুত্তপার্ত্তি অমসুং কবনাতনাগাপল্লি অনিগী মবক্তা লৈবা ফবলোং অহুমলোম শাংবা চিত্রাবতি তুবেনগী লৈঙোইগী লমপাক অদুনা কমদৌনা লান্বা। মল্লবা নিঙখাযববা উকুশিং অদুনা কমদৌনা লানবা, লৈখোম মবক অদুনা কমদৌনা লান্তোকপা, অদুগা কবিগুন্মা মফম অদুদা যৌবক্লে হাযনা খল্লগসু মতৌ কবম্না অবাংবা ফক্লাং অদুগী মথক্তা হাপকদৌবিবা। ইঞ্জিনিযাবশিংদুনা যোংকি ফৈবাকশিং অদু খুঙ্গং অদুদা পুবকপগী বাখল পুম্নমক থাদোকখ্রে অদুগা লাই খুকমফম হোল অদু কুপ্লবগী অতোপ্পা উপাই পুথোর্কাপনবা হাযজবমই।

অদুবু নোংমা অহিং অমা নোংঙাল্লমদাইদা ইঞ্জিনিযাব অদুগী আনন্তপুবদা লৈবা যুম অদুগী মম্নাংদা যাম্না মখোল হৌবা খোঞ্জেল অমনা মাবু তুম্বদগী হৌগৎহনখি। অমম্বদুদা চেপথদুনা যেংখিবদা (ক্রেন অমা) তুঙ্গভদ্র-দামদা থবক শিজিন্নবদগী যাদদুনা পুবর্কখিবা, থৌবা যাদ্রবা ক্রেন অমা উবদা ঙকখি। মহাক পুত্তপার্তিদা চেল্লকখি অমসুং বাবাদা হাযখি; কবিগুন্না মদু যাহন্না ঙল্লবদি মপুদুদা হাযজবগা খ্বাংলাকশিংদু পেনুকোন্দা ফাওবদি পৃবিযু যাগনি। বাবানা খুদক্তা বিভুতি খব পুথোক্লগা ইঞ্জিনিযাবদুদা পিখি; মদু অমুক যাম্না শেংনা ক্রেন অদুগী ইঞ্জিন মথক্তা চাইশিনখি অদুগা দ্রাইভব অদুদা থৌননবা হাযখি। মহাক্লা অমুক অনিবক হোৎনববা মতুংদা ইঞ্জিন অদু যাবক্লনা খ্বাংলাক যোং অদুগী মনাক্তা থৌজিনখ্রে। মাগী অচৌবা পানোম অদুনা খ্বাংলাকশিংদু থাঙ্গত্তুনা থৌবকখ্রে; উকু অমনবা পুম্নমক্লসু পাম্বে অমা শিজিন্নদুনা লাম্থোবকখ্রে, লোচবলাগী অখুবা লম্বিশিংদুসু লাম্থোকখ্রে, বনকাপেকগী লৈখোমদুসু লাম্থোকখ্রে; কবনাতনাগাপল্লি চীং মনাক্তা লেপথোকখ্রে; মদুদা ইঞ্জিনিযাবশিংদুনা ক্রেন অদুগী শক্তি পুম্নমক পুমলোয় লোয়খ্রে হাযখি। লৈঙোই অসি ফাওদুনা মসিগী অকম্বসি চিংবা ঙমগদবা মান্দ্রে। অদুবু

বাবা মশামক্না দ্রাইভবগী মনাক্তা ফমদুনা হেন্দল পাযখি। অসুম্না ক্রেন অদু যৌবক্তুনা খ্বাংলাকশিং অদু থবকশুফমদা থাদবমখি।

ইঞ্জিনিযাবশিংদুনা মখাগী খোঙজংদা যাবোইদবগী ৱাফম কযা ফোংদোক্লবসু মদুনা থবক্তা পান্থহনখিদে। তশেংনা হাযববদি মখোয শাওবকখি অমসুং হংলকখি; মীওইবগী শক্তি পুম্নমক্না ফক্লাং মথক্তা থাঙ্গৎপা ঙম্লবোইদবা অসিদা অসুক যাম্না অমুক অৱাবা তৌকবগী কবি কান্নগদগে? মীওইবগী শক্তিনা, হোই। অদুবু, নিংবু নিংলবদি থোকঅবা অমা লাকই! তুঙ্গভদ্র দামদগী কুলি মযাম পুবকলমই, থৌবি কিশিল্লে, পুল্লি শেমলে, খ্বাংলাকশিংদু খব হেন্না যাংনবা, বাবাগী মমাংদা থৌনাও চামদগী 'জয-সাই-বাম্' হাযবা খোল্লাওগা লোযননা অমমম চিংখত্তুনা মফম চানা নিংথিনা হাপখ্রে।

মযাযথংবা লাইখুকমফম হোল অদুগী নাকল অনিমক্তা ফমপাক অমমম মফম চানা হাপ্পদুনা নিলযমগী মকওইবা শকক্লি। নোংচুপথংবা ফমপাক্তা পুজা তৌফম লৈ, মদুদা হকচাং মপুংফানা উৎপা ওইল পেন্তিংগী ফোটো অনি ফক্লাংদা ঙাদুনা লৈ; অনিদুগী মনুংদা অমনা সিবদি সাই বাবাগীনি অদুগা অমনা শ্রীসত্যা সাই বাবাগীনি। মযাযদা লুপানা শাবা সিবদি সাই বাবাগী মুর্ত্তি অমসু লৈ অদুগা মদুগী মখাদা শ্রী সত্য সাই বাবাগী অপিকপা মুর্ত্তি অমসু লৈ। মুর্ত্তি অমা লেঙশিল্লৰদি চাং নাযনা পুজা তৌনবগুম্না, হাযবিবা মফম অসিদদি তৌদে, নোংমদা ভজন অনিবক অযুক্তা অমুক, নুমিদাংৱাইদা অমুক শকপদুনা লোযবে, মুর্ত্তিশিং অদুদি চুম্নগী ধ্যান অমসুং মিংখৈবোল শক শোনবদা তেংবাংনর্বান। অশেংবা নুমিৎশিংদা পাঙথোক্কদবা অকক্লবা নিতি-নিযম লৈতে; নত্রগা অকক্লবা লাইশোল পাঙথোক্লবা থৌবাং লৈতে। সিবদি সাই বাবাগী মুর্ত্তি থমগদবনি হাযবগী নিযমসু লৈতে। হোল অদু লাই খুকমফম হোল অমনি; হোলনি হাযবসিনা লোযবে; মসিদা অবতাবশিংগী মুর্ত্তিশিং অমসুং অচৌ-অচৌবা মহা পকসশিং খুদম ওইনা বামকৃষ্ণ, বিবেকানন্দ, বমানুজা, মাহৱাচার্য্য, সনকবাচার্য্য, বুধ, জিসস ক্রাইস, সুবদাস, মীবা, তুকাবাম, অসিনচিংবা কয়াগী মুত্তিশিং থমই।

লৈপাক্কা তাযনবা কা অনিদং বাবা দর্শন লাকপা কাংবুশিংগা উননবা থল্লগা অতৈদি পোৎ-চৈ নত্রগা পাত্রশিং থমফম ওইনা শিজিন্নে। অহান্বা থাক্তা লৈবা কাশিং অদুনা বাবাগী তুমযম ওইনা শিজিন্নে। যাম্না চাউবা মাঙ্গোলগুম্বা অমা লৈ, মদুদা বাবানা অহান্বা থাক্তগী লাকই, মদুদগী মখাদা পৈদুনা লৈবিবা ভক্তশিংদা দর্শন পিবি, মদুদগী পতকউৎসভ কুম্বদা, নববাত্রিগী কুম্মৈদা, সিব-বাত্রিগী কুম্মৈদা, নত্তগা মশাগী মপোক নুমিৎ পালনদা মীযামদা পাওজেল পি। মথক থংবা লৈমায অদুগী মাঙ্গোল মযাযদুদা নুংঙৈনা শাবা, বাঁসি খোংবা শ্রীকৃষ্ণগী যেংবদা পুক্লিং শুমহৎলবা মুর্ত্তি অমা থমই, মদুদা মীপুম খুদিংগী পুক্লিং-মিৎযেং অসি মাগী ফজবা অমসুং শুমহৎপা অদুনা চিংশিল্লি।

ফিবাল চৈখোক যুংযম অদুগী মমাংদা, চংলক্লিবা লম্বি অদুগা মাযোক্লবদা মথক্কি দাবি যৌনা থুনা কাবা যানবা শিবি লৈ, দাবি অদুগী মযাযদা বাবাগী হকচাং তংখায়দা উৎপা মুর্ত্তি অমা শাদুনা থমই। ফিবাল চিংখৎপা নুমিৎশিংদা মুর্ত্তি মনাক অদুদগী মখাদা তিল্লিবা মীযাম অদুদা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা আশির্ব্বাদ পি। ফিবাল অদুদা বিলদিং মমাংদা লৈমাযদা লৈবিবা বাবানা পুথোকখিবা লৈই কোইশিন্বা খুদম অদু যাওবি।

উক-রু লৈশিনবা সাবকল মযামদুগী মযাযদা খুজি মযাম যাওবা যোগ সাধনাগী থাক্ উৎপা যুম্বি অমা লৈ। খুর্জিশিং অদুনা যোগ সাধনাগী থাক উৎলি। যোগ অসিনা থম্মোযগী থম্বাল শাৎকাইহল্লি, থম্বালগী লৈকাদি যুম্বি অদুগী মতোন্দা শাৎলি। ভক্তিনা মপুং ফাবকপা অমসুং থম্মোয শাৎকাযবকপগী মথংগী থাক্তি জ্ঞানগী মৈবি ফাওবকপনা ওইগনি, মদুগী খুদম অদুনা যুম্বিগী অবোইবা মতোল অদুনা ফোংদোক্লি। কোইশিল্লিবা সাবকল অদুগী অহানবা অমসুং মবক কানবা অদুনা ইকোব কোকই, লৈঙোইগী শকক্লি, অনিশুবা অদুনা মনাপুংবা, চবুন-চবুন হৌগনবা, যাম্না তোযনা মতোন ককথৎকদবা মখল অদু থাই, হৌহল্লি; মদুবু বাবানা অপাম্বা অমসুং অশাওবগা প্রমান তৌই, মবমদি অপাম্বা অমসুং অশাওবা লাম্থোক্লগা যোগগী থাক যৌননবনি। অহানবা অকোযবা অদুনা অপাম্বা থাদোকপা, অবেম্বদ ঙাইহাক্কি ওইবা পোত্তা তান্নবা তোকপা; অনিশুবা, চবুন পাম্বি অদুনা অশাওবা, মসি থাদোকপদা যাম্না লুবা পোৎনি. মতোন অমক

ককথৎখ্রবসু অমুক হেক্তা থুনা চোংবা ঙম্বা পোৎনি; অদুগী মতুংদা থাক অনি অমুক লৈরে, মচু ঙাংই, অমনা মখাদা লৈ অমনা খজিক্তং ব্রাংনা লৈ, মসিনা উৎলিবনা তুক্কচবনি; মসি সাধক অমনা জয় তৌগদবনি হায়বদি মশাদা মাসিগী ব্রাখল লৈরোইদবনি। থাক অমনা ঐনা পাল্লিবা পান্দবদু ফংদ্রবা মতমদা অদুগা অতোপ্পা অমগী থবক্লা অতেপ্পা অমদা অব্রা-অনা পিরবা মতমদা তুক্কচবসি ফাওরকই। অহুম অসি জায় তৌরবা মতুংদা অকোয়বা পুমশং শংবা মিত্তা অইংবা ফাওহনবা, পেনবা অমসুং চাউখৎপগী শক্তম ওইবা, নুংশিবা প্রেম অদু ফংই। মসিগী থাক অসিদদি মীওইবগী পুক্লিং অসি নুংঙাইবা খক্তনা পিক থল্লি; মদু অপাম্বা, অশাওবা অমসুং তুক্কচবা লৈতবদগীনি অমসুং নুংশিবা প্রেমগী য়ুমফম ওইরিবা পুম্নমক মশানি, অমতনি হায়বা মিৎয়েং অদুদগীনি। মসি ঙম্লবা মতুংদগীদি য়াম্না থুনা সাধক অদুনা প্রশান্তিগী অহাঙবা লম্পাক্তা থোক্তুনা, ফমনিংবা মফমদা ফমদুনা মানা হোৎনজখিবা নিয়মশিং অদুগী মহৈ চাজবা ঙমলগনি। মানা হোৎনজবিবা ষোগ অদুনা মহৈ য়ালহন্দুনা থাক অমদগী হেন্না ব্রাংবা থাক অমদা পুখৎপিরকপনা থম্মোয়গী থম্বাল শাৎকায়হন্দুনা মদুগী মঙাল অদু মশানা উজবা থাক অদু ফাওবা পুখৎপিগনি। সরকল অদুগী মপান অকোয়বদা লৈ পাম্বিগা কোন্ননা য়েকপা চফু নিপান লৈ, মদু অস্তাসিদধিনি, মদুনা ষোগি অদুবু ঙাক শেনবি অমসুং মদু তেক্ত-কায়দনা, মপানগী মতায়দা থমগদবনি হায়না বাবানা তাকপি।

প্রশান্তিগী ফিরাল অসি চিংখৎপা মতমদা নিলয়মগী মমাংদা লৈবা থম্বালগী সারকল অসিগী মনুংগী অর্থদুদা নৈনবি অমসুং করিগীদমক্তা মদু ফিরাল অসিদা য়াওহল্লিবনো হায়বদু তাকপি। মহাক্লা ভক্তশিংগী পুক্লিংদা ফিরাল অদু চিংখৎকদবনি হায়না পাওতাক পিবগা লোয়ননা য়াথংসু পি, অমসুং মদু মফম অদুদা ব্রাংনা পায়হন্দুনা থমগদবনি হায়বি, মসিনা পিনিংলিবা পরা অদু মতম পুম্নমক্তা পুক্লিংদা কাওদনা লৈগদবনি। লাইশোল হোল অদুগী থোঙ্গাল অহুম লৈবদুগী মনুংগী অর্থদুসু বাবানা তাকপি। কমপাউন্দ অদু চংলক্লবগী খ্বাইদগী মতায়দা লৈবা অকোম্বা অমগী মথক্তা নিলয়ম থারিবদু তমগুনগী থোঙনি। নুপা অমনা মদু হেক লানশিনবদা তমগুন থাদোক্লন্নবনি। মহাক্লা ঈশ্বরগী মনাক্তা চংগদৌরবনি হায়বগী ব্রাখল খনবা হৌগ্রে, অদুনা মঙোন্দগী খঙদবা/অমম্বগী জ্ঞান অদু থাদোক্লমলে; তমগুন্দা লৈরিবা

মীশিংদুদি চংনিংবগী লাংতক্লবা অদু লৈহৈবোই। অদুদগীদি অনিশুবা থোঙ লৈবে, মদু থম্বাল সাবকলগী হেক হৌফম ইংখোল অদুদগীনি। মদু যৌশিল্লক্লবদি, বিলদিংগী ফজবাশিংদুনা, ইলেক্ট্রিক মৈগী ফজবনা, যান্দুনা লৈবা লৈগী পাত্রশিং অদুনা, হায়বদি বজগুনগী পোৎশক অদুনা মহাকপ্ চিংশিন্বা হৌখ্রে। হৌজিক্তি লাইশোল হোলগী হেক থোঙ্গালদা যৌবে, মদু সতগুণগী থোঙ্গাল্লনি, মদুনা শাক্তিগী লৈফমদা চংনবনি।

নিলযমগী মমাংদা লৈবিবা লৈকোল অদু ভক্তশিংগী ভক্তিগী খুদোলনি, মনিংদা লৈবা গুহা নত্রগা যাম্না' লাপ্পা। মমাংদগী ভক্তশিংনা ঈশিং যাওবা চফু অদু খুৎক খুৎকা শিন্নদুনা পুবকপা ঈশিংনা পাম্বিশিং অদুগী নুংঙাইজবিবনি। বাবানা মদু তশেংনা বোতানিগী লৈকোল অমা ওইনা শেম্বিখ্রে, মবমদি মদুদা ভাবতগী মফম কযাদগী পুবকপা লৈ অমসুং উঠৈগী পাম্বি থাখ্রে, অদুগা মসিগী অইং-অশাদা হৌবা ঙমদবা ইউকেলিপ্তস, সিলভব ওক, কমলা অমসুং কোফি পাম্বিশিং থাখ্রে।

নোংমগী যৌবম অসি প্রশান্ত নিলযমদা অযুক্কি পুং ৪.৩০দা লাইখুকমফম হোলগী কাংশি যৈদুনা ব্রহ্মা-মুহুবতম্গী মতম যৌবে, ধ্যান তৌনবা থৌবাং তৌবো হাযবা খঙইল্লি। পুং মবিগা মিনিৎ নিফুমঙাদা হোলদা প্রানভ শোন্বা হৌই, মদু পুংখায অমবোম চৎথৈ, মতুংদা ভক্তশিংনা নিন-খোংদনা ঈশ্বরগী মিংথৈবোল পুং ৬ ফাওবা শোল্লি।

ওঁম হাযবা রাহৈ অসি উপনিশদতদি ব্রাহমনগী খ্বাইদগী ফববা অমসুং খ্বাইদগী কান্নববা খুদম্নি হাযনা শীঙথানে। মসিদা মন্ত্র অহুম যাওবি, অ, ইউ, এম লোযননা খোঞ্জেল যাওদবা থাক। মদুদি সাধক অমনা ব্রাহমন অদুগা তিন্নবি হাযনা মশাদা ফাওজবা থাক অদুনি। প্রানভ মন্ত্র শোনবগী খোঙজং অসিগী পান্দমদি ঈশ্ববু ফংজবনা ওইবনিনা, মযেকশিং অসি লৌখৎপা মতমদা ঈশ্ববমক্কি হাযবগী ব্রাখলসি লৈগদবনি। শুৎ হাযবসি ঐখোযনা মিৎ পাঙথোক্লুনা লৈবিঙে মতম অসিবুনি, মসিগী মনুংদা বিশ্ব অসিগী থবাযসি তম-গুণনা মপুং ওই, অদুনা মসিগী থবক থৌবম খুদিংমক হকচাং অসিগা লোযনৈ; 'অ' হাযবিবা মযেক অসিনা পুম্নমকসিবু উৎলি। মঙ-মঙলিবা থাক অসিদনা তাইবং শিন্থা তৌদ্রবা হকচাং তাইজসা অসিগী থবাই অসি 'ব্জ' গুণনা মপুং ওই, মদুবুনা সুক্ষমা-সবিব- তাইবং শিন্থা তৌদ্রবা

হকচাং অদুগা লোযনৈ; মসি 'ইউ' হাযবা মযেক অসিনা ফোংদোকই; মসিবু কবিগুম্বদসু মবক্তা লৈবা হাযনসু লৌনৈ। সুশুপ্তি-ফজনা, নিংথিনা, তুমখ্রবা, মঙগা মঙদ্রবা থাক অদুবু প্রঞ্জ কৌবে, মসিবুনা 'সত' গুণনা মপুং ওইরে, মসিদি ঈশ্বরগা অমতা ওইবগী থাক অদু য়ৌবে। মিৎ পাঙবা, মঙ মঙবা হাযবা থাক অদুনা 'তুম্বা' হাযবা থাক অদুদা চংশিনখ্রে; হাযবদি 'অ'-ব্রহ্মা অমসুং 'ইউ'-হাযবদি বিষ্ণুনা 'এম' রুদ্রদা তিনখ্রে; 'তম' গুণ অমসুং 'রজ' গুণ অনিগা 'সত' গুণদা তিনখ্রে। মবিশুবা থাক তুবিযা হাযবা খোঞ্জেল যাওদ্রবা মযেক যাওদ্রবা অদুবুনা মশা ওইখ্রে। ওঁম হাযবাসিনা নুপা, নুপি অমসুং নপুংশকপুসু খঙনৈ; হৌখ্রবা, হৌজিক অমসুং মতুং বুসু খঙনৈ।

মীযাম মমাংদা ব্রা ঙাঙবদা অমসুং লন্নায ব্রাবি শানবদা ওঁমগী কান্নবসি বাবানা তোযনা শন্দোক্লা তাকপিবমই। মসি ভজন ঈশৈ মমাংদা অমসুং মতুংদা শোন্নে, মবমদি মসি ব্রাহমনগী পুমশুপ শুপলবা; কাংলুপ অমগী ওইদ্রবা, পুম্নমক্কি ওইনা যাখ্রবা মন্ত্রনি।

মিংখৈবোল শোনবগা লোযননা ধ্যান তৌবা হাযবসি মীপুম খুদিংমক্কি তঙাইফদবনি হাযবসি বাবানা যাম্না তোযনা তাকপি অমসুং মসি যাবিবমখৈ পুন্সিগী অঙনব শকক্তগী হৌগদবনি হাযবি। মখোয় অদু মতৌ কবম্না পাঙথোক্কদগে হাযবসি খঙনিংলিবা খুদিংমক নিলযমদা নত্রগা অতোপ্পা মফম অমদা নিংথিনা শন্দোক্লা তাকপি। মবম অদুনা নোংমদা পুং কযামকম নাম স্মবন তৌবা, ধ্যান নত্রগা জপ তৌবা ভক্ত কযামকম লৈ। বাবানা প্রশান্তি নিলযমদা লৈবা মতমদদি মতম পুম্নমক্তা ভক্তশিংবু আশির্বাদ পিবা, দর্শন পিবা, ব্রাঙাঙবা তাহনবা, মখোঙ শোকহনবনচিংবদা শিজিন্নে। মহাক্লা চাবিবসি লমদম অদুগী খ্বাইদগী লাযববাশিংনা চাবা চিঞ্জাক অদু চায, ভক্তশিংনা প্রেম ভক্তিগা লোযননা থোংলগা নিলযমদা পুবকপা অদু চায, লৈমাযথক্তা শেম্বা ফমুং অমদা তুম্মি, হোল অদুগী অব্রাং নোংচুপ্তা মহৌশানা প্লেত ফোবম অমগী মথক্তা থাবা চৌকি অমদা ভজনগী মতমদা ফমই, অদুগা হোল অদুদা তিল্লিবা পুম্নমক্তা দর্শন পি। ভজনগী মতমদা মানা কুমথবকপা মতমদা ভক্তশিংদা মখোঙ শোকহল্লি।

শোক ১৯৫৮গী নবেম্বব থাদা চিত্রাবতি তুবেলগী লৈঙোইদগী পুথোকখিবা সিব লিঙ্গম অদুগী লাইশোল তৌফম হোলদা অভিশেক তৌবা অমসুং ঈশ্বরগী মমিং ১০৮দু পুজা তৌবদা থীবা বেদগী মন্ত্রগী খোন্থাং মযামদুনা অযুক্কি মতম অয়াম্বা পুমনিল নিল্লমই। নুংথিলগী মতমদনা অযাম্বা চহি চুপ্পদা ভগবত গীতা, বামাযন নত্রগা অসিগুম্বা অচৌবা লাইরিকশিংদা খঙ-হৈরবা পন্দিতশিংনা পুং অনিবোম শন্দোক্লা তাকহল্লি।

নিলয়মদা লাকপা খুদিংমক বাবাগা মাগী তোঙানবা কাদা উনজনবগী অথোয়বা খুদোংচাবা অমা লৈ, মদু মহাক্লা পুত্তপার্তিদগী হন্দ্রিঙৈদা, মথন্নতা লাকপা ওইবগনা মথন্তগী, ইমুং-মনুংগা লাকপা ওইরগনা অপুম্বগী ওইনা ফংজবনি। অসুক্কি মতিক মবাংকাযনা থৌজাল পিনবিবসি অবতার অমতগী মতমদা লৈখিদ্রিবা মাল্লি। বাবাদি লাই-ডাক্তবনি, চংজবিবা অমগী অনাবসি চপচানা লাইওং লেপই অদুগা মাগী থম্মোয মনুংগী অনাবা, দোষ কয়া, লমচত্তা শাজত্তা লৈবম্বা পুম্নমক্তু চপচানা কোকহনগদবা মতিক চাবা থৌজানবিবগী মমল পিবিদুনা লায়েংবি। পুত্তপার্তিদা লৈবিবা মী উনফম কা অদু মশিং লাকঙমদ্রবা কয়াগী লমচৎ হোংখিফম, থাজবা হোংহনখিবা, থাজবা চেৎশিনহনখিবা, অনাবা কোকহনখিবা, ব্রাখলগী ঈথক ইপোম তপথহনখিবা, তুক্কচবা থাদোকহনখিবা, আত্মা কয়া অরান-খুভম ফংহনবিখ্রবা, কাযনখ্রবা থম্মোয় কযা তিন্নহনখ্রবা, কা ওইরকখ্রবনি। উনফম কাদগী থোবকখিবা অমতনা কপ্পুনা থোবকখিবা য়াওদে। বাবানা মীপুম খুদিংদা আশা অমসুং থৌনা, পেনবা অমসুং থাজবা, থাজহনবা অমসুং চংজফম পিবি মবমদি মহাক্লা হাযঃ "কবিগী কিবিবনো, ঐ লৈবিবসিদি"? "নঙগী থাজবা পুম্নমক ঐঙোন্দা থমউ, ঐনা নঙবু লমজিংগনি অমসুং ঙাক-শেনগনি"।

লাইশোল হোলদা চৎথবিবা ভজনগী থৌবম অসি য়াম্না পুক্লিং অমসুং ব্রাখল ব্রাংখৎহন্নিংনবগী মশক্লি মবমদি মফম অসিদা লৈরিবা ইবাং অসি য়াম্না ঈং-তপ্না ঈশ্বর ভক্তিগী মরমদনি। বাবা মশামকসু সাধারন্ ওইনা হোলদা অদুমক লৈ, অদুনা করি-করিগুম্বা মতমদা মানা পাল্লবদি ভক্তশিংগসু ফম্মিন্নে অদুগা যাম্না শুদ্ধৎনিংঙাই ওইবা মওংদা মিংখৈরোল খব অমসুং ঈশৈশিং তম্বি। "মপা

অদু Ph. D.ওইবা য়াই, অদুবু মানা মচা অদু ইবা তম্বিবা মতমদদি মানা শ্লেত অদু পায়খৎলগা A, B, C, D হায়বা ময়েকশিংসি ই। মদু তৌই হায়দুনা মহাকপু ময়েক ইবা তম্লি হায়গনু", বাবানা হায়বিরিবনি। ঈশ্বরগী মমিংশিং অমসুং ঈশৈশিং অদু ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী নত্রগা ম্নাগী মমাংগী মপোক্কি হকচাং সিরদি সাই বাবাগী মরমদতা নত্তে। মিংশিং অদু খ্বাইদগী পাকচাউনা য়াওই - সত্যম, জ্ঞানম, অনন্তম, ব্রাহ্মনন্দগী হৌরগা অবতার পুম্নমক - বিষ্ণু, সিবা, গনেশা, বিত্তলা, বেনকতেসা, অমসুং ঈশ্বরগী অতৈ-অতৈ মওংশিংনি, অদুগা মখোয়দু তামিল, তেলেগু, কন্নাদা, হিন্দি অমসুং সংস্কৃত লোন্দা শকখিরমই। শাফুদি অর্থ অমসুং 'চংজবগী-ঈথক -ইপোম', অদুগা অমতা ওইনা পুন্না শকমিন্নবা, অমসুং তান চাপ চানহনবা অদুদা পিরমই। ময়াম পুন্না খোঞ্জেল হৌনা শকমিন্নবসি মীগী সেবা তৌবগুম্বনি হায়না বাবানা তোয়না তাকপিরমই। খুবাক মখোল হৌনা খুবদু ক্বাক্লা য়োমশিল্লবা পাম্বি অমদা ক্বাক তানবদা কন্না খুবদুগী চাংদম্নরমই। ক্বাক্কি মশক ওইরবা গুণ-শিং অদুনা লেংঙকপা অমদি অপাম্বা, অশাওবাগী ব্রাখল ময়াম অদুনা পাইশিল্লক্লবা মতমদা খুবাক কন্না খুদুনা ঈশ্বরগী মমিং হন্না-হন্না পন্দুনা নুংঙাইনা হৌনা শকপদুনা তানথোকপা ঙমগনি, বাবানা তাকপিরিবনি। মহাক্না পামজবা মমিং অমা খল্লগা মদুনা হন্না-হন্না ঈশ্বরদুগী মমিংদু শক-শোন্নবা মীপুম খুদিংনা হোৎনগদবনি হায়না বাবানা কন্না তাকপিরি।

মহাক মশামক্না ভজন ঈশৈ কয়া ইখি; মদু ভক্তশিংগী মোরেল ফগৎহন্নবনি। পুন্সিগী পান্দম ফংবা ঙম্নবগীদমক শিবা নায়বা মীপুম খুদিংদা তঙাইফদনা পাঙথোক্কদবা আধ্যাত্মিক্কি নিয়মশিং অদু শমলপ্না অবায়বা তেলেগু নত্রগা কন্নাডা নত্রগা তামিলদা ইথোকপদনি। খুদমওইনা, ঈশৈ অমনা মীপুম খুদিংমক্তা পুন্সিগী শেঙলবা খোংচৎ অসিদা সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি অমসুং প্রেম হায়বসি থাদোক্লবা য়াদ্রবা মরুপ অমসুং লমজিংবনি হায়না শক্লি। "হোৎনবা-ফংনবা হোৎনবা হায়বসি মীওইবগী তৌদবা য়াদবা মথৌনি; মায় পাকপা নত্রগা মায়থিবা হায়বসিনা ঈশ্বরগী থৌজালগী মখা পোল্লি। ঈশ্বরনা মতম পুম্নমক্তা নঙগী ননাক্তা লেঙদনা লৈ হায়বা ব্রাখলসি কাউদনা নশানা তৌফম থোকপা নথৌদু তৌদুনতা লৈয়ু। সিদধি নিপাল অদুবু মিহৌরুগনু, মদুনা ভক্তশিংবু অরেম্বদা মায়াদা তাহনগনি।

পুন্সি হায়বিবা শেঙলবা জঙ্গল অসিদদি মাগী মমিংতবু চেৎনা পাযম্লু, মদুনা অদুম যাবে। নহাক্কি ইংখোল ওইজবিবা থম্মোয অদুতা নিংথিনা খোযদোকউ, পুক্লিংনা লাঙ্গোলনি, গুণশিং অদুনা ষনলাবশিংদুনি; অচুম-অবান, অফ-ফত্তগী ব্রাখলনা শাজৈ ওইনা পাযখৎলগা নঙগী থম্মোযদু খোইদোকপা হৌবো ! থৌনা হাযবসিনা খ্বাইদগী ফববা হাবনি ! নঙনা হুনগদৌবিবা মকশিং অদু নুংশিবা-প্রেমগী মক ওইগদবনি; ভক্তি হাযবসিনা নোংনি; ব্রাখলগী ঈথকশিং অদুনা নাপি-শিংনানি; লোক্কদবা পোৎখোক অদুনা ব্রহ্মানন্দনি"। প্রশান্তি নিলযমদা চৎথবিবা ভজন অসিদি সত্-সঙ্গনি, পাওতাক্লা শেংদোকপি, হৈনিং হবাওবনা খোঙজংবু কনখৎহল্লি।

খবগী মমাংদদি বাবানা ভক্ত পুম্নমক তুবেলগী লৈঙোইদা পুথোক্তুনা থব্রানমিচাকশিংগী মখাদা ভজন শক্লমই, অকোইবগী চীংশিংনা ভাবক অহল ওইনা ফমলমই, তুবেলগী ঈচেলনা খুম্লমই। হৌজিকসু মহাক্লা মবক-মবক্তা অসুম্না চৎথবি। লৈঙোই মথক্তা ফম্লগা মানা ভক্তশিংগী ব্রাখল- পুক্লিং ফগৎহননবা ইখিবা ঈশৈশিংদু ভক্তশিংদা তম্বি। আধ্যাত্মিক্তা মবী লৈনবা ব্রাফমদা হংনিংবা ব্রাহং হংহল্লি অদুগা মদুগী মতিকচাবা পাওখুম পি। লাইবক ফবদগী ঐনা যাওজখিবা নোংমা নুমিদাংব্রাই লৈঙোই মথক্তা থোকখিবা থৌদোক অমগী মতাংদু শন্দোক্লা ইববদি দৃশ্য অদুগী অশেংবা শক্তম অমসুং কান্নবদু হেন্না মযেক শেংনা উবা ঙমগনি খল্লি।

মদু শোক ১৯৪৯গী নবেম্বরনি। নোংমগী অযুক পুং ৯.৩০ বোম তাবা কান্দা ঐহাক পুত্তপার্তি যৌখি; মতম অদুদা মন্দিরদা যাম্লা নুংঙাইবা, মথুম-মবাম হৌবগী মওং অমদা লৈবমই। (মতম অদু প্রশান্তি নিলযম অসি শাবদা তংখায চল্লবা মতম্নি) মীপুম খুদিংমক বাবানা নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা তুবেন্দা চৎকনি হাযনা ঙাংনেমই। মরুপ-মপাং খবনা ঐবু নবাইবক ফৈ হাযবিখি, মবমদি মতমদু তুবেলদা হাযবদি লৈঙোই মথক্তা চৎপসি যাম্লা তাঙনা থোক্লবা মতম্নি। পুং ৫.৩০ বোম তাবা মতমদা বাবানা মাগী কাদগী থোবক্লগা ভক্ত মযাম অমগী মমাংদা য়ামনা হবাও-তযাম্লা, ফাগি-জুগাই তৌদুনা মখোঙনা যাঙনা চৎলমই।

মতৎ-মতৎ তৌরবা তুরেল্লগী ঈশিংদু চোংদুনা লাম্ছোক্লগা মফমচাবা, অকংবা মফম অমা থিরমই, মমৈথংদা গজ ১০০/২০০ চৎলগা মফম অদু ফংলদুনা মহাক্লা ফমথখ্রে অদুগা ময়ামদুসু প্রসান্তি নিলয়মদা তৌবগুম নুপানা অমা অদুগা নুপিনা নাকল অমদা ইকোয় কোয়না ফমলমই। বাবানা খ্বাইদগীঅহল ওইরবা অমদি অশোনবশিং অদু য়ৌরক্লিফাওবা অমসুং নিংথিনা ফমদ্রিফাওবা য়ামনা থৌজাল হৈনা ঙাইখিরমই।

অদুগী মতুংদগী ভক্ত অমনা হংলকপা 'অরানখুভম ফংনবা কর্ম থাদোক্কদ্রা' হায়বা ৱাহং অমগী পাওখুম অদু য়াম্না ফজনা, চম্না পিখি; কর্ম পুন্নমক ঈশ্বরদা পুমকৎ কৎথোক্লবদি পুমনমক চমখ্রে, কৎথোকপা অদুগা ফলগী অপম্ব লৈরম্বা অদু লৌথোকখ্রে, অৱাবা অমসুং হন্না পোকপগী মচাক ওইরিবা অপাম্বা হায়বদু কর্ম অদুনা কোমথোকহনগনি। "কর্ম য়াওদবা ভক্তিদি, ফক্লাং য়াওদনা যুস্ফম থোনবগুম্বনি; ভক্তি য়াওদবা কর্মদি য়ুমফম থোনদনা ফক্লাং খাবগুম্বনি ! মহাক্কি পান্দম অমসুং পাওজেলদুদা ঐহাক পুমঙক ঙকখিরমই, মরমদি পাওজেল অদু পিরিঙৈদা মহাক্লা হায়খিঃ "ঐ নখোয় খুদিংমক্কি ননায়নি", "নখোয়না কৌনিংবা মিং অমা হেক্তা কৌ, ঐনা পাওখুম পিগনি; মরমদি মমিং পুন্নমক ঐহাক্কি ঙাক্তনি, নত্রগা ঐহাক্কি অকক্লবা মিং অমতা লৈতে"। ঐবু নখোযনা থাদোক্লবসু, ঐ নখোয়গী নাক্তা লৈগনি", "ঐগী ৱাখলদা ঈশ্বর থাজদবা মী শুকলৈ লৈতে; পুন্নমক ঈশ্বরনা লৈহনবনি, অমসুং ঈশ্বরগীদমক লৈবনি; নুমিৎপু য়ানিংদে হায়দুনসু মহাকপু মাঙহনবা নত্তে"। অওইবমক্লি, মহাক্কা লৈমিন্নবনা পুক্লিংগী হংনিংবা ৱাহং পুন্নমক মথন্নতা ইংথজখ্রে অমসুং অমম্বা পুন্নমক কোকহনবিখ্রে।

পাওজেল অসিগী মখাদা বাবানা ময়ামদা ঈশৈ খর তাকখি অদুদগী ভক্ত অমগী ৱাহংনা মখাগী থবকশিংদু পাওজেল ওনথোকখি, হন্দক্তি সিরদি অমসুং সাইবাবা হায়বদি "মমাংগী হকচাং" বাবানা হায়বগী মতুংইন্না, অসিগী মরমদনি। মহাক্লা সাইবাবাগী সাবানগী মরমদা শন্দোক্লা তাকখি অদুগা মতম অদু ফাওবদা চৎনরিবা পিকচরশিংদু অরাম্বা ঙাক্তনি হায়রমই অদুগা অসুম্না ঙাওলিঙৈ তাঞ্জাসিদা মখুৎনা লৈঙোইদা থিংজিনখি, য়েংউ ফজরবা ফোটো অমা মাগী মখুত্তা লৈরে,

মদু মানা মিপুম খুদিংদা সাই বাবাগী চপচাবা অচুম্বা ফোটোনি হাযনা যেংহনখি, অমসুং মদু মশামক্কা চপ মান্নখি ! মতুংদা মদু ভক্ত অমদা পুজা তৌনবা পিখি। ব্রাবি সুম শানবম্বদগী মখাদু বাবাসি দত্তত্রেযগী শাযোন্নি হাযববোমদা ওনশিনখি, অমসুং অমুকহন্না বাবাগী মখুত্তু লৈঙোই মনুংদা থিংজিনখি, যেংউ, হিন্দুগী থাজনবকপগী মতুংইন্না ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরগী অপুম্বা শক্তিম্নি লৌনবিবা দত্তত্রেযগী পুক্লিং হুনিংঙাই ওইববা যোৎকি মুর্ত্তি অমা বাবাগী মখুত্তা লৈবে। মখোয পুম্নমক হবাও-নুংঙাইবনা মথুম-মবাং হৌনখিবদগী বাবাবোমদা নকশিল্লক্লমই অমসুং ফোটো অমসুং মুর্ত্তি ফংখিবা ভদ্রলোক অনিদুদা নত্তনা অতৈদুসু মঙোন্দগী কবিগুম্বা খব ফংহল্লগা হবাওনা মন্দিরদা হলহনগে হাযবা ব্রাখল অমা ফাওখি। মবম অদুনা মহাক্লা লৈঙোই মনুংদগী শিতামিশ্রি মতুম অমা পুথোকখি অদুগা মশামক্লা থুগাইবগা ময়ামদা মচেৎ অমমম যেনখি। (মহাক্লা হাযখি : অতোপ্পনা যেল্লবদি মযামদা মচেৎ-মচেৎ যেনবদু থুংলবোই)। মতুংদা মহাক্লা লৈঙোই খুবাম অদু লৌবগা প্লেত মথক্তা হৈথবদা বিভুতি ঙাক্তা ওন্থোকখ্রে ! মদু লৈবম্বা মযামদা লোযনা পিথোকখি।

বাবাসি অসিগুম্বা অহাংবা মফমদা চৎথবা থৌবমশিংসি যাম্না পামলমই, অদুনা মানা ভক্তশিংবু কবিগুম্বা যৌবা ঙমগদবা মফম লৈববদি তুবেল মনুংদা নত্রগা সমুদ্র তোর্ব্বান্দ্যা পুই। গঙ্গা, ঝেলম অমসুং যমুনা তুবেলগী তোর্ব্বন্দা পাঙথোকখিবগুম বাবানা অসিগুম্বা মওংগী লৈফম অমসুং পাওজেল পিবগী থবক অসি গোদাবরি, কাইবলয, স্বর্নামুখি, ভাইগাই তুবেলগী লৈঙোই মথক্তসু পাঙথোকখ্রে। মহাক্লা ভক্তশিংগা লোযননা মদ্রাস, ত্রানকিউবাব, মাসুলিপতম, কেপ-কোমোবিন অমসুং কোভলম সমুদ্রগী তোর্ব্বন্দা ফম্মিন্নখ্রে অদুগা লৈঙোইনা মুর্ত্তি, বিভুতি, ফোটো নত্রগা ওইহন্নিংবা পোৎ অমদা ওনথোকপহনবগী অঙকপা মিবাকল কযা পাঙথোকখি।

মহৌশানা বাবানা ভক্ত খব হবাও-কুম্মৈ নুমিৎশিংদা লৈঙোইদা পুবমই; মদুদদি মীযামদি পুন্দ্রে, শিন্দোক-শিঞ্জিন্দা ব্রাবোইদবা ভক্ত খবতমক তিল্লে। গোকুলা অস্তমি নুমিত্তা নত্রগা হেক মমাংগী নুমিত্তা মহাক্লা ভক্ত খবগা লৈঙোইদা চৎলি অদুগা কবিগুম্বদা লৈঙোই মনুংদগী কৃষ্ণগী মুর্ত্তি অমা পুথোকই, মদু ইবুংঙো

শ্রীকৃষ্ণগী মপোক নুমিত্তা হোলদা থমই অদুগা মতুংদা মদু ভক্ত অমদা ময়ুমদা পুজা তৌজনবা পিখি। মতৌ অসুন্না, রাম্নবমি নুমিত্তা নত্রগা হেক মমাংগী নুমিত্তা সমুদ্র মপান্দগী নত্রগা তুরেল-মনুংদগী, মফমদুগী মতুংইন্না, রামগী, সিতাগী, লক্ষনগী, অনজনেয়গী মুর্ত্তি পুথোকই অদুগা ভক্তশিংদা পুজাগীদমক্তা পিথোকখি। কালাহাস্তিগী মনাক্তা চেনবা শ্বর্নমুখি তুরেলগী লৈঙোইদগী চাউর-চাউরবা মুর্ত্তি কয়া পুথোকখি, মদু হৌজিক ভেনকতাগিরিদা থমদুনা চাং নায়না পুজা কৎলি। অমুকহন্না, বাইকুমতা একাদসিগী নুমিদাংৱাই খুদিংগী মতম কয়াগী মমাংদগী, ভজন ঈশৈ শক্লিঙৈদা নত্রগা সমুদ্রগী খোঙবান্দা লৈরিঙৈদা, ভক্তশিংদা য়েম্নোক্লবা লাইগী ওইবা অমৃত হেক-হেক লৌরুই ! শোক ১৯৫৮গী বাইকুনত একাদসি অদু দিসেম্বব ২১দা তাখি, বাবানা মাগী কেরলা খোংচৎ অদুগী মনুংদা ত্রিভান্দ্রমদগী মাইল তরেৎ চৎলগা লৈবা কোভলম সমুদ্র খোঙবান তান্না মনায় ভক্তশিংগা লোয়ননা চৎখি। ময়াম ইরুজফমদগী মাইল অমরোম চৎলগা লৈবা যাম্না চিক্লবা মফম অমদা ভক্তশিংগা লোয়ননা পুমকোয় কোয়না ফমলমই। বাবানা ঈশৈ খর শকখি অদুগী মতুংদা ময়াম্না ভজন চৎথখি। ভজন শক্লিঙৈ মনুংদা বাবানা অঙকপগী মশক ওইরবা, বাঁসি খোংবা চন্দন উনা শাবা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি মঅা লৈঙোই মনুংদগী পুথোকখি, অদুগা মিকুপ খরগী তুংদা রাধা-কৃষ্ণগী অপুনবা শক্তম য়াওবা সনাখুদোপ অমা পুথোকখি। বাইকুনতা - একাদশি খুদিংদা তৌখিবগুম মীপুম খুদিংমক্লা নুমিৎ অদুদসু বাবানা খুদক্তা হেক্তা পুথোকপা অমৃত য়েম্নোকপিবক্কনি হায়না আশা ভৌনখি। নুমিৎ অদুদসু মখোয় নিঙবা কায়হনখিদে, ভজন শক্লিঙৈদা অমৃতগী নুংশিরবা মনমদু মীপুম খুদিংমক্লা ফাওনখি অদুবু কদায়দগীনো হায়বদি খঙনখিদে। ঈশৈগী তান থারিঙৈদা বাবাগী মখুৎ অদু চনপ্ চনপ্ লাওরকলমই অমসুং পুম্নমক্লা মনম অদু বাবাগী খুবাক্তগী লাকপনি হায়বসি খঙখিরমই। অদুদগী খুৎশাশিংদু পুলপ পায়শিল্লগা সিলভরগী পাত্র অমদা য়ারমই; য়েংউ, য়াম্না নঙবা মনম নুংশিথ্রবা শ্বগগী অমৃত অদু বাবাগী খুত্তগী-চেনথরক্লমই। অদুদগী তিল্লিবা ময়ামদুদা মশামক্লা খর-খর য়েনবিরমই, মদুদা লৈরম্বা ঙামী খবদসু য়েনবিখি। মদুগী মহাও অমসুং নুংশিবা মনম অদু মীপুম খুদিংনা মপুক্সিদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা রসনি। মখোয় হায়নিংঙাই লৈতনা ঙক্লখি।

তেলেগুগী চহি হৌবা নুমিত্তা বাবানা মহৌশাদগী চৎনবকপা অখাবগা - অথুম্বগা যান্নবগা শেম্বা 'মাবগোসা-চিনি'- যেনবিবমই; পোঙ্গলগী নুমিৎশিংদা নিলযমগী যন পুম্নমক নিংথিনা লৈতেংলগা সভাষাত্রা চৎলমই; চু-শুম্বা মতম যৌবকপদা খুঞ্জাগী মীশিংদু পুজাগীদমক মন্দিব তান্না লাকখি। ভক্তশিং অদুসু মখোযদা লুগুণ-থাংবগী, লুহোংবগী, শন্তিযাবদ পুবতি (চহি হুমফু শুববা নুপা-নুপীনা অমুক হন্না লুহোংবা) শান্তিগী কনকাভিসেকম, নামাকবনম্-নচিংবা থৌবম কযাদা নিলযমদা বাবাগা মমাংমক্তা পাঙথোকহনবিবগীদমক নুংঙাইজৈ। নোংপোকথংবা প্লেতফোবম অদু অসিগুম্বা ধর্ম্মগী থবক থৌবমশিংদা মহৌশানা শিজিন্নৈ।

দীপাবলি নুমিত্তসু মৈ থানবদু বাবানা যাম্না নুংঙাইজৈ অমসুং বোম্বলা থাবদসু হবাওজৈ অদুনা প্রশান্তি নিলযমদা লৈবা ভক্তশিংগী মচাশিংদা অমদি খুঙ্গং অদুগী অঙাংশিংদা বোম্বলা পবেং-পবেং অমসুং মচু-মচুগী মৈথেৎ যেনথোকপি। মহাক্না চহি হৌবগী পাওজেলশিং, মীযামদা পিবা থাজবা অমসুং বাবকপগী ব্রাফমশিং, খুদোং চাবদু ফংজববা ভক্তশিংদা পিবি অমসুং মাগী মপোক কুমওন পালনদসু মবাইবক ফংববা ভক্তশিং অদুদা পাওজেল অসি তোযনা পিবি।

পুত্তপার্তিদা কুম্মৈ অহুমদি চহি খুদিংগী চাং নাযনা পাঙথোকই অমসুং চহি-চহিগী তোঙান তোঙানবা মফমদগী মী হেন্না হেন্না তিল্লকখি। মখোয অদু (১) দশবা, (২) মহাশিবরাত্রি অমসুং (৩) মপোক কুমওন (ভক্তশিংগী খুদোংচানবা চহি খুদিংগী নবেম্বব তাং ২৩দা পাঙথোকপা; নত্রগদি হিন্দু কেলেন্দবগী মতুং ইন্না মপোক-নুমিৎ হোৎনবদা অবাবা ওইগনি)।

দশবা কুম্মৈদি বাবাসি অবতাবনি, শাযোন্নি হাযনা লাউথোকখিবা চহিদগী হৌখ্রে। ঙুল্লিৎে মতমদুদদি ভজন অমসুং পুজাদি নুমিৎ খুদিংগী পাঙথোকলমই অদুগা নোংমা নোংমগী ওইনা তোঙান-তোঙানবা স্তাইলদা বাবাসি লৈতেংলমই- লিক্-কোন, খুদোপ, খোঙজি, লুহুপ-তুপি, নচিংবা অদুগা দোলাযদা হাপতুনা পুবমই; অসুম্না চৎথবকপনা অবোইবা মতোল অদু বিজয়াদসমি নুমিত্তা ওই; নুমিৎ অদুদা সামী-পুজা অমসুং শীমোল্লংঘন' পুজাস পাঙথোকই।

অদুবু চহি খরগী মনুংদা ইকুই কুইদনা বাবানা ধর্মগী অমসুং আধ্যাত্মিকি মিৎয়েংদা হেন্না শাফু পিদুনা ঈশ্বরবু 'ইমা'-ওইনা পুজা তৌবরোমদা পুশিনবিখি অদুনা পালন অদু তৌবগী মওংদা অহোংবা লাকখি। নোংমদা নুপী ভক্তশিংনা অনিরক শিন্দুরগা লোয়ননা পুজা তৌবা অদুগা কৎলিবা শিন্দুর অদুনা সিবদি সাই বাবাগী মুর্ত্তিদা অভিসেক তৌবা, অসুম্না নুমিৎ মাপননি অদু চৎথবগা লোয়ননা ঈশৈ, কবিতা, ম্যুজিক, দ্রমানচিংবসু ইমা-গী পুজা মনুংদা যৌগল তৌহনবা।

পালন অদু করম্না পাঙথোকপগে হায়বদু নমথোক্লগা ভক্তশিংদা পিরিবা প্রোগ্রাম অদু য়েংলবদি ভাব খরদি তাগনি। খুদম ওইনা শোক ১৯৪৮-গী দশরাগী অনম্বা প্রোগ্রামদু য়েংশি। যৌদোক অদু অহানবা নুমিত্তা ফিরাল চিংখৎপনা হৌদোকই। ভক্তশিং অদুনা য়াম্না চিংলেম্না, তুমিন্না থম্বাল-সারকল অদুদা কোইশিল্লি, বেল, কংশি, ঈশৈ অমসুং লাইশোল কয়াগী মরক্তা ফিরাল অদু বাবানা চিংখৎলি। নিলয়মগী মমাংদা অমদি ফিরালদা য়াওরিবা থম্বাল মাকা অদুগী নুংগী অর্থ যৌদোক কযাদা বাবানা শন্দোক্লা তাকপিখ্রে। নুমিৎ খুদিংগী পুজা, মরুওইনা নুপী ভক্ত পুম্নমক্লা পাঙথোকপা, কুমকুম শিন্দুবনা অয়ুক্কি পুং ১২দা কৎপা- নোংমদা অনিবক-নুমিৎ তবানি কৎপা। অনিশুবা নুমিৎ অদুনা সোসিয়েল ৱার্ক-কীদমক কায়থোকই- লম্বিথোং শেমজিনবা, কমপাউন্দ শেংদোকপা- মফম অদুদা লায়রবা ময়ামবু নোংমা পিজ-পিথক তৌবা... অসিনচিংবা খবনি। নুংথিলদনা বাবাদগী অদুগা অতৈ হৈ-শিংলবা সমাজ-সেবিকা খরদগী সেবিকা অমনা চেনফম থোকপা পুকচেল অমসুং কর্ম তৌবা মতমদা মশাদা লৈগদবা ভক্তি নচিংবগী মরমদা পাওজেল তাবা। অহুমশুবা নুমিৎ অদুনা অঙাংশিংগী নুমিৎ পালন তৌবা : শান্নবা, নোক্লিংবা-ফিজেৎ তান্নবা, দ্রমা; শৈরেংথীবা-ভক্তশিংগী মচা-মশুশিং অমদি লৈকায়গী (খুঙ্গংগী) স্কুলগী অঙাংশিনা পাঙথোকপা। বাবানা অঙাং খুদিংমক নুংঙাইহল্লি, শোয়রবা মতমদা থেমজিনবি, মথং -মায় পাক্কনি হায়বগী থাজবা পী। য়াওরিবা অঙাং খুদিংমক্তা মনা পিবি, মদুনা ইমুংগী মমা-মপানা চহি কয়া চাউথোকচংঙাই ওইনৈ। মরিনি শুবা নুমিত্তু কবিশিংগী নুমিৎনি। অনকপা অমসুং অরাপ্পদগী লাকপা কবি ময়াম্না বাবাগী মনাক্তা পুল্লি; মখোয়না ইরকপা কবিতাশিং পাথোকই, অর্থ শন্দোক্লা তাকই- তেলেগু, তামিল, কন্নাদা, সংস্কৃত নত্রগা ইংলিসতা। মখোয়সু ফংজরিবা খুদোল অদুগীদমক্তা য়াম্না ৱাংবা মমল লৈনা লৌজৈ

মবমদি মখোয অদু মশামক্না কবি ওইবা মীশক অমনা যাম্না নুংশিনা পিবিবকপনি। বাবা মশাগী পাওজেলনা ভক্তশিং অদুদা দশবা মনুংদা অনি-অহুমলক্তি আশির্বাদ পিবি; অসুম্না, লাক্লিবা লিশিং কয়া অদুনা হিংজনবা খব, মযুমদা পুজখিনবা খর, মদুনা নোংমগী লেপ্লিবা পুন্সিদা শিজিন্নজনবা অশির্ব্বাদ পিবিখি। নুংথিল অনি, তবস্কশুবা, অমসুং নিপালশুবা অদুনা ভজনগীদমক কাযথোকই অমনা মীবা-ভজন অদুগা অমনা বৃন্দাবন -ভজন। তবেৎশুবা নুমিত্তা লাযববশিংদা পিজৈ অদুগা মবোল থোক্লবা, মবাইবক শিববাশিংদা ফিবোল যেন্থোকপি। কনাগুম্বা অমনা অমুক্তং বাবাদা হংখি; অসুক যাম্না চাউবা থৌদোক অমদা মী লিশিং ৪/৫ মপুক থন্না পিজবা অদুগা মফি মবোল-শাবিনচিংবা মী লিশিং কযাদা পিবিবগা কবিগীদমক খববদা ফোংদ্রিবনো? বাবানা খুমখি, "কবিগী ফোংগদৌবিবনো হাযবসিদা ঐ ঙকই! নঙগী মবী মতানা নযুমদা লাকপা মতমদা নঙনা পিজবদু খববগী কাংবু কৌববা অদুগা ফোংদোকপা পান্না?"।

দশবাগী নুমিৎ তবানিদুগী মনুংদা পিজ-পিথক তৌবা নুমিৎ অদুনা বাবানা খ্বাইদগী নুংঙাইবগুম উই অদুগা নুমিৎ অদুনা মাগী খ্বাইদগী হেন্না থবকচিনবা নুমিৎনি। মহাক্না থোংলি থাক্লিবা অমদি শেম শাবিবদু যেংশিল্লি; ফমফমশিংদু যেংশিল্লি। মীপুম খুদিংদা মশানা অথুম্বা লদ্দু অদু যেনবি, চাকলুক খুদিংদা নোন্থদুনা যেংই, চাবা ঙমগদবাদুমখৈ হৈথবি। অন্না-অনা মযামদুগী মবক্তা চৎলি, ফি-বোল পিগদবা মীশিং খন্দোকই, টিকেৎ অমা পি, মতুংদা মমিং কৌথোকই, মশানা বাবাগী মখুত্তগী মীহৌনিংঙাই ওইববা খুদোলদু লৌবা চংজৈ। বাবানা ফিবোল যেনথোকপগী থৌবমদু যেংবদা যাম্না পুক্নিং থৌগৎনিংঙাই ওইবা অমদি যাম্না মীনুংশি চাউবগী বাঙাং অমমম ঙাঙবি; মমিৎউদবা, মবোল থোক্তবা, অহল ওইববাশিংদা অখন্নবা মিৎযেং থম্বি, মদুগীদমক ভোলুনতিযাবশিংদা নিংথিনা শেন্নবিনবা অমদি লমজিংবিনাবা পাওতাক পি। মহাক্না মন্নবা মতমদা চেকশিন্নবা পাওতাক পিবি; মখোযগী মবমদা নুংশি-নুংওনবগী ব্রাফম হংবি, মহাক্না উনবা মীকুপ অদু খুদিংমক্কি পুন্সিদা যাম্না মমল যান্বা মীকুপ অমা ওইহনবি।

চহি খবগী মমাংদা, দশবাগী অহৌবা নুমিৎ ৩/৪ নোংনা নিলয়মগী মমাংদা লৈতেংলিবা পুন্নমক্তু চামথোকখিবদু ঐহাক্না নিংশিংই; অদুনা বাবানা পিজ-

পিথক তৌগদবা নুমিৎ অদুগী মমাংদা পুন্নমক অদু অমুক হন্না লৈতেংবা পামখি; মরমদি মহাক্না হায়খি :" মখোয় অদো ঐখোয়গী খ্বাইদগী হেন্না অথোইবা অতিথিনি, অদুনা মখোয়না লাকপা মতমদা মন্দির অদু য়েংবদা নিংথিবা অমসুং পুক্লিং হরাওনিংঙাই মশক ওইগদবনি"। মসিগী মিৎয়েং অশি ভক্ত খুদিংমক্না লৈগদবনি হায়বসি মহাক্কি পাওতাক্নি।

অতৈ নুমিৎশিংদুনা ঈশৈ-নোংমাইগী,যন্ত্রগী ওইনা পিথোকই। ঈশৈ হৈবা কয়ানা তারিখ লৌননবা কন্না তান্নজৈ, মরমদি বাবা মশামক অচৌবা, ঈশৈহৈবা, মীগী থম্মোয় শুমহৎনা শকপা ঙস্বা মীশক অমা ওইবননি; অদুনা মখোয়না বাবাগী অশির্ব্বাদ ফংনিংবনি। বিজয়াদসমিগী নুমিত্তদি সিরদি বাবাগী মুর্ত্তিদা অভিষেক তৌই; অদুগা অভিষেক তৌদ্রিঙৈদা বাবানা লিঙ্গম অমা পুথোক্লগা মুর্ত্তি অদুগী মকোক মথক্তা থম্মি।

শিবা অসি তামিলশিংনা 'তায়ুমনবার' হায়নসু কৌনৈ; অর্থদি - "মহাক ইমা ওইরকখিবিনি"- মসিগী ৱারি অমা অসুম্না লৈ: মহাক্না নোংমা চাবোকপি অমগী সেবা তৌখি মরমদি অশেংবা অপোকপি মমা অদুদি কাবেরি তুরেল চাউবনা ঈশিং লানবা ঙমদবদগী তহা-তহা লাক্লবসু মচাগী মনাক্তা য়ৌবা ঙমখিদে। মরম অদুনা, শিবনা মমাগী শকলোন লৌরগা মতমচানা মফম অদুদা য়ৌদুনা চাবোকপি মাইবি অমা ওইনা সেবা তৌখি।

বাবাসি কয়াবক হন্না তায়ুমনবার ওইখ্রে; মহাক মশামক্না চাবোক্কদবী নুপীগী অনাবা লৌখিবগী খুদম য়াম্না লৈরি; মশাগী হকচাংদগী চৎখ্রগা চাবোকপি ওইনা সেবা তৌরুবগী খুদম য়াম্না লৈখ্রে; অরাপ্পদা লৈবী নুপী কয়ানা মাগী মখুৎনা শোকলম্বা কয়া থেংনখ্রে, অদুগা মদুগী মতাংদসু পুত্তপার্তিদা মহাক্না শন্দোক্না হায়খ্রে মদুদি মহাক্না অঙাং পোক্কদৌরবী অমগী অঙাংগী ফিভম পোক্ক্রিঙৈদা চুমথোকপিখি, মদু খুদোংথিবা লৈতনা পোক্লনবনি। অইবা নুপা অসিনা থৌদোক অমা য়াম্না মুন্না খঙই- নুপী অদু হোসপিতালদা লৈরমই, অঙাং অদু তরুক্কি শুবা নুমিত্তা শিখ্রে, অতৈ মরম কয়াগী মনুংদা খোয়রী ককপদু শোয়বদগী পুমথরে, হিদাক তৌবদা উপাই লৈখিদরে, নাওফম তাদ্রিবনা মমাগী ফিভম য়াম্না শোকখ্রে,

লৌথোকপসু যাদ্রে শিবা ঙাইবদা তাবে। নোংমগী অয়ুক অমদা পুত্তপার্তিদগী বাবানা মশা থাদোক্লগা পুং অমবোম মাইল ২৫০ বোম লাপ্লা হোসপিতাল অদুদা চৎখি; নাওফম তাখ্রে, হকচাং অশাবা চাং হন্থখ্রে, মমাদু ফবকপগী লম্বিদা লৈখ্রে, মাগী অকোযবদা লৈবিবা মযামদু হবাও নুংঙাইবগী মাযথোং লৈখ্রে; বাবানা মশাদা অমুক হঞ্জিল্লক্লবা মতুংদা মহাক হোসপিতাল অদুদা চৎলুই হায়খি, হুমনি শুবা নুমিত্তা চিঠি অমদা শকলোন উখিবা অমসুং অনাবা ফবকখিবা অদুগী মবমদা ইবকখি।

চহি তবামুক্তি মমাংদা ববামহালাক্ষি ব্রতম্গী নুমিৎ অমদা মহাক্লা ববামহালক্ষী ওইনা পুজা লৌখি অমসুং ব্রত-গী ব্রাশক ঙাক্লবী নুপীশিংনা কৎলিবা পোৎশিংদু লৌখি। অসিগুম্বা তোমথিন লাইবক ফবগী সুবিধা অসি ফংখ্রবীশিং অদুনা হায : বাবা মশামকসি মখোযগী মমিত্তা শাবি, ব্লাউজ শেৎপী, খুজি, খোঙজি, নাসিকা অমসুং নাগী লৈতেংশিং থোনবী নুপী ওইনা উখি। অঙকপা নত্তে; নববাত্রিগী থৌবমদা দেবি অসি দুর্গা, লক্ষী, সবশ্বতী, অন্নপুবনা, ত্রিপুবাসুন্দবি, ললিতা অমসুং অতৈ মওং কযাদা ইবাৎচবা মতমদা মী লিশিং লিশিং পুত্তপার্তিদা চিংশিল্লি, মফম অসিদা সাই মাতা অসি অসুক্কি মতিক কান্নবী অমসুং মবাংকাযবী ওইবি।

মহাশিববাত্রি অসিসু চপমান্নবা মরুইবা কুম্মৈ অমনি, মবমদি ভক্তশিংনা তুমদনা অহিংচুপ্পা ভজন ঈশৈ শকই, মদু অবতাব অমগী হেক মমাংদনি, মহাক্লা মিকুপ খুদিংমক্তা মশামক শিবনি হাযবসি নিংশিংহল্লি, কযাদা মবাং কাযনা মখুত্তগী, লাইবক্তগী, খোংন্দোন্দগী, মাযদগী বিভুতি শিম্থবিবা, অদুগা কয়াদা মবাং কাযনা শোয়ববা মীওইবা জাতিদা মহাক্কি আশির্ব্বাদ পিবিবিবা। হৌখিবা চহি ১০/১২ অসিদি পুত্তপার্তিদা শিববাত্রি অসি পাঙথোকই, অদুবু, মসিগী মমাংদসু চহি খুদিংগী, শাযোন্নি হাযনা হেক লাওথোকখিবা অদুদগী মাগী হকচাং মনুংদা শিবলিঙ্গম শেম্বা অসি হৌখ্রবনি, বাবানা অযাম্বা মতমদা হাযখ্রে মদুদি মাগী মশাদা শিবলিঙ্গম শেম্বা অসি য়ৈথোকপদা যাম্লা ব্রানা থোকই। নুমিদাংব্রাইদা ভজন শক্লিঙৈদা বাবানা দর্শন পি, পুং অমবোমগী মতুংদা পাওজেল পিবা হৌই, যাম্লা তোয়না মরক্তা চাকখাওদা থগোকগুম তৌবনা অপনবা পি, অদুবু মাগী পাওজেলদি অদুম চৎথে,

চাকখাওদা তৌরম্বদুনা থবাক্কি মথক থোংবা অমদি খৌরি য়ৌদ্রিফাওবা পাওজেল অদুমপি; মতাং অদুদদি মশাদা খুদম খব পিরে, অদুদগীদি ইখঙ খঙহৌদনা পুন্নমক্কি অঙকবা নুংঙাইবা মরক্তা মযাদগী লিঙ্গম তাবকখি। অদুদগী মদু মহৌশানা সিরদি বাবাগী মুর্ত্তি মথক্তা থমই, অদুদগীদি থৌরম লোয়রবা মতুংদা পুজাগী পাওতাক্কা লোয়ননা ভক্ত নত্রগা অতোপ্পদা পুজা তৌনবা পিখি। অসিগুম্বা লিঙ্গ খর হৌজিক ফাওবদা চহি ১৬লোমগী মমাংদগী পুজা তৌনরি।

তোঙান-তোঙানবা শিবরাত্রিদা থোরক্লিবা লিঙ্গমশিং অসি মশিংদা, চাউবদা, অমসুং শারিবা মচাক্তা থেন্নে। করিগুম্বদা লিঙ্গ অমতমক্থোরকই অদুগা মচাক অদুনা অমুবা নুংগুম্বা নত্রগা সনা নত্রগা লুপাগুম্বনি, অয়াম্বা মতমদা মশিং অদু ৩,৫,৭,৯ শুই, অয়াম্বনা ইন্চি ১$\frac{১}{২}$ রোম ৱাংই, মখোঙ ফম্বাক, লিঙ্গম লোয়না শুরে, মদু লৈই অফৈবা অহুম্না চিংই; বিভুতিগী খুদম খঙনবনি। লিঙ্গম পুথোকপগী থৌবম অসি তশেংনমক্কি য়াম্না অঙকপা অখন্নবা শায়োন উৎপগী থৌবম্নি।

অনিংবা আশা অমবু শায়োন ওইনা মিৎনা উবা শক্তম অমদা উৎথোকপগী মতাংদা ঐখোয়না য়াম্না হৈনিং-হরাওনা নৈনরকপা মতমদা অনিংবা অদুবু পোৎশক ওইনা পুথোকপিরিবা বাবা মশামকপু ঐখোয়না থাগৎফম থোকই। মহাক্লা লৈবা মফম পুন্নমক্তা, মহাকপু পুজা তৌবা মফম পুন্নমক্তা, নত্রগা নিংশিংবা মফম পুন্নমক্তা নত্রগা ভক্তিগা লোয়ননা কৌজবা মতমদা মহাক অসি প্রশান্তি নিলয়ম্নি। মদ্রাসতা লৈবা গোখলে হোলদা বাবানা মীয়াম তিনবা অমদা ৱা ঙাঙবা হেক লোয়খিবগা ভক্ত খরনা মীয়াম্দুদা পুত্তপার্তিদা চৎলু অদুগা প্রশান্তি নিলয়মগী অঙকপগী মশক ওইববা ভজন অদুদা য়াওকচো হায়রকপা মতমদা বাবানা মাবু খুদক্তা চুমথোক্লুনা হায়খি: “নত্তে, নত্তে নহাক লৈনিংবা জগা অমদা লৈজসনু, ঐহাক মফম অদুদা লাক্কনি; নঙনা পুথোকপা ঙমলোইদবা খরচ অদু চাদিং তৌগনু। নঙনা ঐবু কৌরবদি, ঐ নঙগী ননাক্তা লৈগনি। ময়ায় ওইবা মতমগী কন্নাদাগী কবি অমনা শকখ্রে মদুদি ঐখোয়গা শিব-গা অনিগী মরক্তা লৈরিবা অরাপ্পসি ঐখোয়গী খোঞ্জেলনা য়ৌবা ঙম্বা অদু ফাওদনি; মঙোন্দা থাজৌ; মহাকপু কৌ; মহাক্লা পাওখুম পিগনি :“ঐহাক সিদা লৈরে”। নহাক্লা মঙোন্দা মাগী মমিং ময়ামসিদগী অমনা হেক্তা কৌবা য়াগনি।

শোক ১৯৫৭কি ওক্তোবর থাদা প্রশান্তিগী মনিংদা,চীংথক্তা নুপীগী ফমুং তরুক, নুপাগী ফমুং তরুক. এক্সরে অমসুং ওপবেসন তৌনবা মচাকশিং, অমদি চাবোকপিগী খুদোংচাবাশিং য়াওরবা হোসপিতাল অমা হাংদোকখি। মসিনা য়াম্না ফজরবা চীংগী অঙন্বা চীংদোল, য়াম্না ঙন্বা চীংমায় কয়ানা চিত্রাবতি তোর্বান ফাওবা হায়থখিবা অহল ওইরবা চীংশাংনা লৈতেংবা দৃশ্য অদু উবা ঙমহল্লি। ইঞ্জিনিয়ারনা য়ানিংদ্রবা ফাওবদা বাবানা মফম অদু খনখিবনি মরমদি অদুগুম্না ঈশ্বরগী নিংথিজরবা খুৎশেমশিং অদু উবদা অনাবশিং অদুগী পুক্নিং য়াম্না নুংঙাইহনগনি। মহাক্না বুলদোজব অমা ফংখি, মদুনা চীংদোং অহুম তেমখায়দুনা মথক-ইথং থঙবদুদা হোসপিতাল অদু শানবা প্লান তৌখি। ষাত্র হুনবগী থৌরমদা ব্বা ঙাংবদা বাবানা হায়বিখি মদুদি ঈশ্বর থাজদবা মীশক অমতা লৈরমদে; ঈশ্বরবু থেংনজনবগী খুদোংচাবা ফংদ্রবা নত্রগা খঙজদবা মীওইতমক লৈরমই। মীপুম খুদিংমক-ইনাকখুনবা নত্রগা লায়রবা, লাইবিক হৈবা নত্রগা হৈতবা, পুকচেল শেংবা নত্রগা শেংদবা...পুম্নমকসি লোযনমক অনাবা হায়বসি লৈগনি, মরম অদুনা ঈশ্বর মশামক্না মীওইবগী সেবা তৌবিবসিগী খুদম অসি য়েংলগা মীওইবনা মীওইবগী সেবা তৌদুনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনবা হোৎনগদবনি হায়বা পারা অসি ফাননবনি। মহাক্না হাযখি, মহাক্না পুত্তপার্তিদা হোসপিতালগী থৌরাং তৌখ্রিবসি মসিগী অকোযবা যাম্না লাপ্পা মফম ফাওবদা অফবা হোসপিতাল অমতা লৈরমদে। মসিমসু মহাক্না হাযখি মদুদি মশা অনাবগীদমক হোসপিতালদা লাক্লিবা পুম্নমক্তো মশা মথন্তনা প্রশান্তি নিলয়মদা মাশাগী আধ্যাত্মিক্কি অনাবা লৈরিবদু লায়েংজনবগীদমক ওনশিল্লক্কনি।

হোসপিতাল অদু য়াম্না হৈনিং-হরাওহনবিরিবা বাবাগা লোয়ননা শাখিবনি, শেম্বা-শাবগী অমসুং খুৎশু-খুৎলায়গী হিবম খুদিংমক্তা বাবানা য়েংশিনবিখি। ভক্তশিংনা অঙন্বা চীংমায়দা পরেং শাংনা-শাংনা লেপ্তুনা খুৎকা-খুৎকা শিন্নদুনা অচংবা মচাক পুম্নমক-য়োৎ, নুঙ, চেক, ঈশিং, লৈখোম, চীং-লৈবাক, বিলামাতি অতোৎপা-হোনগত্তুনা শাখিবদুননি ঙসি চীংমায়দা লৈতেংলিবসি! হোসপিতাল অদুগী অহানবা চহি কুমওন-পালন্দা, মদুগী থবক পুরিবা মেসিকেল ওফিসারনা হায়খি মদুদি বাবাগী থৌজালদগী অনাবা কয়া অঙকপা মওংদা থুনা-থুনা ফখি;

ব্রাফম অদুদা বাবানা তাকপিখি মদু পুম্নমক্তু মপুং ওইনদি মসিদা চংখ্রিবা চেক, নুঙ পুম্নমক অদু নুংশিবা-প্রেম অমসুং কৎথোকপা সেবাগী ব্রাখলনা থুমহৎখ্রবা ঙাক্তা ওইবননি। বাবা মশানা হোসপিতালদু য়েংশিল্লি, লৈফমগী অকোয়বদা চৎলি, লাক্লিবা খুঙ্গংগী মীশিংদুদা হিদাক্তু থকচিন্নবা হায়রমই, অশোক-অপন,ফোত্তোক-ফোৎচিন্দা খব খাঙনবা হায়রমই, মাগী নুংশিবা ব্রাঙাংনা, ফহন্নিংবগী নুংশিবা মিৎয়েংনা, থুনা ফরো হায়বা ব্রাঙাংনা। বাবা মশানা ডাক্তর অদুদা য়াম্না তোয়না পাওতাক পিবমই মরমদি বাবা মশামক অচৌবা হিদাক্কি-ডাক্তব অমসুং সরজন ওইরমই। মহাক্না থবক ওইনা পাঙথোক্কদবা পাওতাকশিং-পুক্লিং লৈতানবা, হকচাং নিংথিনা লৈহন্নবা, ঈশ্বরগী মিংখৈ শোন্দুনা অমদি ধ্যান তৌদুনা হকচাং পুম্নমকপু মপুংফাবা শক্তমদা থম্বদা চংলিবশিংসি নিংথিনা থবক ওইনা চৎথনবা হায়রমই।

অনাবগী কেস-রিপোর্ত য়াম্না তোয়না-তোয়না সনাতন-সারতিদা ফোঙলিবশিংসি ডাক্তবগী শিনফমদা লৈবা কাংবুগীদি মমল নায়দ্রবা ব্রাফম ঙাক্তনি, মবমদি ঈশ্বরগী থৌজালনা থৌবুরেল ওইবিবা হোসপিতাল অসিদা য়াম্না কুইনা ফবা ঙমদ্রবা অনাবা কয়া ঈশ্বরগী থৌজালনা ফহনখিবগী ব্রাফম কযা রিপোর্ত অদুদা যাওবি। য়াম্না থৱাই-হকচাং লুপখ্রবা ভক্তশিংদি মশাগী অনা-অয়েক পুম্নমক বাবাদা শিন্নবগা পেল্লবসু, খব অমদি বাবাগী পাওতাক মতুংইন্না হিদাক ওইনা মানা পিবা বিভুতি চাবি, নত্রগা মানা হায়বা হিদাক-লাংথকশিং চাবি; মবমদি বাবানা হায় মাগী প্রেস্ক্রিপসনসি পুম্নমক্কি ওইনা চপ মান্নদে; মদু ডাক্তর অমনা চাকখাও নাবা অনাবা মবিদা তোঙান-তোঙানবা হিদাক পিবগুম্বনি, খোংহাম্বা য়াদ্রগনা থুম পিবা নত্রগা গাস্তিক অলসব ওইবগনা মিকসব পিবা, অতোপ্পা অমগীনা মোলোম অমা পিবা নত্রগনা এপেনদি সাইতিস ওইরগনা খুদক্তা ওপরেসন তৌবা অসুম্না বাবাসু তোঙানবা অনাবা অমগী তোঙানবা হিদাক অমা পিবনি। মহাকসে পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী চাউবা লায়েংবা হৈবা মী অমনি।

লৈকোলগী ব্রাংমদা, বিলদিংগীনা মনিংদা, নিলয়মগী য়েৎ, ওই অনিমক্তা মী অমা লৈবা য়াবা, মী অনি লৈবা য়াবা ভক্তশিংনা লৈনবা শঙ মচা কয়া লৈরি। লৈনবা পিরিবা মীওইশিং অদুনা চৎখ্রবা মতমদা শঙশিংদুদা অতোপ্পনা লৈবা

য়াই। অদুবু নিলয়মগী থবক থৌরম খুদিংদা বাবানা লমজিংই অমসুং শেম্নৈ। মহাক্কী য়াথংদবু ময়াম্মা থৌরাংনা ঙাইনৈ, মরমদি মাগী য়াথং পাঙথোকপা অদুনসু খ্বাইদগী হেন্না ফৈ।

বাবাসি য়াম্মা হৈথোয়-শিংথোইববা মালি অমসুনি; ৱাফম অসিমক নিলয়মগী লৈকোল অসিদা থারিবা পাম্বিশিং অমসুং উশিং অসিদা মহাক্না থৱাই-য়াওবসিনা তাকলি। মহাক্না কার তোঙদুনা চৎথোবকপা মতমদা অয়ুক্কি চরা ৱানফম নত্রগা চাকলেনগীদমক মফম থিরকপা মতমদা ফজবগী শরুক্তা ওইরবা মফমশিং-ইউকেলিপতস খক্তনা নিংথিনা লৈতেংলবা নিলগিরিগী লোইরোই তাবা চীংমায়, নত্রগা কোদায় কেনেলগী চীং, কাশ্মিরগী উচান পরেং হৌরিবা চীংলক, বেল্লারিগী অকংবা তমপাক, সেরিঙগপতমগী শঙলবা নাপি মথক, কেরলাগী সমুদ্র খোঙবান্দা লৈবা পালম্ ইংখোল, তিন্নেভেল্লিগী পাল্মাইরাগী মফমশিং, সমালকোত মনাক্তা লৈবা লৌখোংগী তোর্ব্বান নত্রগা রাইচুরগী নুংজাও-লবুক অসি খল্লি। মহাক্না মাগী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়ামদুগী পুক্লিং-তারমদাই নুমিৎকী ফজবা দৃশ্য নত্রগা নুমিৎ থোরকপগী ফজবা মওং, লৈচিন-নোংফাইনা শুমহৎলবা অতিয়াগী শক্তম, নত্রগা থাগী অকোয়বদা লৈবা খুজিনচিংবদা চিংশিল্লি। 'অন্দমে-আনন্দম'- 'ফজবা হায়বসি খমথেংনা নুংঙাইবনি' হায়বা ৱাহৈসি মতম অয়াম্বদা বাবাগী চিনবান্দা পকপা ৱাহৈনি।

মহাকসি শা-ষনবু য়াম্মা নুংশিবিবা মীশক্লি; প্রশান্তি নিলয়মদা লৈরিবা শঙ্গোল অদু অকোয়বা খুঙ্গংশিংদুগী ফিদমনিংঙাইনি। মহাক্না ষনবিশিং অদু পিজ-পিথক তৌদুনা পুং কয়ামরুম লৈমিন্নৈ; মহাক্না পোঙ্গাল-নুমিত্তা ষনবিশিং অদুবু নিংথিনা লৈতেংবি, মসিগীদমক মহাক্কি লৈতেংগী মপোৎশিং মরাং-কায়না লৈ। মহাক্কি মতম খরগী শগোল অমা লৈরমই; লোয়ননা শক্তি লাবা, অমোম, ৱাহোং অমসুং থেবশিংসু লৈরমই, মখোয় খুদিংমক বাবাগী মিনুংশি ফংজবমই।

মহাক্কি মরুপতৌনা লুনা-চান্না তৌবা হুই ময়াম অমসু লৈরমই। মাগী হুইশিং অসিগী ৱারিনা ঈশ্বরনা কয়া য়াম্মা চেকশিন্না, নুংশিনা তৌবিবগে হায়বদুগী য়াম্মা নুংঙাইরবা থৌদোক অমা ওইহল্লি। জেক অমসুং জিল হায়বা উত্তাকামুন্দগী পুরকখিবা পোমেরানিয়ান ধারাগী অনিসিনা বাবাগী মনাক্তা লৈরম্বা হুইশিংগী

নুংদা খ্বাইদগী অহানবনি। বাবানা হায় মখোয়গী মমাংগী মপোক্তা তৌবকপা কর্মগী ফলনা মখোয় শগোলশেন খুদিংগী চবা হেল্লমই; মখোয় শদুম চাও হায়বা থাখিদে। জেক্লা বাবাগী ফমুংগি কোক থংবদা তুমই অদুগা জিলনা খুয়াবোমদা তুমই। অসুম্না চহি অহুম লেল্লবা মতুংদা জেক-না বাবাগী মতম্বাক্তা অরোইবা যাহিপ্ তানখি।

মাগী পোলোয় অদু মাগী পুন্সিগী য়াম্না মতিকচাবা মওংনি। মমাংগী অহিংদুদা জেক-না কার ড্রাইভর অমগী মতুংইন্নখি। কার্ অদু কবনাতনাগাপল্লি মপাদা তুরেল ব্রাংমদা খামলমই। জেক-না তুমিন্না কার মখাদা, কনা খঙদনা কুল্লমই, মবমদি জেক-না কার শঙবগী থবকসি মশানা চোংথোকচবনি; মতম অদুদা কাবশিংসি মন্দিরদগী য়াম্না থাপ্না খাম্বা তারমই। মহাক্লা খোংবা অদুনা খুঙ্গংগী অঙাংশিংদু কার মনাক্তগী হন্দোকখি। মদুগী অয়ুক অদুদি জেক অসি শাথিনা তকখাইবিরমলে, মাগী অবৈবা পাঙ্গল খোমজিনজরগা তুরেল লান্দুনা লাক্লগা বাবাগী মতম্বাক্তা কুল্লখি; মমিৎ অনিদুনা বাবাদা বাবাগী মমায়দা মুন্না যেংলগা, মমৈদুনা য়াম্না ব্রানা খর-খর হায়বন্নগা জেক-না মাগী তেল্লবা, অদুগা আশির্ব্বাদ ফংখ্রবা তাইবং পুন্সি অদু লোমখি। জিন-সু মথন্নতা লৈবা ঙমখিদে, হাপ্তা খবগী মতুংদা মহাকসু শিখি। মখোয অনিগী অশিবা মশাদু অবিবা মন্দিরগী মনিংদা চুথেক-নাযবা কোম অমদা ফুমখি অদুগা মদুগী মথক্তা তুলসি পাম্বি অমা থাখি।

অদুগী মতুংদা চিত্তি অমসুং বিত্তি, লিল্লি অমসুং বিল্লি হায়বিবা পোমেবানিযান নৈতৈ-মনাও অনিসি লৈখি। অদুগী মতুংদা মিন্নি অমসুং মিক্কি লোযননা হোনি অমসুং গোলদাই কৌবা মতুশাংবা, মনালেকথবা কাংবুসি অমুক লৈবমই। মতম-খবদি বাবানা মখোযসি লুনা চান্না তৌবিবমই অদুগা মতুংদা ভক্তশিংদা পিথোকখি; অদুবু ঙসি ফাওবদা মখোয অদু কমদৌবিবগে হাযসি বাবানা হংই। বাবাগী ভর্মনলোমদগী অচৌবা বোভর অমসুং বিতা, মতুংদা তোম্মি অমসুং হেনবি হাযবা হুইশিং অসিসু লৈরমই। অসিগুম্বা শা ওইনা পোক্লবা ভক্তশিং অসিসু বাবাগী নুংশিবা প্রেম অদু মরাং কায়না ফংজখি। বাবানা মখোয় অসিবু কয়াম নুংশিনা তৌবিবগে হায়বসি উরগা শাগী মপোক্তগী তোঙাল্লবা ঐখোয়না পাওতাক অমদি তমগদবনি মদুদি ঐখোয়গী হিংনবগীদমক নত্রগা নুংঙাইনবগীদমক শাগী ইচিন-

ইনাওশিংসিদা অকায-অতোয নত্রগা অৱা-অনা অমতা তৌবিবোইদবনি অদুগা মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরনা শেমলিবা জীবশিংসি ইমুং অমতগী জীবশিংনি হায়না যেংগদবনি।

মতম পুম্নমক্তা 'লাইবক্লা তম্বা' নত্রগা 'প্রাপতি' হাযবা ৱাফম অমা বাবানা শিজিন্নে; বাবানা হায: কনাগুম্বা মী নত্রগা শা অমনা মাগী থৌজাল ফংলবদি মদু প্রাপতি-ননি অদুবু, মানা মতম পুম্নমক্তা অসিমসু হায মদুদি মাগী থৌজালদি সাধনানা নত্রগা নিযম-নাযবা পুন্সিনা, নত্রগা মশানা মশাবু খুদুম চনজবা মীনা নত্রগা মশাগী কান্নবা যেংদনা পুম্নমক ঈশ্বরগী শক্তমনি খল্লগা সেবা তৌবনা ফংবা ওমই। পবিক্ষাগী চে যেংবা ওজা অমনা তৌবগুম ঈশ্বরনসু ঐখোযগী থবককশিং অদুগী মমল পি; অদুবু পাওখুম অদুনা ফজনা নৈনখি অমদি সবজেক্ত অদুদা হৈনিংবা লৈ, অমদি কবম-হাযনা খঙবা ওমগনি হাযবনচিংবগী মওং উববদি মাগী পাওখুমদু কযা পাঙদ্রবসু মহাকপু ঙাকপি। অদুগা মসিমসু মী অয়াম্বনা খঙনববা ৱাফম্নি মদুদি ফনা কন্না হোৎনববসু মখোয পুক্তপার্তি যৌবা ওমদে অদুগা খবদনা অমুক হেক থৌবাং তৌবকপগা খুবৌ থাংলম্বা পুম্নমক কোকখিদুনা অনিংবা পুম্নমক ফংবসু যাওবি। বাবানা হায: কনা অমতনা মাগী অনিংবা যাওদনা মানা লৈবিবা মফমসিদা যৌবকপা ওমলোই।

বাবাগী উনফম কা অদুদা উনখ্রবা মী পুম্নমক্তা মহাক অসি পুম্নমক খঙবা ওমই অমসুং মফম পুম্নমক্তা শিন-থুংনা লৈ হাযবসি খঙহলখি। মহাক্লা কবি হাযখিবগে, নত্রগা তৌখিবগে নত্রগা খনখিবগে হাযনদু মহাক্লা হাযবা ওমই; মহাক্লা কনাদা কবিগী মতাংদা কবি ঙাঙখিবগে, মহাক্লা কবি কিখিবগে অমসুং কবি থৌবাং তৌখিবগে, কবি অৱাবা তাখিবগে, কবি মাঙখিবগে, হাযবা পুম্নমকসি খঙবা ওমই। নহাক্লা বাফম তবাদা মাগা খন্নবা পাল্লবদি নহাক্লা হৌদোক্লিঙৈদা মানা ৱাফম তবানিথোয নত্রগা তবামঙাদা পাওখুম হান্না পিবক্কনি; নহাক্লা তুমলিঙৈদা মঙখিবা মঙ ফাওবা হাযবক্কনি অদুগা মঙ অদুদা নঙনা তাহৌবা মানা হাযখিবা ৱাফমদু ফাওবা হন্না হাযবক্কনি। নঙনা ৱাবি পুম্নমক মানা শিং নান্না চুম্না সিথোবক্কনি অদুগা নঙগী অশোনবা অমসুং অৱাবা লৈবা মফম অদুদা মাগী নুংঙাইবা অমসুং পাঙ্গলনা থলহনগনি।

প্রিনসিপাল H.S Rao না হায়খি :“মহাক অসি মাগী মিনুংশিগী (পিথোক-পিশিনগী) বিভাগতা-চোকথবা লৈতে”। বাবাগী ৱাহৈশিং অসি চুম্নগী ইংথহনবদা নত্তে, মসিনা অনৌবা জ্ঞানগী থোঙ অমা হাংদোকপিদুনা নুংদা লোত্তুনা লৈরিবা থৌনা অমসুং অফবা গুণ অদুবু ফোংদোকহল্লি। মাগী থৌজালনা ভক্ত অদুনা মশাবু মশক খঙবা ঙমহল্লি, হেন্না মকুহল্লা মশাগী মথৌশিং, দায়িত্বশিং অমসুং অশোযবশিংবু ভাব তাহল্লি। পুম্নমক অসি মহৌশাগী ওইবা মওংদা, য়াম্না নুংশিনা মনঙ্গন্দা পোপ-পোপ থারদুনা, মমিং অনিদু পাঙথোক্তুনা, নুংঙাইবগী ম্বিৎচি খৎলদুনা অদুগা নঙনা খঙগদমা মওংদা ৱা ঙাঙলদুনা পাঙথোকপা ঙাক্তনি। মহাক্না ঙাঙবা ৱাদা অসুক্কি মতিক শক্তি লৈ, যাম্না মমুৎ তানা ভাব তাই মদুদি বাবানা পুম্নমক খঙবদুদা (নহাক ৱা অমতা ঙাঙবা ঙমদনা লৈহৌগনি) অমসুং নহাক্কি সমস্যা অমসুং দবকার লৈবাশিংদা অঙকপা শক্তিনা লোয়না খঙবদুদা নহাক ৱা অমতা ঙাংবা ঙমদনা লৈহৌগনি।

অসুম্না প্রশান্তি নিলয়ম্না মীওইববু নৌহৌনা শাগৎলি, অসুম্না বাবানা মীওইবা জাতিবু মাঙলোমদা - ঈশ্বরবোমদা চঙশিলহল্লি। 🗐

## কেপ্ কোমোরিন্দগী কিলনমার্গ ফাওবা ঃ

### (FROM CAPE TO KILANMARG)

শোক ১৯৫৭ তা ভেনকতগিবিদা পাঙথোকখিবা ভারত পুন্নমক্কি ওইবা ৯শুবা Divine life কী মিফম অদু ভগবানগী চংশিল্লক্লিবা ধর্ম্মগী খোঙজং অসিদা য়াম্না মকুইবা তাঙকক্ অমনি, মবমদি খন্ন-নৈনবা অদুদা মানা সভাপতিগী আসন লৌখি অমসুং সাধনা তৌনবা অমদি আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং নৌহৌননা চংশিন্নবগী অকনবা খোল্লাও অমা পিখি। Divine Life Society গী Organising Secretary ওইবিবা শ্বামি সতচিদানন্দনা মতুংদা মশানা যাজখিবা ব্রাফমদি বাবানা সভাপতি ওইগনি হায়বসি মানা তিকবন্নামালাইদা তাবা মতমদা মহাক নিংজিং-মাংজিংনখি মবমদি মানা থিজিল্লুবা মতমদা বাবাদি মেজিকখক্তা হৈবনি অদুগা ঙাঙবা-শকপসু কয়া হৈবা নত্রি হায়বসি মহাক্না খঙখি। শ্বামি সতচিদানন্দনা হায়খি : "অদুবু", "ঐনা থুনা খঙখ্রে মদুদি ঐঙোন্দা পাও পিরমলিবা মীদো যাম্না শাথিনা খঙদবা ওইবমলে"।

মীফম অদুগী অহৌবা নুমিত্তা সহব অদু দিলিগেৎশিং, যেংবা লাকখিবা মীয়াম, ভক্তশিং অমসুং বিশিকেশনচিংবা অবাপ্পা মফমদগী লাকখিবা সন্যাসিশিং অদুগা ব্রাজামুন্দ্রি, কালাহাস্তি, অমসুং মাদ্রাস নচিংবা মফমদগী লাকখিবা মীযাম্না পিক থনখি। অহৌবা থৌবম পাঙথোক্কদৌবিবা হোল অদু তান্না বাবানা চৎননবা নিংথিনা, চীংলেম্না, লৈ-তনা লৈতেংদুনা শেম্লবা দোলাই অমা ভেনকতাগিবি কোনুংগী থোঙ্গালদা থল্লমই। অদুবু মহাক্না থোবকপা মতমদা তৌবমলিবা ধুম্-ধাম্ অদু উখি অমসুং নিংথৌনা কযাবক হন্না হায়জববদসু মানা দোলায় তোংউ যাখিদে মবমদি মানা হাযখি, "মফম অসিদা সন্যাসিন মযাম অমা লৈরে অদুনা ঐ মখোযগা লোয়ননা চৎনিংই"। তশেংনমক মিফম অদু তোমথিন শক্লাইরবা

লম্নোইবা কয়াগী খুদম ওইনা সদানন্দ, সতচিদানন্দ, অত্মাস্বারুপনন্দ অমসুং শ্রীনিবাসানন্দ অসিনচিংবগী অপুনবা মিফম অমনি।

শ্বামি সতচিদানন্দনা Divine Life Society গী ফিরাল অদু চিংখৎখি অমসুং "Sanmarga Deepam", "Maha-Sakthi" ইখিবা লোয়নন্না Patanjali গী যোগ-দরশন-গী কমেন্তরি ইখিবা শ্বামি সদানন্দনা মিফম অদু হাংদোকখি। ভাব তাদবা মীওই খরনা মসিগী মমাংদা চেফোং অমা চাইথোকখি মদুদা মখোয়না বাবাসি অচৌ-অশাং, ইনাক-কৈরাক খুনবা মীদনা হেন্না খুদোংচাবা পিবা, মিচং-মিখাই নায়বা মীশক্তি হায়না মরাল শীখিবনি; অদুবু শীরিবা মরাল অসি সহরগী মীপুম খুদিংমক তাখ্রবসু মীয়াম্না য়াম্না চিং-লেম্না সভাষাত্রা অমা চৎনবা হৌদোরকপদা যাখিদে-হায়বসি অদুগুম্বা মীওইশিং অদুনা খঙবা ঙমখিদে অমসুং মখোয়না ওইদবা শন্দোকখিবা লম্বি অদুমক্তদা মখোঙনা চৎখি; তশেংনমক ব্রাফম অসি শ্বামি সদানন্দনা পল্লকখি অমসুং মদু কয়াদা ওইদবা ব্রাফমনো হায়বদু শেংদোকখি। মদু অয়ুক অদুদা থোকখিবা থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা শেংদোকখিবনি। মহাক্না দিলিগেৎশিংবু অমসুং শিল্লিলাংলিবা কাংবুবু বাবানা মফম অদুদা Divine Life কী লম্বিদা মখোয়বু লমজিংবিনবা য়াওবিখিবদু পুম্নমক্তি লাইবক ফবনি হায়না থাগৎখি।

মহাক্কি সভাপতিগী পাওজেলদা বাবানা হায়খি মদুদি Divine Life হায়বসিনা ঈশ্বরগী খুৎশেমদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক্তি হায়বদি খ্বাইদগী পিকপদগীনা খ্বাইদগী চাউবা ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা অমদি Anu দগী Brihath ফাওবদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমক্তি মশাগী নুংগী ওইবা পুমশুপ-শুপ্না শক্তি অমদি থৌগৎনিংঙাই ওইবা ইথিল অদুনি। Divine Life হায়বসি সত্য, প্রেম অমসুং অহিংশাগী লৈচিলদগী তারকপা-নোং অদুনি। মায়াগী পোৎশক খুদিংমক্তি মরুমদা লৈরিবা-অশেংবা ঈশ্বর অদুবু ফংনবা হোৎনরিবা থবক খুদিংমক অদু মসিগী Divine Life কী মনুং চনখ্রবনি। ঈশ্বর হায়বসিদি, মহাক্না হায়খি, পোকপদা অদুম লোয়নজরক্লবনি, মফম খুদিংশিনথুংনা লৈবনি, শঙ্গোমগী মরিক খুদিংদা মাখন য়াওবগুম্বনি। শঙ্গোমদগী মাখন থাইদোক্লবা ওৎপা-নৈবা দরকার লৈবগুম, মীওইবগী পুক্লিং অসি অফবা থবক অমসুং শঙ্গনা-নৈখায়গদবনি। লেঙদ্রবা আত্মা

অমসুং ঙাইহাক্কি ওইবা সংস্বাব অনিসিগী মবক্তা মীওইবগী পুক্কিং অসিনা হাইদুনা লৈবনি। মবম অদুনা মেন্নব খুদিংমক্কি থম্মোযদা অশেংবা অফবা-ব্রাখলনা থলহনবা অমসুং থিংঙমদ্রবা অপাম্বা, মিহৌবগী ফত্রবা মমি খব নগতুনা লৈহৌবিবদু কোকহনবা হাযবসি অসিগুম্বা Divine Life Society শিং অসিগী মথৌনি। অওনবা অসিগীদমক মীপুম খুদিংমক অসি ওইবা য়াবা মীশক (Candidate) অমমন্নি; অমসুং খমথেংনা নুংঙাইবা অদুগী মহাওদি মীপুম খুদিংমক চপ মান্নে। মবম অদুনা যাম্না নোল্লুক্লা অর্মদি মীপুম খুদিংদা চপ মান্নবা নুংশিবা থন্নগা, য়াবিবমখৈ অওনবা অসি পুবক্লবা-হোৎনবিবা খোঙজং অদু খুমাং চাউশিলহন্নবা সোসাইটি অসিনা হোৎনগদবনি। লাংতক্লবা, অৱাবা অমদি অপঙবগী হৌবকফম মক অদু মুথৎনবা হোৎনগদবনি।

মথৎগী নুমিত্তা হোল অদুদা মীফম অদু অমুক ফম্বা মতমদা বাবানা হায়খি: "হিন্দু ধর্ম্ম অসি সংস্কৃতিগী ঈহৌ অমদি মীবৈবাক্তগী লান্দাবকপা কয়ামকম্না হন্না হন্না ফুদেক্লবা হোৎনবকখিবা পুম্নমক খাঙবা ঙমখ্রিবসি হিন্দুইজমগী লনগী পুক্কে অসিবু শেন্নদুনতা লৈবকখিবা আধ্যাত্মিক্কি লুচিংবশিং অদুননি অমসুং মখোয় অদুনা মীয়ামগী থম্মোযদা হন্না-হন্না সনাতন-ধর্ম্মগী ফববা, কান্নববা নিতিশিং অদু অমুক হন্না মমি তাহনখি"। মহাক্লা হাযখি মদুদি মহাক্লা পামলিবসি মীপুম খুদিংগী থম্মোযদা নুংশিবা প্রেমগী ব্রাখল পোকহনবা অদুনি; অদুনা মীপুম খুদিংমক্লা অমনা অমবু ব্যবহাব তৌনবা অমসুং নুংশিনবগী ঈচেল অমা লৈবিবসি মাঙহন্দনবা মহাক্লা পাওতাক পিখি। মীওইবদা লৈবিবা গুণ অহুমসি যাম্না চম্বা প্রমান অমা তৌবগা বাবানা হার্যখি মদুনা ব্রাফম পুম্নমক্তু শেঙদোকখি। কেবোশিন থাংমৈ অমদা মখুৎথিল্লদুনা মহাক্লা হাযখি মদুদি গ্লাস-চিন্মি অদুনা সত্ত্ব-গুণ-নি, মনুংদা পক্লিবা অমুবা কালি অদুনা তম-গুণ নি অদুগা মপান্দা নপলিবা উফুল অদুনা বজ-গুণ নি।

মথৎগী নুমিত্তা দিলিগেৎশিংগী অখন্নবা মিফমদা মখোয় খুদিংমক্লা পুক্কিং চপয়ুংনা মখোযগী গুরুদা ভক্তি লৈগদবনি হাযনা হায়জখি অমসুং মখোয়না মপুক্কি কৎখোক্তুনা লাক্লবা Divine Life অদু মখোযগী পুক্কিদা থবক্লা উৎনবা আপিল তৌখি। মীফম অদু তানিংবা মযাম অমা হুপচিল্লকপদগী মীয়ামগী মিফম ওম্ভোক্লদুনা

বাবানা পুং অমরোম ব্রা ঙাঙখি মদুদা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা অমসুং চংজবগী পুক্সি অমা লেনগদবনি হায়বগী মবমদা মচা-তানা পুকচেল শেংনা হায়জখি। মহাক্না হংখি : ‘‘নখোয় ঈশ্বরগী খুত্তা কবি ওইবা পামই?’’ পাওখুম অদু মশানা হৌদোকখি :‘‘ বাঁসি’’। মহাক্না পামখি মদুদি মীপুম খুদিংমক লৌথুপ-লৈকোয় লৈতনা চুমদ্রিং পুকচেল তিংগদবনি; নাপল নত্রগা ঐগী হায়বা ব্রাখল য়াওদনা, হোদ্রোং হোগদবনি; ঈশ্বরগী ব্রাখলতমক শ্বর ওইনা হোজ্জিনগদবনি; শ্বর অদুনা মিকুপ পুংজা খুদিংমক্তা ওমর ওইবগী নুংঙাইবা ব্রাখল ফাওহনগদবা নুংশিরবা ঈশৈদা ওন্থোকহনগদবনি।

শ্বামি সদানন্দনা ‘‘ঈশ্বরগা - শাগোন্নবা’’ হায়বা হিরমসিদা ব্রা ঙাঙখি; নত্রগা মানা বাবাগা শাগোন্নখি অমসুং শাগোন্নখিবা অদুনা ঙাঙহল্লকপশিংদু মানা ঙাঙখি; মরমদি মহাক মশানা য়াজখি মদুদি মানা ঙাঙস্লিবশিংদু বাবানা মঙোন্দা ঙাঙহননিংবাশিং অদুতনি। মহাক্কি মতুংদা অন্ধ্রপ্রদেশ শিন-থুংনা ফাওরবা ভগবত-গীতা, উপানিশদ, অমসুং ব্রাহ্ম -সুত্র কয়াবু তেলেগু মরোন্দা অনুবাদ তৌখ্রবা অমদি বেদান্তগী লাইরিক কয়া ইখ্রবা চাউখ্রবা পন্দিদ অমা হৌগৎলকখি। ভারতকী অর্থসাস্ত্রদা খ্বাইদগী হেন্না অরুবা ওইরিবা ‘‘ঐহাক কনানো’’? হায়বা হিরম অসিদা মহাক্না ব্রা ঙাঙখি। কৃতিকশিংনা হায় মদুদি Adwaithic কী ব্রাখল/মিৎয়েংনা মীশিংবু অতোপ্পা সংস্বার অদুগী ব্রাখল লৈহল্লি (হায়বদি তাইবং সংশ্বার অসিগী ব্রাখল খলহন্দে) অমসুং কবিগী মিৎয়েং য়ৌহনবা ঙমদে, অদুবু মসিগী পন্দিত অসিদি মতিক চানা কবি ওইখি মরমদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চিনবান্দা থোনখিবা বাঁসিগী শক্তম অমা বাবানা উৎখিবদু মহাক্তি নিংথিনা ভাব তাবা ঙমখি, মবমদি মহাক্তি বাবানা উৎখিবা ফিদম অদুদা যাম্না হরাও-তয়াম্না নৈনখি অমসুং বাঁশিগী মবমদা সংস্কৃত শ্লোক কয়াশু লোনখি। মহাক্কি পাওজেল অদু মশাগী ওইবা ব্রাফম অমনা হৌদোকখি। মহাক্না হাযখি, ‘‘ঐনা ভেনকতগিরিদা মীফম অসিগীদমক লাকৎকবসি শ্রীসত্য সাই বাবা উননবা লাকখিবনি, মরমদি মহাক অচৌবনি হায়বসিগী তোঙান-তোঙানবা ব্রারোল পুম্নমক ঐহাক তাখ্রে অদুনা ব্রাফম পুম্নমক্তু চাংয়েং তৌবা ফংলগনি খনবদা ঐহাক হরাওবনা চোংখি। শম্না হায়রবদি ঐহাক মাবু শীঙনগে লাকপনি! ঐ হল্লে, মহাক লাইনি! নখোয় পুম্নমক্কি মমাংদা ইশানা য়ারে হায়বসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইজরে অমসুং ঐনা লানখিবা অদুগীদমক

ঙাকপিনবা বাবাদা হায়জরি।" মসি ভগবানগী মনাক য়ৌরকপদা বাবাগী মৈশানা চিংনবগী লৈচিল পুন্নমক মাঙখিবগী অশেংবা খুদম অমনি।

বাবানা ভেনকতগিবিদগী হন্দ্রিঙৈদা সাধুশিং অমসুং পন্দিতশিং অদুগী মরক্তা যাম্না মনিংতম্না চৎখি অদুগা মখোয় খুদিংমক্তা মতম শাংনা-শাংনা উনখি। শ্বামি সৎচিদানন্দনা অইবা অসিদা হাযখি; "ঐ অনিশুবদা কৌশিল্লকখি। ঐনা হেক চংখিবদা বাবানা ঐবু কোনশিনখি অদুগা ঐহাক উনবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইরে হাযখি। অদুদগীদি ঐনা চহি ৩৭কী মমাংদা (বাবানা পোক্কদবা চহি ৬কী মমাংদা) যোগ-গি শক্তম(vision) অমা য়াম্না - তাঙনা উখিবগী মবমদা মহাক্না ঙাঙবা হৌবকখি অমসুং মঙাল অদুগী মরক্তা ঐনা উজখিবা যোগ-সাধনা অদু ঙসি ফাওবদা কাযদনা হোৎনবকপা অদুগীদমক থাগৎপিরমই। অদুবু মহাক খুদক্তা ঐগী ৱাফমদা ওনশিল্লকখি অমসুং ঐগী মতম মাঙহনবা, আশ্রম লিংনবা হোৎনবদা শক্তি মাঙহনবা, শেল খোমজিনবদা, মী উনবদা, থৌরম কয়া খন্ন-নৈনবদা মাঙহল্লিবা অদুগীদমক ঐবু চৈখি। ঐনা হোৎনবিবা পুন্নমক্তু পোলোযদা সংস্কারগী ফনবনি হাযদুনা মবম পিরুবদা মহাক্না নোকখি অমসুং হংলকখি :"অফবা ৱাখল অমসুং যোগ-জ্ঞানগী ঈথকশিং অসি অচৌবা আত্মা অমদগী থোরক্লবা উপাই লৈজে অমসুং মদুনা অতোপ্পাগী ৱাখল ইচেলবু হোংহনবা, মওং-চুমহনবা, খুরৌ থাংবা পুন্নমক লৌথোকহনবা ঙমই হাযবসি নহাক তাদ্রিবরা? মহাক্না ঐবু অচিকপা মফমদা চত্লুনা যোগিক সাধনা অমুকহন্না মখা চৎথনবা পাওতাক পিখি অমসুং ঐনা লৈনিংবা মফম অমদা লৈবদা ঐগী লৈফম অমসুং চান-থক্লবা পুন্নমক পিগনি হায়না অচেৎপা থাজবা পিখি! অসিগুম্বা ৱাফম অসি কনা অমতনা মমাংথক্তা ঐঙোন্দা অশুক শুগাইনা হাযখিবা লৈত্রি, মহাক্কি নুংশিবা - প্রেম অমসুং থৌজালগী ৱাঙাং অদুনা ঐগী থম্মোয়দা পানখি। মহাক্না ঐগী লন্নাইগী ওইবা অবোনবা থৌদোক অমা মহাক পোক্ত্রিঙৈদা থোকখিবদু মানা খংলম্বদুদা ঐহাক ঙকখি অমসুং ঐনা থৌনা ফনা ৱাফম অদুগা মবী লৈনবা ৱাহং হংখি। মহাক্না অতোপ্পা ৱাহং অমনা পাওখুম পিখি :"ঐ পোকপরা অমসুং ঐ শিবরা"?।

মিফম অদু পুন্নমক্কি ওইনা তশেংনমক্কি তোপ-তোপ্পা থেংনবা(Experience) অমা ওইখি; ময়াম উনবা, মখোযগী য়াম্না মরুমথুপনা লৈবা চিংনবশিং

শেংদোকপা, মদুগা চানগদবা খোঙথাং তাকপা, মখা তানা থৌজাল পিথবগী ব্রাফম, ফংলিবা ফলগী অরুম-অয়াং ওনবা, পুন্নমক খঙবা অমসুং শিন-থুংনা লৈবা ঙম্বগী ফোংদোকখিবা মওং কয়া অসিনা ওইখিবনি। বাবানা পুত্তপার্তিদা হল্লকখিবা মতমদা শ্বামি সদানন্দ অমসুং শ্বামি সৎচিদানন্দ ব্লোয়ননরকখি। মখোয় পুন্নমক ঈশ্বরগী মনাক্তা মতম খর চোন্থনা লৈনিংখি।

নোংমগী নুমিদাংব্রাই অমা নিলয়মগী মনিংদা লৈবা চীংশিংদুগী মরক্তা মহৌশাদগী লৈরকপা ঈফুৎ অমদা বাবানা শ্বামি সদানন্দ পুরগা চৎখিবদু ঐহাক নিংশিংই, মরমদি ঐসু খোঙবু অদুগী মরক্তা অমা ওইরমই। ঈফুৎ অদুগী নাকন্দা ফমলগা বাবানা মীদা, শাদা, মনা মশিংদা অমসুং নুঙদা ঈশ্বর লৈবগী মরমদা ব্রা ঙাঙবা হৌরকখি অমসুং শ্বামি সদানন্দনা মদুগী চপ মান্নবা ব্রাখলশিংদু য়াম্না কুইরবা মতমগী মমাংগী লাইরিকশিংদসু ফংই হায়দুনা উৎননবা উপনিশদকী ব্রাফম খর পল্লমই। খঙহৌদনা বাবানা মানা পুমখঙ-খঙবগী মওংদা হায়রকখি :"নহাক্লদি মখোয় অদুবু থাইনগা হায়বা- কুইরবা মতমগা হায়বা, ঐ পুন্নমক্তু লোয়না খঙই; ঐদি মতম অমসুং মফমগী ব্রাংবদা লৈ"। ব্রারি অদু অদুদগীদি সাইবিজম, লিঙ্গ অমসুং খুদমগী অর্থনচিংবারোমদা ওনশিনখ্রে মরমদি সদানন্দনা মদ্রাস ইউনিভরসিতিদা লৈরিঙৈদা "The Origin and Early History of South Indian Saivism"হায়বা হিরম অসিদা থেসিস অমা ইখ্রবনি। নুমিৎ অদু তামিলগী চহি হৌবা নুমিৎ ওইরমই অদুনা বাবানা মীপুম খুদিংমক্তা অথুম্বা 'পোলি' অমমম পিরমই, মরমদি হায়রিবা য়াইফরবা নুমিৎ অসিদদি তামিলগী য়ুমগী নুপী খুদিংমক্না তঙাইফদনা শাগদবনি। বাবানা মখুৎ হায়ফেত্তং ওৎলগা মখোয়শিংদু ফংখি। বাবানা নুমিৎ খরনিগী মনুংদা কোদাইকানালদা অতেনবা মতম খরদং লৈনবা চৎপা মতমদা শ্বামি সদানন্দ অমসুং শ্বামি সৎচিদানন্দ অনিসু য়াওখি। চয়োল তরুকখক্তং চীং অদুদা লৈমিন্নখিবদুদা সন্যাসিন অদুন্না বাবাগী আশির্ব্বাদ মরাং কায়না ফংজনবগী খুদোংচাবা ময়াম অমা ফংখি। বাবাগী তোপ -তোপ্পা ঈশ্বরনি হায়বগী চাউরাকপা মঙাল অমা ফংবা ঙমজখি।

শোক ১৯৫৭কী জুনগী তাং ২৯না পুত্তপার্তিদা তপোবন শঙ্কাবদা-হৌদোকপদা পাঙথোকখিবা মিতিংদা শ্বামি সৎচিদানন্দনা ব্রাফম অসিগী মতাংদা

ব্রা ঙাঙখি। মহাক্না হায়খি মদুদি, অতোপ্পানা বাবাসি মানা মানা লৌনিংবা মওংদা লৌজরবসু, মাগীদি মশাগা হাকথেংনবদগী খঙজরে, মদুদি বাবাসি "Chidghanamurthi," "Sarvajna," "Sarvantharyamin" অমসুং 'Sarvabhoothantharathma" নি। মহাক্না অদুদগীদি মতৌ করম্না অসুম্না ভাব অসি লাকহনখিবনো হায়বদুগী মরম শন্দোক্না হায়খিরমই। কোদাইকানালদা লৈবা য়ুম অদুদা নোংমা নুমিৎয়ুংবা মতুংদা মহাক বাবাগী কাদা লৈরমই। বাবাদু মাগী ফমুংদা ঙাথরমই। খঙহৌদনা মহাক লেপখৎখি অমসুং লাউখি :"কাপকনু", তেলেগু মরোলদনি, অদুদগী ফমুং মথক্তা তাখ্রে-মদুবু 'তরং-মালঙ'দা লৈবকাসু হায়নৈ, অদুবু খ্বাইদগী চুম্বা মওংদদি - মশাগী হকচাং থাদোক্লগা অতোপ্পগী শক্লোন্দা চৎপা (trans corporeal journey) হায়নৈ। মাগী হকচাংদু চপ তিংখ্রে অমসুং হায়রিবা ফিভবদুদা পুং অমরোম লৈখি। মানা হল্লক্লবা মতমদা অমসুং মাগী হকচাং অদুদা চংলবা মতুংদা অকোয়বদা লৈরিবা ময়ামদুদা কোয়না য়েংখি অমসুং ভোপালদা লৈবা থিকানা অমদা য়াম্না থুনা তেলেগ্রাম অমা থাবা পামখি। তেলেগ্রাম অমসুং থিকানা অদু মানা হায়খি। অসুম্না হায়খি: "ব্রাগনু ; রিভোলভর অদু ঐঙোন্দা লৈরে, বাবা!" শ্বামি সৎচিদানন্দনা রিভোলভর হায়বা Arms Act কী মখাদা লাকপা ব্রাহৈদু যাওবদুনা পোস্তেল কাংবুনা তেলেগ্রাম অদু থাবিয়ু য়াগদবা মান্দে হায়খি। অতোপ্পনসু মদুদা যানিংবা উৎখি, খর অফ-ফত্ত য়েৎনখি। বাবানা মদু থুনা থাখিবা পামলমই, অতোপ্পা চানবা ব্রাহৈ খন্নরমই। শ্বামি সৎচিদানন্দনা 'বিভোলভব'গী মহুত্তা-'খুৎলাই' হাযনা হৌদোকখি, বাবানা য়াখি। ব্রাইয়াব অদু যাম্না থুনা ভোপালদা চংখি মাইল লিশিং লাপ্পা মফমদা!

কনখ্রবা-ঙাকথোকখ্রবা খুদোংথিবদু কবি ওইবিগদগে হায়বসি মীপুম খুদিংমক্না খঙনিংলমই; অদুবু মঙোন্দা হংখিবা ব্রাহং পুম্নমক বাবানা খুমখিদে। অদুবু মবিনিশুবা নুমিত্তা ভোপালদগী চিঠি অমা থুংলখি, মদু পুম্নমক্তা পাথোকখি। মদুনা বাবাসি তশেংনমক্কি গজেন্দ্র অমসুং প্রহ্লাদাবু কনবিখিবা অমসুং দ্রৌপদিবু কনবিখিবা শ্রীভগবান অদুমক্কি হায়বসি ফোংদোকখি !

চিঠি ইরকলিবা নুপা অদু ২শুবা পুথিবীগী লাঞ্জাওদা থবক তৌরমই, সরকারগী থবক্তা ফম অব্রাংবনি। ভারত্তা ষ্টেত শেমদোক-শেমজিন তৌরকপদুদা লৈবাক্কি

ব্রায়েল-পথাপকি নৌনা শেমদোরকপদা মাগী মখাদা লৈবা অনৌবা কাংবুনা মাগী মথক্তা থমখি। মাগী নুংঙাইতবা-অৱাবদু তাবিনবা, নত্রগা থেমজিনবিনবা কনা অমতা লৈরমদে। মাগী নুপিসু খুঙ্গংদা মমা মপাগী মনাক্তা চৎখি। মাগী থবক্কি পুল্সিদা থেংনরিবা লাইবক থিবা থৌদোক অদুদগী নিঙবা কায়রদুনা রিভোলভর অমগী মতেংনা খোঙগোইনবা অদুদগী লোয়ত্রগে হায়না পুক্লিং লেপখি। মাগী মনাক্তা অমা লৈরমই, মরু অমা কাপথোক্লুনা ২শুপা নুঙ্গি লোয়গদবা খুৎকাপ অদুদা মাগী মখুত্তু লেঙদনা লৈবা ঙমগদ্রা হায়না চাং য়েংলমই অদুবু মানা মথং কাপত্রিঙৈদা বাবানা লাউখি : "কাপকনু"! অদুদগীদি থোঙদা দং লাউবা অহৌবা মখোয় অমা থিল্লকখি! বাবা লাকপ্রে! অশেংববুদি বাবা ওইনা লাকখিবা নত্তে, অরিবা কলেজদা তম্মিন্নরম্বা, মরুপ অমা ওইনা, মাগী নুপী অমসুং চপ্রাসি, ত্রংউপু অমা অমসুং অতৈ-অতৈ হাপ্পা য়াবা খাও অমা। ওফিসার অদু মাগী তুমফম কাদা চেনশিনখি, রিতোলভরদু ফমুং মথক্তা থল্লগা ফি অমনা কুপশিনখি, মমাংথোংদা য়াম্না থুনা লাকখি, মশাদু ওইরিবা ফিভমদুদা চাননবা শেম-শাখি অদুগা থোঙ অদু হাংদোকখি!

য়েংউ, ভগবানগী শকলোন অহুমদো মাগী মাগী মথৌ তৌনবা লৈরমই। কলেজগী অঙাং অদু-য়াম্না মখে লাংলমই, চাউজনিংবগী মওং উৎলমই; বাবানা খুদক্তা মরুপতুগী শক্তমদা ওনথোকখিবনি, মরুপ অদুনা মাগী অৱাবা-নুংঙাইতবা পুম্নমক্কু কোকহল্লগা হৱাও-নুংঙাইবগী ৱাখল পিননবনি। ওফিসার অদু মাগী মকপকি মতৌদুনা অৱাবা থুনা কোকখি অমসুং হান্নগী ফিভমদা তারকখি। মাগী মকপকি ফাগি অদুদা নোকথোরকখি; অসুম্না ৱারি মখা চৎথরকপদদি মশা মথন্তা শিজরগে হায়না খল্লম্বা ৱাখলশিংদো মাঙখিরমই। মাগী নুপীদুসু ৱারি অদুদা শরুক য়াখি। অদুগা ইমুংগী নুপীনা চৎথোকপ্রে হায়বদু খঙলকপা মতমদা মথৱাই নুংঙাইতবগী মওং উৎলমই অমসুং অতোপ্পা মরুপ অমগী য়ুমদা লৈরগে হায়রমই। মানা কনখিবা মরুপ অদুনা হন্না হন্না হায়রজরবসু, মিনিট ৪৫গী মতুংদা মাগী নুপী, চপ্রাসি অমসুং মপোৎ মচৈ পুম্নমক্কা লোয়ননা থোকপ্রে।

**মখোয় থিন্দোকলল্লগা ওফিসার অদু মাগী তুমফম কাদা য়াম্না থুনা চৎখি অমসুং রিভোলভর লৈরমদবদুদা মহাক ঙকখি, কোইথি-খিখি, য়ুমগী করিগুম্বা মফম অমদা লৈত্রে! কনানা লৌথোকলম্বা য়াই? মহাক অমুক্তং মমাংদা পুত্তপার্তিদা**

চৎলুখ্রবনি, অদুনা মাগী নুপীদু বাবাগী অশেংবা ভক্তনি। মসিবু...বাবানা ওইবিদ্রনে? আ' মসি মানা শোয়দনা ওইবনি। লাকলম্লিবা অতিথিশিং অদুসু মা ওইবিগদ্রা? ময়ুম শো লোনশিল্লমই অমসুং মানা লৈগনি হায়বস্বা থিকানা অদুদা তহা-তহানা চেল্লমই। মানা চিংনখিবদু অচুম্বনি খনথ্রে; মফম অদুদা কনা অমতা লৈবমদে; অতিথি অহুমদু পাববা নুংশিত্তা অদুম মাঙখিবমই' য়ুমদা হল্লকথ্রে, নুমিৎ অদুদা থোকখ্রিবা অঙকপগী মশক ওইববা থৌদোকশিংদু মথং-মথং পুক্লিংদা নিংশিংলমই, মতম অদুদা থো'ঙদা অমুকহন্না থিল্লকপা মখোল অমনা মাবু খঙহল্লমই। মদু তেলেগ্রাফকী পাও পুবকপা মীদু ওইবমই। কোদাইকানালদাগী লাকপা ব্রাইয়াব। "ব্রাগনু, খুৎলায অদু ঐঙোন্দা লৈবে, বাবা।"

শ্বামি সৎচিদানন্দনা হায়খি, মসিগী থৌদোক অসিদি পবান্দা হাযবমলিবা Parakaya Pravesam হাযবসিদগী যাম্না হেন্না ঙকই। পবাকয়া প্রবেসম্ হায়বসিদি হান্না লৈববা হকচাং অমদা চংবনি, অদুগা হৌজিক্কিসিনা kayasristi নি হাযবদি নিংলকপা হেক মিকুপ্তা নৌনা শেম্বানি, হকচাং অহুম শেম্বা অদুনা মথৌ তৌহনবা, হাযবদি ওইহনিংলিবা মীশক অদুগী শক্তা-পুদা, ফিজেৎ চাকচা, য্রাঙাং মিৎয়েং-নাযেং...নচিংবদা হিবম খুদিংদা চপ মাননা শেম্বা' মসিদি, শ্বামি সৎচিদানন্দনা হাযখি, ঈশ্ববগী অবতাব খক্তনা ঙম্বনি।

অঙকপা নত্তে মদুদি মা অমসুং শ্বামি সদানন্দ অনিনা বিষিকেশতা লৈবা মখোযগী গুরু শ্বামি শিবানন্দ সবশ্বতিদা বাবা অমসুং বাবাদা লোয়নবিবা ঈশ্ববগী ওইবা গুনশিংগী মবমদা চিঠি ইখিবমই। কোদাইকানালদগী কেপ-কোমোবিন চৎপদসু শ্বামি অনিদু বাবাগী মতুং ইল্লমই। পাদ্রি অমা আশির্ব্বাদ পিবা মতমদা বাবানা অহাংবদগী মালা পবেং অমা, হোলি ক্রোস অমা অমসুং জিসস ক্রাইস্‌কী মুর্তি অমা লৌবদ্ মখোযনা উবা মতমদা বাবাসি জগৎকি অবতাবনি হায়বা পাওজেল অসিগী চাউবাকপা মমি অমা উবা ফংখ্রবনি। কন্যাকুমাবিগী সমুদ্র খোঙবানগী লৈঙোই মথক্তা চৎপা মতমদা, খোঙফম খুদিংমক্তা মুনরংতৌবা নুংমক(Sphatika beads) মথন্নতা শেমখি; ভক্তশিংনা মদু খুনগত্তুনা চা-চন্দন, উপু অমদা থমখি; মশিং ৮৪নি; অদুবু বাবানা ১০৮ নি হায়খি মখোয়না অমক

হন্না থিবদা ১০৮ শুখি; অঙকপগী মওংদা শেমখ্রবা (Sphatikamani) অসিনা মালা পরেং অমা শেমখি অমসুং বাবানা মদু শ্বামি সদানন্দ মশাদা পিখি।

পেরিয়ার দাম অমসুং মনাক্তা লৈবা লমলক্কি শা-লৈফম য়েংলবা মতুংদা বাবনা মদুবাই অমসুং ময়ুরম চৎখি অমসুং সালেম ফাওরগা পুত্তপার্তিদা হল্লকখি; সালেমদা শ্বামি সৎচিদানন্দসি চহি খর লৈবমই। অসুম্না ওইরকপনা, বাবাসি যাম্না থুনা রিশিকেসতা লৈবা Divince Life Society গী প্রেসিদেন্ত ওইরিবা শ্বামি সিবানন্দ সরশ্বতিদগী লাকখিবা বার্ত্তন অদুগী পাওখুম পিবা তাখি। বার্ত্তন অসি মথং-মথং কন্না তকশিন্দুনা ইবকখি। তেলেগ্রাম কয়া থারকখি। মমৈথংদা বাবা অৱাং ভারত্তা চৎপা য়াখি।

অওইবমক্তি বাবসি লমতু য়েংবা চৎপগী অপাম্বসি লৈতে, নত্রগা প্রকৃত্তিগী ফজবা য়েংবা নত্রগা অশেংবা মফমশিংদা লাইখুরুম্বা চৎপা পামদে, মরমদি খুকমলিবা পুম্নমক অদুগী পনথুংফমসি মহাক মশানি। মম্না অমনা অমুক্তং মাগী মচানা পুত্তপার্তিদা চৎসি হায়বদি য়াদ্রগা তিরুপতিদা চৎখি হায়না মঙোন্দা ৱাকৎখি। মদুদা বাবানা হায়খি: “মদুসু ঐঙোন্দা লাকলি, মরমদি চিং অদুদা লৈরিবা মহাক অদুগা ঐগা করি অমতা খেন্নদে”। হায়ফেত্ত নিংবতদা বাবানা পৃথিবীগী খ্বাইদগী লাপ্পা মফমদা য়ৌবা ঙমই, মরমদি মহাক্তি মফম অমসুং মতমগী ৱাংমদা লৈ। বাবানা হায়খি :“ঐদি মফম হোংবগী, পোৎথাবগী নত্রগা লম চৎপগী অপাম্বা লৈতে। অদুবু, পুক্লিং য়াম্না শান্তি লৈবা দরকার ওইবা মফমদা, ঐনা শান্তি পিনবা থুনা চৎলি; নিঙবা কায়দুনা পুক্লিং হন্থববা মফমদা, পুক্লিং থৌগৎপিনবা থুনা যাংনা চৎলি; অমগা অমগা থাজনবা লৈত্রবা মফমদুদা, থাজবা হনজিন্নবা ঐনা চৎলি; ঐনা পাঙথোক্কে নিংদুনা লাকপ্লিবা পান্দম অদুগীদমক্তা ঐহাক মতম খুদিংমক্তা থৌরাং থৌদুনা লৈ”।

শ্বামি সৎচিদানন্দনা রিশিকেসকীদমক খর ঙনখৎনা চৎপা পামখি, মবমদি মানা অইবা অসিদা হায়রম্বনি, “ বাবাগী মরমদা শন্দোকলিবা অপঙবা ৱাবিশিংদু শেংদোকপা তাবনি অদুগা ইচিন-ইনাও সন্যাসিশিংদুদা বাবাসি ঈশ্বরনি হায়বসি খঙহন্নবনি”।

শোক ১৯৫৭কি জুলায় তাং ১৪দা পুত্তপার্তিদগী কারনা যাত্রা তৌখি। অযোধ্যা আশ্রমদা সিরদি সাই বাবাগী সিলভর মুর্তি অমা হাংদোক্লবা মদনাপল্লিদগী মাইল ৩৭ লাপ্পা মেদকুর্তিদা পনখি। অয়ুক্কি নুমিৎ য়ুংবদগী খুঙ্গংগী মীয়াম অচৌবা অমনা বাবাবু ঙাইরম্মই; বাবানা মীয়াম অদুদা পুং অমা হেন্না পাওজেল পিরম্মই। মহাক্না হায়খি, আশ্রম শাখিবা অদুম হায়না করিগুম্বা থবক অমা, ওইদবা য়াওদনা, ভক্তিগা লোয়ননা অমদি অতোপ্পা কান্নবগী ৱাখল য়াওদনা চুম্নতগী থবক অদুতা ফজনা তৌপ্রগা লোয়রে খন্না পাঙথোক্লবদি মদু 'তপস' হায়বা ৱাহে অদুগী চপচাবা অর্থনি। ঈশ্বর ফংনবগী পাম্বে ওইরিবা হকচাং অসিবু থওইনা থৌশাদববু নিন্দা তৌরম্মই। "মসিদি ঈশ্বরগী লৈফম-লায়শংনি; পোকপা অমসুং শিবা হায়বা সমুদ্র অদুবু লান্নবা হি-নি; অফ-ফত্ত খন্থবা অমসুং অপাম্বা লৈত্রবা হায়বা নৌ অনিসিগা লোয়ননা লানগদবনি; অদুনা মসি নিংথিনা ফনা থমগদবনি।" মদুদা তিল্লিবা নুপীশিং অদুদা ওনশিল্লদুনা হায়খি মদুদি মখোয়না অঙাংশিংদা ভক্তি, থৌনা, মশানা -মশাবু ব্যবহার তৌজবা অমসুং অচুম্বা ঙাঙবগী হৈনবিগী ৱাখল পোকহনগবনি। মহাক্না হায়খি :"কনা অমতনা নুংঙাইবা থিবদা করিগুম্বা মফম অমদা চৎলোইদবনি"। "মসিদি নংঙোন্দা মৈরি অমাদৌনা লৈরবনি; অচৌবা মৈরি অমসুং মৈ ওইনবগীদমক নহাক্না নুংশিং হমগদবতনি"। মহাক্না লাউথোকখি মদুদি মহাক্না পৃথিবী অসিবু অতিয়া। ওনথোকপা অমসুং অতিয়াবু পৃথিবী ওন্থোকপা ঙমলবসুঁ, মঙোন্দা লাকপা মীশিং অদুনা মখোয়না নিজবা অমসুং খঞ্জবা অদুতং ফংই। মহাক্না হায়খি মদুদি বিবেকা অমসুং বাইরাগ্য হায়বসে লাক্লিবা ৱাখল অদুবু চুন্নিব্রা নত্রগা চুমদ্রিবরা হাযবদু হন্না-হন্না খল্লবা মতুংদা মশানা অদুম লাকচবা পোৎনি। "অশেংবা ভক্ত অমনা ঙাইহাক্কি ওইনা খল্লকপা ৱাখলশিং অসি খুদুম চনগদবনি; অশেংবা মুনি অমনা অথৌবা জ্ঞান লৈনবা হোৎনগদবনি; অশেংবা সেবা তৌবা মী অমনা পুক্লিংগী পাঙ্গল, কনখৎহনগদবনি", বাবানা হায়খিবনি।

কাংবু অদু জুলায ১৫দা মদ্রাসতা থুংখি; মফম অদুদা নুমিৎ ৪নি লৈরগা মানা খনবা ভক্তশিংগা লোয়ননা তাং ২০দা দিল্লিগীদমক প্লেন তোংখি। মাগী টিকেত্তা Mr. S.S. Baba হায়না ইরম্বদুদা মহাক য়াম্না নুংঙাইজখি। Mr. হায়বা ৱাহেদুদা মথন্তা থৱাই তানা নোকখি! বাবানা প্লেন মনুংদা কোয়চৎ-চৎখি, মদু

অকোয়বদা লৈরিবা ময়ামদুনা মহাকপু উবগী খুদোংচাবদু ফংজনবনি। মহাক্না প্লেন মনুংদুদা বিনধ্যা চীংগী মথক্তা, মপান্নাইদা ষাত্রিক অমা ইন্তরভিউ পিখি মরমদি মতম অদুদা মানা বাবাসি খণ্ডলকপদগী তাঞ্জা অদু নিজরকপননি। বাবানা মঙোন্দা স্কুল ওজা, মানা নুংশিজবীদু লুহোংঙউ হায়রকপদা মহাক পুমণ্ডক ঙকখি মবমদি মহাক্না খনখি কনা অমতনা মাগী পুন্সিগী অসিগুম্বা মতাং অসি খণ্ডখিদ্রিবনি। মাগী মমা-মপানা কন্না য়ানিংদবদু য়াহন্নবা হোৎনবদা বাবানা মতেং পাঙগনি হায়না থাজবা পিরমই।

প্লেন অদু পালম্দা নুংথিল পুং ৪-২০দা থুংখি। বাবানা লৈনবা শিনখ্রবা সুন্দবনগর বঙ্গলোদা থুংলবা মতুং পুং ১গী মনুংদা বঙ্গলোরদগী বাবাবু কৌবকখি হায়বদি ভক্ত অমা অব্রাবা তাখি। খুদক্তা বাবানা মশা থাদোক্তুনা চৎখি, অব্রাবদু কনখি। মতুংদা মহাক্না হায়খি, অনাবদু য়াম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইবা Paralytic strokeনি নোংমদা ভজন অনিরক শকপদুনা দিল্লিগী ভক্ত য়াম্না তিনখি লোয়ননা মখোয়গী মরুপশিং অমদি মরীমতাশিংনা মতম কুইনদগী মখোয়গী গুরুগী মতিক-মগুণ লিদুনতা লাকপনিনা, মযামদু তিনখিবনি। বাবানা মী মযাম অমদা ইন্তবভিউ পিখি, মদুগী মনুংদা মাগী মহৌশাগী মতৌগুম মখোয়গী অব্রাবা-খুদোংথিবা কয়া যেংবিবগা মতিকচানা মাগী থৌজাল পিনবিখি।

জুলায় তাং ২২দা কার তোংদুনা বিশিকেশকীদমক দিল্লি থাদোকখি। শ্বামি সিবানন্দগী সেবক সন্যাসিন অদুনা Hardwar দগী বাবাগা লোযনখি অমসুং মহাক্না সিবানন্দনগবদা নুমিদাং পুং ৬ $\frac{১}{২}$ দা থুংলবা মতমদা শ্বামি সিবানন্দনা আশ্রম অদুদা লৈবিবা মযাম অদুগী অখন্নবা মিফম অমা কৌদুনা বাবাবু থম্মোয শেংনা তবাম্না ওকখি। শিবানন্দনা মাগী তৌফম থোকপা ওইনা মখুৎ অনি লোন্নদুনা বাবাবু ওকচখি। বাবানা মখুৎ তঙখাই থাঙ্গত্তুনা (Abhayahastha) ব্যবহাব অদু হনখি; খুৎথাঙ্গৎ অসিনা ব্রারবা মীওইবগী থম্মোয লিশিং কয়াদা শান্তি পিনবিখ্রবনি।

শিবানন্দরগর অসি মতম পুম্নমক্তা শংদুনতা লৈবা চীংগী তমপাক্তা লৈ, অদুগা ইমা-গঙ্গাগী য়েৎথংবা পাম্বোম্না য়াম্না নুংশিনা কোনবিবি। অয়াম্বা মতমদা লৈচিন-

নোংফাইনা কাংখন-খনজিনবগুম কুপশিন্দুনা লৈবিবা ওইথংবা তোর্ব্বান অদু নুংশিৎনা লৈচিন হুমদোকখিবা মতমদা মবক-মবক্তা উবা ফংই অমসুং লাইশঙ পবেং-পবেং, খাংপোকশঙ কযা, গীতাভবন কযা, স্বর্গ-আশ্রম, অমদি পবামবতা-নিকেতন-নচিংবা শঙ কযানা নিংথিনা মবাং-কাযনা লৈতেংবদু উই। মীওইবগী পোকপদগী লোযনবকপা যুমতদা লৈনিংবগী ব্রাখলবু নিংশিংহল্লিবা শঙ মযাম অসিদগী হেন্না নিংথিজবদি মাযগৈ খুদিংদা জঙ্গলতনা পিক থনখ্রবা চাউব-চাউববা মুনি-ঋসি কযানা ঈশ্বরগী খুভম তান্নবদা চীক্লা, তুমিন্না লাইনিং-লাইশোন তৌদুনা লৈবগুম ইবিবা চীংজাওশিং অদুনা হেন্না থম্মোযবু শুমহৎলি। মখোযনা মীওইবগী মিৎযেংবু নুংলোমদা ওনশিহল্লি অমসুং মপানথোংগী ইতিহাসকী ওইবা ব্রাফম কাউথোকহল্লগা ঈশ্বরগী মাযগৈবোমদা চিংশিনখিদুনা পুক্লিংবু খমথেংনা নুংঙাইহল্লি।

পৃথিবী অমসুং অতিযাগী মচানিঙোল গঙ্গাসু মসিদা লৈবে, মহাবাজকুমাব অমনা থাইনগী মপা-মপুশিংবু পেলহন্নবা তৌজবকপা-লাইনিং-লাইশোন্দা মায পাক্লদুনা ভাবত বর্ষ মনুংদা চেনশিলহল্লে অমসুং মচাশিং, মশুশিং পুম্নমক্তা মতম পুম্নমক্তা মতম পুম্বগী ওইনা চাউখৎপা,নুংঙাই-যাইফবা অমদি অবানখুভম পিবিবগনি হাযবগী থাজবা আশা পিবিবা গঙ্গা; থাইনা মমাংদগী আজা পুজাগীদমক, পাপ কোকতন্নবগীদমক, ফত্তবা ভূত-প্রেত তান্থোক্লবা-থিনদুনতা লাক্লিবী গঙ্গা; কবিতাদা অমবপদবী ফংখ্রবী, লৈতেংগী সাইদাংফম ওইবিবী, যেক খোৎপদা মবা তাখ্রবী, যেকপদা মী ওইবগুম থব্রাই পাল্লিবী, ঈশৈ নোংমাইদা ব্রাংনা শৈথাবিবী, অবোইবা নুংঙাইবগী ঈচেল ওইনা সনমান তৌনবিবী, মহাক্কি নুংঙাইবনা বাবিতবু মমা লিশিং কযানা নাময় গানকপদা মহস্বাক্তা যাতাবিবা মচাশিংদা লীনবিবী গঙ্গা। ভাবতবর্ষনা মালেমদা পিববা পাওজেল অমসুং পবমপবাদগী লৈবকপা চিংলেম্লবা মতিকমগুণ কযাবু মিপুম খুদিংদা নিংশিংহন্দুনা গঙ্গানা যাম্না চিংলেম্না ভাবতবষ ফাওদুনা চেন্থনি।

মথং নুমিত্তা আশ্রমদা লৈবিবা মযামদুনা সতসঙ্গ অমা শিনখিবমই অমসুং বাবাদা পাওতাক অমতং পিবিবম্লবা গাযজক্নবদা মহাক্লা গঙ্গাগী ব্রাফমসি পনখিবমই অমসুং মসিগা সমুদ্র তম্না চেন্থবিবা সন্যাসি অমগা চাংদম্নবমই। মহাক্লা হায়খি মদুদি তুবেল খুদিংমক্লা মখোয সমুদ্রদগী লাকখিবনি হাযবসি চপচানা মশানা খঙজৈ অদুনা সংস্বাবগী

ওইবা খুরৌথাংবা কয়ানা অপনবা পিরবসু মখোয়না খঙজখিবা জ্ঞান অদুমক্তা সমুদ্রদা থুনা চেষ্টনবা হোৎনজে। মহাক্কা শিবানন্দনগরগী অচিকপা ফিভম অদুবু ৱাংনা থাগৎখি অমসুং আত্মাগী অচিকপা ফংনবগী ফরবা মফম্নি হায়খি। মহাক্কা হায়খি: ভা-হায়বদি শেম্বা, গ-হায়বদি ঙাক-শেনবা, বা-হায়বদি হোৎদোকপা ওন্থোকপা; ভগবান-হায়বদি অহুমমকসিবু লোয়না ঙম্বা হাযবনি, মহাক্কা হায়খি। "মসিনি ঐগী অবোনবা," মানা লাউথোকখি।

মানা করিগুম্বা খর লৌবা অমসুং পিবগী মতাংদা ঙাঙবদা মহাক্কা হায়খি মীয়াম্না ঙাঙনরিবা পুম্নমক্কু অরেম্বা, ওইদবা ঙাক্কনি অদুগা মানা নিঙলকপা খুদিংমক খুদক্তা ফংহল্লি হায়না হায়খি। মানা পোৎশিংদু পুথোকলিবদু মাগী ভক্তশিংদা নুংঙাইবা পিনবনি, মপা অমনা মচাশিংদা অথুম-অহাও য়েনবগুম্বনি, পুকচেল চাউবা উৎননবা নত্তে, নত্রগা মপা অমনি হায়বা উৎননবা নত্তে। মহাক্কা মখোয়দা পিবিবদু অৱাবা অমসুং লাংতক্লবা ৱাখলদগী কন্ননবনি, মখোয়গী পক্লিং শান্তি লৈহন্নবনি, আধ্যাত্মিক্কি বাখল হেন্না পুক্লিং চংনবনি অমসুং অযাম্বা মফমদনা মহাক্কা ফংলিবা মী অদুগা অনিগী মবী কাযহন্দনবনি, যোকখৎনবনি। মখোয় অদু কনা অমতবু পামহন্নবা নত্তে; মখোয অদু মন্ত্র অমসুং তন্ত্রগী পোৎথোকসু নত্তে, মখোয অদু পোৎ পুম্নমক পুথোক্লিবা অসুম হাযনা অদুম পুথোকপনি; চুম্না হেন্না থুহনবগী ৱাতনি, নত্তে খুদক্তা পুথোকপগী বাতানি। মখোয অদু সংস্বাবগী পোৎ অতৈনা কুইনা লৈবগুম লৈগনি। "ঐগী খ্বাইদগী অফবা খুদোলদি প্রেমনি; ভক্তশিংনা মদু ফংনবা হোৎনগদবনি, লোযননা বিবেকা অমসুং ভাইবাগ্য অনিসিসু ফংনবা হোৎনগদবনি, মসিদি গুরুথক্তনা পিবা ঙমই।" বাবানা হাযবিখিবনি।

অদুগী মতুদংগী বাবানা মখুৎ হাযফেত্তং ওৎলগা হাযনিংঙাই লৈতনা ফজখ্রবা মরু ১০৮ য়াওবা রুদ্রক্ষ মালা অমা পুথোকখি; মরু খুদিংমক্কু মপা লৈত্রবা সনানা ফবান চনবা খুৎশেমগী পোথোকনি, মরু পুম্নমক সনানা লঙ ওইবগা লৈ পবেংগুম লেংশিল্লি, ময়াম মঙা পানবা অচৌবা মরু অমনা ময়ায থংই। মদু মহাক্কা শ্বামি শিবানন্দ সরস্বতিদা খুদোল তমখি। মহাক্কা বিভুতি মযাম অমসু পুথোকখি অমসুং মশামক্তা খ্বাসি অদুগী মরায়বক্তা তৈবিখি।

নুমিদাংৱাইবমদা অদুগুম্বা তোপ-তোপ্পা মালা পরেং অদু মঙক্তা শিবগা সৎসঙ্গ হোলদা শ্বামি অদুনা চঙলকপা মতমদা মাগী ফজবা মতিক-মগুণ, শেম-

শাবদা হৈবগী থাক অমসুং মদুনা থোকহনখিবা মিবাকল অদুনা তিল্লিবা মিকুম খুদিংমক্কি থম্মোযদা থুক-থুক লাউবা ফাওখি। শ্বামি শিবানন্দনা বাবাগী মবমদা অমসুং বাবাগী পাওজেলগী মবমদা ঙাঙখি। ঈশ্বরগী মিংথৈবোল শক-শোনবগী কান্নবগী মবমদা মপুং ফানা নৈনখি অমসুং মশা ডাক্তব অমা ওইনা মযামদা আপিল অমা তৌখি মদুদি মীপুম খুদিংমক্কা নুমিৎ খুদিংগী চাং নাযনা ঈশ্বরগী মমিং তাবগা লোযননা নুমিৎ খুদিংগী বাইবাগ্য-সু চাং নাযনা চাগদবনি হাযখি। মদুগী নুমিদাংৱাইগী পাওজেলদসু বাবাগী য়াফমদা গঙ্গাগী মতাং যাওবকখি। মহাক্না অমুক্কা হাযদুনা হৌবকখি মদুদি-নবম-হাযবদি 'ঈশিং'; যাম্না চীংলেম্না চেন্থবিবা গঙ্গা অসে নবাযন মশামক্কি। তশেংনমক, চীং অমসুং তমপাক, মথক্তা লৈবিবা অতিযা, জঙ্গোলশিং, নুঙদুমশিং, মফম খুদিংদা লৈবিবা পোৎ খুদিংমক ঈশ্বরগী শকলোন ঙাক্তনি। মহাক্না নিঙখি,-"ইকোহম বহুস্যাম"-অদুনা পুম্নমকসি ওইবকখি। অমতা ঙাইবা নুমিত্তু ঈশিংবু যাওববদি হাযবদি ভক্তিগী ঈশিংবু যাওববদি চফু লিশিংদা মমি তাই। ভক্তি মশামক্না মী অমবু জ্ঞানগী লম্বিদা পুশিনবি, মবমদি ভক্ত অদুনা যাম্না থুনা অমদি লাযনা খঙবা ঙমই মদুদি ঈশ্বরদি পোৎশক খুদিংমক্তা লৈ অদুগা মহাক্তি অমথক্কনি, অনিশুদে।

বাবাগী পাওজেলদা অমদি বাবি-বাতাই শাবদা অসুক্কি মতিক তাঙলবা অমসুং লুববা লৌশিং যাওখ্রে মদুদি মথংগী নুমিত্তদি খুমাঙ-চাউশিল্লবা লম্বোইবাশিং অমসুং ব্রহমাচাবি কযানা বাবাগী মনাক্তা লাক্লুনা মশাগী চিংনবা কোক্লবা ৱাহং কযা হংলখি। বাহংগী মতাংদি যাম্না পাক চাউখ্রে, মখোয অদুদি প্রকৃতি ধর্ম্ম, পবমাবতা ধর্ম্ম, অমসুং কবতবা ধর্ম্মগী পুন্সিগী ঈচেলদা লৈগদবা থাক, অহাঙবা অমসুং অথনবগী মওং, ভগবত সংকলপগী তৌগদবা মওং(Modus-Operendı) আসিনচিংবনি। শ্বামি শিবানন্দসু নুমিৎ খুদিংগী বাবানা লৈবিঙৈদা নুমিদাংৱাইদা বাবাগা কু[illegible] বাবি শানৈ। বাবানা শ্বামিদা মাগীদমক্তা অখন্ননা পুথোকপা উহৈশিং অমসুং বিভূতি পিখি; শ্বামি অদু নোংম-নোংমগী হেন্না-হেন্না ফগৎলকখি হাযবসি পুম্নমক্না উনখি। নোংমদি বাবানা মখুত্তা গঙ্গা ঈশিং লৌখি, অদুবু যেংউ, মদুনা য়াম্না থুম্বা মনম নুংশিখ্রবা অমৃত ওন্থোকখ্রে অমসুং মদু শ্বামি অদুদা হিদাক ওইনা শিজিন্ননবা পিখি। বাবানা যৌবকপা অমসুং মতুং নুমিৎ খবনি ফাওবদা

(আশ্রমদা) চাকা পানবা গাড়িনা আশ্রমগী অকোয়বদা ইল্লগা পুরম্বদু বাবানা চৎকদবা নুমিৎ অদুদদি মখোঙনা কোয়না চত্তুনা, শিরিগাদু মথন্তা কাখৎ-কুমথ তৌদুনা আশ্রমগী তোঙান্-তোঙানবা শরুক অদুবু য়াম্না হরাও-তয়াম্না বাবাদা তাকপদু উবদা ময়ামদু অঙকপা-নুংঙাইবা অমা ওইনা তৌখি।

জুলায়গী তাং ২৬ অদুদি ভক্তশিংগী অমসুং আশ্রমদা লৈরিবা ময়ামদুগী য়াম্না নুংঙাইরবা থৌদোক কয়াগী নিংশিংবা নুমিৎ ওইনা তৌখি, মরমদি বাবানা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা গরহব্রাল রানিগী কোনুংদা অয়ুক অমতং চিক্লা লৈক্লনবগীদমক বস তোংদুনা গঙ্গাগী তোর্ব্বান পরিংদা চৎলমই; লম্বিগী পরিং অদুদা উখ্রিবা দৃশ্য অদু য়াম্না পুক্লিং থৌগৎনিংঙাইনি। চীংগী মবক-মরক্তা গেরুব্রা মচুগী ফিরাল থেৎপা তরক-তরকপা খাংপোকশঙ উবা ফংগনি (কনাগুম্বা অমনা আত্মাগা লানথেংনরি তাকপনি) নত্রগা খোয়দোক্লবা লমহাং মচেৎ খর (পুন্সিগী হিংনবা লানফম শোক্লরিবা উৎপনি) খঙহৌদনা গঙ্গাগী তোর্ব্বানমক্তদা, নিংথিনা, তরু-তনালনা শেল্লবা লৈকোল অমগী ময়াযদা মনি-মুক্তা অমনা ঙানবগুম, নিংথিরবা যুম মচা-বঙ্গলো অমগী মমাঙদা বস অদু খামলমই। বাবানা উহৈনা পিক থল্লবা জম্বু পাম্বি অমা উবমই অমসুং লম্বোইবা অববযাবগী মুরুগাগুম বাবানা উহৈশিংদু হেক্লমই অমসুং চৎমিন্নবিবা মীওইশিংদা য়েনথোকলমই। গঙ্গা অদুগী তোর্ব্বান্দা হৌবা উপাম্বি অমগী মখাদা মহাক্লা ফমলমই অমসুং মীওই খবনা মখোয়দা ব্রাহনবা বাফম খবগী মতাংদা ব্রাহং হংলমই। উপনিসদনা হাযবিবা ব্রাফমশিংদা মদুনা ঙসিগী সমাজদা কবি কান্নবিবগে হাযবনচিংবা ব্রাহংশিংনি। মহাক্লা হায়খি: মখোয অদু লম্বি তাক্লবা য়ুংলিবা খুটিগুম্বনি, পস্তুংফম য়ৌবগী নুংঙাইবা অদু ফংনবা লম্বিদি অদুম চৎপা তাবনি। শ্বর্গ অমসুং নরকা-গী মবমদসু ব্রাহং অমা লাকখি; মদু বাবানা সংস্বাব অসিদা অদুম লৈবনি হায়না খুমখি। য়াম্না কুপ্না থিজিনবা সন্যাসিন খরনা আত্মাসক্ষৎকারগী মরমদা অমদি ঈশ্বর ফংলমদাইদা মায়ানা মরোমদোম শৌদোকচখিবা, মাংজখিবগী মবমদসু হংলমই।

মখোয়না হল্লকপগী লম্বিদা মফম অমদা খামলমই। মদুদা য়াম্না পিকপা য়োৎচৈ মচা অমা য়ুংলমই; মতোন্দা "বসিস্তা-গুহা" হায়না থাবা, মমি-শামি উবা প্লেত অমা থেৎলমই। মদুদা চংনবগীদমক য়াম্না চপয়ুংনা ঙম্বা তোর্ব্বান অদুদা

কুমথবমই। মাংজৌননা হান্না তোযনা চংলুববা মওংদা য়াম্না খুৎলোয়না অমদি মদুদা লৈবিবা মীদুগা ঙাংন-শিংনবগা লাকপগী মওংনি। শুরুং অদুগী মনাক্তা গঙ্গা তুবেলনা চাউথেক-থেকই; মনাক অদুদসু তুবেল মচা অমনা মাগী লৈজবা পুন্নমক গঙ্গাদা কৎশিল্লি; অদুনা দৃশ্য অদু হায়নিংঙায় লৈতনা ফজে। 'বসিস্ত-গুহা' হায়বসি য়াম্না ব্যবহাব তৌনববা মমিংনি। মবমদি মফম অসি চাউর-চাউববা মুনি-ঋসি কযানা অমদি লমবোইবা কযানা মতম কযাগী মমাংদগী মফম অসিদা পাংথোকখিবা লাইনিং-লাইশোন্না নিংথিনা শেংদোক্লবা মফম অমনি।

শ্বামি পুরুষোতমানন্দ হায়বসি বামাকৃষ্ণগী থাক্তা লৈখ্রবা শ্বামি ব্রাহ্মানন্দগী সেবকনি। মহাকপু শ্রীবামকৃষ্ণগী হকথেংনবা সেবক মহাপুরুষজীনা মফম অসিদা সন্যাস ধর্ম্ম পিখিবনি; মহাক শুরুং অসিদা চহি ৩০ লৈবক্লবনি। মহাক্না বাবাবু মফম অসিদা লাক্কনি হায়না ঙাঙনবগা লাকপগুম তবাম্না ওক্লমই। মহাক চহি ৭০গী মথক্তি .(বাবাদি চহি ৩১দা ঙাইবি)। মহাক্তি পুন্সিগী অযাম্বা শরুক্তি য়াম্না মরুহকপা লাইনিং-লাইশোল তৌদুনা অমদি অবিবা লাইবিক লাইশু নৈনদুনা লেনখ্রবনি। মহাক্তি মাযথোং অদু আধ্যাত্মিক্তি নুংঙাইবগী তশেংবা মঙাল অমা লৈ অমসুং ঈশ্বরগী মতিক-মগুণগী মবমদা হায়ফেত্তং পনবদা মহাক সমাধিদা লৈখি। মহাক্না চহি ২৭ শুবা মতমদা ব্রাহমানন্দজীনা মাগী খুবাক কন্যাকুমাবিদা যেংখি অমসুং মহাক শুরুং অমদা চঙদুনা লাই নিঙদুনা অদুম লৈগনি হায়না মাঙজৌননা হাযবিখিবনি।

মহাক্না শুরুং অদুদা লাকপা মতমদা অহানবদা থেংনখিবা অব্রাবশিং- কবো-কৈ, কোত্রা নচিংনা অমদি বিাষকেশগা লমবিদা নুমিৎ হুন্নিগী খোঙচৎ, থুম অমদি মৈখেৎ উপু ফংনবা হোৎনবদা ব্রাখিবা মওংশিংদু বাবানা নিংশিংখি; ঈশ্বরগী থৌজালনা অব্রাবশিংদু কোকখিবগী মবমদা বাবানা ঙাঙলমই। মহাক্না লোয়নবাশিংনা য়াদ্রবসু অমসুং নোং চিংগী ফিভম য়াম্না ফত্রবসু মথংগী নুমিদাংবাইদা বাবানা মফম অদুদা অমুক চংলমই। অতিযাগী ফিভমসু ফখ্রে. যেৎলম্বা মযামদুসু ইংথখবে; বাবাগী থৌজালনা অতিযাসু পুমশেং-শেংখ্রে, নোং পুন্নমক মফমদা হঞ্জিনখ্রে। নুমিৎ অদুমদি বসিস্তা গুহা মনুংদা বাবা মশামক ঈশৈ য়াম্না শরাখি অমসুং শ্বামি পুরুষোতমানন্দগী সেবকশিংগী মরক্তগী অমনা

ত্যাগরাজগী ঈশৈ অমতা শকপিনবা হায়জখি; য়াম্না থৌজাল হৈবগী মওংদা ত্যাগরাজগী করম্বা শৈশকপু মহাক্না খ্বাইদগী হেন্না তানিংবগে হায়না হংবিখি। শ্বামি কলিকানন্দনা হায়খি মহাক্না তানিংবদি-"শ্রী রঘুবরা...!" বাবানা ঈশৈ অদুমক মহাক নুংঙাইজনবা শকপিখি। কনাগুম্বা অমতনা হান্ননা বাবাগী মসিগী ঈশৈসি শকপা তানখিদ্রি, অদুনা মসি পুম্নমক্কি লাইবক ফবা তাঞ্জা অমনি, মসিগীদমক শ্বামি কলিকানন্দজীবু থাগৎনখি। শ্বামি অদু কুইনদগী চাকখাওগী অনাবা লৈ হায়বা তাবদগী মহাক্না খুদক্তা মিশ্রি (Candy) খর লৌরগা মঙোন্দা পিখি অমসুং চাবা থকপগী মরমদসু পাওতাক খর পিখি। মহাক্না মখুত্তা পুথোকখিবা যাম্না লংবা স্ফাতিকা মরুগী জপমালা অমসু পিখি।

অদুবু, হেন্না ঙকপা অমসুং মকুওইবা ব্রাফমদি-নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাইদা শ্বামি পুরুষোতমানন্দদা উহনখিবা ফজখ্রবা শক্তম (vision) অদুনি। ঙন্তানা শোক ১৯১৮দা পুরুষোতমানন্দনা মাগী গুরুদা ইখিবমই,"পুম্নমক ওইদবা ঙাক্তনি, ঐনা ঈশ্বরগা মাযগা-মায়গা হাকথেংননা উনদ্রিবমখৈ ঐ পেনবা ঙমলোইদৌবি"। মীপুম খুদিংমকপু মপান্দা তান্থোকখ্রগা বাবা অমসুং ঋষি অনিদু মনুংগী কাদা চঙখিবমই। শুরুং অদুগী মপান্দগী উহৌবা Divine Life Society, Venkatagiri গী প্রেসিদেন্ত শ্রীসুব্ববামিয়ানা হায: "ঙসি ফাওবদা মদুগী দৃশ্য অদু থম্মোযদা হক্তুনা লৈখ্রে, কাওবা ঙমদ্রি। ঐহাক শুরুং অদুগী চংফম মনাক্তা লেপ্লমই। কবি থোকখিবগে হাযবদু ঐহাক উবা ঙমখি। বাবানা মাগী মকোক অদু শ্বামি পুরুষোতমানন্দগী মতম্বাক্তা থম্লমই অদুগা মশাদু হিপথরমই! খঙহৌদনা মাগী মশা পুম্নমক্তু ঈশ্বরগী মঙাল অমনা পুমযোম-য়োমশিনখি। ঐনা উবদা মাগী মকোক অমসুং মমাযদু যাম্না চাউবা হেনগৎখি। মাগী মমায়দগী অবংবা মঙাল ময়াম থোবকখি। ঐহাক ৱাহৈনা ফোঙঙমদ্রবা নুংঙাইবা অমনা থুমহৎখি। মতম অদু নুমিদাংগী পুং ১০ রোম তাবা মতম্নি।" মতুংদা ঐখোযনা করম্বা শক্তমনো তাকপিনবা হায়জবদা বাবানা হায়খি:"মদু জ্যোতির-পদমানভা" শক্তমিনি হাযবিখি। কয়াদা পুমথোই-থোইখ্রবা থৌজালগী মশক্লো! কয়াদা মমল নায়দ্রবা অফবা লাইবক্লো! শ্বামি পুরুষোতমানন্দজী শোক ১৯৬১গী শিব-রাত্রিগী অহিং, লিঙ্গ পুথোকপগী তাঞ্জাদা নোঙ্গাখি।

শুকং অদুদগী হল্লকপদা বাবানা ঙাইহাক্তং হকচাং থাদোকলুই! মতুংদা মহাক কদায়দা চৎলুবগে হংবদা মহাক্লা হাযখি মদুদি মহাক যাম্না চাউবা ষোগি অমা ঈশিংনা থুল্লবা মোংফমদগী কনবা চৎলুই। মসিনা পুম্নমক্কি লাংতক্লবদু হেনগৎহনখি, অদুনা মখাতাবা অকুপ্পা মবোল খঙনিংবদগী বাবাবোমদা নকশিল্লমই। অদুবু মহাক্লা মখোযগী ব্লাহং পুম্নমক থৈদোক্লগা হায়বকখি : মহাক কনানো হাযবদো সুব্রাহমান্যম না হাযবা ঙমদগনি। অদুনা মী খবনা সুব্রাহ্মানম থিবা চৎখি (চৎমিন্নবা কাংবুনি)। মহাক ফংলদুনা মফম অদুদা পুবকখি। বাবানা মঙোন্দা মদুগী নুমিদাংব্রাই অদুদা মহাক্লা বসিস্তা গুহাদা লৈবিঙৈদা কবি উখিবগে হংলমই। মদু মানা বাবাদা খুদক্তা পাও পিহৌদবগী ঙাকপিনবা হায়জখি, মবমদি মহাক্লা অশিবা হকচাং অমা গঙ্গাদা তাওথবকপা উখি, অদুবু মদু ফত্তবা খুদম অমনিনা মদু শেংলবা শুকং অদুগী শেংলবা তানফম অদুদা মদু পনখিদবনি। বাবানা নোকখি অমসুং হাযখি মদুদি মদু অশিবা হকচাং নত্তে; তাওথবক্লিবা ষোগি অদু মপানথোংগী মিৎযেংদদি মহাক পুমশি-শিবে, মবমদি মানা মশাগী যিভম ফাওবা খঙজবা ঙমদ্রে। মহাক ঈচেল অদুনা পুথবকপনি। মহাক তুবেলগী মযাদা লৈবা নুংদুম অমগী মথক্তা ধ্যান তৌদুনা ফম্বা মাল্লি। ঈশিংগী ঈচেল অদুনা নুংদুমগী মখাদা লৈবা লৈপাক চেপ্পোকখিদুনা নুংদুম অদু ওম্পোকখিবদগী মহাক ঈশিংদা লংর্থাখিবা মাল্লি। “মদু পুন্নমক অহানবদদি মঙগুম থোকলমই”, বাবানা হার্যাখি। মতুংদা মহাক অসি গঙ্গানা পুথখ্রে খঙলবা মতমদর্দি মহাক ঈশ্বরদা হাযজবা হৈবকখি। মহাক্লা কৌবকপদ্ বাবানা তাখি; মহাক্লা তাওথবক্লিবা হকচাং অদু তপ্পা হেন্দ্রবান্দা পুসিনবিগ্রে, মদ্ শিবানন্দনগবগী মথক্তা মাইল খব চৎলগনি. মফম অদুদা মহাকপু মশা শাগৎহন্নবা অমদি শেবা তৌনবা যুম মচা অমা লৈবমই।

মতম অদুদা বিশিকেশতা লৈবম্লা ভক্ত অমনা ইবি ·“থৌদোক অদু মহাক্লা (বাবানা)। র্ ব এখোয তাখি। মহাক্লা সংথাবগী ব্লাংমদা লৈবিঙৈদা (trance) মাগী মখুৎ অনিদু লোনশিন্নবমই, কাবিগুম্বা খব পাযবগুম। বাবানা মাগী খুবাক অনি পাযশিন্নখিবদু সন্যাসিন অদুগী থম্মোয অদু ঙাক্লনবনি। সাধু অদু মাইল ৩০ তাওথবক্লগা কনবিখি। মাসিবু সিস্তাবক্ষনা (preservation) নত্রবদি কবিনি হায়সিগে? অদু ওইববদি. মখাপা যিভম অহুমসিগী মনুংদগী অমদি শোক্কদবনি

**করিগুম্বা মহাক অদুনা বাবাগী মিংয়েং ফংগে হায়রবদি : মহাকপু ঙাকথোকচনবগী বাবাদগী করিগুম্বা খর-রক্ষাগী মওংদা ফংগদবনি নত্রগা মহাক্লা থৱাই হকচাং য়াওনা ঈশ্বরদা হায়জগদবনি। করিগুম্বা খুদোংথিবা অমা থোক্লরবদা অৱাবা তারিবা মী অদুনা মথক্কি ৱাফম অনিসিদা শোকপা ঙমদ্রবদি মহাক য়ামদ্রবদা অচুম্বা ঙাঙবা অমসুং পুক্লিংচংবা (sincerity) মী ওইগদবনি। মহাক ভক্ত ওইদ্রবসু যাই; অমসুং ঈশ্বরদা কৌবা মতমদা অকক্লবা মমিংগী দরকার লৈতে, ৱামা, কৃষ্ণ; জিসস, অল্লাহ, সাই অমা হেক্তা য়াই। মমিং পুম্নমক, শকওং পুম্নমক মাগীনি, মাখক্তগীনি, অৱাবগী খোল্লাও কৌরকপা অদুতবু কোকহনগদৌগি ঙাইদুনা লৈরিবনি। সাধু অদু বাবাগী ভক্ত নৎখিদে, নত্রগা মানা বাবাবু অমুক্তা উখিবসু নত্তে। অদু ওইরবা ফাওবদা মাগী থৱাই কনখিবা নত্রা? শকখঙদবা ষোগি অদুগী থৌদোক্লা মীপুম কয়ামকুমদা, বাবাগী বিশ্বপ্রেম-জগৎ পুম্নমকপু নুংশিবা অমদি মফম শিন্নুংনা লৈ হায়বগী শক্তিদবু খঙজখিবনি।**

বাবাগী বিশিকেশকী লৈফম শঙ অদু মানা লৈরিঙৈ মনুংদা যাম্না মথৌ চিনখি, মপুংওইনা আশ্রম অদুদা লৈরিবা মযাম, অমসুং মফম অদুদা পুল্লিবা একাদেমিগী ছাত্রশিং অদুনা সাধনা, জপম, ধ্যানম গী মবমদা হংলকখিবা ৱাহংশিং অমদি 'বশিকেশতা নৌহৌনা অশেংবা মঙলি অমা ফাওরে তানবকপদগী অতৎপা লৈতনা লাক্লখিবা মীয়াম অদুনা বাবাগী মথৌ চিনহনখিবনি। য়াম্না মমিং চৎলবা লম্বোইবা-পন্দিত শ্রীশদ-দরশনাচার্য্য শ্বামি-না মাগী সেবকশিং অমসুং ছাত্রশিংগা লোয়ননা অনিবক লাকখি। শ্বামি সদানন্দ অমসুং শ্বামি সৎচিদানন্দ অনিসু থৌবাংলবা মীয়াম্না কোযশিন্দুনা বাবাগী মবম, মাগী পুন্সি, মাগী মতিক-মগুণ, অমসুং পুত্তপার্তিদা লৈবা মাগী প্রশন্তি-নিলযমগী মবমদা হংখিবমই। শ্বামি সদানন্দনা ব্রমহচাবি অমদা খুমখিবা অইবা অসিনা তাহৌবা পাওখুম অমা- "বাবাদি মানা চৎনিংবা মতমদা আত্মা লোক, প্রান-লোক অমসুং জিব-লোক কী মতেংনা চৎপা ঙমই, মরম অদুনা মহাক্লা মফম অমদা, মতম অমদা করি থোকপগে হায়বসি লোয়না খঙবা ঙমই, মহাক্তি সর্বশক্তানি - পুমঙমঙম্বনি।" শ্বামি অদুনা হায়খি - মহাক মশানা উখ্রবনি মদুদি বাবানা চেং মতেক অমনা শামু-ময়া মচেৎ অমা ওনহনখি

অদুগা শামুময়া মচেৎ অদুমনা শামু মচা ১০৮দা অমুক ওস্থোকখি, খুদিংমক নিংথিনা ফজনা হকলগা শেম্বনি, মদু চাউথোকহন্নবা গ্লাস অমদা য়েংবদা নিংথিনা উবা ঙমই।

বাবানা জুলায় তাং ২৮দা শ্বামি শিবানন্দজীদগী বিদায় লৌবগা দিল্লিদা চৎখি। জুলায় তাং ৩১দা কাবনা মথুরা বৃন্দাবন দা চৎখি, মফম অদু মাগী মমাংগী অবতার মতমদা লীলা শান্নখিবা মফম্নি অদুনা ভক্তশিং অদুনা হাযবিবা ব্রাখল অদুগী মকুমদা মতাকপ্ মফম অদুদা য়েংনিংবগী খৌবাংবদু লৈখি লোযননা মহা-ভাগবতাগী নুংশিববা লৈনাম্না শুমহৎলবা মফম অদুদা মহাক্না লোযননা লৈমিন্নবদু পামখি। ভক্তশিং অদুনা বস অমদা তোংদুনা আসিগব ফাওদুনা চৎখি অমসুং অলিগবদগী মাইল ২০লোম চৎলগা গাড়ি যাখিদে, অদুনা অতোপ্পা গাড়ি অমদা লাকপদা পুং ৩ ½ বোম তাবদা মথুরা যৌখি। কাংবুদু চোকথনবমই,চাক লামলমই, পুক্লিং হস্থহনবগুম তৌবমই; অদুবু বাবানা মিনুংশি চাউবী মমা অমদগী হেন্না মিনুংশিগা লোযননা মযামদুবু তবাম-তবাম ওকলমই, থেমজিল্লমই অমসুং সেবা তৌবমই, অসুক্কি মতিক থোং নৌনা অমদি নুংশিনা সেবা তৌবিখ্রে মদুদি মীওই খবনদি গাড়ি যাখিদবদু লাইবক ফবনি হাযখি। মহাক্না মথোয অদুবু মাগী তোপ-তোপ্পা মিনুংশি চেনবা বাহৈশিং অদুনা নুংঙাইনবিখি। "ফেন মনাক্তা নকশিল্লকউ", "নখোঙ খব তিংথোকউ", "ঐনা লাকপা কান্দা লেপখৎকনু", "য়েংউসো মসিগী অইংবসিনা নঙগীদমক তোঙান্না শেম্ননি", "মসি চাউ, নও যাম্না শাথিনা চোকথবে"...নচিংবা বাহৈশিংসি মানা সেবা তৌনা তৌনা ঙাওখিবনি; মিকুপ অমদা মথোয পুম্নমক হান্নগী ফিভমদা হঞ্জিনখি।

বাবানা মখোয পুম্নমক যমুনাগী তোর্ব্বান্দা পুখি, ইঙ্গি অমগী লম মনুং ফাওবদা মহাক্না খঙবগুম তৌই, অমসুং মমাংঙৈদগী সনমান তৌনবকপা অশেংবা মফমশিংদু তাকলমই। কবম্না নিংশিংলকপা ব্রাখলনা বাবাগী মকোক্তা কবম্না তৌবিবনো হাযবসি কনানা হাযবা ৬মগনি - মহাক্না লিন হাৎখিবা মফম, গোপিশিংদা ব্রাবকখিবা মফম, গাড়ি লোংখিবা মফম, উ-ফাইবোক মক ফুকখিবা মফম। মাগী নুংশিববা খোঞ্জেল অদু তাবদা যমুনাগী ইথক মচা-মচাশিং অদুনা হবাওনা জগোই শাখিবগুম তৌখি; ষনবী খুদিংমক্না বাবাগী মিনুংশি চেল্লবা খুৎ অদুনা অমুক্তং শোকপিবম্নবা থিখিবগুম তৌখি।

মথুরারোমদা হল্লকপা মতমদা বাবানা হায়ফেৎ রাধা-শ্যাম-মন্দিরদা চংশিনখি। মন্দির অদুগী মমাংদা রাশ-লীলাগী কুম্মৈ অমা তৌনবা থৌরাং তৌরমই। বাবানা মনুংদা চংদুনা লাইখুরুমফম মপাদা হেক লেপ্পদা খুদক্তা মৈ মুৎখিরমই; মীপুম খুদিংমক্না করিগীনো হায়না ঙক্লরমই। বাবানা অদুদগী হায়রকখি; "ব্রারুনু; ঐখোয়না মসিগী রাধা-শ্যামসে দিল্লিদা পুরগনি অদুগা মফম অদুদা নখোয়না ভজন শকপা য়াই"। লাই থল্লিবা থোঙ অদুগী মমাংদা মানা মখুৎ ওৎলমই; মনুংদা লেঙশিল্লিবা নুঙ অঙৌবনা শাবা রাধা-শ্যামগী মুর্ত্তি অদুগা চপ-মান্নবা অমা বাবাগী মখুত্তা য়ৌরকখি।

শোক ১৯৫৭ কি আগষ্ট তাং ২দা প্লেন তোংদুনা শ্রীনগর চৎখি অমসুং নুমিৎয়ুংবা মতমদা কাশ্মির তমপাক য়ৌখি। এরোপ্লেন মথক্তগী য়েংথবদা য়াম্না চনৈনরবা নালা ময়াম অমনা পনজাপকী তমপাক্তা ঈশিংপিরিবা, অমৃতসরগী সনাগী মন্দির, বানিহল খোঙ লম্বি য়ৌনবা লাক্লিবা অমনবা অমসুং অচম্বা লম্বিশিং অমসুং কাশ্মির তমপাক উগনি। হায়রিবা খোঙলম্বি অসিবু অমুক্তং লাম্থোকখ্রবদি পুক্লিং শুমহৎনা নিংথিজরবা তমপাক্কি ফজবা -মদুনা মাসেদোনিয়া (Macedonia) অমসুং মোঙ্গোলিয়া ফাওবদা লৈবা অবাপ্পগী নিংথৌরেলশিংবু কল্লকহল্লিবা তমপাক অদু নমাংদা উগনি। মরুম-মুরুম শোল্লিবা ঈশিংশিং, উচান পাম্বিগী শাংল-শাংলবা পরেংশিং, নাপিনা মথুম-মরাং হৌনা শঙলিবাশিং, যাম্না চিক্না থবকশুবগী খুদম, অসিনা পুম্নমক্কি পুক্লিংবু নুংঙাইবনা পিক থলহল্লমই। শ্রীনগরদা লৈবা সংকরাচায্যগী লাইনিংশঙ অদুগী মকোক অদুনা বাবাবু মাগীদা লৈবিনবা কন্না হায়জরবসু-বাবানা ঈশিং মথক্তা য়ুমওইরিবা হি (House boat) অমদা মানা লৈরগা মযাম্না থংনবা হি অনিদা লৈবদুনা হেন্না পামখি। Alexandra Palace হায়বসি বাবানা লৈখিবা হি অদুগী মমিংনি; অতোপ্পশিংদুনা Prince of Kashmir অমসুং King's Rose হায়বসিদা লৈখি।

বাবানা প্রকৃতিগী ফজবদা শরুক য়ানবা মিপুম-খুদিংমক্তা পুক্লিং থৌগৎলি। ময়ামগী পুক্লিংদু লৈ অমগী ফজবদা, নুমিৎ থোকলমদাই নত্রগা তারমদাইগী মঙাল-মশেক ময়ামগী ফজবা, নোংগী লৈচিলনা থুমহৎলবা অতিয়া, অহিং অথেংবদা কিথি-কিরুম্না তনিক-তনিক্লিবা থরান্মিচাক পরেং, নত্রগা লেংলি-লেংলিবা কুন্দো পরেংগুম নিংথিরবী উরোক্কী পরেং-পরেংনা পাইরিবা! - অসোমদা পুক্লিং চিংশিল্লি। অদুনা নুমিদাংব্রাইদা মহাক্না ময়ামদু শালিমার অমসুং নিশাতবাঘ

লৈকোন্দা পুবমই; অদুবু হি-গী যুম অদুদা হল্লকপা মতমদা মহাক্না ব্লাফম অমা হায়খি মদুদি তমপাক্তা লৈখোম-লৈনাং মরক্তা ওন-থোইরিবা লৈকোল/ ইংখোলশিং অসিদা থৌবাং তৌদুনা শেমশ্লবা লৈকোল অসিদা য়েংলিবা মিৎয়েং অদু চিংথোক্লবা ঈশ্বরনা আ-অবাপ্পদা লৈবিবা উনতনা মতোন কুপ্লবা হিমালয়-চিং অসিদা শেল্লিবা অসিনা হেন্না ফজববা লৈকোন্নি হায়বসিনি।

আগষ্টকী তাং ৩ দা বাবানা গুলমার্গ অমসুং কিলনমার্গ -কীদমক চৎখি, মদু মাগা লোয়নবিবা কাববাবৱালাশিং, ললোন-ইতিক্কি থবক তৌবশিং, উকিলশিং প্রোফেসরশিং, অইবাশিং, কবিশিং, ঈশৈগী কালাকারশিং, শাসন তৌবিবশিং অমসুং লৌমিশিংদা হিমালয় চিংশাংগী উন-মযামদু উহন্নবনি। তনমার্গ (Tanmarg) তা শগোল মযাম ঙাংনবমই অমসুং সমুদ্র লৈমাযদগী চাউবাক্না ফুট ১৪,০০০ বোম ৱাংবা, শাংলবা, মাইল ১২গী মথক্তা যাম্না ৱানা চৎপা খোঙচৎ অদুদা বাবানা মযাম পুম্নমক্তু মাগী ফাগি-জুগাইনা অমদি মবক-মরক্তা য়েনথোবকপা প্রশাদম নত্রগা বিভূতি অদুনা যাম্না হৈনিং-হবাওহল্লকই। মযাম পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী ৱাংবা, খ্বাইদগী মিৎ-থুপ্পা, বাজা হাযবা শগোল অদু, পোকপদগী শাবন-গা কোন্ননা পোক্লকপগুম, যাম্না খুৎলোয়না তোংলমই। অমুক্তা ফাওবা পোৎথানবা কুমথখিদে। চীং অদুদা থেক্লা - খোয়না চৎলিবা লম্বি অদু নুংকুপ, নুঙ অঙৌবদগী কাযথবকপা মচেৎ অমসুং উচান পাম্বিগী উক-ৱাক না পিক থল্লমই, অদুবু শগোলশিং অদু যাম্না হৈ-শিংনা মখোযগী লম্বিদা উনগী পবেং যৌদ্রিফাওবা চৎলমই।

মফম অদুদা, কুমাবশ্বামিনা কাইলাসকী চীংমাযদা শান্নখিবগুম বাবানা উন মথক্তা খোউপ যা ওদনা শান্নখি- উন মতুম-মতুম চেন্থহন্দনা, চৎমিন্নবিবা কাংবুদা লঙাশন্দুনা, খোঙফমচাদনা নানথুদুনা তুববাশিংদা নোকশিন্দুনা অমসুং নুংশিৎ যাম্না ঈংই হাযবকপাশিংদা চৈবদনা শান্নখি। মীপুম খুদিংমক লোয়না চোকথবমই অমসুং ঈংলে, চিক্লে হাযবগী ৱাকৎনবকখি অদুবু মখোয়না নুমিদাংগী পুং ১০$\frac{১}{২}$ বোম তাবা কান্দা হি-গী যুমদা যৌবা মতমদা বাবাদি তগৎ-তেক্লিবা গুলাব লৈগুম তৌবমই।

Alexandra Palace অদু যাম্না থুনা প্রশান্তি-নিলয়মগুম তৌখ্রে; মবমদি শ্রীনগবদগী মহাকপ্ খুকমজবা অমদি আশির্ব্বাদ লৌবা মযাম অমা লাকখি।

ময়ামদুগী মরক্তা অহল ওইরবী নুপি অমা য়াওরকখি অমসুং হায়খি মদুদি হৌখিবা অহিংগী মমংদা কনাগুম্বা পাওমী অমনা মহাকপু মফম অদুদা চৎলু হায়বদগী লাকখিবনি। শ্রীনগরগী য়ুম খরদা বাবা লাকপিনবা বার্তন তৌখিবদু মহাক্লা য়াবিখি। অসিগুম্বা য়ুম অমা চৎপদা মহাক্লা অঙাং অমগী মঙক্তা লৈ-পরেং (Cardamo) অমা হুকপিরগা হায়খি : “মহাক অচৌবা ষোগী অমা ওইরক্কনি”! অঙকপগী মশক্তি! অঙাং অদুগী মপুবোক্লা হায়রকখি :“শ্বামি,! মদুমক অঙাং অসি পোকপা মতমদা জন্ম-কুঠি ইবিখিবা পাঞ্জি অদুনা মাঙজৌননা হায়বিখ্রবনি!” অদুবু, মদুসু বাবানা মঙোন্দা “নঙঙোন্দা হান্ননা মাঙজৌননা হায়বিখ্রে, নত্রদো” হায়না হংলবা মতুংদতনি।

মদু বাবাগী কাস্মির খোঙচৎকী থৌরাং তৌরিবা Tourist Agency অদুগী সেত্রেটরি অদুগী ময়ুমদনি। বাবানা খুদক্তা পুথোকখিবা মনি-মুক্তানা লৈতেংলবা খুদোপ-অমা পিখি। সুম ব্লারি শানরকপদা কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা মশাগী চহি কয়াদা ইমুং-মনুং থাদোকখিবগে হায়না হংলকখি! মহাক্লা হায়খি : “জগৎ অসিনা ঐগী য়ুম ওইবিবা ঐহাক্লা করম্না ইমুং-মনুং থাদোক্কদৌরিবনো”!

মহাক্কি পাওখুম অদুনা তারিবা পুম্নমক্তা মহাক অসি ঈশ্বরনি হায়বগী মঙাল ফংখি। Alexandia Palace তা লাকখিবা মীয়ামগী পরেং অদু নুমিৎ নিনিদি শুংলেপ লেপখিদে। আগষ্টকী তাং ৬তা এবোদ্রোমদা পৈরখিবা ভক্ত-ময়াম অদুদগী বিদায় লৌনবা - পিনবা হায়বসি য়াম্না মতম শাংনা চংবা অমসুং থম্মোয় ব্লানিংঙাইনি। মমৈথংদা প্লেন অদু দিল্লিগীদমক পাইখৎখ্রে। দিল্লিদগী অমুক মদ্রাস ফাওবা পাইখি, মফম অদুদা তেল্লবা মতম খব লৈরগা আগষ্ট তাং ১৪দা পুত্তপার্তিদা থুংখি।

# খুৎ ওৎপা - হাইবা
## (THE WAVE OF THE HAND)

অঙাং অমা ওইনা, বাব ন' লৌনিংবা মফম অমদগী পোৎ অমা হেক্তা লৌবা ঙস্বগী যাম্না ঙকখ্রবা শক্তি অদু লৈবমই। মহাক্না অহাংবা খাও মনুংদগী peppermint অমসুং অথুম-অহাও পুথোক্তুনা মাগা শান্নমিন্নবিবা মযামবু ঙকহল্লমই। ব্রাফম অসি হাযদোক্তনা অবোনবা ওইনা থম্নবা হাযজববসু পাও অসি অহল মবক্তসু যৌখি অমসুং মখোযনা মসি মতৌ কবম্না ফংলকপনো হংবদা ফনা কুইনদি মহাক তুমিন্না লৈখি; মমৈদা মাগী হেক মকুপশিংনা তকশিল্লকপদা খুঙ্গংগী লাই "গ্রামা-শক্তি" অমনা মানা হাযফেত্তুং নিঙবদা পিবিবনি হাযনা খুমখি। তশেংবদি মসি মখাতাবা ব্রাহং লাকতনবনি, মবমদি খুঙ্গংগী মীশিংদি অসিগুম্বা পাওখুমতনা ইবায-লাযনা থকতোকপা ঙমই। মখোযনা মহাকপু ঈশ্বর্বগী অখন্নবা থৌজাল ফংলবা, চেকশিন্না যেংগদবা, ব্যবহাবগা লোযননা তিন্নগদবা অঙাং অমনি হাযনা নিঙবা, পামনবা হৌবকখি। স্কুলদা লৈবিঁদসু বাবানা তম্মিন্নবা মমান্নবা কমা বরব নত্রগা পেনসিল নচিংবা মখুৎ-হাযফেত্তুং ওত্তুনা পুথোক্লগা মতেং পাঙখি। মখোযগী মবক্তা কনাগুম্বা অমতং ঙমদ্রে, নাবে হাযবদ মহাক্না হিমালযদগী পুবকপা অশংবা মনা হাযবগা মখোযদা শাযবগা মহি যোৎশিন্নবা পিখি। অহল খবর্নাদি মদু ফত্তবা- মেজিক্কি অদুনা সত্যনবাযনগা শম্নকনু হার্যখি, অদুবু ঈশ্ববু কনানা নমশিনবা ঙমগদৌবিবনো?

বাবানা চাং নাযনা বিভূতি 'লৌর্বাসি' মহাক সাই বাবানি হাযনা লাওথোকখিব (২০/১০/৪০) অদুতগীনি অমসুং লাক্লিবা মীযামদা তোঙান-তোঙানব হিবমগীদমক পিবা হৌখি। বিভূতি অসিগী কান্বগী মবমদা বাবানা যাম্না তোযন হায়বিখ্রে। মসি অহাঙবদগী হেক্তা পুথোকপা ওইবনা, অমদি উৎঅসি শিব-গা লোযনবা পোৎ ওইবনা ভক্তশিংনা থৌগনলোমগা লোযননা 'কাইলাস-বিভূতি'

হায়না কৌনৈ। মসিবু ভুতি নত্রগা বিভুতি কৌনৈ মরমদি মসিনা কনাগুম্বা অমবু চাউখৎপা পি; ভস্মা-মরমদি মসিনা পাপ পুম্নমক চাকথোকহনখ্রে; ভসিতম্-মরমদি মসিনা কনাগুম্বা অমগী আধ্যাত্মিক্কি মঙাল অদু হেনগৎহল্লি; ক্ষারম-মরমদি মসিনা খুদোংথিবা কোকহল্লি; অমসুং রক্ষা-হায়বদি মসিনা ফত্তবা ভুত-প্রেত্তগী ঙাকথোকই। অসুম্মনি ব্রিহদ-জবলা উপনিশদতা (Brihad Jabala Upanishad) বিভুতিবু ব্রাংনা থাগৎলিবসি। বাবানা হায় মদুদি মসিনা মীওইবগী হকচাং অসি থুনা মাঙখিগদবনি হায়বসি তত্তনা নিংশিংহল্লিবনি, মরমদি মমৈথংদা সংস্কার তৌরবা মতুংদা চাউরবা হকচাং অসি উৎ চফু অমদা হন্থরকই!

ল্লাইনা পিবনি হায়না লাউথোকখিবা নুমিৎ অদুদগী ভক্ত লিশিং কয়ানা অমদি অতিথি কয়ানা বাবানা পাঙথোকপা বিভুতিগী অঙকপা থৌদোকশিংসি উখ্রে। তশেংনমক মসি ব্রাহৈনা নিংথিনা ফোংদোকপা ঙমদবা, বিজ্ঞানগী অঙকপগী মথক্তা লৈবা অঙকপা অমনি। মসি য়াম্না থৌ-ব্রা শাদনা, চুম্না হেক্তা, য়াম্না লেম্না, যাম্না ইংনা অমসুং অসুক্কি মতিক মহৌশাগী ওইবা মওংদা পুথোকই মদুদি মসিগী আশির্ব্বাদ অদু নহাক মাঙখিবা, নাম্থোকখিবা য়াই। (চন্মনবদগী পোৎকি মমল লৈহন্দবা)। য়েৎ থংবা খুপাক্লা মখাদা পুরা উপথরগা নত্রগা হায়ফেৎ চেপ্লগা, অমুক-অনিরক্তং উহৌবোই-উহৌদবোই শৎ ওৎখিবা, হান্নমা পুথোকখ্রবা বিভুতি তারকপদু-খুদোমবিনা চপশিনখিবা; অঙকপগী পোৎথোক অদু নঙোন্দা পিরকপা অমসুং নরাইবক্তা তৈশিনবা। অসুম্না নোংমদা চাংচত্তা পাউন্দ অমমম পুথোকখিবনা ৬সিদি অঙকপা ওইনা টন-মবিদি শুরম্লগনি। (ব্রাফম অসি শোক ১৯৬০ অদুব্রাইগী ব্রানি)।

অসুম্না হায়নৈ মদুদি ব্রাখল খুদিংমক মপানথোংগী শকলোন্দা ফোংদোক্লিংবগী ঈথিল অমা মশাদা লোয়নজরকই; কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা অমা খল্লিবদো মপান্দা থোরক্লবগী ঈথিল লৈজে। পুম্নমক অদু অনিংবগী (Will) মখা পোল্লি; নঙগী অনিংবা ওইবা য়াই, নত্রগা ঐগী ওইবা য়াই নত্রগা ঈশ্বর অমগী অনিংবা ওইবা য়াই। বাবানা নিংই (Will); মদু ফোংদোরকই। তৌরকই! মহাক্লা মীপুম খুদিংদা আশির্ব্বাদ ওইনা পিরিবা বিভুতি অদু চেকশিন্না থমনৈ, লাইবক্তা তৈনৈ। মসি লৈ মথক্তা থম্মি নত্রগা ঈশিং খরগা য়ানশিন্নরগা অকক্লবা হিদ াক অমা

ওইনা শিজিন্নে। মসি মঙ্গোলগী পোৎশক ওইনা (Talisman)পুনৈ। খা-আমেরিকাদগী ভক্ত অমনা ইরকখি মদুদি নুমিদাং খুদিংগী বিভুতি পেকেত অমা মখুত্তা পাযরগা ধ্যান তৌখি অমসুং তশেংনমক্কি মঙোন্দা মঙাল (Vision) অমা ফাওখি মদুদা মাগী খুবাংশিংদু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মখোঙদা থম্বগুম উখি। তশেংনমক বাবানা খুৎ অমুক্তং ওৎপদা পুথোক্লিবা বিভুতিগী কান্নবগী মরম পুম্নমক অমসুং মীওইবগী পুক্লিংবু ঈশ্বরবোমদা চিংশিল্লকপগী মরম পুম্নমক শিংথাবদা ঝাগনি।

মহাক্না মীঙোন্দা পিরিবা বিভতি অসিসু তোঙান-তোঙানবা মখল চামবোম্নি, মানা নিংথ্রিবা মী-মীদুগী চাননবনি। করিগুম্বা মতমদা মসি অকনবা মমায ৬ পানবা যাওই নত্রগা অয়াম্বা মতমদনা পাউদর ওইননি- - য়াম্না কুপ্প. মকেং-মকেংবা, নত্রগা কুবোল-নায়বা। মসি মনম য়াম্না নুংশিবা য়াই নত্রগা য়াকপা-কনবা য়াই; যাকলপ তৌবা যাই নত্রগা থুম্বা নত্রগা মহাও য়াওদবা; ঙৌবা যাই, মুবৈনবা য়াই, নত্রগা মবক্কি মচু অমা ওইবা য়াই। অদুগা কবিগুম্বা মতমদা মখুৎ অদু ওৎপা মতমদা পাত্রসু যাওনা পুথোবকপা য়াই! নুপা অমনা ইংলন্দ-দা মখা লাইবিক তম্বা চৎপা মতমদা বাবানা সিলভবগী পাত্র অমদা বিভুতি পিখি অমসুং বব-আশির্ব্বাদ অমসু লোযনখি; "মসিদা যাওবিবা বিভুতিসি মযেং শুংতা তাবোই"! মবমসি মাগী অনিংবা অমা মাঙজৌননা ফোংদোকখিবদু অদুম মাইল লিশিং হেন্না লাপ্পা মফমদসু লৈগনি, মবমদি পাত্র অদুনা মথন্নত থনগৎচগনি। কবিগুম্বা মতমদা বিভুতি অদু হিদাক ওইনা কুইনা চাবা তারবদি, মীবোনবগী মতমদা তৌবগুম, বাবানা মখুম পানবা পাত্র অমা পুরক্লবা হায় অদুগা মখুম মথক্তা খুৎনা হাযফেত্তং শোকপদা পাত্র অদু বিভুতিনা পিক থল্লি। মানা মাগী ভক্তশিংসি লৈঙোই মথক্তা কোয়শিলহল্লবা মতমদা, চিত্রাবতিদা নত্রগা ভেনকতগিবিদা লৈবা কাইবল্যাগী তুরেল মনুংদা, কেবলাগী কোভলমদা লৈবা সমুদ্র তোর্ব্বান্দা নত্রগা তামিল-নাদকী কন্যাকুমাবিদা নত্রগা গোদাবরি তুরেলদা, মহাক্লা মাগী খুদোনবিশিংদু শান্নবগী মতৌগুম লৈঙোই মনুংদা থিংজিল্লি অদুগা য়েংউ, বিভুতি মতুম অচৌবা অমা পুথোরকই, মদু কুপ্না থুগাইরমই অমসুং লৈরিবা ময়ামদুদা য়েনথোকখি; নত্রগা মখুৎ অনিদুনা লৈঙোইদু লৌখৎলগা প্লেত অমগী

মথক্তা হৈথবা য়াই, য়েংউ, প্লেত মথক্তা তারিবদু লৈঙোই নত্তে, কুপথ্রবা, মনম নুংশিথ্রবা বিভুতিনি।

মতাং অসিদা হায়বা য়াবা ব্রাফম অমনা বাবাগী মশা পুন্নমক অসি বিভুতিনা পুময়োম য়োম্বদৌনা তৌই হায়বসিনি, মরমদি মহাক্না বিজয়াদসমিনচিংবা অতৈ নুমিৎশিংদা সভাষাত্রা চৎপা মতমদা মী লিশিং -লিশিংনা মাগী পিশুমদগী, খজাইদগী অমদি মবাইবক্তগী বিভুতি মকুপ তারকপদু উথ্রবনি। করিগুম্বা মতম অমদা ভক্তশিংদা দরশন পিনবা মশা থাদোক্তুনা চৎখিবা মতমদা মাগী মমায়দগী, মচিন্দগী, খুবিদগী, খোঙদোন্দগী নত্রগা মব্রাইবক্তগী বিভুতি তারকই ; য়াম্না তোয়না, মানা ভক্ত অমগী মমায়দা বিভুতি তৈবিনিংবা মতমদা, মানা চুম্না খুবিদুদা থাঙ্গৎলি অদুগা খুদম অমা শেম্বগুম তৌই, অদুবু য়েংউ, ভক্ত অদুগী মমাযদা বিভুতি তৈবদু পুন্নমক্না উগনি। করিগীনো হায়বদা অসিগুম্বা থৌদোক য়াম্না লৈখ্রে মদুদি ভক্তশিংগী মমঙদা বাবা লাক্লগা বিভুতি তৈবিরম্বদু মখোয়না তুম্বা হৌগৎলকপদা চশেংনা বিভুতি তৈদুনা লৈবম্বা কয়া লৈখ্রে। মখোয়গী মঙদা বাবানা মরৈদা বিভুতি থাপ্লিরম্বগী মঙ মঙখি, হৌগৎলকপদা ময়াদা বিভুতি লৈরমই। বাবানা মাগী ভক্তশিংগী লৈফমদা মহাকসু লৈ হায়বসি মহাক্কি ফোটো থমলিবা লাই খুরুমফম মমাংদুদা বিভুতি থইথোক্তুনা মাগী অরোনবদু খঙহল্লি নত্রগা অশেংবা উৎ অদু পেকেৎ অমখক্তংগা লৈমাযদা থনমই। বাবানা কনাগুম্বা অমবু থোক্কদৌরবা খুদোংথিবা অমদগী কনবিরগে নিঙদুনা মামক্কি শক্তম অমা উহনবিরবদি মহাক্না খুদোংথিবদু কন্নবগীদমক চঙাইফদনা বিভুতি শিজিন্নে।

চহি ৩গী মমাংদা দশরা মনুংদা তেলেঙ্গনাদগী লাকপা অতিথি অমনা মকুবোক্ত Stroke তৌরে, ফিভম লুনা লৈরে হায়বা ব্রাইযর অমা লাকখি। বাবানা মাবু ব্রাদনবা হায়খি, অদুবু মথংগী নুমিত্তসু অদুগুম্বা ব্রাইয়র অমমুকসু লাকখি। বাবানা মাগী নুপী থনম্লগা মথন্তা চৎপা য়াখি; মচানুপীদু নারিবা মপা অদুগী মনাক্তা য়াম্না দরকার লৈরবসু কুম্মে অদু য়েংজনবা বাবানা খামহৌবনি। মাগা চৎপা মতমদা মকুবোক্কি মমায়দা তৈনবা বিভুতি পিখি, মদু বাবানা মখুৎ ওৎলগা পুথোকখিবনি। মথংগী নুমিত্তা নুমিদাং চাউরাক্না পুং ৮ লোম তারকপা মতমদা মম্মাক অদুনা চৎলিবা ত্রেন অদুগী মতমগী মতাংদা নৈনরমই; খঙহৌদনা মহাক হৌগৎখি অদুগা হায়রকখি;

"নখোয লোয়না লাল্লে। ত্রেন অদু অসুক যাওনা মাবু পুবোই। মহাক মফম অদুদা নুমদাংগী পুং ৯গী মমাংদা যৌবোই।ও! কযাদা মীনুংশি চাউখ্রবনো! মীকুপ অমগী মনুংদা মহাক হকচাং থাদোক্তুনা চৎখি। মহাক পুংখাযমুক চৎথোকলুই; অমসুং মহাক্লা হল্লক্লবা মতমদা মহাক অসুক্কি মতিক নুংঙাইখি মবমদি তেলেঙ্গনাদা লৈবিবা অনাবদুগী মবাইবক্তা বিভূতি তৈবিবা ঙমখি। "মম্মাক অদুনা পুখিবা বিভূতি অদুমক শিজিন্নখিব্রা?" মঙোন্দা হংখিবনি। "হোয", মহাক্লা হাযখি, "নখোযনা মদু মা হল্লক্লবা মতমদা খঙগনি, ম"ান্দা হংউ, মানা হাযগনি মদুদি পেকেৎ অদু খালি ওইবমলে মানা অনাবগী মনাব যৌবা মতমদ"... মানা হল্লক্লবা মতমদা ব্রাফমদু অদুম্না ওইখ্রে হাযবদু খঙখ্রে, চেকশিন্দবগী মাবু চৈখ্রে, অথুপ্পা চেদু হাংদোক্তুনা খজিক্তুংগা নপ্পবা যেংখ্রে, ফনা হোৎনববদা বিভূতি অমতা ফংখিদ্রে!

বাবাগী মমাংগী মপোক্কি হকচাংদু সিলভবনা শাবগা মন্দিবদা থমই; কবিগুম্বা মতমদা মদু বাবানা অবিশেক তৌই হাযবদি শেংনা চামথোকপা, ইরু থোকপাগী থবক তৌই মসিগীদমক্তা উনা শাবা, নিংথিনা যেক্তুনা অমদি তৈদুনা শেম্লবা চফুমচা অম। বিভূতিনা পিক থন্না হাপচিল্লি অদুগা মদু মুর্ত্তি অদুগী মথক্তা মথক-মখা ওন্থোক্তুনা থম্লগা বাবানা মখুৎ থিংজিন্দুনা কোবোক-কোবোক ওৎলি, মদু বিভূতিদু নিংথিনা চাংনাযনা তাবক্লবনি। অদুবু মাগী মখুৎনা হেক শম্লবদগীদি হাপখিবা বিভূতি অদু লোযখ্রবসু অদুম ওৎলিবামখৈ কুইনা তাবক্তুনা লৈ। মদুনা মুর্ত্তি অদু মশা থুমদ্রিফাওদা চৎথৈ, মমৈথংদা হকচাং ব্রাবকপদগী চফু অদু লৌথোক্লগা নাকন্দা থমই!

বিভুতিগী ব্রাবি শাবিঙৈসিদা অতোপ্পা থৌদোক অমা নিংশিংলকই, মসিমক্লা চপচানা খুৎ ওৎপগী মতাংদা নৈনদুনা তাকপগী ব্রাফমদি নত্তে। যাম্না থম্মোযচংবা, থরাই যাওবা ভক্ত অমনা শিবা মতমদা, মাগী অবোইবা মিকুপ্তা বাবানা দর্শন পিবি অমসুং মী অদুগা লেঙদ্রবা শান্তি পিবি। অসিগুম্বা থৌদোকশিংদা - শিবগী, মাঙহনবগী অমসুং মতম খবগী ওইবা পোৎশকশিংসি লোযশিনখিবগী শিগদৌববা মহাক্কি মনাক্তা দর্শন পিনবা চৎপদা বাবানা থমলমলিবা হকচাং অদুগী মচিন্দগী অশেংবা বিভূতি থোবকই। অসিগুম্বা তবং-তবংনা থোকখিবা থৌদোক অমা অইবা অসিনা নিংশিংলি। মদু শোক ১৯৫৮গী নভেম্বব তাং ১৫, থাংজ নুমিৎনি।

নুমিদাং ৱাইগী পুং ৫.২০ রোম তাবা মতমদা বাবানা মাগী অকোয়বদা লৈবিবা ময়ামদা চিঠি অমা পাথোক্লি। খঙহৌদনা, হা- হায়বা খোল্লাও অমা লাউবগা লোয়ননা মহাক লৈমায়দা তাখি, অমসুং তশেংনা শিবগুম্লে। চপচানা মিনিট ১০গী মতুংদা, বাবাগী মশাদু খজিক্তং লেঙখি অমসুং মহাক অহুমলক লোক খুবা তাখি। অদুবু মখোয়দু লোক খুবা নৎখিদে মখোয়দু শ্বর কামথোকপনি, বিভুতি ময়ামদু ফুট ১$\frac{1}{2}$ লাপ্পা মমাংদা কামথোরকখি! মিনিট ৫ লৈরগা, পুং ৫.৩৫ দা বাবা হৌগৎলকখি অমসুং করিগুম্বা অৱাবা, চোকথবা অমতা লৈতনা নত্রগা ৱাখল চবাংনবা লৈতনা, মানা লিবম্বা ৱাবি অদুগী কায়দনা মখা চৎথখি। হৌখিবা মিনিট ১৫ দুদা কদায়দা চৎলুবগে হায়না হংজখিবা মতমদা বাবানা হাযখি : "ঐহাক দেহবাদুন্দা চৎলুবনি, মফম অসিদা য়াম্না তোযনা লাকপা Dr. K  গী মমাদু নখোয় খঙলম্বা যাই; মহাক পুং ৫.৩০দা শিগ্রে; Dr  K. দু মমাগী ফমুং মনাক্তা লৈবমই; তশেংনমক মাগী খুদোনবিশিংদু মিহুল মথক্তা থমলমই অমসুং মানা পুম্নমক্তা লাউথোকখি, "মসি মাগী অবোইবা শ্বরনি; মখোয় কা অদুদা ভজন ঈশৈ শকলি; মহাক যাম্না শান্তি লৈনা শিখি; ঐনা মাগী অবোইবা মিকুপ্তা দর্শন পিখি"। মথংদু নোংমাইজিংনি, নভেম্বব ১৮, লৈপাকপোকপদা Dr  K.দগী বাবাদা চিঠি অমা প্রশান্তি নিলয়মদা লাকখি; মদুদা ইবকখি; "ঐগী ইমাদু থাংজগী নুংথিল পুং ৫.৩০ তাবদা লৈখিদবে। মাগী অনিংবা মতুংইন্না মাগী অরোইবা পুংফমদা ঐখোয় ভজন শকখি। মহাক্লা নঙবু তত্তনা নিংশিংখি।" মসি কয়াদা ঙকখ্রবনো? বাবানা শিগদৌরবা মিকুপ অদু খঙলদুনা কাযনগদৌরবা আত্মা অমনা হায়জবকপদু যাবিবদুনা, মিনিট খবগী মনুংদা দেহবাদুন-গী কা অমগী মনুংদা থোকপা থৌদোকশিং তাক্লদুনা, বিভুতিকাসু কামথোরক্লদুনা, ফাজিন্দুনা লৈরম্বা আত্মা অদু মনিংতম্না থাদোকপা মতমদা, অরেপ্পা লৈতবা হকচাং অসিগী অবোইবা মাঙহল্লকপগী তাঞ্জাদা!

বিভুতি অসিদি অবতার অসিগী হাকতক্তা, হান্নগী উঁদি নত্রগা উৎ-সিরদি সাই বাবানা মঙোন্দা লাকপা মীশিংদা মাগী বর ওইনা পিরম্বা, অদুগী মখা চৎথরকপনি। শিরদি সাই বাবাদি মাগী উৎ অদু মতম পুম্নমক্তা মনাক্তা মৈ থাদুনা

লৈবা ফুঙ্গা অদুদগী লৌখিবমই; ফুঙ্গা অদু মাগী হিদাক থকপদা শিজিন্নগদবা অচাকপা মৈতাল ফংনবা শিঙ হাপতুনপা মুৎহন্দনা থম্বনি, - বাবানা তাকপিবনি।

বাবাদি মানা দবকাব লৈবা অনিংবা মখৈ মখুৎ ওৎলগা পুথোকপনি। মহাক্না হায মখোয পুন্নমক্তু সাই স্তোবদা থৌবাং তৌদুনা লৈববনি অমসুং মাগী থবক শুবিবা মযামদু অশুক্কি মতিক থুনা শাপ্তে মদুদি মিনিট অমগী মচেৎ খবদা খ্বাইদগী লুবা খুৎশাগী থবক্তু লোযদ্না মাগী মখা পিবা ঙমই।

অইবা অসিনা যাম্না অঙকপা, তোপ-তোপ্পা হকচাংদা থুক-থুক লাউখিবা থৌদোক অমা নিংশিংই। বাবানা নিংথিনা চাউববা সনাগী মেদল অমা লৌখি; মদু যাম্না ফাওববা, মিনিট খবগী মমাংদা লোযখিবদা ঙাইবিবা ভাইওলিন খোংবা ওজা অমদা পিনবনি। মদু অকোযবদা লৈবিবা মযাম অদুদা উৎখি অদুগা মযাম অদুনসু মদুগী চাউবা, ফজবা, লংবা মওং মতৌদুদা যাম্না পাম্নবমই, তাঞ্জা অদুদা মহাক্না হাযখি, "ও! মমিং থাগদবনিদো!" অদুগা মানা মাগী খুবাক অদু উর্মশিনখি। খুদক্তা হাংদোক্লগা মদু মীযামদা অমুক উৎখি। মাযাম পুন্নমক্তু ঙকপনা খম থেংনখি, "ওজা টিঃ চৌদিযান্দা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবানা পিবা খুদোল," হাযনা ইংলিসনা তাবিক অমসুং নুমিৎকা যাওনা মেদল মথক্তুদা নিংথিনা ইবমখি। মেদলদু ঐখোযদা উৎলগা বাবানা হাযখি . "যেংউ, ঐগী থবকশুবিবশিংসি কযাদা থুম্রবনো।"

বাবানা প্রসান্তি নিলযমদা হবাও কুম্মৈ মতমদা পাঙথোকলিবা কালাকাবশিংদা বব পিবি, মখুৎনা ওৎলগা পুথোবকপশিং খুদোপ, ঙক্কিলিক মেদল, ... অসিনচিংবা। অদুগা পিবিবা অদুসু অখন্নবা মাগী মাগী শিনফমগা চুনবনি। নদম্বাবম ওজা অমদা শিবগী মুর্ত্তি হকপা খুদোপ অমা পিখি; থিজিল্লবা মতমদদি খঙলকখি মদুদি মহাক মীবোল কযাগী মমাংদগী তিকবেঙ্গাদু লাইশঙগী ঈশৈ শকপা ওইবমই; মাগী ইমুংদা মনা-লৌ খব পিবমই, মদু মপা-মপু হাকতক্তগী লাইশঙ অদুদা তৌবকপা সেবা অদুগীনি, অদুগা লাইশঙ অদুদা লাৎলিবা লাই অদুনা অঘোবেশ্বরশিব-'কিনিংঙাই ওইদবা' লাই অদুনি; অদুনা খুদোপ অদুদা হকলিবা শিব অদু মপা-মপুগী খুঙ্গং অদুগী লাইগী চপ-চাবা শক্তমনি, খুদম্নি।

বাইস্য-গী কন্যা অমদা খুদক্তা পুথোক্লগা পিখিবা মঙ্গল্যম অদু মথক্তা পরমেশ্বরীগী মুর্ত্তি য়েকই; অতোপ্পা নদর কন্যা অমদা পিখিবদনা ভেনকতরমনা য়েকই! মদুনা তাকপদি বর-কন্যা অনিদু তিরুপতিদা চৎকদবা মাপ্লি! "ঐনা গনেশ অমা পিগনি, নয়ুমদা পুখো, অদুগা পুজাতৌ", অতোপ্পা যাত্রিক অমদা হায়খিবনি। মদু গনেশ-কি লেপ্তুনা লৈবা শক্তমদুনি ! মসিগী গনেশা অসি নত্রা নঙগী পুজাগী কাদা লৈবদো?" বাবানা মাগী মখুত্তা পিবা মতমদা হংখিবা ব্রাহংনি।

কৃষ্ণগী মুর্ত্তি অমা পিখিবা মী অমদা মাগী পুরোহিৎ অদুনা থোক্লগদবা করিগুম্বা খুদোংথিবা অমদগী ঙাকথোক্লনবা রুদ্র অভিষেক তৌবা দবকাব লৈরে হায়না হায়খি। মদুমক মহাক্লা পাঙথোকখি, য়াম্না চুম্না সাস্ত্রগী নিয়ম ঙাক্লা থা অমা লৈরগা মা প্রশান্তি নিলয়মদা লাকখি অমসুং মহাকপু ইন্তরভিউগীদমক কৌশিনবা মতমদা বাবানা হায়খি: "নঙনা কৎখিবা পুজাদু ঐনা ফংখি"। ভক্ত অদুনা মানা বাবাদা কবি পুজা তৌখিবগে হায়বদু মহাক নিংশিংবা ঙমখিদে অমসুং মহাক চিংনবদগী ঙাইহাক খনখি। অদুদগী বাবানা হায়খি :"পুরোহিত অদুগা পাঙথোকখিবা পুজাদো" অদুগা মখুৎ ওৎলগা মহাক্লা লিঙ্গ অমা পুথোকখি। মদু পিবা মতমদা যাম্না তপ্না অমসুং অশাওবা লৈতনা, "ঐনা নঙোন্দা পিখিবা কৃষ্ণদো ঐঙোন্দা অমুক হল্লক্লে! ব্রাগনু"।

ঐখোয়না ফংলিবা খুদোল পোৎ অদু ফৈ-নত্রগা ফত্তে, মমল য়ামই নত্রগা যামদে হায়না অরুম-অয়াং তৌবসি তৌফম থোক্তে, মরমদি মখোয় অদু পৃথিবীগী ওইবা পোৎ অমতা নত্তে। খোঙফম অমদা ঈশৈগী মী অমা মমল য়াম্লপা নুঙনা লৈতেংবা ঙক্কি লিক অমা ফংখি, মানা ময়ুমলোমদা হল্লকপদা পোৎ অদুগী মমলগী মবমদা নৈনবা হৌখি অমসুং মমল য়াওদবা পোৎকুম নোকখি মদু য়াম্না ঙকপা মওং অমদা মাঙখি। মদু ইচম-চম্না মাগী মঙক্তা শিরমদে। থৌদোক অদুনা ভাব তাহল্লদুনা মহাক খুদক্তা য়াম্না থুনা প্রশান্তি নিলয়মদা হল্লকখি; অমসুং বাবানা মঙোন্দা য়াম্না লেম্না খর ব্রারক্লগা মশামক্কি মমাংদা চপমান্নবা লিক অদু পুথোক্লুনা মঙোন্দা অমুক হন্না পিখি।

বাবানা পিরিবা পোৎশিংসে মাঙবা শুকয়া য়াদবা ঙাক্তনি। ভক্ত অমনা

পুত্তপার্তিদগী হায়দ্রবাদতা হল্লকপদা মাগী ত্রংক অদু অহিংদা মাহবুবনগর অদুবাইদা মাঙখিরমই; মদু রেলবে পুলিস্তা রিপোর্ট তৌরমই। নুমিৎ নিনিগী মতুংদা হুরানবদু ফাবে, পোৎচৈশিংদু ফাগৎলে, মাগী মপোৎ খন্দোকউরাও হায়না মাবু কৌরমই। বাবানা পিবা জপমালাদু নত্তনা অতৈ পোৎ খুদিংমক চপ-চানা ফংখি, মদুদা মহাক ঙকখি। মানা বাবাদা ব্রাইয়ার অমা তৌদুনা জবমালা মাঙখিবদু খঙহনখি অমসুং বাবানা জবমালাদু মাগী মনাক্তা যৌবক্লে হায়না পাওখুম পিরকখি মরমদি হুবানবা অমতনা মদু হুবা ঙাদে' চপ মাঙবা জবমালা অদুমক অমুক হন্না বাবাগী মখুত্তগী ফংবদা মানা কয়াম হবাওখিবগে হাযবদু কনানা হায়বা ঙমগনি?

C.N P হাযবা ভক্ত অমনা ইবি : "মদু চহি ১২গী মমাংদনি। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংবাইদু অবিবা মন্দিবগী ভক্ত পুম্নমক তুরেলগী লৈঙোইদা পুবমই। ভজন লোযববা মতুংদা মানা ঐবু কৌবমই অমসুং ঐগী লন্নায়গী সমস্যাশিংদু থেমজিনবগা লোয়ননা মানা 'ষন্ত্র' অমা পুথোক্লমই অমসুং ঐঙোন্দা পিরকখি। মহাক্না হান্নবা ঐঙোন্দা অমা পিখ্রবনি, মদু ঐগী য়ুমগী লাইখুরুমফমদা সিলভর-উপু অমদা থল্লমখি। মানা অমগামুক পিবদুদা ঐগী ফিভমসি হেন্না খুদোংথিবমাল্লে খন্দুনা ঐহাক মিপাযখি। মবম অদুনা কবিগীদমক্তা ২ শুবা 'ষন্ত্র' অমামুক পিরিবনো হংখি। মদুদা মহাক্না হাযখি "মসি ঐনা হান্না নঙোন্দা পিখিবদুনি; নঙনা ময়ুমদা সিলভব উপুদা থল্লম্বদু ঙবাং হুবানখ্রে, সে নিংথিনা তেক্ত-কায়দনা থল্লো। মদু অচুম্বা ওইরমই। মানা ময়ুম যৌববা মতমদা সিলভব উপু অদু অতৈ শেল থুম খবগা লোয়ননা হুখিরমলে।"

নত্রগা মণি-মুক্তাগী খুদোপকি মতাংদু যেংশি। শ্রীমতি সকম্মাদু চহি ১৫ রোমগী মমাংদা দসবাগীদমক তহা-তহা পুত্তপার্তিদা লাকখি অমসুং মানা পোৎ য়োমশিনবদা নুঙ তবেৎ যাওবা মনি-মুক্তাগী খুদোপ অদু মফম খঙখিদ্রে। ব্রাফম অসি মানা যাম্না থেঙনা কাইনথংদা খঙখি অমসুং মদুগী মরমদা বাবাদা পাও পিখি। বাবানা চুম্না লক্লগে তৌবগী ব্রানি, ফাগী অমা-অনিসু তৌখি অমসুং য়াম্না থব্রাই তানা নোকখি। থা খবগী মতুংদা বাবানা মাগী ফেক্তরি য়েংবা চৎলমই, মনিংদা লৈবা মপানগীয়ুম অমগী চাকশঙদা কোফি থকলমই। খঙহৌদনা মানা হায়খি, "ও, সকম্মা নঙ দাইমন্দ খুদোপতু পামই, নত্রদো? ফরে, সিদা লৈরে!"

ব্রাহ্মেশিং অদুগা লোয়ননা ফক্লাংদা পোপ-পোপ থারমই, য়েংউ, খুদোপ অদু খুৎ অদুদা লৈরে। মদুগী খুত্তো তশেংনমক্কি লাইনি (Divine)!

মদুগী খুৎ অদুনা ঈশিংদা লুপ্লবদি ঈশিং অদু পেট্রোল ওল্লি, মদুনা অশেংবা পেট্রোলগা চপমান্ননা মাইল কয়া গাড়ি থৌবা য়াই। অমুকখক্তং বঙ্গলোর চৎপদা চিকবল্লাপুব মনাক্তা থাও লোয়থোকখ্রে অদুনা বাবানা সরক মনাক্কুদা লৈবা পুখ্রি অমদা কনাগুম্বা অমা থাখি। মহাক্না ঈশিং পুরকখি। বাবানা মাগী খুদোম্বিদু পাত্র অদুদা লুপশিনখি অদুগা হায়ফেৎ ওৎখি। অদুদগী মদু কারগী তেংকিদা হৈজিনখি; গাড়ি অদু য়াম্না নুংঙাইনা করি অমতা খেন্নবা লৈতনা হান্নগী মতৌগুম মাইল কয়া চেনখি। অতোপ্পা খোংফম অমদনা কুম্মৈ মনুংদা মৈ থান্নবা জেনরেতর অদুগী দিজল থাও লোয়খিরমই, মাইল ২০ লাপ্পা পেনুকোন্দা নত্রগা ধর্ম্মা ববমদা মী থাগদবসু মতমদু য়াম্না থেঙমনখি; মতাং অদুদসু ঈশিংদা খুৎ অদু লুপশিনখি, য়েংউ, চপ মান্নবা দিজল থাও ওইখি।

মসিগা চপ মান্নবা অঙকবা থৌদোক অমা অইবা মশামক্লা উখি। মদু Horsley Hills তনি; মফম অদুদা ভক্তশিংগী ওইবা মী য়ামদবা কাংবু অমনা মতম খরদং ইবুংঙোগা লেনমিন্নবগী খুদোংচাবা ফংজখি। অয়ুক খুদিংগী বাবানা জঙ্গল মনুংদা লৈবা মতোন পাকপা নুংজাও অমদা হেক হেক চৎলমই, অমসুং নুংপাক অদুগী মথক্তা ফম্লগা মাগা লোয়নরিবা ভক্তশিংদা পাওজেল পিরমই। নোংমা, মানা মফম অদুদা চংলিঙৈদা অতৈ নুঙশিংদগী খজিক্তং তোঙানবা নুঙ মচা অমা খুনগৎখি, মদু অকংবা ময়ুংনাইবা মতুমতাবা পোৎনা চেৎনা চপশিল্লগা শাবা মাল্লি। (ব্রাতিনগুম্বনি)। পাওজেল পিরিঙৈদদি নুঙ অদু মাগী মমাংদা থমলমই অমসুং লোয়রবা মতুংদা মানা হায়খি : "ঐনা নখোয়গী নরৈদু খজিক্তং থুমহনগনি"। অসুম্না মহাক্না নুঙ অদু লৌখৎখি। য়েংউ, নুঙ অদু হৌজিক সিতামিশ্রি মতুম অমা ওনখ্রে। নুঙ অদুগী মোলিকুল খুদিংমক চিনিগী মোলিকুল ওইখ্রে। কনা অমতনা চিনিনা শাংনা-শাংনা লঙদৌনা ওনবসি মমাংদা অমুক্তা উখিদ্রি। মদু কেমিস্ট্রিগী লৌশিংনা পুথোকপা নৎখিদে! মসিদি ঈশ্বরগী শক্তিদনা ঙম্বা পোৎনি!

শ্রীমতি সকম্মাগী আনোক অদু পুত্তপার্তিদা খোঙফম অমদা কায়খি। মদুনা

মবম ওইদুনা মহাক খুদোংচাদবা নঙখি; অদুনা বাবানা অহাংবদগী লৌবগা পল্লাব চপ মান্নবা গ্লাস জোবা পুথোক্তুনা মঙোন্দা পিখি।

নুমিৎ অদু শ্রীকৃষ্ণগী মপোকনুমিৎনি। বাবাসু মতম অদুদা মখোযগা লৈমিন্নববনিনা পালন অদু থোইদোক্না যাইফবনি, মঙ্গলগী মশক্তি হায়না মখোয়না থল্লমই। মদ্রাসকী ভক্তশিং অদুনা খুজিন থৌবাংদু যাম্না মবাং কায়না তৌবমই। হোল অদু ফজনা লৈতেংন্মই, মনাক অকোযবদা লৈবা ভক্তশিংদা বার্ত্তন তৌবমই। পুজা মনুংগী ওইনা তেমপোবাবি ওইনা শাখিবা লাইখুকমফম জাগা অদুগী মনাক্তা অখন্ননা শাবা ফমফম অমদা বাবানা লেঙশিনখি। অদুদগী আর্তিগী মমাংদা মহাক লেপখৎখি লোযননা মযাম পুন্নমকসু হৌগৎখি। মহাক্কি মখুৎ অনিমক বাংনা মকোক মথক্তা থাঙ্গৎখি অমসুং খৌবাংলবা মীয়াম পুন্নমক্কি মমিত্তু মাগী মখুত্তুদা যেংখি মবমদি মখোযনা বাবাসি হাযবিবা ফিভমদুদা মমাংগী কবিগুম্বা কুম্মেক অমদা অমুক্তা উর্খিদ্রি। তশেংনা মদু অঙকপা অমা ওইনা থোকখি; অদুবু মখা অমুক কুইর্থদ্রিঙৈদা, মাগী মখুত্তা অচৌবা গ্লাসকী তেঙ্গোৎ, ইলেক্ট্রিক্কি মৈঙালদুদা তনিক-তনিক লাওবা, যেংবদা ফজববা, নাকল অনিমক্তা মশা ফং দাক্লবা উচেক অনি তোংবা, অমা পাযখি। তেঙ্গোৎ অদু যাম্না লুম্বগুম তৌখি, অমসুং বাবানা মদু লাইখুকমফমগী অৱাংবা প্লেতফোবম অদুগী মথক্তা থমখি। "বৃন্দাবন্দগী পুবকপা অখন্নববা প্রশাদি - অথুম অহাও" বাবানা লাওথোকপিখি। তেঙ্গোৎ অদুগী মনুংদা অথুম অহাও মখল ৪৩ যাওবমই! পুন্নমক অদু খা-ভাবতকি মীশিংদদি অঙকবা মহাও ঙাক্তনি।

নোংমা বাবানা ভক্ত পিক থন্না যাওববা জিপ অনি পুদুনা চিত্রাবতি লাম্হোক্তুনা বিজার্ব ফোবেস্ত তান্না চৎখি; অমসুং জিপ চৎপা যাদ্রবা মাইল ৬ লোমগী লম্বিদু খোঙনা চৎখি. মদু চিত্রাবতিগী মথক - হাযর্বাদি তুবেল হৌবকফম অদোমদনি, মমৈথংদা জঙ্গল অদুগী মযাযদা. মাযকৈ অহুমদা যাম্না ওম্বা, নুঙজাও ঙাক্তা ওইবা তোর্ব্বান্না মাযগৈ কোযশিনবা, নুংপাক চাউববা অমসু লৈবা, তুবেলনা চেম্থখিবগী মখোলনা নিল্লিবা ফজখ্রবা মফম অমদা থুংলখি। পুন্নমক্না মখোয়না পুবকপা চান-থক্লবশিংদু চাবমই অদুগা খব থবক হৈনিংবা অঙাংশিংনা মফম অদুদা চা লোন্দুনা থক্লমই। বাবানা সিত্যমিশ্রি মতুম অচৌবা অমা পুথোক্তুনা মযামদু

চামিন্নরমই; অদুদগী মাগী মখুৎ ওৎলমই অমসুং মিৎ পুন্নমক্তু মদুদা ওনশিন্দুনা য়েংলমই। মানা মশাগী ফোটো পেকেৎ অমা পুথোকলমই অমসুং মদু ময়ামদা অমমম যেনথোকলমই। চপচানা ফোটো মশিং ১৬শুরমই অমসুং চৎলিবা নুপাসু ১৬নি। যাম্না চাউবা পেকেৎ পুথোকখিবা থৌদোক যাম্না লৈখি, অদুব্ মশিংদি লৈবিবা মীশিংগা চপ মান্নখিবা ঙাক্নি।

ভগবানগী দিভাইন-শক্তি নিংথিজনা উৎখিবা থৌদোক অমা কন্যাকুমারিদা শোক ১৯৫৮দা থোকখি। ভক্ত খবদুগা লৈঙোইগী লমপাক মচেৎ অমদা ফমলগা বাবানা নুমিত্তুগী অঙনবা শরুক্তা লাইখুরুমফম লাইশঙগী মফম অমসুং মরমদা ইবা লাইরিক লৈদুনা পাখিবা নুপা অমদা লাইরিক অদুনা মন্দির অদুগী মবমদা কবি হায়বগে হায়না হংলমই। নহাক্না মতম অমদা লাইরেম্বী অদুগী নাসিকা ওইনা লৈতেংলম্বা য়াম্না লংবা, সমুদ্রগী হুবানবশিংনা য়াম্না থাপ্পা উবা ঙম্বা দাইমন্দ অদুগী ব্বারি লিরমই। মদুনা সমুদ্রগী হুবানবশিং অদুবু কয়া য়াম্না মিহৌহনখিবগে অমদি করম্না মখোযনা পুখিবগে হায়বগী মতাংদা শন্দোক্না লিবমই। বাবানা অকোয়বদা ফমলিবা ময়ামদুদা "নখোয় মদু য়েংবা পাম্ব্রা? হায়না হংখি। মদু মিকুপ অমগী ব্বানি, অসোমদা খঙনরক্ত্রিঙৈদা ঐনা অমুক হন্না থাখিবা ঙমর্গানি"। অসুম্না হায়রগা মমাংদা লৈবিবা লৈঙোইদুদা পোপ-পোপ থাবমই, যেংউ মাগী মখুত্তা চাউরবা দাইমন্দ অমা লৈরে। মদু লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্তা য়েংহনখি, অদুদগী মাগী মখুত্তগী অমুক মাঙখিরমই। মদু অদুক্কি মতিক লায়না থোকখি, মাগী লীলা পুন্নমক, করিশু থৌব্রা শাদনা, হায়ফেৎ ঙকপগী মতাগুম মোমোন নোক্লদুনা, পাল্লিবা পোত্তুনা মখুৎ হেক য়ৌরকপদা !

ভক্ত অমগী লুপা চৎপি নোট অমা লৈরমই, মদু মানা ময়ামদগী তোঙান্না থমলমই, মরমদি মদুদা মাগী মরুপ অমগী শহি য়াওরমই, অদুবু নোংমদি চেকশিলহৌদবদগী ময়ামগা পুন্না পোৎ লৈবদা য়াওখিরমই। মদু খঙলকপা মতমদা মথব্রাই য়াম্না নুংঙাইখিদে অমসুং অনুতাপ তৌরমই। চয়োল অমগী মতুংদা বাবানা মসি খঙলকপা মতমদা মহাক্না হায়খি : "ব্বারনু, মদু হৌজিক বোম্বে য়ৌখরে, মদু কদায়দা লৈবগে হায়বদু ঐনা উবা ঙমই; ঐনা অমুক মদু নঙোন্দা পিগনি"। খুৎ ওৎখিরমই; চপ মান্নবা লুপাগী নোট অদু পুত্তপার্তিদা নুপা অদুদা পিখি, মহাক

করিশু লৈতবদুদা মরমচাদনা য়াম্না থম্মোয় শোকখিবনি।

বাবানা পুথোক্লিবা পোৎ ময়াম অসিগী পরেং অমা অমুক হন্না শিঙথাবা তারবদি শ্বামি সিবানন্দ সরশ্বতিদা পিখিবা রুদ্রক্ষ মালা অদু তঙাই ফদনা পনগদবনি। মহাক্না অতোপ্পদসু পিখ্রে; জপমালা কয়া রুদ্রক্ষগী নত্রগা তুলসিগী, মদু নুমিৎ খুদিংগী ঈশ্বরগী মিংথৈ শোন্নবনি নুমিৎ খুদিংগী পাননবা গীতাগী কোপি কয়া পুথোকখ্রে, মদু ভক্তশিংদা পিথোকখ্রে। মহাক্না কোপি অমা অহল ওইরবা, মমিৎ যাদ্রবা অমগী পুথোকপা মতমদা মানা হায়খি, "য়েংউ, মসি নঙগীদমক্তা ময়েক অচৌবনা তোঙান্না নম্বনি", অঙকপনি! মদুমক অদুম ওইখি। লৈঙোইদগী গীতা অমা D.Sc অমদা পিবদুনা মহাক্না হায়খি : "নহাক্তি দেবনাগরি ময়েক খঙদে অদুনা মসি তেলেগু ময়েক্কি। মসি লৌরো।" (Dr. Suri Bhagabantam দা পিখিবদুনি)। মহাক্না নুংত্তিগী পুজা তৌনবা লিঙ্গম কয়া অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি কয়া তোঙান-তোঙানবা ফিভমদা, মহিশাসুবমারদিনিগী, দত্তত্রেয়গী, রামগী অমসুং হিন্দুগী যুমশিংদা পুজা তৌনবা অতৈ কয়া, ক্রোস কয়া, সালিগ্রাম কয়া, রুদ্রক্ষ কয়া, চক্র য়েকপা প্লেত কযা, পুম্নমক যেকপা, হকপা ফজবদা মপুং ফাববা ঙাক্তনি। অদুগী পুম্নমক খুৎ ওৎলগা পুথোকপা ঙাক্তনি। মহাক্না ভক্ত অমদা সিলভরগী সেন্দল জুরা অমা পিখি মদু য়াম্না ঙকখ্রবা মওংদা মখোঙনা পুথোকখিবনি।

মহাক্না ফোটোগ্রাফসু পি-মশা মথন্তগী নত্রগা সিরসি সাই বাবাগা তোঙান-তোঙানবা মওংদা পুল্লগা, নত্রগা ভক্তশিংগী মাগী মাগী নিংজবা লাইশিংগী। মখোয়সিগী মনুংদা খবদি অখন্নবা তোপ-তোপ্পা য়াওরি, মরমদি মদুদা লৈরিবা মওং (pose) অদু মমাংথক্তা অমুক্তা লৈখিদ্রিবা ঙাক্তনি। খুদম ওইনা, অমুক্তং শ্রীরামাকৃষ্ণ পবমাহমশাগী ফোটো অমা পুথোকখি, সিরদি সাই বাবানা থম্মোয়গী মপাদা লৈবা অদুগা শ্রীসত্য সাই বাবানা মুর্ত্তি অদুগী মযায়দা লৈবা।

বাবানা মীযামদা বব অমাওইনা মশা-মশানা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা, নিংজবা লাই অদুগী মমিং অমসুং মওংশিং পিবদা নুংঙাইজে। মহাক্না লাক্লিবসি মরু ফুক্তংপা নত্রগা মাঙহনবা লাকপা নত্তে, য়োকখৎপা অমসুং মপুং ফাহনবা লাকপনি। অদুনা, নোংমা নুমিদাংৱাই অমা লৈঙোই মথক্তা ফম্বদা যাত্রিক অমনা - ধর্ম্মগী শকনায়রবা মতৈ- মনাও অমগী শক্তম য়াওবা বেদজ থেংপা উখি; অমসুং মদুদা য়াওরিবা শক্তম

অনিদু কুসুমা অমসুং হরনাথ কিনি হায়বা খঙলদুনা মখোয়গী মরমদা বাবানা হায়খি: মখোয় নামসঙ্কৃতনগী পাওজেল শন্দোকখিবনি; হরনাথ হায়বসিনা গৌরাঙ্গগী অবতারনি। অসুম্না ঙাওনা-ঙাওনা বাবানা লৈঙোই মনুংদগী ফজরবা লুপা ময়েক অঙৌবা (silver icon) অমা পুথোরকখি, মদুদা মকোক্তি ফন্দোকপা, মশাদি মরৈ-মরৈ কোনশিনবা লিন অমগী মথক্তা কুসুমা অমসুং হবনাথকী লেপতুনা লৈবা শক্তম উৎখি। কুসুমাগী মরাইবক্তা সিন্দুব অঙাংবসু নমই; মহাক হরনাথকী লোয়নবীনি। অতোপ্পা খোঙফম অমদনা মচু নায়বা 'শিবসায়ি' হাযনা থাবা মোইবুংগুম্বা অমা ভক্ত অমদা পিবমই, মবমদি মহাক বাবাসি শিবসায়ি ওইনা লাৎচবা মীশক্নি। মীপুম খুদিংমকপু মানা মানা পামজবা মাযকৈ অদোমদা থৌনা ফনা চংশিনহনবা হায়বসিনা মাগী নুংশিবা প্রেম অমসুং লৌশিংবু ফোংদোকই।

চা-চন্দন্না শাবা মুর্ত্তিশিং, লুপা ময়েকশিং, লুপাগী খুকমশিং, শামু-ময়াগী মুর্ত্তিশিং, নুঙ ঙাংশঙ-ঙাংবগী লিঙ্গমশিং, তোপাজ অশংবা অমসুং হিগোকমচু অমসুং সপফাইযার... নচিংবা কয়া লৌরগা পিস্রবনি। মনিমুক্তা যাওবা খুদোপ কয়াসু পিখ্রে লোযননা মখল মখা কয়াগী লিকসু (Lockets) পিবিখ্রে; পুম্নমক অদু মিকুপ তাঞ্জা অদুদা মঙোন্দা ফাওবকখিবা মিৎযেং অমসুং ব্রাখল অদুগী মখা পোনখিবা ঙাক্তনি। মহাক্না ভক্ত অমনা মনি-মুক্তা য়াওবা খুদোপ শিবা উরবদি মহাকপু তোয়না চৈ থাঙ্গনি, মদু মাগী চাউথোকচবা মতৌ অদু উবদগীনি অদুগা খুদোপ অদু লৌশিল্লগা মখুৎনা পোপ লাওনা থাবদা মনি-মুক্তা অদু মাঙখ্রে, মদুগী মহুত্তা সিরদি সাইগী নত্রগা সত্য সাইগী নত্রগা অনিমক্কি নত্রগা শ্রীবামগী, নত্রগা শ্রীকৃষ্ণগী নত্রগা ঈশ্বরগী মওং অমা হেক্তা ওইহল্লি।

ভেনকতগিরিদা চহি কয়াগী মমাংদা পোস্তেজ স্তামপ মপাক অমা য়াম্না অঙকপা মওংদা মওং হোংদোকখি। মপাক অদুদা পৃথিবীগী ওইবা নিংথৌবেল কয়াগী ফোটো অদু উরগা বাবানা ফাগি ওইনা হায়খি, "করিগীনো নখোয়না অসিগুম্বা পরেং অমা থল্লিবসে"? অসুম্না হায়ন-হায়না মাগী মখুৎনা মপাক অদুগী মথক্তা নানখি অমসুং মাগী মখুৎ হেক থাঙ্গৎখিবদা টিকেৎ অদুগী মমল অমসুং শকফম পুম্নমক মাঙখিরমই, অদুগা মদুগী মহুত্তা শ্রী সত্য সাই হায়না থাবা বাবাগী ফোটো ঙাক্তদা ওম্লোকখি। নহাক্লা কনাগুম্বা সাধক অমদা মন্ত্র অমতং পিনিংবগী ব্রাখল

লাক্লবদি মনাক্তা লৈবন্বা অফংবা চে মচেৎ অমা হেক্তা মচিন চুম্না কোনগনি অদুগা মিকুপ অমগী মনুংদা মদ সিলভবগী নত্রগা শামু মযাগী পোৎশক ওন্থোকখি অদুগা মদুগী মথক্তা মশাদা মন্ত্র অদুনা শাদোং ওইবিবা লাই অদুগী শক্তম যেক্কনি। অদুদগা মহাক্না সাধক অদুগী মবেদা মন্ত্র অদুগী ব্রাহে খব ইগনি অমসুং পোৎশক অদুবুনা গুরুগী আশিব্বাদকী পোৎনি হাযনা নিংশিংহন্নবা মঙোন্দা পিখিগনি।

মহাক্কি মখুৎ অসি [illegible] কপা শক্তি অমসুং লৈবি, মদু পোৎকী মশিং অমসুং [illegible] বান। মবম অদুনা, তিল্লিবা মীযাম অদুদা কোন্নবোইদবা চাং লৈববদি মদু যেনথোকপগী থবক অদু বাবা মশামক্লা তৌই। মহাক্লা নিংই; মখুৎনা শোকই; অপাম্বদু ওই। পাত্র অদু পিক থল্লি। ইজবিবা ইশামক্লা থেংনখিবা থৌদোক অমা মতাং অসিদা শন্দোক্লা পিজবি। মদু শোক ১৯৫০গী বিজযাদসাম নুমিৎ ওইখি। আনন্তপুবদগী লাকাখিবা ভক্তা খবনা হেকপদা ঙাযবিবা তুলসি মনা থুমোক অনি পুবকখি অমসুং থুমোক অদুগী অকোযবদ' ইকোয-কোযনা ফন্নগা লৈতেংনবা অশাং-অশাংবা পবেং লেংখি। মখোযগী থবক্তু লোযশিল্লক্লবা অমদি থুমোক্তা যাওবিবা তুলসি মনাদু লৈবক্রুবা মতমদা বাবানা মাযকৈ অদোমদা ফাওবকখি। মহাক্লা কাংবু অদুদা ফাগি ওইনসু অদুগা অওইবা ওইনসু "লোইখ্রববা?" নখোয অতোপ্পা তুলসি মনা থুমোক অনি অমগা পান্নিব্রা?" ব্রাফম অদুদা মখোয অপাম্না, নুংঙাইবগী মওং উৎখি, বাবানা মাগী মখুৎ অনিদু থুমোক মনুংদা অমমম থমখি অদুগা হৌগৎলকখি। মহাক্লা হান্নগী মতৌওম চুমদ্রিং হেক লেপ্পদা থুমোকশিংদো পাথোকপমখৈ হেকপদা ঙাযবিবা অশংবা তুলসি মনানা পিক থনখি। অদুনা হৌজিক্তি লাযববাশিং প্রশান্তি নিলযমদা পিজ পিথব তৌবা মতমদা বাবানা যেল্লিবসি কবিগীনো হাযবসি মযেক শেংলে। মী লিশিং লিশিংদুদা চান-থক্লবশিংদু মানা পেন্দ্রিবমখৈ হৈথদুনা পিজৈ, অদুবু মতম পুম্বদা লেম পানা কোন্নৈ অমসুং তুং তাবগীদমকসু শরুক লৈহৌই।

তশেংনমক্লি, 'মবাং কাযবা' হাযবসি মাগী খুৎ অসিগী তোপ-তোপ্পা গুণ, মওং, অমনি। বিজযাদশমি নত্রগা শিববাত্রিগী সভাষত্রা চৎপদা লৈ-তনা লৈতেংলবা দোলায নত্রগা জিপ্তা ফমলগা মঙোন্দা কৎলিবা লৈ পবেং অদুদগী লৈনা থৎলগা ভক্ত মযাম অদুগী মথক্তা চায়থৈ; মখাদা লৈমায়দা তাবিবশিংদু

করি ওইংগনি খল্লি? অমুক্লা চিনি অঙাংবা মতুমগুম্বা; (Peppermints), অমুক্লা শেল ময়েক, সিরদি বাবাগী মুর্ত্তি, নত্রগা সত্য সাই বাবাগী মুর্ত্তি নত্রগা অনিমক্কি; করম্বা মতমদা, করি ওইংগনি হায়বসি ঐখোয়না মাঙজৌননা হায়বা ঙমদে! মসিনি খুৎ অদুগী অঙকপসি! শোক ১৯৫০গী নভেম্বর তাং ২৩দা অসুম হায়না তৌবদগী খোমজিলহৌবা পোৎ ময়াম অমা ভক্ত কয়াগী মখুত্তা লৈনরি; থৌদোক অদু নুমিৎ অদুদা হোঙখিবা প্রশান্তি নিলয়ম তান্না অরিবা মন্দিরদগী লাকখিবা খোঙচত্তা থোকখিবনি। মখোয়না পোৎশকশিং অদু করি অমতা মাংথোক্তনা (মোৎহন্দনা) অমদি তরু-তনালনা মীরোল কয়া থমজবা য়ারবা পোৎনি মরমদি মখোয় অদু অতোপ্পা কান্নরবা পোৎ অমগুম্না কান্নরবা পোৎ ঙাক্তনি!

মতাং অসিদা (চহি ৮৫ শুরবা) শ্বামি অমৃতানন্দনা মশানা থেংনখিবা থৌদোক অমা আইবা মশামক্তা লিবিরম্বা ৱাফম অদু পনবদা খজিক্তং নুংঙাইবিবা য়াই। মহাক ফবা ঙমদ্রবা এজমানা (শ্বর হোনবা য়াদবগী অনাবা) নারমই; মদু বাবানদি মানা তিরুবন্নামলাইদা লৈরিঙৈদা চৎথখিবা হথ ষোগদু নিয়ম কায়খিবদগী তৌখিবনি হায়বিখি। মহাক্লা পুত্তপার্তিদা থা কয়া লৈরিঙৈ মনুংদুদা বাবানা মঙোন্দা পিবিবা হিদাকশিং অদুনা অৱাবদু কোকখি অমসুং শ্বামি অদুনা পুত্তপার্তি থাদোকখিবা মতমদদি মহাক অনাবা অদুদগী পুমফ-ফগ্রে। হিদাকশিং অসিগী মরমদা শ্বামি অমৃতানন্দনা হায়খি :"অহানবা নুমিৎ নিনিদু মহাক্লা মখুৎ ওৎলগা পুথোকপা বিভুতি পিরকখি। অহুমশুবা নুমিত্তনা সনা মচু মানবা অরুম্বা পাওদর খর মশামক্লা ঐগী য়ানুংদা ইনবিখি। অদুদগী মখুৎ ওৎনা ওৎনা মায়গৈ মরিদা য়েংখি অমসুং কোরিমচু মানবা পাওদর খর পুথোক্লগা ঐগী নঙ্গল অমসুং থবাক্তা তৈবিখি। মতুংদা মানা বিভুতি অমুক পুথোকখি অমসুং অনাবা হৌরকপা মতমদা খর-খর য়োৎনবা ঐঙোন্দা পিখি। অতোপ্পা নুমিৎ অমদনা মতু চোম্বা অথোৎপা পাম্বি মচাশিংদগী লৌবা মরু খর পিখি অমসুং শায়রগা মহি য়োৎশিন্নবা হায়রকখি। অতৈ নুমিৎশিংদনা ঐনা ভারত্তা, সিলোন্দা, মলয়াদা নত্রগা হিমালয়াদা অমুক্তা উখিদ্রিবা চীংগী লফু মানবা য়াম্না পিকখ্রবা পাম্বি অমা পিখি। মহাক্লা মনুংদা মরু যাওদবা খরজুর উহৈ অমা পিখি। মহাক্লা উনা খর পুথোকখি অমসুং মদু ঐগী

ইমাংদা মশানা শুমলগা খুদক্তা পুথোকখিবা পাত্র অমদা হাপলগা ঐঙোন্দা থক্লবা হুকুম তৌবকখি।

"অতোপ্পা নুমিৎ অমদনা মাগী মখুৎ ওৎলমই অমসুং অশংবা উনা অপিকপা বন্দল অমা মাগী মখুত্তা যৌবকখি। চাউবাক্লা পাউন্স ৩-৪ লুম্বগী চাং ওইগনি, মদু লোযনমক চাথোকউ হাযদুনা মিৎচিগা খৎলগা ঐঙোন্দা পিবকখি। মনাশিংদু মখাদা যাম্না থৌবা অতেনবা তিংখঙ পাল্লমই, মদু উবদা ঐহাক থব্রাই ব্রাবমই অমসুং মঙোন্দা যেংলগা হ জনমই, "নঙনা হাযবিসিবু তিংখঙশিং অসি য়াওনা চাও হাযবিব্র?"। মহাক খজিক্তং নুংশিবিবা মানখি, মখুৎ অদু ঐঙোনলোমদা তিংথোবক্লগা "মদু ঐঙোন্দা অমুক্তা পিবকখো" হাযবকখি; ঐনা মাগী মখুত্তা থমখি; মানা অমুক ঐঙোন্দা পিবকখি; যেংউ তিংখঙ অমতা লৈখিদ্রে; নত্তে, তিংখঙ পাল্লমই হাযবগী খুদম ফাওবা লৈখিদ্রে; অদুনা ঐনা যাম্না নুংঙাইনা চাথোকখি। নুমিৎ খবনিগী মতুংদা মানা ঐবু মাগী কাদা কৌবমই অমসুং অশংবা উনা ফনা যাম্না খুদক্তা লৌবকখি। "যাম্না ফত্ত্রবা অখন্নববা", মানা হাযখি, "হিমালযাদগী চুমদ্রিং লাকখ্রবা"। তংখায অমা মখুত্তা থমহৌবগা, তংখায অমনা ঐগী খুত্তা থল্লগা মহাক্লা হাযখি · "চাশিল্লু, শাযযু অদুগা যোৎশিল্লু"। মদু অসুক্কি মতিক অকিবগী মশক ফংনা খাগ্রে মদুদি খবদংদু চানবা হোৎনবদা ঐগী লৈজবা শক্তি পুম্নমক খোমজিনজবা তাখি। ও! মাগী মখুত্তা লৈহৌবিবা অকিবগী মশক ওইববা তংখায অদু অমুক মখাতানা ঐঙোন্দা চাও হাযবক্তনবা ঐনা ঈশ্বরদ কযা কন্না খুকুমজখিবা!

"অদুবু, চাদবা ব্রাবোইদৌবি। নুমিত্তুমদি মহাক কবি অমতা মিনুংশি উৎলোইদৌবি, তংখায অদু ঐঙোন্দা পিবগা মানা হুকুম তৌবকখি : " মসিসু লোইশিল্লু"। ঐনা হেক খোমজিনজবা যাবা থৌনা, পাঙ্গল পুম্নমক থাজিনজবগা লেমহৌবিবা শক্তি ঐগী যাদা হুকচিললকই, অদুবু (নহাক থাজবিগদ্র?) মাগী মখুত্তা মতম খব শাংনা লৈখিবদুদা ব্রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদবমখৈ থুমখ্রে চুহিদগী হেনখ্রে, খোইহিদগী হেনখ্রে, ! হান্নগী মতৌগুম য়াম্না খাগনি খল্লম্বদগী খাবমদ্রবদুদা ঐনা নুংঙাইজবা অমসুং অব্রাবা কোকপগী মওংদু উবদা মহাক নোকখি, অমসুং ঐহাক ভাব তাবকখি মদুদি ঈশ্বরগী লম্বিশিং/পথাপশিং অসিদি

তশেংনমক খঙঙমদ্রবা, ভাব তাঙমদ্রবা ঙাক্তনি।" য়াম্না অহল ওইরবা সন্যাস ধর্ম্ম চৎলবা, মতম কুইনা রামানা মহর্ষিগা লৈমিন্নরুরবা, বেদ অমসুং বেদান্তদা নিংথিনা হৈরবা অহল অমগী তশেং-তশেংলবা রিপোর্ত অসিখক্তনসু বাবাসি ঈশ্বরনি হায়বসিদা নুঙগুম্না থম্মোয় কল্লবা মীওই ফাওবদা থাজবা য়ারে।

বাবানা লায়েংনবা হিদাক খর পিনিংলকপা মতমদা, মহাক্না মখুৎ ওৎনি, অদুগা গুলিশিং, নত্রগা পাওদরশিং, নত্রগা মহি য়াওবা লিকলিশিং, নত্রগা থাও নত্রগা উহৈশিং মখুত্তা হেক্তা য়ৌরকই। মচা-পোকহনবিয়ু হায়না য়াম্না কন্না হায়জবা ভক্তশিংদসু আশির্ব্বাদ পিনবি, মখোয়গীদমক উহৈ অমা পুথোক্লগা মপু মনায় তংখায় তংখায় চানবা হায়খি। করিগুম্বা মতমদা ফাগি ওইনা য়াম্না হরাওনা উহৈ অমা লংখিগনি, অদুগা হরাওজরবা মহাক্না উহৈদু হেক মখুত্তা ফংবগা বাবাগী মখুত্তা অতোপ্পা উহৈ অমসু অদুম লৈহৌই। নত্রগা মখুত্তা করি অমতা য়াওদনা করিগুম্বা অমা লংখিবগী মওংগুম তৌবসু য়াই, অদুনা মঙোন্দনি খল্লিবা নুপা অদুনদি উহৈগুম্বা অমা ফংগদবোই খল্লি। নুপা অমা হাকথি খন্দুনা লোক থুংগদবা মতৌ উবদা নুপা অদু মাগী মনাক্তা কৌশিনখি অদুগা অথুম্বা য়োৎনবা অমা পিখি লাইহৌনা শাংনা নারক্লবা নুপা অমগী মনাক্তা বাবানা চংখি অদুগা মখুৎ ওৎতুনা করিগুম্বা খরা পুথোক্লগা নুপা অদুদা অতম্না মখুত্তা পিখি অমসুং নুপা অদুনা যাম্না ব্যবহারগা লোয়ননা হৌগত্তুনা শিদ-হিদাক অদু লৌজখি। মদু করি ওইরমবা যাই হায়না খল্লি? মদু য়াম্না চাউরবা মতুচোম্বি খোই মপি অমা ওইরমই, খুদক্তা অদুম পাইথোকখ্রে!

ভক্ত অমনা মাগী দিপ্লোমা লৌনবা কনভোকেসন য়াওজগে হায়দুনা বাবাদা পুত্তপার্তিদগী খর ঙন্না চৎখিনবা য়াথং নিখি। মদুদা বাবানা হায়খি :" মদু ঐনা হৌজিক মফম অসিদা পিগনি"। অদুদগী বাবানা মখুৎ ওৎখি। মদ্রাসতা মাগীদমক্তা থৌরাং তৌদুনা থল্লিবা দিপ্লোমা অদুগা হিরম খুদিংদা চপ মান্নরবা অমা বাবাগী মখুত্তা য়ৌরকখি। কুমসিগী চহি অসিদা মাইসোরগী ভক্ত অমনা পুত্তপার্তিদা বাবাগী পুজা অমা গৌরিগী কুম্মৈ নুমিত্তা পাঙথোক্লবা হোৎনখি। পুজা অদুগী পোৎচং পুম্নমক বুক্কপৎনম ফাওবদা চত্তুনা থিবদা অতৈদি লোয়না ফংলগা অমুবা মরু অদুদি ফংবা ঙমখিদ্রে। মসি লুহোংলবী নুপীনা পুজাগী মতমদা শিবদা য়াম্না তঙাই

ফদনা অফবনি হায়না লৌনৈ অদুবু মখোয়গীদি মদু য়াওদনা তৌবা তাখি। বাবানা পুজাগীদমক মখোয়গী লৈফমদা লাকলমই। হরাওবনা থুমহৎলবা মতৈ-মনাও অদুদি পুজা অদুদা মপুক্লিং পুমলুপ লুপশিনখিবনা বাবাগী মখোঙদা কৎলিবা লৈ মরক্তুদা ককচেং অমুবা অচৌবা অমা চৎপদু মখোয়দি উরমদে, বাবাদি খঙলমই। মদু মহাক্লা তপ্না থাঙ্গৎলমই অমসুং খুদোম্বি অনিনা চপ্লগা পায়রমই। "করিনো! লৈদা নত্তনা ককচেং যাওনা পুজাদা কৎলব্রা"? হায়না ফাগী ওইনা হংলমই। মহাক্লা ককচেং অদু নুপী অদুদা পিখি; নুপী অদুনা মখুৎ খুবাক তিংথোক্তুনা য়াজখি; অদুবু মানা ফংখিবদি অচৌবা অমুবা ককচেংদু নত্তে;শুকনৎ-নৎখিদে; মদুগী মহুত্তা মাগী(বাবাগী) থৌজালদগী মানা অমুবা মরু অনি ফংজখি।

খুৎ অসিগী মরমদা ঙাঙনরকপা মতমদা মাগী খুৎথোক খুদিংমক্তা লোয়নদুনতা লৈববা ঈশ্বরগী শক্তিনি হায়বসিগী মতাংদা য়াম্না শাথিনা অঙকপগী মশক ওইরবা খুদম অমা পিদবা ঙমদ্রে। চাউবাক্লা থা তরুকলোমগী মমাংদা বাবানা চুম্না সুম মাগী তংখায় অমা হাংদোক্তুনা লৈবা থোংনাও মনাক্তা কাখৎখি, থোংনাওগী ফৈরেন অদুদা ইলেকত্রিক থাংমৈ অমা উবদগী মঙোন্দা ৱাখল অমা ফাওখি, মদু লৈরিবা ময়ামদুনা কৰি অমতা খঙবা ঙমখিদে। বাবানা মখুৎ ওৎপদুতমক উখি, মখোয়দা মাগী খুবাক উৎখি, মদুদা বাবা মশামক্কি মচুগী ফোটো অমা লৈরমই। মহাক্লা কবিগুম্বা অবংবা থর থাংমৈ অদুগী মমি অদুদা নপননবা পামলমই। মহাক্লা মদু থাংমৈ অদুদা থাঙ্গৎলমই, অমসুং মাগী অকোয়বদা লৈরিবা খরনা পিকচর অদুগী বেকগ্রাউন্দ অদু খর ময়েক শেংবা ৱাৎলি হায়খি, খরনা শম অদু মওং তাদ্রে, খরনা অমুক মায অদুসু কোই নিংথিনা কোকত্রে... নচিংবা হাযনরকখি; অদুবু মানা পুম্নমক্তু "ঐগী নুংশিরবশা; নখোয়বু য়েংদ-য়েংউনে, মসি ঐগী ফোটোনি, ঐনা হৌজিক ওইরিবা ফিভমসিমক্কি- ফিজেৎসিনে, বেকগ্রাউন্দ সিনে, তংখায হাংদোকপা থোংনাওনে, থোজাওসিনে, থোংজাওগী পবদানে, থাংমৈগী স্বিৎচনে" অদুদগীদি ঐখোয়না য়েংখিবা মতমদদি ঙকপা সুম হেনগৎলকখি। অশেংবনি! অসুম্না ওইখ্রে মদুদি সেকেন্দ অমগী শরুক লাক্ষ তরা থোকপাগী শরুক অমগী মনুংদা কনাগুম্বা অমনা কমেরা অমা পুরক্তুনা ফোটো নমদুনা, মচুগী ফিলম ওম্থোক্তুনা, চামথোক্তুনা কংহন্দুনা বাবাগী খুত্তা পিররে!

খুৎ অদো তশেংনমক হায়নিংঙাই নৈতনা অঙকপগী মশক্তি, ঈশ্বরনি! (Divine)!

নোংমগী নুমিদাংব্রাই অমদা প্রশান্তি নিলয়মদা মীগা অতৈ শা-শিংগা লৈনবা মরী অমসুং মীওইবগী হৌরকপগী তোঙান-তোঙানবা মোতশিংগী মরমদা ঙাংনরকপা মতমদা বাবানা হায়খি মদুদি মীগা শাগা লৈনরিবা মরী অসি উথক্তদা লৈবা, লৈপাক্তা লৈতবা য়োং মখল অমগনা হেন্না নক্লে। সিমিয়ান হায়বা মমৈ পান্দবা, মতুহৌদবা, উথক্তদা লৈবা য়োং অদুগী মরমদা বাবানা ঙাঙখি; মতম অদুদা এনথ্রোপোলোজিগী প্রোফেসার অমনা হায়রিবা মখল অদু ভাবনা শাবদা য়াম্না ব্রারবদা বাবানা মখুৎ ওৎখি অমসুং বাবানা হায়খ্রিবা য়োং অদুগী য়াম্না পিকপা মোদেল অমা বাবাগী মখুত্তা য়ৌরকখি। মনিমুক্তাগুম নিংথিজরবা অমসুং বিজ্ঞানগী খ্বাইদগী হেন্না শকমান্নরবা য়োং মচাদো হৌজিক্তি মঙোন্দা লৈরে, 'ফজবা হায়বা পোৎশকসিদি লোয়নায়দ্রবা নুংঙাইবগী মশক্তি'।

করিগুম্বা মতমদা বিজয়াদসমিগী নুমিত্তা সিরদি বাবাগী সিলভরগী মুর্ত্তি অদু অভিষেক তৌই - চামথোকই, শেংদোকই; বাবানা লিঙ্গ অমা পুথোক্লগা মুর্ত্তি অদুগী মকোক্তা বিভুতি হৈথদ্রিঙৈদা থমই। মসি করিগুম্বা মতমদা শিবরাত্রি নুমিত্তসু তৌই। থাঙ্গৈশেংনমক বাবনা মখুৎ ওত্তুনা তোঙান-তোঙানবা লিঙ্গ কয়া পুথোকতুনা পুজাগীদমক পিথোকখ্রে। অসিগুম্বা য়াম্না নুংঙাইরবা থৌদোক অমা ঐহাক নিংশিংই। মফম অদু তিপ্পেগোন্দানাহল্লি হায়বা বঙ্গলোর মনাক্তা লৈবদুদনি। ভক্ত খরনা অয়ুক অমা বাবাগা চিক্লা লৈমিন্ননিংবদগী তুমিন্না হায়বিবা মফম অদুদা বাবাবু পুখি। (বাবাগী অয়াবা হান্না লৌবগনি)। মফম অদুদা কর্ম, অমুক হন্না পোকপা, অমসুং আত্মাগী মওংনচিংবগী মবমদা ব্রা খর ঙাঙলবগী মতুংদা বাবানা অমৃতনা পিক থনবা সিলভরগী মখুম পানবা পাত্র মচা অমা পথোরকখি অমসুং অমৃতদু মদুদা লৈরিবা মী ১০ মুক তুদা য়েনথোকখি; অদুদগী অহাংবা পাত্র অদু মাগী নুপীগা লোয়ননা ইংলন্দদা চৎখিগদৌরবা নুপা অমদা পিখি। অহাংবা পাত্র পিবদুদা মথব্রাই নুংঙাইতবদু উবদগী বাবানা পাত্র অদু লৌরগা, মখুৎকা ওত্তনা অদুম অমুক পিখরে। পাত্র অদু অমৃতনা অমুক হান্নগী মতৌগুম পিক থনখ্রে।

মসিগী মতুংদা কাংবু অদু বঙ্গলোর সহরদা ঈশিং পিরিবা রিজরভোইয়র অদুগী

মনাক্তা চৎখি। ইঞ্জিনিয়াব অদুনা প্রোজেক অদুগী ব্রাবি লিবিগৈদা অমসুং মফম অদুদা তিন্নবিবা তুবেল অনিদুগী মহৌশাগী খোঙনুং অমসুং সঙ্গামেশ্বব মন্দিবগী মতোন গাদু থিন্দুনা তাক্লিগৈদা, অমদি দাম থিঙ্গৎপদগী পুখ্রি অদুনা ঈশিং থুমহনখিবা মযামদু তাক্লিগৈদা, বাবানা ঈশিং মপান্দুদা লেপ্লগা তাবমই। খঙহৌদন মাগী মখুত্তু পুখ্রিদা লুপশিনখি অমসুং মখুত্তা ঈশিং খব পুখৎলকখি। মীপুম খুদিংমব পুমঙক ঙকখি মবমদি বাবাগী মখুত্তা নুংশা মঙালদা পুমলং লংবা স্ফাতিকা লিঙ্গম, চন্দন তৈবা, বিলভা মনা যা ওবা অমা পুজা তৌফমদগী থাংদুনা পুবকপগুম থুংলখি বাবানা মঙোন্দা হাযখি, "মসি লৌবো, অদুগা নুমিৎ খুদিংগী পুজাতৌবো। নঙন কুদলা সঙ্গমেশ্ববা নিংবা নত্রদো? অচুম্বনি, মহাক হাযবিবা লাইদু পুজা তৌজব মীনি।

বাবানা মাগী ভক্তশিংবু আশির্ব্বাদ পিবিবা মতমদা অমসুং মহাক্কি মনাক্তা, প্রশান্তি নিলযমদা মখোযগী মচাশিংগী লুহোংনবা শিঞ্জগে হাযজবদা যাবিবব মতমদা মহাক্লা কবিগুম্বা মতমদা মঙ্গল্যম অসি খুদক্তা পুথোকই অদুগা লাইবব ফববী কন্যাগী ঙকশমদা কিশিন্নবা বব নুপাদুদা পি। খুৎ অমুক্তং ওৎপদা শেমপাব অমসুং যাইঙং মচুগী লিকমবি মিকুপ্তা লোযনমক থৌবাং লোযদুনা লৈ। কবিগুম্ব মতমদা মনা হুৎপগী থৌবম পাঙথোকপদা মনা হুৎনবা মচিনতুম্বা তাবাগুম্ব অমা পুথোকই অদুগা না অদু হুৎলবা মতুংদা মদু কোনাল্লিগা নাগী খুদোপ ওন্থোকই। খুৎ ওৎলগা পুথোকপা ঙম্বগী শক্তিশিং অসি শিঙথাবদা লোযব নাযগদবা মান্দে। নুপা অমগী অনাবা লাযেংনবা নত্রগা ফহন্নবদা বাবান ওপবেসন তৌগে নিংলবদি মদুদা দববাব লৈবা পোৎচং খুদিংমক মানা মখুৎ ওৎলগা পুথোকই। মহাক্কি নুংশিবা প্রেম অদু ফোঙদোক্লিংবা মতমদনা মখুৎ অদুন অথুম অহাও পুথোবকই - লৈঙোইদগী ওইবা যাই নত্রগা নুংশিত্তগী ।

পন্দুপ খুদিংমক অবোইবা অমমম লৈগদবনি, অদুনা মসিসু তঙাইফদনা ঐনা থাজৈ, অতোপ্পা থৌদোক অমতং লীবগা লোইশনবা তাবে, মদুদনা খুৎ ওৎপসি বাবাগী শক্তি অদু অতোপ্পা খুৎ অমদা লৈহল্লগা ওৎহনবগী মতাংনি। চহি ১৬ লোমগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক্লি, মতম অদু বাবাসি চহি ২০গী মখাদা লৈবিগৈগী ব্রানি। বাবা অমসুং ভক্ত মযাম অমনা তুবেল লান্দুনা সাহেব-পুখ্রি

মনাক্তা লৈবা ইংখোল অদুদা চৎলমই; মফম অদুদা ময়াম পুন্নমক মশানা থোং-থাক্তুনা চাক ঈশিং চারমই। ময়ামদু তুরেল খোঙবাললোমদা য়াম্না মমশিল্লক্লবা মতমদা খুঙ্গং অদুদা হল্লকখি; বাবানা খ্বাইগী মাং থারগা মোংশোং মচা অমা ফাওরকপদা করিগুম্বা অমনা বাবাগী য়েৎথংবা মখোঙদা য়েৎশিল্লক্লগা মখোঙ খোঙবিদা চিকখি; অদুদা খুদক্তা মশা অদু তিংথোক্লগা শৎ লাউনা থুনা য়াংনা লৈঙোইরোমদা চেনখি। লিন-নি, লিন-নি, ময়াম্না লাউনখি। বাবানা চৎচম্ব্রসনু হায়খি; অদুবু শাওরবা ময়ামদুনা তান্নদুনা হাত্তোকপা পামখি; অদুনা বাবানা অকনবা য়াথং ওইনা - 'চৎখ্রো' হায়না লাউরমই, লিন অদু য়াম্না থুনা চৎখ্রে, মশক উখিদ্রে। মরক অসিদা চিকপগী ফল লাকপা হৌরে; বাবাদু মশা তুবগুম তৌরে; মী খর চেন্দুনা পেন্দভেনকপ রাজুদা পাও পিখরে; অতোপ্পা অমনা মাইল অমা লাপ্না লৈবা মেজিক ব্রালাদুগী মনাক্তা চেনখ্রে; মরকসিদা বাবাদা খুদক্কি তেংবাংপিরিবা - ভক্ত অনিদুগী মনুংদা অমদা বাবানা তৌবগুম মখুৎ ওৎনবা ঈঙ্গিৎ পিখি। অদুনা মাগী মখুত্তু ওৎখি; য়েংউ, "পিস্তোন্না থক লাউনা থিনবগুম ঐগী খুবাক্তা ফাওখি" নুপা অদুনা অইবা অসিদা হায়খিবনি। নুপা অদুগী খুবাক্তা হিদাক (Talisman) খর থোরকখি। বাবানা মদু মাগী মতিনগা তোৎলগা অশেকপা মফমদুদা তৈনবা হায়খি; মদুমক ভক্ত অদুনা তৌখি। সেকেন্দ খরগী মনুংদা বাবা হৌগৎলকখি, মদুনা পুন্নমক্কি অব্রাবা পুন্নমক কোকখি। তশেংনমক, মীপুম খুদিংমক নুমিৎ অদুগী নুংঙাইরবা খোঙচৎ অদু কায়হনবা য়াবা থৌদোক অমতা থোকখিদবগুম বাবানা ব্রা ঙাওলত্তুনা তৌরকপদুদা পুন্নমক্তু শিরুরবদগী হল্লকপগুম নুংঙাইনখ্রে।

তাঞ্জা অদুদা মমা মপা অমসুং অতৈ মীওই কয়ানা চেল্লক্লমই; হিদাক ময়ামসু পুরকখি, - মেজিক্কি ব্রারোলশিং, উরুশিং, গ্রামোফোন রেকোর্দ অকায়বা মচেৎ, হিদাক কান্নবা লিক্কি, মেল্লাদগী লৈরকপা,অমদি অরোইবা ওইনা মাইল অমা লাপ্না লৈবা অফাওবা মেজিক ব্রালা; বাবানা মখোয় ময়ামলোমদা চংশিল্লগা ওকখি অমসুং মখোয় ময়াম্না য়াম্না ব্রানা শেল চঙনা তৌরক্লিবা মওং অদুদা ফাগী জুগাই কয়া তৌখি।

বাবানা মতুংদা ময়ামদা শন্দেক্লা তাকখি মদুদি মানা পুথোক্লিবা পোৎ অমতা মাগী কান্ননবদা শিজিন্নদবা মবন্না শক্তি অদু অতোপ্পা খুৎ অমদা লৈহনবা তাখিবনি, নত্রবদি মা মশানা অদুম পুথোকলম্বা যাই।

হেমদ পান্তনা সিবদি সাই বাবাগী মবমদা হায়খি, "ভক্তশিংনা বিদায লৌববা মতমদা, বাবানা উৎ(Udi) অদু প্রশাদ ওইনা পিখি, খবনা ভক্তশিংগী মমাযদা তৌশিনখি অদুগা বব পিবিবা মখুৎ অদুনা মকোক্তা থমখি"। শ্রীসত্য সাই বাবাসু অদুম্না চপ মান্ননা তৌই। ভক্তশিংনা ফংফম থোকপা বব অদু মাগী মখুৎনা পি। মদুগী খুৎ অদুনা অনাবা ফহল্লি, লাযথুং কোকহনবা ঙমই, ফত্তবা তান্তোকপা ঙমই, ভুত তান্থোকপা ঙমই অমসুং লাইবক নৌনা ইথোকপা ঙমই।

# চপ্ মান্নবা বাবা ঃ (THE SAME BABA)

সত্যনরায়ন্না মানা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা সিরদিগী লম্বোইবা অদুগা লৈনবা মরী, হায়বদি অমত্তনি, হায়বগী মরমদা লংলা লংজিন খর পিখিবসি য়াম্না অর্থ লৈবা ৱাফম্নি। মহাক্না মাগী মরুপশিংদা ঈশৈ তম্বিবা মতমদা কনা অমতানসু মশক মমিং উখিদ্রিবা নত্রগা তাখিদ্রিবা বাবাজী অমগী মরমদা অমসুং লাইফম অশেংবা, কনা অমতনা মদুগী মরমদা তাখিদ্রিবা-গী মরমদা তম্বিবদা মীয়াম্না ঙক্লখি ! সিরদি হায়রিবসিবু কদায়দনো হায়না মখোয় মশেল হংনখি। মসিগী মুসলিম লম্বোইবা অসিনা কনানো ? মখোয়গী মরক্তা য়াওরিবা অসুক নুংশিনা মীগী পুক্নিং শুমহৎনা শক্লিবা অমদি জগোই শারিবা অঙাং অসিনা চহি খরগী মনুংদা মখোয়গী খুঙ্গং অসিবু অতোপ্পা সিরদি অমা ওন্থোক্লুনা, মী চা - কয়া লিশিং কয়ানা চপ মান্নবা বাবা অদুবু থিবা লাক্লখিগনি হায়বসি মখোয়না ইখঙ খঙখিদে।

মহাক সাই বাবানি, ভারদ্বাজা গোত্রনি, অপস্তম্বা সুত্রনি অমসুং সিরদিদগীনি হাযবা ৱাফমশিং অসি চানবা ওইনা লাউথোক্লবা মতমদা মঙোন্দা হংখি : "নঙ সাই বাবা ওইরবদি, হৌজিক ঐখোয়দা অঙকপা থৌদোক (miracles) খর উৎলু!" মদু তাবদা অঙাং অদুনা হায়খি : "ঐঙোন্দা মল্লিকা লৈ খব পিয়ু" লৈশিংদু মাগী মখুত্তা থম্বা মতমদা মহাক্না লৈমায়থক্তা চাইথখিবমই অমসুং য়েংউ, লৈশিংদুনা তেলেগু ময়েক্ত - সায়ী বাবা হায়না লৈ অমগী মতুংদা লৈ অমনা তাখি; য়াম্না হৈ শিংলবা খুৎ অমনা শেম্বদৌনা তেলেগু ময়েক্কি থেকপা-কোনবা অদু চপ চানা মান্না লৈখি। ময়াম্বা অহল সেশমারাজু অসিগুম্বা অঙকপা থৌদোক্তগা লোয়নরিবা অঙাং অসিগা লৈমিন্নরকপগী শাংলবা একসপরিয়েন্স লৈরবা মহাক ফাওবদা খর হেঞ্জিন্না কনশিনবা থাক্তা শক তাক্লকপসিদা মা ফাওবা ঙক্লমই। "অওইবমক্লি, ঐগী অবতার অসিগী হেক মমাংদা লৈখিবা অবতার অদুগী মমিং ঐনা মখোয়দা পিগ্লবনি" - থৌদোকশিংগী মতাংদা হংবদা বাবানা হায়খিবনি।

"মসিনা চপচানা তাকলিবদি সাই বাবা হায়না লাকখিবা মহাক অদুনা হৌজিক অমুক হন্না সত্য সাই বাবা হায়না লাক্লে, অসিগীসু মথক্তা সাইশিং অসি পরিং ওইনা লাক্লি। অবতাব অসিগী মথংদা অতোপ্পা প্রেমা সাই হায়বা অমা লৈখিগনি, মহাক্তি মাইসোরগী লমদমদা পোক্কনি", মহাক্না মখা তাখিবনি।

মসি পুন্নমক অসি ওইনা ওইনা মমা মপাশিং অমসুং ময়াম্বনা, মসিবু য়াদবা কাংবুনা হায়বা তাবমই অমসুং মীওইশিং অদুনা মখোয়বুচেকশিন ব্রা হায়রমই মদুদি অঙাং অসি মুসলিমগী ভুতনা তোংশিনবগুম তৌরে। অদুনা, মাইল ১৮ লাপ্না লৈবা পেনুকোন্দাদা সাই বাবাদা লুপখ্রবা, শগোলশেন খুদিংগী সাই বাবাগী পুজাদা মী য়াম্না য়াম্না তিনবা নুপা অমগী মনাক্তা মাবু পুবমই। মহাক্না সত্যদা মুন্না য়েংলমই অমসুং মহাক লাইনি হায়বসি মাদি চিংনৈ হায়রমই। অঙাং অদু মদু তাবদা যানিংদদুনা ফুক হৌগৎলমই অমসুং নুপা অদু অঙাওবনি হায়রমই অমসুং মাগী মখুৎ অহাংবদগী বিভুতি মযাম চাইশিন্দুনা মাগী পুজাদু হেন্না থরাই য়াওনা, হৈনিংনা তৌনবা পাওতাক পিখি।

"নঙদি চুম্নগী থিরিবা মীনি, মিনায়নি, ঐ অসিনা নঙনা থিরিবা মীদুনি, মপুদুনি", মহাক্না লাউথোক্লমই।

মতম অসিদা সত্যবু বুককপৎনমদা মখোযগী ছাত্রনি খঙখিবা ,ওজা অনিখক পুত্তপার্তিদা লাকখি।। ঐখোযগী লাইবক ফবনা থোকখ্রিবা থৌদোকশিংগী মরমদা মখোয়গীদি লাইবিক ওইনা ছাপা তৌদুনা লৈবমই। অনি অদুগী মনুংদা য়াওরিবা শ্রী বি: সুব্বন্নাচাব-না হায "ঐগী অহানবা মাগী মরমদা ফাওখিবা ব্রাখলসি মহাক অসি প্রহলাদ-গুম্বা অচৌবা ভক্ত অমনি। মহাক্না অঙক-অঙকপা থবক তৌবা উখি। মহাক ইচম-চম্বা মী অমা নত্তে, থোইদোক্লা তোমথিন শক্তি লৈবা মীশক্লি হাযবসি ঐ ইশানা চপচানা য়াজখি। ঐখোয়না ওক্লিবসিগী ওন্ন তৈনবদা মসিগী পুত্তপার্তিগী অঙাওবা অঙাং অসিনা ঐখোয়দা খঙহনবিগ্রে মদুদি মহাক সিবদিগী সাই বাবা নত্তনা অতৈ কনাসু নত্তে। মহাক্নসু ঐখোয়বু অহিং অদুমা লৈখো হায়বমই অদুগা মানা বাবাগী পুন্সিগী ইতিহাস লিগনি হায়রমই! ঐখোয়না মাগী পুন্সিগী ইতিহাস তানিংলমই মরমদি সাই বাবাগী মরমদা ফংলিবা লাইরিকশিং

অদুদা মাগী অঙাং ওইরিঙৈদগী অমদি চহি ১৬কী নুপামচা ওইরকপা মতম ফাওবগী মরমদা করি অমতা য়াওদে। ঐখোয়না হায়দ্রিঙৈদা মহাক্না বর অসি হন্না পিখিরমই। ঐখোয়গী নুংঙাইবগী ঙমখে লৈরমদে। অহিং লাকখ্রে। ঐখোয়না বাবাগী পুন্সিগী ৱারি তারমই। ঐখোয়না শ্রী সাই মশমকপু মীওইবগী মওংদা ঐখোয়গী মিৎ অসিনা উখি"। কয়াদা অখন্নরবা, তোপ-তোপ্পা নুংঙাইখ্রবনো। কয়াদা চাংজৌ নায়দ্রবা থৌজালনো। অতোপ্পা ওজা শ্রী ভিঃ সিঃ কোন্দপ্পনা সিরদি বাবা পোকপগী অমদি অঙাং ওইরিঙৈগী ৱারি লিবিখি; মদু "শ্রীসায়ীসুনি চরিত্রা" কৌবা সত্য সাই বাবানা পিবা তেলেগু শ্লোক ১০২ য়াওবা, শোক ১৯৪৪দা ফোঙখিবা লাইরিক অদুদগীনি।

মসিগী ৱারি অসি তশেংনমক্কি ভক্ত পুম্নমক্তা য়াম্না নিংথিনা নুংঙাইবা ওইগনি: গোদবরি তুরেলগী তোর্বান্দা লৈবা পাত্রি হায়বা খুঙ্গং অদুদা য়াম্না পুকচেল শেংলবা, দান পিগনবা অমসুং গঙ্গভাবা কৌবা য়াম্না মরু হকচিনবা ব্রাহমিন অমা লৈরমই; মাগী লোয়নবী দেবগিরম্মা অসিসু য়াম্না ধর্ম্ম লৈবী নুমিৎ খুদিংগী সিবগী নুপী গৌরিবু পুজা তৌজবি নুপী অমা ওইরমই। মখোয়গী মচা লৈরমদে অদুনা মখোয়গী অৱাবসি করিগুম্বা লৈবা তারবদি মসিগী ৱাখলসিখক্তং ওইবা য়াই, মরমদি মখোয়গী ৱাখলসি মতমচুপ্পা ঈশ্বরগী সেবা তৌবা নত্রগা ঈশ্বরনা মখোয়দা অতিথি ওইনা থারক্লিবা মীদুগী সেবা তৌবনা ওইরমই। নোংমা অতিথি অমা থুংলখি; য়াম্না চিংলেম্বা মীতানি, মকোক অদু মঙালগী মশেক্না কোইশিনবগুম তৌবমই অহিং তুম্নরক্লবা মতমদা য়াম্না খঙপ্রেক খঙবা, থুকলাওবা, ৱাফম অমা হায়জরমই মদু মাগী সেবাগী নুপী অমা পিয়ু হায়বসিনি। উপাই লৈত্রবী দেবগিরম্মাদু অসুক্কি মতিক মথৱাই নুংঙাইখিদে মদুদি মহাক ৱা ঙাঙবা ফাওবা ঙমখিদ্রে, গঙ্গভাবসু য়াম্না শাওনিংলমই, অদুবু, শাওনিংই হায়দুনা চংজফম নিরিবা অতিথি অমগী মফমদা করিদি তৌরুগনি? দেবগিরম্মানা লাই খুরুমফম কাদা চংখি অমসুং গৌরিগী মমাংদা কপখি, মহাক্কি মতেং অমসুং পাওতাগ নিজখি। খঙহৌদনা মমাংগী থোঙদা থিল্লকপগী মখোল অমা তাখি অমসুং মদু হাংদোক্লুবা মতমদা মীয়ামগী নুপীগী শক্তম চপচানা মাল্লবি নুপী অমা চংলকখি। "নহাক্না ঐবু থিবম্বগুম তৌমাল্লে, আতিথি অদু কদায়দা লৈ? ঐবু মঙোন্দা পুশিল্লু", অনৌবা লাকপিদুনা পামখিবনি। মরমদি, অনৌবা লাক্লিবিদু অতৈ কনা নত্তে, গৌরিনি, অতিথি উনগে লাকপনি, অতিথিদু অতৈ কনা নত্তে, শিবনি।

কা অমদা মখোয় অনি লৈমিন্নরবা মতমদা, সিব অমসুং গৌরিনা পুন্না থব্রাইতানা নোকমিন্নখি। মপু মনায় অনিগী ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবগী অমদি ধর্ম্ম কায়দবগী মবমদা থাগৎলদুনা মখোয় অনি ব্রাবি শানরমই। মখোয়না মতৈ-মনাও অদুদা দর্শন পিনবা অমসুং বব পিনবা লেপ্পখি। হায়রুদুনা করি অমুক কান্নখিগনি, গঙ্গভাব অমসুং দেবগিবম্মা অনিদু দর্শন ফংজবদা য়াম্না নুংঙাইজখি অমসুং মখোযগী অপাম্বা নিজৌ তাকপিববদা, মখোয অনিনা মচানুপা অমা-মপা-মপুগী লমনশিংনবা, অদুগা মচানুপী অমা, মদুনা কন্যাদান পিখিনবা, মরমদি সাস্ত্রগী মতুং ইন্না য়ুম্বানবগী পুর্ন্সিদা লৈবা মীনা পিবা দানগী মনুংদা কন্যাদান অসিনা খ্বাইদগী কান্নবা দান-নি। ববশিংদু পিবিখ্রে। অদুদগী সিবনা মাগী থোইদোকপা থৌজাললনা, নিদবা বব অমসু মপু-মনায অনিদুদা পিবিখ্রে; মহাক্লা (সিব) হাযখি মদুদি মহাক মশামক মীওইবগী শক্তমদা মখোযগী অহুমশুবা মচা ওইনা পোক্কনি।

ঈশ্ববনা হাযখিবা মতুংইন্না পুন্নমক থোকখ্রে। দেবগিবম্মাদু অহুমশুবা ওইনা গর্ভাবতি ওইখিবমই, অদুবু মতম অসিদদি মাগী মপুবোইবদি যাম্না অকনবা লাইনিং চৎথবমই অদুনা মহাক অচিকপা জঙ্গলগীদমক জাত্রা তৌবমই; মাগী লোযনবীসু মপুবোইবগী মতুং ইনখি। অঙাং অদু উ অমগী মখাদা পোকখি, মতম অদুদা উচেক খোঙদুনা অমদি মচু তবেৎকি চুমথাং খন্দুনা অঙাং অদুবু ওকখি। থাদোকপগী ব্রাখল অসিনা অসুক্কি মতিক কনখ্রে মদুদি অঙাং অদু জঙ্গলগী লাইবেম্বীদা শিন্নবমলগা মখোয মফম অদু থাদোকখি। থিন্থদনা লম্বোইবা মতৈ-মনাওনা অচিকপা লম্বী অদুদা লাকখি, মখোযসু মমিত্তা মচা উবমদে; অঙাং কপ্পগী খোঞ্জেল তাবদুনা মকম অদুদা থুনা যাংনা চংখি; অঙাং অদু মযুমদা পুখি অমসুং য়োকখি।

মখোযন্যা অঙাং অদুবু চুম্না বাবা কৌখি মবমদি মখোযনা মাগী মপা মপুগী মবমদা অমতা খঙবা ঙম্মখিদে। অঙাং অদু মশক ফজে, লৌশিং শিংই, ফাগী-ফবাং যাম্না হৈংমই। নোংমা মানা চহি ১২ বোম শুবকপা মতমদা মমান্নবশিংগা মাববল শান্নবদা সাহুকাবগী মচা অদুগী মাববল পুন্নমক মানা লৌবমই। বাবানা সাহুকাবগী মচাদা মাববল লৈহৌববদি লৌকুখো, থানখিসি হাযনা শীংনরমই। অঙাং অদুনা মযুমদা চেনখ্রগা লাইখুকমফমদগী লিঙ্গম অদু পুদুনা ওাকখি। মদু

অমুক থানবদসু বাবানা লৌখি। মদু মঙোন্দা পিরবা মতমদা মহাক্না ময়াদা য়োৎশিনখি। মদুদগী অঙাংশিংগী মরক্তা লাংনরকখি অমসুং সাহুকারগী নুপীদা লিঙ্গম অদু বাবাগী মপুক্তা য়োৎশিনখ্রে হায়না পাও পিখি। মহাক্না চৈ অমা পায়দুনা চেল্লকখি অমসুং বাবাদা কিহনখি। বাবানা ময়া কাথোক্লগা য়েংহনখি; য়েংউ! মহাক্না বাবাগী ময়া মনুংদা বিষ্ণুগী অবতার তরামক উখি। মহাক্না মখুৎ অনি লোন্নখি অমসুং ফকির অদুগী মচা অদুদা মখোঙদা মীয়াম মমাংদা খুৎকমজখি।

থৌদোক অসি সহরগী ব্বারিনফম ওইখ্রে। অঙাং অদুনা লিঙ্গম অদু হেক-হেক লৌথোক্লগা মুসলিমগী লায়শঙ অমদা ফমদুনা পুজা তৌরমই। মদুনা মরম ওইদুনা মফম অদুগী মুসলিমশিং য়াম্না শাওরমই অমসুং অঙাং অদুবু য়োকপিরকপা ফকির অদু ময়ামগা তিন্নবা য়াহনখিদরে। অঙাং অদুনা হিন্দুগী লায়শঙদা চৎলগা লিঙ্গম অদু পুজা তৌবা মতমদা হিন্দুশিংনা মাবু তাম্থোকখি মরমদি মহাক মুসলিম ওইরম্বা য়াই হায়না মখোয়না কিরমই/খল্লমই। মমৈথংদা ফকির অদুনা য়াম্না হায়নিংদা হায়নিংদনা বাবাদু মাগী য়ুম থাদোক্লবা হায়খি; অদুদগী অঙাং অদু কোইচৎ চৎপা হৌখ্রে, লোয়ননা লিঙ্গম অদু মমাংদা থাংমৈ অমা থাল্লগা মফম মফমদা পুজা তৌরমই, থাংমৈ অদু থাওগী মহুত্তা ঈশিং ওইনা হাপখি অদুবু চাকপদি থাওগী মতৌগুম্না অদুম চাকলমই।

মহাক গোদাবরি তুরেলগী তোর্ব্বান পরিংদা চৎলমই, মতম অদুদা নব্বাব অমগা থেংনরমই অমসুং মঙোন্দা মাগী ময়ুমদা হল্লকখিদ্রবা শগোল অদু থেংনরম্বা হায়না হংখি। নব্বাব অদু অকোয়বদা লৈবা খুঙ্গং পুম্নমক্তা থিবদা ফংখিদ্রবনি অদুনা মাগী আশা কয়া লৈরুদ্রবনি। বাবানা মাগী ঈশ্বরগী শক্তিনা শগোল অদু উবা ঙমখি অদুনা মানা হায়খি মদুদি শগোল অদু মখোয়না লেপলিবা মফম অদুদা লাক্কনি; অসুম্না মখোয়না ব্বারি শানরিঙৈদা শগোল অদু মফম অদুদা চংলকখি। মদুদা নব্বাব অদু নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে। মহাক বাবাগী সেবক ওইখি অমসুং বাবাবু সায়ি হায়বদি মপু-মাস্তর হায়না কৌখি। মতুংদা বাবাদু সিরদি খুঙ্গংদা লাকখি অমসুং মানতপ্ অমম্বা অমদা লৈখি।”

সত্য সাই বাবানা সিবদি বাবাগী মবমদা ঙাঙবা মতমদা তঙাইফদনা 'ঐগী মমাংগী হকচাং' হাযনা পল্লি। মহাক্না মাগী ভক্তশিংদা মতৌ কবম্না মাগী হান্নগী হকচাং অদুনা মীযামগা লোযনবম্বগে অমসুং কবম্বা তাঞ্জাদা কবম্না চৎলম্বগে হাযবনচিংবগী মবমদা খুদমগা লোযননা যাম্না তোযনা শন্দোক্না তাকখি। মহাক্না দাস-গানু নত্রগা মহালাসপতিদা মমাংগী মপোক্তা ঙাঙখিবা ৱাঙাংশিংদু অমুক হন্না মীযামদা পাউদমই; সিবদি বাবাগী মবমদা মানা ঙাঙবদা অসুম্না হাযবা তাবমগনি মদুদি "নখোযনা ঐবু উবগুম্না, হৌজিকতৌ" নত্রগা "ঐনা সংস্বাবগী ৱাংমদা লৈবিঙৈদা তৌবগুম"। কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা ঙসি ৱাহং অমা হংলবদি, মহাক্না পাওখুম অদু কবিগুম্বদা অসুম্না পিবা হৌবকই মদুদি "চিংনবিবা ৱাফম অদুমক সিবদিদা লাকলম্বা নুপা অমনসু হংলম্লবনি" অদুগা মহাক্না ৱাবি অদু অমুক মখা চৎথগনি, মদুদা নুপা অমদুদা মতম কযাগী মমাংদা মহাবাস্ত্রদা পিখিবা পাওখুম অদুগা লোযনবক্কনি। মহাক্না সিবদি বাবাগী ভক্ত পুম্নমক লোযনা মশক খঙই। তশেংনমক মহাক্না মখোযদুদা হায : "ঐনা নখোযবু চহি তবাগী মমাংদগী খঙই" নত্রগা "নখোযনা ঐবু অহানবগী ওইনা উববসু, ঐনদি নখোযবু চহি ২০গী মমাংদা নখোযনা সিবদিদা লাকখিবা মতমদা উখ্রে" অমসুং নুপা অদুনা শেংনা নিংশিংগনি মদুদি মহাক চহি ২০গী মমাংদা সিবদিদা চৎখি। মহাক্না মীযামদা সিবদি চৎনবা পুক্নিং যাম্না থৌগৎলি, লম্বিগী মওং চুম্না নিংথিনা তাকপি, লৈফম, মফম অদুদা গুহাগি ঈশিংনা কমদৌনা লবুক্তা চাইবগে, অমসুং মোংফমগী অকোযবদা কবম্না ফোটো থম্বগে হাযবনচিংবসু তাকই। তাবিবা মী অমনদি মহাক অসি মফম অদুদা মতম কুইনা লৈরুবা মীশক অমা ওইনা লৌগনি।

ভক্ত খবনা অমুক্তং সিবদিদা চৎখিবা মতমদা সত্য সাই বাবানা মখোযদা হাযখি: "চৎলু অদুগা দ্বাবকামাযিদা তুমউ। ঐ নখোযগী মঙদা লাক্কনি" অমসুং মহাক্না ৱাফম অদু চপচানা পাঙথোকখি। সিবদিদা চৎলবা মীওই খবগী ৱাফম খব লৈ, মখোয অদুনা হল্লকপা মতমদা গুস্তকল নত্রগা মনাক অদুৱাইদা তাবকখি মদুদি পুত্তপার্তিদা সাই বাবাগী অবতাব অমা লৈবে অদুনা মখোয়না অসিদা লাক্লে। মহাক্না অসিগুম্বা মীওইসি হেক উবগা বাবানা মখোযদা সিৱদিগী খোঙচৎ অদুগী

মরমদা হংই। মখোয়না সিরদিদা পুখিবা ব্রাহংশিংদু ইন্তরভিউগী মতমদা পাওখুম পি। (মতমদুদদি অরাকপা খুদিংমক হন্দ্রিঙৈদা ইন্তরভিউ পিরমই)। মসি মীওই খরতগী ব্রাফম নত্তে।

চিনচোলিগী রাজা অদু সিরদি বাবাগী য়াম্না মরুহকপা ভক্ত অমা ওইরমই। মহাক্না চহি খুদিংগী থা খরদি সিরদি, অকলকোত অমসুং অতৈ অশেংবা মফমশিংদা সাধুশিং অমসুং সাধকশিংগা লোয়ননা লৈমিন্নে। নিংথৌ অদু শিথ্রবা মতুংদা রানি অদু, ঈশ্বরনা পুত্তপার্তিদা শ্রী সত্য সাই বাবা ওইনা অবতার তৌরবে তাবদা য়াম্না নুংঙাইনা ঙকখি; অদুনা মহাক্না মফম অদুদা চৎখি। মহাক্না চহি ১৫দা ঙাইরিবা বাবাদা মহাক্না লোয়ননা চিনচোলি অমসুং হায়দরবাদতা চৎমিন্নবা হায়জখি। মরু ফুক্তংথ্রবা মারগোশা পাম্বি অমগী মরমদা, ফুনজিনথ্রবা গুহা অমগী মরমদা, নৌনা শাখিবা দুকান পরেং অমগী মরমদা বাবানা হংলকপা মতমদা মহাক্কি কয়াদা অঙকপা ওইথ্রবা! বাবানা মঙোন্দা হায়খি মদুদি হায়রিবা মফমশিংদো চহি কয়াগী মমাংদা মাগী মমাংগী হকচাংনা উথ্রবনি। সত্য সাই বাবানা অনজনেয়গী নুঙগী মুর্ত্তি মচা অমা নিংথৌদা মাগী মমাংগী হকচাংগী মতমদা পিখিবদু কদায়দা লৈথ্রবগে হায়না হংখিরমই। রানি অদুদি মদু লৈরমই হায়বসি খঙলমদে; বাবা মশানা মাগীদমক্তা মদু পুথোকপিরমই। মহাক্না অমসু হায়রমই মদুদি সাই বাবাগী ফোটো অমসু লৈরমগনি; মদুসু মতুংদা যুম অদুদগী ফংখি।

চহি অহুমগী মমাংদা বানি অদু চিনচোলিদা লৈবা পোৎ থমফম কা অচৌবদু কোইচৎ চত্তুনা অরিবা পিথ্রাই, কোরি, সেনজ্রেং নচিংবা যোম্বোকপা যাবা পোৎশিং থিবমই; মহাক্না পিথ্রাইনা শাবা কমন্দলু - (খুজাইগুম্বা) সাধুশিংনা ঈশিং থক্রবা যাম্না ফজবা অদুগা মওংদু ময়ামগসু মান্নদবা অমা থেংনবমই। মদুগী ঈশিংদি খুৎপায়ফম অদুদা মখুন অমদা হৈরমই অদুগা মশা অদুনা যন-মকোক মানবা মওং অমদা লোইশিল্লি। কনাগুম্বা খরনা মদু নিংথিনা ফেংদোক্লগা মাগী হায়দরবাদগী যুম অদুগী মী ফমফম কা অদুদা লৈতেং ওইনা থম্লবা হৌদোকলমই। মথংগী নুমিত্তা কমন্দলু অদুগী অঙকপসি অমুক্কা হেন্না লুশিনখ্রে, মরমদি কোব্রা অমনা মাবু কোয়শিন দুনা লৈখ্রে! "বাবাখক্তনা মসিগী অরুবা ব্রাফমসি খঙগনি", মশা খক্তা শোনজবা ব্রাফম্নি লোয়ননা কোব্রা অদুনা পেনবিনবা হৌনবি পুজা কৎখি।

মহাক পুত্তপার্তিদা দশরাগী অহৌবা নুমিত্তা থুংখি অমসুং মানা হেক চংলকপগ বাবানা মাগী ঈশিং থক্লবা পাত্রদুগা লোয়নন মনাক্তা লাক্লবা পাও পিখি কমন্দলুদু মাগী মখুত্তা হেক য়ৌবগা মনাক্তা লৈবা ভক্তশিংদা পাত্র অদুগী মথক্ত দেবনাগারি ময়েক্কা SAA হকপা অমসুং য়ুংনা চিংবা অতেনবা লৈই অনি, BAA হায়রগা লৈই অনিদু অমুক চিংবা, অদু উৎলমই। SAA হায়বদি সায়ি অদুগ BAA হাযবনা বাবা! অওইবনি ঈশ্বরগী লম্বিশিংসি অঙকপগী মশক্লি। মদুদগী বাবানা হায়খ্রে মদুদি সির্বদি সাই বাবাগী নিবা চৎপগী খাও অদুসু চহি খরগী মনুংদা অমা নত্রগা অমদগী শোয়দনা ফংগনি।

পবিরিবাশিংনা ঙকপা য়াই মদুদি সিবদিগী লম্বোইবা অদুনা রেকোর্দ পুম্নমব য়েংলগসু চহি কয়া-কয়া সিরদি থাদোকখিদে হায়রগা মতৌ করম্না চিনচোলি অমসুং হায়দরবাদতা চত্তুনা নিংথৌ অদুদা কমন্দলু অমা থনমগদৌরিবনো? তশেংনমক, রানি অমসুং কোনুংগী সেবারি খরগী য়াম্না শেংনা থাজবা ৱাফম্নি মদুদি চহি খুদিংগী মতম খবদি সাই বাবানা লাকপা খুদিংগী কোনুংদা লৈ অদুগা ষনগাড়িদা নিংথৌগা তোংমিন্নদুনা সহবগী মপান্দা থাপ্লা থৌদোকই। হায়বিবা তোঙ্গা-গাড়ি অদু হৌজিক পুত্তপার্তিদা লৈরি। অদুবু শ্রীসত্য সাই বাবাগী ভক্তশিংদি হিরম অসোমদা থোয়না চিংনগদবা মান্দে, মবমদি মখোয়দি মমিৎ উরবা, মশানা হকথেংননা খঙলবা ৱাফম্নি মদুদি বাবানা মশাদি মদ্রাসতা লৈরগা, বঙ্গলোরগী ইমুং অমদা চা থকমিন্নে, মসি অমুক্তং থোকখ্রে, মদু সিভিল স্তেসনগী য়ুম অমদনি। মহাক্লা ভোপালদা লৈবা মী অমগা ৱারি শানবা ঙমই নত্রগা মশা অদু দিল্লিগী মেলাগী পোৎ যোনফমদা উগনি, নত্রগা মদ্রাসতা লৈবা মেনোনগা তেলেফোন্দা ৱারি শাগনি, হায়বিবা মতম পুম্নমকসি মশাদি অতোপ্পা মফম অমদা লৈবিবনি।

খুদম কযাগী মনুংদা অমখক্তং লৌখত্তুনা য়েংশি। বাবানা অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না মুন্না খংবা ইমুং অমা হোসপেৎ-তা লৈরমই। খ্বাইগী মচে অহল অদুনা স্কুলগী ওজা অমা ওইবমই অদুগা মনাওশিং অদুনা বুককপৎনমদা বাবাগী ক্লাস মান্নবা অমসুং শান্নমিন্নবা মকপশিং ওইবমই। মখোয়না বাবাগী ফোঙদোকখিবা অদু তারমই অদুগা পুত্তপার্তিদসু লাত্তুনা উনখিবমই। চহি অমগী মতুংদা শোক ১৯৪১দা নোংমগী নুমিদাংৱাই অমদা ষনগাড়ি অমনা বাবাসি মখোয়গী থোঙ্গালদা

পুরকখি। মদু উবদা মখোয়গী নুংঙাইবসি ঙমখৈ লৈখিদে। অহিংচুপ্লা ৱারি শানদুনা লেনখি। নুপা অনিগী মরক্তা বাবানা হিপ্লগা ৱারি অদু হেন্না নুংঙাইহল্লমই। মমা অদুনা নোংঙাল্লগা বাবাগীদমক্তা থাওনা ঈরুজনবা থৌরাং তৌরমই লোয়ননা উৎসব অমসু শিল্লমই। অদুবু মাগী নিঙবা কায়বা অদু করম্না শিংথাগনি? নোংঙাল্লকপদদি ফমুংদু হাঙলমলে, বাবাদি লৈরমদ্রে, চৎখিরমলে। মহাক্না পাও হংনবদা বাবাসি পুত্তপার্ত্তিদা, মাইল চামা লাপ্পা মফমদা অদুম লৈ, চৎথোক্তে হায়বা খঙখি। অবতারশিংসিদি ঐখোয়দৌনা মতম অমসুং মফম্না মখোয়বু ফাজিনবা, পুনশিনবা ঙমদে। মখোয়গীদি তোঙানবা মশাগী আইন লৈজে।

হৌখিবা চহিদা মাইলাপোর, মদ্রাসতা পাঙথোকখিবা ভারত পুম্বগী ওইবা সাই সমাজগী মিটিংদা ৱা ঙাংবদা বাবাগী ৱাহৌদোকশিংদু - ‘‘মসিগী হকচাং অসিনা মফম অসিদা লাকপসি মসিনা অহানবা ওইরবসু, মন্দির অসিদা ঐহাক কুইনদগী লৈরক্লবনি‘‘! মসিগী শকতাকপা অমসুং তৎনদবা মরী অমা লৈনরকই হাযবসি ঐখোয়না লৌবা য়াবা থৌদোক পুম্নমক্তা খোঙফম চা কয়াদা শাফু পিদুনতা লাকখিবনি। নহাল খক্তসু কুর্গদা সিরদি সাই বাবাগী মরুহকপা ভক্ত অমা হেক উবমক্তদা মহাক্না খঙখি অমসুং মহাক সাই বাবা ত্রস-কি লাইফ-মেম্বরনি হায়বসি হরাওবগা লোয়ননা খঙখি। মহাক্না মাগী ভক্তশিংদা লিক কয়া, হিদাক (Talisman) সিরদি বাবাগী ফোটোগা নত্রগা সিরদি বাবাগী ফোটোদা মাগী ফোটো য়াওশিল্লগা নত্রগা মাগী ফোটোদা সিরদি বাবানা মাগী থম্মোয় মপাদা যাওবনচিংবা কয়া পিখ্রবনি। তশেংনমক মঙোন্দা তৌবা -কৎপা পুজাগা সিরদি বাবাদা কৎপা পুজাগা অনি অসি করি অমতা খেন্নদে। অওইবনি, প্রশান্তি নিলযমদা লৈরিবা লাইখুরুমফম হোলদা ফোটো অনি থম্লি, মদুনা অনি অসি অমতনি, মথং-মথং লাকপনি হায়বসি উৎলি। মখোয় অনিমক শুমহৎ নিংঙাই ওইনা নিংথিজৈ অমসুং য়েকপগী কালাকারশিংনা সাই বাবানা মাগী থৌদা হেক পাঙথোক্লবগী খোঙজং হৌখিবা মিকুপ অদু চপচানা খঙবগুম তৌখি। ফোটোশিং অসিদা য়াম্না চিং-লেম্বা অমসুং ইতিহাসিক ওইবা মিকুপ অদুবু য়াম্না ফজবা মওংদা উৎথোকখ্রে।

মসিগী মথক্তা, খঙজিনগদবা ব্রাফম অমনা প্রশান্তি নিলয়মগী লাইশোল পুম্নমকসি সিল্‌ভরনা শাবা সিরদি বাবাগী মুর্তি অদুদনি হায়বসিনি, বাবা মশামক্না বিজয়াদশমি নত্রগা মহাশিবরাত্রি-নচিংবা অশেংবা নুমিৎশিংদি মাগী হান্নগী হকচাংদা পাঙথোক্লিবা অভিশেক্কী থৌরমশিংদা মশামক্লা হকথেংননা য়েংশিল্লি। মখোয় অনি অমতনি মখা চৎথরকপনি হায়বসি মহাক্কি মরু ওইথ্রবা থবক কয়ানা উৎলি। খুদম ওইনা, মঙোন্দা কৎপা লৈ-পরেং অদুনা সিরদি বাবাদা লৈতেংই, অদুগা অসিগুম্বা অমনবা পবেংশিং অসিগা অহনবগা অনিগী মরক্তা খেন্নবা অমতা থমদে, অনিমক লৈতেংবগী থবক্তা শিজিন্নে। নবরাত্রিগী নুমিৎ ৯নিগী পুজা অসিদা নিলয়মদা লৈবা নুপী ময়াম অদুনা বাবাদা কুম-কুম-শিন্দুর কৎলি অমসুং পুম্নমক্তু লোয়না খোমজিল্লগা থম্মি অমসুং বিজয়াদশমি নুমিত্তা সিলভবনা শাবা সিবদি সাই বাবাগী মুর্তি মথক্তা য়াম্না অশেংবা ওইনা হৈথে। মদু বাবা মশামক্লা য়াববগুম তৌই অমসুং মদুমক্লা মশাগী অভিশেকম তৌই।

মহাক সিরদি বাবা মশামক্লি অমসুং পুজা তৌরিবসি মহাকপুনি। মহাক্লা মী ময়াম অমদা হায়খি, “নখোযনা ঐবু উনদ্রিবমখে ঙাইদুনা অমসুং হায়দনা লৈবগী দরকার লৈতে; মখাদা লৈরিবা অহল অসিদা হায়যু”, - হায়বদি সিরদি বাবাদ হায়যু। লাইখুরুমফম হোলগী অব্রাংবা প্লেত-ফোরম অদুদা, তিল্লিবা ভক্তশিংদ মমায় ওনশিল্লগা থাওনা য়েকপা অচৌবা ফোটো অনি - সিরদি বাবাগী অমা অদুগা সাই বাবাগী অমা, মখুৎ-মখুৎ পায়শিন্নরগা সিরদিগীনা মখুৎ য়েৎনা ওইদা অদুগা পার্তি বাবানা মখুৎ ওইনা যেত্তা, লৈ। সিরদি বাবাগী মকোক্তা য়েৎলিবা ফি অদুগী কিশি অদু মহৌশানা ওইদা পুরকই, অদুবু মসিদদি কোক্কি য়েৎলোমদ লৈ। মসি মীওই খবর্দাদ কবিগীনো খনবা য়াই, মরমদি মখোয়না খঙদ্রে মদুদি য়েক্লিবা মীদুনা যেক্লবা ফোটো পাম্বা মতমদা বাবানা মখুৎ ওৎখি অমসুং য়েংউ, ফোটো মচা শান মখুত্তা লৈরে। সিরদি সাই বাবাগী মানা পুথোকখিবা অদুদা মখুৎ অনিদু অনৌবা ফিরেপ অদুদা লৈরে অমসুং ফিগী কিশি অদুনা য়েত্তা লৈরে। অদুনা য়েক্লিবা মী অদুনা মদুগী ফোটো অদু য়েংলগা য়েকপনিনা কিশি অদু য়েত্তা লৈবনি।

নিলয়মদা নুমিৎ খুদিংগী শক্লিবা ঈশৈ অমসুং শৈরেংশিং অসি বাবা অনিসিগী মরক্তা খেন্নবা অমতা লৈতে; অওইবমক মখোয় অনিদু অমতনি অমসুং মথং-মথং চৎথরকপনি হায়বসি শোয়রো়োইদবা মওংদা উৎলিবনি। বাবা মশামক্তা নত্রগা মাগী ফোটোদা পুজা তৌবা মতমদা শিজিন্নরিবা মমিং ১০৮দুগী মনুংদা সিরদি বাবাদা অখন্ননা পানশিনবা মমিং য়াওরিবনি। সত্য সাই বাবাবু “পার্তি হায়বা খুঙ্গং অদুদা পোকপা” হায়না ময়াম্না কৌনৈ। “সিরদিদা লৈরম্বা” হায়নসু হায়নৈ। বাবাবু অসুম্নসু থাগৎনৈ :- “সিরদি সাইগী শক্তম ওইরিবা” অসিনচিংবা। সিরদি সাই গী সিলভরগী মুর্ত্তি অদো পুত্তপার্তি বাবাগী মহুৎ ওইনা লৈবনি, মরমদি দরকারগী মতুংইন্না অদুগুম্বা ব্রাংতক তৌবা মফম অদুদা সত্য সাইগী ফোটো থমলকপা তারবদি সিরদিগী ফোটো অদু ওইদরা, য়েত্তরা, নত্রগা মখাদা লৈমায়দরা নত্রগা পুরা লৌথোকখিবরা অমদি তৌই। অমুক্তং, বাবানা সভা-ষত্রা চৎনবা থৌরাং তৌরকপদা হায়খি “ঙসিদি অহল অদুনা চৎকনি”, অদুনা সিবদি বাবাগী মুর্ত্তি অদু লৈতেংলবা দোলায় অদুদা থাখি। অতোপ্পা থৌদোক অমদনা মানা দোলায় মনুংদা ফল্লগা, মমাংদনা সিলভরগী মুর্ত্তি অদু থমখি অমসুং মখুত্তা চৈ অমসু পায়হল্লি, অসুম্না সিরদি বাবাবু দোলায় থৌবা ওইহনখি!

বাবানা মহাক কনানো হায়না লাউথোকখিবা মতমসিদদি মহাক অঙাং ওইরি; অদুনা চিংনবা মীওই কয়ানা “নঙ মহাক্নি হায়বসি করম্না ঐখোয়না থাজগনি”? হায়না হংখি। অসুম হায়না হংবা নুপা অমসু য়াম্না নিংথিনা উত্তুনা পুত্তপার্তিগী অঙাং অসিনা ইংথহনখি। য়াম্না থাজগদবা নুপা অমসু মঙোন্দা মমিত্তা উহনবদগী চিংনবদু কোকখি। বাবানা মখুৎ অনিদু নুপা অদুগী মমাংদা তিংথোকখি অদুগা মাগী খুবাক্তা য়েংনবা হায়খি। য়েংউ, খুবাক অমদা সিরদি সাই বাবাগী শকফম অমা অদুগা অতোপ্পা অমদনা মশামক্কি য়াম্না নিংথিরবা শক্তম উবা ফংখি।

খুবাক অনিগী শক্তম উখিবা নুপা অসিনা মাগী ব্রারিদু চহি ১৮গী মমাংদা লীবা মতমদা চপ মান্নবা থৌদোক অমা ভক্ত অমদা দিল্লিদা উহনখিবদু নিংশিংলকই। মদুনা তাকপদি বাবানা চপ মান্নবা উপাই শিজিন্নদুনা মহাক কনানো খঙনিংবশিংদা সিরদিদা মতম অদুদা সিরদি বাবা ওইনা লাকখিবদু ঙসি সত্য সাই বাবা ওইনা লাক্লে হায়বদু উৎলি।

দিল্লিগী ভক্ত অদুনা ইবকখি :"নোংমগী নুমিদাংব্রাইদা ঐহাক্না সাইকল, তোংদুনা মীনা চৎনদ্রবা অরিবা দিল্লি অমসুং অনৌবা দিল্লি অনিগী মরক্তা শেল লৈতবগী মরমদা ইথন্তা খন্না খন্না চৎলমই। ঐহাক চয়োল খরগী মমাংদা পুত্তপার্তিদগী হল্লকখিবনি অদুগা ঐহাক বাবাবু য়াম্না নিংজরবসু, মহাক সিরদি বাবানা অমুক হল্লকপনি নত্রগা অবতারনি হায়বসিদদি চপচানা থাজরমদ্রি। চহি খবগী মমাংদদি মী খবনা সিবদি বাবাদা পুজা কৎনবা পাওতাক পিরকখি অদুগা ঐদি পুত্তপার্তিগী অনৌবা ব'বা অসিদা থাজখ্রে। মসিগী ব্রাখলশিং অসি খন্না খন্না সাইকল থৌবমই। খঙহৌদনা তুংলোমদগী "ঙসিগী থবক লোয়রেদনা?" হায়বা ব্রাহং অমা লাকখি; নুপা অদু য়াম্না ব্রাংচাউবা মীশক্লি, চাকা থুনা ওৎতুনা ঐবু ফংনবা তান্নবকপনি। ঐনা হন্না যেংথোকখিবা মতমদা য়াম্না শুমহৎনিংঙাই ওইবা মওংদা মোমোন নোক্লমই; মহাক ঐবু নুংশিবিবগুম্ অমসুং ঐগীদমক খনবিবগুম ঐঙোন্দা যেংলকখি।

"ঐহাক্তি শহব ময়োলদা অঙাংশিংদা ঈশে তম্বিবগা জিবিকা ওইবনি অদুগা মবক-মবক্তসু ঈশেগী থৌবমশিংদসু ভাইওলিন খোঙবনি। মবম অদুনা ঐনা খনখি মদুদি অদুগুম্বা থৌবম অমদা অহল অদুনা ঐবু উখিবদগী নত্রগা যুম অমদা উখিবদগী ঐনা হবকুলিস সাইকল তোংদুনা চৎপদুদা খঙবা ওইরমগনি। ঐনা খুমখি :" হোয়. ঐহাক হৌজিক যুমদা চৎলিবনি. হাযনা ইমা-লোন তামিলদা খুমখি; হাযবিবা লোন অসিমক্তা যাম্না থাজদনা অনৌবা নুপা অদুনসু অহানবমক্তা ঙাঙলকখিবনি। অহল অদুনা হাযবকখি, 'অদুদি' 'নঙ আদা লৈবিবা অমনবা মং অসিদা ঐগা ঙাইহাক্তং চৎমিন্নবা যাব্রা'? ঐনা নঙবু কুইনা পন্থহল্লোই"।

"ঐখোয অনি অবিবা মোংফম অদু যৌনবা ফবলোং অমগুম্বা থৌরমই অমসুং সাইকল অনিদু ফকলাংদা ঙাশিল্লগা নোংপোক থংবা উকমদুদা ফমথবমই। মাগা মায ঙর্নাশিন্নদুনা ফন্নবা হাযবমই অমসুং যাম্না অশিংবা ব্রাহং হংদুনা ঐগী সমস্যাশিংদু মথং মথং খঙখি। মহাক্না হাযখি মদুদি ঐনা ঈশ্বরগী নোংদমদগী ফংজবিবা গুরু অদু ভগবান মশামক্লি। অদুদগী, ফুক হৌগৎলগা মানা হাযখি "কবিগী মদুদা চিংনবি?" মহাক্তি সিবদি বাবা মশামক্লি। য়েংঙু! অদুদগীদি মাগী

খুবাক্তু ঐঙোনলোমদা তিংথোরকখি, অদুগা য়েংউ, ঐনা তশেং-তশেংনা তেক্লি কলরদা য়েকপগুম উরে মদুদি খুবাক অমদা সিরদি বাবাগী নিংথিরবা শকফম অদুগা অতোপ্পা অমদনা পুত্তপার্তি বাবাগী লংলবা মায়থোং"।

"মমায় অনিদো ঐহাক কাউবা শুকওম ঙমদ্রে, অদুগুম্বা লেপ্পবা অহল অদুগী খুবাক্তা ঙানখিবা। মদু ঐগী চিংনবা পুন্নমক্কি পাওখুম ওইনা লাকখিবনি; মসিনা তনিক-তনিক্কুবা আত্মা অসিদা পোথাফম অমা পিরে; অনৌবা পুন্সি অমমুক পিনবিরে। ঐনা ঈশ্বর নিংজদুনা ধ্যান হেক তৌরকপা খুদিংদা অদুগুম্বা মঙাল অনিদো ঐগী মাঙদা হেক চোংথোরকই অমসুং অঙকপা নুংঙাইবা অমনা হকচাং অসি পুমথল থলহল্লি।

অদুদগী অহল অদু হৌগৎখি অমসুং ঐখোয় অনি লম্বি য়ৌনবা থৌদোরকখি, মদুদগীদি মানা লাকখিবা মাইগৈ অদোমদা লৈথোকখ্রে। থোকখ্রিবা থৌদোক অসিমক য়াম্না থাজদনা থোকখিবনি, মরমদি, তশেংনমক শক্তম অদুমক্তং উহন্নবগী লাকপা ওইরমলোই, মহাক্না ঐঙোন্দা অরেপ্পা থাজবা লৈতবদু থাদোক্লুবা পাওতাক পিরমই অমসুং অসুক ব্রাদনা ফংজখ্রবা লন অমবু মাঙহন্দনবসু হায়রমই; অমসুং মাগী মশা মউ খিঙবা অমদি সাইকল থৌবদা হৈ-শিংবদুদা য়েংলমই। অদুবু মথংগী মিকুপ্তা ঐগী অঙকপা অমসুং থব্রাই নুংঙাইতবদু করি ওইবিগদগে হায়বদু অমুক্তং খন্থদুনা য়েংবিউ! মরমদি মহাক খঙহৌদনা অপাবা নুংশিত্তা তিনখিরমই!"

অসুম্না বাবানা মঙোন্দা বাবা অনিদু অমতনি হায়বগী চপচাবা প্রমান পিখি, প্রমান অদু সংস্কৃত্তা হাযবগা কবতলমলবা-মিংনা তশেংনা উবা ফংলবা, য়েৎননিংঙাই লৈতনা খুত্তা উহৈ অমা পাযবগুমলবা হায়বনি! বাবাগী ওক্লুবা পুন্সিদা মসি খঙজিনগদবা ব্রাফম অমনি। মহাক্লি মীগী পুক্লিং থেমজিন্নবগী অমদি থৌনা পিনবগী ঙাঙখিবা ব্রাহৈশিংদু অদুম ঙাঙই, মহাক্না মান্নবা ফিভমগী মখাদা, চপ মান্নবা অকিবা লৈতবা মওং (Abhaya gesture) অদু অদুম উৎলি, হৌজিক চহি ১৮ নত্রগা চহি ২০গী মমাংদা অঙাং অমা ওইরিঙৈদা ঙাঙখিবগুম অদুম ঙাঙলি, অসুম্না ঐখোয়গুম্বা চিংনগনবা মীশিংদা মহাক অবতারনি হায়বসি অদুম উৎলি;

মীওইববু থাঙ্গৎপিবগে, লমজিংবিবগে হাযবা ঈশ্বরগী থৌদা অমগী পান্দমদা পোকখ্রবনি। হাযবিবা শক্তম অদুমক চপমান্নবা চিংনবা কোক্লবা উৎখ্রবনি, চিংনবিবা মীদু বাবগী মমাংদা লৈত্রা নত্রগা য়াম্না অবাপ্পা দিল্লিদা চৎনদ্রবা লম্বি অমদা সাইকল তোংদুনা চৎপবা৷

মহাক্না মীওই কযামকমদা দবশন পিখ্রে, মখোযনা লৈনিংবা মফম অমদা লৈবদা অদুগা মবাইবক ফববা ভক্তশিংদা মাগা সিবদি বাবাগা অমতনি হাযবগী যাম্না তশেং-তবেশংলবা শাক্ষিনা কযাসু পিবিখ্রে। মতাং অসিদা ঐঙোন্দা নিংশিংলকপা থৌদোক অমা লৈবে। ভক্ত অমনা মাইসোব চৎনবগীদমক বঙ্গলোব সহবগী বেলবে স্তেসনগী প্লেতফোবমদা ত্রেন ঙাইবিঙৈদা সত্য সাই বাবানা মহাক্কি মমাংদা যাম্না মশা-মউ ফবা, অৱাংবা, ফুবিৎ অচোনবা লিংপা, মকোক্তা ফি অমা যেৎপা চৈতুপ অমা পাযবা, ফি মযোম অম্য পুবা অহল অমা ওইনা শক উৎখি। নুপী অদু ওপবেসন অমগীদমক মিসন হোসপিটাল চংনবনি। অহল অদুনা নুপী অদুনা ফল্লিবা বেনচ অদুদা ফম্লদুনা মহাক্না তেলেগুদা ৱাবি শাবা হৌদোকখি অমসুং নুপী অদুদা ওপবেসন্দু তৌদনবা হাযখি অমসুং মহাক্না মখাতাখি মদুদি হৌজিক কালগী ডাক্তর্বাশিংসে কবিশু লৈতবদা মীগী মশা ককথৎপগী থবকসে চৎনবী, অপান্বী ওইনা তৌবে। মহাক্না নুপী অদুদা হাযবমই মদুদি মহাক সিবদিদগী হল্লকপদা ঙাযবির্বনি, মহাক্না থাংদুপকী উহৈ অমা পিবমই অমসুং হাযবমই মদুদি উহৈ অদু সিবদিগী লাইশঙদা কৎপদগী পুবকপনি, মদু চাবগা মাগী অনাবদু ফগনি। অনাবদু ফখে। মহাক্না অমসু হাযবমই মদুদি মাগী আশ্রমদি বিদুবাস্বাতম (পুওপার্তিগী লম্বিদনি) মনাক্তা লৈবনি অদুগা মাগী আশ্রমগী মীওই পুম্নমক নোংমদি সিবদিদা পুগনি।

অসুম্না ঐখোযনা উবে মদুদি সিবদি সাই বাবা অসি ভক্তশিংগী থেংনজবকপদ ঙসিগী সত্য সাই বাবাগী শাফোং অসিগা কবি অমতা খাযদোক্লবা ঙমদনা, পুবানা তোংশিন্নদুনা লৈখ্রে। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা হৌজিক সিবদি সাই বাবাদা পুজা অমা কৎলবদি, সত্য সাই বাবানা মদু খঙই। মদ্রাসতা লৈবা নুপী অমনা খোঙফম অমদা মচা কন্না নাবদগী তৌফম খঙদ্রদুনা সিবদি বাবাগী মুর্ত্তি মমাংদা অনাবা মচাদু থমখি অদুগা খুকমজখি। চহি খবগী মতুংদা মহাক সত্য সাই বাবাগী মরমদা

তারকখি অদুনা মানা মচা অদুগা লোয়ননা পুত্তপার্তিদা লাকখি। মচা অদু য়াম্না চাউ-শাংবা, মশা-মউ ফবা অঙাং অমা ওইরে। বাবানা মখোয়দু হেক উবগা মমাদা হংখি :"নঙনা অঙাং অসি চহি ১৫গী মমাংদা ঐঙোন্দা শিন্নথোকখি, নত্রদো?"

চহি খুদিংগী সিরদি বাবা লৈখিদবগী পালন অসি সিরদিদা পাঙথোকপা মতমদা বাবানা মশাগী হকচাংসি থাদোকই অমসুং ঙাইহাক লৈরগা মাগী মশাদা হঞ্জিল্লবা মতমদা মহৌশানা মানা হায় : "ঐহাক সিরদিদা চৎলুই"।

চহি খরগী মমাংদা বাবানা মদ্রাসতা লৈরিঙৈদা থৌদোক অমা থোকখি, মদু বাবা অনিসি অমতনি হায়বা ব্রাফম অসি নত্তনা অতৈ ব্রাফম অমতনা ভাব তাহনবা ঙমলোই। বাবানা করিগুম্বদা মাগী ভক্তশিংদা ব্রাফম অমা লাউথোকই মদুদি সিবদি বাবাগী য়াম্না শেঙলবা সেবারি অমা করিগুম্বা নুমিৎ অমগী অয়ুক্তা অরান-খুভম ফংলগনি অদুনা মহাক (বাবা) মাগী অরোইবা সংস্বার থাদোকলমদাইদা অদুগুম্বা যাম্না কল্লক্লরিবা মাগী দর্শন অদু পিবা চৎপা তারি। নুমিৎ অদুদা করি থোক্লগদগে হায়না ভক্ত পুন্নমক্ত মিপাইনরমই; খর অদি মশা-মশা ওইরিগদ্রা হায়না ফাওবা খন্নরমই; খর অমনা মদুদা মশাদা থোক্লবদি ফনিদা হায়নসু খল্লমই অমসুং তশেংনা নুংঙাইরমই মদুদি মখোয়না বাবাগী মমাংগী হকচাংগী সেবক অমদা আশির্বাদ পিবদু তশেংনা উবা ফংলগনি। মতম খরদি ব্রাফম অসি নত্তনা মখোয়গী মরক্তা ব্রাবি অতৈ অমতা শানখিদে; মখোয়না কেলেন্দরদা য়েংদুনা অমসুং ঘরিগী মতমদা য়েংদুনা অদুগুম্বা ইতিহাসিক ওইবা মিকুপ অদুতবু য়েংনখি।

মমৈথংদা হায়রিবা নুমিৎ অদু য়ৌরকখি, অমসুং চপচাবা পুংফমদু হেক তাবদা, ভক্তশিংনা ফনা চেকশিন্না শেন্নরবা ফাওবদা বাবাদু ইরুজফম কাদা লৈরমই। মহাক্কা কুইনা কা অদুদগী থোরক্লবদা ভক্তশিংনা থোংনাওদা য়েংলমই অমসুং মহাক মশা থাদোক্লনা চৎখ্রে হায়বসি খঙবদগী মখোয়না থোঙ অদু থুগাইদুনা - হাংদোকখি অমসুং সেবা তৌবা হৌখি - মিহুল য়েংদুনা, হার্তকী ফিভম য়েংদুনা, মশা - লেঙবা খোৎপা য়েংদুনা। মহাক্কি য়েৎথংবা খোঙবিদগী বিভুতি য়াম্না মরাং কায়না থোরকপদু উখি অমসুং মরাথি মরোলদা ব্রা ঙাঙবা তাখি, অমসুং হিন্দিগী স্তেনজা খর থিবসু তাখি। মাগী মশাদা হল্লক্লবা মতুংদা মানা ভক্তয়িশংদা মাগী

মমাংগী হকচাং অদুগী সেবক অমনা মতৌ কবম্না তাইবং সংস্বাব থাদোকখি হাযবগী ব্রাবি অমসুং মহাক্না মতৌ কবম্না সিবদি সাই বাবাগী শক্তম অমা উহন্দুনা অশির্ব্বাদ পিখিবগে হাযবদু লিবমই অমসুং মঙোন্দা 'উদি' পিখিবমই, মদু মাগী গুরুনা মতম পুম্নমক্তা মঙোন্দা পিবিখিবনি।

চহি মবিগী মমাংদা বাবানা হাযদববাদ সহবদা লৈবিঁডেদা উপাসিনি বাবা অমসুং সিবদি বাবাগী সেবক, মশানা সাকোবিদা লৈবা অসিনা গোদববি মাতাগী আশ্রমদা বাবাবু লাকপিনবা বার্ত্তন তৌবকখি। নুপী সেবক মযাম অদুনা বেদগী মন্ত্র কযা থীদুনা অমসুং পূর্ণকুমভমগী পুজাগা লোযননা বাবাবু ওকলমই। মখোয মযাম অদুনা প্রশান্তি নিযলমদা লাকনিংবগী অপাম্বা অমা কন্না ফোংদোকখিবনা মহাক্কি অশেংবা শক্তম অমসুং মহাক কনানো হাযবসিগী মবমদা মঙাল খজিক্তংদি পিবিবম্বা যাবনি। অদুবু বাবানা মখোযদা হাযবমই মদুদি মহাক হৌজিক হৌজিকমক্তা সাকোবিদা লৈবি অদুনা মখোয সাকোবিদা অদুম লৈবনা মখোযগীদমক্তদি হেন্না ফগনি।

সিবদি সাই বাবাগী লীলাশিংদা অমদি সত্য সাই বাবাগী লীলাশিং খুৎলোযববা কাংবুশিংনা অনি অসিগী মবক্তা লৈবিবা খেন্নবশিং হাযর্বদি নমুনা, লোন অমসুং মওং (Style, language & technique) অসি খণ্ডবিবম্বা যাই অদুবু অনিমক অসিবু মশানা উববা অর্মদি অনিমক্কী শক্তিনা মশাদসু যাম্না মপুক্লিং থৌগৎলিবা, মদ্রাসগী ষোগি সুধানন্দ ভাবতিযাবনা হাযবিখি : "অনি অসিনা পাওথোক্কদবা থৌদা অমদি পিবিবা পাওজেলদা শোযনিংঙাই লৈত্রবা থাক্তা মান্নবা লৈ"। সত্য সাই বাবা মশামক্না হায মদুদি মাগী মমাংগী শাফোংদা (যাম্না নিযম হকচিনবা নত্রগা শাওগনবা) মীগী অপঙবদা, থৌব্রা-শাদবদা, হাযবা-ইন্দবদা নত্রগা উশিৎ-থৌওইদবদা যাম্না নিযম হকচিন্না নত্রগা শাওনা যেংলম্বা মিৎযেং অদু হৌজক্কী অবতাল অসিগী মতমদদি অদু যৌনা লৈত্রে। খেন্নবা অসি মানা পাওবৌ অমনা শন্দোক্লা তাকই :"মচাশিংনা চাকশঙদা চঙদুনা চাক থোংবদা অকাযবা পিববদি মমা অমনা মচাশিংদা তাথিনা তৌই; অদুবু পিজ পিথক মতমদদি মচা অদুবু যাম্না নুংশিনা, হবাও মোমোন মিনোক্না লোয়ননা পিজৈ। মতম অদুদা থোংখিবা মথেলশিং অদুনি ঐনা ঙসি যেনথোক্লিবসি; লৈনিংবা মফম অমদা

লৈজসনু, নঙ নপুক লাম্লবদি অমসুং প্লেৎ অমগা ফম্লবদি, মথেলশিংদু ঐনা য়েনগনি অমসুং নপুক পেন্দ্রিফাওবা পিজগনি" !

সিবদি বাবানা চযোল অমদা অমুক মুক চবাদি ফাওবা সভাষাত্রা চৎপগী থৌবাংশি-যাম্না লেম্না, দোলায়, লৈতেংলবা শাগোল, লৈতেংলবা দোলায, অমসুং অতৈ অতৈ কয়াদু উবগা পুক্লিং অসি থুমহৎলিবা মওংশিং অদু উকবগা সত্য-সাই বাবানা মাগী ভক্তশিংদা অসিগুম্বা মওংদা যাম্না মবাং-কাযনা শেম্বা - শাবসি য়াহন্দবসি উবগা পুক্লিং ব্রাদবা ঙমলোই। সিবদি বাবানা তুম্লনবা ওইনা তোয়না শিজিন্নবিবা উপাক অদুবু যাম্না অঙকপা ফিভম অমদা থল্লিবদু উবগা সত্য সাই বাবাদি মহাক্তৌনা লাইনিং লাইশোন্দা হকচিনবা মী নত্তে হায়গনি।

বাবা অনি অসি অমতনি হাযবসিদা মীযাম্না থাজবা ঙমদবগী অব্রাবা অমা থেংনবিবসিগী মতাংদা সত্য সাই বাবানা শোক ১৯৪৯গী জানুযাবিদা মদ্রাস-তা ফমখিবা ভাবত - পুম্লমক্কি ওইবা সাই সমাজগী মীফমদা হাযখি : "শ্রীবামা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী অবতাব অনি অসিগী শংস্বাবগী ওইবা পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক কয়ামকমদা অসুক্কি মতিক খেন্নে; মখোয়না লমচৎ শাজৎকি অমসুং ধর্ম্মগী মিৎযেংদা তোঙান-তোঙানবা হিবমদা শাফু পিনখি; সমাজদা তম্বিবগী মওংসু খেন্নে, ধর্ম্মগী ব্রাখললোন ব্রাংখৎহনবগী মওংসু খেন্নে; যুমফমদা খেন্নবগী ব্রা নত্তে, শাফু পিবা মওংদা খেন্নবনি, শ্রীবাম অসি শ্রীকৃষ্ণনি হাযনা থাজবসি যাম্না অব্রাবনি; অদুবু বাফম অসিদা চিংনবা মীদি ইবৈ-লৈতে। মতৌ অসুম তৌদুনা ঐগী অঙকপাশিংসিদা যাম্না লুথনা কুমথবা ঙম্বা মীওইশিংদি লাযনা ভাব তাবা ঙমগনি মদুদি হাযবিবা শক্তি অদুমক্লা অতোপ্পা মীওইবগী শক্তম অমা লৌখবে"।

সিবদি বাবাগী লীলাশিং. অঙকপা থৌদোকশিং, পুম্লমক খঙবা ঙম্বা, পুম্লমক শনথুংনা যৌবা ঙম্বা মাগী পাওজেলশিং, মাগী পুম্লমকপু নুংশিবা নচিংববু নিংথিনা খঙবা ঙম্বা অমনা শ্রীসত্য সাই বাবাগী মনাক্তা নুমিৎ খর্বনিদং লৈববদি অবতাব অনি অসি অমতনি, চপমান্নে হাযবসি লাযনা ভাব তাবা ঙমগনি। বাবা মশামক্লা মমাংগী অবতাবগী মবমদা য়াম্না তোযনা পল্লি ; নিলযমদা শক্লিবা ঈশৈ পুম্লমক, থিবিবা শৈবেং পুম্লমক্লা ব্রাফম অসিবু তাকলি। ব্রাঙাংদা, মওং-মতৌদা, মিৎযেংদা অমদি তম্বিবদা শোযনিংঙাই লৈতনা মান্নবা লৈ।

মহাবাজ গাযাত্রি শ্বামি ঙবাং নহালতা প্রশান্তি নিলযমদা লাকলমই। মহাক শোক ১৯০৬তা চহি অমা সিবদি সাই বাবাগী মনাক্তা লৈবমই অমসুং মতুংদা য়াম্না তোযনা মাগী মনাক্তা চৎখি। মহাক্না ঐখোযদা থৌদোক খব লিবিবমই মদুনা "কাপকনু" হায়বা মিবাকল অদুবু নিংশিংহল্লি, নত্রগা "জোদি অদিপল্লি সোমপ্পা" গী মিবাকলবু নিংশিংহল্লি অমসুং ঙসিগী সত্য সাই অবতাবগা মবী লৈনবা থৌদোক কযা অমগী মবমদসু ৱাবি লিবিবমই। ফাগি-ফাবাং ফাওবদা চপ মান্নবা কযা যাওবি।

মহাক্না পুত্তপার্তি থাদোক্কদবা নুমিৎকি মমাংগী অহিংদা মাগী গুরু সিবদি বাবাগী শক্তম অমা উবগুম তৌখি মদুদা গুরুনা মঙোন্দা চহি নিপালগী মতুংদ মোংফম-সমাধি অদু থাদোকলে অমসুং মাগী মবন মথুম (শক্তি) পুন্নমক্তু চহি ১৫ লৈবগা পুবক্লে হাযনা হাযবমই। মথংগী অয়ুক্তা গায়াত্রি শ্বামিদু শ্রীসত্য সাই বাবাসি শোক ১৯২৬ হায়বদি সিবদি বাবানা মহাসমাধি ওইখ্রবা মতুং চহি ৮ লৈবগা পোকই তাবদা পুমঙক ঙকখি অমসুং বাবা হাযবা মিং অসি লৌবে লোযনন সিবদি বাবনা চহি ১৫শুবকপা মতমদা উৎখিবা শক্তি, পুন্নমক্কুগা মান্ননা মহাক উৎখ্রে তাবদা ঙকখি। গাযাত্রি শ্বামিনা হাযখি গুরুনা হায়খিবা "লন-থুম" হাযবসি মাগী মমিং অমসুং শক্তি অদুবুনি। মবম অদুনা মহাক যাম্না নুংঙাইনা হনখি মবমদি মহাক্না নুংগী ওইবা ৱাফম পুন্নমক লোযনা খঙখ্রে অদুগা ইন্তবভিউ ফংখিদবনি থোযনা নুংঙাইতবা লৈখিদ্রে। মহাক ঐখোয পুন্নমক্তা শ্বামি অমৃতানন্দর নিংশিহল্লিবা যাম্না চর্মালবা অঙাংগুম্বা মীশক্লি।

ষোগি সুদধানন্দ ভাবতিযাবনা হায মদুদি মহাক্না সিবদিদা লোকমান বালাগঙ্গাধব তিলক্কা অমসুং কবন্দিকাবগা লোযননা চৎপা মতমদা সাই বাবা মখোযদা হার্যখি মর্দাদ নোংমৈনা নিংতম্বা ফংবদি কবিশু কান্নবোই মবমদি শক্তি শিজিন্নদুনা ফংবা পোত্তি শক্তিদা অদুম মাঙখিগনি; মহাক্না পাওতাক পিখি মদুদি নিংতম্বদি আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিন্নবগীদমক প্রেম-না ফংনবা হোৎনগদবনি সত্য সাই বাবাসু মাগী অহানবা শাফুসি প্রেমদা পিরি, প্রেম হায়বদি মিনুংশি অমসুং ভাব তানবগা পোক্লকপা নুংশিবা অদুবুনি।

পৃথিবীগী অচৌবা লাঙ্গাও অনিগী মমাংদা হান্নবা ওইরম্লিবা সমাজগী ফিবম মশা মশাগীতা খনবা, লমচৎ-শাজত্তা মনিংতম্বা নুংঙাইবতা পান্বা, সমাজগী য়েংদবা ... নচিংবা পুম্নমক অসিনা মীওইবগী পুক্লিংদা অকিবা অমসুং লাংতক্লবগী ৱাখল অমা ফাওনরকখি। "হায়রিবা ৱাখল অসিমক লান অনিসিগী মরক্তা হেন্না লুশিল্লকখি। পাকতক্লনা মসিগী মায়োক্তা য়াদবা ঈহৌ অমা লাকখি অমসুং পুন্না হিংমিন্নবগী অপাম্বা ৱাখল লাক্লখি। মসিনা সমাজবাদকী ঈহৌ অমা পুথোরকখি লোয়নননা সুপনম নিতিবু য়াদবসু হেনগৎলকখি। সমাজবাদকী মায়োক্তা চোংথোরকখিবা, মশাগীতা ফরগা লোয়রে খনবা কাংবু (Commercial individualism) অমসুং চাউখৎত্রিবা চিংমীগী পুন্সি মহিংবু (barbaric trivalism) পাল্লিবা কাংবু অনিমকসি মমল লৈনা হিংবা পুন্সি ( traditional values ) খুৎলেন্দগী লাপথোকখ্রবা (disorientated ) অকিবগী মশক ওইববা সংস্বার/ পৃথিবী অমদদি ওইফম থোকপা মশানা তাজবা (object lessions) ফল ঙাক্তনি।"

ৱাফম অসি ইউরোপ অমসুং নোংচুপ লৈপাকশিংগী মরমদা ওলাফ স্তাপ্লিদোন (Olap Stapledon) না ইরিবা ৱাফমনি। অদুবু মসিগী অৱাবা চৈথেংদি ভারত অমসুং পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংদসু পিবি, মরমদি পৃথিবী অসিদি নোংমা নোংমগী খোঙজেল যাংনা অমতা ওইরক্লি।

সিরদি বাবাগী অবতার তৌরকপগী অতোপ্পা মবম অমসু লৈরি; দবকাব অসি কমদৌনা ওইবকখিবনো হায়বসিদা Stapledon না হাযবা অমুক্তা তাশি :"বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা থিজিল্লিবা অসিমক্লা মরুওইবা খুদম, প্রমান কযা পুথোকপগুম তৌরি মদুদি হৌজিক মতমগি লৌশিং (modern wisdom) পুথোরক্লিবা য়ুমফমশিং (assumptions) অদু ওইদবনি। ৱা ঙাংদনা পুক্লিংগা পুক্লিংগা পাও ফাওনবা, খঙনবা য়াই হায়বসিগী চপচাবা খুদম, প্রমান লৈরে; অমসুং মাঙজৌনবা ৱাখল (Pre-cognition) অমসুং তুংওইনবা ৱাখল, (Post-cognition) গীদমক্তসু প্রমান অসি লৈরে। তুংদা থোক্লগদবা থৌদোকশিংসু হান্নবা ঐখোয়গী ৱাখলদা ফাওবা ঙমহনবগুম তৌরে; মতৌ অসুম্না হৌখ্রবা থৌদোকশিংসু অদু মঙাই। পুম্নমক অসিনা ঐখোয়না মতম অমসুং পুক্লিংগী অকক্লবা পনখৈ লৈ হায়না লৌনরম্বা ৱাফমশিংবু অর্থ লৈহন্দ্রে। মাঙজৌনবা ৱাখল

অমসুং তুংওইনবা ৱাখল অসিগা মতম অমতদা ৱা ঙাংদনা পুক্লিংনা খঙবা ঙম্লিবা ৱাফমশিং অসি নিংথিনা থেংনবা ঙম্নবা হৌজিক কালগী লৌশিং (modern wisdom) অসি হোঙদোকপগী মথৌ তারে।" সিরদি বাবা অমসুং ঙসিগীনা সত্য সাই বাবানা তৌরক্লিবসি মসিমক্কি, - মহৌশাগী মমল অদুম লৈহনবা অদুগা হৌজিক্কি জ্ঞান লৌশিংবু হোংদোকপা - মসিদা ঐখোয়বু মাঙজৌনবা ৱাখল ফাওহনবা, তুংওইনা ফাওহনবা, মসিগা ইরোইননা ৱা ঙাঙদনা পুক্লিংনা পাও ফাওনবা, মতম অমতদা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা লৈবা ঙমহনবা নচিংবা থৌদোক কযা তৌহন্দুনা ঐখোয়বু খুৎলোয়হল্লগা হৌজিক মতমগী জ্ঞান অসি হোঙদোক্লবা হোৎনরক্লিবনি; থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিদি বিজ্ঞানগী অথোইবা মীশক্কি - পন্দিতনি হায়না লৈবিবা শিংসিদদি হায়নিংঙাই লৈতনা জ্ঞান তাহন্দবা, চমম্নবা পোকহল্লি; অসুম্না মীওইবদা প্রমান পিরে মদুদি মঙোন্দা, মশাদা ঈশ্বর হায়বা অমা লৈরে, মদুনা মতম পুম্নমক্তা মঙোন্দা অঙকপা খর মনাকোংদা শোন্দুনতা লৈরে।

সাই অবতাব অনি অসিগী পান্দম চপ-মান্নে। হৌজিক নোংমা-নোংমগী ময়েক শেংবা হেনগৎলক্লিবসি হৌজিক্কি মতমগী জ্ঞান, লৌশিং অসি হোঙদোকপা মথৌ তাবে হায়বসিনি। অদুনা শাফু অসি নাইতোম খরদা পিবগী মহুত্তা মীয়ামদা হেন্না পি; মতম অদুদা কর্মদা হেন্না শাফু পিবমই, হৌজিক্কা মপুংওইনা ভক্তিদা; মতম অদুদা পাওজেল অসি মীওই খবদতা পিরমই, হৌজিক্কা পাওজেল অদু পুম্নমক্তা পিরে অমসুং দরকাব লৈববা মীশিংগীদমক্তি মশাগী য়ুমথোং খুদিংদা ফাওবা পিবে।

শ্রীসত্য সাই বাবাগী লীলাশিং অসিদা যাম্না খুৎলোযববা নুপা অমনা, খুদমওইনা "সাই সৎচবিতা" হাযবা শ্রী এন: ভি: গুনাজি না ইংলিস্তা ইবা, 'হেমদ পান্ত' না মবাথিদা ইবা অদুগী যুমফমদা, লাইবিক অসি পাববদি লমায় খুদিংমক্লা মখোয অনিসি অমতনি, মথা চৎথবকপনি হাযবসি নিংশিংগনি। বাবানা মতম পুম্নমক্তা হাযদুনতা লাক্লিবা ৱাহৈশিং, বাবা মশামক্লা পাঙথোক্লিবা কযা অদু উবগা খোঞ্জেল অমা লাইবিক অদুদা তাবা ফংগনি; মহাক্লা মখুত্তা পারিবা লাইরিক অদুবু সত্য সাই বাবাগীরা নত্রগা সিরদি সাই বাবাগীরা হায়বসি খন্থরকপা মতমদা মমিং নোয়রগা লৈগনি।

লাইরিক অদুনা মঙোন্দা খঙহ্নগনি মদুদি সিরদি বাবানা পুক্লিং থৌগৎপা অমসুং চেকশিন ৱাহৈ হায়খিবা - "নঙ লৈনিংবা মফমদা লৈজৌ, অপাম্বা তৌনিংবতা তৌজৌ, মসিমদি মুন্না খঙউ, নিংশিংউ, মদুদি নঙনা তৌরিবা পুন্নমক ঐনা খঙই। ঐহাক মীপুম খুদিংমক্কি থম্মোয় নুংদা লৈরিবদুনি। ঐহাক নখোয় পুন্ন মক্কি থম্মোয়দা ফমদুনা লৈরিবনি"। (লমায় ৮)। "ঐগী হকচাংদি মসিদা লৈরবসু, নঙনা সমুদ্র তরেৎকি ৱাংমদা তৌরিবা থবক্তু খঙই। নঙনা চৎনিংবা মফমদা চৎলু, পাক-চাউরবা পৃথিবী অসিগী মথক্তা,ঐহাক নঙগা লোয়নদুনা লৈ। (লমায় ৮৬)। মশিং লাকঙমদ্রবা থৌদোক কয়াদা সত্য সাই বাবানসু ৱাফম অসি হায়বিখ্রে। ত্রিভান্দ্রমদগী সুরন্দাই চৎপদা কৌরতাল্লম য়ৌরগা কদায়দা লৈগদগে হায়না ভক্ত ময়াম্না প্রশান্তি নিলয়মদা নৈনবা মতমদা বাবানা হায়খি : "ঙাইখো, ঐ হায়গে"। মথংগী মিকুপ্তা মফম অদুদা লৈরিবা "ত্রভানকোর-য়ুম" (Travancore - House) অদুগী মপুং ফারবা ৱারি লীবা হৌরকখি : কা মশিং, ইম্খোলদুদা হৌরিবা উপাম্বি মখলশিং, অকোয়বদা খারিবা চেক্কি শম্বলগী অৱাংবা, শঙ অদুদা তেলেফোন লৈফম, ... অসিনচিংবা। বাবানা হায়বশিংদু ঐনা ইশিনবা হৌরমই; মহাক্না অতোপ্পা ৱাফম খরসু হায়খি - বৌগাইনভিল্লা মোংশোং ২, মাঙ্গোলগী মতায় অনিদা। পুন্নমকসি মহাক্না নিলয়মদা লৈরগা উখিবনি! ঐখোয়না ত্রভানকোর য়ুম য়ৌরগা য়েংনবা মতমদা পুন্নমক চপ চানখি, গাড়ি থমফম মনাক্তা থৌশাবিদ্রবা অদোর-গুলাপ পাম্বি অমা হৌবদু ফাওবা য়ৌনা মান্নখি!

মহাক্না ভক্তশিংদা মতম পুন্নমক্তা মহাক্না মখোয়গা লোয়নদুনতা লৈ হায়বসি প্রমান তৌখ্রবনি অমসুং মখোয়না তৌবা, খনবা অমসুং ৱাঙাঙবা মচা-মশু ফাওবা মহাক্না খঙই, হায়বসি উৎখ্রবনি। চহি খরগী মমাংদা ভক্ত অমনা পুত্তপার্তিদা লাকখিবা মতমদা বাবানা হায়খি মদুদি মাগী মনাকোংদু নারে, মদু মাগী ময়ুমদা পাঙথোক্লিবা ভজন অদুননি। করি করম্বা? মরমদি বাবানা হায়খি :" নঙগী য়ুমলোন্নবা অমা ভজন য়াওররিবদো মখোন য়াম্না নুংশিদবগী মথক্তা তান-মেন য়াওদবা, রিদম খঙদবা অদুনা ময়ামগা চানবা ঙমদবা"। নাকোং-নাবা হায়বদি চুম্না ফাগি তৌবগী ৱানি; অদুবু মশানা চপচানা তারুবা নত্তনা মহাক্না অয়াকপা খোনফম অদু করম্না খঙগদৌরিবনো?

মহাক্না মী কয়া মকমদা মখোয়না মকম থুপনা খনবা ব্রাখল অমসুং কনা খঙহন্দনা যাম্না লোন্না তৌবা থবকশিং হায়দোক্কুনা ঙকহনখি। বাবাগী ইন্তরভিউ কাগী মপান্দ পবেংদা লেপখিবা পুলিস ইন্সপেক্তর জেনবেল অমনা খব শীঙনবগী মওংদা হায়খি : "ঐগী পুন্সিদা থৌদোক অমা থোকখি, মদুবু মানা হায়দোকপা ঙম্লবদি ঐহাক পুন্সিগী মাগী মীনায় ওইগে।" মাগী পালি লোয়খ্রে; কাদগী মপান থোবকখ্রে, নুংঙাইখ্রে, পুমপেন পেনখ্রে, লাউবকখি : "মহাক্না হৌবদগী লোয়বা ফাওবা লোয়নমক্ খঙই - ওফিসকী ওইবে, নত্রগা লন্নাইগী ওইবে।" মহাক্না মীপুম খুদিংমকপু হাংদোক্লবা লাইবিক অমা পাবগুম লোয়না পায় - খঙই।। মাগী মনাক্তা পুশিনখিবা ভক্ত অমনা অতোপ্পা থৌবম অমগীদমক লৈরুবা পোৎ খব বাবাদা কৎকে হায়না পুশিল্লুবদা বাবানা খুদক্তা হায়খি : "যাদে, যাদে, হুবান্দুনা পুবকপা কৎপিগনু"; অসুম্না মানা কৎলিবদু যাম্না লেম্না যানিংদবা উৎখি।

কবিগুম্বা খোঙচৎ অমা নত্রগা লাইফম চৎপা অমগী মতমদা থৌবাং তৌবিবা কাংবুদা সত্য সাই বাবানা যাম্না তোয়না হায়খি : "নখোয় মবি চৎকদবদো অহুমখক্কি টিকেৎ লৌ", হায়বদি মা যাওগনি, টিকেৎ যাওদনা চৎকনি। মাগী মশানা পুত্তপার্তিদা লৈবগা কাম্মিবদা পাইলোত অমা মথন্তা শিজগে তৌবদা কনখি মসি চহি ১২গী মমাংদা থোকখিবনি, অমসুং মদু কদাইফাওবা চুম্বগে হায়বদ বাবাগী trance তা লৈবা হায়বদি অতোপ্পা সংস্বাব অমদা লৈবা উহৌবা মী মশামক্লা থিজিল্লুবনি। বাবাসি পুং ১২ বোম মশাগী হকচাংদগী মপান থোকখি অমসুং মাগী অকোয়বদা লৈবিবা ময়ামদুদা মহাক্না হায়খি মদুদি পাইলোত অদুগী মখুত্তা পায়বিবা হু যাওবা তেঙ্গোৎ অদু মুনখিবতা নত্তনা মাগী মথক্তা কেশ চৎথবিবা কোর্ট-কী কা অদুদসু চংখি অমসুং মিলিতর্িবগী বিচাব-পতি অমদা ব্রাফম অদু অবানবনি, মহাক মবাল লৈতে হায়হন্দুনা মহাকপু অব্রাবা পিগে তৌখিবা তোকহনখিবনি। পাইলোত অদু সিবদি বাবাগী যাম্না মকহকপা অশেংবা ভক্ত অর্মান অমসুং এঙোন্দা মবম চাদনা মীয়ামগী শেল মাঙহল্লে হায়জিন্দুনা দন্দি পিনবা হোৎনখিবনি।

শ্রীগুনাজিনা সিবদি বাবাগী মবমদা ইবি, "সিবদি হায়বসি মাগী লৈফম্নি, অদুবু মাগী থবক থৌবমদি পাক্লা শন্দোকখি - বোম্বে, কলকত্তা, অব্রাং-ভাবত,

গুজরাত, দেক্কান, অমসুং খা-থংবা কানারা" (লমায় ৫৩) । ব্রাফম অসি সত্য সাই শায়োনগীসু অদুম চুমই; ইংলেন্দ, ফ্রান্স, কনাদা, জাপান অমসুং জরমনিদা চৎখিবা ভক্তশিংনা বাবানা মখোয়বু ঙাকথোকপিবগী খুদম ফংই। খুদম ওইনা হায়রবদা মি: জি: ভি: অমসুং মাগী লোয়নবী অনিসি ইউরোপ্ত চৎখি অমসুং মদুদগী মখোয় ইংলন্দ-দা মহারানি ইলিজাবেথ অনি-শুবগী সিংহাসন কাবা য়াওরুনবা থৌরাং তৌখি। মখোয়না পারিস-তা পোৎ-চৈ লৈরিবঁদা মখোয়গী খাওদা Travellers' cheque অদু থিবা ফংদবদগী য়াম্না অৱাবগী ঈপাক্তা তারমই। মখোয়না থিবা য়াবমখৈ থিখিরমই, খ্বাইদগী থাজদবা মফম ফাওবদা থিখি, ফংখিদ্রে। অদুগুম্বা মীরমলেন্দ অমদা মখোয়না নঙলিবা ইকায়বা অমদি তুংদা থোক্লগদবা খুদোংথিবা কয়াদুগী মরমদা খল্লুবদা মখোয় য়াম্না ৱাখিরমই। অৱাবা তারবা মতমদা হান্ননা তৌখিবগুম মখোয়না বাবাদা অৱাবদু মতেং পাঙবিনবা হায়জরমই; মখোয় মাইল লিশিং কয়া লাপ্পা লৈরগসু, মখোয়না হায়জরকপদু বাবানা তাখি। মথংগী নুমিত্তা মখোয়না হন্না হন্না থিখ্রবা শেঙ্গাও অদুদা অতোপ্পা পোৎ অমা য়েংনবগী মখুৎ থিংজিল্লুবদা Travellers' cheque বন্দলদু করি অমতা কায়দনা থেংনখি।

বাবানা অঙাং ওইবিবঁদা স্কুলদা লাইরিক তম্মিন্নখিবা মমান্নবা অনি সিপাই ওইখি অমসুং মখোয় অনিমক পেট্রোল গাড়ি অমা মৈ চাকপদগী শোকখিবনি। (বাবানা হায়বিখি: থৌদোক অদু অৱাং-নোংপোক সিমানাদা থোকখিবনি, অমসুং ৱাফম অসি অঙাং অনিদুনা খৎনবা (লান) লোয়রদুনা ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা অচুম-অরান থিনখ্রবনি)। বাবানা পুত্তপার্তিদা মশা অদু খুদক্তা থাদোকখি অমসুং মফম অদুদা চৎখি, বাবানা হায়খিবনি, অমসুং মৈ অদু তারপোলিন খল্লিবা অঙাংশিংনা লৈবিবা অদোমদা শন্দোরক্তনবা থিংখি, মফম অদু হান্ননা মৈনা পুমকোই-কোয়শিনখ্রবা মফম্নি।

সাই সতচরিত-না হায়রি, "গৌলিভবা হায়বা চহি ৯৫ শুরবা ভক্ত অসিনা পনধরপুরদা সিরদি বাবাবু ভিথোবা ওইবা উখি অমসুং লাউরকখি : "মসি পান্দুরঙ্গ ভিত্তাল হায়বা অবতার অদুনি, লাইরবা অমসুং উপায় লৈত্রবশিংগী মপু ওইরিবা"। মমাংগি চহিদা ইমুং অমগী ভক্তশিং সিরদিদা চৎখি অমসুং মদুদগী

মখোযনা পনধবপুব চৎনবা হোৎনখি, অদুবু নোংকন্না চুখিবা, ঈশিং চাউখিবনা মবম ওইদুনা ত্রেন কানসেল তৌখিবদগী চৎপা ঙমখিদে, মখোয় পুত্তপার্তিদা হল্লকখি অমসুং মখোয়না পুত্তপার্তি থাদোক্ত্রিঙৈদা বাবাগা ৱাবি শানবা মতমদা চৎলুবিবা কাংবু অদুগী মমাগা মপাগদা হংখি : " নখোয পান্দুবঙ্গ উবা ফংলকখিদে, নত্রদো?" নখোযনা চৎকদবা খোঙচত্তু তংখাযদা তোকপা তাবদা নখোয যাম্মা নুংঙাইতবগুম তৌখি। ফবে, নখোযনা পান্দুবঙ্গগী দর্শন উনিংলবদি ঐঙোন্দা যেংউ"। মখোয়না যেংখি অমসুং হাযনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি মবমদি বাবা মশামক্তা মখোযগীদমক্তা পান্দুবঙ্গ ওইৱিখ্রে। সিবদি সাই বাবাগী মবমদা অসিমসু হায়নৈ মদুদি মহাক বাম, কৃষ্ণ, সিবা অমসুং মাকতি (হনুমান) ওইনসু উই। সাই সতচবিতনা দাক্তব অমগী খুদম পিবি; দাক্তব অদুনা সিবদি সাই বাবাগী মনাক্তা চৎপা মতমদা মাগী মমাংদা মানা নুংশিজবিবা শ্রীবামগী শক্তমদু উখি। সত্য সাই বাবানা মশামকসি বামা, কৃষ্ণ, অমসুং কমাক্ষি ওইনা উহনবিখ্রে; মসি ভক্তশিংনা খঙলবা ৱাফম্নি। সাই বাবাগী অসিগুম্বা ঈশ্ববগী শক্তম লৈ হায়বসি শ্বামি অমৃতানন্দনা পুত্তপার্তিদা থেংনখিবা থৌদোক অদুনা যাম্মা মমল যান্নবা খুদম ওইবা যাই।

শ্বামি অমৃতানন্দনা প্রশান্তি নিলযম হেক যৌবগা বাবানা মহাকপু "অমৃতম" হাযনা নুংশিনা কৌদুনা তবাম্না ওকপিখি অমসুং মহাক তশেংনা অদুক লুনা চান্না, যাম্মা শকখঙ-মাযখঙননা তৌবিবদুদা ঙকখি, মবমদি মানা হাযখি, "ঐনা চহি ১৭ লৈমিন্নজখিবা বামানা মহর্ষি খক্তনা ঙসিগী মিঙ্গৌ অসুম্না কৌবিখিবনি অদুগা কৌবিবিবা খোঞ্জেল অমসুং মওং মতৌ অদু মহর্ষিগা চপ মান্নখি।" কবিগুম্বা মিবাকল হাযবদু লৈবম্বা তাববদি, মাস মিবাকল অমনি।

মতুংদা, বাবানা মানা চহি ৭ শুবকপা মতমদা নুমিৎ ৪১ নি চঙনা কৎখিবা গনপতি পুজা [illegible]গী মবমদা চহি ৮৫ শুববা শ্বামি অদুদা হংখিবমই, মহাক্না শ্বামি অদুদা পুজা অদুগী অকুপ্পা মবোল পুম্নমক হাযখি লোযননা শাংলবা মন্ত্র অমা শোনবা খুদিংগী মৈদা কৎখিবা অদুসু যাওনা হাযখি। বাবানা ফোংদোককপা মতুংইন্না মন্ত্র অদু অসুম্না হৌই :"ওঁম শ্রম, হ্রম, ক্লিম, গ্লৌম, গম"। বাবানা মঙোন্দা হাযখি মদুদি মহাক্না নোংমদা মন্ত্রসি লিশিং অমমম শোন্দুনা নুমিৎ ৪১নি

চৎথখি অমসুং শেংলবা মঞ্জগী মৈ অদুদা য়ুবি কয়ামরুম কৎখি। অদুবু বাবানা অহল লাইনিংবা অদুদা হংখি। "মদু তৌরগা করি মনা ফংগনি হায়না শাস্ত্রনা হায়রিবগে?" মহাক্না হায়খি মদুদি শাস্ত্রনা হায়রি মদুদি করিগুম্বা মঞ্জ অদু য়াম্না চেকশিন্না, নিয়মচুম্না তৌরবদি গনপতি মশামক মঞ্জগী কুন্দদা সনা মচু মান্না লংলবা শামু মকোক পানবা ঈশ্বর ওইনা থোরক্কনি অমসুং মনাতোন অদুনা অরোইবদা কৎলিবশিংদু লৌগনি অমসুং পিরিবা দর্শন অদুনা তুংকোয়না ফাওবগী ওইনা চাংজৌনায়দ্রবা নুংঙাইবা পিগনি। মহাক দর্শন অদু ফংখিবরা হায়না বাবানা হংখি। অমৃতানন্দনা, খুমলকখি মদুদি চহি ৭তা ঙাইহিরিবা অঙাং অমনা পোৎচৈ খর কৎলগা, মন্ত্র খর থিরগা ঈশ্বরগী দর্শন হেক ফংবা য়াবা নত্তে হায়না খুমখি। মদু তাবদা বাবানা মরক থৎলগা হায়খি - "নত্তে, নত্তে। নঙনা শোনখিবা, নঙনা কৎখিবা পুম্নমক অদুগী ফলনা নঙনা হৌজিক ঐগী ইনাক্তা লাক্লিবনি। ঙসি নঙনা চহি ৭৮শী তুংদা শাস্ত্রনা হায়রিবা মনা অদু ফংগনি।" অদুদগী মানা শ্বামি অদু মঙোন্দা য়েংনবা হায়রমই অদুগা য়েংউ, অমৃতানন্দনা সনাগী মচু মাল্লবা শামু - হায়বদি গনপতিদু উজখি। দর্শন অসিগী মতুংদা মহাক মাগী মনাক্তা নুমিৎ মরিনি লৈখি অমসুং চাবা, থকপা, তুম্বা পুম্নমক থাদোক্তুনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওদুনা লৈখি।

হেমদপন্তনা হায়খি মদুদি "সিরদি বাবা হায়বা ফাওরবা ডাক্তর পুম্নমক্কি ডাক্তরদু মশাগী কান্ননবা য়েংখিদে, মতম পুম্নমক্তা মীগী ফনবতা হোৎনখি অমসুং মদুদা মহাক শাথিনা খাঙঙমদ্রবা অব্রা অনা কয়া তোয়না নঙখি"। ব্রাফম অসি হৌজিক্কি শায়োন ওইরিবা সাই বাবাগী মতাংদসু অদুম চুমই মরমদি সত্য সাই বাবানা মশাদা মীগী অনাবা, অপোমবা, তাইফোইদ, লায়হৌ, চাবোকলমদাইগী অনাবা, অমসুং মৈনা চাকপগী মৈশানচিংবা কয়াশি লৌশিল্লি।

মদুরাই মনাক্তগী ডাক্তর অমনা ইরকখি :" ঐগী নাকোংসি ঈ য়াম্না মরাং কায়না খঙহৌদনা তারকখি অমসুং মদুনা ঐঙোন্দা য়াম্না কন্না অনাবা পিখি। অনাবদু নোংমা নুমিৎ চুপ্পা অমা খাঙলবা মতুংদা অঙকপগী মওং অমদা ঈ-তাবসু ফগ্রে

অদুগা অনাবসু ফগ্রে"। চিঠি অদু ঐঙোন্দা য়ৌবকখি ; মতম অদুদা বাবাসি মনাকোং ঈ খর তাখিবা অমসুং মনাকোং নাবদগী ফবকখিবা তাঞ্জানি, বাবানা হায়খি - অনাবদু ভক্ত অমগী অনাবনি, মহাক্না চুম্না মাগী মতেংগীদমক লৌশিনখিবনি।

শোক ১৯৫৯গী জুনগী তাং ২১ গী নুংথিল পুং ১.৩০ রোম তাবা মতমদা বাবাগী হকচাংসি অশাবগী চাং ১০৪.৫ দিগ্রি য়ৌখি, অদুবু মিনিট ৫গী মতুংদা অশাবগী চাংদু ৯৯ দিগ্রিদা হন্থখকপা মতমদা ভক্ত পুম্নমক্কি অৱাবদুসু হন্থবকখি। কনা অমতনা অশাবা অদু খঙবাং বাংবা অদুগা অমুক খঙনেম নেমথখিবদু কবিগীনো হায়বসি নুমিদাং পুং ৯.৩০ তাদ্রি ফাওবদদি খঙবা ঙম্নখিদে। নুমিদাংগী চাকলেন চামিন্নবিঙৈদা বিলদিংগী মপান্দা থাবল মবক্তা ফম্লগা মদ্রাসতগী বাবাগা চাক চামিন্নবদা যাওবা অঙাং অমদা হায়খি : "হয়েং নঙনা নমাগী মনাক্তা চৎপা মতমদা মৈ-গী মতাংদা খব চেকশিন্নবা হায়যু; অদুগা বাবানা মতম পুম্নমক্তা মাগী মনাক্তা লৈ হায়যু অদুগা মহাক কবি অমতা অৱা-অনা থোকহল্লোয় হায়যু"। ৱাফম অসিনা ময়াম পুম্নমক্তা অঙকপা অমসুং লাংতক্লবা ৱাখল অমা পোকহনখি অমসুং মতাংদুদা বাবানা হায়খি নুপী অদুগী শাবি অদু নুমিৎ যুংবগী মতমদা মানা লেপ্তুনা লাই খুকুমলিঙৈদা, থাংমৈ-ময়াম অদুগা শম্নবদগী মৈ চাকখি; ৱাফম অদুদা কাংবু খবনা তেলেফোন তৌদুনা হংখি। নুপী অদুনা তেলেফোন্দা অকুপ্পা মবোল পুম্নমক খঙহল্লকখি। বাবানা মঙোন্দা তেলেফোন্দা ৱা হেক ঙাঙবদা নুপী অদুগা ইহান-হেক হানবদা বাবাগী মখুত্তু মৈ মুথৎপদা পোকখিদববা হায়না হংলকখি মবর্মদি বাবানা অসিগুম্না থৌদোক্তা অৱাবা নঙখির্বসি মহাক্তি হান্ননা খঙখিবননি। বাবানা খুমখি : "ও! নত্তে! ঐগী খুৎ চাকখিদে। ঐ ঙাইহাক্তং হকচাংগী অশাবা চাং হেনগৎখিবদনি"।

মবম অ্না হকচাংগী অশাবা খঙৱাং ৱাংখিবা অদুগা অমুক খঙনেম নেমথখিবদু মদুননি, মাইল ২২২ লাপ্পা মফমদা লৈবা মদ্রাসকী লাইখুরুমফম কা অমদা মৈবিগা শম্নখিবগী ফলনি! সিবদি বাবাগী পান্থোম অমা মৈনা পোকখি, মদু অঙাং অমা মৈদগী কনখিবদা তৌখিবনি। থৌদোক অদু মাইল য়াম্না লাপ্পা মফমদা থোকখিবনি, অদুবু সিবদি বাবানা হায়খি, "অঙাং অদু মৈনুংদা

তুশিনখিবনি। ঐনা ঐগী পাম্বোম অসি খুদক্তা মৈদা থিংজিন্দুনা অঙাংদু কনখিবনি। ঐগী পাম্বোম চাকখিবদু ঐ থোয়না খল্লুদে; অদুবু অঙাং অদুগী পুন্সি কনখিবদুদি ঐহাক য়াম্না নুংঙাই"। শায়োন অনিমক্তা লীলাশিং অসি চপ মান্নে।

সাই সত চরিত-না সিরদি বাবানা লায়েংখিবগী মওং কয়ামরুম পিরি; চুম্না য়াথং অমনা - "নঙ অমুক হন্না অব্বাবা পিরনু" "অওবা ফরো", "নঙগী খোঙহাম্বদু ফবে", "হে লিনগী হ্ নঙ কাখৎকনু" অসিনচিংবনি। সোমদসু সত্য সাই বাবাসু অসিগুম্বা অঙকপা মওং অসি তৌদুনা কুইনা ফবা ঙমদ্রবা অনাবশিং ফহল্লি। কুপ্পমদগী অহল ওইববা ললোনবা নুপা অমা (V. Radhakrishna) নুমিৎ নিনি শিকরবা ফাওবদা বাবানা পোৎলোইহনখিদে; শুম্লি শুবা নুমিত্তা বাবা চঙলক্লুনা ফহনখি, হৌগৎনবা হুকুম তৌখি, হৌগৎখি। সালেমদগী নহা অমা মখোং হামথরমই, অদুবু বাবানা খোংহাম্বা তোক্লো হায়দুনা হুকুম তৌরমই,অনাবদু ফখি। মমিৎ নিংথিনা উদবি নুপীমচা অমা লৈরমই, মানা ইমুং মনুংদা চৎথোক চৎশিন তৌবদা ফক্লাং পায়রগা চৎলমই। মহাক্কি মমিৎ অদুনা নুংশা মঙালসি খাঙবা ঙমলমদে, মদুনা মমিত্তা য়াম্না অচাকপা মৈশা অমা পিরমই অমসুং মকোক চিক্লমই। অদুনা মহাক অয়াম্বা মতমদা ইমুংগী অমম্বা কা অমদা লৈবা তারমই। মহাক্না মাইশোর, মদ্রাস অমসুং বোম্বেদা লৈবা মিৎকি ডাক্তর পুম্নমক মবোল অমা থুংনা য়েংলুরবনি। মতুংদা পুত্তপার্তিদা লাইখুরুমদুনা অমদি ধ্যান তৌদুনা লৈখিবনি। কায়নথংদা, বাবানা মহাক ময়ুমদা চৎপা যারনি, মমিৎ অদু কবিশু তৌববোই হায়বিখি। অদুবু কবিগুম্বদা নুংঙাইতবা হৌবকলবদি হিদাক অসি দ্রোপ অমা অনি হাপ্লগা ফগনি হাযদুনা মখুৎ ওৎলগা মিত্তা হাপ্লবা হিদাক লিক্লি মচা অমা খুদক্তা অহাংবদগী পুথোক্লুনা পিখি। নুপীমচাদু ময়ুমদা হনখ্রে, ... মাগী মমিত্তু পুমফ ফরগনি হায়বসি থাজবদি খর ব্রাৎখিবনি, অদুবু মদু অচুম্বা ওইনা পুমফ-ফখরে। মহাক্না (বাবানা) ফরো হায়না য়াথং পিখিবনি, য়াথং অদু ইনখিবতনি। সাই সতচরিতনা সিরদি বাবাগী মরমদা হায়খিবদু অচুম্বনি, মদুমক অমতা খেন্নদনা ঙসিগী অবতার অসিদসু চুমলি। "মহাক অফাওবা হাকিম অমা ওইখ্রে, মমিত্তা হিদাক মহি-মনায় অমতা হাপ্তুনা মমিৎ তাঙলম্বা কয়া উবা ঙমজখ্রে"।

সাই সতচবিতনা হায মদুদি সিবদি বাবানা হায়খি : "ঐহাক মমাদুনি, জিব পুন্নমক্কি হৌবকফম, গুণ অহুমগী তিন্নফম, পুনফম;দৃশ্য পুন্নমক অসি লেঙহল্লিবা, শেম্বিবিবা, যোকর্পিবিবা অমসুং মাঙহল্লিবা; (লমায় ১৩) "মহাক্কি চপচাবা থাজবদি মশামকসি ইবুংঙো (Lord) বাসুদেবমক্কি"। কয়াবক হন্না বাবানা লাউথোকপিখবে মদুদি মহাক সংস্বাব অসি কনবিবা লাকপনি, মহাক মশামক ঈশ্বরদুনি। ইজবিবা ইশামকসি, হৌজিক লাউথোকখ্রিবা হায়নিংঙাই লৈতনা চুমখ্রবা ৱাফম অসিগী মঙাল অমা চহি ৯গী মমাংদা উজখি। বাবাগী মচে ভেনকম্মাগী মপুৱোইবগী থৱাই অদু যমবাজনা মমাংগী অহিংদা পুখিবমই, নুপা অদু বাবাগী মমা ঈশ্বরম্মাগীসু মনাও-নুপানি (মৌপ্বানি)। ইমুং-মনুং অপুম্বদা নত্তনা খুঙ্গং পুন্নমক্তু অৱাবগী ঈপাক্তা তাবমই।

অশিবদু ফুমখ্রবা মতুং পুং খব কান্নবগা, অৱাবা খুদোংথিবদুগী মবমদা কবি অমতা খঙদনা ঐহাক পুত্তপার্তিদা থুংখি। প্রশান্তি নিলযমদা চৎলিবা লম্বি অদুগা মাযোক্লবিবা যুমগী মমাংথংবা মাঙ্গোলগী অবাংথংবা অনেম্বা ফক্লাং অদুদা বাবানা ফমদুনা লৈবম্বদু ঐনা থেংনখি। অৱাবা তাববী মচে অদুনা কা অমগী মনুংদা যাম্না মপুক্লিং নুংশিনা তেংথানাওইদুনা লৈবমই অদুগা মচানুপাদুনা মবোক্কা লৈবমই। বাবাগী মমাংদা অবাবানা তঙখাই অমা - মপা, মমা, মচে, মচিন মনাওশিং অতৈ মীওই কযানা কোইবপ্না ফমলমই; পুন্নমক থেমজিনবা ঙমদ্রবা মওংদা অৱাবগী ঈপাক্তা লুপলমই। অৱাবা মযামদু উবদা মিত্তা পি-না মতুম মতুম শিন্তবগা ঐনা তপ্না বাবাগী ম-াক্তা চংলমই। বাবানা নোকফেৎ তৌবগা ঐবু ওকলমই অমসুং নোক্লা নোক্লা বাবকলমই; "কবি? কসতুবি? শিবা লৈত্রবা, পোকপা লৈত্রবদি ঐদি কবম্না মতম লেনগনি- হাযবদি কবি তৌবগা মতম লেনগনি?" ঐনা বাহৈশিং অসি তাখি, অবতাব অমগী চপচাবা ৱাঙাং। "মাগী মতম লে-াবগা মওং-মাগী লীলা, সুত্রধাবা - থৌর্বিচিংলিবা, মপু শেম্বিবিবা, যোকর্বিবিবা, মাঙহনবিবিবা - ইবুংঙো মহাক মশামক্"। ঐহাক কাওজবা ঙমলোই, নত্রগা থৌশাদবা ঙমজবোই অদুগুম্বা খোল্লাওদো, মীনোক্তো, নিন খোংদনা নোকখিবা মিনোক্তো।

সিরদি বাবাসু পোৎশিংগী মথক্তা মাগী শক্তি-কন্ট্রোল্ লৈরমই। "অমুক্তংদি য়াম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইরবা অকনবা নোং-নুংশিৎ অমা থোক্কদবগী থরাক-থরাক যান্দুনা লৈরমই, অতিয়া অসি নোং-নুংশিৎনা পুমথন্ থনখিরমই; নোং যাম্না তাখি, ঈশিংনা লৈরক-খুল্লক্ পুম্নমক্ থুমখি; য়াম্না নুংশাথিরবা খুঞ্জাশিং অদুনা বাবাগী মনাক্তা মতেং নিজনবা চৎখি অমসুং বাবানা অকনবা নোং-নুংশিত্তুদা হায়খি : "নহাক্কি অশাওবদু তোক্লো অমসুং ইংথৌ"। সিরদিদা পুম্নমক্ ইংথখি। ব্রাফম অসি সত-চরিতদা পিরি। মহাক্না অমুকসু অচাকপা মৈদু ইংথৌ-মুৎলু হায়খি, অমসুং মৈ অদু খুদক্তা মুৎখি।

সত্য সাই বাবাগী ভক্তশিংগী মফমদসু অসিগুম্বা থৌদোক কয়া নিংশিংনরি, মরমদি মসি পুম্নমকসি ইবুংঙোগী হান্নগী লীলা অদু মখা চৎথরকপনি। খুদম ওইনা - নোং হৈথবম্বদগী ফখিবা মতাংদা শ্রী চল্লা অপ্পা বাওনা ইরি :- "বিজয়াদশমিগী নুমিদাং অমদা বাবা পুদুনা চৎখিবা সভাজত্রা অমদা থোকখিবনি। মহাক য়াম্না নিংথিনা শেমশারবা, লৈতেংলবা দোলায় অমদা ফমখি। সভাজত্রা হৌরকপা তাঞ্জা অদুব্রাইদা অতিয়া অসি মুসিন্ মুরমই অমসুং নোং-নুংশিৎনা পিক থল্লমই। নাকোং পঙবমখৈ খাকপা খোঙবা নোংথাং কুপ্পনচিংবা তৌবমই; অশেংবনি, দৃশ্য অদু অঙকপা অকিবগী মশক্কি। সভাজাত্রা অদু মন্দির য়ৌরকপদা পুং ৩ হেন্না চংখি। মদু ফাওবদা নোং তাখিদ্রে। বাবানা দোলায়দগী কুমথবগা মথক্তা কাখৎখ্রে অমসুং ভক্ত  ময়ামসু মাগী মাগী লৈফমদা চংনখ্রে। মতম অদুতদা নোং তাবা হৌখি। তশেংবদি অঙকপা ফংনা নোং হৈথখি। অসুক কুইনা পুং অহুমহেন্না নোং তাহনদনা থম্বা ঙমখিবসিবু ঈশ্বর নত্তনদি অতৈ কনানা ঙমগদগে?"

নোংচিং য়াম্না থাংবা জুন-থাগী নুমিদাংব্রাই অমদা বাবানা মেবকর(Mercara)দা লমহাংদা মিটিং অমা ব্রা ঙাঙখিবমই। অতিয়া অসি পুন্মম মমশিল্লকখি অমসুং নোং খাকপা খোংবগী মখোল অসি যাম্না নকশিল্লকখি। অকোয়বদা নোংসি হৈথবমখৈ চুথরকখি অমসুং সুম নকশিল্লকপনা মাইল মখায়মুক্তা লাপ্পবা মহাদেবপেৎ ফাওবা য়ৌশিল্লকখি। বাবানা মশা য়াম্না ইংনা, তহাদনা পুং ১.৩০ রোম ব্রা ঙাঙখি অমসুং ভাবোক পুম্নমক চেক-মোক লাওদনা লৈখি, মমৈদা মহাক্না হায়খি:"হৌজিক নখোয় য়ুমদা চৎপা য়ারে, মরমদি নখোয়

পুমচোৎ চোৎলম্বা যারবা নোংদো মিনিট তরাগী মনুংদা য়ৌরক্লগনি"। অঙকপগী মথক্তা অঙকপগী মশক্লি, সেকেন্দ অমা শোযনদবমখৈ নোং অদু মিনিট তরাগী মতুংদা হৈথবকখি।

পুক্তপার্তিদা চেল্লিবা চিত্রাবতি তুবেল অসি ঈশিং খঙচাউ চাউগনবা তুবেলনি, মবমদি মসি নন্দি-চীংদগী হৌবকই অমসুং মাইশোব ষ্টেটকি চীংশাং পবেংদুদা তাবা নোংশিংদি মাইল কযা যুট যাম্না ৱাংনা পুথবকই। অসিগুম্বা মবক-মরক্তা চাউবকপা ঈচাও অসি শো...দা খুঙ্গংদগী খব চৎথোক্লগা তোংলপ তৌবা মফমদা প্রশান্তি নিলযমসি শাখিবনি; ঈচাও অসিনা কবিগুম্বা চহি খবদদি অবিবা মন্দির লাইখুকমফম, চাকশঙ অমসুং অকোযবদা লৈবিবা মফমশিংদু ঈশিংনা থুমর্জিল্লি। অসিগুম্বা খোঙফম কযাদা বাবানা ঈশিং মপান্দা লেপখি অমসুং হাযখি, "গঙ্গা যাবে, হনখ্রো", অদুদগীদি ঈশিংদু হেনগৎখিদবে। চহি খবগী মমাংদা নববাত্রিগী পুজা মনুংদা লাযববাশিংবু পিজ-পিথক তৌবিঙৈদা নিলযমগী অকোযবা মফম পুন্নমক নোংনা হৈথবমখৈ চুখি, অদুবু মযাম পিৰ্জবিবা মফম অদুদদি নোং মবিব অমা ফাওবা তাখিদে।

চহি অনিগী মমাংদা বাবাসি নোংপোক থংবা গোদাববি ডিষ্ট্রিক্তা লৈবমই, মদু অঙকপগী মশক ওইনা ঈচেল হেনগৎলক্লিবা গোদবাবি তুবেলদা পুলিসনা অবোইবা খুদোংচবা পিদুনা লানথোকহনখিবনি। মতম অদু মফম পুন্নমক্তা ইচোৎ-চোৎপা, লৈখোম লৈনাং ঙাক্না ঙাইবা, অইংবা নুংশিৎনা পুং ২৪দা লেপ্তুনা নোং থিক্লি-থিক্লি তাবা মর্তাম্ন। বাজামুন্দ্রিদগী মাইল ১০ লাপ্পা মিবতিপাদু (Mirthipadu) হাযবা খুঙ্গং অদুদা লমহাং অমদা বাবানা যুমথক্লি মাঙ্গোলদগী ব ঙাংলমই। মীপুম খুদিংমক্লা মাযগৈ খুদিংমক্তা গোদাববিগী ঈচাওনা চংশিল্লকপা ঈশং ঈপাক্লা মির্বতিপাদুবোমদা চংশিল্লকপদু উনখি অমসুং মথক্তগী লেপ্তুনা চুথবকপা নোংনাসু মির্বাতিপাদু - তম্না চুশিল্লকখি। অদুবু খুঙ্গং অদুদদি মশক উদনা ছাতিন খন্দুনা থমখিবনা নোং অদু যৌশিনবা ঙমখিদে, অদুনা মিটিং অদু অকাযবা লৈতনা অথেংবা অহিং ফাওবা চৎথখি! মদু বাবানা নোং অদু খুঙ্গং অদুদা চংহন্নিংখিদবা অদুননি।

সাই সতচরিত অদুদা অমুক হন্না য়েংসি। "বাবানা ভিমাজি পতেল (Bhimaji Patel ) বু মঙ অনিখক্লা লায়েংখি"। (লমায় ৭৪) "মহাক্লা মীওই কয়ামরুমদা মঙদা পাওতাক পিখি। য়ু য়াম্না কাহেন্না থকপা নুপা অমদা - য়ু থাদোকপা ঙমদ্রবা নুপা অমদা মহাক্লা মমঙদা নুপা অদুগী মথবাক্তা ফমলগা য়ু অমুক হন্না শোক্লরেই হায়না ৱাশকহনখি। খরদনা মমঙদা গুরু-ব্রহ্মা' - নচিংবা মন্ত্র তাকপিখি"। (ল: ১০৪) হন্দক্কি হকচাং অসিদসু অনাবা কয়াদা বাবানা মখোয়গী মমংদা ওপরেসন তৌখি। অসিগুম্বা থৌদোক অমা তিকমলা রাও কৌবা বঙ্গলোরগী ভদ্রলোক অমদা থোকখ্রবনি, মহাক্লা মমঙদা বাবানা ওপবেসন তৌবমই হাযনা মঙখি, অদুগা মানা হৌগৎলকপা মতমদু মাগী ফমুং অদু ঈনা পুমলুপ লুপলমই অমসুং অনাবদু ফখিরমই। বাবা হায়বা সরজন্ অদুনা আশির্ব্বাদ পিবিখ্রবনি। মঙ হায়বসিসু বাবাগা ভক্ত অমগা মরী থম্নবগী য়াম্না মরু ওইবা শরুক অমনি। বাবানা ভক্ত অমবু ৱারক্লবা; তম্বিনবা, পাওতাক পিনবা, লায়েংবিনবা, নত্রগা ওপরেসন তৌনবা ৱাখল অমসুং মতম ভক্ত অদুগী মমঙদা লেপথোকই অমসুং মতুংদা বাবাগী অনিংবদু পাঙথোকই। সত্য সাই বাবানা ভক্ত কয়া অমা মমঙদা মন্ত্র পিদুনা লৈমিং লৌখ্রে লোয়ননা মাগী দর্শন পিবিখি অমসুং মতিক চারবা, ফংবা য়াববা ভক্তশিং অদুদা মন্ত্র তাকপিখি অমসুং মতুংদা মখোযনা পুত্তপার্তিদা লাক্লবা মতমদা মিংখৈরোল শোন্নবগী নিয়ম অমসুং আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং মায় পাক্লা চংশিন্নবগী মরমশিং তাকপিখি।

সিবদি বাবানা য়ু ৱালা অদুগী মথবাক্তা ফম্লগা অমুকহন্না য়ু শোক্লরোই হায়না বাশকহনবগুম সত্য সাই বাবাসু ভক্ত অমগী যাম্না হাযনা তান্না য়াদবা, মঙক কনবা মম্মাক নুপা অমনা ত্রেন্দা ১বা ক্লাসকি কাঅমদাতুন্লিঁঙৈদা বাবানা ফুদৎখি। নুপা অদু মথংগী ষ্টেসন্দা খাম্বদা ত্রেন্দগী চোংথখি অমসুং মীয়াম পুম্নমক কোয়শিল্লকুনা যেংনবদা মখজাই অনিমক্তা ফুবগী দাগফম লৈরমই। পুত্তপার্তিগী হোসপিতালদা অঙাওবা অমসু বাবা মশা লৈতনা ফুখি। চৈফু খুদিংদা মানা লাও খোংবদু মনাক্তা লৈরিবা ডাক্তরশিংনা তাখি অমসুং মতুং তৌজররোই হায়বদুসু তাখি লোয়ননা বাবাদা ফুবা তোকপিনবা হায়জবদুসু তাখি, অসুম্না মাগী মচিন থিরম্বদু ফহনখিবা মওং অসিদা পুম্নমক্লা ঙক্লখি। লায়েং অসিগী মতুংদা অমসুং

মশাগী চপচাবা অনাবদু ফববা মতুংদদি ঈশৈ শকখি। অসুম্না, মতাং অসিদসু বাবা অনি অসি মথং-মথং চৎথবকপনি, অমতনি হাযবসি উবা ফংলে।

সতচবিতগী লমায ১৬৭ তা পঞ্জাবি নুপামচা অমা মমণ্ডদা বাবানা সিবদিদা লাকউ হাযবম্বগী মতাং অমা পিবি। মহাক বাবা কনানো, সিবদি হাযবসিনা কদায়দা লৈবগে হাযবসি খঙলমদে, অদুবু মবাযবক ফবদগী দুকান অমদা বাবাগী ফোটো অমা ফংখি অমসুং য়াম্না অৱা-অনা খুদোংথিবা কযাগী মতুংদা মহাক সিবদিদা যৌবকখি। অসি গুম্বা চপমান্নবা থৌদোক কযামকম অবতাব অসিগীসু নিংশিংলকই। খা-ভাবত্তা লৈবা কলেজ অমগী প্রিন্সিপাল অমগী মচা নুপাদু থম্মোযগী য়াম্না অকৰা অনাবা অমা লৈবমই। মাগী মমণ্ডদা মাগী অনাবদু পুত্তপার্তি কৌবা মফম অদুদা কোকহনবা, ফহনবা ঙমগনি হাযবম্বদা মপাদু যাম্না ঙকখি। মহাক্না কোইহং হণ্ডখি; বেলবেগী তাইম তেবল, পোষ্ট-ওফিসকী মমিং মথানচিংবদা থিখি। মদুদা পুত্তাপার্তি কৌবা খুঙ্গং মচা অমা লৈবম্বা থেংনবদা ঙকখি, মবমদি মদুগী পোষ্ট-ওফিস অমা লৈবমই। মখা মথং-মথং থিজিল্লকপদা মফম অদুদা সত্য সাই কৌবা নুপা অমা লৈ, মহাক্না অনাবা পুম্নমক কোকতনবা ঙমই হাযবা মমল যাম্নবা পাও অসি ফংখি।

মতৌ কবম্না শ্রী ত্যাগবাজা শ্বামিগী অচৌবা ভক্ত বঙ্গবোল নগবতনম্মাবু বাবাগী মনাক্তা কৌখিবগে হাযর্বাস যাম্না নুংঙাইববা ৱাবি অমনি। শোক ১৯৫১দা ভেনকতর্গিবিগী নিংথৌনা মঙোন্দগী চিঠি অমা ফংখি। চিঠিগী মবোলদি : "মহাপ্রভু! ঐগী থম্মোযগী দেবতা শ্রী ত্যাগবাজানা মঙদা লাইবক ফববা দর্শন অমা পিবিখি অমসুং ভেনকতর্গিবিদা চৎনবা যাথং পিখি। মদু মালেমদা ঈশ্বৰ ওইনা লেঙথবক্লবা ভগবান্না দর্শন ফংহনবিদুনা আশির্ব্বাদ পিননবনি অমসুং ভগবান অদু য়াম্না থুনমক মাগী পান্দম পাঙথোক্লবা ভেনকতগিবিদা থুংলবগনি। ঐগী মপুনা (Lord) ভগবান অদুগী মমিং শ্রীসত্য সাই বৌই হাযনা তাকপিবমই। ঐহাক নঙোন্দগী পাও হেক ফংবগা ভেনকতগিবিদা শোযদনা লাক্কনি"। হাযবিবা যাথং অসিগী মতুংইন্না মানা বাবা উনবা মতমসি শ্রীকৃষ্ণ জযন্তিগী কুম্মৈ মতম্নি। বাবানা মঙোন্দা চপ-চানা পুং অনি ত্যাগবাজগী ঈশৈ শক্লবা মতমপিখি। মহাক্না শ্রীবামগী মুর্ত্তি অদু হেক ফংজবদগী মহাক চাংজৌ নাযদ্রবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা জ্ঞান তাদনা পুং ২৪ লৈখি। মহাক

বাবানা বর অনি পিনবিবদা য়াম্না নুংঙাইজখি; বর অমনা য়াম্না ঈংনা সংসার থাদোকপা অমসুং অতোপ্পা অমদুনা মানা সংসার থাদোকপগী অরোয়বা শ্বর অদু ফাওবদা শ্রীরামগী মিংখৈ কাওদবা!

অসিগুম্বা অঙকবা পাওজেলসিনা মীওই চা কয়া পুত্তপার্তিদা লাকখি। খুদম ওইনা সুকুমার মেনোন; মহাকসি বাবাগী খোঞ্জেলনা তেলেফোন্দা কৌবনি। তশেংবদি বাবানা বঙ্গলোরদা য়ুম অমা শঙ্কাবগী থৌরমদা লৈরিঙৈদা মাগী ময়ুমদা তেলেফোন্দা বাবা উননবা কৌরকপনি। সুকুমার মেনোন্না চিঠি অদু ঐঙোন্দা বাবাগা মাগা ব্রারি তেলেফোন্দা শানখিবদুগী মরমদা ইরকপনি। ব্রাফমদু বাবাদা পল্লুবা মতমদা মানা হায়খি: "মদু নঙ হৌজিক খঙলে, মরমদি মানা মদুগী মরমদা নঙোন্দা ইরকপ্রে। অদুগনে, নিংশিংউ, মসিদি ঐগী লীলাগী শরুক লাক্ষ কয়া থোকপগী শরুক অমা য়ৌবা নত্তেকো"।

থাঙ্গৈশেংনমক সাই সতচবিত-কী লমায় ৬৮ দা পল্লিবা খুদিংমক অদু ঙসি পুত্তপার্তিদা থোক্লিবা অসিগী চপচাবা ব্রাবিনি হায়না লৌবা য়াই। "বাবানা যাদ্রবদি ভক্ত অমতনা মাগী মনাক্তা চঙবা ঙমদে; কনা অমতনা মশাগী নিংবা মতুংইন্না মাগী মনাক্তা চংবা ঙমদে; কনা অমতনা মানা লৈনিংবামখৈ লৈবা ঙমদে, বাবানা লৈহনিংলিবমখৈ লৈবা ঙমই; বাবানা মখোয় চৎলো হায়ববা কান্দা মখোয় চৎপা তাই।" খোঙফম অমদা বুককপৎনমদগী ষনগাড়ি ময়াম অমনা পবেং-পবেং ভক্ত ময়াম অমা পুরকখি, মদু উবদা বাবানা যাম্না হরাওনা ঈশৈ শকখি ;" লাক্লে, লাক্লে বাবাজিগী কাব পরেং"। মদুদা ঐনা হায়খি :"মসিদা লাকপা ময়াম অসিনা হনখ্রগা মখোয়গী য়ুমথংনবদা, মরুপ মপাংদা মবী মতাদা ব্রাবি লীনবদগী মশিংসি হেনগৎলক্লি"। মদু তাবদা বাবানা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়খি: "নত্তে, কনা অমতনা ঐনা মাবু কৌদনা সিদা লাকপা ঙমদে, মীওই চামনা থেল্লবসু, চিংলবসু, ইল্লবসু ঐনা কৌদ্রবদি লাকপা ঙমদে"। পুত্তপার্তিদা লাকপা খুদিংমক্লা চৎলমদায়দা লাইশোল অমা শোল্লগা চৎলি : "ঐবু অমুক হন্না লাকহনবিয়ুকো"। "চানবিদুনা ঐবু মফমসিদা অমুক্তগা হন্না লাকহনবিখো", মরমদি মখোয়না খঙই মদুদি বাবাগী চপচাবা অনিংবা য়াওদ্রবদি খোঙচৎ অদু মপুং ফাবা ঙমদে। অদুগা, মহাক্লা লৈখো হায়রগা মখোয়না লৈগনি, চৎলো হায়রগা চৎকনি, ফনয়াম্না

চৎনিংদ্রবসু চৎকনি, মবমদি সিবদিগী ভক্তশিংনা মশানা খঙথ্রে মদুদি মখোয়না য়াথংসি চেকশিন্না ইনবা মতমদা মখোয়না থুংউবিবা মফমদুদা অথুবা থবক খরনা মখোযবু ঙাইদুনা লৈবমই।

অবতাব অনি অসিগী মরক্তা মিংয়েংদা, মওংদা, পাওতাক পিবগী মওংদা, লমচৎ-শাজত্তা অমসুং লীলানচিংবদা কযাম মান্নরিবগে হায়বা হিরমসিদা অসিগুম্বা থৌদোকশিংসি অমুক হেন্না খন্নরুবগী কা-হেন্না দরকার ওইদ্রে। সত্য সাই বাবাগী ভক্তশিংনা মানা থাজনা হার্যবিথ্রবা ব্রাফমশিং - "ঐ লৈরিঙৈদা করিগী কিদৌবিবনো"? "নঙ ঐঙোন্দা যেংউ, অদুগা ঐসু নঙোন্দা য়েংগে", "নহাক্না ঐগী দর্শন হেক ফংবদা নহাক্কি পাপ পুম্নমক কোকপিরবনি", "ঐনা নঙগী পোৎলুম, পুম্নমক পুগনি", "লৌ-লৌ, নঙনা হেক ঙম্বমখৈ ঐঙোন্দগী নুংঙাইবা পুজখো অদুগা নঙগী অব্রাবা পুম্নমক্না ঐঙোন্দা থমলমউ"... নচিংবা ব্রাফমশিংসি মবাযবক ফববা মীওই কযাদা হাযবিথ্রবনি; মতৌ অসুম্না সিবদি সাই বাবানাসু তার্কপিবমই হায়বসি হৌজিক ফংলিবা রেকোর্দ কয়ানসু শাক্ষি ওইবে। "ঐহাকপু পুজা তৌনবগীদমক্তা থোযদোক্না পোৎলম চৈবম যাম্না দরকাব ওইদে, - হিবম নিপালগী ওইববসু নত্রগা তবাতকক্কি ওইববসু, ভক্তিবু ফজনা লৈববদি মফম অদুদা ঐহাক লৈ;" "ঐগী সবকাবগী পুক্কৈদি মতম পুম্নমক্তা থন্দুনতা লৈ. হেন্দোক -পাথোক্না লৈ; কোৎলু, গাডি মপোৎ-থন্না থন্না পুজখো, মসিগী খুদোংচাবসি অমুক হন্না লাক্লবোই", অমগী মোত অতোপ্পা অমদা নমদুনা য়াহন্নবা তৌগুমসি; অতোপ্পগী মোতসু তেক্তা ককথৎনবা তৌগুমসি";। "ঐঙোন্দা ওনশিল্লকপা মীদো কবি অমতা অকায-অতোয লৈবোই", "ঈশ্বব থাজদবা মীগা তিন্নগনু, ধর্ম্ম লৈতবা, ফত্তবা মীগা তিন্নগনু, পুম্নমক্তা য়াম্না নোল্লুক্না চৎলু"; "ঐহাকসি জিব পুম্নমক্তা লৈ হাযনা লৌ; - তিল কাং, ককচেং, উবা ঙম্বা, চৎপা লেঙবা ঙম্বা, ঙম্বদবা পুম্নমক অসি ঐগী হকচাংনি" 'ঐগী পুক্কৈদি পিক থল্লি, মী অমনা অপাম্বা খুঁদংমক ঐনা পিবা ঙমই, অদুবু মহাক অদু ঐনা পিরিবা পোৎ অদু ফংবদা মতিক চাবব্রা হাযবদুদি য়েংবা তাই", "ঐঙোন্দা থব্রাই হকচাং য়াওনা য়েংউ অদু ওইববদি ঐনসু নঙোন্দা থব্রাই হকচাং য়াওনা য়েংগনি", "ইশা মশক খঙজনবগীদমক ধ্যান তৌবা দরকার ওই; মদু নঙনা চাং নায়না শাজেল তৌরবদি

পুক্লিংগী ঈথিলশিংদু ঈংথরক্কনি"; "থৌরাংলবা মীদা ঈশিং পিথকউ, মপুক লাল্লবা মীদা চাক পিজৌ, নঙগী মাঙ্গোল অদু মীনা ফম্নবা অমদি পোৎথানবা পিথোকউ", "নঙনা পিগে খল্লবদি পিয়ু, পিনিংদ্রবদি পিগনু। অদুগা হুইদৌনা পঙখোংদা খোঙগনু; ঐগী ইনাক্তা লাক্লবগীদমক্তা থোঙ অমতা দরকার লৈতে; ঐদি মতম পুম্নমক্তা মফম পুম্নমক্তা লৈ,""অপাম্ববু থাদোক্লবদি লম্বোই ফিজেৎ শেৎপনা কান্নরোই", মরমদি "ঐখোয়না থিরিবা ঈশ্বরদু অহাংবা চাকখাও মনুংদা ওইরোইদবনি"; "নাপল অমসুং মদ কাবদু থাদোক্লুনা নঙগী থম্মোয়দা ফল্লিবা ঐঙোন্দা চংজৌ", ... অসিনচিংবা সাই সতচরিত-তগী লৌথোকপা ৱাহৈশিং অসি ঙসি ঐঙোয়না নুমিৎ খুদিংগী ভক্তশিংগা ৱারি শানবদা শ্রীসত্য সাই বাবাদগী তাবা ফংলি। মরমদি পান্দম অমসুং মপু অনিমক চপ-মান্নে।

অমুকহন্না, সতচবিতনা হায়বি মদুদি সিরদি বাবানা ঐখোয়বু কুঠিদা, পাঞ্জিদা, খুবাক-ময়িদা, মফম খঙদনা থাজবসি থাদোকহন্নিংখি, মবমদি মসিনা মীওইববু শোন্থহল্লি। সত্য সাই বাবাসু মদু চপ মান্ননা পাওতাক পিবি। অওইবমক হান্নগী অবিবা ষ্টেট হায়দরবাদ-তগী লাকপা বাইস্যাগী ভদ্রলোক অমনা মঙ অমা মঙলমই, মঙ অদুদা বাবানা মখুৎ তিংথোকহল্লগা, মচিন তুম্বা অথৌবা থাঙ মচা অমনা মাগী খুবাক্তা লৈই অমা চিংলমই, মথংগী নুমিত্তা মানা ভাগ্য-বেখা অদু খঙলকখি মদুদা মঙোন্দা হবাওবা অমসুং অৱাবগী ৱাখল অনিমক ফাওখি। মবমদি কনাগুম্বা অমনা খুবাক্তা অনৌবা লৈই অমা চিংবা ঙম্লবদা খুবাক ময় যেংবা মী অমগী করি মথৌ অমুক লৈখিগনি'? হৌখিবা বাবাদুগা, হৌজিক্কি বাবাসিগা অনিমক্লা ময়িদা থাজবা অপঙবগী থবক অসি যারমদে; তৌইগুম্বসুং ভাগ্য-বিধ্যাতা অদুবু শেম্বিরমলিবা ইবুংঙো মহাকপুদি-বাবা মশাবুদি থাজরমই।

সতচরিতদা য়াওবা অতোপ্পা ৱাফম খবনা - মী পুম্নমক্লা মাবু মমল য়াম্বা, দবকাব লৈতবা অমসুং কান্নদ্রবা পোৎ ময়াম পুবক্লুনা অৱাবা পিরমই; সিবদিগী লাই খুরুমফমদা চঙহল্লিবা মপোৎ-মচৈ পুম্নমক মীওই খরনা ইনাক খুনব ভক্তশিংদা হাযবগা পুহল্লকপা ঙাক্তনি", "বাবানা মা উনবা লাকপদা নত্রগা অশেংবা নুমিৎ অমা পালন তৌবদা নত্রগা ধর্ম্মগী খোঙচৎ অমা চৎপদা মীয়ামদা শেল তোনশিলহনবা পামখিদে", "বাবানা মাগী ভক্তশিংগী থোক্লগদবা অৱা-অনা

শিংদু মাঙজৌননা খঙলমই অমসুং মদু ভক্তশিংদা খঙহনবগা লোয়ননা মতমচানা ঙাকথোকপিবমই"। "বাবানা মাগী ভক্তশিংগী মপুক্তা লৈবা ৱাখলশিং খঙলমই অদুনা মখোয়না পামজবা মওংদা মহাকপু পুজা তৌজবদু য়াহল্লমই"। "বাবাসি য়াম্না কা-হেন্না ঙাকপিহৈবা মীশক্নি, খক শাওগনদে, চুম্না হেক্তা হায়গনি, থোৎ-মেঙনা ঙাঙগনি, যাম্না খাঙবা কনবা অমসুং পেনথোকহৈবনি", "বাবানা মাগী ভক্ত পুম্নমক্কি পুক্নিং যেংথোকই অমসুং খঙলমই" মহাক্না ফত্তবা ৱাখলশিং নমশিনখি অদুগা অফবা ৱাখলতমক থৌগৎখি।"- পুম্নমক অসি শ্রীসত্য সাই বাবাদসু চপামান্ননা অদুম চুমই।

সাই সতচরিতনা হায মদুদি "সাই বাবানা যোগ পথাপ পুম্নমক নিংথিনা খঙখি"। ভগবান বমানা মহর্সিগা চহি কযা লাযনিং লাযশোলদা লোযনমিন্নবকখিবা চহি ৮৫ শুববা শ্বামি অমৃতানন্দনা হেক থেংনবকপা পুম্নমক্তগীদি শ্রীসত্য সাই বাবানা যোগ-গী বিজ্ঞান্দদি হৈবা হেল্লি হাযবসি মশানা যাখি; মবমদি বাবানা পুত্তপার্তিদা পোক্ত্রিঙৈ চহি কযাগী মমাঙদা শ্বামি অমৃতনা যোগ-গী শাজেল চৎথখিবদা যাওখিবা অশোযবা পুম্নমক্কু শন্দোক্না তাক্তুনা খঙহনখি অমদি লোযখিবদুনা মবম ওইদুনা লাযেংবদা ৱাববা অবিবা অনাবা "ত্রজমা ওইবকখিবনি হাযখি। ইকুয-কুইদনা লাইবিক লাইশুদগী পাবগা যাম্না থৱাই যাওনা হথ-যোগ-গী শাজেল চৎথখিবা ক্রান্সতগী অঙাং অমদসু নিংথিজনা খুৎলোযগদবা নিযম-পবা কযা বাবানা তাকপিখি। যোগগী নিযম লান্না চৎথখিবা মীওই কযা চহি খুদিংগী চুমথোক্নবা অমদি লাযেংনবা বাবাগী মনাক্তা লাকখি।

সাই সতচরিতদা যাওবিবা মখাগী পবেং অসি হৌজিক্কি অবতাবসিগী মবমদা ইবিবস্না যাই। "মঙোন্দদি শিন্থা পুম্নমক্কি চপ মান্নে; মঙোন্দা সনমান পিবা নত্রগা পিদবা হাযবসি খেন্নবা লৈতে"। সত্য সাই বাবাসু প্রশান্তি নিলয়মদা খ্বাইদগী অতোপবা থং কং অম পাঙথোকপদা মদুগী খ্বাইদগী পিকপা, মকুপ-মতাগী থবক ফাওবা য়াওগনি। মহাক লৈমায মথক্তা অদুম ফমই, ফক অমদা তুমই, নুংশাদা নত্রগা নোঙদা চৎপদা চিংনবা লৈতে, মখোঙদা খোংউপ অমতা যাওদনা উক্তনা কুপ্পবা হিমালযদা কাখৎলি, লমশাং চৎলবসু মাগী কাবদা মী চিন্না হেক্তা তোংশিলহল্লি, চাদ-থক্তনা অবাপ অবাপ্পা মফমদা চৎলি, লায়রবা ইমুংগী চাক-

ইন্সাংনা হেন্না পামই মরমদি মানা হায় ; "ঐগী মরমগীদমক কনা অমতদা অহেনবা খরচ অমদি অৱা-অনং পিরোইদবনি!"

লাইরিক অদুনা মমাংগী অবতারগী মরমদা হায় : "বাবানা লাক্লিবা মীদুগী থম্মোয়দু পাথোক্লমই অমসুং মদু ঙাওথোকলমই", "বাবাদি মাঙজৌননা ৱায়ার য়াওদনা পাও ফঙখ্রবনি", "বাবাদি মহাক্না হেক শোকপদা মক-য়াওবা উহৈদু মরু য়াওহন্দবনি", " বাবানা মাগী ভক্তশিংদা আধ্যাত্মিক্কি হিরমদা নত্রগা ঙাইহাক্কি ওইবা হিরমদা পাওতাক পিখি", "বাবানা জাতিগা জাতিগা নত্রগা মীগা মীগা অনিগী মরক্তা খেন্নবা থমখিদে", "ব্রহ্মা-বিদ্যা নৈনবা কাঙবু অদুবু বাবানা মতম চুপ্পদা নুংশিরমই অমসুং মপুক্লিং থৌগৎপিরমই""বাবানা মীৱা ঙাংনবসি তুক্কচরমই অমসুং মদু থী চাবগুম্বনি হায়রমই", "শিনমিশিংগী খুৎশুমন খুদক্তা অমদি মানা শুরিবা অদুগা চাননা পিগদবনি হায়রমই", হায়রিবা ৱাফম পুম্নমক অসি সত্য সাই বাবাগা উনরবা মীওই, মানা ঙাঙবা তারবা কাংবু অমদি মাগী নিতি ইল্লিবা কাংবুদদি মশামক্কি পাওতাক ৱাঙাং অমদি মিৎয়েং ওইনা উগনি।

শোক ১৯৫৮দা মহাকপু মীওই খরনা ৱাহং তৌবদা সত্য সাই বাবানা মাগী মমাংগী মপোক্তা থোকখিবা চপমান্নবা থৌদোক অমা পনখি অমসুং মদুদা পিখিবা পাওখুম অদুমক পিখি। মহাক্কি মমিং করিনো হংবা মতমদা "অমা হেক্তা" হায়না খুমখি। মহাক্না হায়খি মদুদি মমিং পুম্নমক মাগীনি, মহাক্তি মফম পুম্নমক্তা লৈ,... অসুম্না খুমদোরকপা মতমদা আইন হৈরবা পন্দিৎশিংদুনা মহাক অসি ভাব তাবা ঙমদবা, খঙঙমদবা মীনি হায়খি; অদুবু আধ্যাত্মিক্কি হিবমদা খঙ হৈরবাশিংদদি পাওখুমশিং অদু অবতার অমগী শোয়নিংঙাই লৈত্রবা পাওখুম ঙাক্তনি হায়বসি তশেংলবা ঙাক্তনি।

ৱাফম অসিগী অচুম্বা হায়ববু চপমান্নবা পোৎশক অদুনা অমুকহন্না লাকপগী ৱাতনি। সত্য সাই বাবানা মতম অমদা হায়খি মদুদি মসিগী হকচাংসি পার্তিদা পোকখি অদুগা মমাংগী হকচাং অদুনা পাত্রিদা পোকখি; মপোক অদুদসু মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা মহাকপু লুনা নুংশিনা তৌবিবা মুসলিম অমা লৈখি। হন্দক্কি মপোকসিদসু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মীয়াম্না মহাকপু চান্না নুংশিনা তৌবিরকই;

উরবাকোন্দাদা লৈবিগৈদা মাঙখিবা শগোল লৈফম তাকপদগী মনাক্তা মীয়াম্না চিংশিনখি; ঙসিগী অবতাব অসিদা মমা অমগী মতৌগুম লেম্না মোঙহাদন, ব্রাঙাং শাঙাং চুম্না, চপ-মান্নবা লৌশিং জ্ঞান্না, পুন্নমক্তা চপমান্ননা য়েংবা ঙম্বগী মিৎয়েং, পুন্নমকপু শুমহৎপা নুংশিবা ঙম্বা প্রেম, পুন্নমক্তা শিন থুংদা লৈবা ঙম্বগী গুণ অমসুং পুন্নমক ঙম্বগী শক্তি অদু মীপুম খুদিংমক্লা উবা ফংগনি।

সত্য সাই বাবানা যাম্না তোয়না হাযখ্রে মদুদি মহাক্লা মশানা মশাবু খঙজদ্রবা সংস্বাব অমদা লৈবিগৈদা সিরদিদা চৎলুই। চহি ১৫বোমগী মমাংদা পুর্ণিমা নুমিৎ অমদা বাবানা পুত্তপার্তিদা মদ্রাসতগী লাকপা অঙাং অমগা অযুক্কি চাকলেন চামিন্নবমই। চান-থক্লবা সেবা তৌবিবা মী অদুনা নুমিৎ অদু সাই ভক্তশিংগী যাম্না যাইফববা নুমিৎনি হায়বসি খঙলমদে। খঙহৌদনা বাবাদু হকচাং থাদোক্তুনা চৎখিরমই অমসুং মহাক্লা জ্ঞান তাদনা লৈরিগৈ মতমদা হুকুম তৌখিঃ "মঙোন্দা তল পিজৌ", "মঙোন্দা খীর পিজৌ" অমসুং অতৈ মীনা খঙনদবা অথুম-অহাও অমসুং চান-থক্লবা খবগী মমিং পনখি। বাবাগী থব্রাযনা হকচাংদা হল্লক্লবা মতমদা নুপি অদুনা হাযখি, "অঙাং অসিদা ঐনা শেম-শাদনা হায়বদি থোংদবা মথেল অমসুং অমুক্তা মমিংফাও তাদ্রিবা খর পিজৌ হায়রবদি ঐদি করম্না ঙমগনি"৭ বাবানা মাগী ফিভমদুদা যাম্না নুংশিবিখি অমসুং হায়খি মদুদি মহাক সিরদিদা চৎলুই অদুনা মমিংশিংদো মরাঠিগী মথেল ঙাক্তনি। অদুদগীদি মখুৎ ওক্তুনা তল অমসুং মরাঠিগী অথুম-অহাও খর লৌদুনা অঙাং অদুদা পিজখি।

মহাক্লা চহি ১৫ বোমগী অঙাং ওইরিগৈদা "সাইবাবানি" হায়না লাউথোকখ্রবা (২০-১০-১৯৪০) মতুংদা পুত্তপার্তিদা হল্লকপা মতমদা পুত্তপার্তিদা কনা অমত্তনা উখিদ্রিবা, চাখিদ্রিবা, উহৈ অমা পুরকখি। পেদ ভেনকপ রাজুগী মচেনা হায় মদুদি মানা বাবাদা উহৈ অদু করম্বা মখলনো হংলুবদা সিবদিদগীনি খুমখি। নুংথিলগী ভজন্দা কক্লগা মচেৎ অমমম পিজনবা বাবানা হায়খি, অদুবু মনে অদুনা মহাও ফজনা খঙনবা মপুম অমমম পিসি হায়না থেমখি; মদুদা বাবানা মখুম য়াওবা থুম্মোক্ অচৌবা অমা পুরক্লবা হায়খি। মহাক্লা থুম্মোক অদুদা অমুক্তং তক-তৌখি অমসুং মনে অদুনা থুম্মোক অদু উহৈনা পিক থনবদু উখি। নুংথিলগী ভজন হৌরকপা মতমদদি মী ১০০ রোম য়াওখি অদুনা উহৈ

অদুদি ৩০/৪০ মুক্তনিনা অমমম থুংবা ঙল্লরোই হায়না নুংশা-থিনা বাবাদা হায়খি। অদুবু বাবানা উহৈ অমমম থুম্মোক অদুদগী লৌরগা লাক্লিবা মী ১০০দুদা পিখি, উহৈ অদু অসুক্কি মতিক ঙকখ্রে অমসুং থুমখ্রে !

মসিগী মনেসিমক্না অতোপ্পা য়াম্না ঙকখ্রবা থৌদোক অমগা লিবি। মহাক্না বাবাদা শক্তম অমতং উহনবিনবা য়াম্না তোয়না হায়জরমই মরমদি মদু উরগা মাগী থম্মোয়দা থাজবা ফাওনবনি, অদুনা সাই অবতার হায়বসি ইমুং-মনুংনা হায়জিনবনি, শেমজিনবনি, ওইদবনি হায়না মীনা য়াম্না লায়না ককথৎখিবদু মহাক্না পামলমদে। বাবানা মনে অসিবু য়াম্না নুংশিনা খঞ্জরমই মরমদি মহাকসি থম্মোয় শেংবী, অৱাবদা তাদুনতা লৈরবীনি, অদুনা মহাক্না হায়খি "হৌজিক নুমিদাংৱাই ঐনা ঐগী মমাংগী হকচাংদু য়েংহনগনি"।

ৱাফম অদু তাবদা মহাক নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈরমদে হায়বসি মশানা য়াজরে অমসুং থুনা নুংথিল লোয়খিদুনা নুমিৎ তাখিনবা ঈশ্বরদা নিজরমই। নুমিৎ হেক তাবগা বাবানা মাবু থোঙ মথং-মথং লাম্হোক্লগা খ্বাইগী মনুংথংবা কাদু য়ৌনা পুশিনখি অমসুং মফমদু হেক য়ৌবগা বাবানা ঙসাই মখৈ মমিত্তা খুমজিল্লিবা খুবাক্তু লৌথোকখি অদুগা কাচিন্দুদা য়েংনবা হায়খি। নুপী অদুনা য়েংখি। মদুদা সিরদি সাই বাবানা মাগী মহৌশাগী মওংদা লৈমায়থক্তা ফম্বদু উখি, অদুবু মহাক্না হায়খি, মমিত্তি উইশিল্লি অদুগা মরায়বক্তা অমসুং মপাম্বোমদা বিভুতি তৈবগী খুদম লৈ। মমাংদা লৈবা মনম নুংশিবা ধুপশিংদু চাক্লি অমসুং মৈখু চুমদ্রিং কারি; মাগী মশাদু মঙাল অমনা পুমলং লঙই অদুগা মশা অদুনা নুংশিরবা মনম অমনা কোয়শিল্লি। মিনিট অমা-অনিগী মতুংদা বাবানা উরৱা হায়না হংখি? অমসুং মহাক্না খুমখি :"ও! কয়াদা ঙকখ্রবনো?" অদুদগী বাবানা মাগী মমিত্তু চেৎনা অমুক খুমজিল্লগা মপানগী কাদা পুথোকখি।

মাগী ওজা কোন্দপ্পা অমসুং সুৱন্নাচর হায়বা মাগী মরমদা লাইরিক অমা ইখিবা ওজা অনিদুদা উহনখিবা শকতম অদুমক মনেদা উহল্লিবা অসিগা চপ মান্নরম্বা য়াই। মখোয়গী লাইরিক্তা উহনখ্রিবা শক্তমসি করম্বনো হায়বদু শুগাইনা পিদে।

বাবানা য়াম্না তোয়না হায়খ্রে মদুদি বাবা অনিসি মান্নৱা নত্রগা মান্নদৱা হায়বগী

মবমদা যেৎনকুবগী অর্থ লৈতে অমসুং দবকাব লৈতে মবমদি মহাক্লা হায় মদুদি বফি মতুম তাবা অমগা অকোযবা অমগা, ঙাংলৈনবা/য়াইঙং মচু অমগা অতোপ্পা মচু অমগা অনিদু অনিমক চাদুনা মহাও যেংদ্রবদি অনি অদু অমতনি হায়বদা কনানা থাজবা ঙমলোই। চাবগা মহাও খঙলগা, মশানা শাথেংনরগা য়েংবনা পোৎশক অনিদু অমতনি হাযবগী খঙনবা মক ওইবা উপাইনি।

# চুথরক্লিবা নোংদুম ঃ (THE RAIN CLOUD)

মীযাম তিনবা মফম অমদা বাবানা পিবা পাওজেল তাবা ফংবিখ্রবা লাযবক ফববা মীওইশিংনা মদুদা থম্মোযদা ফাওখিবা নুংঙাইবগী ঈথক-ইপোমশিং অদু অমদি ইশাগা হকথেংনখিবদা ফংখিবা আধ্যাত্মিক্কি অৱাংবা কৈবাক কানিংবগী ৱাখল্লোনশিংদু চহি কযা-কয়াগী ওইনা থম্মোয়দা মযোল চোংদুনা লৈগনি; অহানবগী থৌদোক অদুদা ফাওখিবা ৱাখল্লোন অদু মতুংগী পাওজেলনা খক হন্দোকহনবা ঙমলোয়। বাবানা মাগী ভক্তশিংগা ৱাবি শানবসি লোল অযান্নদা হাযবদি তামিল, কন্নাদা, হিন্দি, সিন্ধি, ইংলিস নংচিবদা চৎথববসু মহৌশানা তেলেগু মবোন্দা ৱা ঙাঙই; অওইববুদি মহাক পুম্নমক খঙবা ওইবনা লোল পুম্ন মক্তা মাগী পাওজেলগী মমি তায। মহাক্না ঙাঙলিবা মওংসি যাম্না চমই, চুমদ্রিং হেক্তা ফোংদোকই, পাওবৌ-প্রমানসু যাওই, মাগী মমাংদা লৈবিবা মী মশামক অদুনা থেংনজখিবা থৌদোকশিং নৈনবগা ভাব তাহল্লি, অদুনা মাগী ৱাহৈশিং অসি তাবীবা মী অদুগী মকোক্তা, থম্মোযদা হক্তুনা লৈ।

বাবানা ঙাঙলিবা ৱা-শিংসি 'ভাসন' হাযবসি মহাক্না যাদে মবমদি মখোয অসি মাঙজৌননা ইথোক্তুনা শেম-শাবা নত্তে নত্রগা মীযামগী লুচিংবশিংগী মথক্তা ঙাঙবা নত্তে, নত্রগা মীযামদা হুকুম ওইনা তৌবসু নত্তে, মহাক্না সমভাসন হাযবসি ৱাবি বাতাই শানবা হাযবসিনা হেন্না পামই। মহক্না মীওই অমগী মবন্নায সমস্যা থদোকপগী মওং অমসুং মাগী চিংনবা কযা শেংদোকপগী মতৌসি ওবগদি সমভাসন' হাযবদুনা হেন্না চান্নবগুমসু তৌই। মহাক্কি পাওজেল অসিগী ফল অসি মতম পুম্নমক্তা তাবীবা মীশক অদুতগী অপান্নবা ঙাঙবগুম তৌই, মবমদি মনিট অমা অনিগী মনুংদা নহাক্কি পুক্লিং অসি অসুক্কি মতিক চিংশিনখি মদুদি নশাসি তাবীবা মী লিশিং কযাদুগী মনুংদা অমনি হাযবসি কাউথোক্তুনা নহাক্কি লাযওং থদোকপা অমসুং লাযেং চৎথবদা নহাকসু অদুম যাখি। শুমহৎলিবা মাযথোং, তাবদা হেন্না নুংশিহল্লিবা খোঞ্জেল, পুম্নমকপু ঙাম্বোকহল্লিবা মীনোক, চিংনবা পুম্নমক কোকহল্লিবা ইঙ্গিৎ-মিৎযেং,- পুম্নমকসে নহাক্কি নবল ওইখি। মহাক্কি

পাওতাক মহাক্কি আপিল - অসুক্কি মতিক নক্লবগুম অমদি নুংশিবনা থুমহৎপগুম তৌই মদুদি মহাক্লা হেক ৱা ঙাঙবা লোয়বা মতমদদি নহাক অসি মঙোন্দা পুরা পিথোকখ্রবগুম তৌই। মহাক ৱাঙাং হৈবা মীসু নত্তে নত্রগা ধর্ম্ম শন্দোকপা মীসু নত্তে, নত্রগা ওজা ওইবসু নত্তে। মহাক্কি থৌরাংবনা থম্মোয় খ্রক-খ্রক কংলবা জিব কয়াবু কনবিগে লাকলিবা চুথরক্লিবা নোংদুম অদুনি।

বাবানা অঙাং ওইরিঙৈদা লাউথোকখি মদুদি মহাক্লা চহি ৩২ শুরবা মতমদা পাওতাক পিগী থবক চৎথগনি। মদুগী চহি মতাংদু য়ৌদ্রিঙৈদদি মহাক্কি পাওজেলসি অদুক মরক-মরক্তা পিবতনি; নবরাত্রিগী পালনদা প্রশান্তি নিলয়মদা নত্রগা শিবরাত্রিদা নত্রগা করিগুম্বা মতমদা চিত্রাবতিগী লৈঙোই মথক্তা ভক্তশিংনা মাবু কোয়শিল্লগা লমজিং পাওতাক পিবিনবা হায়জবা মতমদা নত্রগা যাম্না তাঙনা, বুককপৎনমদা লৈবা সত্য সাই বাবা ডিষ্ট্রিক বোর্দ হায়স্কুল দা মহাক্লা 'স্কুল-নুমিৎ' পাঙথোকপগী থৌরমদা সভাপতি ওইবা মতমদা।

নিলয়মদা নত্রগা লৈঙোইদা ফম্বা মতমদা পাওজেল অদু ভক্ত অমনা সমাজগী ওইবা ৱাফমদা নত্রগা আধ্যাত্মিক্কি ওইবা ৱাফম অমা হংলকপদগী অদুম হেক্তা হৌখি। বাবানা পিখিবা পাওখুম অদুনা ৱাহং অদুতগীদা নত্তনা অতৈ মরী লৈনবা হিবম কয়াদা মঙাল পিখি। অমুক্তংদি মতা চাকবদগী শিরবা মতুংগী পুন্সিগী মতাংদা বাবাদগী ওন্তোক্লা পুক্লিং লৌশিং ওইবা, মঙাল পিবা পাওজেল অমা থোরকখি মদুনা হকচাংগা কাযনরবা আত্মানা, থৱাইনা কমদৌনা চৎপগে হায়বগী মতাংদা গকর পুবান্দা ইবিবা অদুগী মবমদা, সালোক্যা, সামীপ্যা নচিংবগী মরমদা, তোঙান-তোঙানবা কাংলুপ্না পাঙথোক্লরিবা সংস্বার অসিগী নুংগী অর্থ, ভুত লৈবা লৈতবা, শিখ্রবা মীগা ৱা ঙাঙনবা য়াবগী ফিভম অমসুং মশুশিংগী মমিং থোনবদা মপুগী মিং যাওহনবা ... অসিনচিংবা হিরমদনি। ৱাহং হংলিবা মী অমসুং বাবাগী অকোয়বদা লৈরিবা ময়ামদুদা মহাক্কি ৱাফমদু ভাব তাহন্নবা ৱাহং কয়া থিন্দুনা হংলমই। অসিগুম্বা মওংগী নৈনবসিদি মফম পুম্নমক্তা, মতম পুম্নমক্তা হেক্তা চৎথৈ, মরমদি বাবাদি মশানা চোংথোকচরকপা থৌনা অদু য়োকখৎপিনবগী মতম পুম্নমক্তা থৌজাল লৈ। মহাক্তি লম্বা লৈত্রবা লৌশিং তম্বিবা মীনি।

চহি খরগী মমাংদা ভক্ত খরদি হোর্সলি চীংদা চয়োল অমা বাবাগা লৈমিন্নবগী খুদোংচাবা ফংজখি। নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক নুংথিল অনিমক্তা বাবানা ভক্তশিংগী মরক্তা ফমখি অমসুং সাধনাগা মরী লৈনবা ব্রাফম কয়া হংখি। মহাক্না মীপুম খুদিংমক্তা, মখোয়না হোৎনরিবা আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং, ফিদম অমসুং ব্রাখল পুম্ন মক মাগী মমাংদা শেঙনা শেঙনা হায়দোক্লবা হায়খি। মহাক্না মীপুম খুদিংমক্তা মানা মানা পামজবা লাই অদুগী মমিং অমসুং মওং অদু মঙোন্দা খঙহন্নবা হায়খিরমই; মখোয়গী পুন্সিগী লম্বিদা খ্বাইদগী হেন্না লমজিং ওইরিবা ধর্ম্মগী লাইরিক; অরোইবা পন্থুংগী ঈশ্বরদু করম্না লাৎপগে; মখোয় খুদিংনা চৎথরিবা সাধনা অদুগী পান্দম নচিংবা হায়দোক্লবা হায়রমই। অমসুং য়াম্না নুংশিনা নৈনবিরগা মীপুম খুদিংমক অচুম্বা লম্বিদা থমবিখি। মহাক্না খুদোংচাবা পুম্নমক থম্মোয়গী মচি-ময়াদা লৈরিবা অমম্বাদু মঙাল পিনবা শিজিন্নখি।

থবক অসিমক মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী চৎথরকখ্রবনি, মরমদি মহাক্কি মপু কোন্দমা রাজু ফাওবনা মহাকপু 'গুরু-মচা' কৌখ্রবা নত্রা? মদুগীদমক কোন্দমা রাজুনা মহাকপু হেন্না লুনা তৌখিবা নত্রা? ঐনা নিংশিংই, শোক ১৯৫০দা মহাক্না শিগদবা নোংমা নিনিগী মমাংদা বাবাগী পাওজেল অমা তাবদা অহল অদুনা নাপল অমসুং হরাও-নুংঙাইবগী মখৌ পোঙখিবদো!

মহাক্না অঙাং অমা ওইনা স্কুলদা লৈরিঙৈদসু মহাক্না মাগা শান্নমিন্নরিবা মমান্নবশিংদা বিরি অমসুং চুরুপ থক্তনবা থেমলমখি; চাবা মতমদা রাজাসিক অমসুং তমাসিক ওইবা চিনজাক চাবদা মহাক্না য়ানিংখিদে; মহাক্কি মরুপ মপাংশিংদা সিনেমা য়েংদনবা চেকশিন ব্রাহে হায়খি ; মহাক্না মখোয় পুম্নমক্না ঈশ্ববু থাগৎপা ঈশৈ শকপদা পুক্লিং যৌগৎলমই, লায়বক্তা শেঙলবা বিভুতি তৈবা-নম্বা অমসুং হকচাং তরু-তহেন্নবগী নিয়ম ঙাক্না চৎনবা হায়খি।

মহাক্না কমলাপুরমগী স্কুলদা লৈবিঙৈদা, য়ু-থকপগী ফত্তবা, লাইরিক হৈতবদগী থোকলকপা খুদোংথিবাশিং, শম্ন-শোক্ল য়াদবদগী হম্থনা লৈবা ফিভমশিং অমসুং খুঙ্গংদা নাকপাক তানা খৎনবদগী ওইরকপা ফত্তবা ফল নচিংবগী মরমদা

ঈশৈ খর ইখি। চহি কয়াগী মমাংদা 'কালামরপু'- 'হোংদোক্লবা মতম' কৌবা সমাজগী ওইবা ড্রামা অমা ইখি। মসি খুলং-ঈশৈনা মপুং ওইনা য়াওবা লীলানি; শক্তি তান্নবা কাংবুনা থোক তৌরিবা ময়ামদু চেকশিন্নবা ঈশৈ ওইনা ফোংদোকপনি। সমাজ অদুদা অচৌবা কবি অমসুং তুংকোইনা উবা ঙম্বা মীশিংনা তাকপা লৌকুদবদগী মীয়াম্না য়াম্না ব্রানা লৈবদু উৎপা লীলানি। অশিংবগী মব্রাদু লাইববা লৌমীশিং অদুতনা তায, অতৈদি কনানসু থৌশাদে; মখোযগী মচা-মশুশিং মপি-মপা লৈতবা ভাক্ত ওইবকখি। মপানা অশিংবা, অফবা ব্রা ঙাঙলুবগীদমক কবিশু খঙদবশিং অদুনা লমন খুম্মি। অদুবু মতম হোঙদোকখ্রে অঙাংশিংন শক্তি ফংখ্রে অমসুং অমুক হন্না 'সনাগী য়ুগ' হৌখ্রে; ওমব ওইববা কবিগী ব্রাফমশিংদু ঈশৈ ওইনা শক্লখ্রে, অমসুং থবক ওইনা চৎনখ্রে।

বাবানা অঙাং ওইবিঙৈ মতমদা ফাওবা খুল্লক্কি লীলা শান্নবদা যাওগদবা মীওইশিং অদুনা মাগী মাগী বোল-থৌদাং অদুগা চান্নবা, ঙাঙগদবা বাহৈশিং অদু ইবিনবা হাযজবা লাকখি অদুনা মশানা যাওবা মতাংদনা মানা শক্কদবা ঈশৈ অমসুং ঙাঙগদবা বাঙাংশিংদু মথন্নতা ইথোকচৈ। তশেংনমক, বাবানা ইবিবকপশিং অসিনা ড্রামা অদুগী মগুণ খঙব্রং ব্রাংহনবা অমসুং পুম্নমক্কি মথক্তা তোপ-তোপ্পা মহাও অমা হাপকত্তুনা লেম্বদা, বাঙাং-বাতাদা, মীগী থম্মোযদা পালহনবদা মীযাম পুম্নমক্কি পুক্লিংবু চিংশিলহনবা ঙমই। মহাক্লা "পবিক্কিৎ" অমসুং "মবকান্দেয"গী মরমদসু লীলাশিং ইখি, মদুনা অচুম্বা ঙাঙবা, চৎপগী অনৌবা শক্তম উৎখিবা লীলাশিংনি।

'গুজাশিংগী থৌদাং' হাযবা বাংমার্সদি সাই অবতাবগীদমক্তদি তশেংনা মক ওইনা লাফান্ন, "ঐনা অর্থ লৈতনা বা হংলক্তা ঙাঙদে, নত্রগা কান্নবা ফল ফংলে ইদবা হবক অমতা তৌদে" মহাক্লা খোঙযম অমদা হার্যাখবনি। [illegible] থোকখিরে, মা [illegible]বদা পাওতাক্লা পিক থনগনি; মচা কপ্লিবা থেন্নীবী নুপী অমদা কৌবদুনা মহাক্লা হাযখি: "থেংউ। নিঙজোলদা মখোঙ অসি নাম-নাম যাম্বদুনা মমানা পোনীবা অসি মক্তদা খঙদদুনা 'ইমা ইমা' কৌদুনা কপ্লিসে। মসিনি মফম অসিদা খুদিংমক্লা তৌবিবসি। মখোযবু কোনবিবিবা ঈশ্বরদু মখোযগী মমানি হাযবসি মখোযনা খঙদ্রে। মখোযনা চুম্নতা ইমা-ইমা কৌবি"।

মহাক্লা ব্রা ঙাঙখিবা মিটিং অমদা ভাবোক-ওকপগী মতাংদা মহাক্লা হায়খি : "ঐদি নঙোন্দা অদুম য়াওববনি, অদুনা নখোযনা ঐবু ওকপগী দববাব ওইদ্রে। ঐহাক নখোযনা কৌই হায়দুনা লাক্লোয অদুগা যাদ্রবসু চৎকনি"। মহাক্কি মতম পুম্নমক্তা, মফম পুম্নমক্তা সদ-গুরু - অথোইবা গুরু, মরূপ, ব্রাখল লমজিং পিবিবিবা অমদি লমজিংবিবিবনি। মহাক্লা তপ্পা তত্তনা মীপুম খুদিংমক্কি নত্রগা মহাক্লা খনগৎলবা মীওই খবদুগী লমচৎ অমসুং মিৎযেং শেন্বিবি।

মহাক্লা প্রশান্তি নিলযমদা নত্রগা কবিগুম্বা মফম অমদা কনাগুম্বা অমনা গীতাগী মতাংদা নত্রগা বামাযনগী নত্রগা ভাগবতাগী নত্রগা উপনিশদ-কী মতাং অমদা শব্দোক্লা তাকপা মতমদা মহাক্লা ভাবক্তা ঙাইহাক্তং যেংলমলগা ব্রাহৈ নত্রগা ব্রাঙাং অমদগী লংলা-লংজিল লৌখৎলগা যাম্না অরুবা মতাং অদু অহৈবা অমসুং হৈতবা অনিমক্তা মখোযনা যৌশিনবা ঙমদবা মতাংদু নিংথিনা ভাব তানা তাকপিদুনা নুংঙাইহনগনি। মতৌ অসুম তৌদুনা মহাক্লা শাস্ত্রগী অঙকপা, অরুবা কযা অমা অমদি অশেংবা লাইবিক্কি অরু-অরুবা মতাং কযা যাম্না নিংথিনা মচাতানা তাকপিখ্রবনি। গোপিশিংগী ভক্তি, বলিগী শীঙনবা, সীতা ফাখিবগী মতাং,বাবন-নিংথৌগী মবমচৎ, দুর্বাশাগী মতৌ, নাবদ-না লৌখিবা থৌদাং, কৃষ্ণগী খুজিন থৌবাং, অবতাবগী অর্থ, শ্রদধা-শোনবগী অর্থ- কান্নবা ...নচিংবা হিবম কযামকমদা বাবাগী পুম্নমক খঙবা শক্তি অদুনা মযামদা অশেংবা মঙাল পিবিখ্রবনি।

প্রশান্তি নিলযমদা পাঙথোকপা দশবাগী পালন নত্রগা শিববাত্রি নত্রগা মশাগী মপোকনুমিৎ কি থৌবমশিংদা যাম্না ব্রাংবা থাক্কি ব্রাফমশিং তোযনা পাযখৎলি; খুদম ওইনা মানা হায়খিবা : " নখোয পুম্নমক অঙাং নত্রে; নখোয পুম্নমক অনেম্বা ক্লাস অমদগী মথং অব্রাংবা ক্লাস অমদা কাখৎকদবনি" ফোঙদোকপদা যাম্না ব্রাবা নত্রগা ব্রাখলনা লৌশিনবদা ব্রাবা ব্রাফমশিং-মাযা নত্রগা কর্ম্ম নত্রগা অভ্যাস নত্রগা নিঙবা (Vasana ) নত্রগা Samskara নত্রগা সংসাবা নত্রগা নিবগুনা নত্রগা সগুন - নচিংবা ব্রাফমশিংসি ব্রাবিন, প্রমান পান্থেনা, পাওবৌনা নত্রগা ব্রাঙাংনা খুবাক্তা পাযববা উহৈ অমবু মুন্না খঙবা ঙমজবগুম, ব্রাফমশিং অসিবু নিংথিনা ভাব তাহনবি। খোঙফম অমদা মহাক্লা থংননা নুমিৎ হুম্নি 'কথা, কেনা অমসুং মুন্দকা উপানিশদ-কী মবমদা ব্রা ঙাঙখি, খুদিংমকপু ওম্থোক্লা নিংথিনা,

মমুৎতানা নৈনবিখি। থাঙ্গৈশেংবমক্কি, মহাক্লা ঙাওবা খুদিংমক্কি লোয়শিনবদা নুমিৎ খুদিংগী তৌফম থোকপা থৌদাং অমসুং লমচৎ-শাজৎকী মকুপ-মতাগী থাক ফাওবা কুমথরক্তুনা থবক ওইনা পাঙথোক্কদবা সাধনাগী থোঙজংশিং অদুদা শাফু পিদুনা লোয়শিল্লি। অতোপ্পা দসরা অমদনা মহাক্লা মথং-মথং নুমিৎ হুম্নি কর্ম্ম-মার্গ, জ্ঞান-মার্গ অমসুং ভক্তি মার্গ গী মরমদা ঙাওবিখি; মদুদনা কর্ম্ম মার্গনা ভক্তিবু মথৌ কনশিলহল্লি অমসুং ভক্তি মার্গ-না মমৈথঙদা জ্ঞান ফংহল্লি হায়না লোযশিনবিখি।

নত্রগা নুমিদাংব্রাই অদুদা মাগী মমাংদা কনাগুম্বা অমনা ঙাওখিবা ব্রাফম অমা লৌখৎলগা তিল্লিবা মী লিশিং কয়াদুনা পেঞ্জবা মওংদা নিংথিনা শন্দোক্লা তাকপি। ঐনা নিংশিংই, নোংমা মানা সতসঙ্গগী মতাংদা ঙাওখি অদুগা মতৌ করম্না সতসঙ্গনা অসুম-অসুম মী অমবু নিস-সঙ্গ হায়বদি অফবা মীগা লোয়নবদগী মমৈথংদা অপাম্বা থাদোকখিবগী মবমদা ঙাওখি। অতোপ্পা নুমিৎ অমদনা মীগী -তেংবাং অমসুং লৌশিং-শিংবা মীনা মদু মতৌ করম্না চৎথগদগে হায়বা হিরমসিদা ঙাওখি মবমদি নুমিৎ অদুদা কনাগুম্বা অমনা সমাজ সেবাগী মরমদা ঙাওখিবদগীনি। নুমিদাং ব্রাই অমদনা ঈশ্বর অহুমগী মবমদা হায়বদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বরগী মথৌগী মবমদা ঙাওবিখি, মবমদি নুমিৎ অদুগী থৌদোক্তুন দত্তত্রেয়গা মবী লৈনখিবননি।

বিজয়াদসমি, সিবরাত্রি, উত্তবযানম্, গুরু-পুর্ণিমা...নচিংবা অখন্নবা কুম্মৈশিং অসিদদি নুমিৎশিং অসিগী কান্নবা অমসুং মতৌ করম্না থৌরমশিং অসিবু খ্বাইদগী কান্নবা মওংদা পাঙথোক্কদগে হাযবা হিবম অসিদা পাওজেল পি। "পুক্লিং হায়বসি থা- না খুদুম চল্লি অমসুং থা খুদিংগী পুর্ণিমা মতুং নুমিৎ তরামরিনি শুবা অহিংদদি অয়াম্বা মাঙখ্রে। মবম অদুনা সাধক অমনা পুক্লিং অসিবু মাগা লোযনবিবা অনিংবা, অপাম্বা, লাংতক্লবা-নচিংবা পুম্নমক অসি হাত্তোক্লবা হাযবিবা নুমিৎ অসিদা অকনবা সাধনা চংশিন্নবা হোৎনদুনা মঙ্গল ওইবা, মায় পাকপা হাযবদু ফংনবা হোৎনগদবনি। হায়বদি অদুগুম্বা অহিং অদুমদি সিবদা কৎথোক্কদবনি। থা খুদিংগী সিববাত্রি লাকই অমসুং চহি অমদা মহাসিবরাত্রি অমুক্তং লাকই, মদুনা মীওইবদা মানা হিংলিবা পুন্সি অসিগী পান্দম করিনো

হাযবদু নিংশিংহন্নবনি; বিজয়াদসমি হাযবসিনা অফবগী শক্তিশিং অদুনা, অশেংবা-থরাই অদুনা পুক্লিংবু হন্থবা, অতোনবা থাক্তা চিংথগদবদগী কনখিবা, জয তৌখিবা নুমিৎ অদুনি'', উত্তবযানম হাযবসিনা অফবা, ঈশ্বরগী ওইবা পুংফম, মতম-হায়বদি মীওইবগী লৌশিংগী মথক্তা লৈবা নুমিৎনা ঈশ্বরগী মাযকৈদা চৎপা মতম হাযবনি। ''ঈচেলদুগা লোযননা ইবোযযু'' - বাবানা হায়বনি। ''নুমিৎ মশামক অৱাংপাংনা চৎলি, ইশা মশক খঙজনবা কাইলাস চিংদোল তম্না। মসি আধ্যাত্মিক্কি লৈমিং লৌনবগী অমসুং সাধনা তৌনবগী খ্বাইদগী ফববা মতম্নি''। বাবাগী গুরু পুর্ণিমা অসিদি মাগী ভক্ত পুম্নমক্না অমদি লাইনিং লম্বিদা লাক্লিবা পুম্নমক্না গুরুবু অমসুং গুরুনা পিবিবিবা লৌশিং জ্ঞানবু ব্যবহাব তৌগদবনি হাযবদু নিংশিংহন্নবনি। মহাক্না গুরু অমনা চেনগদবা তঙাইফদবা গুণশিং অদু শুগাইনা তাকই অমসুং মীপুম খুদিংমক্না অশেংবা গুরু খন্দোকচনবগী চাংযেং তৌনবা পাম্বে অদু তাকপি। বাবাগী পাওজেল খুদিংমক্তা তোপ্-তোপ্পা লেমজবা, ইশাদা থুক লাউহনবা, অমসুং নুংঙাইবা পিবা হাযর্বসিনা অখন্নবা খুদম্নি।

মহাক্না মাগী পাওজেলশিং অসিবু তেলেগু মবোলদা ''মন্দু ভোজনম'' কৌই অদুগা অতোপ্পগীবুনা বিন্দুভোজনম কৌই; হাযবগী অর্থদি মহাক্না পির্জবিবসিনা হিদাক ওইনা কান্নবা চিঞ্জাক অদুনি, উৎসবতা চানবিবা চিঞ্জাক অদু নত্তে। মবম অদুনা মহাক্না মযামদা পির্জবিবা অসিদগী মচেৎ অমা ফাওবা মাঙহন্দনবা অপিল তৌই, নত্রগা থৌশাদনা ৱাহে অমা ফাওবা লঙথোকখিদনবা হাযবি। মহাক্তি অশোকপা-অনাবা ফহনগে লাকপা অচৌবা মাযবনি, অদুনা মাগী পাওজেলদা অমগা অমগা ৱাঙাং অমসুং মচাক্তা অমতা মান্নবোই। মহাক্না হায : ''ঐগীর্সিদি লেকচব নত্তে, মসিদি মিকচবনি''। মহাক্কিদি পুম্নমক্কি ওইনা চপমান্নবা লাযেং পথাপ লৈতে।

চিত্তুবদা হাযস্কুল ছত্রাশিংদা ৱা ঙাঙবদা মতৌ কবম্না পবিক্ষাগীদমক শেম-শাগদগে অমসুং পবিক্ষা হোল মনুংদা মতৌ কবম্না ৱাহংশিংদু খুমদগদগে হাযবগী মতাংদা যাম্না শুগাইনা তাকপিখি। নহাক্না ফজনা খুম্বা ঙমগদবশিংদু মার্ক তৌশিল্লু; মখোয়দু হান্না পাওখুম পিযু; অদুদগী অতৈদু হোৎনৌ, অদুদগীদি নহাক হেন্না ফবা ফিভম অমসুং ৱাখলদা লৈবগনি'' - মহাক্না হাযখি। ক্লাসকমদা থোকপা

য়াবা সমস্যাশিং, অমসুং ফুটবল শান্নফমদা থোকপা যাবাশিংদা অঙকপগী মশক ফংনা থবক মশক খঙনা নৈনখি।

পেনুকোন্দা ডিষ্ট্রিক স্পোর্টকী মনাপিংবগী থৌবমদা সভাপতিগী পাওজেলদা মযাম্না যেংলিবা মিংযেং - হিদান্নবদা, মনা ফংবদা, স্কুল অমগা স্কুল অমগা তান্নহনবা, নত্রগা অঙাং অমগা অঙাং অমগা তান্নহনবা-দা থম্লিবা শাফু অদু অবানবনি হাযখি। অদুদগী মহাক্না থৌদোক অদুগী ফলদগীদি, মায়পাকপা নত্রগা মাযথিবা মতমদা মশাদা চেক্লিবা থৌনা লিংজেল অদুনা হেন্না মক ওই হাযখি। মদাকাসিব-দা পাঙথোকখিবা মসিগা চপ-মান্নবা থৌদোক অমদনা মহাক্না 'বহুমতি' হাযবদি 'মনা' অমসুং 'পুক্লিং যাম্বা' হাযবা ৱাহৈশিং শিজিন্নখি অমসুং লাউথোকখি . ''ঐনা মতম পুম্নমক্তা পুক্লিং যুংববু যেনথোকই; পুক্লিং য়াম্ববু যেন্থোক্তে''। " I always distribute single mindedness, never Bahumathi or many mindedness"। অদুদগী মহাক্না মায পাক্লবা শিংদুনা মাযথিববা শিংদা থাগৎনবা হাযখি, মবমদি মখোযনা খজিক্তং হেন্না হোৎনবম্লবদি মখোযনা মায পাকলমগদবনি অমসুং মনা ফংগনি খল্লম্বদু ওইথোকলম্লবোইদবনি।

ভেনকতগিবি সহবদা নুপীমচাগী হাযস্কুল অমা হাংদোকপদা ছাত্রশিংনা চেলহনগদবা অফবা লমচৎ-শাজৎকি মতাংদা মহাক্না নৈনখি। ''নখোযগী লাইবিক্কি মবমদা মতম পুম্নমক্তা চেকশিল্লু, মবমদি নখোযগী নমা-নপানা মদুগীদমক্তা যাম্না কখোকখ্রবনি বাখ্রবনি। নচিন ননাও, নচে-নচল মবক্তা খৎনগনু অমসুং নযুম অদু পেন্দবগী মকোল ওইহনগনু। ক্লাস তা তম্মিন্নবা ইনাক খুনবশিংবু কল্লকউনু। পেন্থোকউ। যাম্না উৎনিংগনু। মতম পুম্নমক্তা অচুম্বতা ঙাঙউ, মবমদি ওইদবা ঙাঙবা হাযবসি পাঙদবগী খুদম্নি। অযুক ঙন্না পুং ৫দা হৌগৎলু ; নমাই-নমিৎ তাথোক্লগা তুমিগ্না নথন্তা ফমউ, অদুগা ঈশ্বরবু নিংশিংউ। নুমিৎ অদুদা তৌখ্রিবা পুম্নমক লৈবিযু হাযযু, মবমদি পুম্নমক্কু শেংনা ইথৌনি থন্না তৌখিবনি। মহাকপু, মচাশিংবু অমসুং নঙগী নচিন-ননাউশিংবু শেবা তৌবা ঙম্নবা পাঙ্গল নিউ। অযুক্তা ওইবাক্লিবা নুমিৎ অদুগীদমক্তা মহাকপু থাগৎলু অমসুং মদু নঙগীদমক অমসুং সমাজগীদমক কান্নবা হিবমদা শিজিন্নহনবিযু হাযনা নিজৌ।''

রাজামুন্দ্রি মনাক্তা লৈবা মিরতিপাদু খুঙ্গংগী মীয়ামদা ঙাঙবদা মহাক্না খুঞ্জাশিং অদুনা খঙবা ঙমগদবা থাক্তা ঙাঙখি: “নখোয়গী হুমাংমন্না অমোংপা অমসুং উফুলবু মী অমসুং শানা চাবা য়াবা চিঞ্জাক্তা ওন্থোকউ। নখোয়না নুমিৎ খুদিংগী পাঙথোক্লিবা থবকসি কয়াদা শেঙখ্রবা অফবনো। ঙসিদি ঐহাক নখোয়গী মরক্তা লৈবদা য়াম্না নুংঙাই। নখোয়না মশিং লাকঙমদ্রবা অৱা-অনা কয়া খাঙলি, নোংলি অদুগা চপচাবা থাজবা নশাদা থমজরি। শংবান্নবা অতিয়া মখাসিদা লিরি শিৎপা মালংবনা ঙা-থেংলিবা অশংবা লবুক অসিদা নখোয়না কোয়না চৎলি। নখোয়না লবুক্কি মপানসিদা চৎপা মতমদা ঈশ্বরগী মতিক মগুণ শিংথাদুনা শক্লবদি কয়াদা ফগবনো, ফজরিবা পুম্নমক অসিদা য়াওজদুনা লৈরবা ঈশ্বব, মরাং কায়রিবা পুম্ন মকসিদা, লেঙলিবা পুম্নমকসিদা লৈরিবা ঈশ্বর। নখোয় অমগা অমগা শাওনবনা অকোয়বদা লৈরিবা নুংশিৎ অসি মোৎহনগনু; ঈশ্বরগী মিংথৈরোল হন্না - হন্না শক্তুনা নুংশিৎ অসিবু হেন্না শেঙহল্লু”।

অসুম্না চিত্রাবতি তোর্ব্বান্দা লৈবা বুদিলি খুঙ্গংদসু চৎথখি। মহাক্না লৌমীশিংগী য়াম্না চন্নবা অমসুং শেংলবা পুন্সিগী মরমদা ঙাঙখি অমসুং খুঙ্গং হায়বসিনা লৈবাক অমগী নাত শাগৎলকপগী য়ুমফম্নি হায়বগী মতাংদসু ঙাঙখি। মদুদা মখোয়না ফংখ্রিবা কান্নবশিং অদুগীদমক্তসু তৌবিমল খঙবা উৎপগী দবকার লৈ হায়বা হিবমদসু ৱা ঙাঙখি। মহাক্না হায়খি মদুদি কনাগুম্বা অমনা অতেকপা লাঙ্গোল/ পোপ্লু অমা শেঙলবা মন্দিরগী মাঙ্গোলদা থমজিল্লম্বা উরে; মসিনা তাকপদি লায়শঙগী শেঙলবা মফম অসিবু ব্যবহাব তৌদবগী ৱাফম্নি। মহাক্না খুঙ্গং অদুগী নহারোল পুম্নমক্তা মন্দির অদুবু মখোয়গী লৌশিং অমসুং ভক্তিনা সেবা তৌনবা কন্না হায়মই।

হোসপিতালগা মরী লৈনবা থৌবম ওইববদি শিল্লি-লাংলিবা কাংবু অমদি তিল্লিবা মীয়াম অদুদা পিনবা বাবাগী মমল যান্নবা পাওতাক কয়া লৈ। সত্য সাই হোসপিতালদা লৈরগা লাযেংবা অমসুং মপান্দা লৈবগা লাযেংবা মীগী মশিং অসি য়াম্না হেনগৎলক্লবা মতমদা অমুক্তংদি মহাক্না ডাক্তবশিংদা মখোয়গী চহিগী রিপোর্ট পিখৎলকপদা কয়া য়াম্না ফগৎলক্লি হাযবদু যাওনা ইবক্কদবনি হায়না অকনবা ৱা হায়খি। মহাক্না হাযখি মদুদি মীপুম খুদিংমক্না মশা চপচানা ফনা লৈববা কান্দা

মহাক্কি নুংঙাইবনি। থাক অসি মরুওইনা শান্তি লৈরবতদা য়ৌবা ঙমগনি, "অব্রাবা ব্রাখল খনবা, মিহৌবা, কান্নদবদা পুক্লিং লাংতক্লবা সিং অসিনা হকচাংদা লায়না পোকহল্লি। পুক্লিং শোন্থবকপা, হন্থরকপা হায়বসিনা লায়না পোক্লবগী খ্বাইদগী চাউবা মরম্লি। লায়না হায়বদি নুংঙাইবা ব্রাৎপা হায়বনি; অদুনা পেনবা হৈবা পুক্লিংনা খ্বাইদগী ফবা হিদাক্লি। হকচাং অসি নিংথিনা য়েংশিনবিগদবনি, মরমদি মসিনা সংস্বার হায়বা সমুদ্র ঈপাক অসি লানবদা মতেং পাঙলি। মরম অদুনা পাঙ্গল শোকহনবা যাবা লমচৎ শাজৎনা নত্রগা চরাহেনবগুম্বা হেনজিনবা খোঙজংনা মসিবু শোকহল্লোইদবনি। লাইরিক লাইশু মচা মশু খর পারগা, য়েংলগা যোগ-গী শাজেল তৌরবদি মদুনা হকচাং অমসুং পুক্লিং অনিমক্তা নাহন্নবগী য়াম্না ফববা মরমশিংনি। অফবা ওইয়ু, হরাও-তয়াম্না লৈয়ু, থৌনা ফৌ, পুকচেল শেংউ, ময়ায় ওইবা ব্রাখলদা লৈয়ু, খাঙবা কল্লু। মসি হকচাং ফনবগী নিয়মশিংনি। অফবা গুণ চেলহনবা হায়বসিনা হকচাং ফনবগী খ্বাইদগী মরুওইবা হৌফম্লি।"

মফম কয়ামরুমদা ভক্তশিংনা প্রশান্তি নিলয়মদা চৎথরিবা অসুম্না চাং নায়না ভজন পাঙথোকই অদুগা চহিদা অমুক্তং অখন্নবা নুমিত্তা পুং ২৪ মরক লেপ্তুনা মপুং ফানা চৎথৈ। অসুম্না বঙ্গলোরদা চৎথখিবা অ-খন্দ ভজন অমগী অরোয়বা নুমিত্তা বাবানা পাওজেল অমা পিখি মদুদা মহাক্লা হায়খি মদুদি মীওইবগী পুন্সি হায়বসিমক মরক লেপ্তুবা অখন্দ ভজন হায়বদু ওইহনগদবনি।

থাঙ্গৈশেংনমক সত্য সাই বাবাগী ভক্তশিংগীদমক্তদি ঈশ্বরগা তত্তনা শাগোন্নবগী সাধনা অসিদি থোযনা লুদ্রবনি, লায়রবনি; মরমদি মশানা থেংনজবদগী মখোযনা খঙই মদুদি বাবাদি মতম পুম্নমক্তা মখোয়গী মতুংদা, নাকন্দা, লোয়ননা অমদি মশাদা যাওদুনা লৈরবনি। বাবা মশামক্লা ভক্তশিংগী য়াম্না মরন্নায় ওইবা অবোনবা ব্রাখল, নত্রগা লমচৎ শাজৎকি মরমদা মখোয় খুদিংমক্তা তোঙান্না চৈ-থাংই। খুদম ওইনা হায়রবদা, রাজামুন্দ্রিদগী ছাত্র অমনা খোঙফম অমদা অতৈ থবক থৌরম লোয়না থাদোক্লগা পরিক্ষাগীদমক পুক্লিং চঙনা হোৎনবি হাযরুবদা বাবানা হাযখি :"করি! নঙ নুমিদাং অমা হোস্তেল চৎলগা চাক চারগা থেঙনা লাকখিবা নত্রা? অতোপ্পা নুমিৎ অমদনা নঙগী খুঙ্গংদগী লাকপা মীওই খরগা বাজাবদা মখোয়গী ফি লৈবা চৎমিন্নরুবা নত্রা?"

নুমিৎ অদুগী অখন্দ ভজনগী থৌবমদা বাবানা হায়খি মদুদি তোঙান-তোঙানবা সংস্থান, সমাজ অমদি সোসাইটিশিংনা ভজন কয়া অমসুং ধর্ম্মগী পাওজেল কয়া পিববা ফাওবদা মীয়ামগী লমচৎ শাজত্তা মদুগী চাং ওইননা থাক ৱাংখৎত্রিবসি কবিগীনো হায়বসি মবম খঙনবা হোৎগদবনি। "ভজন হায়বদি তৌদ-যদবা চৎনবি, কান্নদ্রবা থৌবম ওইবক্নে। লৈ-না ঙাঙবদু খুৎনা থবক ওইনা পাঙথোক্লে। ভক্তি লৈত্রে, থাজবা লৈত্রে, ঈশ্বর থাজদ্রে।"

থাজবা হায়বগা বাবানা হায়বিবসি মফম মবাং খঙদনা থাজবা অদু নত্তে। আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিন্নবগীদমক কোক্তা মুন্না নৈনবা, খনবা হায়বসি চঙদবা যাদ্রবনি। শাস্ত্রনা হায়বিবা নিযমশিং ঙাক্না চৎলু, অদুগা নশানা নশাবু চাংয়েং তৌজৌ। মহাক্না হায় : "লাকও, প্রশান্তি নিলযমদা লৈযু, ঐনা ঙাঙবা তাও, ঐগা লোয়নৌ, ৱাবি-ৱাতাই শাও, ঐবু য়েংউ, অদুদগী নশাগী ৱাবেপ লৌজৌ; চঙশিল্লকউ, অদুগা কয়াম লুবগে খঙউ, চাউ, অদুগা মহাও খঙউ," মসিনি মাগী পাওতাক। "ঈশ্বর মশক খঙনবা সাধনা দবকাব ওই, যাম্না খাঙবা কনবা, পুক্নিং চঙবা, সাধনা দবকাব ওই; কবিগুম্বা থাজবগী মৈবিক অমতং ফাওবক্লবদি, তপ্না, চেকশিন্না অকংবা নাপি লংশিন্দুনা, অকংবা শীং হার্পাচিন্দুনা, মৈবি থোক্না চাকখৎহল্লু"। "নথন্নতা, তুমিন্না, অচিকপদা নঙগী পুক্নিংগী খ্বাইদগী অকবা মফমদুদা মবক মবক্তা চঙদুনা য়েংউ।"

ত্রিভান্দ্রমদা বাবানা ৱাহং অমা হংখি :"মহৈ-মশিং তম্বগী ছিবমদা অমদি লাইবিক-লাইশু হৈবগী চাংদা ফনা যাম্না খুমাং চাউশিল্লবসু অমদি মমা-মপানা, ওজাশিংনা অমদি ছাত্রশিংনা থৱাই যাওশিনবদা, তম্বিবদা অমদি লৌশিং তানশিনবদা ফনা যাম্না খুমাং চাউশিল্লবসু মীওই পুম্নমক্তা পুক্নিংগী শান্তি লৈত্রিবসি কবিগীনো?" অদুগী মতুংদা মহাক্না পুক্নিংগী মবমদা, নুংশিৎকী মতৌগুম্না, থৌওং অনি লৈ হায়না ঙাঙবা হৌবকখি, থৌওং অমনা ঈশিং যাওববা নোংদুম হুমজিল্লকপা, অতোপ্পা অমনা থাপ্না হুমদোক্নুনা পুথোকখিবা। লাকঙম ফাঙমদ্রবা পুক্নিংগী মওং-মতৌ অসি কবম্বা উপাইনা লাকশিনবা ঙমগদগে হায়বগী মতাংদা নিংথিনা নৈনখি। মহাক্না হায়খি :"কনাগুম্বা অমবু ঈশ্বর থাজদবা মী নাস্তিক হায়বসি ঐহাক যাদে, মবমদি পুম্নমক অসি ঈশ্বরনা শেম্বা ঙাক্তনি, মহাক্কি

থৌজালগী তুংনফম ঙাক্তনি। মীপুম খুদিংমক্কি থম্মোয়দা কংবা নায়দ্রবা নুংশিবগী ঈফুৎ অমমম লৈ, অচুম্বগী চিংদুম অমমম লৈ। মদুগী 'নুংশিবা' অদুনি ঈশ্বর হায়বদো"। "ঈশ্বর হায়বদুদি মীপুম খুদিংগী নুংগী আত্মা অদুগী আ-মখাদা লৈবনি"। "য়াম্না নিয়ম নায়না লেপ্তুনা, তত্তনা হুৎলু, রাম-রাম-রাম হায়বা নাম অসিনা অরেপ্পা লৈতনা ঈফুৎ অদু ফংদ্রিফাওবা তৌথৌ ঈশ্বরগী মশক ওইরিবা ঈশিং অদুনা ব্রা-লাউনা চেম্থবক্লিবা ফাওবা তৌথৌ।"

নুজভিদ-তা ধর্ম্ম অমগা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমগা খৎনরিবা অমদি মশাগীতবু হেন্না ফৈ হায়না ভারত্তা মরাং কায়না থোক্লিবা থৌদোক অসিগী মরমদা ব্রা ঙাঙখি। মহাক্না হায়খি মদুদি জগৎকি মপুদি - ঈশ্বরদি শাগৈগী, কুচুগী, ইনাকখুনবগী, লায়ববগী লৈই ময়ামসিগী ব্রাংমদা লৈ; ঈশ্বরনা খুদোল অমা কৎলু হায়বি হায়রবদি মদু অপঙবগী ব্রানি, নত্রগা করিগুম্বা কৎত্রগা ঈশ্বরনা শাওই হায়বসিসু অপঙবনি। মহাক্না তারিবা ময়াম অদুদা দানগীদমক মিং পরেং পুদুনা চৎলিবা সন্যাসিশিং, ইনাকখুনবা থি-থিদুনা চৎলিবা গুরুশিং, ঈশ্বরনা পিরিবা শক্তি অসি শিজিন্নদনা অতোপ্পা পান্থে শিজিন্নরিবা 'ব্রা ঙাঙদবা' - মৌনি-শিং অসিদগী চেকশিনগদবনি হায়না অকনবা ব্রা হায়খি। অরকোনম-দা Divine Life Society গী সেক্রেটরিনা রিপোর্ট পারকপদা য়াওখিবা-'চহি অমদা অনা মবি পিরগা মেম্বর ওইবা যাই' হায়বা ব্রাফম অদুদা বাবানা হায়খি মদুদি অনা-মরি লৈত্রবসু গুণ-মবি (সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি অমসুং প্রেম) লৈরবদি Divine Life Society গী মেম্বর ওইহনগনি!

মদ্রাস-তা Young Men's Indian Association দা ব্রা ঙাঙবা মতমদা অহলশিংদা, ঙসিগী নহাবোলগীদমক্তা য়েংবিদুনা, লমচৎ-শাজৎ চুম্নবা, কৎথোকপগা লোয়ননা হিবম খুদিংদা থবক তৌবা অমসুং হৈথোয় শিংথোইনবা হোৎনবিননা থপিল তৌখি। "অচৌ- অচৌবা মীতাশিংনা অচৌবনি-গা হায়রদুনা বেদ, শাস্ত্র অমসুং আত্মা-গা থৌশাদনা য়াম্না কোম্না অশেংবা লাইরিকশিংদগী প্রমান-পানথৈ কয়া পুশিন্দুনা হোৎনরি; অদুবু, মখোয়গী লমচৎনা, লৌনম্না, নাপলনা অদুগুম্বা শেংলবা লন-শিং অদুগী মতিক-মগুণতবু হুম্থহল্লি হায়না

বাবানা হায়খি। "ঙাঙলিবা মীদুগা, ব্রাফমদুগী তুংদা তৌথোবকপগা অমতা মরী লৈনদ্রে। অদুনা মখোযগী ব্রাহৈশিংদু অমৃত ওইবগী মহুত্তা হু-ঙাক্তা ওইবকই হায়না বাবানা হায়খি।

গোখলে হোলদা ব্রা ঙাওবদা বাবানা হায়খি মদুদি মীপুম খুদিংমক্না যান্না মরু ওইবা ব্রাফম মবিগী পাওখুম থিগদবনি : ঐ কনানো ' ঐ কদাযদগী লাকখিবনো '' ঐ কদাযদা চৎকদৌনিবনো ' এ কয়া কুইনা লৌখগনি" মহাক্না হায়খি মদুদি বেদ মবি অসি বাহংশিং অসিগী পাওখুম ফংনবগীদমক্তগা লৈহ্রবনি। অদদগা মহাক্না জ্ঞানগী পাম্বৈনা নত্রগা ভক্তিনা নত্রগা কম্মনা পাওখুম অদু কবম্না যংবা ঙমগদগে হায়বদু উৎপা হৌবকখি; অদুনু নাম স্মরণ তৌজদুনা ঈশ্বরগী মৌজাল ফংজবর্দি পাওখুম অদু সাধক অদুদা মিকুপ্তা ফংহনবিগনি।

ঙসিগী সমাজদা মোডেল মাঙ্ঘশিল্পকপগী মরমাশং লৈনবদুনা মহাক্না হায়খি মদুদি যানিংদবা অমাদ [illegible] হায়বসি হৌগল্লক্ত খুগা অদিনী লায়নানি অদুনা ব্যবহার [illegible]শিল্পকপা [illegible] মতম পুম্নমক্না ঈশ্বর [illegible] লোনদুনা লেননা পান্স অদুনা স্কাইদগী তেক [illegible] অমাং [illegible] পুর্ল্লিনি। মরম্মদি সমাদদা কাপশিল্লক্কিবা [illegible] পুম্নমক্না [illegible] অমাং অনাবা পিবা ঙম্লবোই। হৌগল ক্রমমাংদে পুম্নমক্কী [illegible] অমসু, ঈশ্বরগা মাংখোক্নে শীওনবা ঙাক্তা ঙাইবে। মরম অদুনা ঈশ্বরদা থাজবগ কাংদুনা শাওনাবরাসু যৌনা ফনা মাযোক্নবা তায; মখোযদা তিংবা হায়বা পান্সগী লাম্ন আসনা ধম্মনা মতৌ কবম্না মখোযগী পুান্সবু মবেক-মহাও থোকহল্লবগে, ঈশ্বরদা তওনা শাগোম্নদুনা লৈবনা মখোযবু কযা যাম্না ফহল্লবগে, হেন্না হৈনিংহল্লবগে, অমসুং হেন্না যৌনা লৈহল্লবগে হায়বদু উৎথোকপগা লোযননা থৌনা ফনা থেংনবা তাই।

All India Sai Samaj গী মিটিং অমদা মহাক্না হায়খি, "নখোযনা কবিগুম্না ব্রাহৈ অমগী অর্থ যেংনবা দিক্সনরিবি পাযখৎলি, অদুবু নখোযনা বাহৈ অদু থিবকপদা লমাঁয মথং-মথং হাংদোবকপদা অতোপ্পা ব্রাহৈশিংনা নর্পুক্লিং অদু চিংথোকখি অমসুং মখোযগী অর্থদু যেংখি। মতৌ অদুগুম্না নখোযসু যাম্না অথুবা থৌবম

অমগীদমক ঐঙোন্দা লাকলম্বা লাই, অদুবু সুম লাকপসিদা নঙসু খঙলক্নে মদুদি নঙগী হেন্না লুবা ৱাফম কযা, যাম্না শাথিবা অনাবা ফহনবা, অমসুং হেন্না মবাং কাযবা আত্মা শান্তি ফংননবা ঐহাকপু শিজিন্নবা যাই হাযবসি নহাকসু খঙলক্নে।" মহাক্না খুদোংচাবা তাঞ্জা খুদিংমক লৌদুনা তাবিবা মযাম অদুবু মখোয়না খ্বাইদগী হেন্না দবকাব ওইহিবা, পান্নিবা - 'শান্তি' হাযবদুদি মখোযনা হোৎনজবা, মখোয়গী বিচাবা, মখোযগী কৎথোকপা, মখোযগী সাধনা অদু খক্তনা পান্নিবা শান্তিদু ফংবা ঙমগনি হাযখি।

বোযাপুবমগী শান্তি মন্দিবদা মহাক্না থৌদোক অমদা শ্রীকৃষ্ণগী মবমদা অদুগা অতোপ্পা মতম অমদনা ভাগবত গীতাগী মবমদা ঙাঙবা মতমদা লাইবিক্তা যাওদবা, শ্রীকৃষ্ণগী পুন্সিদদি থোকখিবা থৌদোক মযাম অমা লিবিদুনা তাবীবা মযামদুদা যাম্না কান্নহনখি অমদি পুক্লিং লৌশিং ওইহনখি। মহাক্না গিতা হাযবা ৱাহৈসিদা মথক-মখা ওম্থোক্তুনা যাম্না নুংঙাইবা ৱাহৈ অমা ওইহনখি। মদু 'তাগি' হাযবসিনি-তেলেগু মবোন্দদি থকপা হাযবনি। অদুনা গিতাগী অমৃত অসি থক্তুনা হকচাংদা চংহন্দ্রবদি মসিগী ফল ফংবা ঙমলোয। চুম্না পন্দিত শাবনা, নত্রগা যাম্না হৈবগী মওংনা, নত্রগা মাগী টিকা লিশিং কযাদুগী নৈনবনা কবিশু কান্নবোই, অবেম্বদা মমল যামলবা মতম মাঙনবনি।

খোঙফম অমদা পুত্তপার্তিদা মহাক্না হাযখি মর্দুদি মীপুম খুদিংনা চৎকদবা লম্বি অনি লৈ - অমনা ধর্ম্মমার্গ হাযবসিনি, মসিনা সংস্বাবগী ওইবা, সমাজগী ওইবা, অমসুং মহাক্না যাওবিবা কাংলুপ অদুগী ওইবা; অনিশুবদুনা ব্রহমা মার্গ হাযবসিনি, মসিনা মশাতগা মবী লৈনর্বান, আত্মাতগা লৈনবনি অমসুং মদুগী মপুং ফাহন্নবা দবকাব ওইর্বিবা নিযমশিং অদুতগা মবী লৈনবনি। মীওইবনা খুৎ য়েৎনা ঈশ্বব পাযগদবনি অদুগা খুৎ ওইনা সংস্বাব পাযগদবনি। অসুম তপ্না-তপ্না ওইগী খুৎপায অদু কোমথোবক্কনি; "মসিগীদমক ৱাগনু; মসি অসুম্না ওইবা তাবনি; মদুননি মাসবু 'ওই' হাযনা কৌবির্বাসি।" "অদুগা যেৎথংবা খুৎ অদুদি কোমথোকহল্লোইদবনি, মবমদি মসিনা চেৎনা পাযগদবনি হায়বসি চুম্নবনি - right নি; অদুননি মসিবু right, যেৎ হাযবিবসি।" অসিগুম্বা ৱাঙাংশিং অসি মতম কুইনা তাবিবা মীগী মকোক্তা নিংশিংদুনালৈ অদুনা মখোয়না মসিদগী হিংনবগী অমসুং নুংঙাইনবগী মচাক কুইনা ফংবা ঙমই।

ভেনকতগিরিদা আধ্যাত্মিক্কি লেকচর হাংদোকপগী থৌরমদা মহাক্না হায়খি মদুদি ভারতকী পুক্সিদা ঙসি ৱারিবা ময়াম অসিগী মরমদি ঐখোয় মশেল অমগা - অমগা নুংশিনবা ৱাৎপা অমসুং মচিন মনাও ওইবগী ৱাখল লৈনদবদগীনি হায়খি। নেল্লোরদা মী লিশিং য়াংখৈবু পুং অমা চুপ্পা চেক মোক লাউহন্দনা থমখিবা মিটিং অমদা বাবানা কোক্তা অচুম অরান নৈনবা (Discrimination) অমসুং মুন্না থিজিল্লগা, মরমচানা থাজবা হায়বসি দরকার লৈ হায়বসিগী মরমদা ৱা ঙাঙখি। গুদুর-দনা নুংশিবা প্রেম হায়বসিগী অঙকপা শক্তি মসিনা মী পুম্নমক্কী মরক্তা অমদি থাক খুদিংমক্তা লৈনহল্লিবা মবী অদুগী মতাংদা ঙাঙখি। "প্রেমা-হায়বসিনা শান্তি পুরক্কনি, মসিদি অচুম্বদা য়ুমফম ওইবনি, মসিদি পুম্নমক্কি ধর্ম্মনি," নখোয়না ঐবু প্রেম শ্বরুপ হায়বদা থোয়না লাল্লোই, মহাক্না লাউথখিবনি।

পেদ্দ পুরমদা মহাক্না মীপুম খুদিংমক্তা অশোনবগী ৱাখল থাদোক্তুনা, মীমান্নদবগী ৱাখল কাউথোক্তুনা মরিল লৈবা, মথৌনা ফবা মীওই ঙাক্তা ওইগদবনি হায়না য়াম্না কন্না পুক্লিং থৌগৎখি। "নখোয়না নশাবু পাপ চেল্লবা মচা ঙাক্তেনি হায়না লৌগনু; মদুদগী হেন্না ফত্তবা পাপ অমমুক লৈত্রে। নখোয় খুদিংমক শীবা লৈত্রবা মচা ঙাক্তেনি, নখোযগী থম্মোয়দা ঈশ্বব লেঙশিন্দুনা লৈরবনি। মহাক্তি খুৎশেমগী পোৎশক খুদিংমকপু মনুংফাওনা উবা, খঙবা ঙম্বনি। অদু ওইরবদি নহাক কবম্না পাপ চেল্লবা মচা ওইগতৌবিবনো?" মহাক্না হংখি।

কৃষ্ণ ডিষ্ট্রিক্তা লৈবা ঔকিরিপল্লিদা পন্দিত ময়াম অমসুং সংস্কৃত স্কোলার ময়ামগী মীফমদা মহাক্না হায়খি মদুদি কলি হাযবসি 'তন্ত্র'গী যুগনি; Sir John Woodroffe পু মহাক্কি লাইরিকশিংদা তন্ত্রগী বিজ্ঞান অসি ফোংদোকপিরম্বগীদমক্তা থাগৎলদুনা বাবানা শক্তি পুজা তৌবা মতমদা তন্ত্রনা লৌরিবা থৌদাং অদু শন্দোক্না তাকখি। মহাক্না মহাশক্তি, ষোগশক্তি অমসুং মায়াশক্তিনা অবতাবগী পুন্সিদা লৌরিবা থৌদাংশিং অদুসু শন্দোক্না তাকখি।

মহাক্কি পাওজেল মনুংদা য়াম্না তোয়না বাবানা মাগী পাওতাকশিং অদু নারদা, অম্বারিসা, সবরি, প্রহ্লাদা, ভিম্মা, ভাবত্তা, গুহা, অনজনেয, চৈতন্য, মীৱা, পুরান্দরাদাস, কবিব, পত্তিনতার, মনিক্কাবাসাগর, সুরদাস, তুলসিদাস্ ভদ্রচলম,

বামদাস, বামা কৃষ্ণ, বিবেকানন্দ অমসুং অতৈ - নচিংবগী ৱাবি লীরগা নৈনদুনা তাকই। কবিগুম্বা মতমদা মহাক্লা হৌখ্রবা ষুগশিংদা অযোধ্যাদা অমদি বৃন্দাবন্দা লেনখিবা মতমদু নি[illegible]শিংলকপগী মওংদা ৬াঙই। মহাক্লা বামাযন্দা, নত্রগা মহাভাবত্তা নত্রগা ভাগবতদা যাওদবা থৌদোক অমসুং খুদম কযামকুম অদুগা চুম্নদি পুমচুম চুম্নগী [illegible] নৈবা কযা অমসু মযামদা লীদুনা তাহনবি; মহাক্তি ভাবতকী ঋষিশিংগী পুন্সিগী ও কুপ্পা বাবি, নোংচুপ লৈবাক্কি অমদি মযায নোংপোক্কি ঋষিশিংগী পুন্সিগী [illegible], অ[illegible] [illegible] [illegible] ঙই; মবমদি, মহাক্লা খুদম নৈনদুনা তাবপা মতমদা, Christian, Muslim অমসুং Parsi শিংগী লম্বোইবা শিংদগী যাওবা। Hasan অমসুং Husain Moses, Jerome, Paul নচিংবাশিংসি ম[illegible] দমক্তদি ৱাফম ৬মা নৈনদুনা তানপা মতমদা ত্যাগবাজা নত্রগা Pavharibaba [illegible] কানব [illegible]। মবমদি বাবাদি হৌজিক্ক অবতাব নি, মমাংদসু অবতাব ওইবকখি অমসুং তুংদসু অবতার ওইগনি। মহাক্তি শুকলেং লেৎদ্রবা ঈশ্বরদুনি।

[illegible] [illegible], [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]জেল পিবা মতমদা যাম্না [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]। [illegible] কুপ্পগী [illegible] মখোয অদুন [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] অমগা [illegible] মহাক কনাগো [illegible] [illegible] অব [illegible]। "এবু খওনা, [illegible]নবা হোৎনগনু, নহাব মাযদমক খিগানু; অদুগী মতম নশাবু খউবা ওম্বা হোৎনৌ। অদু ওইববদি নঙ এবু খওনব হোৎনবদা শোযদনা মাগ পাক্কনি"। ঐদি তপ তৌদে; ঐহাক ধ্যান শুংতৌ তৌদে: ঐদি লাইবক অমত [illegible]দে, [illegible]দে, এহাক যোগ নত্রগা সিদধা নত্রগা সাধব নত্তে; এহাক্ত সাধক পুম্নমকপু লমজিংবা অমসুং আশির্ব্বাদ পিবা লাকপনি; ঐ নপাসু নত্তে, নুপিসু নত্তে, অহলসু নত্তে, নহাসু নত্তে, ঐহাক পুম্নমকসিনি', "ঐবু থাগৎকনু; নখোযনা আকিবা যাওদনা, অধিকাবনি খন্না ঐওোন্দা চঙলকপ পানই। [illegible] [illegible] থাগওে। নশাগী অধিকাবনি খন্না খব হেক্তা নি, নত্রনে?" ঐহাক সংসাব অসিদা বাউন তৌদনা লাকখিবা নত্তে; সাধুশিং, লম্বোইবাশিং, মুনি - ঋষিশং, জাতি নত্রগা কাংলুপ পুম্নমক্ক, অফবা মীযামদুনা কৌবকখি, হাযজবকখি; অদুনা ঐ লাকখিবনি। 'নখোযনা ঐবু ঙসি অহানবা ওইনা উবা

য়াই, অদুবু নখোয় পুন্নমক ঐগীদমক্তদি অবিবা শকখং মায়খঙনরবা ঙাক্তনি;ঐনা নখোয়বু শিংনান্না খঙই, 'ঐহাক গুণসু যাওদে, কারনাসু য়াওদে; অদু ওইরবদি করম্না মায়ানা ঐবু শোকহনবা ঙমগদৌবিবা? ঐনা মোইবুং, চক্র, গদা, অমসুং থম্বালগা লোয়ননা লাকলম্লবদি, নখোয় পুন্নমক লোয়না লাকলম্লবদি, নখোয় পুন্নমক লোয়না চেন্থোকখিরম্মনি নত্রগা ঐবু মেলাগুম্বা মীয়াম য়েংফম অমদা থমগনি; ঐনা নখোয় গুম্বা অমা ওইরম্লবদি, নখোয়না করিগু থৌ-ৱা শারমলোই। অদুননি ঐনা মসিগী মীওইবগী মওং অস্পি লৌখ্রিবসি অমসুং মরক মরক্তা নখোয়দা ঐনা শক্তি কয়া উৎলি। অচুম্বা অমসুং নুংশিবা প্রেমনা মীওইবা পুন্নমক্কি থম্মোয়দা আধ্যাত্মিক্কি ঈচেল অমা অমুকহন্না চেলহনবা হায়বসিনা ঐগী ইথৌনি। "ঐনা নখোয়দা ধর্ম্মমার্গ অমসুং ব্রহ্মামার্গ-গী লম্বি অনিমক খঙহনবা লাকপনি', 'নখোয়না ঐঙোন্দা খোঙথাং অমা নকশিন্না থাংজিল্লক্লবদি, ঐনা নখোয়রোমদা খোঙথাং অহুম থাঙজিল্লক্কনি। অৱাবা পোৎলুম কোকথোং অমা পুরগা ঐগী ইনাক্তা লাকপদা ঐনা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইজৈ, মবমদি নহাক্লা খ্বাইদগী দবকাব লৈবিবা পোৎশকতুমক ঐঙোন্দা লৈ। 'আত্মাগী মবীদগী পুন্নমক ঐহাক্কিনি। অদুনা ঐবু পুজা তৌবিবশিং অদুনা পুজা তৌদবশিংদগী ঐঙোন্দা হেন্না নকশিন্দে। মখোয়শিং অসি বাবাগী পাওজেল মবক্তা যাওবকপা মঙাল পিবিবা নোংথাংগুম্মা লাকখিবা ৱাহৈ খরনি। "নখোয খুদিংমক্লা ঐনা ঙাঙবা তানবা মসিদা লাকহল্লিবসি ঐগী অনিংবা আশা অদুননি", মহাক্লা খোঙফম অমদা হাযখিবনি। মাগী থৌজাল অমসুং শক্তি কযাম মবাং কাযবগে হাযবদু মসিনি।

অসিগুম্বা খোল্লাও অসিনা মপুক্লিং চবাংনদুনা বাবাগী মমাংদা লৈবিবা মযাম অদুদা বাবাগী পাওজেলগী নুংগী অর্থ অমসুং ফল অদুগী মগুণ ৱাংখৎহল্লি। মহাক্লা মীপুম খুদিংমকপু মাগী মবাং কাযববা প্রেম অদুনা কোনশিনবি অমসুং মহাক্লা তিল্লিবা মযাম অদুদা "ঐনা কনা অমতবু কাওথোক্তে; ঐ ঙমলোই, অসুম্না কাওথোকপসি ঐগী নিতি নত্তে; কিগনু; ঐ নখোয়গীনি, নখোযনা ঐগীনি; হায়না লাউথোরকপা মতমদা অতোপ্পা সংসাব অমগী যাম্না নক্লবা মবী অমা মাগা-ঐখোয়গা অনিগী মবক্তা খুদক্তা লৈবকখি। মবম অদুনা মাগী ৱাহৈশিং অসি লুনা কোক্তা চংখি অমসুং মরা তারক্তুনা তপ্পা অফবা লমচৎ অমসুং লাইগী

ওইবা লমচৎ অমা হৌগৎলকই। মহাক্না াতাল্লবা ময়ামদুবু আত্মাশ্বরুপলারা-হায়বাদ "Embodied Atmas" - 'হকচাংনা য়োমশিল্লবা আত্মাশিং' হায়না কৌই। মহাক্কি অহানবা মথৌদি ভাব-তাদনা, পঙদুনা লৈরবা মীশিংবু হৌগৎহনবা, ভাব তাহনবা অসিনি অমসুং মহাক্কী চপচাবা মতৌ কমদৌবনো হায়বদু খঙহনবা - মাঙবা নাযদবা, শিবা নায়দবা ঈশ্বর মশামক্তুনি হায়বসি খঙহনবনি। "নহাক মায়থিবা পিবা ঙমদ্রবা আত্মাদুনি', পুক্সিগী অকা-অকুম্না শোকহনবা ঙমদ্রবা; নঙনা লম্বিদা সুম চৎপা মতমদা নহাক্কি মমি অমনা অমোৎপদা, উফুলদা, নাপি মথক্তা, নুংদা - লৈঙোইদা তাই, অদুবু মদুগীদমক নহাক করি অমতা ব্লারুদে মরমদি নহাক করি অমতা অশোক অপন য়াওদনা চৎলি; মতৌ অসুম্না নহাকসে আত্মা হায়বা পোৎশক অমা ওইনা, মদুগী মমি হকচাং অদুনা কদায়দা তারুগদগে হায়বগী ব্লাখলদা ব্লানবগী মরম লৈতে। ব্লাফম অসি বাবানা খুদম কয়ামরুম পিদুনা ভাব তাহল্লি অমসুং থাদোকপা ঙমদ্রবা থৌনা কয়া পোকহল্লি।

"ঐগী পান্দমদি নখোযদা থৌনা অমসুং নুংঙাইবা পিবা, অশোনবা অমসুং অকিবা তাস্তোকপা", অসিনি; মহাক্না থৌদোক কয়াদা হায়খ্রে মদুদি "নশানা নশাবু পাপিনি হায়না নিন্দা তৌগনু, পাপ হায়বসি লানখিবা খরবু লান্না কৌবনি। নখোয়গী অরানবা পুম্নমক ঐনা কোকপিগনি, ঙাকপিগনি, করিগুম্বা নঙনা মদু তশেংনা অনুতাপ তৌরবদি অমসুং মতুংদা অমুক হন্না তৌদ্রবদি; নহাক্না খঙদ্রিঙৈদা হৈনখিবা লমচৎশিং অদু থাদোক্লবা হোৎনবদা থৌনা পিবিনবা ঈশ্বরদা নিজৌ, হাযজৌ'। অসুম্না মহাক্না আশাগী মঙাল অমসুং পাঙ্গল মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা পিবি।

মহাক্কি মীনুংশিনা, মহাক্কি মপান নাযদ্রবা থৌজালনা, লৌশিংগী ব্লাহৈশিংনা মীওই চা কযাবু মখোয়গী অবানবা খোঙথাং চুমথোকপিখ্রে অমসুং মীওইবগী যাইফনবা মাযকৈদা অমদি আত্মা কন্নবগী মায়কৈদা ওনশিলহনখ্রে। মহাক্না নেল্লোবদা পাওজেল অমা পিববা মতুংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থম্মোয় শোক্লবা থৌদোক অমা ঐ নিংশিংলি। মীযায চল্লবা মী অমা বাবাগী কাদা চেনশিনখি অমসুং লৈবাক মথক্তা বাবাগী মখোংদা তুদুনা অঙাংগী মতৌগুম ওস্থোয়না কপখি। মানা তৌরিবদো করিগীনো হায়বসি বাবানা খঙলমই, মবমদি মাগী মতাং অসিদি

অমুক ৱাহং পাওখুম তৌবগী দবকাব লৈতে। মহাক্না ঐখোয়দা ওনশিল্লকখি অমসুং হায়খি : "ঙবাংগী বামুগী ৱাবিদো"

অদুদগী ঐকোযবু মপান্দা থোকখিনবা হাযখি। বাবানা হৌখিবগী নুমিদাং ৱাইদা বামু হাযবা নুপামচা অমগী ৱাবি লিখি; মহাক যুমথোং খুদিং চঙদুনা চিঞ্জাক নিবমই; মাগী মমা অদু যাম্না কন্না নাবমই; মহাক্না যুম অমগী মমাংদা ভিক্ষাগীদমক কৌবমই, মদুনা যুম্বু অদু শাওহল্লমই; মযাক্না চেনথোবক্তুনা অঙাং অদু মকোক্তা ফুবদগী শিখিবমই; মানা শিদ্রিঙৈদা মচিন্দ - 'ইমা, ইমা, হৌজিক্তি কনানা নঙগী চাক পিজগনি' - হাযনা শোনখি। ৱাবি অদু অমসুং বাবানা পিখিবা পাওতাক হাযবদি -মীপুম খুদিংমক্না অহানবা মমা-মপাদা তৌবিমল খঙবা উৎকদবনি, মখোযগী মপান্না নহাক্না মী ওইনা হিংজবিবনি - অসিনা তাবিবা নুপা অদুগী থম্মোয়দা নিঙঙমদবা মৈচাক অমা ফাওবকখি মবমদি মহাক্না কবিশু লৈতবা অপঙবা ৱাফম অমদগী মমাগা খৎনদুনা তোঙান্না লৈনখ্রে।

হৌজিক্তি মহাক বাবাগী মফমদা ঙাকপিযু হায়জবা লাকখিবনি অমসুং বাবাগী আশির্ব্বাদকা লোয়ননা মাগী থৌজাল মখাদা থম্বিনবা হাযজবা লাকখিবনি। বাবানা পুম্নমক্তু মখোন্দা কবি অমতা হাযদনা খঙলমই। মহাকপু যাম্না নুংশিনা মনঙ্গলদা পোপ-পোপ থাবিখি; অদু ফাওবদা মহাক হিক হিক লাউনা কপ্পদু অদুম চৎথবমই। লাকও,লাকও কপ্পা তোকলো ঐ নখোযগী খুঙ্গংদা লৈগনি, মফম অদুদা নমাদো পুবকউ অদুগা নখোয অনি পুন্না দর্শন ফংগনি। চংলো, ঐনা যৌবক্তিঙৈদা নমাদো মফম অদুদা হান্না পুবক্লো'।

অসিগুম্বা থৌজালনা থল্লবা পাওজেল কযাগী মতুংদা থোকখিবা নুংঙাইববা থৌদোক কযা পনবা যাই - মীগী শেন্দোন শিংখিবগী, অহল ওইববা মমা-মপাদা মতেং পাংখিবগী, থৌশাকদ্রবা মতু অমুকহন্না লৌশিনবগী, জাব কন্না শান্নবম্বদগী থাদোকখিবগী, যু থকলম্বদগী পুন্সিগী ওইনা তোকখিবগী। বাবাগী পাওতাক পিবগী খোঙজং অসিদি হৌবতা ঙাইবি; মহাক্তি পৃথিবী অসিদা মীওইনা পোকপগী ৩২শুবা চহিদা, শোক ১৯৫৮গী শিববাত্রি নুমিত্তা অহানবা ফোঙবা হৌখিবা থাগী চেফোং সনাতন-সাবথিগী অহানবা লমাযদা ফোঙখিবা মহাক্তি

শা-ফোঙ রাহৈ (Declaration) অদু কয়া য়াম্না অর্থ লৈবগে হায়বদু মহাক্কি পাওজেল তাকুবা মীশক অমনা তশেং-তশেংনা ভাব তাঁবা ঙমগনি। "ঙসি হায়বা নুমিৎসিদগী সনাতন-সারথি হায়বা মতম চুপ্পগী ওইনা, হোংবা লৈতনা মীওইববু লমজিংবিরগদবা চেফোং অসিগী খোঙজং হৌরে, মসিনা ওইদবা ঙাঙবগী মায়োক্তা, অরানবা বিচারগী মায়োক্তা, ফত্তবা পুকচেলগী মায়োক্তা, ফত্তবা থৌবাংগী মায়োক্তা - পুম্নমক মদ-কাবা হায়বদুগী য়াম্না চান্নজরবা, মনায়শিং ওইবিবা খোঙলোয় মযাম অসিগী মায়োক্তা থেঙননবা চংশিনবা হৌরে। বেদ-শিং, উপনিশদ-শিং অমসুং শাস্ত্র-শিং অসিনা লানফম অসিগী লানমি-শিংনি; মায পাক্লগা পুরক্কদবা ফল অদুনা পৃথিবী পুম্নমক্কি য়াইফনবনি। লানঙম ফিরাল থেৎপগী য়ৈবকপা নুংঙাইবগী পুংখোল অদুনা মীওইবা জাতি পুম্নমক্কি চাউখৎপা-নুংঙাইবা, শান্তি লৈবা, ঙাকপিহৈবগী গুণ-না লৈতেংলবা তংদু-লৈতাবগী নুংঙাইরবা ফিভম অদু ওইরগনি, ফঙলগনি।

চংশিনগদৌবিবা খোঙজং অসিগী চাউরাকপা কায়াৎ অমদি হান্ননা মাঙজৌননা ভাব তানবে। চাউখ্রবা থবক অসিগী খোঙজং চংনবা অকনবা খোল্লাওদি বাবাগী খোঙফম মবি - সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি অমসুং প্রেম হায়বা অসিনি। মহাক্কি থৌরাংদি মীওইবা জাতি পুম্নমক্কিনি, মবমদি, মানা হায : "ঈশ্বরগী থৌজালদি মীওই মখল খবতমক নত্রগা জাতি খবতমক, নত্রগা কাংলুপ খবদমক ফংবা য়াগনি হায়বসি কবিগুম্বা মফম অমদা হাযবা/ইবা লৈতে। খ্বাইদগী পিকপদগীনা খ্বাইদগী চাউবা ফাওবনা পুম্নমক্না ফংবা যাই। মপুদি মফম পুম্নমক্তা লৈ, খুদিংমক্তা লৈ। মহাক্তি সাধনানা ফংবা ঙম্মি, সত্য অমসুং প্রেমগী শাজেলনা ফংবা ঙমই। সত্য হাযবসিনা খ্বাইদগী চাউবা ধর্ম্মনি অদুগা প্রেম হাযবসিনা শান্তি ফংনবগী অমতা ঙাইববা লম্বিনি।"

বাবানা সাধ[illegible], অমসুং আশা তৌজবিবা মীওইশিংবু শিক্ষা পিবগী থবকসু লৌখৎপা হৌখবে অদুগা ওজাশিং অমসুং লমজিংবশিংবু চুমথোকপগী থবকসু হৌখবে, মবমদি মখোয়গী পান্দমসি অযাম্বনা মিংচৎ পাম্বগী, মীয়াম্না য়ানবগী,অন্তর জাতিগী ওইবা তুংকোইবোইদবা মিংচৎ অদুগী, নত্রগা খবরদা মমিং চৎনবগী মাযকৈরোমদা লান্না চংশিনখিবননি। "মীপুম খুদিংমকসি থবাই

হকচাং পুক্লিং চপ যুংলববা হায়বসি চাংয়েং তৌ; যেংউ, মখোয খুদিংমক্লা কযা য়াম্না অপাম্বা থাদোক্লবগে, ব্রাহৈতনা হায়বনা য়াবোই, তশেংনা থবক্লা শাক্তি ওইগদবনি; অদুগী মতুংদা মখোযগী পাওতাক অদু ইনবগা লোয়ননা নশাগী নুংতিগী লমচৎ-শাজৎ খুদিংমক্তা থবক ওইনা পাঙথোক্কদবনি। বাবানা শাফু পিবিবসি - "হৈশিংবদুদা নত্তে, থবক ওইনা পাঙথোকপা অদুদনি"। খোঙদোই হুনপ্লবা সত্য সাইগী যুগ অসে মীওইবা জাতি পুম্নমক্কি সনাগী যুগ ওইফম থোকই।

## সাই সদ গুরু ঃ (SAI SAD GURU)

ভক্তশিংনা বাবাবু মখোয় -মখোযগী সহবদা, ময়ুমদা লাকপিনবা অমদি পুজা তৌজনবা হাযজবদুদা মখোয মায পাকথ্রে- হাযবদি বাবানা যাবিখ্রে। অসিগুম্বা মতাংসিদা হেক যাবিবমখৈ মীযাম্মা মাগী দর্শন ফংহৌবা অমসুং পাওজেলগী কান্নবা ফংহলহৌবা হাযবসি মশান তাজববা ব্রাফম্লি। অসুম্মা হাযজবকপসিদা বাবানা তোযনা য়াবিখি, মবম অদুনা চিত্তুব, ত্রিভানদ্রম, বোম্বে অমসুং অতৈ মফম কয়াদা মীযাম্মা হকথেংননা মহাকপু খুকমজবগী খুদোংচাবদু ফংজখি। মহাক্না মফম কয়ামকমদা মীযামগী ওইবা মিটিং কযাদসু ব্রা ঙাওবিখি; অসুম্মা, মাগী মীগী থম্মোয শুমহৎলিবা খোঞ্জেল অমসুং পাঙ্গল-থৌনা হাপলিবা পাওতাক্না থল্লবা কাওঙমদ্রবা পাওজেল শিং অদু তাজনবগী তোপ-তোপ্না খুদোংচাবা অমা মীওই লিশিং কয়াদা পিবিখি।

পুম্নমক্কি মফমদা বাবাগী চপমান্নবা নুংশিবা-প্রেম লৈ; মতৌ অদুম্না মহাক্না খুঙ্গং নত্রগা সহবগী মবক্তা খেন্নবা থমদে; থাঙ্গৈশেংবদি, অবাপ্পা খুঙ্গংশিংদগী লাকপা ভক্তশিংগী মযুমদা চৎপা মতমদা মী যাম্মা পুদে, মবমদি যুম্বু অদুদা অব্রাবা হেন্না পিনিংদে লোযননা হেন্না খবচ তিংহন্নিংদে। মহাক্কি মশা মদোম যেংশিনজবা ঙমই অদুনা খোঙবু অচৌবা অমা চৎপগী খুদোংচাদবদু কোকহনবা ঙমই। তশেংনা হাযববদি মহাক্না চৎমিন্নবিবা মীওইশিং অদুদা মানা পিবিবা মিনুংশি অমসুং থৌজাল অদুনা মখোযনা বাবাগী খোঙচৎ অদুদা মতেং পাঙশিনবা অমসুং লৈফম নুংঙাইহনবদগীদি মখোযদা থল্লিবা মিৎযেং অদুনা হেন্না অব্রাবদুম পিবমাল্লে হায়না মশাদা খল্লকখি - হাযবদি বাবাবু মতেং পাঙনবা চৎলিবা মখোয়না ব্রাববুদি বাবানা মখোয মযামদা থল্লিবা মিনুংশি, মিৎযেং অদুনা হেন্না ব্রাবগদ্রা হায়না মখোযনা ফাওজৈ।

হৌজিক ফাওবদদি বাবানা তামিলনাদ ফাওদুনা কয়ারক হন্না চৎখ্রে; লম্বিদা কোইম্বাতোর, ত্রিচিনোপোলি, তানজোর, সালেম অমসুং তিন্নেভেল্লি নচিংবা মফম কয়া য়েংখ্রে। মহাক কয়ারক হন্না হায়দরবাদতসু চৎলুরে অদুগা তেলঙ্গানাগী সহর অমসুং খুঙ্গং কয়াসু ফাওদুনা চৎখি। মহাক ইল্লোরা অমসুং অজন্তদসু চৎখি, মদু মাবু ভক্তশিং অদুদা য়েংহন্নবগীদমক্তনি মরমদি মহাক্তি মফমশিং অদু য়েংবগী দরকার লৈখিদে; মহাক্তি মফম পুম্নমক মশা চৎলুদনা শন্দোক্লা তাকপা ঙমই। মহাক্তি নোংপোকথংবা সমুদ্র খোঙাবন্দা মদ্রাসতগী কৃষ্ণ অমসুং গোদাবরি তুরেল তাফম ফাওবা লমখাঙদা নেল্লোর, ওঙ্গোলে, গুনতুর, নুজভিদ, চেব্রোল, রাজামুন্দ্রি, পেদ্দপুরম, সমলকোৎ অমসুং মাসুলিপতম নচিংবা মফমশিংদা প- দুনা ভক্তশিং অমদি অতৈ মীয়ামগা উনখি। মহাক খুঙ্গংগী আ-মনুং হঞ্জিনবা ভদ্রচলম অমসুং ঔকিরি পল্লি ফাওবা চৎখি। করনাতকাদা বাবানা বেল্লরি, হোসপেত, মেরকরা, মাইশোর অমসুং মনদ্যা অদুগা মদ্রাস, কোদাইকানাল, উতাকামুন্দ অমসুং নন্দনভনমদা মতম শাংনা শাংনা য়াম্না তোয়না লেনখি।

বাবানা কার তোংদুনা চঙপা মতমদা প্রকৃতিগী ফজবা মফম উবদা মাগী তোঙানবা মিৎয়েং অমা থমই, অমসুং য়াম্না অচিকপা উকুম ওইনা তৌবা, প্রকৃতিগী নিংথিজরবা মফম অমদা গাড়ি খামই নত্রগা চীংগী লোকচপুগী ইরাওখোলগা লোয়ননা চেম্বুরক্লিবা তুরেল মচা অমগী নাকন্দা খামই নত্রগা তোংতক তৌবা চীং অমসুং তমপাক্কি নিংথিজরবা দৃশ্যবু চোকথরবা মিৎ অসিগী মমাংদা নিংথিনা শন্দোকখিববু উবা মফম অমদা খামই। মহাক্লা সমুদ্র খোঙবান্দা মখোঙনা চৎপনা হেন্না পামজৈ, নত্রগা জঙ্গলগী উরক্তা ফাওদুনা চৎপদু পামজৈ নত্রগা চা/কোফি থারিবা পরেং পরেং অদুগী মপাল অকোয়বদা চৎপদু পামজৈ।

মহাক্লা খুদোংচাবা খুদিংমক্তা ভক্তশিংগী থম্মোয়দা লৈবা চিংনবা শেংদোকপদা শিজিন্নৈ; মরমদি থাজবা অমসুং পুক্নিং চেৎপা হায়বসি মশানা ভাব-তারবা, য়ানিংলবা মতমদতা চাউখৎপা ঙমই। অসুম তৌদুনা লাইবক ফবদগী বাবাগা চৎমিন্নবা ফংলবা কাংবু অদুগীদমক্তদি বাবাসি কোয়চৎ-চৎপা স্কুল অমগুম্বনি। ভক্ত অমনা বাবাদা অসুম্না "ঐনা তাখি মদুদি নহাক্কি কেরলাগী খোঙচৎ অদু য়াম্না নুংঙাইখি অমসুং অঙকপগী মশক্তি। ঐহাক য়াম্না ব্রাজখি মরমদি ঐগী

ভাগ্যবিধাতানা য়াওগনু হায়না তমখিবননি” হায়রকখিবা / ইরকখিবা মতমদা বাবানা খুমখি :“মতুংদা অসিগুম্বা তাঞ্জা অমা লাকপা মতমদা নহাক য়াওবা য়ানবা থাজবা অমসুং আশা তৌবিয়ু। মবক অসিদা, য়াওরুবা মীশিং অদুনা লীবা ব্রারিশিং তাও অদুগা নুংঙাইয়ু” (ইরকখিবা মী অসি দা: রাম কৃষ্ণ রাও, Ex-CM, A.P., Ex Governor Kerala & U.P., নি)

‘অঙকপগী মশক ওইবা’ - হায়বা ব্রাহে অসিগী মতাংদা ব্রাফম অমতং য়েংবা য়াই। চিঠি ইরক্লিবা ভক্ত অসিনা য়াম্না নুংঙাইরবা, অঙকপগী মশক ওইরবা কন্যাকুমারিবা থোকখিবা মিবাকল অমগী মতাংদা পল্লকখিবনি। নুমিদাংব্রাইগী মতমদা তারমদাই নুমিৎকি মঙালনা য়ৈবদা অতিয়া অসি ঙাংলৈনবা মচু, মঙ্গ্রামচুনচিংবনা য়াম্না নিংথিজহল্লি, নোংগী মপৈ-মপৈসিনা সনানা ফিবাল চনবগুম উহল্লি, অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা বাবানা মাগী ভক্তশিংগা লোয়নননা সমুদ্রগী তোর্ববান্দা কুমথখি অদুগা অতৎ-অখম লৈতনা চেনশিল্লক্লিবা ইথকশিং অদুগা শান্নখি; চংশিল্লক্লিবা ঈথক খুদিংমক্লা বাবাগী চরন শোকপা হানবা তান্নবগুম অমদি অখন্নবা ভক্তি-ব্যবহার কৎচনিংবগুম চেনশিন্নরকখি। খঙহৌদনা সমুদ্র লাইরেম্বীগী অপাম্বদু খঙলবগুম বাবানা ঈশিংলোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপখি অমসুং মাগী মনাক্তা লৈরিবা ময়ামদুদা হায়খি; “য়েংউ! সমুদ্র লাইরেম্বীনা ঐবু লৈ পরেং অমগা লোয়নননা ওকলি”।

হায়রিবা মিকুপ অসিদা য়াম্না চীং লেপ্লবা ঈথক অমনা বাবা রোমদা গজ খবতমক ঙাইরবা মতাংদা যৌশিল্লকখি; মী অমনা হেক্তা ইরায় লায়না খঙবা ঙমখি। থুনমক ঈথক অদুনা বাবাগী খোঙদা য়ৈরল্লগা অমুক হন্থখি। ভক্তশিং অদুনা বাবাগী মখোঙ অকোয়বদা মণি মুক্তাগী লিক্লাং পরেং অমনা কোয়শিন্দুনা লৈরম্বদু উবদা হাযফম খঙদ্রবা অঙকপা অমসুং নুংঙাইবগী ব্রাখল অমা ফাওনখিবদু অমুক্তা খন্থদুনা যেংবিউ; মণি-মুক্তাগী লিক্লাং অদু থাঙ্গৎলকপা মতমদা মরু খুদিংদা তোংলিবা ঈশিংগী শরুক্তা তনিক তনিকপা য়েংবগী পেনবা নায়বা নত্তে! সনাগী মরি অমদা যাম্না তরু-তনালখ্রবা, ফজখ্রবা মমল নায়দ্রবা, মুক্তা মতুম ১০৮। মদু বাবাগী ঙকশমদা থোনবা মতমদা কয়াদা নিংথিজখ্রবা! ঈশ্বরগী অবতার অমনা বোকন নিংথৌগী খুদোল অমুক হন্না ফংজরবা!

প্রশান্তি নিলয়মদা নত্রগা করিগুম্বা মফম অমদা বাবাগী নোংমদুগী থৌরমগী মতাংদা খন্ন-নৈনরকপা ব্রাক্ষমদা অমুক হনকৎনা য়েংবা তারবদি অদুগুম্বা অচৌবা নুমিৎ-সমুদ্রগী লাইরেম্বীনা খুদোল তমপ্রবা নুমিৎ অদুদা হংনখিবা ব্রাহংশিং অদু অমুক্তং য়েংবনা খ্বাইদগী হেন্না ফগনি। "খুৎশেম পুম্নমকসিবু মায়া ঙাক্তরনে?" নত্তে। মদু খুৎশেম্নি হায়না লৌরিবদো, মায়ানি; মদুগী চপচাবা মওং খঙবা ঙমদবদু মায়ানি। "ব্রামায়না অমসুং মহাভারত হায়বা ব্রারি শিংসি (Epics) অশেংবরা?" অশেংবনি হায়বা? মখোয়না অচুম্বগী শরুক খরতবু পিবনি; খুদম ওইনা নখোয়না ঐগী মরমদা অতোপ্পদা ঙাঙবা মতমদা নখোয়না লোয়না মপুং ফানা শন্দোক্লা ঙাঙথোকপা ঙমদে, নত্রনে? "করিগীদমক্তা ঈশ্বরনা ধর্ম্ম হিংগৎহন্নবা মীওইনা কুমথরক্কদৌরিবনো? অনিংবা মচা অমতনা য়ারবা নত্রনে?" অওইবমক্লি, অনিংবা মচা অমতনা অদুম য়ারবনি; অদুবু ঈশ্বরনা মী ওইনা লাক্রবদি চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবা (Bliss)অসিদি নখোয়দি কমদৌনা ফংগনি?

লৈকায় অমদা খুদোংথিবা থৌদোক মচা অমা থোকপা মতমদা কনস্তেবল অমনা লাকশিনবদা মতিক চানা ঙমই; খুদোং থিবদুনা খর চাউথোবক্লবা মতমদা সব-ইন্সপেক্তর অমা থাখি; মদুনা অচৌবা মীয়ামগী ওইরক্লবদি এস:পি: মশামক চত্তুনা নেমথহনবা তায়; অদুবু, হৌজিক তৌরিবা অসিগুম্না, মীওইবা জাতি পুম্ন মক লমচৎ মাঙশিল্লক্তুনা খুদোংথিবদা লৈরে, ইন্সপেক্তর জেনেরেল কুমলকপা তায়, খোঙম্নি-লাম্নি-মুনি-ঋষি, সাধু-সাধক ময়ামগা লোয়ননা ঈশ্বরনা কুমথরকপা তায়। "মফম কদায়দা অবতার তৌবগে?" আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং নিংথিজনা চঙশিনবা য়াবা মফমদা তৌই।

"নহাক সিরদি সাই বাবানি হায়বসি কমদৌনা খঙবা ঙমগনি?" মদু নখোয়গীদমক্তা অরুবনি; ঐনা নহাল নোংমা ভেনকতরমনগী অঙাংদু কন্ননবা বাগেপল্লি-গী লম্বি মনাক্তা অহল অমা ওইনা চৎপা মতমদা মানা ঐবু মশক খঙখিদে; মহাক্লা ঐবু য়াম্না মরাঙ-কায়না থাগৎলকখি অদুগা লুপা অমা ঐঙোন্দা পিরকখি; মানা ঐবু খুঙ্গংগী জোদি-অদিপল্লি সোমপ্পা - কৌবা নুপা অমনি হায়না থাজখি; মিং অদু ঐনা মঙোন্দা হায়খিবনি। রামা অমসুং কৃষ্ণ হায়বসি চপমান্নবা ঈশ্বরদুগী অবতার ঙাক্তনি; অদুবু মখোয়গী থৌওংদি খেন্নে; মতৌ

অসুমনা মসিগী হকচাং অসিগা সিবদিগী হকচাংগা অনি অসি অমতনি হায়বসি নখোয়না কবম্না ভাব তাবা ঙমগনি? সিবদি সাইবু পুজা তৌজবশিংদুনা মাবু খঙবা ঙমখিদে, নখোযনা ঐবুসু খঙবা ঙমদ্রি। অনিমকপু খঙবা ঙম্লবা কাংবু অদুতনা মান্নে হাযবদু লাউথোকপা ঙমগনি, নত্রনে? ... সমুদ্রগী তোর্বান অদুদা মণি-মুক্তাগী পবেং কৎলবা মতুংদা শানখিবা ব্রাবীগী পবিংদু অসুম্না তৌখি।

মথংগী নুমিত্তসু কাংবু অদুনা সুবন্দাই চৎপগী লম্বিদা লৈবা কৌবতাল্লম যৌববা মতমদা নুমিদাংব্রাইদা ভজনগীদমক ত্রভানকোব যুমগী মমাংদা ফমখি অমসুং বাবানা মাগী অকোযবদা লৈবিবা ভক্তশিং অদুদা হংনিংবা ব্রাহং হংহনখি। মখোযশিং অসি পাওখুমনি : ঐহাক সাধক খুদিংমক্কি মতুংদা লৈ; মখোযনা ঐবু যেংনবা তুং ওস্থোবকই অদুবু মখোযনা কমদৌনা উগদৌবিবনো? ঐ হৌজিকসু মখোযগী তুংদা লৈবি। কবিগুম্বা মতমদা ঐগী নিংঙকপা ব্রাখল অমগী মতুং ইন্না মীকুপ অমগী মনুংদা মখোয়দা ঐগী দর্শন পি। ঈশ্বরদি অহৌবা লৈতে, অদুবু হৌজিক্তি মীশিংগী মবক্তা খৎনবা হৌবক্লে, মবমদি মখোযনা হায় : "ঈশ্বরদি অহৌবা লৈ, নাদি-নি। জিব লোক-তদি অফবসু ফত্তবসু লৈ, প্রান-লোক-তদি অফবা খক্ত লৈ; আত্মা লোক-তদি অনিমক চপ্-মান্নে; পবমাত্মালোক-তদি অফবসু নত্তে, ফত্তবসু নত্তে;.... ঈশ্বর য়াদবা অমতা লৈতে; পুম্নমক - মীপুম খুদিংমক, থেঙবা-ঙনবগী ব্রাতনি, ঈশ্বর লোযনা ফঙগনি...। ঐনা নখোয়গী দোষ চামা হেন্না ঙাকপিগনি। অহানবদা নথন্তা পবিক্ষা তৌ- নহাক ঐগী পাওতাকশিংদু ইল্লববা? অদুগী মতুংদা ঐনা ঙাঙখিবা ব্রাহৈশিংদু চুম্ববা হায়বদু বিচাবতৌ। চাংযেং যাম্না লৈ, চযোলদা তৌবা, থা অমদা তৌবা, থা ৩দা তৌবা, চহি -তঙখাযদা তৌবা। অদুবু, অবোযবা পবিক্ষা অদু তৌবগা, চে-যেংলগা ফল লাউথোকই, - "নঙ পাস ওইবে নত্রগা ফেল ওইবে"। চাংযেং খুদিংদা ফজনা তৌ, অদুগা পবিক্ষা তৌবিবা মহাক্কি থৌজাল ফংনবা হোৎনৌ। তৌবিবা সাধনা অদুনা চাকথেকহনখিবা নত্রগা যোকখৎপিবকপা যাই। ভাবত মচাশিংনা নোংচুপলোমদগী তম্মিংঙাই যাম্না লৈবি। লৈবাক অসিগী মীনা অঙাংশিংগী পুক্কিংদা অকিবা ব্রাখল পোকহল্লি। "নঙ তুগনি; নঙ নশা শোক্কনি" - মখোযনা মচাশিংদা হাযখি। অঙাংশিংদা উ কাবা, নত্রগা ইবোযবা নত্রগা অতৈ কান্নবা

থবক কয়াদা মখোয়বু শিজিন্নদে। মখোয়দা ভুত-কী, হুবানবগী, মবমদা চেকশিন ৱাহৈ পি, অদুনা মখোয়দা মশাদা অকি-হঙ্গোয়বা ৱাখল অমগা লোয়ননা চাউবকই। অঙাংশিংনা মশাবু থাজজবা, থৌনাফবা অমসুং হৈনিংবা ৱাখল পোক্লবা থবকশিং তমগদবনি।

সাধনাগী থাক অহুম লৈ : - সাধক অদুনা সহাজামানভ্, সাধনা মানভ, অমসুং সবভেশ্ববামানভকি থাক্তা লৈববুনি; অহানবদা পোংশক অহুমখক লৈ - লোকা, জিবা অমসুং ঈশ্বরা। অদুদগী মখোয় মশানা পোংশক অনিখক্তা - হন্থবকই - জিব অমসুং ঈশ্বব। অবোইবদা অহুমসিগী অমতা ওইনা ঈশ্ববা খক্তা লৈহৌই। শেল্লিবা খুৎশেম পুম্নমকসি পোংশক অনিখক্তনা ওইহনবনি-জদম অমসুং চৈতন্যা, প্রকিতি অমসুং পুরুষ। ভাইওলিনগী ওজা চৌদিয়াহনা বাগ ৪০০দা ভাইওলিন খোঙই, মদু তাবা৪০০ তিঙলগা খোঙবা নত্তে, মবিখক্তদা খোঙবনি, নত্রনে? লৈখোমগা ঈশিংগনা চফু শাই; শিবগা শক্তি-গনা জগৎ অসি শাই,... মসিদা লৈবিবা পুম্নমকসি ব্রহমা ঙাক্তনি; অমনা হংই, ব্রহমা ১০না তাবি; ব্রহমা অমনা পাওখুম পিবি, ব্রহমা পুম্নমক্লা পেল্লি।... নুমিৎকি মঙাল অসি গ্লাস মচেৎ অমনা ফাজিন্দুনা মফম অমতদা তাহল্লবদি মৈ হৌই; অসুম্না ঈশ্ববগী থৌজালগী মঙালশিং অদু মফম অমখক্তদা তাহল্লবদি মদুনা পুক্লিংবু চাকথেক্তুনা মাঙহনগনি অদুগা বুধি-বুনা ঙাম্থোকহনগনি। ঈশ্ববনা অৱা-অনা হাযবসি থওইনা থোকহল্লিবনি, মবমদি অৱা-অনা যাওদ্রবদি মীনা ঈশ্বববু খক নিঙদে; মসি ডাক্তবনা অনাবা অমগী হিদাক পিজবদা চিঞ্জাক্কি অথিংবা খব থমদুনা হিদাক অদুগী মথৌ ফগৎহনবগুম্বনি। থাজবা হাযবসি নহাক্লা ঈশ্বববু থৌবাংবা পোক্লবা মতমদতা ফাওবক্কনি; মশাগী অবাম্বা ফাওদবা মীনা উৎশব্ চাবদা মহাও খঙদবগুম্বনি...। ধ্যান অমসুং জপ তৌনবগীসু ইন্দবা যাদবা খোঙথাং অমসুং থাক খব লৈ; ঈশ্ববগী মাযকৈদা চৎলিবনি হাযদুনসু পংচৎ চৎপনদি কান্নবোই; নখোযনা ঐঙোন্দা ধ্যান তৌবগা জপ তৌবগা কবম্বনা হেন্না কান্নবগে হংলবদি,ঐনা হাযগনি - 'নঙোন্দা হেন্না থাজজবদো'। জপ তৌবদা চিনবান, অমসুং লৈ-লেঙলোইদবনি; পুক্লিংতনা তৌগদবনি। বাধা হাযবদি ঈচেলনি, পৃথিবীনি, প্রকৃতিনি, পুরুষ-কা থৌদা পুমিন্নবিনি। বাধা হায়বদি ভক্তি হাযবনি, ইচেলনি; অতৎপা লৈতবা তুবেলগুম

চেম্বুগদবনি...। নহাক্লা সত্যগী লম্বিদা কায়দনা চংলবদি, ফেল ওইবসি ফেল ওইবা ওইনা উববোই, অৱাবসি অৱাবা ওইনা উববোই'...। অসিগুম্না ৱাফম খবসি বাবাগী যাম্না মমল য়ামখ্রবা ৱা-ওাক্তনি, মসিনা চংমিন্নবিবা খুদিংমক্লা মাগা চংমিন্নবা হায়বসি জ্ঞান ষাত্রানি - লৌশিং জ্ঞান তমজনবগী খোঙচংনি।

বাবানা হেক লৈবা মফম খুদিংমক্তা প্রশান্তি নিলযমদা তৌবগুম নাইতোম উনবগী খুদোংচাবা পিবি অমসুং মদুনা পামজবিবা খুদিংমক্তা মপুক্লিং থেমজিনজনবগী, থৌনা পোকলক্লবগী অমসুং থাজবা ৱাখল ফাওবক্লবগী ফববা খুদোংচাবা পিবি। মহাক্লা ভক্তশিংদা ভজন-ঈশৈ শক্লবা শিল-লাংবদা পুক্লিং থৌগংলি। য়াম্না তোযনা মহাক্লা মখোযনা ঈশৈ শকপদা তন্বি। অসুম তৌদুনা বাবানা মফম-মফম খুদিংদা চত্তুনা মীয়ামগী পুক্লিংবু হবাও-নুংঙাইহল্লি, অৱা-অনা তাববশিংদা অমদি পুক্লিং লুপ্পবশিংদা আশির্ব্বাদ পিনবি লোযননা মীকুপ খুদিংদা অঙক-অঙকপা থৌদোক কয়া থোকহন্দুনা মহাক্লা মীওইবগী শক্তম লৌবিবসি নঙ অমসুং ঐগীদমক্তনি হাযবসি প্রমান কযা পিবি।

## ঐ সিদ লৈরে ঃ (I AM HERE)

শোক ১৯৫৮গী সেপ্টেম্বরগী তাং ৮গী নুমিদাংবাইদা ইলামারু কোনুংগী পাক - চাউখ্রবা কমপাউন্দ অদুদা নুজভিদ অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গং ময়ামদুগী চাউখ্রবা মিটিং অমদা বাবানা ব্রা ঙাঙখি। মহাক্না অসুম্না হায়দুনা হৌরকখি মদুদি মীওইবনা লম্বি মাঙগ্রে, ওন্নগ্রে পন্থুংফম য়ৌররোইদবা নাকন্দা লৈবা ফত্রবা লম্বিশিংদা চৎনরি। অদুবু মীখক্তনা অচুম্বা লম্বিদু মশক খঙনবা শক্তি লৈজে অমসুং লম্বি অদু অমুক হন্দোক্তুনা মশা মথন্তবু তত্তনা চুমথোকচনবগী শক্তি লৈজে। মহাক্না মশা মথন্তবু চুম্মি নত্রগা লাল্লি খঙহল্লিবা শক্তি অসি শিজিন্নদুনা ভাব তাগদবনি মদুদি ঈশ্বরগী মরমদা খনবখক্তনা শান্তি অমসুং অপেনবা ফংগদবনি। মহাক্না হায়খি অব্রাবা অমসুং লৈতাদবা হায়বসি পুক্লিংগী থৌনা ব্রাৎপদগীনি।

অসুম্না ঙাঙলিঙৈদা মরক তৎখ্রে মদুদি মহাক্না ফল্লিবা চৌকি অদুগী কাচিন অমদা মহাক তুশিনখ্রে; মহাক চপ তিংথোকখ্রে, মশা লেঙখিদ্রে; মহাক হকচাং থাদোক্তুনা চৎখ্রে, য়াম্না কন্না অব্রাবা তাববা ভক্ত অমগী মনাক্ত 'ঐসিদা লৈবে' হায়বা পুক্লিং যৌগৎ ব্রাহৈদু পুরদুনা চৎখ্রে; মতমদো নুমিদাংগী পুং ৭ মিনিট ২৫ তারে। মফম অদো পুমচিক চিকখ্রে। মীয়ামদো মশাগী শ্বর হোনবা কাওনখ্রে। পুমচিক চিকপা মবক্তুদা ঘবিগী তিক-তিক চৎপগী মখোন্ তাবকখি। পুং ৭.৩০দা মহাক হল্লকখ্রে অমসুং ব্রা ঙাঙবদু মখা তাবকখি, "মসি ঐগী ইথৌনি"! ঐহাক লৈনিংবা মফমদা লৈসনু ঐহাক তৌনিংবা থবক অমা তৌসনু, ভক্তনবু কৌবক্লবদি ঐহাক চৎপা তাবনি, মহাকপু মতেং পাঙলুবা তাবনি"। অদুদগীদি গুরুগা-শিস্যাগা লৈনবা মরীদা, হকচাং অসি ঈশ্বরগী মন্দিরনি হায়বগী হিরমদা অমদি মীওইবগী অপাম্বা ব্রাখলশিং অসিবু মাঙহনখিনবা হোৎনবদা চংলিবা নিয়মশিংগী মতাংদা পুং অমা হেন্না ব্রা ঙাঙখি।

শোক ১৯৫৮গী নভেম্বর তাং ২৪দা বাবাগী মপোক কুমওনগী থৌরমগী শরুক অমা ওইনা পুত্তপার্তিদা উয়ালোথসবমগী থৌবম পাঙথোকলমই। হোলগী নোংপোকথংবা মতায়দা শেল্লিবা হাইনবা (Swing)অদু নিংথিনা লৈ-তনা লৈতেংদুনা শেল্লমই অমসুং মদুগী মথক্তা ভক্তশিংনা য়াম্না কন্না হায়জদুনা বাবাবু ফমহল্লমই। লাইশোল ঈশৈ শরুখি অমসুং ভক্ত খরনা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ব্রাফমশিংদা ব্রা ঙাঙখি। খঙহৌদনা কনাগুম্বা অমনা 'কৌরকপা'বাবানা তাখি, মখাদা লৈবিবা মোনপাক মথক্তা তাখিবমই অমসুং পুত্তপার্তিদা করি তৌরিবগে হায়বা খঙখিদ্রে - unconcious ওইখ্রে। হায়দ্রবাদ সহরদা লৈবা ভক্ত অমগী মপাদু থম্মোয়গী অনাবা অমদগী খুদক্তা অব্রাবা তারকখিবা (বাবানা কোন্না হায়বগা খঙবনি) অমা এম্বুলেন্স গাড়িদা থাঙ্গত্তুনা পুখিবা অদুগী কৌরকপদু তাখিবনি; মহাক্কি দর্শন অমসুং বিভুতি পিবিখি অমসুং হোল অদুদা হল্লক্তুনা হায়রিবা অদুদা অমুক ফমখি। মদু চাউরাক্লা মিনিট ২.৩০ মুক্তনি; অদুবু মহাক্লা নুজভিদ-তা হায়খি : "মহাক চৎপা তাখি" - মদু মাগী মথৌনি, 'মঙোন্দা হায়জরকপা'। ও! ইবুংঙো মহাক্কি চাংজৌ নাযদ্রবা মিনুংশি অসিবু কনানা শন্দোক্লা হায়বা ঙমগদৌবিবনো? ও! মহাক্কি ঙমখৈ লৈত্রবা শক্তি।

মহাক্কি অসিগুম্বা মিনুংশি অসি চহি কযাসিদা তোঙান-তোঙানবা মওংদা উৎথোকপিরকলি, অদুবু খ্বাইদগী হেন্না অঙকপদি, নুংঙাইবদি "হুকচাং থাদোক্লগা চৎপসিনি" (Extra corporeal journey) ঙন্তা, মশাগী চহি ১৪শুদ্রিঙৈদা শোক ১৯৪০দা মহাক্লা কনা অমতা তাক্লমদনা অসুম্না চৎলুবদা মীয়াম পুম্নমক্তা অব্রাবা, লাংতক্নবা অমা পোকহনখি। অহানবা থোকখিবা থৌদোক্তদি মীয়াম্না মদুবু বৃশিক্লা চিকপদগী ব্রান্থখিবনি হাযনা লান্না লৌনখি।

মহাক্লা অসুম্না চৎলুবা মফমগী মিং অমসুং মাগী আশির্ব্বাদ ফংখ্রিবা মীগী মমিং হাযদোকপা হাযবসি যাম্না তাঙনা থোকপা থবক্নি, অয়াম্বদা হায়দোক্তে; অদুবু মফমদি যাম্না যামখ্রে অদুনা কনাগুম্বা অমনা যাম্না থজনা হায়বা ঙমই মদুদি খোঙচৎশিং অসিনা মহাকপু - অসামগী নোংপোক চিদায়দা, কাশ্মিরদা, স্বিস তমপাক্তা, নল্লমলাই জঙ্গলদা, বোম্বেগী সমুদ্র তোর্ব্বান্দা অমসুং ভারতকী তোঙান-তোঙানবা মফম কযাদা অমদি ভারতকী ব্রাংবদা পুকরে। কবিগুম্বা মতমদা

বাবাগী হকচাংদা লেঙবগুম্বা, ঈঙ্গিৎ পিবগুম্বা, চিংবগুম্বা, থাঙ্গৎপগুম্বা, পুনশিনবগুম্বা নত্রগা চিংথোকপগুম্বা ঈঙ্গিৎ পিবগুম্বা উবা ফংই, মদু মতুংদা মহাক্না ইরাক্নবা কনখিবগী, মৈনা চাকপদগী, গাড়িনা তকপদগী... অসিনচিংবদগী কনখিবনি হায়না শন্দোক্লা তাকখি। মহাক্না হায়খি থৌদোক অমদা (ভক্ত ময়াম অমদা য়ুম অমগী মাঙ্গোলদা মুতুকুরদা ব্রা ঙাওলিঙৈদা) মহাক বোলারুমদা চৎখি মরমদি ভক্ত অমা জিপ অমনা শমদুনা চৎখিবদা গাড়ি মখাদা লৈখি। বাবানা মাগী মনাক তান্না চেনশিনখি অমসুং হায়খি : "করিগী কিরিবনো, ঐ সিদা লৈরিবসিদি"? গাড়ি মখাদগী ভক্ত অদু চিংথোকখি অমসুং মী পুবা গাড়ি অমদা হাপকত্তুনা হোস্পিটালদা পুখিদ্রিবা ফাওবা মনাক্তা ফমদুনা লৈখি" ব্রাফম অসি বাবানা কোন্না তাকপিখিবনি।

রাজাকারদা খুদোংথিবা থোকখিবা মতম অমসুং হায়দরবাদ-তা লুত-পাৎ তৌবা মতমদা ভক্ত অমগি মপুক্সি শোয়দনা খুদোংথিবদা তারগদবা মতাংদা বাবানা মহাকপু কনবা চৎখি। মহাক্না নিলয়মদা মাগী অকোয়বদা লৈবা মীওই খরদ চাননা ফুখি; মদু মানা কোন্না শন্দোক্লা তাকখি মদুদি থৌদোক অদু হায়দরবাদ-তা হুবানবা খুৎপু অমা ফুগাইখিবনি হায়খি। মসু হায়দরবাদ-কি ভক্ত অদুনা হায়খিবদা মখোয় ময়ামদু খঙহৌদনা অব্রাবা অমনা মফম-মরাং খঙদনা কায়দুনা চেন্নখি।

খুঙ্গংগী মী অমা মচিন-মনাও পোখোক য়েন্নবদা খৎনবদগী ময়ুম থাদোক্তুনা পুত্তপার্তিদা লৈরগা য়াত্রিকশিংদগী নিরগা মপুক্সি লেল্লগে হায়না লাকখি। বাবানা মহাকপু অতোপ্পদা পোৎলুম ওইহনবগীদমক ব্রারকখি; মহাক্না খজিক্তং খাঙবা ঙল্লবা অমসুং নুংশিবা প্রেম লৈববদি মচিন মনাও শিংদুগা খুঙ্গং অদুদা অদুম লৈবা য়ারিবনি। বাবানা মঙোন্দা মাগী থৌজাল মতম পুম্নমক্তা পিগনি হাযনা থাজবা পিবিরগা ময়ুমদা অমুক হন্না থাখি। মসিদা মহাক মথব্রাই য়াম্না নুংঙাইতনা লৌখি মদুদি বাবানা মাবু তাম্থোক্লবনি খনখি; অদুনা অহিং অমদা বেল তালি মথক্তা ফৈগাক ফৈনা হিপতুনা ত্রেন্না তকখায়হল্লগা অব্রাবদু কোক্লবা মপুক্সি লোয়রগে খন্দুনা লৈখি।

অদুবু, বাবাগী থৌজালদি মফম শিন-থুংনা লৈ। মহাক্না থুনা য়াংনা নুপা অদুগী মনাক্তা চৎখি অমসুং মতমচানা মহাকপু বেল তালিদগী চিংথোকখি।

পুত্তপার্তিদা বাবাগী মনাক্তা লৈবা মীওইশিংনা বাবানা য়াম্না লুম্বা পোৎ অমা ইম্ঙোকপগী মওং উখি। বাবাগী ব্রাফম অদুবু অসুক পঙনা লান্না লৌখিবা খুঙ্গংগী নুপা অদু মতুংদা বাবানা ভাব তাহনবিখি। মহাক্লা হায়খি (মসি মতুংদা ইবিবা শ্রীকসত্যুবিদা মশানা হায়খিবনি ) বাবাগী মখুৎনা মহাকপু হিপলিবা মফম অদুদগী চিংথোকপগুম ফাওখি। অব্রাবা অমসুং অনুতাপকী ব্রাকলনা মপি ইবা চেল্লদুনা ময়ুমদা অমদি ময়াম্বগী মনাক্তা চৎলুদ্রিঙৈদা পুত্তপার্তিদা খুদক্তা হল্লকখি। নুপা অদুগী মমিং ভিমাইয়া কৌই। ভিমাইয়া-না ফাওবমগনি মদুদি ফাওববা স্তোত্রাদা ইবিবা ব্রাফর্মশিং অদু ঙসিগী শ্রীসত্য সাই বাবা হায়বা দত্তত্রেয়গী অবতাব অসিদা চপচানা ওইববে। ঙসি ফাওবদা ভক্তশিংনা ভিমাইযাদা কবিগী অদুগুম্বা অপঙবা থবক্লা বাবাবু হকচাং থাদোক্তুনা চৎহনবনো হংবা মতমদা ইকাযবনা মমায় লুকথদুনা লৈ অমসুং মসিগুম্বা থবক অসি অমুক হন্না তৌজববোই হায়খি।

বাবাসি দত্তত্রেয়গী অবতাবনি হায়বা ব্রাফম অসিদা ঐগী মকুপ অমগী থেংনখিবা থৌদোক অমগী মতাং অমা পন্নিংলে। মহাক ফিলোসোফিগী প্রোফেসাবনি। মহাক দত্তত্রেয উপাসক অমগা মবী লৈনবমই, উপাসক অদু গোনধাবলি ব্রহমা চৈতন্য মহাবাজগী সেবক ওইবমই অমসুং মহাক অহল অসিগী মখাদা তোঙান-তোঙানবা লাইবিক কযা তমখি। খোঙফম অমদা উপাসক অদুনা শ্রীসত্য সাই বাবাসি দত্তত্রেযগী অবতাবনি অদুনা পুত্তপার্তিদা চৎলগা মাগী আশির্ব্বাদ অমুক্তং লৌকচো হাযখি। "ঐহাক অহল য়াম্না ওইবে অদুনা খোঙচৎ অদু চৎপা ঙমলবোই" হাযখি। উপাশক অদুনা তঙাইফদনা চত্তবা যাদবনি হায়খি। মহাক পুত্তপার্তিদা লাকখি। বাবানা উননবা অহানবা হেক কৌশিনবমক্তদা "লাকও, খুকমজববো। মসি নঙগী দত্তত্রেযগী খুভমদুনি।" হায়খি। দত্তত্রেয অসি পুবানদদি "চপ মান্নবা মিকুপ অমগী মনুংদা মফম পুম্নমক্তা শিন-থুংবা ঙম্বা" হাযনা ব্রাংনা শি৲থানৈ, মসি মাগী ভক্তশিংনা মফম পুম্নমক্তগী হাযজবকপা নিজবকপা, পুম্নমক অদু পিবিনবা হোৎনবকপদগীনি।

বাবানা মাগী হকচাং থাদোকই অদুগা ভক্ত অদুগী সংসাবগী ওইবা পুন্সি লোয়বমদাইদা মনাক্তা লৈবিদুনা মাগী দর্শন পিনবি। নোংমগী নুমিদাংব্রাই অমা বাবানা মশা থাদোক্তুনা নুপা অমদা দর্শন পিবিনবা চৎখি। মহাক্লা মশাদা অমুক

হল্লকলবা মতুংদা নুপা অদুগী মমিং হায়দোকখি। ঐনা মঙোন্দা অসুম্না হায়বদা - "থৌদোক অসি মুদদানুর-দ থোকখিবনিনে", মহাক্না খুদক্তা য়াখিদে অমসুং হায়রকখি :"নত্তে, নত্তে, অনাবদো হারত-ফেল ওইবদগী শিখিবনি, মহাক অতোপ্পা মফম অমদা পুবনি, মহাক লম্বিদা শিবনি। মতুংদা অন্নাবা তাহৌরবা মপুরোইবা অদুদগী লাকখিবা চিঠিদা লৈকায়গী হোস্পিটালদা ওকসিজেন লৈতবদগী মাইল ২০লোম লাপ্পা সহরদা তেকসিদা পুবদা লমখাংদা তেকসি মনুংদা 'সাইরাম - সাইরাম' হায়রম্লগা শিখিবনি হায়না ইরকখি।

হোরসলি চীংদা লৈরিঙৈদা নুমিদাং অমা চাক চাফম হোলদা চঙবদা মহাক খোঙচৎ অমগীদমক্তা থৌরাং তৌবা, মানখি; অদুনা মথল্লতা মুরুম-মুরুম শোনখি : "হৌজিক মতম খজিক্তং লৈরি" অদুনা মাগী তেবললোমদা চংশিনখি। চাক চারিঙৈ মরক্তুদা শিগদৌরবা নুপা অদুদা দর্শন পিনবা হকচাং থাদোক্তুনা চৎখি। থা খরগী মমাংদা অসিগুম্বা থৌজালগী খোঙচৎ অমদা মহাক্না ঈশিং-ঈশিং হায়না হন্না হন্না কয়ারক লাউরকখি; অদুনা পুত্তপার্তিদা মাগী অকোয়বদা লৈবা ময়ামদুনা ঈশিং গ্লাস অমা পুরক্তুনা মচিনবান মনাক্তা থমখি। অদুবু, মাদি মদু করি অমতা খঙখিদে। মহাক্না মশাদা অমুক হল্লক্লবা মতুংদা কোয়না য়েংখি; ঈশিং গ্লাস অদু উবদা কনানা কবিগীদমক্তা মদুদা থম্লিবনো হংখি। মহাক্না হায়বদগী থম্বনি হায়রবদা, মানা মোমোন নোক্লগা হায়খি : "ঐনা করিগুম্বা মফম অমদা শিগদৌববা নুপা অমদা ঈশিং পিথক্লবা হায়রগা অসিদসু ঈশিং পুবকই"।

ঈশ্বরগী লম্বিশিং/থৌবমশিং অসিদি অঙকপা ঙাক্তনি। মসিনসু ওইবা য়াই বাবানা য়াম্না তোয়না হায়: "ঐগী থবকশিংসি খঙনবা হোৎনবদা নখোযগী মতম অমসুং শক্তি মাঙহনগনু। নশা মশক খঙউ, নশাগী মওং মতৌ কমদৌবনো হায়বসি হান্না খঙউ। মদুনা ঐগী মরমদসু খজিক্তং লঙলা-লংজিন ফংবা ঙমগনি।"

করিগুম্বা মফম অমদা মতেং পিরুনবা নত্রগা দর্শন পিনবগীদমক মশা থাদোক্তুনা চৎপগী দবকার ওইদে। করিগুম্বা মতমদা মথন্তা লেঙদনা তুমিন্না ফমই নত্রগা মমিত্তু মুন্না য়েংই, চুমদ্রিংনা য়েংই, অদুদগী ঐখোয়গী মবক্তা অমুক লৈবে। ঙাইহাক্তং য়েংলিঙৈদুদা মানা চৎকদবা খোঙচৎ, পিগদবা থৌজাল পুম্নমক লোয়খ্রে।

নোংমা ৱারি অমা সুম লীরকপদা মানুচক্রবর্তি হায়বা মন্ত্রি অমগী ৱারী অমা য়াওরকখি, মরক অদুদ বাবাদু সেকেন্দ ১০ রোম খঙলেপ লেপ্লগুম তৌখি অদুদগী অমুক ৱারি অদু মখা চৎথরকখি। তারিবা ময়ামদুগী মরক্তা পুক্লিং হেন্না চঙবা মীওই খরতমক থোকখিবা মওংদু খঙবা ঙমখি। তাঞ্জা অদুমক্তদা কনাগুম্বগা অমা বাবাগী কা মনুংদা চঙলকখি অমসুং বাবানা হংখি : "তেলেগ্রামদু ফংখিবরা?" মহাক অমা ফংখিবা মাল্লি! মরোল করি হায়বগে? প্রশাদতু কন্না অরুম হৌরে হায়বা নত্রদো? বাবানা হংখি। মহাক্না মদু হাংদোকখিদ্রি। বাবাদা অদুম পিশিনখি। বাবানা মদু শেগাইরগা য়েংবদা প্রশাদ-তু য়াম্না কন্না লাইহৌ হৌরে, দিগ্রি ১০৪ য়ৌখ্রে হায়বা খঙখি। অদুবু বাবান্না হায়খি "শুকবা ৱাগনু", ঐহাক মদুদা হৌজিক্তা চৎলুরবনি, অঙাংদো খুদোংথিররোই। প্রশাদতো হৌজিক্তা চংলকখিবা, মাইল ২৫০ লাপ্না লৈবা নুপা অদুগী য়ুমদা লৈবনি। (অইবদা হায়রকখিবনি)

মহৌশানা বাবাগী অসিগুম্বা য়াম্না অঙকপগী মশক ওইরবা থৌজাল পিনবা খোঙচৎ অসিগী ঈঙ্গিৎ শম্না অমতা ফংবা ঙম্মদে। মহাক্নগা ৱা ঙাঙন-ঙাঙন, ঈশে শক্ল-শক্ল, মশা চৎন-চৎনা কয়া অমা কনবি, ঙাকপি-শেনবি, লমজিংবি, হুকুম পি। ময়ামগা শুকমান মান্নদবা, তোপ-তোপ্পা, থোইদোক-হেন্দোকপা-থৌদোক অমা ঐনা নিংশিংই। বাবানা প্রশান্তি নিলয়মদা মাগী কাদা লৈরমই। কা অদুদা ঐখোয় ১২রোম লৈরমই; ফৈজোম জুরাশিংদু কাতিনা ময়ায়দা ককলমই, থুপচিল্লমই, মদু নবরাত্রিদা লায়রবশিংদা পিননবা শেম-শাবা হৌবনি। খঙহৌদনা বাবানা হংলকখি, 'পারতাসারতি! নঙনা ঐসি হৌজিক কাতি পায়দুনা কি কক্লগা নঙগা লৈমিন্নরি; সি নত্রা? নঙ খঙলব্রা? হৌজিক্তা ঐহাক মদ্রাস-তা নঙগী কুসা-দু য়েংবা চৎলুই। অঙাংদো দিপথেরিয়ানা নারে অদুনা ননাওনা মাবু হোস্পিটালদা পুখরে। ৱাগনু ঐগী নুংশিরবা মী; ঐনা মঙোন্দা দর্শন পিগ্রবনি, মহাক থুনা ফবগনি"। ঐখোয় পুম্নমক অসুম্না লাউথোরকপদুদা ঙকখিরমই অমসুং পারতসারতিনা বাবাগী মখোঙদা খুরুমজখি মরমদি বাবাগী অসিগুম্বা থৌজাল অমসুং শক্তি অদুনা মাবু থুমহংখিরমই।

বাবাগী তোপ-তোপ্পা ফাগি-গী ওইবা ৱাঙাংনা মাগী শক্তিশিং অসিবু "ঐগী ভিজিতিং কার্দ" হায়না হায়রি। হায়বগি অর্থদি মহাক্না অসিগুম্বা শক্তিশিং অসিগী

মতেংনা মশামকসি ঈশ্বরনি হায়না মীয়ামদা লাউরিবনি, ভক্ত ময়াম অমবু মতম অমতদা কনবিখিবা ঈশ্বর মশামক্তুনি হায়বসি লাউবিবনি। মহাক্কি থৌজালতনা, মহাক ঈশ্বরনি হায়না উৎপদা অখন্নরবা শক্তিশিং-গুণশিং অসি ঙাইহাক্কি ওইনা থোংনাওদা চেপথদুনা খঙনিংবদগী য়েংশিল্লকপা মীওই ফাওবদা পিবিবদা য়াবিরিবনি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসি মুন্দুনা লৌহৌনবা হোৎনবা হায়বসি ঐখোয়গী খুত্তা লৈরে অমসুং ইশা কনানো খঙজনবা শো অদু মঙোন্দগী লৌজনবা অমদি য়াম্না মতিক চাবা, মতাংচাবা তাঞ্জা হায়বদু ওইহলহৌনবা হোৎনবসি ঐখোয়গী খুত্তা লৈরে।

## দোলায় থৌবা মী ঃ (THE SARATHI)

জগৎকি মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মপান নায়দ্রবা মিনুংশিগী মনুংদা কুরুক্ষেত্রগী লানফম মনুংদা অর্জুনগী দোলায থৌবা য়াবিখি; ঈশ্বরনা মীগী দোলায থৌবা ওইবকখ্রে; ঈশ্বরনা মীগী থবক - থৌবম্‌শিংদা লমজিংবিখ্রে।

তৌফম থোকপা মথৌগী মতম ওইবক্লবা কান্দা আর্জুন্দো নুংশিবা হাযবা ব্রাখলনা ফাজিন্দুনা; যেৎশিন্দুনা লৈখি, "ঐগী হকচাং কায়াৎশিংসি হন্থখ্রে; ঐগী লৈসি কংশিনখ্রে; খুত্তগী লিকং তাখ্রে; ঐ লেপ্পা ঙম্লক্রে; ঐগী কোক অসি উকক লৈখ্রে।" মহাক কপলমই। শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু মশাগী মতিক-মগুণগা চানদনা শোন্থখিবা অমদি নুপা থোক্তবগীদমক চৈখিবমই। আর্জুনগী অফ-ফত্তগী ব্রাখল খনবা ঙম্বা শক্তি পুম্নমক্তু অব্রাবা ব্রাখলনা, মাযানা, নাপলনা, পঙবনা, ঐ অমসুং ঐগী হাযবা ব্রাখলসিনা খুদুম চনখিবমই। অদুদগীদি, পুম্নমক অসি খঙবা, উবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী নুংশিবগী মাযখুম অদু হাংদোকপিদুনা মায পাক্লা হিংনবা পুন্সিগী অবোনবশিং-সবনাগতিগী যোগা অমসুং অনাশক্তিগী যোগ-নচিংবা তম্বিখি।

শোক ১৯৫৮দা প্রশান্তি নিলযমদা হৌদোকখিবা থাগী চেফোং অদু বাবানা "সনাতন-সাবথি" কৌখিবসি যাম্না অর্থ লৈবা জাৎনি, মবমদি শ্রীকৃষ্ণগী মতৌগুম মহাকসু ঐখোযবু অব্রাবা অমসুং মাযা, নাপল অমসুং অপঙবা, অসিদগী কনবিনবা অমসুং পৃথিবীদা ধর্ম্ম অমুক হন্না লিংখৎনবা কুমথবকপনি। সাবথি হাযবা ব্রাহৈ অসি ঐখোযনা পুন্সিগী হিমায অসি অমুক্তং চুম্বিনবগী অহানবা খোঙথাং অদু লৌবদা মঙোন্দা হাযজববদি শোযদনা বাবানা লমজিংবিগনি হাযবগী থাজবা পিবা অদুনি। 'সনাতন' হায়বা ব্রাহৈ অসিনা ঐখোযদা লমজিংবগী থবক অসি জগৎ অসি হেক শেম্লকপা হৌবদগী বাবাগী মথৌ ওইবক্লি হাযবা নিংশিংহনবনি।

বাবানা আর্তিকল মঙাখক মথং মথং ওইনা ইবিখ্রে; মখোয় অদু প্রেমবাহিনি, ধ্যানবাহিনি, প্রশান্তি বাহিনি, জ্ঞানবাহিনি অমসুং সন্দেহনিবারিনি। খুৎইশিং অসি চমই, হকথেংননা ই, মীয়াম্না ঙাঙনবা তেলেগু মরোলদনি; মরম অদুনা কনাগুম্বা অমনা পাবা মতমদা মহাক্না লায়না উবা ঙমই মদুদি বাবা মশামক্তা য়াম্না নকুবা মীতাগুম ঙাঙবা অমদি পুক্লিং তৌগৎপিবগুম ফাওগনি। ব্রারেংশিং অদুগী মরক্তা ব্রাহং কয়ামকুম থেৎচিন্দুনা মহাক্না পারিবা মীদুদা থিন-থিন্দুনা মানা থেংনরিবা সমস্যা শিংদুগী মরমদা মশানা ব্রাখল খলহল্লি; মরক - মরক্তা য়াম্না মিনুংশিগী ব্রাহৈ শিজিন্নদুনা - ইবুংঙো/ইবেম্মা, বাবু, অববায়ি, সনা মতুম নচিংবা ব্রাহৈশিংসিনা মশা অসিবু ঐখোয়দা য়াম্না নকশিলহল্লি, মদুনা ঈশ্বরগী মায়কৈদা চৎলিবা লম্বি অদু করম্না চৎকদগে হায়বা লৌশিং জ্ঞান অদু পিননবনি।

বাবানা ইবিখ্রে :"লৌমিশিং অদুনা মখোয়না হুনজরিবা মরু-মরাং অদুনা নিংথিনা মতোল চোংদুনা, হৌদুনা ফজনা চাথোক পুথোক্রবদি মখোয় কয়াদা নিঙবা কায়গনি? মতৌ অসুম্না, ঐগী মরুশিং - অচুম্বগী ব্রাহৈশিং অসিনা নখোয়গী থম্মোয়দা মমি তাদুনা নিংথিনা হৌদ্রবদি, মপুংফাবা পাম্বি ওইদ্রবদি, মহৈ নিংথিনা য়ান্দ্রবদি ঐসু নুংঙাইরোই। মহৈ য়ানবগী নুংঙাইবা অদুনা ঐহাক হিংবনি, ঐগী চিনজাক্নি। নখোয়না ঐঙোন্দা তৌগদবা সেবা হায়ববু মদু খক্তনি। মসিদগী হেন্না চাউবা অতৈ সেবা অমা লৈত্রে। নখোয়গীদমক্তা ইখ্রবা ব্রাহৈশিং অমসুং অচুম্বসে, নখোয়না লংথোক্তনা থবক্তা শিজিন্নদুনা মদুদগী নুংঙাইবা ফংলবদি, মদুগী নুংঙাইবা অদু ঐনা হিংজরিবা চিনজাক অদুনি। নখোয়না অসুম্না ঐনা হায়রিবা ব্রাহৈশিংদু নুংতিগী থবকশিংদা শিজিন্নরবদি, ঐনা য়াম্না হরাওনা হেন্না হেন্না হায়খিগনি, মরমদি মদুগীদমক্তা ঐহাক লাকপনি"।

বাবানা য়াম্না তোয়না হায়খ্রে মদুদি মহাক্না মহিমা কয়া অমদি লীলা কয়া উত্তুনা মহাক ঈশ্বরনি হায়না ফোংদোক্লিবসে মহাক্না ঙাঙবদা তানিংনবা অমদি মাগী পাওতাকশিং অদু ইন্নিংনবগী দরকার লৈবা থাজবা অদুখক্তং মশাদা ফাওহনদুনা মখোয়গী আধ্যাত্মিক্কি পনথুং অদু ফংজনবনি। মহাক্না লাউথোকই মদুদি মসিগী পাওজেল অসি মঙোন্দগী খঙবগী অধিকার অসি মীপুম খুদিংমক্কি

লৈ, অদুনা কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা অকিবা অমসুং চিংনবা লৈতনা চংবা যাই। মঙোন্দগী লমজিং লৌজগে খনজবিবা ময়ামগী পুক্লিংদা লৈবিবা চিংনবা পুম্নমক্তু কোকহন্নিংবগী লৈবিবা লাংতক্লবা মখোষনা হেক পাম্লিবমখৈ উননবগী খুদোং চাবা পিদুনা লন্নায়গী ওইবা সাধনাগী অখন্নবা ৱাফমশিং নৈনগে খন্না লৈবিবা থৌবাংশিং অসি মাগী থৌজাল অমসুং মিনুংশি লৈবগী খুদম ঙাক্তনি। সনাতন সার্বথিগী লমায খবদং পাবদা মাগী শক্তি,, লৌশিং অমসুং থৌজাল পুম্নমক উবা ফংগনি। মহাক্না ঐখোযদা লুপা চামা তান্নবকপগা লুপা অমগী নত্রগা পৈশা তবাগী থৌশাদবা তৌগনু হাযনা ৱার্বনিং পিাব। "পোৎ মচা-মচাশিং অসি চেকশিল্লু; নহাক্না মিকুপ খুদিংদা থেংনবিবা পোৎমকুপ চামদুনা কর্নশিনখিদুনা নংগী লমচৎ শাজৎ ওইবকখি। মখোয অদুনা জ্ঞানগী মওং তাহল্লি, মিৎযেং, ফিদম অমসুং অনিংবা আশা কযাগী মওং তাহল্লি। নঙোন্দা ফাওবকপা ফত্তবা ৱাখলশিং অদু নশাদা মমি তাদ্রিঙৈদা শীঙনদুনা তাম্ভোকখো, নহাক্না তশেংনা থৱায যাওনা হোৎনববদি নহাক শোযদনা জয ওইগনি। নহাক্কি দোষশিং অদু কনাগুম্বনা পুথোবক্লবদি যেৎকনু অমসুং মাগীদু লাল্লি হাযনা প্রমান তৌনবা হোৎনগনু অমসুং মদুগীদমক মঙোন্দা মলোম থমগনু। নশানথন্তা খল্লু, নঙগী লমচত্তু নথন্তা ইংনা পবিক্ষা তৌজৌ, অমসুং থাগৎপগা লোযননা মদু চুমথোক্লবা হোৎনৌ . । কনাগুম্বা অমনা নথৱাই নুংঙাইহন্দ্রবদি, শাওগনু; শাওবা হাযবসি অচুম-অবান পুথোক্লবগী অহানবা যেক্লবনি, অচিকপা মফম অমদা ফন্নগা ঈশ্ববগী মিংখৈ শোল্লু নত্রগা নখোল হৌনা ভজন ঈশৈ শকঊ নত্রগা আন অদু ঙমদ্রবাদ ঙাইহাক্তুং তুমথোকউ" "নশানা থে°· ফবতনা ন ঙগীদি খ্বাইদগী ফববা অচুম্বগী দাযিত্বনি। অতোপ্পনা থেংনবগী বাফম হাযবগা মদুদা হেক্তা চৎকনু, নশানা থেংনজবা হাযবসিদগী হেন্না চুম্বা/শেংবা লৈত্রবনি। থৌনা, থাজবা, আশা অমসুং হৈনিংবা লৈযু। মসিনা অতে - অতৈ হিবম কযাদ অমদি আধ্যাত্মিক্কি খোঙজংদা কান্নবা থান্ন 'প 'ন"। ' . হাযবা মফম পুন্নমক্তা অৱাবা অমসুং খুদোংথিবদা তাবে; অৱাবসি অমুক হেনগৎহনবসি চুমগদ্রনে? হান্ননা সমুদ্র অসি খুদোংথিদুনা লৈবে, মসিদা কমদৌনা নঙনা অমুক অকনবানোংলৈ-নুংশিৎ অমা অমুক হাপচিনগদৌবিবনো? মাযথোঙ খুদিংমক্তা মোমোন মিনোক শন্দোকপা তমউ। নহাক্কি অৱাবগী বাবি অমসুং তেংথাখোল অদুনা কবিগীদমক অমুক সংসাব অসি

হেন্না ৱাহনগদৌরিবনো?''... ''নশাগী অৱাবদু পোৎথানবা মিংখৈরোল শোনবা অমসুং ধ্যান তৌনবা হোৎনৌ; নঙগী অৱাবদু জয় তৌথোকউ অদুগা মী অতৈদা মদুনা ফিদম অমা ওইহল্লু।''... মসিগুম্না ৱাঙাংশিং অসি পিবিবা পাওতাকশিংগী মনুংদা খরনি, মসি মানা ঐখোয়বু নুংশিবিবদগী পিবিবনি।

ইশাদগী ফত্তবা ৱাখল, হৈনবি কযা লৌথোক্লুনা অফবা লমচৎ শাগৎপা হায়বসিদি সাধনাগী খোঙজংদা চুম্না যুমফম থোনবা হৌবতনি। অদুনা বাবানা মাগী পান্দমগী মপুং ওইবা শককসি ধ্যান তৌবদা, মিংখৈ শোনবদা, অমদি লাইশোল শোনবদা শাফু পিবমই। চাউবাক্লা থা ১৩বোমদি বাবাসি অইবাশিংদু ধ্যান তৌবা অমসুং মসিগী থাদোক্লবা যাদ্রবা খোঙজংশিং হাযবদি কাযাৎ শেমদোক্লবা থৌবমশিং অদুদা মপুং ওইনা ইবমই। ''নঙগী নপাক্লং অদু পুবা নঙনা খুদুম চন্দ্রি ফাওবা ধ্যান তৌ। পুক্লিং অদুনা কোইচেন-চেনবা হৌবক্লবা মতমদা চেকশিল্লু, মাগী মতুং ইনগনু, দন্দি পিযু। ইংনা লৈযু, মাবু তান্নগনু। অদুদগীদি মা ৱাবগা চোকথদুনা মথন্নতা হনজবক্কনি, মবমদি মাবু নঙনা থৌশাবিদবদগীনি। পুক্লিং অসিদি পিক্লিবা অঙাং অমগুম্মনি, মমানা মতুংদা চৎলগা কৌবদা মচা অদুনা হেন্না হৈনিংনা খব অমুক্কা চৎপগুম্মনি; অদবু মমা অদুনা তুমিন্না লেপতুনা লৈথোক্লবদি মচা অদনা কিবক্কনি অদুগা মমাবোমদা মথন্তা চেনশিল্লক্কনি। অদুনা পুক্লিংদা মখল-মথেল ফাওবকপা ৱাখলশিংদু থৌ বা শাকনু। নঙনা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা মওংদা মিংখৈ শোনবা অমদি ধ্যান তৌবদু অদুম চৎথৌ। নঙনা নথবাইনা পামজবিবদু ফংগনি...''।

ঐখোযগী যুগ অসিগী দক্ষিনামুর্তি অনিনা ইবকপা আর্তিকলশংদা আসংঙ্খ্য মীগী পুক্লিং ফাজিনবা থেমজিনবা অমদি তৌগৎপিনা পাঙাংসি ওন্থোক্লা মনা কায়না য়াওখ্রে। মরমদি, মানা হায : ''মমাংগী যুগশিংদাদ মাবু ওৎপা, নৈহৎপা ঙম্বা মীওই কর নত্রগা কাংলুপ খবতমক লৈবমই, মদুনা ধর্ম্মগী লৈখা তাবক্লবগী মরম ওইবমই; অদুনা মমাংগী অবতারশিংনা মীওই খব নত্রগা কাংলুপ অদুতবু ভাওহল্লগা ধর্ম্মসি নৌনা অমুক হিংগৎহনবা ঙমলমই। অদুবু, ঙর্সিদি হিংচাবগী কৈদা অসি পৃথিবীর পুম্বগী ৱাখললোন ওইবে, মরম অদুনা মসিগী অবতার অসিনা মীওইবা পুম্নমক্কী লমচৎ শাজত্তা, মিৎযেংদা, ৱাকলদা অহোংবা অমা

পুবক্লবা নিয়ম খবদি তম্বিবা তাবি। জগৎ অসিদা লৈবিবা পুম্নমকসি মপু মাগী শকলোন ঙাক্তনি, মপু মানা হৌফম্নি, মচাক-মথুম পুম্নমকসু মঙোন্দগীনি হায়না ভাব তাহনবসি মীওই খুদিংমক্কি, জাতি-খুদিংমক্কি, কাংলুপ, খুদিংমক্কি চপ মানবা অধিকাবনি। ঙসিগী য়ুগ অসিগী মীবোল নখোয়দি তশেংনা নবাযবক ফববনি, মবমদি ঈশ্ববগী অবতাব অদুগা নখোযগা হকথেংনবা ফংলিবা অমদি মহাক্না পিগে খল্লিবা লমজিং পাওতাকশিং নশানা পংজনবগী খুদোংচাবা ফংলবনি।"

মশাগী মিংচৎ খব ফংনবা হোৎনবদা চৎফম থোকপা ফিদম থাদোক্লিবা ওজাশিং অমসুং গুরুশিংবু বাবানা কন্না-কন্না মখোযগী মাযোক্তা ইবি; মবমদি অবতাব অসিগী থৌবম কযাগী মনুংদা মখোষবু চুমথোকপা হাযবসিসু অমনি। মহাক্না শেংলবা ঈশ্ববগী মিংদা নাকপাক তানবা অসি নিন্দা তৌই। ঈশ্ববদি অশাওবা লৈ নত্রগা কল্লক-মিহৌ চাউই হাযববদি মহাক্তি যাবোই। "ঈশ্ববু মীহৌগনবগুম, শেন্দোং পাম্বগুম নত্রগা, শাওগনবগুম, কল্লক চাউবগুম নত্রগা লমন খুমগনবগুম হাযববদি মদুদা যাকগনু। মহাক্তি অসিগুম্বা মচা-মশু পুম্নমক অসিগী মথক্তা লৈখ্রবনি। মহাক্তি প্রেম-নি, থৌজাল হৈবনি, শান্তি লৈবনি। অমৃত যাওবা চফু অমা নুংনা থুগাইববদি অমৃত চেম্বক্কনি; অদুবু অমৃতদু অখাবা ওল্লকপবা? নত্তে, মদুনা মাগী অথুম্বদু খক হোংদোকপা ঙমলোই।" বাবাগীদি নুংশিনবগী পাওজেলনি। "পুম্নমক শিন-থুংনা লৈবা, পুমশুপ শুপ্পা ঈশ্বব অমগী মবমদা শন্দোক্না তাকপা হাযবসি ঙাঙলিবা মীশক অদুগা মওং-মতৌ, অমসুং মিৎযেং অদুগা তাবিবা কাংবু অদুগী লৌশিনবা ঙম্বগী থাক অদুগী মখা পোনগনি। কবিগুম্বা মগুণ খবগা লোযননা হাযবকপা তাববদি মমিং কযা, মওং কযা যাওবকই; অদুগা সাধক অদুনা মহাক্তি মীওইবগী ব্রাখলনা লৌবা-যৌবা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈখ্রবনি হাযবা ভাব-তাবা ঙল্লবদি মদুবু ব্রাহ্মন হাযনা হাযনবে"। মবম অদুনা কাংলুপ অমগা অমগা খৎনবিবা পুম্নমক অসি কবিশু লৈতবা, মচেৎ মকাযগী ওইবা কোক মচা খবগী পঙতৌ তৌবনি হাযনা বাবানা হায়।

বাবানা সন্যাসি শিং অসিবুসু মখোযনা অপাম্বা থাদোক্লবদি, আশ্রম শেমগৎপগী অপাম্বা ফাওবা থাদোক্লবদি মখোযসু ব্যবহাব তৌবিগদবনি হাযখি। আশ্রমদা ফাজিন্দুনা লৈবা হাযবসিমক মখোয়গীদি পোৎলুম অমনি; মন্নী পুম্নমক

লোয়না থাদোকপগী মহুত্তা অসিগুম্বা গুরুশিং অসিনা হেন্না সংসাবগী থৌবমশিংদা লুপশিন্দুনা লৈবে; মখোয় মশানা শাগী থাক্তা হন্থহনজবে; সনাতন ধর্ম্মদা অমদি সন্যাসি-শিং অসিদা মীযাম্মা থাজনবা ব্রাৎনবক্লে, মবমদি, মসি মখোযনা মিংচৎ খবগীদমক সমাজদা তত্তনা শাফু পিশিনবদগীনি। অসিগুম্বা গুরুশিং অসিনা সেবক কযামরুম তম্বিবি অদুনা মখোযনা ছাত্রশিং অসিনা অচুম্বা মিৎযেং য়েংহন্নবা অখন্ননা হোৎনগদমনি অমসুং মপুং ফানা ঈশ্বরগী ব্রাখলদা লুপহনগদবনি।

বাবানা গুরুশিংদা মখোযনা ফংফম থোকপা থাক্তগী হেন্না ব্রাংনা লৈহন্দনবসু হাযখি। গুরু অমবু নঙগী লম্বি তাকপিবগী, নঙগী চাউখৎলকপা যেংশিনবিবগী অমসুং নঙগী যাইফনবতা খনবিবগী ব্যবহাব তৌ, মদুনা লোযবে। মহাক্লা পুমলোয লোযবে, পুমঙম-ঙম্বনি হাযনা লৌগনু। ঈশ্বব খক্তনা পুম্নমক্তু ঙম্বনি হাযনা লৌগদবনি।

বাবানা মতম পুম্নমক্তা যাইমবপ্লা থবক্তা কন্না তাকপি। মহাক্লা ঐখোয পুম্নমক হেক্তা লাই নিংলগদবনি হাযদে। মহাক্লা হকচাং অসি ঈশ্ববনা পিবা পাম্বৈ অমনি হাযবি। "মদুখক্তা মুন্না ভাব, তাও", নহাক্কি অনিংবদু ইলহল্লু, মানা হাযবদা খক যাগনু অমসুং মাগী মচিং নাযবা অপাম্বদা যাগনু; নহাক্কি যাইফনবা থবক্তা শিজিন্নবা যানবা শেমগৎলু"; "শোর্কচিল্লকপগী নত্রগা পুমথবকপগী অহানবা খুদম লাকপদা শেন্নদুনা লৈযু। মসি নিংথিনা মতিকচানা থমউ, নিযম নাযবা থবক তৌদুনা।" "যাইমবপ চানা, তুম্বা, পুম্নমক্তা নুংশিহৈবগী মিৎযেং, অব্রা অনাগী মতমদা খাঙবা কনবগী মিৎযেং, অমসুং মায-পাকপা-মার্যাথবা মতমদা লৈবা অকা অকুম লৈতবা মাযথোং পুম্নমক অসিনা হিদাক্তগী হেন্না কান্নববা হকচাং লাযেংনবা পাম্বৈনি। হকচাংগী লাযেংবা ফাওবদা অচুম-অবান পত্রগা অফ-ফত্তগী ব্রাখল শিলিন্নবা ঙম্লর্বাদ মদুনা লাযনা কোকহনবদা মতেং ওইগনি। হেন্না থব্রাই যাওশিনবা সাধকশিংনা চবা হেলহন্দুনা হকচাংদা অব্রাবা পিবশিংবুসু অমদি অহাও-অহাওবদা চাগনবা হাযবদি চাবদা কবাম্বা কাংবুবুসু অনিমক্তা যানিংদবা উৎলি।

যুম্বানবগী পুন্সিবু নিন্দা তৌবগী মহুত্ত পুন্সি অদুবু বাবানা 'গুরু' কৌই, মরমদি যুম্বানবগী পুন্সিদা লৈরগা থেংনরকপা অৱা-অনা ময়াম অদুনা আত্মা অসিগী খর হেন্না ৱাংবা পুন্সি অমগী মরমদা অপাম্বা ৱাখল পোকহল্লকই। মহাক্না হায় মদুদি অৱাবা খুদোংথিবা ময়াম অসি নঙলমদ্রবদি অয়াম্বনা মঙোন্দা লাকলমলোই; অদুবু লাকখ্রবনিনা অমসুং মাবু খঙখ্রবনিনা হৌজিক্তি মখোয় ঈশ্বরদা থাজখ্রে, মখোয়গী অৱা-অনাদু কোকখিবরা নত্রগা কোকখিদবরা। মখোয়না অৱা-অনাশিং অসিদা হান্না কন্না খল্লম্বা ৱাখলশিংদো খনফম থোক্তবনি হায়বসি মখোয় সুম - সুম মশাদা ফাওবা হৌরক্লে; মখোয়না হেন্না থৌনা ফনা, থাজনা অমদি ভাব-তানা মায়োক্লবা হৌরে। মহাক্না ইখ্রে মদুদি চু-না ককথৎপা খাঙগদবনি, মরমদি অৱাবা খুদোংচাদবাশিং অসি থেংনদনা মহি অদু কংশিন্দুনা অথুম্বা চিনি ওইরকপা ঙমদে। মতৌ অসুম্না মীওইবসু অৱা-অনা, খুদোংথিবা কয়াসি থেংনগদবনি, খাঙগদবনি; মরমদি মদুতনা নুংগী আত্মা অসিগী ফজবা, অথুম্বা মগুনদু খঙগনি। 'নঙনা লৈতেং অমা পামই, সনাসাবদা চৎলি, মদু শাবদা চংগদবা সনা পি। অদুবু সনা অদু মৈদা শাহনবা, ককপা, ফুদোকপা, চিংথোকপা, য়েকপা, হকপা তৌরিবা পুম্নমক অদু অহিং তুমদনা ঙাইদুনা লৈব্রা? অদু ওইরবদি ঈশ্বর অদুনা নঙোন্দগী ফজরবা মণিগী লৈতেং অমা শানবা হোৎনবদা শাহনবা, শৌদোকপা, ককপা, হকপা তৌদুনা নঙোন্দা লৈবা ফত্তবা ময়ামদু তানথোক্লবা অৱা-অনাগী খাং মথক্তা থাঙ্গৎপা মতমদা করিগী ৱারিবনো'?

বাবাদি হিদাক শিজিন্নদনা অৱা-অনা কোকহনবা ঙম্বা অচৌবা মাযবা অমনি, তুকথববা থম্মোয়বু ময়োল চোংহনবা ঙম্বা, হিংগৎহনবা ঙম্বা তোপ-তোপ্পা মায়বনি। মহাক্তি অচুম্বতা পামই, মবমদি ওইদবা হায়বদি পাঙদবদা যুমফম ওই অমসুং নহাক্না অচুম্বদু মী অমদগী লোৎশিল্লি মরমদি মদু নহাক্না মাবু কিবদগীনি নত্রগা তুক্কচবদগীনি। অচুম্বা হায়বসি অকনবদা যুমফম ওই। বাবাগী মতুংইন্না, মী অমনা মহাক শোাল্ল হায়বসি হায়ফম থোক্তবনি। বাবানা মী অমতদা "মহাক পাপনি, পাপ্তগী পোকপনি, পাপচেল্লবা থৱাইনি" হায়বসি হায়হন্দে। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা মশাগী অনুতাপনা মতোমতা চৈজরবদি বাবানা খুদক্তা মাবু চিংখৎপি। মহাক্ল হায় : "ঐনা নখোয়গীদমক লাক্লগা, নখোয়না অসুম্না খক খল্লোয়দবনি"।

বাবানা হায, অশোনবনা পাপনি, অকনবনা অফবনি। হকচাংগী, পুক্লিংগী অমসুং আত্মাগী পাঙ্গল কনবা হাযবসি তঙাইফদনা চংদবা যাদবা ঙাক্তনি, অদুবু অহুম অসিগী পাঙ্গল কন্নবগী খ্বাইদগী চাউবা লাকফমদি মশাবু থাজজবনি, মশাদা যাওবিবা পবমাতমা অদুদা থাজবদুনি। ''মদু নিংশিংউ, অদুগা মদুদগী পাঙ্গল ফংনবা হোৎনৌ। ঐগী পান্দমদি নশাদা থাজবা, পোকহনবা অদুনি, মদুদগী থোবকপা পাঙ্গল - বালম্ অদু পিবদুবুনি'। নিংহন্নবকপা হাযবসিনা, বাবানা তাকপিবগুম, চাউথবকপগী মকওইবা মবম্নি, অদুনা, মীপুম খুদিংনা হবাও-নুংঙাইবগী ব্রাখল পোক্লবা হোৎনগদবনি। মবমদি পেন্থোক্লা হিংবা পুন্সিদি মতম শাংনা শান্নবা হবাও-কুম্মৈগুম্বনি'। ''মীহৌবনা মকদা চাথোকই, হকচাংগী কয়াৎ খুদিংদা হুগী মতৌগুম শন্দোকখি। নুংঙাইবা অমসুং অব্রাবা পুম্নমক ঈশ্বরদা কথোকউ;মদু পেন্থোকপা ফংনবগী মকওইবা লম্বিনি, লন পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না মক ওইবনি।''

বাবানা মাগী ভক্তশিংদা সেবাগী বাখল অমা কন্না ফাওহল্লি, অদুনা দশবাগী মতমদা নোংমদি মহৌশানা সমাজ সেবাগীদমক কাইথোকই, মসি কবম্না শিজিন্নগদগে অমসুং কবম্না পুজা তৌবগী মওংদা পাঙথোক্কদগে হাযবগীদমক কাইথোকপনি। মহাক্লা ইবি অমসুং ঙাঙই মদুদি অতোপ্পগী মতেং তৌবা হাযবদি মা মতোমতদা মতেং তৌজবা হাযবনি, অদুগা অতোপ্পদা হিংশা কৌবা হায়বসি মশাদা হিংশা তৌশিনজবা হাযবনি। ''ঈশ্বর মশামক মাওইবগী শক্তমদা, মীওইবগী সেবাগীদমক লাক্লবদা মীওইবনা মাগী সেবা তৌববদি মহাক্ত কযাম নুংঙাইবমগনি?'' মহাক্লা হংই। ''পৃথিবীগী সেবাগীদমক নহাক্ক মতম খর কাইদোকউ, ফলগীদমক খল্লুগনু''। অদুবু সেবা তৌগে খাল্লনা সাধক অদুনা কবম্না মিৎযেংদ, ব্রাখল্লোন্দ সেবা অদু তৌগে খল্লিবনো হাযবসিদা নাবদি যাম্না চেকশিল্লি। ''মীওইবা জাতিগী সেবা তৌবসি অফবা ওইববসু, মদু ঈশ্বরগী সেবানি হায়না খন্দ্রবা, মীপুম খুদিংদা ঈশ্বর অদু যাওবি খন্দ্রবা, ঈশ্বর অদু লাক্লিবা মী অদুমক্তি খন্দ্রবা, অদু ওইববদি সেবগী কান্নবা কবি অমতা লৈবোই। মী হাযবসি ঈশ্বরনি হায়বসিদা চপচানা থাজবা লৈগদবনি অদুনা সেবা অদু ঈশ্বরবু অকাওবা

লৈহন্দনা, তত্তনা নিংশিংজদুন সেবা অদু তৌগদবনি।" "ঈশ্বরনা নঙোন্দা হান্ননা পিখ্রবা শক্তি, লৌশিং অমসুং থাক অদু পুক্লিং চংনা, থবেকনদনা, ঈশ্বরগী মতিক মগুণ হেনগৎহন্নবা মওংদা শিজিন্নৌ। মদুনি ঈশ্বরগী সেবা হাযবদো। ওইনিংবা জগা অমা ওইসনু, ওইনিংবা থবক অমা ওইসনু, নহাকপু তৌ হাযনা কৌবিবা অদুদা অসুম্না তৌগদবনি।

যাম্না তোযনা বাবানা মার্গী পা ওজেল অমা মপুংফানা ব্রাখল খন্থনবা, থিজিন্নবা মতাংদা চৎথৈ; মদু জ্ঞান তাদনা, ভাব-মেন তাদনা, মবমচাই-চাদে খঙদনা হেক্তা থাজবা থম্বগী মাযোক্তনি। "নখোযনা ঐঙোন্দ চিংনবা লৈতনা হংনিংবা ব্রাহং অমা হেক্তা হংবা যাই। ঐ মতম পুম্নমক্তা পাওখুম পিনবা থৌবাং তৌদুনা লৈ; যাম্না পুক্লিং চংবা, খঙদবা য়াদবনি হাযবা ব্রাখলগা লোযননা হংবা মীতাদবু পামবনি"। নিংথিনা নৈনদুনা যেংদনা, মবম চাই-চাদে খন্থদনা পোৎশক অমগী চপচাবা মমল খঙবা ঙমলোই অমসুং থাদোকপা হাযবদু শুকঙম ঙমলোই। কবিগুম্বা মতমদসু নশামক্লা তৌবিবা থবক অদু ফাওবদা চুম্লিব্রা-চুমদ্রব্রা হাযবসিসু থিজিনফম থোকই, মবমদি নঙনা খল্লিবা , তৌবিবা অদুনা মফবে হাযদুনা নশাবু নমথাক তৌখিবা যাই, অদুগা থবক অদুমক্তি অতোপ্পা মীচং-মীখায নাযদবা মী অমনদি খুদক্তা ফত্রে, লাল্লে হাযবকপসু যাই।" মমাংথক্তা শ্রীকৃষ্ণনা হাযখিবগুম মহাকসু মীযামদা হায : "অফ-ফত্ত খল্লু; নশানা থেংনখিবদা কমদৌখিবগে হাযবদুসু খল্লু, অদুদগী নঙগী বিচাবদু লাকউ; অতোপ্পনা হায হাযদুনা হেক্তা চৎখিনু, ঐমক্লা হাযদুনসু"। "অবান খুভমগী থোঙ্গালদা শন্ত্রি অহুম লৈবনি," বাবানা হাযবি, মখোযনা নঙগী বেকোর্দশিং অদু চুমলবতদা মনুংদা চংহনগনি। মখোয অদু সন্তোষ (Santhosha), শান্তি অমসুং বিচাব-নি। শন্ত্রি অহুমদুগী মনুংদা অমনা যাখ্রবসু অতৈদুদি যাম্না চুম্না যেংগনি, যাম্না চেকশিনগনি। অদুনা নশাদা পক্লনবা, হায়বদি পেন্থোকপা ঙমনবা, শান্তি লৈনবা অর্মদি খন্থবা ঙম্নবা কন্না হোৎনৌ। মুন্না খন্থববদি অহুম অসি অমগা অমগা মবী লৈনবা ঙাক্তনি"। বিচাবা অসিনা অনুভাবাগী মনুংদা থৌশিললক্লবদি শান্তি ওইবে, হায়বদি অপনবা লৈত্রবা

অপেনবা হায়বদু ওইরে হায়বদি আনন্দ ওইরে। "নহাক্না চৎথনিংবা সাধনা খরগী মরমদা হংউ নত্রগা নঙনা খুদক্তা থবক্তা চৎথবা ঙমগনি খনবা পাওতাক খরগী মরমদা হংউ। ঙাইহাক্তং লৈমিন্নবসিগী নঙোন্দা কান্নবা য়াবা খরদং থিয়ু", মসিনি বাবানা ঐখোয়দগী পামলিবসি।

বাবাদগী খোরক্লিবা হুকুমশিং অসিগী তপথবা য়াবোইদবা ৱাফম অমা য়াওরি, মরমদি মহাক্না হায় মদুদি সাধনাগী লম্বিদা চংসিন্নবা মতম অদু 'হৌজিক্কি'। "হয়েংদগী হৌগদবা সাধনা অদু ঙসি হৌ। ঙসিদগী হৌগদবা সাধনা অদু হৌজিক্তগী হৌ"। অঙাং অমনা হয়েং অহল ওইবক্লগা আবট অমসুং সাইন্স অনিমক্তা হৈননবা ঙন্তানা তম্বা হৌবগুম আধ্যামিক্কি অঙাং অমনা খুদক্তা তম্বা হৌগদবনি অদুগা নৈনদুনতা লৈগদবনি। কনা অমতনা অহল - ওইবগা নত্রগা শিরমদাই য়ৌরগা অ:আ: তম্বা হৈবা হৌনদে। "সেকেন্দ খুদিংদা পুক্সি অসি তেনশিল্লিবনি; চৎথ্রবা মীকুপতো, নঙগী ওইদ্রে, লাক্কদবা মীকুপ্তুসু নঙগী ওইদবা যাই; অদুনা হোৎনফম থোকপা পুন্নমক হৌজিক হৌবো, মিকুপ অসিমক্তা হৌবো, মদু লেঙদ্রবা নুংঙাইবা ফংনবনি।"

লেঙদ্রবা নুংঙাইবা অসি ফংনবা উপাইশিংগী মনুংদা বাবানা মিংখৈরোল শোনবা অসিনা অহানবনি হাযরি; মহাক্না ষোগগী পথাপ অহুম অমসুং ফিলোসোফিগী পথাব অহুম লৈ হায়না ইবগসু। নাক তাবা পুন্নমক লোয়শিন্নবা বাবা লাক্লে অদুনা অসিগুম্বা ৱাখল্লোনশিং অসি অমতা ওইনবা মানা কন্না শাফু পিরি। "কর্ম্ম, জ্ঞান, ভক্তি অহুমসি তোঙানবনি হাযবসি ঐ হাযববোই নত্রগা মখোয়বু ১বা, ২শুবা, ৩শুবা হায়নসু লৌরবোই নত্রগা অহুম অসি অপুনবনি ফাওবা হায়ররোই। কর্ম্ম হায়বসি ভক্তিনি; ভক্তি হাযবসি জ্ঞাননি। হলৱা মতুম অমগী অথুম্বা, মওং অমসুং অরুম্বা লৈ- অহুমমক লৈ। মতৌ অসুম্না ঈশ্বরগী মায়ৈগেদা চঙলিবা খোঙজং খুদিংমক ভক্তিগী অথুম্বা, কর্ম্মগী মওং, অমসুং জ্ঞানগী অরুম্বা লৈগদবনি। "জ্ঞান হায়বসি ভক্তিদগী ফংবনি, ভক্তি হাযবসিদি কর্ম্মদগী থোকহল্লি, খ্বাইদগী লেম্বা কর্ম্মদি - ঈশ্বরগী মিংখৈরোল শোনবা, জপ তৌবা, ধ্যান তৌবা"। "য়াম্না কনশিনবা অমসুং মস্তিক্রদবা ভক্তিদগী সালোকামুক্তি ফংই,

সালোক্যমুক্তিদগী সামিপ্য মুক্তি ফংই, সামিপ্যমুক্তিদগী সরুপ্য মুক্তি ফংই। মসি ভক্তি শাস্ত্রগী অরোইবা ফলনি। অদুবু অদ্বাইত সিদধান্ত-নদি মসিনা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কি হায়বসি য়ারোই। মরমদি মহাক অদু সারুপৎ হায়বসি ইবুংঙোগা রুপ মান্নে হায়বনি, ইবুংঙোদি স্রিস্তি. স্তিতি অমসুং লায়া লৈ - হায়বদি শেম্বা, য়োকপা, মাঙহনবা ঙমই, অদুগুম্না ভক্ত অদুগীদি লৈতে, লৈ হায়বা য়াবা ঙমলোই, মখোয় অনি রুপ মান্নরবসু। খেন্নবা পুম্নমক লৈত্রবা মতমদতনি অনি অসি অমতনি হায়গদবদি; মসিবুনি সাযুজ্য ওইবা হায়রিবসি। মসিদি ঈশ্বরগী থৌজালতনা ওইবা ঙমই; হোৎনজবগী ফল ওইনা ফংদবা য়াদে হায়বা য়াদে। "ঈশ্বরনা ভক্ত অদুদা ব্রহ্ম জ্ঞান অসি পিবিবা, ফংহনবিবা য়াই। মরমদি পুরুশোতমা অমসুং প্রকৃতি অনি অসি তোঙানবা পোৎশক অনি নত্তে, মহাক মশামক্লা কুপশিল্লিবা মায়খুম অদু হাংদোকপিবা য়াই।" "পোৎশক অমগা মাগী মগুণ অদুগা অনিদু অমতনি, তোঙানবা পোৎ অনি নত্তে। মগুণ অদুবু পোৎশক অদুদগী তোঙান্না উবা ঙমব্রা? - চিনিদগী অথুম্বা, নুমিত্তগী মঙাল? মতৌ অসুম্না ভগবানগীসু মগুণ অনি লৈ; ঐখোয়না অনি হায়বা তারবদি মদু পুরুষ অমসুং প্রকৃতি নি, অদুবু মখোয়দি অমতনি। ভগবান্দা য়াওরিবা প্রকৃতি অদুদি ফোঙদোক্তবনি, খাইদোকপা য়াদবনি, শাথেংনরগতা খঙবা ঙমগদবনি, চিনিদা অথুম্বা য়াওবগুম্না হায়ফেত্তুং নিঙবতদা, প্রকৃতি অসিনা ভগবানবু কুপশিল্লি, মদুগী ফল অদুনি জগৎ অসি । অদুগুম্বা অমদো মদুনা জগৎকী অমসুং নায়তোম অদুগী হৌরকফম্নি, অপুনবদুনি, লোয়ননা তোঙানবা শরুক ওইরবোই নিংবদুনি। অসিগুম্বা শক ফোঙলবা অপুনবা জগৎ অসি অদুগুম্বা শক-উখোক্তবা, খাইদোকপা য়াদ্রবা অদুদগী হৌরকপনি, অদুবু অপুনবা অদুদি ময়েং তাদনা অদুম পুর্ন ওইদুনা লৈ"।

বাবানা ফিলোসোফিগী খ্বাইদগী লুরবা ৱাফম কয়া লায়না খঙবা ঙম্বা মওংদা ফোংদোকপি অদুনা তারীবা মী নত্রগা পারিবা মী অদুনা খুদক্তা ভাব তাবা ঙমই। (পুং অমা ঙাঙখিবা ৱাফমদু প্রমান্না, ৱাঙাংনা, ৱারিনা, তেনশিন্না তাকলকপা মতমদা) শম্না হায়রবদা, মহাক্লা লক্লিবসে নঙগীদমক্তনি, ঐগীদমক্তনি, ঐখোয় পুম্নমক নিয়ম নায়বা সাধক ওইহন্নবা মরমদি মানা হায় - "পৃথিবী অসে অসিগুম্বা মীতাশিং, অসিগী মতেংনা চাউখৎপা অমসুং শান্তি ফংবা ঙমগনি, থম্মোয় শেংলবা

মীতাশিং, পুক্লিংদা ঐগী - মাগী খন্দ্রবশিং, অপাম্বা, মীহৌবা, কল্লকপা, অশাওবা লৈত্রবা মীতাশিং"। মাগী থৌজাল পির্নবিদুনা লাইবক ফরবা মীতাশিং ওইহনবিবসনু মদুনা অদুগুম্বা নিয়ম নাইরবা আত্মাশিং (Disciplined Souls) অদুগী মবক্তা ঐখোয়সু তিনজবা ঙম্লবা।

## খোঙজং হৌখে ঃ (THE MISSION BEGUN)

শোক ১৯৬০গী দশরা পালনদা বাবানা পিখিবা থম্মোয় থুক-থুক লাউবা, মাগী মরমদা অমদি মানা পাঙথোক্কদবা পান্দমগী মরমদা পিবা পাওজেলদা য়াওখিবা ব্রাফম অদু তাহৌবা, অদুদা তিনখিবা মী লিশিং কয়াদুনা ঙসি ফাওবদা নিংশিংনরমখিগনি। অহানবা নুমিৎমক্তদা, হোসপিতালগী নুমিৎ পালনদা বাবানা হায়খি মদুদি খুল্লক্কি মীচম লাইরিক হৈতবা ময়ামদুগী মমাংদা বেদান্তগী অরু-অরুবা ব্রাফম কয়া হায়জিন্দুনা করি অমতা খঙদনা পুময়োৎ য়োৎহনবগী মওংদা ঙাঙবসি মতম অমসুং পাঙ্গল মাঙনবনি; হকচাং চোকথগদবা চরা হেনবা অমদি অতৈ বর্ত্ত তৌনবা হায়বসি অপঙবগী থবক্কি। ওজাশিং অমদি গুরুশিংনা য়াম্না তপ্না-তপ্না মখোয়না হৌজিক লৈরিবা থাক অসিদগী খোঙ থাংজিলহনগদবনি, মতম অমদা খোঙথাং অমতমক থাংজিনহনবা, ফত্তবা হৈনবিশিং অমমমতা ওইনা মথং মথং থাদোকহনবা, জপ অমসুং ধ্যান তৌবগী মতম শাংদোকহনবা।

বাবানা নুমিৎ হুম্নি থংননা মাগী মরমদা অমদি মাগী খোঙজং অমসুং পান্দমগী মরমদা ব্রা ঙাঙখি, মরমদি তেলেগুগী কবিতা অমা ওজা দৃপতি তিরুমলা চরলুনা শৈরেং ওইনা শ্রী সত্য সাই গীতা থিখিবা অমসুং মদুগী ব্যাখানচিংবা তৌখিবা অদুনা লংলা-লংজিন অমসুং যুমফম পিখি। মহাক্না লাউথোকখি মদুদি মহাক অমুক হন্না কর্ম সন্যাসী অমসুং সরনগতিগী ব্রাফমদু লাউথোক্লবা লাক্লিবনি। নুমিৎকি মতিক-মগুন লৈচিন-নোংফাইনা লোৎশিনবা ঙম্বগুম, চিংনবগী লৈচিন অমসুং মায়ানা মাগী মতিক মগুণবু খঙহন্দ্রে, লোৎশিনখ্রে হায়না বাবানা হায়খি। মহাক্না পামখি মদুদি অর্জুনগী মতৌগুম্না মী পুম্নমক্না খঙবদগী পোকপা 'অপান্বা' থাদোক্কদবান অমসুং ঐ ঐগী হায়বা থৌরি অদুনা পুনশিন্দুনা থম্লিবা অদুদগী নানথোকহনগদবনি। প্রেমা হায়বসিনা মরুনি, ভক্তি হায়বসিনা মতোন থোক্লবদুনি, থাজবনা হারনি, অফবা শঙ্গনা নোংগী ঈশিংনি, কৎথোকপনা লৈনি, ঈশ্বরদা তিনজখিবদুনা উহৈদুনি, অসুম্না বাবানা লাউথোকপিখি।

'নখোয পুম্নমক লাইবক হেন্না ফবে', মহাক্না হাযখি; হৌখিবা যুগকী মীওইশিংদগীদি হেন্না লাইবক ফবে, মবমদি নখোযনা ঐবু নখোযগী লমজিংনবা অমদি মমা-মপা ওইনা ফংজবে, নখোযগী থবক-থৌবমশিংদা যেংশিন্নবা, অমদি নখোয়না অবানবা খোঙথাং চৎলকপা মতমদা চেকশিনব্রা পিননবা ঐবু ফংজবে। অসিগুম্বা যাম্না তাঙখ্রবা খুদোংচাবা তাঞ্জাসি খ্বাইদগী ফজনা শিজিন্নৌ; হণ্ডোইগুম কোইচোং চোংগনু; ননাক্তা শাৎলিবা থম্বালবু কাউথোক্লগা, অবাপ্পা অমদি অনকপদগী পাযবক্তুনা মপুক থন্না অমৃত থক্লিবা হযিংখোয ওইযু। অসিগুম্বা, ঈশ্বরগী মফমদগী থোবকপা বাফম্নি হাযবদা চপ চাববা ব্রাহে কযা মবাং কাযনা বাবাগী পাওজেল খুদিংদা থোবকখি। 'থাজবা হায়বসি মসিগী মহৈনি; মসিনা অচুম্ববু ফোংদোবক্কনি। নহাক্না কৃষ্ণবু ষনজেন নহানি খল্লবদি নঙনা কৃষ্ণবু ষনজেন নহাগী থাক্তা হন্থহনবদা নত্তনা নশাবুসু ষনজেন নহাগী থাক্তা হন্থহল্লে। মহাকসি নঙগী থম্মোযগী মন্দিরদা লেঙশিল্লবা ইবুংঙোদুনি হাযনা লৌ অমসুং মহাক্না নঙগী সাবথি ওইদুনা থবক তৌবি হাযনা লৌ। ''যাদবা তৌগনু, চিংনগনু, নত্রগা ঈশ্বরবু মশক খঙবদা চিংনগনু মহাক্না নঙনা হাযজবদা অসুক্কি মতিক লায়না ফংহল্লবা মতমদা চিংনগনু'' হাযনা বাবানা হাযখি।

মতম খব শেম-শেদুনা থৌবাং তৌবক্তবনা নহাক্না অবতাব অমগী চপচাবা মতিক-মগুণগী মমাংদা লেপ্পা ঙমদে, অদুনা ঐনা মতিক মগুণ অদুগী পিকখ্রবা মচেৎ অমখক্তং হাযবদি বিভূতি শেম্বগুম্বা, উৎথোকপদনি, মহাক্না নোংমা হাযখিবনি। 'নত্তে, ঐগী ইনাক্তা মী চিংশিন্নবা হোৎনবা হাযবসি ঐগী থৌদৌ নত্তে। ঐনা মবম কবি অমত্তা লৈতনা হবাও নুংঙাইবা মযামদা চাইথোকই; মসিননি ঐনা মহিমাদা যাম্না নুংঙাইজবিবসে, মহাকপু ঈশ্বরনি হাযবা খঙদনবা কুপশিল্লবা যূখল অদু হাযদোক্লগা অতোপ্পা নুমিৎ অমদা হাযখিঃ অপঙবা, কবিশু খঙদবা মীওই খবনা ঐগী মবমদা মোত পিবদা ঐহাক অসি শক্তম এনি পুবা মীনি হাযখি- অযাম্বা মতমদা লাই ওইবা অদুগা অতৈ মতমদনা মী ওইবা। অদুবু ব্রাফম অসিদা থাজৌ- ঐহাকক্তি মতম পুম্নমক্তা লাই ওইদুনতা লৈ। ঈশ্বরদি হোংদোক-হোংজিন তৌদে। ঐনা যসি হাযবিবগী মবমদি ঐখোযগী মবক্তা অব্রাংবা থাক্কি আধ্যাত্মিক্কি মবী অমা লৈনৈ, চুম্নগী উনবা সাকলমই উনগ্রে হাযবগী মবীদু নত্তে।

অতোপ্পা নুমিৎ অমদদি খর হেন্না ধমকাগী মওংদা ঙাঙখি "ঐনা নখোয় পুম্ন মক্তা চেকশিন ব্রা হায়রিবসিনি মদুদি নখোয়না ওইদবা ওজা অমদি লৌনম্বা গুরুদগী চেকশিনগদবনি অসিগুম্বা মীওই য়াম্না লৈরে, তৌশিন্নবা, ঈশ্বরগী নুংঙাইরবা ঈপাক্তা তারে-গা হায়জিন্নবা, অমসুং মদু ফংহনগনি-কা হায়দুনা ব্রাশকপা, সমাধিগী মতমদা মখোয়না ব্রা ঙাঙই, জগোই শাই, ঈশৈ-শকই, মদুবু মখোয়না রাসকীদা-রাধা-কৃষ্ণগী জগোই-নিগা হায়। মখোয় অদু য়াম্না শাথিনা নিন্দা তৌগদবনি, মখোয়না ব্রাজরিবা পুম্নমক অদুগীদমক্তা। 'অসিগুম্বা মীতাশিং অসিদগী থাপনা লৈয়ু'-মহাক্না হায়খি। মহাক্না লাউথোকখিঃ "ঐহাক য়াম্না থুনা অসিগুম্বা তৌশিন্নবা কাংবুশিং অসি মীয়ামদা শক তাকথোক্লবা থবক পায়খৎলগনি অদুগা মানা-মানা ফংফম থোকপা দন্দি অদু ফংহল্লগনি।"

শোক ১৯৬১গী মাইশোরদা পাঙথোকখিবা গুরুপূর্ণিমাগী থৌরমদা বাবানা ভক্তশিংদা অমদি সাই নিতিদা থাজরবা কাংবুশিংদা গুরু মখল কয়া থোরক্লিবা অসিদা চেকশিন্নবা অমদি মখোয়গী শাজত্তা, মিৎয়েংদা মীহৌবগী ইরাং খজিক্তং উরকপা, মদ কারকপা, নাপল্ তৌরকপা, কল্লকচাউবা, অমসুং চিরোন-নচিংবা কয়া অসিদগী চেকশিন্নবা হায়খি। "শিষ্য-শিংদা ফত্তবা খুদমশিং পিরকপা গুরুশিংসি মরু ফুকতৎপগী মতম য়ৌরক্লে, নুংঙাই য়াইফবদা হিদান্নরিবা অমদি, মিংচৎ তান্নবা হোৎনরিবা সন্যাষি-শিং অসি মাঙহনবা মতম য়ৌরে; মহাক্না হায়খি। 'মসিগী থবক্ অসিদা ঐহাক য়াম্না থুনা চংশিল্লগনি; ঐনা লাক্লিবা পান্দমশিংগী মনুংদা মসিসু অমনি, মহাক্না লাউথোকখি। 'সংসারগা মরী অমতা লৈনদ্রবা লৈজবা পুম্নমক মৈ থাদোক্লবা সন্যাষি-শিংনা মখোয়গী মপোক নুমিৎ পালন্ তৌরোইদবনি; মখোয়না ইনাক খুনবশিংগী মফমদা চত্তুনা শেলগী মতেং নিরোইদবনি, মখোয়গী তুংইনবশিংগী মদ কাবদা মখোয়না য়ারোইদবনি, অচৌ-অচৌবা মিংথোন পিশিন্দুনা মখোয়গী মতিক-মগুণ থাগৎলোয়দবনি; লমবোইবাশিংনা হৎকদবা অকনবা নিয়মশিং অদু অমুক্তং মাংথোকহনখ্রবদি মদুদা লৈখা তারকপদু নখোয়না থিংবা-কনবা ঙমলোই। ধর্ম্ম য়োকখৎপদা চংলিবসে অহানবদা সন্যাষিশিং অসিগী ধর্ম্মসি হান্না চুমথোক্তদবনি, মরমদি পুম্নমক্না ব্যবহার তৌরিবসি মহাক্কি, আধ্যাত্মিক্কি ফিদম ঙাকলিবসু মখোয়নি। অদুনা, মহাক্না মদু কোমথোক্নুনা লম্বিদুদা ময়েং তাহল্লবদি ধর্ম্ম হায়বসি ময়ামগী করেম্নফম ওইরগনি।

মসিগী ব্রাফম অসিমক নভেম্বরদা পাঙথোকখিবা মপোক কুমওন পালনদসু ফোংদোকখি। পুত্তপার্তিগী মীযামদুদা ব্রা ঙাঙবদা মহাক্লা হায়খিঃ "ঙসিদগী চহি ২০গী মমাংদগী হৌনা নখোয়না মঙাল অদুখক্তা যেংদুনা লাক্লি অদুগা মৈশা অদুগী কান্নবদুদি ফংবা ঙমদ্রি, মরমদি নখোয ঐগী মনাক্তা নকশিন্নিংবগী ব্রাখল লৈতে। অদুবু ঐনা খঙই মদুদি হায়রিবা নুমিত্তু লাকখিগনি অদুগা নখোয় পুম্নমক নোংমদি চিংনবা অমসুং মায়া লোয়না থাদোকখিগনি অদুগা শান্তি অমসুং নুংঙাইবগী লম্বি অদু মশক খঙলকখিগনি। ঐবু থাজৌ, মসিগী পুত্তপার্তিসে থুনমক তিরুপতি ওইবগনি। যোগিশিং, সাধুশিং, অমসুং সধক লিশিং-লিশিং মতুংদা মসিদা লাকখিনি, পুক্লিং ইংথবা অমদি অবানখুভম ফংনরখিনি। সনাতন-ধর্ম্ম অমুকহন্না লিংখৎপা হাযবসে মফম অসিদগী হৌগনি"।

মহাশিববাত্রি নুমিত্তা মহাক্কী পাওজেল অসে মীওইবা জাতি পুম্নমক্কিনি হায়বসিদা মহাক্লা শাফু পিখি অমসুং লাউথোকখি মদুদি মহাক্লা অবতাব ওইনা লাক্লিবসি মীওইবা জাতি পুম্নমক্কিনি। "সংস্বাব অসিদা ঐগী নত্তবা কনা অমতা লৈতে; পুম্নমক ঐগীনি; মখোযনা ঐগী মিং শোন্দবা যাই নত্রগা মিং অমতা শোন্দবা য়াই, অদুবু মখোয পুম্নমক্তো ঐগী ঙাক্তনি"।

মসিগী অর্থ অমসুং কান্নবা অদু কোইম্বাতোবদা চপ চানা খঙনবকখি, মবমদি মফম অদুদা লৈবা মমিং চৎপা নাগ-সাই মন্দিবদা মাগী মমাংগী হকচাং, মমাংগী অবতার সিরদি সাই বাবাগী মাববলনা শাবা মুর্তি অমা বাবানা খুভম থমখি। অশেংবনি, অদুগুম্বা ফেব্রুযাবি ২৬, শোক ১৯৬১দা পাঙথোকখিবা থৌবমদু যাম্না ইতিহাসিক ওইবা থৌবম্নি। নাগ সাই মন্দিব হাযনা কৌখিবগী মবর্মদি সিবদি বাবানা নাগ নত্রগা খাওবৌ লিন ওইনা, কৎলিবা লৈ মযাম অদুগী মবক্তগী থোরক্লগা মশিং লাকঙমদ্রবা ভক্তশিংদা দর্শন পিবিখিবা অমসুং পুং কযা অমা ভজন ঈশৈদু তাদুনা লৈবগা ফোটো নম্বা ফাওবা যাবগী মওংদা মঙক থাঙ্গত্তুনা লৈরগা, মমৈথংদা কদোমদা চৎখিবগে খঙদনা মাঙখিবা অদুদগী কৌখিবনি। থৌদোক অসি চহি ১৭ লোমগী মমাংদা হাযবদি শোক ১৯৪৪ অদুব্রাইদা থোকখিবনি, মদুদগী হৌরদুনা ঙসি ফালবদা কোইম্বাতোর অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা মফমশিংদা লাক্লিবা মীওই লিশিং কয়াগী আধ্যাত্মিক্কি অরাম-খৌবাংবা

কয়া কোকহনবিরি। বাবানা মমাং মপোক্কি মুর্ত্তি অমা মশামক্লা নুংতিগী পুজা তৌনবগীদমক্তা খুভম হাঙদোকখিবা থৌদোকসে মসিনা খ্বাইদগী অহানবানি, মরম অদুনা ভক্তশিংনা নুমিত্তুদা য়াম্না খৌরাংনা মরু ওইবা ৱাফম খরদি লাউথোকপিরক্কনি হায়না ঙাইনখি।

মদুমক বাবানা নিঙবা কায়হনবসু তৌখিদে। বাবানা হায়খিঃ "মসি য়াম্না নুংঙাইখ্রবা ৱানি, নত্রনে, ঐনা ইশাগী মুর্ত্তিবু অতোপ্পা শকলোন অমদা হাংদোকপা হায়বসি। ঐনা মসি তৌরিবসে চপচাবা মরম অমগীনি। ঙসি হায়বা নুমিৎসে সনাগী ময়েক্লা ইরগা থমগদবনি, মরমসি মসিগী থবক অসি অনৌবা যুগ, সত্য সাই যুগ অমা হৌবগী অহানবা নুমিত্তুনি। ঙসিদগী সায়ি হায়বসিনা পুম্নমক্কি থম্মোয়নুংদা থৌদা ৱায়েল্লিবা, লেঙশিল্লিবা ঈশ্বর হায়বদো ওইরগনি। মসিগা মান্নবা অমতা ঙাইরবা থৌদোক অমনা রামেশ্বরমদা ঈশ্বরলিঙ্গ অমা হায়বদি শ্রীরামগী মুর্ত্তি অমা মানা লেঙশিনখিবা অদুতনি। মদু রাবন অমসুং হিংচাবা ময়ামদু হাৎননবা থৌরাংগী মমাংদা হৌখিবনি, মদু ঈশ্বরনা য়েক্লববু তুম্না মাঙহনবা দুষ্ট নিগ্রাহগীদমক্তনি। হৌজিক ঐনা মসি তৌরিবসি অবতার পুম্নমক্কি অহৌবনি, ধর্ম্মবু য়োকখৎপা, - পৃথিবীদা ধর্ম্ম লিঙখৎপা"।

তশেংনমক, তুংকোইনা শাংনা লৈহৌরগদবা থৌদোক, খোল্লাওনি! অনৌবা যুগ লাক্লবগী, নুংশিবা প্রেম, অচুম্বা নিতি, শান্তি অমসুং অপুনবগী ৱাখল, খক্তগী ওইবা অনৌবা যুগ। সত্য সাইগী ফিরাল মখাদা অমতা ওইনা পুন্ননবা মীওইবা জাতি পুম্নমক্তা কৌরিবা অকনবা খোল্লাও!

যাম্না মরু ওইবা ৱাফম অসি লাউথোকপিখ্রবা মতুং মথংগী নুমিত্তা বাবানা লেঙখিবা উদুমলপেততা বাবাবু ওক্লনবা তৌরল্লিবা থৌরাংদু অঙকপগী মশক্কি হায়বসিদা থোইনা ঙক্লিংঙাই লৈতে। মদুদসু বাবানা মীয়ামদা তশেংনা থোক্কদৌরবা ধর্ম্ম নৌনা য়োকখৎপগী থবক্তা য়াওবিনবা হায়খি।

বাবানা য়াম্না তোয়না হায়বিখ্রবা ৱাফম্নি মদুদি লাইফম অমগী অশেংবগী চাং অসি ভক্তশিং অদুনা মপুক্তা পুরক্লিবা ৱাখল অমসুং লাইশঙ অদুদা মখোয়না হৈথররিবা কৎনরিবা লাইশোল অদুদা কয়াম পুক্লিং চঙনা কৎপগে হায়বদুগী মখা পোল্লি। অদুবু, বাবা মশামক্লা মন্দির অমদা নত্রগা অশেংবা মফম অমদা চঙলবদি

মদুগী ফল অদু অঙকপনি; পুমসি শিরবা বেত্তরি অমা শক্তি পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ইবুংঙোদুনা নৌনা অমুক চার্জ তৌবগুম্বনি। বাবানসু মসি চুমই হায়খ্রে, অদুনা মহাক্লা করিগুম্বা মন্দির খরগী মমাংদা লেপলিবদো লাইশঙ অদুদা লৈরিবা লাইশিং অদুগী শক্তি হেনগৎহন্নবনি। মবম অদুনা বাবানা মতম খর মাদ্রাসতা লৈরগা অয়োধ্যা অমসুং বেনারেসতা চৎনবা থৌরাং তৌরি তাবদা ময়ামদু য়াম্না নুংঙাইনখি। মার্চকী তাং ২৩দা পেবম্নুবগী রেলৱে ষ্টেদিয়মদা বাবানা মীয়াম য়াম্না তিনবা মিতিং অমদা ৱা ঙাঙখি, অমসুং য়ামখ্রবা মীয়ামদুনা ৱা ঙাঙবা লোয়দ্রিফাওবদা পুমচিক চিকখিবদুনা থৌবম অদুগী সভাপতি ওইখিবা, ইউঃ পিঃগী গোভরনর ডাক্তর বিঃ রামা কৃষ্ণ ৱাত্তনা অসুম্না হায়খিঃ "ঐহাক্লা মতম অসুক কুইরবসি থম্মোয়দা অৱাবা অমা লৈবকখি মদুদি ভারতনা নিংতম্লবা মতুংদা শেল-থুমগী অমদি নাতকী মায়গৈদা ফনা য়াম্না চাউখৎলবসু লমদম অসিদা মীয়ামগী পুন্সিদা হবাও-তয়াম্বা, পেনবা, শান্তি অমসুং পুন্না লৈমিন্ননিংবগী ৱাখল লৈবক্তবদু মীয়ামগী লমচৎ শাজৎতা, অমদি আধ্যাত্মিক্কি নিযমশিংদা মিৎযেং পিবা ৱাৎপদগীনি হায়না খনখি; অদুবু ঙসিদি ঐহাক নৌহৌনা আশা অমুক উবে। তিল্লিবা মীযাম, বাবাদা ওক্লিবা মওং, অমসুং নখোযনা কযাদা হৈনিংনা, তানিংনা, হবাওনা, পুক্লিং চংনা মহাক্কী ৱাহৈশিং তাবিবসিনা ঐঙোন্দা খঙহল্লে মদুদি লৈবাক অসিগী মীয়ামগী লমচৎ শাজৎ শোয়দনা ফগৎলগনি"।

ডাঃ বাওনা বাবাবু লক্ষনৌদা লাকপিনবা বার্ত্তন তৌজখি অমসুং বাবানা মফম অদুদা লাক্লবা মতমদা লক্ষনৌগী প্রজা মীযামবু মাগী বাজ-ভাবন্দা ভজন ঈশৈ যাওহনখি, অমসুং মযাম অমবু বাবাগী আশির্ব্বাদ ফংহনখি, অমসূং হেন্না ৱাংবা পুন্সি অমগী অহানবা খোঙথাংদা থাংজিনহনখি। মবাইবক ফববা মী ওই খর অমদি অঙকপা থৌদোক খবনা মহাক ঈশ্ববনি হাযবসি খঙবা ঙমজখি অমসুং মদুমক্লা মীওই কয়া মকুম্না মহাকপু থিবকখি। মহাক্লা টাউন হোলদা মিটিং অমসু ৱা ঙাঙখি। মদু অন্ধ্র এসোসিযেসন, তামিল সঙ্গা, কেবলা এসোসিযেসন অমসুং মাইশোব এসোসিয়েসনশিং অসিনা শিনখিবনি, মবর্মদি বাবাসি খা ভারত্তগী লাকপনিনা ওকফম থোকপা মাল্লে খন্দুনা শিনখিবনি। অদুবু বাবানা অমুক্তি হায়বিখ্রে, খা-ভারতকি লাই দক্ষিনমুর্ত্তিদি খা-মাযগৈতগী নত্তে। অদুনা বাবানা অদুগুম্বা এসোসিয়েসনশিং অদুদা মচেৎকি, খবতগী ওইবা ব্যবাহাবদু

থাদোক্লবা পাওতাক পিখি অমসুং মখা তানা হায়খি মদুদি এসোসিয়েসন ময়াম অদুগী মপুনবা অমা শেমদুনা জপ, ধ্যান অমসুং লোকসেবা তৌদুনা হেন্না ফবা মী ওইনবা তৌ হায়না পাওতাক পিখি। ব্রাফম অসি বাবাগী অনিংবা অমা লৈখিবনিনা, পন্থবা তৌদনা সতসঙ্গ অমা শেমখি অমসুং বাবা মশানা হাংদোকপিখি। অসুম্না লক্ষনৌদা, অনৌবা তাংকক, চান্ন-চিন্নবা, অমতা ওইবা, আধ্যাত্মিক্কি অমতা ওইবা খোঙজং পিবিদুনা তাংকক অদু হাংদোকপিখি।

লক্ষনৌদগী ভক্ত খরতগা লোয়ননা বাবানা অযোধ্যাদা চৎখি। মহাক্না বামায়নগা মবী লৈনবা মফম মযাম অমা মখোয়দা তাকখি, অমসুং ঈশ্বরগী থৌদোক কয়ানা শেংদোকখ্রবা মফমশিংসু তাকলমই। মফম অদুদা লৈরিবা মীওইশিংগী থম্মোয়দা ভক্তি অসি য়াম্না নিংথিনা মপান-মরা তানা লৈরি হায়না মহাক্না হায়খি, মবমদি মহাক্না মফম অদুগী মীওইশিংনা অরেপ্পা লৈতনা রামগী মমিং শোনবদু মহাক্না তাবা ঙম্লমই। মহাক্না রাম-মন্দির য়েংলমই অমসুং হায়রমই মদুদি বিবাত্তা ফংখিবা বামগী মগুণ অদো মন্দিব অসিদসু করি অমতা হন্থদনা অমদি শিথদনা অকক্লবা শক্তম অসিদসু ফংই; তৌবতবু পাঙথোক্লিবা প্রজাগী মওংনা, থৱাই য়াওবা লাইশোন্না, মদুদা তিল্লিবা ভক্তশিংগী অশেংবা থম্মোয়না, পুরোহিৎ অমসুং মন্দিরগী ওজাশিং/ব্রাহ্মনশিং অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা ফিভম্না তত্তনা শক্তি অদুবু য়োকখৎপিবা তায। "মীয়াম্না ঈশ্বরবু অয়োধ্যা নত্রগা দ্বাবকাদতা লৈ অতৈদা লৈতে হায়না পুজা তৌই; মদু লাল্লি; মহাক্তি মফম খুদিংমক্তা লৈ; অকক্লবা মফম খবদুতদা লৈ হাযনা লৌববদি, মহাক্কি মতিক মগুণবু যাদবগী ৱানি। মসিগুম্বা পুন্নমকসিনা থেঙলবা মফম অদুগী মতিক মগুণ সুম-সুম হন্থহল্লি, অদুনা মদুবু ভক্তশিংগী হেন্না হেন্না থৱাই য়াওবখক্তনা হেনগৎহনবসু যাই।"

বাবানা ভক্তশিং অদু সবয়ু তুরেলগী তোর্ব্বান্দ আশির্ব্বাদ পিবিখি অমসুং মতুংদা হনুমান্ মন্দিরদা পুখি; চৈশাং-শিংনা থাজনরকপগী মতুং ইন্না মন্দির অদু শ্রীরাম্না পিখিদে লম মনুংদা শাখিবনি, মদু শ্রী রামগী লৈবাক্না মতি মগুণ চপ মান্নবা লৈবাক অমা লিঙখৎপা যানবা হনুমান্দা পিখিবনি। মন্দির অদুগী প্রশাদি

বাবানা ভক্তশিংদা যেনবিখি মখাদা বাবানা খুদক্তা পুথোকপা প্রশাদিদা সাই বামগী প্রশাদিসু হাপ্পিখি। (বাবানা মদুবু সাকেত বামাগী প্রশাদিদা সাই বামগী প্রশাদি হাপ্পা হাযবিখি)

অয়োধ্যাদগী অহিংদুমক্তা বাবানা কাবদা সবনাথ যৌখি অমসুং এপ্রিলগী তাং ২দা বেনাবেস্তা লৈবা বিশ্বানাথ মন্দিবদু মাগী কাংবুগা লোযননা যেংখি, মন্দিব অসি ইতিহাসতা অমদি ব্রাবীদা, ঈশৈদা, কবিতাদা, অবিবা লাইবিক্তা, পুবান্দা, আইবশিংনা অমদি মুনি-ঋষিশিংনা ওমব পদবি পিববা, জগৎগী মবুংঙোগী অচৌবা মন্দিবনি। মন্দিব অদুদা লৈবিবা লিঙ্গম অদু চহি লিশিং কযা, যাত্রিক ক্রোব কযানা শেংলবা গঙ্গাগী ঈশিংনা যাম্না ইকায খুম্ননা ঈকথোকপিবক্লবনি; বেনাবেস মশামক ইপ্তি অমা হাঙদনা অশেংবা মফম্মি লৌনৈ অমসুং মফম অদুদা শিববদি অমুক হন্না পোকপা-শিবগী অব্রা অনাসি লোযববনি হাযনা খন্নে।

বাবাগা লোয়ননা মন্দিব মনুংদা চংবা হাযবসি যাম্না তাঙখ্রবা অর্মদি পুক্লিং থৌগর্থনিংঙাই ওইবা থৌদোকর্নি, মবমদি মাগী মতিক মগুণ হাযফেৎ উখ্রবা মীনা খঙনববগুম মহাক মশামক অঙাং ওইবিবা শিব অমনি, অদুগা ঐখোয পুম্নমক্লা বাবানা কবিগুম্বা খবা, মিবাকল খব মন্দিব অদুগী মগুণ অমসুং, মথৌ হাপকৎনবা অমসুং মদ কাবা অমদি চিংনবনা মতিক মগুণ হন্থহর্নাখ্রবদু ওন্থোক্লবা, মিবাকল খব তৌবর্ক্লনি খর্নখি।

গঙ্গাগী ঈশিংনা ধর্ম্মগী যাম্না শেংলবা মওংদা লিঙ্গ মথক্তা হৈথবদু বাবানা মুন্না য়েংখি অমসুং মহৌশাদগী চৎনবকপা মন্ত্র থিবদু মুন্না তাখি। অদুদগীদি, খুদক্কি ওইবা ব্রাবেপ্পা ইনশিনবগুম মমাংলোমদা চংশিনখি অমসুং মখুত্তা 'কাইলাস বিভুতি' পুথোক্লুনা মতুম তাবা মুর্ত্তি অদুগী শকক মবিগী অহুমদা বির্ভুতিগী পাক্তব তৌবা লৈই অহুম চিংখি, মদুনা লিঙ্গ অদু অঙকপা মঙাল অমনা পুমলং লংখি। মথংদা, মালেম অসিগী নত্তবা, ঈশ্বরগী লাইবৈবাক্কি ওইবা নুংশিখ্রবা মনম চেনবা নিংথিনা - নঙলবা চা-চন্দন অতকপা পুথোকখি অমসুং খুৎনা তক্-তক্ তৌবগা শেল্ মযেক্কুম্বা অকোযবা অমা শেমখি। অদুদগী মহাক্লা অমুকহন্না লিঙ্গ মনাক্তা চংখি অমসুং চা-চন্দন মপাক অদু বিভুতিগী লৈই অহুমদুগী মযায়দা নপশিনখি।

পুন্নমক অসি উবদা লাইগী সেবাবিশিং অমসুং অতৈ পুন্নমক্তু অকি-তুজুংগা লোয়ননা লেপতুননা লৈখি, অদুবু ঐখোয়নদি খঙখি মদুদি বাবানা কনা অমতনা মমাংথক্তা চৎথখিদ্রিবা মওংগী যাম্না হেন্না লেম্বা মওংদা পুজা কৎখি। অদুদগী মখুৎ ওত্তুনা মমল নাযদ্রবা মণি-মুক্তাগী লিক অমা পুথোকখি, মদুনা কা মনুং অদু পুমলং লংবা, শুন্দাৎনিংঙাই ওইবা মঙাল অমা পিখি। মদু মণি-মুক্তাদগী ওইবা প্রানভাগী মার্কানি, ববিনা অকোযবা মপান্দা লৈতেংই, দাইমন্দতনা বিভুতিগী লৈই অহুমদু লৈতেংখ্রে, বিভুতিগী মযাযদা ঙাঙলৈনবা নুংমচা অমনা চা-চন্দন্না বিন্দু নম্বগুম লৈবে, বিলবা মনা লেংবগুম ইমবেলনা ফজনা প্রানভা অদুগী অশংবা ফিবাল ওইনা লৈতেংলে, পুন্নমক অসিগী মথক্তা প্রানভা মশাদু সনা ফম্বাক্তা ঙৌকনবা দাইমন্দ মপাক অমনা ওইবে। অদুদগীদি ভক্তশিংদু পুন্না ভজন ঈশৈ শকখি - 'ওম সিবাযা'' হাযবা খোঞ্জেলনা মন্দিবগী মথক ফাওবা পুমনিল নিনখি। লিঙ্গম মমাযদা হান্ননা নপখ্রবা চা-চন্দন মকোয অদুগী মথক্তা বাবানা প্রানভা অদু থমখি অমসুং আর্তি কৎনবা হাযখি। ভাবতকী মন্দিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না মমিং চৎলবা মন্দিব অদুদা পাঙথোকখিবা নুমিৎ অদুগী থৌবম অদু উহৌবা কাংবুনা পুন্সিগী ওইনা কাওবা ঙম্নবোই।

অদুদগীদি বাবানা চৎমিন্নবিবা খুদিংমক্তা গঙ্গাগী ঈশিংনা শেংলবা শ্রীকদ্রম মন্ত্র থিদুনা বিশ্বানাথ অদুবু অভিষেক তৌনবা হাযখি। মহাক্লা মযাম অদু অন্নপুবনা মন্দিবদসু পুখি অদুগা বেনাবেস ইউনিভর্সিতিগী কেম্পস মনুংদা লৈবা বিশ্বানাথ মন্দিবদসু পুখি। অকোনবগী মফম অসিদা লৈবিবা মুর্ত্তিদা য়েক্লিবা, হক্লিবা পুন্নমক বাবানা ভক্তশিংদা শন্দোক্লা তাকখি, মবমদি বেদগী অমদি পুবানগী ওইবা ইদবা থৌদোক কযাগী অকুপ্পা বাফমদি বাবা খক্তনা খঙবননি।

এপ্রিলগী তাং ৩দা বাবাসি অল্লাহাবাদতা লৈবমই, ত্রিবেনি শঙ্গমদু বাবানা বব পিবমই অমসু যাত্রিক মযামদুদা শেংলবা তুবেল অহুম তাযনফমগী ঈশিংদু মখুৎমক্লা চাইবিদুনা মঙ্গল পিবমই। মহাক্লা শবশ্বতি-কুপ, হনুমান মন্দিব অমসুং মহৌশাগী সনাখোংনাং পাম্বি, হুব্রেন-সাং ফাওবনা পল্লম্বা, লনবন মনুংদা যমুনা তুবেলগা মাযোক্লবিবা চেকপল অদুগী মনাক্তা লৈবিবা। বাবানা এপ্রিল তাং ৮তা পুত্তপার্তিদা হল্লকখি, মমাংদা তিকপতিদা নোংমা পন্দুনা ত্যাগবাজ উৎসবকী

পালন্দা সভাপতি ওইখি। তিরুপতিদসু বাবানা মুর্ত্তি অমসুং মুর্ত্তি লাৎপগী মরমদা ঙাঙলমই মরমদি মদু অৱাং ভারত চৎলুবদগী ফারকপা ঈশৈদুনি। 'সাধক' অমনা মুর্ত্তি শারিবা নুং অদুদা য়েংগদবা নত্তে, নুং অদুগী মনুংদা য়াওরিবা চাইতন্যা হায়বদি থৱাই অদুদা য়েংগদবনি, অদুনা খুৎশেমদা লৈরিবা পুন্নমকপু লানথোকপা, ফাওদোকপা (transcend) ঙমই, মফম খুদিং শিন থুংনা লৈ, চৎলি। মদুগী মিৎয়েং অদু পিবা ঙন্নবতদা মুর্ত্তি লাৎপা, লাইশঙ লাৎপগী অর্থ লৈ অমসুং কান্নবা লৈ"। "মুর্ত্তি লাৎপদুদা মীয়াম অমনা নোকনৈ অমসুং ভাবনা পংলৌ-লৌবনি হায়দুনা নিন্দা তৌই। অদুবু, তশেংনা থেংনরকপা মতমদদি মরম অমতা পিবা ঙমদে। মদুগী মনুংগী ফল অদু কক্লনবা লোজিক্লা পিবা চক্রি পুন্নমক, হৈশিংবা কাংবুগী চক্রি পুন্নমক্লা হোৎনবদা ঙমদ্রবনি। মুর্ত্তি অসি মপানগী ইচম-চম্বা পোৎশক নত্তে। ঈশ্বর মশক খঙনবগী থৌরাং মখল অমনি। মুর্ত্তি অদো থৱাই পাল্লবনি হায়বগী ৱাখলদা পুজা তৌজরবদি, মদুনা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তি ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবদো পিবা ঙমই।

বাবানা পুত্তপার্তিদা চয়োল অমখক্তং লৈরম্লগা নিলগিরি চীংদা চৎখি, মফম অদুদা মীয়াম্না মতম কুইনদগী থৌরাংনা ঙাইজরক্লবনি। নিলগিরি পুন্নমক, খ্বাইদগী পিকপা খাংপোকশং অমদগীনা খ্বাইদগী ইনাকখুনবা কাংবু ফাওবগী মনুংদা অমতা চিৎথদনা বাবাবু খুরুজখি, ওকচখি। অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গংশিং যেংবিনবা হায়জবদা বাবানা য়াবিখি অদুগা খুঙ্গংগী লৌমিশিংগী থৱাই য়াওবা অমসুং চমজবা মতৌদু উবদা অসুক্কি মত্রিক থম্মোয়দা ফাওখি মদুদি মতমশাংনা, কুইনা ভক্ত ওইরবশিং ফাওবনা মখোয়গীদমক্তা অকনবা মিনুংশি ফাওখি। বাবা মশানসু ৱাফমসি ফোংদোকখি। মহাক্লা উতাকামুন্দগী মীয়ামগী মিটিংদা হায়খিঃ "মফম অসিদদি মীয়াম পুন্নমকসি ভক্তিনা পিক থল্লি, ভক্তিনা মখোয়বু নোল্লুকপা অমসুং থাজবা পি"। খুঙ্গং খুদিংদা বাবানা মীয়ামদা মখোয়না হৌজিক পাঙ্গলনা নোম্লগা পুন্সি হিংনবা হোৎনরিবা অদুগী মথক্তা আধ্যাত্মিক্কি খোঙজংনসু মতেং পাংশিন্নবা হোৎননবা হায়খি।

নিলগিরি পুন্নমকসি বাবানা 'অশেংবা-চীং' হায়না মিং থোনবিখ্রবনি। মখোয় পুন্নমক বাবাগী মখোঙদা তুজখ্রে; মখোয়না বাবাগী মফমদা কয়া য়াম্না চংজখ্রবগে

হায়বদু অচনাকালগী অহল ওইরবা লৌমি অমনা মশানা ইজরগা শকপ ঈশৈ অসিনা ফোংদোক্লি। মহাক্না শকখিঃ "ও! লক্লো ইচিল-ইনাওশা! মসিদি ঐখোয়গী য়ূম নত্তে, মসিগী নোংয়ুরবা, অমোৎপনা থল্লবা সাইদাংফম অসে; ঐখোয়গী য়ূমদি ওমরনি, লেঙদবনি, পাকচাউখ্রবনি; মদুদি চিত্রাবতি তোর্ব্বান্দা লৈরে; মদুগী মমিং প্রশান্তি নিলয়ম কৌই, শান্তিগী লৈফম। নত্রগা বদগাগী খুল্লং ঈশৈ-ইতলারগী খুঞ্জাশিংনা য়াম্না থব্রায় তানা শকচবা অমা পনবা য়াই, 'মহাক লাক্লে, ঈশ্বরনা ঐখোয়বু বরপিবা, সনাগী মাযথোংগা লোযননা, নুমিৎকী মতৌগুম। মহাক চীংলক অসিদা লৈরে, মায়থোং মকা লাম্না। মহাক্না লম্বিদা থৌরি, মখাদা থৌথরি, কোয়না থৌরি, অঙম্বা চীংলম্বিসিদা, ব্রারবা থম্মোয় খুদিংবু শোকপিনবা অচৌবা সহরদা, সহরদা, খুঙ্গংদা, খাংপোকশিংদা, থাজহল্লি- "কিগনু"।

বাবানা নিলগিরি চীংদা লৈরিঙৈদা, হিমালয়াগী লমদমদা চৎনবা থৌরাং তৌরমই অমসুং অদুগুম্বা লাইবক ফরবা তিম অদুদা য়াওগদবা খনগৎলবা মীওইশিং অদুদা পাওসু পিরমই। মহাক্না মদ্রাস অমসুং হায়দরবাদ ফাওরগা পুত্তপার্তিদা মেগী অহানবা চয়োলদা হল্লকখি।

চহি অহুমগী মমাংদা চিত্রাবতিগী লৈঙোই মথক্তা ভজন শকপা মতমদা বদ্রিনাথ চৎপগী ব্রাফমসি খনখ্রবনি। মতম অদুদা মহাক্না হায়খি মদুদি মাগী ভক্তশিং অসি মানা তপ তৌরম্বা মফমদুদা পুগনি অমসুং মদু তাবদা ঐখোয় ঙকখি মরমদি মাগী হন্দক্কি পৃথিবীগী খোঙচৎ অসিদা হায়বদি অবতারগী মতম অসিদা মহাক্না তপ তৌরম্মি হাযবগী ব্রাফমসি হন্দক্কিসিগী মমাংদা অমুক্তা তাখিদ্রি। অতৈগী ব্রামক নত্রবসু ঐদি খব খজিক ভাব তাখিদে মরমদি মতম অদু ফাওবদদি ঐদি বাবাসি কবিগুম্বা মফমদা তপ তৌদে হায়না লৌরমই। অদুবু, ব্রাফমদুদা ঐহাক মখা তানা পাওখুম ফংনবা হোৎনখিদ্রে।

মে ৭া লোযদ্রিঙৈদা চৎপা হায়বসিমা শোয়দ্রে, থৌরাং লোয়খ্রে, কাংবু অরেপ্পা লৈখ্রে। বাবানা মখোয পুন্নমক মদ্রাসগী অলব্রাবপেতকী ইতিরাজা কল্যান মানতপতা জুনগী তাং ৭তা উনখ্রে অমসুং মখোয় পুন্নমক ত্রেন্না দিল্লিগীদমক চৎহনখ্রে। বাবানা হায়খি মখোয় পুন্নমকপু মফম অদুদা লন্নায় ওইনা আশির্ব্বাদ পিগনি, বাবানা মথংগী নুমিত্তা প্লেন তোংদুনা দিল্লিদা চৎনবা থৌরাং তৌরমই।

ত্রেন অদু দিল্লিদা পুং ৬ লোম থেংনা থুংলমই অমসুং অদুগুম্বা মপুক লাম্লবা, চোকথববা, অমসুং চবাংনববা ভক্তশিং অদুনা মমৈথংদা থুংলুবা মতমদা বাবাগী ইংলবা মায়থোং, মামা ওইবগী মিৎযেং, মোমোন নোকপা মিৎনোক্লা মখোযবু থেমজিনবিখি, নুংঙাইহনখি, অমসুং থৌনা হাপখি। মথংগী নুমিত্তা হবদ্বাবদা ইউঃ পিঃগী গভবনব ডাক্তব : বমকৃষ্ণ বাওসু বাবাগী নাক্তা থুংলখি, মহাকসু মতম কুইনদগী বিদ্রনাথ চৎনবা থৌবাং তৌবকখিবনি। জুনগী ১১দা বাবা অমসুং ডাক্তব বাও অনিনা ব্রহ্মাকুন্দদা গঙ্গামাতাদা নুমিদাংব্রাই আর্তি কৎপদু যাওবমই অমসুং মদুদা তিল্লিবা য়ামখ্রবা যাত্রিকশিং অদুনা শেংখ্রবা মফম অদুদা বাবাগী দর্শন ফংজখি। মদুদা লৈবিবা পুবোহিতশিং অমদি পুজাবিশিংদু বাবানা বিভুতি পুথোক্তুনা আশির্ব্বাদ পিবিখি অমসুং গঙ্গাগী শেংলবা ঈশিংদু মাগী অকোযবদা লৈবিবা মযামদুদা চাইশিনবিখি।

নুদিাংদুদা বাবানা বদ্রিদা চৎকদবা ভক্তশিং কৌশিল্লমই অমসুং মখোযনা যাম্লা তাঙনা ফংবা খুদোংচাবা অদুবু নিংশিংলমই। বাবানা তার্কাপখিঃ "শক উৎথোক্লবা ঈশ্বব অসিগা লোযননা শক উৎথোক্ত্রিবা ঈশ্বব অদুদা চৎমিন্নবগী যাম্লা লাইবক ফববা খুদোংচাবা অমা নখোযনা ফংজবে, অদুনা মহৌশানদি মীযাম্লা মুর্ত্তি অদুদা যাওবিবা শকউৎত্রিবা মওং অদুদা মখোযগী মমিত্তা উহর্নাবনবা খুকমজৈ, মদুনা মখোযনা তৌজবকপা সাধনা অদুগী ফল ফংজনবনি"। বাবানা ফোঙদোকপিবকপা ব্রাফম অদুদা ঐখোয পুম্লমক নুংঙাইবনা মথুম-মবাং হৌবমই। অদুদগী মহাক্লা ঐখোযবু পুবিগদৌবিবা শেঙলবা মন্দিব অদুগী মবম পুম্লমক, মচি-মযা পুম্লমক হান্ননা মানা মাঙজৌননা লোযনা খঙলবগী মওংদা ঐখোযদা যাম্লা মপুং ফানা লিবিবমই। মফম অদুদা নবাযন্না তপমুদ্র- হাযর্বাদ তপ তৌবর্গী মওংদা লৈবমই হাযবা ব্রাফমদু হাযদোবকপা মতমদা অর্মাদ মদুর্গী মবমদগী মফম অদু বদবিকাশ্রম কৌখিবনি হাযবকপদগী ঐ ভাব তাবা হৌবকখি অমসুং চহি অহুমগী মমাংদা চিত্রাবতি লৈঙোই মথক্তা সত্য সাই বাবানা তপ তৌবগী ব্রাফমদা ঐঙোন্দা পোকহনখিবা চিংনবগী ব্রাখল পুম্লমক্তো নুংঙাইবগী মৈবি মবক্তা মাঙখি। বদ্রিনাথকী অকোয়বদা লৈবিবা অতৈ মন্দিব মচা-মচা কযাগী মবমদসু অমদি অতৈ মফম খবগী অশেংবগী মবমদসু লিবিখি। খুদম ওইনা, কবিগুম্বা লমজিং লাইবিক অমতনা ঙসি ফাওবদা সংকবাচার্যনা কাইলাসতগী লিঙ্গ মঙা পুবক্তুনা

বদ্রি, পুরি, শৃঙ্গেরি, দ্বারকা অমদি চিদম্বরমদা অমমম থমখি হায়বসি ফোঙখিবা লৈত্রি অদুবু অহিং অদুদা বাবানা ৱাফম অসি ফোঙদোকপিখিবনি। বাবানা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা লাইশোল শোন্নিংবগী ৱাখল, ইচিল-ইনাও ওইবগী ৱাখল অমসুং নুংশিনা সমাজ সেবা তৌনিংবগী ৱাখল মপান-মরা তাহনখি।

হরদ্বারদগী বদ্রিনাথ ফাওবা মাইল ১৮২ রোমসিসি মনুংদা ইঞ্চি অমতা হাঙদনা লাইনিংফম, অনুতাপ তৌফম, লাইখুরুমফম, ময়ূম থাদোক্লুনা ঈশ্বরগী লম্বি থিরিবা কয়া অসিনা পুমথন থন্না লৈরিবা শাংলবা মফম্নি। অরিবা ৱারী কয়া, ফুঙ্গা ৱারী অমসুং ইতিহাসগী থৌদোক কয়ানা অমতা ওইনা তাশিন্দুনা লৈখ্রবা মুনি-ঋষি কয়াগী ৱারী, কৎথোকখ্রবা কয়া, সাধনা কয়া, ঈশ্বরগী লম্বি থিরকপদা সংসারগী অপাম্বা থাদোকখ্রবা কয়া অমদি লাইনিং লম্বিগী মরু হল্লুবা নিতি-নিয়ম কয়ানা য়োমদুনা লৈখ্রবা মফমশিংনি। যাত্রিক পুম্নমক্তা শিব, পারবতি, রামা অমদি অতৈ লাই কয়ানা অনুতাপ তৌখিবা মফমশিং তাকপিখি, পরশুরাম্না মাগী পাপ কোকপিনবা পুজা কচ্চখিবা মফম, নরশিমহানা মাগী অশাওবা শক্তমবু ইংথহনজখিবা মফম, আর্জ্জুননা মাগী খুৎলায় ফংজখিবা মফম, কর্ননা মাগী শক্তি ফংজখিবা মফম, নারদনা মাগী বীনা ফংজখিবা মফম, কনবা মুনিনা সকুন্তলাবু য়োকচখিবা মফম অমসুং নারদ মুনিনা মাগী অশ্তক্ষারি ফংজখিবা মফম পুম্নমক অসি বাবানা যাত্রিক মযামদা তাকপিখি। মদু য়াম্না অখুবা অমদি খুদোংথিনিংঙাই ওইবা লম্বিনি, অঙম্বা চীংমায় অমদা কক্লগা শেম্বা, চীংগী চীংমায়দা ঙঙ্দুনা চেন্থরক্লিবা গঙ্গা নত্রগা অলাকানন্দ তুবেলগী মথক্তা শেম্বনি। লম্বিগী থেক্তোক-থেকচিন খুদিংদা অৱাবা, খুদোংথিবা কয়ানা থন্না লৈরবসু কাংবু অদুনা য়াম্না থাজনা, করিশু চিংনদনা বাবাগা লোয়ননা চৎমিন্নরমই, অমসুং চীং নিঙখায়বগী অমদি লম্বি স্লিপ তাবগী খুদোংথিবশিংদুনা খোঙচৎ অদুবু পম্থহনবা ঙমখিদে। বাবানা তাকপিখি চৎলিবা ময়াম অদুনা রিশিকেষ অমুক হল্লক্লি ফাওবা নোং খনখিগনি, ৱাফম অদুমক লৈচিন-নোংশিংনা ঙাকখি। বাবানা চৎলিবা কাংবু অদুদা শম্না অমগী খুদোংথিবা, খুরৌ চেনবা থোকহন্নিংখিদে, মদুমক্তা ময়ামদু খুদি ফাওবা থিদনা রিশিকেষতা হল্লকখি।

চৎলিবা কাব ময়াম, জিপ অমসুং বস ময়ামদুনা থেক্লা কোয়না চৎলিবা লম্বি অদুদা পুং কয়া চৎলবা মতুংদা নুমিৎ যুংবা মতম অদুৱাইদা ভাগিবথি অমসুং অলাকানন্দা তুবেল অসিগী উনফম দেব প্রযাগতা থুংলমই। বাবানা ময়ামদু পুনিংবগী মবম কযাগী মনুংদা অমদি মাগী ভক্তশিংগী থম্মোযদা অবিবা লাইবিকশিংদা ইবিবা অশেংবা মফমশিংগী ৱাফম অদু মখোয পুন্নমক্তা থাজবা ৱাখল ফাওহনবা অদুসু অমনি। মহাক্লা মতম পুন্নমক্তা শাস্ত্রদা থাজবা; অমসুং ঈশ্বরদা থাজনবা শাফু পিবি। মবম অদুনা মহাক্লা মীপুম খুদিংমক শেংলবা ঈশিং অদুদা লুপ্পনবা যাথং পিখি, মদু গবহবাল নিংথৌগী থাযনগী কোনুং ওইবম্বা শ্রীনগব চৎত্রিগৈদনি। মফম অদুদা কাংবু অদু অহিং অমা লেকখি।

বাবা লাক্কনি হাযবগী পাও ফংখ্রবা শ্রীনগবগী মীওই লিশিং কযানা বাবাবু ওক্লমই অমসুং অহিংদা চীংমি অমসুং অতোপ্পা কাংবু কযাগী মখোযগী মথৌনা, মপাঙ্গল অমসুং চমজবা পুন্সি উৎপা পহ্যদি অমসুং তিবেৎকী জগোই উৎখি। বাবানা মখোযবু আশির্ব্বাদ পিখি অমসূং অদুগুম্বা অখন্নববা দর্শন অদু মখোয খুদিংমক্তা পিখি।

তাং ১৩দা গাডি পুন্নমক্কু জোশিমথতা লেপখ্রে, মবমদি গাডি চৎপা যাবা লম্বি মফম অদুদা লোযবে, মদুদগীদি খোঙনা মাইল ১৮ বদ্রিনাথ ফাওবা চৎপা তাখি। নুমিৎ অদুমসু বাবানা যাম্না ফাওববা কনবাআশ্রম লৈবিবা নন্দপ্রযাগতা পোথাখি অমসুং ভক্তশিংদা অলকানন্দা অমসুং নন্দাকিনি তুবেল অনিগী তাইনফমদা ইরুজনবা যাথং পিখি। জোশিমথ হার্যববা মফম অসিদনি সঙকবাচার্য্যনা মাগী ফাওববা উপনিশদর্কী, ভগবত গিতাগী অমসুং ব্রহমাসুত্রগী মবমদা মশাগী মোত ফোংদোকপা লাইবিকশিং ইখিবা, বদ্রিদগী মাইল ৭খক্তা চৎলগা লৈবা মালা চীং লম্বীদা ফাওজিল্লকপা বুধ ধর্ম্মগী চৈথেং অদুবু ঙাকথোক্লবা বদ্রিনাথতা লিঙখৎখিবা হিন্দু ধর্ম্মগী লাযশংশিংগী নিংথমথাগী ময়াম পুনফমসু ওইখি। কনানা খঙগনি, বাবানা বদ্রিনাথতা চৎলবা খোঙচৎ অসি মাযগৈ অদোমদগী, লম্বি অদুমক্তদা সনাতন ধর্ম্মদা অকাযবা পিনবা চংশিল্লক্লবা খোঙথাং অসিগা মবী লৈনবন্নবদি?

জুনগী তাং ১৪দা অয়ুক অঙন্বদা অহল ওইরবা কাংবুদুগী পোৎ পুনবা, ষন, শগোল, গধানচিংবা ব্রাইন-নেক্কদুনা পোৎয়োম পুম্নমক হাপকৎনরগা য়াম্না থব্রাই নুংঙাইনা বাবাগী তুং ইন্দুনা শেঙলবা লম্বি অদুদা চৎলমই। মাইল ১৮ ..., য়াম্না অখুবা, নুংজ্রেং-নুংকুপ্তনা মরাং কায়রবা, শেংলবা থম্মোয় লিশিং কয়াগী মখোঙনা অব্রাবা খঙদনা চৎখ্রবা লম্বি, অমুক হেক খংঙম-ঙম্বা, অমুক হেক ঙমথবা; নিংখায়রকপা য়াবা নুংজাওগী খুদোংথিবনা থল্লবা, ঈংলবা নুংশিংনা তত্তনা নাকোংদা যৈববিবা! পাক্লবা উনতগী মতুম্না ইপঙ-পঙনা মখাদা চেল্লিবা অলকানন্দ তুবেলগী তম্পাক্তা তাশিল্লিবা, যাত্রিকশিংনা চৎলিবা লম্বি মথক্তুনা উন্তনা কুপশিল্লিবা, লমদম পুম্নমক্তগী লাকখিবা যাত্রিকশিং অদুনা অমগা-অমগা মচিন-মনাওগী মওংদা ঙাঙনরিবা-ওক্করিবা মওং, লোন খঙনদবগী ফাওনরিবা ঙকচানবা মওং, অহল ওইববা, মপাঙ্গল যাওদ্রবা যাত্রিকশিং ফাওবনা অকনবগা লোয়ননা কাখৎলিবা মওং, খবনা য়াম্না অব্রা-নুংশিনা পোথাবিবা, খবনা হুমাংনা মশা লুপ্লবা চীংমীনা পোৎলুম পুরিবা, খরনা শগোল মথক্তা ঙমখ্রবা খুদোংথিরবা লম্বি অদুদা শোযদনা খুদোংথিবা থেংনদবা য়াদ্রবনি হায়বগী মতাগুম ময়াম অদু চৎলি।

অহানবা নুমিত্তা বাবানা মাইল ১১ দা লৈবা লম-বাজার ফাওবা চৎলগা মফম অদুদা অহিং লেকখি। তাং ১৫দা লেমহৌবা মাইল ৭তু অব্রাবা-অঙম্বা কয়া মাযোক্লদুনসু অয়ুক্কি নুমিৎ য়ুংদ্রিঁৈদা থুংখি। ভক্তশিং অদুনা বাবাদা শগোল তোংবিনবা হায়জখি, অদুবু ভক্তশিংদু নিঙবা কায়খি; বাবানা খুদক্তা শগোলদগী কুমথদুনা মখোঙনা চৎখি। যাম্না ফিভম চাদ্রবা লম্বি অদুদা বাবানা মীপুম খুদিংমকপু থৌগৎপিখি, কনাগুম্বা হেন্না মশা চোকথবা যাওব্রা হাযনসু য়েংশিনখি; মহাক্না খরনা দোলায়দা, খরনা শগোলদা কাখৎনবা হায়খি অদুগা খব অমদনা য়াম্না তহা-তহা যৌনিংবগী ব্রাখলদু তপথনবা হায়রমই, খব অমদনা ঈশিং য়াউম্ন অমা থক্লবা হাযবমই অদগা খব অমদনা অখন্নববা শোয়নিংঙাই লৈত্রবা বিভুতি পিবমই। মসি মাগী খক্তা চৎমিন্নরিবা কাংবু অদুতগী নত্তে। নত্তে, মদু শুংনৎ নত্তে। ব্রারবা, চোকথরবা কয়া অমনা লম্বি মতায়দা ফম-ফমদুনা লৈরমই; বাবানা মখোয়গী মনাক্তা চংশিনবিদুনা নুংশিরবা মিৎয়েং, ব্রাহে অমসুং মহাক্কি বিভুতিনা পুম্নমক্কি থৌনা, লিংজেল নৌনা হাপকৎপিখি।

দৃশ্য অমদি ঐগী পুন্সিদা নিংশিংদুনতা লৈরগনি। সোমদগী লমবাজার য়ৌগদবা মাইল অমা ৱাংলিঙৈদা বাবানা নুংদুম অমগী মথক্তা ফমলমই, ভক্তশিংনা পুমকোয় কোয়শিল্লি, পুরানগী ওইবা ৱারী লিবিদুনা মাঙদা চংশিনগদৌরিবা লম্বি অদুগীদমক্তা নৌনা থৌনা হাপপিরমই। মাঙদা যাত্রিক কয়ানা মরী-মরী চৎলমই, মথং মথং চৎনখি, মশাগী অৱা-অনা পোৎলুমদুনা মনাক্তা লৈরিবা বাবাদু খঙখিদে। অদুবু, নুপী অমা বাবাগী মনাক্তা লাকখি, উখি অমসুং খঙজখি। মহাক্না নাকন্দা লৈথোকখি অদুগা শেংলবা বাবাগী মখোঙদা তুজখি। মহাক য়াম্না মথৌনা লৈবী নুপীনি, মহাক্না বাবাসু বাদ্রিনাথ-তম্না চৎলিবনি হায়বসি খঙখি। মরম অদুনা শাংলবা লম্বি অদু চৎলকপগী অৱাবনা মপাঙ্গল অদু হন্থরবী মহাক্না বাবাগী কাংবুদা য়াওজগে হায়জরকখি। বাবানা কবি হায়রক্কনি খল্লি! 'নঙগী দর্শনদি মফম অসিদা ফংখ্রে, ঐনা নঙবু দর্শন পিগে হায়না ঙাইরকপনি; ঐগা লোয়ননা অমুক চৎলগা নঙনা মফম অদুদা করি অমুক ফংনিংলিবনো ? চৎলো, নুংঙাইয়ু; প্রশাদ অসি লৌ'। অশেংবনি, কনা অমতনা মাগী থৌজাল য়াওদনা, মাগী অনিংবা য়াওদনা, মাগী মনাক্তা লাকপা ঙমদে।

তাং ১৫, ১৬ অনিদু ময়ামগী পোত্থানবা নুমিৎ ওইবমই, মতম অসিদা ভক্তশিংদা মখোয়না পামজরিবা পুজা অদু বদ্রিনাথকী লায়শঙদা পাঙথোকহল্লমই অদুগা মশামক্তি লাক্লিবা ওফিসাব ময়াম, সবকাবগী অর্মাদি লাম্নিগী, মন্দিবগী মেম্বরশিং অমদি মাগী মগুণ তারদুনা মহাকপু খুরুম্বা লাকপা ময়ামদুগা উনবগী থবক্তা য়াম্না চিল্লমই। তাং ১৭কী নুমিদাংৱাইবমদা লাইশঙ অদুদা কৎপা আর্তি য়াওরমই। অদুদগী মহাক্না বাদ্রিনাথকী হোসপিতাল যৌনবা থৌরমই, মফমদুদা নৌনা লিংখিবা এক্স-বে বিভাগ অদু শঙ্গাখিরমই। শ্রী ভগবানগী অবতার অসিগী এক্স-রেদি খ্বাইদগী মরুম থুপ্না লৈবা মীওইবগী থম্মোয ফাওবা উবা ঙম্বনি, অদুগুম্বা ইবুংঙোগী খুৎ অদুনা শুই অমা নমদুনা হোসপিতাল অদুগী ডাক্তব ওইরিবা অদুনা হায়জবদগী মাগী ওইনা অহানবা এক্স-রে অদু নমখি-লৌখি।

তাং ১৭ অদুদি তশেংনমক নুমিৎ পুম্নমক্কি মথক্তা লৈবা নুমিৎ ওইখি, ঈশ্বরগী শক্তি নৌহৌনা হাপ্নবগীদমক বাবানা খনখিবা নুমিৎ. চার্জ হন্থরক্লবা বেতরি অদু নৌনা চার্জ অমুক হাপচিনবগী নুমিৎনি। অয়ুক্কি লাইশঙ অদুদা অভিষেক তৌবা

মতমদা বাবানা মুর্তি অদুগা মায় ওনশিন্নদুনা ফম্লগা য়াম্না ফজখ্রবা মখুৎ মরি পানবা নরায়নগী মুর্তি অমা পুথোকখি, মখুৎ মরিদুদা মোইবুং, চক্র, গদা অমসুং থম্বাল পায়রি, মীওইবগী খুৎশেম্না শাবা ঙম্বগী ঙমখৈ লানখ্রবা, নরায়নগী মঙাল শক্তি পুম্নমক্না থুমহৎলবা মুর্তি অদু বাবাগী মাঙদা লৈরে। অদুদগী মীকুপ অমগী মনুংদা, মীওইবনা মসিনা মহেক্লে হায়না খনবা ঙম্বগী ৱাংবদা লৈখ্রবা, লৈকা লিশিং পানবা সনাগী ফজখ্রবা থম্বাল অমা শেমখি। করিগী থম্বাল অদু পুথোরক্লিবনো হায়বসিদা ঐখোয় ঙকখি। অদুবু, ঐখোয়না ঙক্লিবা ৱাখল অদুগী মীকুপতুমক্তদা বাবানা মাগী মখুৎ ওৎখি। হন্দক্তি, সংকরাচার্য্যনা মন্দির অদুদা থম্লম্বা লিঙ্গম অদুগা চপ মান্নবা অমা বাবাগী মখুত্তা লৈরে। মসিগী লিঙ্গম অসি থম্বাল অদুগী ময়ায়দা থম্লমই অমসুং থম্বাল অদুগা মুর্তি অদুগা অসিমক্তু লুপাগী পুখম অমদা হাপ্লগা ঐখোয় পুম্নমক্না লৈরিবা ধর্মশলা অদুদা লাকখি।

মফম অদুদা বাবানা ময়ামদু ভজন শকহনখি অমসুং ময়ামদুনা নরায়নগী মতিক মগুণ থাগত্তুনা শকলিঙৈদা বাবানা লেপখৎলকখি অমসুং "ঙসিদি লিঙ্গম অসি ঐখোয়না শেংদোক্তুনা থৱায় হাপকনি" হায়রকখি। মহাক্না লিঙ্গম অদু মীপুম খুদিংগী মনাক্তা পুশিন্দুনা মদুগী তরং-তরংবা অমসুং য়াম্না অঙকপা মওংদা হাপখিবা মিৎকী মওংদু য়েংহনখি অদুবু মহাক্না কাইলাসতগী পুরকপা মিৎকি লিঙ্গম কৌখি। গঙ্গোত্রি তুরেলগী ঈশিংনা পিকথন্না য়াওবা লুপাগী পাত্র অমা পুথোকখি, মদুগী ঈশিংদুনা মুর্তি অদু বাবা মশামক্না চামথোক্তুনা অভিষেক তৌখি অমসুং ভক্ত পুম্নমক্না শ্রীরুদ্রম, নরাযনশুকতম, অমসুং পুরুষ শুক্তমগী মন্ত্রসি থিখি, শোনখি।

অভিষেক লোয়রবা মতুংদা পুজা তৌরমই। বাবানা পুজাগীদমক্তা সনানা শাবা বিলভা মনা ১০৮ পুথোকলমই; মনাশিং অদু মখাদা থারিবা লুপাগী পুখম মথক্তা য়াম্না য়েংবা নুংঙাইবা মওংদা বাবাগী মখুত্তগী মথং-মথং তারক্লমই। মথংদা খুৎ অদু অমুক ওৎলমই। হন্দক্তি 'তুম্মে' (Thumme) হায়বা লৈ অদু লিক্না পক্লিবা, হেকপদা ঙাইরিবা, পুক্লিং হুনা মনম নুংশিখ্রবা, পাম্বি মচা চা কয়াদগী হেকলকপা চবুন অমা তারকলমই। পুজা অদু তিল্লিবা ময়াম পুম্নমক্তুগী মায়কৈদগী ডাঃ রামকৃষ্ণ রাওনা ভক্তশিংনা মরী লৈনবা মন্ত্র শোন্দুনা পাঙথোকখি। মিৎকি

লিঙ্গম অদু সংকরাচার্য্যনা চহি ১২০০গী মমাংদা থন্নস্বা, শেঙলবা মফম অদুদা অমুক হন্না থাখিরমই, মরমদি মদু পুজা হেক লোয়বগা মাগী মথৌ লোয়খিবননি হায়না বাবানা শন্দোক্লা হায়বিখি। হৌজিক্তি মদু অঙকপা ফংনা শক্তি হাপচিনখ্রে অমসুং লাইশঙ অদু নৌনা শকলোন ফোঙদোক্লবা ঈশ্বরনা, বাবানা অমুক শেঙদোকপিখ্রে। নুমিৎ অদুগী নুমিৎ য়ুংবা মতমদা, বাবানা নৌনা ধর্ম য়োকখৎপগী পান্দমদা মরুওইবা শরুক অমা ওইরিবা শাস্ত্রদা থাজবা হায়বদুগী মতুং ইন্না মাগী চৎমিন্নরিবা মীওই খুদিংমক্তা লৈখিদ্রবা মপা-মপুগী মফমদা 'ব্রহ্মাকপল'দা চেং, থোইদিং, লৈ কৎনবা হায়খি।

বাবানা মতম পুম্নমক্তা তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা মমা-মপাবু নিংশিংনবা হায়রমই, মরমদি মখোয়গী মপান্না মীওইনা তিংজবা, লৈজবা ফংলিবনি, অব্রাংবা পুন্সি অমদা কাখৎনবগী, অরান-খুভম ফংনবগী, অফবা শঙ্গ তিন্নজনবগী, সাধনা কয়া পাঙথোকচনবগী খুদোংচাবা অমা ফংলিবসি মখোগী মপান্ননি। "সংসার থাদোক্তুনা চৎখ্রবা আত্মাশিংদো নঙনা লৈরমগনি খল্লিবা লোক (Lokas) অদুদা লৈরমদবা য়াই নত্রগা নঙনা কৎলিবা অদু থৌবাংনা ঙাইদুনা লৈবমদবা যাই, মখোয়বু ব্যবহার তৌবা হাযবসি নহাক্কি নথৌনি, নঙ নুংঙাইরক্লবা নত্রগা আত্মাগী থাক ব্রাংখৎলক্লবা মতমদা মখোয়বু নিংশিংবা অমসুং করিগুম্বা খবদং ভক্তি ব্যবহারগা লোয়ননা কৎচবা হায়বসি নহাক্কি নথৌনি", বাবানা খোঙফম কযাদা হায়বিখিবনি। মরম অদুনা, ভক্ত ময়াম অদুনা বাদ্রি নবায়ন মশামক্কি হৈকৎ-লৈকৎ তমফম ওইরিবা ব্রহমাকপলদা চত্তুনা লৈখিদ্রবা আত্মাশিংদা হৈকৎ-লৈকৎচখি, খুরুমজখি। বাবা মশামকসু মফম অদুদা চৎপিদুনা থৌবম অদু পাঙথোক্লিঙৈদা পুম্নমকপু আশির্ব্বাদ পিবিখি। কাংবু অদুগী মনুংদা শাস্ত্রগী নিয়ম মতুং ইন্না চপচাবা কৎচবা ঙমদবা খর য়াওরমই অদুবু বাবানা মখোয় পুম্নমক খোমজিনবিদুনা য়াম্না থৌজানবিবগা লোয়ননা তোঙান্না অলকানন্দ তুরেলদা পুদুনা মখোয়গীদমক্তা তোঙান্না কৎপিখি। চেন্থরক্লিবা তুরেলগী ঈশিংদগী গ্লাস অমা শোক্লগা মথক্তা হেক থাঙ্গৎলকপা বিভুতি অচৌবা মতুম অমা মমায় নাকল অমদা ওঁ হায়না ইবা অমা য়াওরকখি। বাবানা গ্লাস অদুগী মপান্দা খুৎন্না তপ য়ৈবদা লৈখিদ্রবা আত্মাশিংদা কৎপদা তঙাই ফদনা য়াওদবা য়াদে হায়নরিবা থোইদিং মকুপ ময়াম

অমা গ্লাস মনুংদা ঈশিং মথক্তা তাওখৎলকখি। অদুদগী মখোয় ময়ামদু অমমম্ ওইনা বাবানা কৌশিনবিদুনা বাবা মশামক্লা শেঙলবা ঈশিংদু মখুৎ-খুবাক্তা হৈথবিরগা লৈখিদ্রবা আত্মাশিংদা য়াম্না ব্যবহারগা লোয়ননা তৌবিমল খঙনা, নুংশিনা কৎহনবিখি।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংৱাইদা বদ্রিনাথ মন্দিরগী কমিটিগী মীওইশিংনা বাবাবু ওকপগী অখন্নবা থৌরম অমা মন্দিরদা পাঙথোকখি। ইকায় খুম্নজরিবা ডাঃ রামা কৃষ্ণ রাওনা মিফম অদুগী সভাপতি ওইখি অমসুং বাবাগী ৱারোল পুম্নমক হিন্দিদা হন্দোকখি। তিনখ্রিবা মী লিশিং অহুমলোমদু মরুওইনা লাইখুরুম্বা লাকখিবা যাত্রিকশিং, ললোনবা কাংবু অমসুং বদ্রিনাথ মশাগী প্রজাশিংনি। বাবানা মখোয়দা সনকরাচার্য্যনা লিঙ্গ মঙা পুরকখিবগী ৱাবী অমসুং বদ্রি লায়শংগী অশেংবগী মরম হায়খি। মহাক্না হায়খি ঈশ্বরদি প্রেমশ্বরুপনি, নুংশিবগী শক্তমনি অদুনা নুংশিবা খক্তনা ঈশ্বর ফংবা ঙমগনি; চিনি মতুম অমগী মফম খুদিংমক্তা চপ মান্ননা থুম্বগুম, বেদগী মতুং ইন্না মমায় লিশিং পানবা ঈশ্বরদুগী মমায়দগী, পাম্বোমদগী, ফৈগলদগী, খোঙদগী ... থোরকখিবা পুম্নমক অসি চপ মান্ননা ইবংঙো মাগী শক্তি অমসুং প্রেম লৈ। বাবানা যাত্রিকশিং অদুগী অৱা-অনা, চংলিবা খরচ, ৱারীবা পাঙ্গল পুম্নমক্তু শন্দোক্লা হায়খি অমসুং বদ্রিনাথকী প্রজাশিংদা অৱাবা, খুদোংচাদবা কয়া অদুগী মথক্তা অরেপ্পা লৈতনা লাক্লিবা নুপা, নুপীশিং অসিদগী বদ্রিনরাযন্না থাজবা পিবদগী লাকহনবনিকো হায়বা পরা খর তমশিনগদবনি হায়খি। বাবানা পামখি মদুদি অদুগুম্বা যাম্না ৱানা লাকলিবা মীশিংদুদগী হুরান-চিন্থি তৌবিবা নত্রগা নমহাদুনা লৌবিবগী মহুত্তা যাম্না নুংশিনা, মচিন-মনাও ওইবগী মিৎয়েংনা লোয়নবিগদবনি।

নুমিদাংদা মন্দিব অদুগী অকোয়বদা লৈরিবা লম্বোইবা ময়াম অদুগী চাকলেন অমা যাম্না মবাং কাযনা শিনখি। দৃশ্য অদুনা প্রশান্তি মিলয়মদা দশেরা কুম্মেদা পাঙথোকপা পিজ পিথকপগী থৌবম্নু নিংশিংহল্লি; মরমদি বাবা মশামক্লা লম্বিগী মতায়দা ফল্লিবা ময়ামদুদা চান-থক্লবা য়েল্লমই, অমসুং চাক লোয়রবা মতুংদা মীপুম খুদিংদা কম্বল অমমম য়েনবিখি অদুগা কোন্নদবা কাংবু অদুগীনা শেল ওইনা মমল অদু পিখি-মদু দুকান্দা লোয়খিবননি।

অসুম্না, তেল্লবা নুমিৎ হুমনিগী মনুংদা বাবাসি পুম্নমক্কি মিৎয়েংফম ওইরকখ্রে অমসুং তাং ১৮গী অয়ুক্তা মহাক্না মফম অদু থাদোকপা মতমদা, বাবানা মমাং নুমিত্তা য়াম্না তোয়না লাক্কনি হায়বিখিবদু কাওদনবা নিংশিংখি লোয়ননা য়াম্না শাংনা ময়াম্বু হনুমান চত্তি চৎপা লম্বি অদুদা থিন্দোরকখি। তাং ১৯দা জোসিমথ য়ৌরদুনা কারনা হরদ্বারদা তাং ২১দা হল্লকখি; লম্বিদা রিশিকেষতা অন্ধ্র আশ্রম য়েংলকখি।

মতাং অসিদা পন্দবা য়াদবা ব্রাফম অমা ওইনা, চৎলিবা ভক্ত ১০০ রোমদুগী মনুংদা অযাম্বনা অহল ওইরবা, মপাঙ্গল কন্দ্রবনা অযাম্বনি; মখোয় পুম্নমক্না বসকী থেক খোয় তৌদুনা চৎপগী অব্রাবা খাঙবা হিমালযগী অব্রাংবা চীংদা কাবা, চৎপগী অব্রাবা কয়া খাঙখিবা, হৈনদবা চিঙ্গাক কয়াগী অব্রাবা খাঙবা পুম্নমক্তো মশা কবি অমতা অনা-অযেক যাওদনা, যাম্না মথব্রায় নুংঙাইনা, হরাওনা, মখোয়না চৎখিবা নুমিত্তগী হেন্না মশা তেকখৎনা লেপখিবা তাবিখতা অমুক হল্লকপা ঙমখিবদু মতম পুম্নমক্তা, মফম পুম্নমক্তা, শক্তি পুম্নমক্কা লোযননা লৈবিবা বাবাগী থৌজালননি হায়বসিনি।

হবদ্বাবদগী বাবানা নাইনিতালদা চৎখি, মফম অদুদা মীওই কয়ামকম্না বাবাবু ঙাইদুনা লৈরমই। মহাক্না মখোয অদুগা নাইতোম উনবা মতমদা থৌনা, পুক্লিং ফাজিনবা অমদি আধ্যাত্মিক্কি লমজিং পাওতাক কয়া পিবিখি। শ্বামি বিদ্যানন্দজিনা লিঙখৎপা গিতা সতসঙ্গ অদু য়েংখি। মফম অদুদা মীযাম্না মহাকপু ওকপগী থৌবম অমা হিন্দিদা পাঙথোকখি। মহাক্না নাইনিতালগী সাধকশিংদুদা পুক্লিংচংবগী কান্নবগী মবমদা গীতাগী ১৮শুবা তাংকক্কি শ্লোক থীবদুনা হাযখি; হাযরিবা তাঙ্কক অদুদা কৃষ্ণনা আর্জ্জুন্দা হংখিঃ “হে পাবথা! মসিবু নঙনা পুক্লিং চপ যুংনা তাবিব্রা?” শ্লোক মশা অদুদগী মহাক্না ব্রাবোই অমা লৌথোকলমই মদুদি মতম অদুদা গীতাদা হায়খিবদো, হৌজিক্কি ওইনসু, অপাম্বা লৌথোক্লবা, অপঙবা থাদোক্লবা, খঙদবদগী পোকপা মায়া থাদোক্লবা; মদুনা মীওইববু ওইদববু অওইবা ওইনা উহনবা, ওইদববু অচুম্বা ওইনা উহনবা, মীকুপকী ওইবা পোৎশকপু ওমব ওইনা উহনবা, অব্রাবগী হৌরকফমবু নুংঙাইবগী হৌরকফম ওইনা উহল্লিবা অদুগীদমক্তা তাকপিরম্বনি।

জুলায়গী তাং ৪দা প্রশান্তি নিলয়মদা হল্লকখি অমসুং বাবা মশামক্তা চানবিদুনা বাদ্রিদা কৎখিবা পুজা অমসুং খোঙচৎ অদুগী মরক্তা থোকখিবা থৌদোকশিংগী মরমদা ভক্তশিংদা শন্দোক্লা তাকপিখি। মহাক্লা অনিরক শুবা ওইনা গঙ্গোত্রি তুবেলগী শেঙলবা ঈশিংদু খুদক্তা পুথোক্তুনা ভক্তশিংদা পিবিখি। বাবানা পামখি মদুদি খোঙচৎ অদুদা য়াওরুবা খুদিংমক্লা মখোয়না নুংতিগী লেল্লিবা পুন্সিদা অশেংবা মফমশিংদা চৎলুবগী অশেংবা মমি অদু মখোয়গী থম্মোয়দা মমি তাপ্লে হায়বসি মখোয়গী লমচৎ শাজৎ অমদি ৱাঙাংদা ধবক ওইনা উৎকদববনি। মহাক্লা হায়খি সনকরাচার্য্যনা বাদ্রিদা নরায়ন থম্বিখি। হৌজিক নখোয় খুদিংমক্লা নশাগী থম্মোয়দা নরায়ন থম্লগদবনি।

বাদ্রিদা লৈরিঙৈদা বাবানা প্রশান্তি নিলয়মদা লৈবা ভক্তশিংদা চিঠি অমা ইখি। "মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরবু নিংশিংউ; মাগী মমিং শোল্লু, ইদুনা পাদুনা, নত্রগা খন্দুনা নত্রগা মালা চত্তুনা; ঈশ্বরগী মমিংগা তত্তনা লৈমিন্নবা অদুমক 'অশেংবা মফম ঙাক্তনি', অশেংবা তীর্থ ঙাক্তনি, অফাওবা মন্দির ঙাক্তনি'। পুক্লিংদু অসুম্না লুপ্পবা মতমদা, বাদ্রিগী মপুং ফারবা মঙালদুনা ঙানগনি, পুক্লিং অদুবু নিংথিনা তেথহন্দ্রবদি বাদ্রি চৎলুরিবা পুম্নমক্তু মতম অমসুং শক্তি মাঙনবনি। অদুনা, নখোয় খবনা অদুদা লৈরে অমসুং খর অমনা অসিদা লৈরে হায়দুনা ৱাগনু। নবায়নদি ননাক্তা লৈরে, নশাদা লৈরে; অদু ওইরবদি করিগীদমক্তা উঙমদবা নরায়ন অদুগীদমক্তা চৎনিংগদৌবিবনো? নপুক্লিংতা চপযুংনা লৈয়ু, নশা ফজনা হৈনিংনা লৈয়ু, মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইনা লৈয়ু'। অওইবমক্লি, পুত্তপার্তি মশামক বদ্রিনাথনি, উবা ঙম্বা মমিৎ পানবশিংগীদি অমসুং খঙবা ঙম্বা জ্ঞান লৈবা মীশিংগীদমক্তদি।

মবম অদুনা, ঐখোয়না মহাকপু ঐখোযগী থম্মোয়দা থম্লসি, নত্রগা মথক্তি হায়না ঐখোযগী থম্মোয়দা লৈবে হায়বসি ভাব তারসি, মহাক্তি থৌরাংগী মতুংইন্না ঐখোয়গী ৱাখল, ৱাঙাং অমসুং থবক খুদিংমকপু লমজিংবিদুনা, অদুগুবা লাইবক ফরবা মীদু ঐখোয় ওইরে হায়বসি মপুংফানা জ্ঞান তারসি, মপুং ফানা পেল্লবা মী ওইরসি।

## অদোম অমসুং ঐগীদমক ঃ (FOR YOU AND ME)

অসুম্ তৌদুনা, ঐখোয় হৌজিক লাইবিক অসিগী অবোইবা শকত্তা লাক্লে, নুংশিববা পাঠক। অদোম অমসুং ঐগা লোযননা হৌজিক্তি নহাক্না মীপুম খুদিংনা শোযদনা যৌনবা চৎকদবা ঈশ্বরগী মনাক্তা চৎলিবা খোঙচৎ অদুদা নহাকসু হেন্না পামলম্লগনি, থবায যাওবম্লগনি হাযনা ঐনা আশা তৌই। বাবানা হৌজিক ফাওবদা মীওইবগী হকচাংদা লেনখ্রিবসি চহী ৩৫ শুখবে অমসুং মহাক্না ঐখোযদা থাদবা পিবিখ্রে মদুদি হাযবিবা হকচাং অদুদা অতোপ্পা চহী ৬০ অমগা হেন্না লৌবাখগনি।

শোক ১৯৬১গী দশবাদা মহাকনা হাযখি মদুদি মহাক্না পাঙথোক্কনি হাযনা লাক্লব থবকশিংদো হৌজিক হৌবতা ঙাইবি। মবম অদুনা ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবাগী পুক্নিংগী মতাংদি তুংদা লাক্কদৌবিবা তাংককশিং অসিনা হেন্না পুক্নিং থৌগৎনংঙাই অমসুং বাংখৎনিংঙাই ওইফম থোকই। নোংম-নোংমগী তত্তনা হেনগৎলাক্লবা ইচিল ইনাওশিং অমসুং ইচল-ইচেশিংনা হৈনিংবা ব্রাখল হেন্না লৌবিদুনা অদুগুম্বা পাওতাকশিং অদু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনবসনু।

মীওইবগী মিৎযেং, বাখল, লমচৎ শাজৎ পুম্নমক ফগৎহন্নবগী, চুমথোকচনবগী ফববা মতম-সনাগী যুগ অদু হৌজিক মাঙদা লৈবে। মদুগী মঙাল অদুনা নোংপোক থংবা অতিযাদা সনাগী মচুনা পিক থনখ্রে। মীওইবা পুমনমক হৌগৎলে, মিকপ থোক্লে। নুমিৎ অসিনা পৃথিবী পুম্নমক পুমকোই কোযশিল্লগনি। বাবানা হাযঃ "ঐ লাকলমই" মবমদি পৃথিবীগী অফবা মীযাম্না, মুনি-ঋষিশিংনা, অশিংবাশংনা, সাধুশিংনা, সাধকশিংনা, গুরুশিংনা, লাই ওইববশিংনা' ঐবু কৌবি, পাম্লি'। অশেংবা, ধর্ম্ম লৈবশিং পুম্নমক হবাওজবসনু, নুংঙাইজবসনু।

ফত্রবা, মীনল্বা, পাঙদবা অমসুং তমথিববা কাংবুসু নুংঙাইজবসনু, মবমদি মহাক্না, মহাক্কি মিনুংশিনা পুম্নমক অদু অমুক হন্না অচুম্বা লম্বিদা যোকখৎপিগনি। বাবানা নোংমা হাযখিঃ "ঐনা পাপ চেল্লবশিং, অতোন-অতা লাযববশিং অমসুং ঈশ্বব থাজদ্রবশিং অদুগী থোঙ থিংজিল্লবদি মখোযদি কদায়দা চৎকনি"?

অদোম অমসুং ঐনা হৌজিকপু মেপ খব যেংলগা, লমজিং লাইবিক খব পাবগা, চন্নদ্রবা কয়ানা মশা লাযেংজখ্রবা কযাগী ব্বাবী খব নৈনবগা নত্রগা কোক ঙাওবমখৈ পাবগা লেনথোকপা যাবা মতম নত্রে। মহাক লাক্লে, দত্তত্রেয ওইনা, দক্ষিনা মুর্ত্তি ওইনা, ধনাবন্তবি ওইনা, পুম্নমক অমতা ওইনা, ইমাগুম্না নুংশিনা, ইপাগুম্না পাঙ্গল কন্না, গুরুগুম্না লৌশিং শিংনা, পুম্নমকপু খঙবা-উবা ঈশ্বব ওইনা।

অদুগা মহাক্না ঐখোযদা কবি পিযু নত্রগা তৌ হাযবি? অফবা পুন্সি অমগীদমক দবকাব ওইবা নিযমশিং, ঐখোযগী পোকপদগী লোযনবকপা ফত্তবা ব্বাখলশিং পুম্নমক অসি মাঙহনখিনবা খোঙজং মিকুপ অসিমক্তগী হৌবা।

কৎনবা কবি পোৎকা লোযননা মঙোন্দা চঙগনি? ঙসিগী মীওইবা সমাজদা চৎনবিবা পাত্র অমা, লৈ খব, উহৈ ব্বাহৈ খব তঙাইফদনা। নত্তে। মদুগী দবকাব লৈতে। কৎলু সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি, প্রেম নত্রগা মবিসি কৎপা ঙম্নবা হোৎনবা অদুতং কৎলু নত্রগা অমতং ঙম্নবা হোৎনবদু কৎলু। কৎকে নত্রগা ফহনগে হাযবা ব্বাখলদা থম্মোয় শেংবা অদুতনসু যাবে। নশাগী হকচাং অদুনা পাত্র ওইবগা কৎলু, নোল্লুকপগী বাখলতনা থল্লবা পুক্লিংগী-লৈ অদু কৎলু, তপ তৌবনা নিংথিনা মুল্লবা অশেংবা থম্মোযগী উহৈ, মিনুংশিগী, দানপিবনি, ঙাকপিবগী মঙালনা যৈবদা খোইথুম্নববা থম্মোযগী উহৈ, নুংঙাইবগী থিংবা ঙমদনা চেন্থবকপা পিবাংনা ঈশিং ওইনা কৎলু" বাবানা তাকপিবি

মহাক্না হৌবকফম ওইবিবা, ঈচেল ওইনা চেন্থবক্লিবা, তুংনফম সমুদ্রসু ওইবিবা, পুম্নমক শিং থংনা লৈবিবা, পুম্নমক শুপলিবা, পুম্নমকপু মথব্বায পালহল্লিবা সত্যম-শিভম শুন্দবমনা ঐখোয পুম্নমক্তা থৌনা অমসুং চপয়ুংবা ব্বাখল পিনবিদুনা মাগী মনাক যৌনবা চৎহনবিবসনু।

# শ্রীসত্য সাই বাবা কনানো ?

**শ্রীসত্য সাই বাবাবু** পৃথিবী শিনবা থুংনা ধর্ম্মগী, জাৎ-পাৎ কুচুগী-লমগী খেন্নবা লৈতনা মীওই করোর কয়ানা মখোয় মখোয়না থাজজরিবা ঈশ্বরগী শক্তমদা নিঙনরি, লাৎনরি।

যুগ মরি অসিদা থোকখি -ওইখিবা ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি, থৌদোক কয়া চাং হেন্না পাঙথোকপিদুনা মহাক কনানো হায়বা মালেমসিদা শক তাকপিরি। হৌখিবা চহি ৭৫ অসিদা অঙক অঙকপা থৌদোক কয়া পাঙথোকর্পিখ্রে। লেমহৌরিবা চহি ২০ অসিদসু (৯৫ হিংগনি) শ্রীকৃষ্ণনা পাঙথোকখিবা অদুদগী শরুক চাম্মা হেন্বা থবক পাঙথোকখিগনি তাকর্পি।

ঙসিগী জগৎ অসিদা খ্বাইদগী থোইববা মীওইশিং, প্রসিদেন্ট, প্রাইম মিনিষ্টর,মুনি ঋষি, লাইবিক লাইশু হৈবা, ডাক্তবশিং, সাইন্সটিষ্ট, জেনেবেল, এয়াবমার্সেল, জজ, উকিল কযানা যোমদুনা লৈবিবা, চহি অমদা য়ামদ্রবদা মী কবোব অমদগী হেনবা মীওইনা মহাক্কী দর্শন তৌননবা পৃথিবীগী মীওইশিংনা লার্ক্লবিবা মহাক অসি কনানো ?

**শ্রীসত্য সাই বাবানা** চাওরবা নিংথিজববা হোসপিটাল অনি শাবিদুনা চহি চুপ্পা লেপ্তুনা নিতি - নুমিৎ খুদিংগী লুপা লাক্ষ ২০গী মথক্তা দান তৌদুনা লেম্না লাইয়েংলি । অ- আদগী হেক তম্বা যাবা মখৈ ফ্রিদা তম্বা য়াবা যুনিবর্সিতি অমসু লিংখৎপিবে। ভাবত সবকারনা ঙম্মরোই হাযবা ব্রাতর প্রোজেক অমা লুপা কোটি চহুম পুথোকপীদুনা খুঙ্গং ৮০০ দা থক্লবা ঈশিং পিনার্বার।

শক্লাইববা ডাক্তর্বশিংনা শিবে তাকপিববা পুং কয়া, নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রবা মতুংদা থৱাই অমুক হাপপিদুনা, হিংগৎহনবীদুনা মহাক্কী সেবা তৌদুনা লৈহনবীরিবা, থৱায়গী (প্রানগী) মপু ওইরিবা মহাক অসি কনানো ?

**''সত্যাম শিভম সুন্দরম''** পাবিয়ু, খন্নবিয়ু, নৈনবিয়ু, তাঙলবা কৃপা দয়া কয়া ফংবিয়ু।